ওঁ

# মণিপুরী মহাভারত

২২শুবা খণ্ড

শান্তিপর্ব্বগী শরুক্ খর

বেদব্যাসকী শ্লোকাবলী মহাভারতকী
পর্ব্ব—অধ্যায—শ্লোক মথং মনাও কাযদনা
মবক্ মবক্তা ব্যাখ্যা পীদুনা
মৈতৈলোন্দা মথং মথং
ছন্দোকচরক্পা

পদ্মশ্রী কালাচাঁদ শাস্ত্রী

থোরকপা— গ্রন্থকার মসাবক, [illegible], ইম্ফাল

থোকপা চহী— ১৯৭৭ ইং।

মশীং— ১১০০

মমল্— লুপা ১৮·০০

নমকপা— খোক্চোম্ সামন্তজিৎ সিংহনা কম্পোজ তৌদুনা,
ভাগ্যবতী কার্যালয়, চূড়চাঁদ প্রিন্টিং ওয়ার্কস,
সগোলবন্দ, ইম্ফাল, মণিপুরদা ছাপা তৌবা।

# সূচী-পত্রম্

——:(*):——

**ইতি দ্বাবিংশতিতমখণ্ডম্।**

ওঁ

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( সাংখ্য অমদি যোগ অনাগী খেন্নবগী তাকপা মতাং )

চনীগা মবিফুতবামঙাশুবা অধ্যায়

——:(০):——

যুধিষ্ঠিব উবাচ।

সাংখ্যেযোগে চ মে তাত বিশেষংবক্তুমর্হসি। তপ ধর্ম্মজ্ঞ সর্ব্বং হি বিদিতং কুরুসত্তম ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

সংখ্যাঃ সংখ্যং প্রশংসন্তি যোগা যোগং দ্বিজাতয়ঃ। বদন্তি কারণং শ্রেষ্ঠং স্বপক্ষে হ্রাবনায় বৈ ॥২।

অনীশ্বরঃ কথং মুচ্যেদিত্যেবং শত্রুকর্শণ। বদন্তি কারণৈঃ শ্রেষ্ঠাং যোগাঃ সম্যঙ্মনীষিণঃ ॥৩॥

বদন্তি কারণং চেদং সংখ্যাঃ সম্যগ্ দ্বিজাতয়ঃ। বিজ্ঞায়েহ গতীঃ সর্ব্বা বিরক্তো বিষয়েষু যঃ ॥৪।

---

যুধিষ্ঠিরন হংঙি— ঈবুধৌ। ধর্ম্মগী তত্ত্ব খঙলব। কুরুশংগৈগী অথেহবা। সাংখ্য অমদি যোগ হায়রিবা অনী অসিবু করি খেন্নবগে? মাসি, চাংবিহংা নশুদ অমুক্ত চনীং তনা তাকপিয়ু। মরমদি ঈবুধৌনা অনতত্ত্বপূর্ন কৈরবনি॥১॥ ভীষ্মনা হায়, — যুধিষ্ঠিব। সংখ্যশাস্ত্রনা হৈশিংলবা বিদ্বান্-শিংনা সাখ্যশাস্ত্রবু থাগৎলি। অদুগা, যোগতত্ত্ব খঙলবা বিদ্বন্‌শিংনা যোগতত্ত্বু সমর্থন তৌই। মাগী মাগী মতপু য়োকথৎননবগী দমক কয় করবা চুম্নবা যুক্তিযুক্ত ওইবা তর্ক প্রমাণসক্ক মথং মথং হাইগৎ-নরকই॥২॥ য়েরুবা শুম্বা। যোগগী তত্ত্বু মুন্ন খঙলবা জ্ঞানীশিং। কৌয় হায়বগে হায়ববু— ঈশ্বরগী অস্তিত্ব (লৈবা) বু থাজদবা কনাগুম্বা অমতনা মোক্ষ (অয়ানুবা খুঙম) বু ফবা ঙমদে। মরম অদুনা বয় পীনহৈবা অদুগা অয়ানুবা খুঙম পীনহৈবা ঈশ্বরগী অস্তিত্বু থাজনবা য়াদে॥৩॥ সাংখ্যমত চৎলিবা মহাজ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা অমদি ব্রাহ্মণশিংনা অয়ানুব খুঙম ফংনবা যুক্তিযুক্ত ওইবা প্রমাণবু অমুম

ঊর্দ্ধং সদেহাৎ সুব্যক্তং বিমুচ্যেদিতি নান্যথা। এতদাহুর্মহাপ্রাজ্ঞাঃ সাংখ্যে বৈ মোক্ষদর্শনম্ ॥৫॥
স্বপক্ষেং কারণং গ্রাহ্যং সমর্থে বচনং হিতম্। শিষ্টানাং হি মতং গ্রাহ্যং ত্বদ্বিধৈঃ শিষ্টসম্মতৈঃ ॥৬॥
প্রত্যক্ষহেতবো যোগাঃ সাংখ্যাঃ শাস্ত্র বিনিশ্চয়াঃ। উভে চৈতে মতে তত্ত্বে মম তাত যুধিষ্ঠির ॥৭॥
উভে চৈতে মতে জ্ঞাতে নৃপতে শিষ্টসম্মতে। অনুষ্ঠিতে যথাশাস্ত্রং নয়েতাং পরমাং গতিম্ ॥৮॥
তুল্যং শৌচং তপোযুক্তং দয়া ভূতেষু চানঘ। ব্রতানাং ধারণং তুল্যং দর্শনং ন সমং তয়োঃ ॥৯॥
যদি তুল্যং ব্রতং শৌচং দয়া চাত্র ফলং তথা। ন তুল্যং দর্শনং কস্মাৎ তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১০॥

ভীষ্ম উবাচ।

রাগং মোহং তথা স্নেহং কামং ক্রোধঞ্চ কেবলম্। যোগাচ্ছিত্ত্বা ততো দোষান্ পঞ্চৈতান্ প্রাপ্নুবন্তি তৎ ॥১১॥
যথা চানিমিষাস্থূলা জালং ছিত্ত্বা পুনর্জলম্। প্রাপ্নুবন্তি তথা যোগাস্তৎপদং বীতকল্মষাঃ ॥১২॥

---

হায়না পীনরি,— হেক উরিবা অংচক্ত পোৎ খুদিংমকী গতিশিং অসিগী তত্ত্ববু মুন্না খঙপ্রনা মহাক অহুদি অহুগা খঙলবা ভুংদা সংসারগী বিষয়শিং অসিদগী পামদতুনা হন্দোকপ্রবা মহাক অহুদি, হায়বদি— আত্মা অহুদি পঞ্চভূতকী হকচাং অসি থাদোক্লমহনা অফা অপুন করিমত্তা লৈত্তনা চংথি। লাম্হোক্লনবগী অসি নত্তবা অতৈ উপায় অমত্ত লৈত্রে। অসিমক্তনা সাংখ্যদর্শনবু মোক্ষদর্শনস্থ কৌই ॥৪—৫॥

ভোঙাল ভোঙবা পক্ষদা লৈনরিবা যুক্তিযুক্ত ওইবা প্রমাণশিং অসি অস্থম মরোনরি। অহুগা মাগী মাগী সিদ্ধান্তকী অমুকুল ওইবা ৱাফমশিং অসিবু লৌবদা মতৌকচাবা লৌগদবা ওইবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা সিদ্ধান্তশিং অসবু পুথোকপিরম্লিবা বিদ্বান সৎপুরুষশিং অসিগী মতস্থ ঐখোয়না লৌফম থোকই ॥৬॥

যোগগী বিদ্বান্ যোগীশিংনা প্রত্যক্ষ প্রমাণতবু মরু ওইনা লৌই। সাংখ্য যোগীশিংনা শাস্ত্রগী প্রমাণতবু মরু ওইনা লৌই। ঈবুঙো যুধিষ্ঠির! হায়রিবা অনীসিমক ঐগী মততদি তত্ত্বজ্ঞানবু পীনহৈবনি হায়না খল্লি ॥৭॥ নিংথৌ! মমাংদৈদগী সাংখ্যগা যোগগা অনী অসিগী মার্গ অমদি ধারণাবু, অচুম্বনি হায়না লৌনরক্লি। অনীসিগী মন্থুংদা অমগী তত্ত্ববু মুন্না পঙতুনা চংলবদি অথোইবা গতিবু ফংবা ঙম্মি ॥৮॥

মসুং মপান্গী অশেংবা তপস্যা, জীব পানবা পুম্নমক্তা থু শিহৈবা, ব্রত উপাসনা কয়া পালন তৌরিবা হায়রিবশিং অসিদি মত অনীমক্না অচুম্ মযানরি ॥৯॥

যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ! মত অনীমক্তা অকবা ব্রত উপাসনানচিংবা অসিনা চপ মান্নরবদি, অনী অসিগী পরিণামনা চপ মান্নরবদি মখোয় অনীসিগী দর্শনতমলা মান্নদ্রিবসি করিগীনো? ॥১০॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! যোগীশিংনা যোগগী পাৎনতনা অপাম্বা, গুম্বাংপা, অশাউবা, মুংশিবা হায়বা দোষ মঙা অসিবু মরু ফংনা মুক্তোক্তুনা পরংধাম (খ্বাইদগী অথোইবা খুঙম) বু ফংঙি ॥১১॥

অচৌ অচৌবা ঙাশিংনা লাং (জাল) বু ককথৎ চীকথৎতুনা চোংথোক- লাম্হোকখিবত্তুগুম্না যোগীশিংনা পাপকর্ম পুম্নমকপু ককথৎলমতুনা সংসার লাংদগী নাম্হোক্তুনা অয়ানবা খুঙম ফংথি, হায়বদি পরমাত্মাগী থাম

তদ্বৈব বাগুরাং ছিত্ত্বা বলযুক্তা যথা মৃগাঃ। প্রাপ্নুয়ুর্বিমলং মার্গং বিমুক্তাঃ সর্ব্ববন্ধনৈঃ ॥১৩॥
লোভজানি তথা রাজন্ বন্ধনানি বলান্বিতাঃ। ছিত্ত্বা যোগাঃ পরম্মার্গং গচ্ছন্তি বিমলং শিবম্ ॥১৪॥
অবলাশ্চ মৃগা রাজন্ বাগুরাসু তথা পরে। বিনশ্যন্তি ন সন্দেহস্তদ্বৎ যোগবলাদৃতে ॥১৫॥
বলহীনাশ্চ কৌন্তেয় যথা জালং গতা ঝষাঃ। বধং গচ্ছন্তি রাজেন্দ্র যোগাস্তদ্বৎ সুদুর্ব্বলাঃ ॥১৬॥
যথা চ শকুনাঃ সূক্ষ্মং প্রাপ্য জালমরিন্দম। তত্র সক্তা বিপদ্যন্তে মুচ্যন্তে চ বলান্বিতাঃ ॥১৭॥
কর্ম্মজৈর্বন্ধনৈর্বদ্ধাস্তদ্বৎ যোগাঃ পরন্তপ। অবলা বৈ বিনশ্যন্তি মুচ্যন্তে চ বলান্বিতাঃ ॥১৮॥
অল্পকশ্চ যথা রাজন্ বহ্নিঃ শাম্যতি দুর্ব্বলঃ। আক্রান্ত ইন্ধনৈঃ স্থূলৈ স্তদ্বৎ যোগোঽবলঃ প্রভো ॥১৯॥
স এব চ যদা রাজন্ বহ্নির্জাতবলঃ পুনঃ। সমীরণগতাঃ ক্ষিপ্রং দহেৎ কৃৎস্নং মহীমপি ॥২০॥
তদ্বজ্জাতবলোযোগী দীপ্ততেজা মহাবলঃ। অন্তকাল ইবাদিত্যঃ কৃৎস্নং সংশোষয়েজ্জগৎ ॥২ ॥

( মফম—খুডম ) বু ফংখি ॥১২॥ নিংথৌ! লাংদ থুরু ফওবদা মপাঙ্গল কনবা শজীনা লাংবু থদংতুনা মনীংতম্না গোং চোংতুনা চৎনীংবা মফমদা চেন্‌খিবা চংখিহুগুম্না যোগশক্তিতনা যোগীশিংনা "অপাপ্য" হায়বহৃদগী পোকখিবা অশাউবা, কল্লকপনচিংবা কৌরিবা বন্ধন ( ফাজিন্‌বা ) পুম্নমক থদংতুনা মহামঙ্গলগী মশক ওইরবা লম্বীদা চংখি ॥১৩ ১৪॥

নিংথৌ! মপাঙ্গল শোল্লবা অহগা শোল্লবসু নাম্বোক্কে হায়না ফাওবা খন্দবা অমদি হোৎনদবা অদুগুম্না ডাশিংনা অহুগা শাশিংনা মাঙজবা শিজবহুগুম্না যোগগী শক্তি য়াওদবা, য়াওরুবসু শীজিন্নদবা অদুগুম্না মীশিংনা সংসারগী বিষয়শিংগী লাংদ থুহনা মথরায় থায় ॥১৫॥

কুন্তীগী মচা, নিংথৌ অথোইবা! অশোন্‌বা ডাশিংনা লাংদ—ঈন্‌দা মথরায় থাবহুগুম্না যোগশক্তি য়াওদবা মীশিংনা ডাশিংগী অহগুম্না দশা অহু ফংডি ॥১৬॥ য়েক্লবা ভম্না, অকন্‌বা নিংথৌ! মপাঙ্গল শোন্‌বা পীক্লবা উচেক্লা পীক্লবা থৌবীনা কুনা শারবা লাংদা থুরগা মাহুবু চীকৃথৎপা ভমদহুনা লাং মহুৎদা মথরায় থায়। অহুগা মপাঙ্গল কন্‌বা উচেকশিংনা লাংগী থৌরী ( লাং ) শিং অহুবু চীকৃৎতুনা লাংহুদগী নাম্বোক্কুনা মনীংমথা তম্না শাইথোকখি। মতৌ অহুগুম্না নহালমুক্কী মশোক্ত তৌখিবা কর্ম্মশিং অদুগী মহৈগী মশক ওইরবা বন্ধনশিং অহুনা ফাজিন্‌থ্রবা শোল্লবা যোগীশিং অহু অহুম্ মাংজে। যোগগী শক্তিনা মপাঙ্গল কল্লবা যোগীদি হীরম পুম্নমক্কী বন্ধন মথল মথলদগী লায়না নাম্বোকখি ॥১৭—১৮॥

পীক্লবা মুংলি মুংলি চাক্লবা মৈদা চাউব চাউরবা শীং থাজিন্ য়াংশিল্লুরবদি মৈ অহু চাকপগী মহুত্তা অহোয়নহুম, পুম্মুৎ মুংখি। অহুগুম্না মপাঙ্গল শোনবা যোগীদি যোগগী ভারনা নম্বুনা পুবথাবে ভুমদনা লম্মথাংদা অহুম মুংখি ॥১৯॥ নিংথৌ! অহুগা মুথংক্লিবা মৈ অহুসু নুংশিৎ শিংলকপদা—নুংশিংকী মতেংদগী অমুক মপাঙ্গল কন্‌খুৎলক্কুনা জগৎ পুম্না চাকথেক্লবগী শক্তি পুরকই ॥২০॥ মতৌ অদুম্না, যোগীশিংসু মাগী যোগগী পাঙ্গল অদুনা অসুম'সুম হেন্‌গৎলক্লবদা মহাশক্তি লৈবা যোগী অমা

দুর্ব্বলশ্চ যথা রাজন্ স্রোতসা হ্রিয়তে নরঃ। বলহীনো যথা যোগো বিষয়ৈর্হ্রিয়তেঽবশঃ ॥২২॥
তদেব চ মহাস্রোতো বিষ্টম্ভয়তি বারণঃ। তদ্বৎ যোগবলং লব্ধ্বা ব্যূহতে বিষয়ান্ বহূন্ ॥২৩॥
বিশন্তি চাবশাঃ পার্থ যোগাৎ যোগবলান্বিতঃ। প্রজাপতীনৃষীন্ দেবান্ মহাভূতানি চেশ্বরাঃ ॥২৪॥
ন যমো নান্তকঃ ক্রুদ্ধো ন মৃত্যুর্ভীমবিক্রমঃ। ঈশতে নৃপতে সর্ব্বে যোগস্যামিত তেজসঃ ॥২৫॥

ওইরক্লবদা, প্রলয়গী মতমগী ঙমিংনা জগৎ পুম্ববু চাক্‌থেক্ তুগুম্না, সংসারগী অশাউবা, কন্নকপা, অপাম্বা মিহৌবনচিংববু লোইনা চাক্‌থেক্‌ই ॥২১॥ মপাঙ্গল শোন্‌বা, মপাম্বোম হাইগত্তুনা ইরোইবা ওমদববু ঈরৈ কল্লবা ঈচেম্না তাউথখিবত্তুগুম্না যোগশক্তি য়ওদবা অশোন্‌বা যোগীশিংবু ঈরৈ কল্লবা সংসারগী ঈচেম্না অংম্বা মীবু তৌবগুম্না অতুম চেম্হুনা পুখি ॥২২॥

... ঈরৈ কল্লবা ঈচেলশিং অদুবু চাউরবা বনগী শমুনা থিংহুনা থম্মি ঈরৈশিং অদুনা শামুংবু তাউথহন্‌থিব ঙমদে। মতৌ অসিগুম্না যোগগী শক্তিনা মপাঙ্গল কল্লবা যোগীবু সংসারগী বিষয়শিং ( বিষয় ) না তাউথহন্‌থিবা ঙমদে ॥২৩॥ কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠির! পাঙ্গৈশোংবা যোগগী শক্তিনা ত্রিল্লবা যোগী অদুদি প্রজাপতি, ঋষি দেবতাশিংদা অদুগ নত্তনা মৈ ঈশিনচিংবা পঞ্চভূতশিং অসিদা চঙশিনবা ঙম্মি। যোগগী শক্তিনা ওম্বসি অসি ফাওবা ঙম্মি ॥২৪॥ নিংথৌ! যোগগী শক্তিনা মপুংফানা তিনগ্রবা যোগী অদুগী মক্কমদা মৈ-থোক্লা শাউরবা যমরাজনা, জগৎপু খুদক্তা লৌশিনবা ওম্বা মৃত্যু কৌবা মহাকমল্লসু করিমতা তৌরবা য়াদে। হায়বদি,— যোগী মশাদা পোকপা শিবগী থবক্লা চঙব ঙমদে ॥২৫॥ *

* পোকপা শিব নাইদবা আত্মানি হায়বসি যোগীতনা উংপা ঙম্ম। অম্মাদি মফম, মতম পুম্বদা কোয়্যৌ য়োই, মফম পুম্বদা শীনথুনা লৈ হায়বত্তু যোগীতনা উংপা ঙম্মি। মপানগী হকচাং অসিবু কোয়থাং খাংহুনা পুরিবসিম্থ আত্মা মাননি অদুগা হকচাংসিনা লেঙবা চৎপা মতমদদি মহাক্তি লেঙব চৎপা য়াওদে। হান্নগী হকচাং ( পূর্ব্বশরীর পূর্ব্বজন্ম ) অদু থদোক্লদু। অতোপ্পা হকচাং ( পরশরীর—পরজন্ম ) দা যোগীগী আত্মানা চঙখিবা ঙম্মি। ম্যাস ফাওবা ঙমদবা নাস্তিক ওইবা কাওবুনা, হায়বদি নাস্তিকশিংগী হকচাংদা মশাদা লৈরিবা আত্মা অদুনা, হায়বদি— অনাত্মাশিং অদুনা পূর্ব্বজন্ম পরজন্ম লৈতে হায়খিবতনি। আত্মাদি অত্তনি, অনাত্মাদি য়াম্মি। হিংাবশিংনা যোগসাধন তৌরুবরৈ তৌরুরগা, তৌরমদবা অংতাগী শক্তিনা মখোয়না নীংলিবা, ধ্যান তৌরিবা ব্রহ্মানচিংবা দেবতা অদুকপু নমহুন কৌরগা বর নি। হিংহিংচাবগুম্বা ফত্রবশিং অদুনা তৌরিবা যোগ অদুনা পাঙ্গৈশোংবা যোগমক্ ওইদবনা ব্রহ্মানচিংবদা "ঐ অজর অমর ওইজগে" কনা মমহুনা হাংনা ঙমদব ওইজগে" আসিগুম্বা বর ডাক্লা নিংোরকই। নিরিবা তাঙলিবা অদু পোকপা শিব [illegible] ফত্রব হকচাংশিং অদুগী মথংদা অচম মঙঙল। অদুনাদি মশানা তারে ফত্রব [illegible] আত্মাদি পোকপা শিবা নাইবা আত্মানি, হায়বদি অনাত্মা ( আত্মা নত্তবা ) নি হায়বসি। অদুনা, পূর্ব্বজন্ম পরজন্ম হায়বা লৈতে, ঈশ্বর ( আত্মা ) লৈতে অসিনাচিংবা

আত্মনাং চ সহস্রাণি বহূনি ভরতর্ষভ। যোগঃ কুর্য্যাৎ বলং প্রাপ্য তৈশ্চ সর্ব্বৈর্মহীং চরেৎ ॥২৬॥
প্রাপ্নুয়াৎ বিষয়াংশ্চৈব পুনশ্চোগ্রং তপশ্চরেৎ। সংক্ষিপেচ্চ পুনস্তাত সূর্য্যস্তেজো গুণানিব ॥২৭॥
বলস্থস্য হি যোগস্য বন্ধনে শস্য পার্থিব। বিমোক্ষ প্রভবিষ্ণুত্বমুপপন্নমসংশয়ম্ ॥২৮॥
বলানি যোগপ্রাপ্তানি ময়ৈতানি বিশাম্পতে। নিঃশর্নার্থং সূক্ষ্মানি শৃণু মে ভরতর্ষভ ॥২৯॥
আত্মনশ্চ সমাধানে ধারণাং প্রতি বা বিভো। নিদর্শনানি সূক্ষ্মাণি শৃণু মে ভরতর্ষভ ॥৩০॥
অপ্রমত্তো যথা ধন্বী লক্ষ্যং হন্তি সমাহিতঃ। যুক্তঃ সম্যগ্ তথা যোগী মোক্ষং প্রাপ্নোত্যসংশয়ম্ ॥৩১॥

ভরততশাগেগী অথোইবা। যোগগী শক্তিনা তিল্লবা মীদি মহাক্না পুনিং পুনিংবা শক্লেংল লিশিং লিশিং পুবা ওম্মি। চংনীং য়ৌনীংবা মফমদা খুদক্তা চংওম যৌওম্মি ॥৬॥ ঈবুঙো, যুধিষ্ঠির! অহু-ওম্বা যোগী মহাক অতদি মপাল্গী হক্চাংসিগী পাম্বেনা সংসারগী হেক্ লৈরিবা বিষয়মথৈ সেবন তৌবা ওম্মি, হায়বদি— ফংনিং ফংনিংবা পোংশকশিং অহু খুদক্ খুদক্তা কৌবা ওম্মি, ফংবা ওম্মি। মাহুবুম্ব খুদক্তা থাদে ক্লনহুনা পুক্নাউ কাউ তুনা, ইন্দ্রিয় খুদুম চন্দুনা তপস্যা তৌথি। অদগী হেন্দোক্নুনা মুমিৎনা মাংগৈ পুম্বদা শন্দোক্লম্ব মঙাল্শিং অংবু লৌশিন্ খোমজিন্খিবহুগুম্না, মপালগী জগত্তা হেক্ লৈরিবা মশক মওংশিং অসিবু যোগী মহাক্না মশা মংস্তনা লোইনা লৌশিন্ খোমজিনখিবা ওম্মি ॥ ৭॥

যোগগী শক্তিনা মপুংফানা তিল্লবা মী অতুদি হেক্ লাকপা বন্ধন (ফাজিম্বা) মথৈ থাদংপা ওম্মি। যোগীগী আত্মাদি মপালগী হকচাংসিবু খুদক্তা থাদোক্লমহুনা মুক্ত ওইখিবা ওম্মি। মাসিদা করিমত্তা চিংন-নীঙায় লৈত্রবনি ॥ ৮॥ প্রজা পুম্বনক্কী মপু, নিংথৌ! যোগীনা যোগগী শক্তিনা মতৌ করম্না সূক্ষ্মশরীর (পীক্লবা লিঙ্গশরীর— হকচাংদা চংবা ওমশিংগে হায়বহু, ঐ খুদম ওইনা নঙোন্দা হায়গে ॥ ৯॥ আত্মা সমধিদনক পুনরিবা রাখন (ধারণা) অদু ঐ নঙোন্দা হায়গে। হায়রিবা বিষয় অসিদা কুপ্লবা খুদম অমম্তু ঐ নঙোন্দা হায়গে ॥১০॥

মমীং চোইদবা, হায়না চকশিনুব, অকনুবা ধনুর্ধারী (পীরুং পায়বা ক্ষত্রিয়) না পুক্নীং ইন্দ্রিয় পুম্ন-মক, মহাক্না পালহনগৌরিবা লক্ষ্য (পান্দক্ষম) অদা মচীল অনী লোওদনা লেওদনা থম্লগা তাঞ্জাদা কাপথোকখিবা তেল্ অদুনা লক্ষ্যবু পানুবা থিন্‌গাইবহুগুম্না হায়না চেকশিনবা যোগীনা পুক্নীং ইন্দ্রিয় পুম্ন-মকপু মচীল অনী লোওচন্দনা পরমাত্মাবু ধ্যান তৌরবদি পরমাত্মাবু ফংদুনা— উদুনা মোক্ষপদবী (অরাম্বা খুদম্বু) যোগী অদুনা ফংব ওম্মি ॥ ১১॥

হায়রিবা অনাত্মাশিং অসি, হায়বদি— নাস্তিকশিং অসি মশাগী ধারণাবু— বাদবু মশান অহুম ককৎচরবনি। যোগীশিংদি কনাগুম্বা অমগী মফমদগী বরদান (বর পীবা) লৌদে। মশাগী করিমতা অরাৎপা লৈজবনিনা কনাগুম্বা অমদগী কারগুম্বা অমতা নিদে— পামদে। ( কালাচাঁদ )

স্নেহপূর্ণে যথা পাত্রে মন আধায় নিশ্চলম্। পুরুষো যুক্ত আরোহেৎ সোপানং যুক্তমানসঃ ॥৩২॥
যুক্ত্বা তথায়মাত্মানং যোগঃ পার্থিব নিশ্চয়ম্। করোত্যমলমাত্মানং ভাস্করোপমদর্শনম্ ॥৩৩॥
যথা চ নাবং কৌন্তেয় কর্ণধারঃ সমাহিতঃ। মহার্ণবগতাং শীঘ্রং নয়েৎ পার্থিবসত্তম ॥৩৪॥
তদ্বদাত্মসমাধানং যুক্ত্বা যোগেন তত্ত্ববিৎ। দুর্গসংস্থানমাপ্নোতি হিত্বা দেহমিমং নৃপ ॥৩৫॥
সারথিশ্চ যথা যুক্ত্বা সদশ্বান্ সুসমাহিতঃ। দেশমিষ্টং নয়ত্যাশু ধন্বিনং পুরুষর্ষভ ॥৩৬॥
তথৈব নৃপতে যোগী ধারণাসু সমাহিতঃ। প্রাপ্নোত্যাশু পরং স্থানং লক্ষং মুক্ত ইবাশুগঃ ॥৩৭॥
প্রবেশ্যাত্মনি চাত্মানং যোগী তিষ্ঠতি যোঽচলঃ। পাপং হন্তি পুনীতানাং পদমাপ্নোতি সোঽজরম্ ॥৩৮॥
নাভ্যাং কণ্ঠে চ শীর্ষে চ হৃদি বক্ষসি পার্শ্বয়োঃ। দর্শনে শ্রবণে চাপি ঘ্রাণে চামিতবিক্রম ॥৩৯॥
স্থানেষ্বেতেষু যোগী মহাব্রত সুসমাহিতঃ। আত্মনা সূক্ষ্মমাত্মানং যুংক্তে সম্যগ্বিশাম্পতে ॥৪০॥
স শীঘ্রমচলপ্রখ্যং কর্ম্মদগ্ধা শুভাশুভম্। উত্তমংযোগমাস্থায় যদীচ্ছতি বিমুচ্যতে ॥৪১॥

---

লৈপাক্কী মপু, যুধিষ্ঠির। থাউনা থল্লা হাপ্পবা পাত্র (চফু নত্রগা হেক্) অং বু কোক্তা থোন্গত্তুনা থুং থাদোক্তুনা সিডি থাক্ মথং মথংদা মী অতুনা য়াম্না হোংশিন্না পুক্নীং চোইদনা কাখৎ খিদুনা পাউ মরীক অমতা ফাওবা নীকথোকহন্দবদুগুম্না যোগীসু যোগযুক্ত ওইনা আত্মাবু পরমাত্মাদা তিলহল্লি মতম অদুদা যোগীদুগী আত্মা অদু সুমিংকী মতৌগুম্না মসুং মপাঙ্গ পুম্নং লংই ॥৩২—৩৩॥

কুন্তীগী মচানিপা, নিংথৌ অথোইবা! য়াম্না শিংনা তংা তহাদনা হিহোম্বনা ঈথক ঈপোম হৌরবা ঈপাকথক্তা তপ্প তপ্প হি অদুবু হোন্দুনা ঈপাকরাংমা য়ৌখিবদুগুম্না যোগীনা মপালগী হকচাংসিবু থাদোকলম্লগা, তাইবং-ঈপাক রাংমা য়ৌখি— অথোইবা ধর্ম্মবু ফংখি ॥৩৪—৩৫॥

নিপা অথোইবা! ঈচও থৌবা, অকনবা মহারথীবু, য়াম্না হৈশিংবা সারথীনা রথদা শগোলবু পান্শিন্দুনা মথুক্তা চুপ্পী শাজে চেংনা পাংদুনা লাম্লক্ত পুশিনখিদুনা হেক্কববু জয় তৌহনখিবদুগুম্না যোগীনা ভেলগী মতৌগুম্না পান্দম্ফম মপা চুপ্না পাইশিনখিদুনা আত্মাবু পরমাত্মাদা তিলহনখি— সংসার-লানফমদা জয় ওইখি ॥৩৬—৩৭॥

সমাধিগী পাংথৈনা আত্মাবু পরমাত্মাদা লেওননা তিলহনগ্রবা মহাক অহৃদি জন্মজন্মান্তরদা তৌখিবা পাপ পুম্নমক্কী কোক্খিদুনা পাপ তাপ পুম্নংক্না চংবা ওমদ্রবা অথোইবা থুভ-বু ফংখি ॥৩৮॥

তেজ লৈরবা নিংথৌ, যুধিষ্ঠির! যোগসাধনগী ব্রত অসিদা দীক্ষা লৌগ্রবা, পুক্নীং চোইদ্রবা, যোগী মহাক অহৃদি হকচাং মনুংদা লৈবিবা খোয়দো, খৌরী কোক্, থম্মোয়, থবাক্, নাকৃথং, মীৎ, নাকোং নাতেল্ অসিগুম্বা মফমশিং অসিদা ধারণ তনা পীক্রবা কুপ্পবা আত্মাবু চপচানা পরমাত্মাদা তিলহল্লি ॥৩৯—৪০॥ অদুগুম্ব যোগী অদুনা, মহাক্না তৌগে হায়নবু খল্লবদি চিংদুমগুম্না চাউরবা, রাংলরা পাপ-পুণ্যগী কর্ম্ম-মইপ অদুবু থুদক্তা ভস্ম ওইহনবা ঙম্মি। অদুগী তুংদা অতোপ্পা খাইদগী অচেনবা যোগ

যুধিষ্ঠির উবাচ।

আহারান্ কীদৃশানি কৃত্বা কানি জিত্বা চ ভারত। যোগী বলমবাপ্নোতি তৎ ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥৪২॥

ভীষ্ম উবাচ।

কণানাং ভক্ষণে যুক্তঃ পিণ্যাকস্য চ ভারত। স্নেহানাং বর্জনে যুক্তো যোগীবলমবাপ্নুয়াৎ ॥৪৩॥

ভুঞ্জানো যাবকং রূক্ষং দীর্ঘকালমরিন্দিম। একাহারো বিশুদ্ধাত্মা যোগী বলমবাপ্নুয়াৎ ॥৪৪॥

পক্ষান্ মাসানৃতূংশ্চৈত সংবৎসরানহস্তথা। অপঃ পীত্বা পয়োমিশ্রা যোগী বলমবাপ্নুয়াৎ ॥৪৫॥

অখণ্ডমপি বা মাংসং সততং মনুজেশ্বর। উপোষ্য সম্যক্ শুদ্ধাত্মা যোগী বলমবাপ্নুয়াৎ ॥৪৬॥

কামং জিত্বা তথা ক্রোধং শীতোষ্ণে বর্ষমেব চ। ভয়ং শোকং তথা শ্বাসং পৌরুষান্ বিষয়াংস্তথা ॥৪৭॥

অরতিং দুর্জয়াঞ্চৈব ঘোরাং তৃষ্ণাং চ পার্থিব। স্পর্শং নিদ্রাং তথা তন্দ্রীং দুর্জয়াং নৃপসত্তম ॥৪৮॥

দীপয়ন্তি মহাত্মানঃ সূক্ষ্মমাত্মানমাত্মনা। বীতরাগা মহাপ্রাজ্ঞা ধ্যানাধ্যয়ন সম্পদা ॥ ৪৯॥

---

অমনা পুৎমক্তগী লম্হোক্নুনা চংবিবা ওম্মি ॥৪১॥　যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ভরতশাগৈগী সুংডাইননবগী মশক ওইরবা ঈবুধৌ! যোগী হায়বসিনা করম্ করম্বা চীঞ্জাক্ চাদুনা, করি করিবু ওমদুনা যোগশক্তি হায়বসি ফংগ্রিবনো? মাসি ঈবুধৌনা চাম্বিগদুনা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥৪২॥

ভীষ্মনা হায়;— ভারত! চেঙ ফৌগী খপ্লোকথক্; অদুগা, থোইদিং থাউগী থাউথীতনদু জীবিকা ওইরিবা; মী থাউনচিংবা অনপ্পা পোং শীজিন্নদবা অদুগুম্বা যোগীশিংতনা যোগশক্তিবু ফংবা ওম্মি ॥৪৩॥

যেরুবা নমহৎওম্বা! চহী মতম কুইনা, নোংমগী মনুংদা অমুক্তংত যব (ফৌ) কী (য়ামগী) চদুমত্ত চাদুনা তপস্যা তৌরবা মহাক অদুনা যোগশক্তিবু ফংবা ওম্মি ॥৪৪॥

যেরুবা নমহৎওম্বা। চহী মতম কুইনা নোংমগী মনুংদা অমুক্তংত, শঙ্গোম থর য়াঙ্খিম্বা ঈশিংবু থক্নুনা জীবিকা ওইরিবা, অদুগী তুংদা হায়রিবা পোৎশক অসি, সুমিৎ তরামডানগী মনুংদা থক্নুনা লেপ্লিবা, অদুগী তুংদা থা অমগী মনুংদা অদুগী তুংদা ঋতু অমগী মনুংদা, অদুগী তুংদা চহী অমগী মনুংদা হায়রিবা পোৎ-শক অসি চাদুনা যোগসাধন তৌরিবা মী অদুতনা যোগশক্তিবু ফংবা ওম্মি ॥৪৫॥

নিংথৌ! পুনশি চুপ্পা শা ওা চাদনা বিধি ব্রত কাংদনা, ব্রত উপাসনা তৌদুনা মশামক্কী থম্মোয়বু ঈশেং শেংহন্থ্রবা যোগী মহাক অদুতনা যোগশক্তিবু ফংবা ওম্মি ॥৪৬॥　পৃথিবী মপু! নিংথৌ অথোইবা! অপাম্বা, অশাউবা, অঙৈং-অশা, নোংজু নুংশা; অকিবা অরাবা, সুংশাথোর ফুইনা হোনবা, মীওইববু নম্-থাক তৌদুনা নিংহৌহন্গদবা পোৎশক, মীনা হায়বা তাকপা ঈরো লৌদবা, পেন্দবা (পেন্বা হৈতবা), অয়াম্ খৌরাং চাটগন্বা, পাহনীং শোক্লীংগন্বা, তুমগন্বা অদুগা অতন্বা পুৎমক অসি থাদোক্নুনা কম্বিগুম্বা পোৎশক্তা রাগ অমতা থমদ্রবা রাংশবা শেংলবা বুদ্ধিতনা মশাদা তিল্লবা মহাত্মা ওইরবা যোগী অদুনা ধ্যানতনা পীক্রবা কুপ্পবা আত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌই ॥৪৭—৪৯॥

দুর্গস্ত্বেষ মতঃ পন্থা ব্রাহ্মণানাং বিপশ্চিতাম্। যঃ কশ্চিৎ ব্রজতি হ্যস্মিন্ ক্ষেমেণ ভরতর্ষভ ॥৫০॥
যথা কশ্চিৎ কশ্চিৎ বনং ঘোরং বহুসর্পসরীসৃপম্। শ্বভ্রবৎ তোয়হীনঞ্চ দুর্গমং বহুকণ্টকম্ ॥৫১॥
অভক্তমটবীপ্রায়ং দাবদগ্ধমহীরুহম্। পন্থানং তস্করাকীর্ণম্ ক্ষেমেনাভিপতেৎ যুবা ॥৫২॥
যোগমার্গং তথাসাদ্য যঃ কশ্চিৎ ব্রজতে দ্বিজঃ। ক্ষেমেণোপরমেন্মার্গাৎ বহুদোষো হি স স্মৃতঃ ॥৫৩॥
সুস্থেয়ং ক্ষুরধারাসু নিশিতাসু মহীপতে ধারণাসু তু যোগস্য দুঃস্থেয়মকৃতাত্মভিঃ ॥৫৪॥
বিপন্না ধারনাস্তাত নয়তি ন শুভাং গতিম্। নেতৃহীনা যথা নাবঃ পুরুষানর্ণবে নৃপ ॥৫৫॥
যস্তু তিষ্ঠতি কৌন্তেয় ধারণাসু যথাবিধিঃ। মরণং জন্ম দুঃখং চ সুখং চ স বিমুঞ্চতি ॥৫৬॥
নানাশাস্ত্রেষু নিষ্পন্নং যোগেষ্বিদমুদাহৃতম্। পরং যোগস্য যৎ কৃত্যং নিশ্চিতং তং দ্বিজাতিষু ॥৫৭॥
পরংহি তৎব্রহ্ম মহন্মহাত্মন্ ব্রহ্মাণমীশং বরদঞ্চ বিষ্ণুম্ ভবঞ্চ ধর্ম্মঞ্চ ষড়াননঞ্চ যং ব্রহ্মপুত্রাশ্চ মহানুভাবান্ ॥৫৮

---

ভরতশাগেগী অথোইব। বিদ্বান্ ওইবা ব্রাহ্মণশিংনা যোগমার্গসিবু খাইদগী অরুবনি, অম-অমনা হেক্ ওমন্দবনি হায়নৈ। মতৌরগে থল্লবা কনাগুম্বা থরতনা চৎপা ওমৎদবা মার্গনি ॥৫০॥ কনা কনাগুম্বা মরিল মথৌনা লৈবা পাথংশিংনা মহু পুরবা লিল্ খমদি বৃশ্চিকনা থল্লবা, লৈকুৎ, কোম. তিংখংনা থল্লবা, ঈশিং মরীক্ অমা ফাওবা লৈতবা, চৎলুবা চঙশিল্ লাকশিল্লুবা ওমদবা অৎগুম্বা শুক্লবা চাউরবা উমং অমুবু লাম্থোক্নুনা চংখিবা ওম্মি। অদুগা চাকম থককম করিমতা লৈখিদ্রবা, য়েংথোকখিবদা উমংগী উমং-ফুক্তা মথং মথং লৈথ্রবা. লম্মৈনা চাকখিদুনা মৈতাল ওল্লবা পূমকং কংলবা উমক্তনা থল্লবা, চুরান্বা ভাকু নীহাৎপমক্তনা পীক্ থম্না লৈথ্রবা অদুগুম্বা লম নফম অদুবু মরিল লৈবা পাথংনা লাম্থোক্নুনা চংখিবা ওম্মি। মদো অৎগুম্বা কল্লবা যোগমার্গদা চৎতুনা হায়বদি যোগমার্গগী পাম্বৈতনা লুরবা অখিবা ফংলবা বিষয় কয়া কন্নান্ ঈ স্ত্রং থুম চল্লবা যোগশা লৈরবা কল্লবা মরিল লৈদবা যোগীশিংনা লাম্থোক্তুনা চৎখিবা ওম্ম ॥৫১—৫৩॥ পৃথিবীগী মপু। নিংথৌ! থৌরবা ক্ষুরগী মথক্তা কনাগুম্বনা য়ায়া শিংবা মওংদা নীংঙাদনা হীপ্নুনা লৈবা ওম্মি। অদুবু থম্মোর লেংড্রিব, অদুগুম্বা মী কনা অমতনা যোগ-মার্গদা কুইনা লৈবা চংপা ওমদে ॥৫৪॥

ঈবুংঙো! নিংথৌ! হিনাওশাবা হিগোনবা য়াওদবা হিনা যাত্রিকপু ঈপাক য়াংমদা লাম্থোকপা ওমদবগুম্না, লেংড্রবা মশুবা যোগগী ধারণা (সাধনা) না সাধক অদুবু অচুম্বা অশেংবা গতিবু ফংহন্বা ওমদে ॥৫৫॥ কুন্তীগী মচা! নিংথৌ যুধিষ্ঠির! যোগসাধনগী বিধি নিয়ম কান্দনা যোগমার্গদা চৎপ্রবা মী মহাক অহুদি পোকপা শিব, অদু মুংঙাইদনচিংবা অফা-অপূন্ পূম্নমক্তগী নাম্থোকপা ওম্মী ॥৫৬॥

শাস্ত্রী নিয়ম বিধি কয়দনা তৌনবা যোগগী নিয়ম পূম্বসে এনা মঙোন্দা লীরবনি। যোগ-সাধনগী ককৃথিবা (লেপ্পথিবা) নিয়ম মহাম অসে দ্বিজাতি (ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য) শিংগীদমক্তনি, হায়-বদি— যোগসাধন তৌবদা দ্বিজাতিশিংতগী অধিকার লৈ ॥৫৭॥ পূর্ণচেল চাউরবা! নিংথৌ! যোগসিদ্ধ

তমশ্চ কষ্টং সুমহৎ রজশ্চ সত্ত্বং বিশুদ্ধং প্রকৃতিং পরাঞ্চ।
সিদ্ধিঞ্চ দেবী বরুণস্য পত্নী তেজশ্চ কৃৎস্নং সুমহচ্চ ধৈর্য্যম্ ॥৫৯॥
তারাধিপং খে বিমলং সতারং বিশ্বাংশ্চ দেবানুরগা পিতৃংশ্চ।
শৈলাংশ্চ ঘোরা কৃৎস্নানুদধীংশ্চ ঘোরান্ নদীশ্চ সর্ব্বাঃ সবনান্ ঘনাংশ্চ ॥৬০॥
নাগান্ নগান্ যক্ষগণান্ দিশশ্চ গন্ধর্ব্বসংঘান্ পুরুষান্ স্ত্রিয়শ্চ।
পরস্পরং প্রাপ্য মহান্মহাত্মা বিশেত যোগী ন চিরাৎ বিমুক্তঃ ॥৬১॥
কথা চ চেয়ং নৃপতে প্রসক্তা দেবে মহাবীর্য্যমতৌ শুভেয়ম্।
যোগী চ সর্ব্বানভিভূয়মর্ত্ত্যান্ নারায়ণাত্মা কুরু তে মহাত্মা ॥৬২॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
যোগবিধৌ পঞ্চনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২৯৫॥

——:(+):——

ওইরবা মহাত্মাশিংনা, মথোয়না তৌগে হায়নবু খল্লবদি বিষয়-বন্ধন পুন্নমক্তগী নাম্বোক্তখিহনা পরব্রহ্ম—পরমাত্মাগী স্বরূপ ( মশক মওং ) বু ফংবা ওস্মি। যোগীনা যোগগী শক্তিনা, ভগবান্ ব্রহ্মা, বয় পীনহৈবা বিষ্ণু, মহাদেব ( রুদ্র ), ধর্ম্ম, মমায় ডরুক্রোওবা কার্ত্তিকেয়, ব্রহ্মাগী পুক্চেল চাউরবা সনক, সনন্দনচিংথা ঋষিশিং, অরাবা পীরহৈবা তমোগুণ, পাক্ চাউরবা রজোগুণ, মূল প্রকৃতি, বরুণগী লোয়নবী সিদ্ধিদেবী, জগত্তা হেক্ লৈরিবা তেজগী মচী পূর্ণরূপ, মশক-মওং নাইরবা ধৈর্য্য ( তপথবা কৌবা লাই ), মকৃত্রবা থরান্-মিচাকশিংগী মপুরোয়বা থা, বিশ্বেদেবশিং, চাউর-চাউরবা লিল্ ( নাগ ), নোংদোম্বক্তা পাইহনা লৈরিবা পিতৃলোকশিং, চীঙ পুন্নমক্কী ময়োল ওইরবা চীঙজাউ, অকিবগী মশক ফংলবা ঈথক ঈপোমমনা থল্লবা সমুদ্র ঈপাক, তুরেল পুন্নমক্কী মপে, বন, নোং শামু, রাং চাউরবা উপাম্ব, যক্ষ-রক্ষ, মায়গৈ পুম্বা, গন্-ধর্ব্বশিং, মতীক্ মগুণ চাউরবা, নিপা-নুপী ·· হায়রিবা পূন্নমক অমুগী মমুংদা মহাক্না অপাম্বা অমগী মমুংদা হেক্তা চঙখিবা ওস্মি ॥৫৮—৬১॥

নিংথৌ! চাংজো ন'ইত্রবা পাঙ্গল ( শক্তি ) অমদি জ্ঞান বুদ্ধিনা তিল্লবা পরমাত্মাগা মরী লৈনবা রা পুন্নমক অসি প্রসঙ্গগী মতুংইন্না ঐনা নঙোন্দা লীরবা অসিনি। যোগসিদ্ধ ওইরবা মীনা, অতৈ তাইবংমী পুন্নমক্তগী রাংনা লৈরবা থাক্ অমুদা লৈরিবা নারায়ণগী স্বরূপপু ফংবা ওস্মি। মশাগী সঙ্কল্প অমুতনা জগৎকী অনৌবা থৃংশেম অমা কাওবা শেম্বা ওস্মী ॥৬২॥

মফম অসিদা, শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংথা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা চনী-মরিফুতরামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৯৫॥

——:(ঞ্চ):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ষণ্ণবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( সাংখ্যযোগগী সাধন অতুগা মরি )

### চনীমরিফুতরাতরুকুশুবা অধ্যায়

——:(০):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

সম্যক্ ত্বয়ায়ং নৃপতে বর্ণিতঃ শিষ্টসম্মতঃ। যোগমার্গো যথান্যায়ং শিষ্যায়েহ হিতৈষিণঃ ॥১॥

সাংখ্যেত্বিদানীং কাৎস্ন্যের্ণ বিধিং প্রব্রূহি পৃচ্ছতে। ত্রিষু লোকেষু যজ্‌জ্ঞানং সর্ব্বং তৎ বিদিতং হি তে ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ।

শৃণু মে ত্বমিদং সূক্ষ্মং সাংখ্যানাং বিদিতাত্মনাম্। বিদিতং মতিভিঃ সর্ব্বৈঃ কপিলাদিভিরীশ্বরৈঃ ॥৩॥

যস্মিন্ন বিভ্রমাঃ কেচিৎ দৃশ্যন্তে মনুজর্ষভ গুণাশ্চ যস্মিন্ বহবো দোষহানিশ্চ কেবলা ॥৪॥

জ্ঞানেন পরিসংখ্যায় সদোষান্ বিষয়ান্ নৃপ। মানুষান্ দুর্জয়ান্ কৃৎস্নান্ পৈশাচান্ বিষয়াংস্তথা ॥৫॥

যুধিষ্ঠিরনা বংঙি,— ঈবুধৌ ! ঈবুধৌদি ঐগী কান্নবতা থনবিব মীশক অমনি। ঈবুধৌনা ঈবুধৌগী শিষ্য ওইজরিবা ঐগী ইকমদা, জ্ঞানী ওইবশিংগী মতকী মতুংইন্না যোগমার্গগী মরম পূন্নমক অসি তাকখিরে। হৌজিক ঐনা হংজনীংলিবদি সাংখ্যযোগগী মরমদনি। অতুনা, ঈবুধৌনা সাংখ্যযোগগী মরমদা থয় হায়-বিয়ু। লোক অহুম্মক্তা লৈরিবা জ্ঞান পূন্নমক ঈবুধৌদা লোইনা লৈয়ে হায়বসি থজৈ ॥১—২॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির ! আত্মাগী তত্ত্ব মুম্ম খঙলবা, সাংখ্যশাস্ত্রগী বিদ্বান্‌শিংগী কুপ্পবা বিচারশিং অদো ঐ হায়গে তাও সাংখ্যশাস্ত্র হায়বসি, ঈশ্বরমক্কী মনুং চন্নবা, হায়বদি— ঈশ্বরমক্কি হায়বা খারবা কপিল ভগবান্‌নচিংবা যতি করান। হৌদোকখিবনি ॥৩॥ নিংথৌ। সাংখ্য হায়বা শাস্ত্রসিগী মনুংদা হায়-রিবা পূন্নমক অসি অরান্‌বগী শরুক অমতা য়াওথিল্লবনি। শাস্ত্র অসিদা গুণগী গুণমক্তনি, দোষগী শরুক অমতা য়াওথিদ্রবনি ॥৪॥ য়াঙাও-হৈবগী মনুংদা অথোইবা ! নিংথৌ যুধিষ্ঠির ! অহুগুম্বা মী মহাক অহুনা মশাগী জ্ঞানগী পাঙ্গৈতনা তাইবংমী হিংচা-য়াইতম্বা, যক্ষ রক্ষ, গন্ধর্ব্ব, পিতৃলোক, শা-উচেক, লাওজা, মক্কংকী মপৈ, রাজর্ষি, ব্রহ্মর্ষি, অসুর, বিশ্বেদেব, দেবর্ষি, যোগী, প্রজাপতি, অসি-ভ নত্তনা ব্রহ্মামক্কী তৌরিবা থবক বিষয় পূন্নমক দোষ থয়াদ লৈবমক্তনি, অসুম হায়না খঙতুনা, তাইবংমীগী চপচানা মপুং

রাক্ষসান্ বিষয়ান্ জ্ঞাত্বা যক্ষাণাং বিষয়াং স্তথা। বিষয়ান্ উরগান্ জ্ঞাত্বা গান্ধর্বান্ বিষয়াং স্তথা ॥৬॥
পিতৃণাং বিষয়ান্ জ্ঞাত্বা তির্য্যক্ষু চরতাং নৃপ। সুপর্ণবিষয়ান্ জ্ঞাত্বা মরুতাং বিষয়াংস্তথা ॥৭॥
রাজর্ষিবিষয়ান্ জ্ঞাত্বা ব্রহ্মর্ষিবিষয়াংস্তথা। আসুরান্ বিষয়ান্ জ্ঞাত্বা বৈশ্বদেবাং স্তথৈব চ ॥৮॥
দেবর্ষিবিষয়ান্ জ্ঞাত্বা যোগিনামপি চেশ্বরান্ প্রজাপতীনাং বিষয়ান্ ব্রহ্মণো বিষয়াংস্তথা ॥৯॥
আয়ুষশ্চ পরংকালং লোকে বিজ্ঞায় তত্ত্বতঃ। সুখস্য চ পরং তত্ত্বং বিজ্ঞায় বদতাং বর ॥১০॥
প্রাপ্তে কালে চ যৎ দুঃখং সততং বিষয়ৈর্বিণাম্। তির্য্যক্ষু পততাং দুঃখং পততাং নরকে চ যৎ ॥১১॥
স্বর্গস্য চ গুণান্ কৃৎস্নান্ দোষান্ সর্ব্বাংশ্চ ভারত। বেদবাদেঽপি যে দোষা গুণা যে চাপি বৈদিকাঃ ॥১২॥
জ্ঞানযোগে চ যে দোষা গুণা যোগে চ যে নৃপ। সাংখ্যজ্ঞানে চ দোষাস্তথৈব চ গুণা নৃপ ॥১৩॥
সত্ত্বং দশগুণং জ্ঞাত্বা রজো নবগুণং তথা। তমশ্চাষ্টগুণং জ্ঞাত্বা বুদ্ধিং সপ্তগুণাং তথা ॥১৪॥
ষড়্গুণং চ মনো জ্ঞাত্বা নভঃ পঞ্চগুণং তথা। বুদ্ধিং চতুর্গুণং জ্ঞাত্বা তমশ্চ ত্রিগুণং তথা ॥১৫॥
দ্বিগুণং চ রজো জ্ঞাত্বা সত্ত্বমেকগুণং পুনঃ; মার্গং বিজ্ঞায় তত্ত্বেন প্রলয়ে প্রেক্ষণে তথা ॥১৬॥
জ্ঞানবিজ্ঞানসম্পন্নাঃ কারণৈর্ভাবিতাঃ শুভাঃ। প্রাপ্নুবন্তি শুভং মোক্ষং সূক্ষ্মা ইব নভঃ পরম্ ॥১৭॥
রূপেণ সংযুক্তং ঘ্রাণং গন্ধগুণেন চ। শব্দে সক্তং তথা শ্রোত্রং জিহ্বা রসগুণেন চ ॥১৮॥

ক্ষানা তম্মকপা পুনর্শি, অদুগা, মাদুগী তত্ত্বব্ মুন্না খঙলিবা, অদুগা— অতোপ অতোপ্পা বিষয়শিংবু জান্নবদা, মতম মতমগী মতুংইন্না অরাবা-মুংঙাইবা অসিনচিংববু ফংলিবসিগী তত্ত্বব্ মুন্ন খঙলিবা, স্বর্গ অমদি বেদ শ্রুতিশিং অসিগী গুণ দোষ পুম্নমকপু খঙদোক্লুনা, হায়বদি— জগৎ সংসার অসিদা দোষগী শরুক য়াওবা পোৎশক অমতা লৈতে হায়বসি হায়না খঙদোক্লগা জ্ঞানযোগ সাংখ্যযোগনচিংবা যোগমার্গদা লৈরিবা গুণ দোষ পুম্নমক অসিবুসু খঙলিবা, অদুগা অসিতসু নত্তুনা হে ভরত নন্দন! সত্ত্বগুণগী গুণ তরা, রজোগুণগী গুণ মাপল, তমোগুণগী গুণ নিপাল, বুদ্ধিগী গুণ তরেৎ, পুক্নীং ( মন ) গী গুণ তরুক্, আকাশগী গুণ মঙা, মখোয় অসিসু শরুকলগা বুদ্ধিগী অতোপ্পা গুণ মরি, তমোগুণগী অতোপ্পা অহুম, রজঃ গুণগী অতোপ্পা অনী অদুগা সত্ত্বগুণগী অতোপ্পা গুণ অমা লৈরিবসিবু খঙলগা আত্মাবু ফংমনবা খঙনবা লম্বীবু অদুগা প্রকৃতিগী প্রলয়বু, চংশানা খঙলবা অদুগুম্না জ্ঞান বিজ্ঞানমা তিন্নবা মখোয় অদুনা, অদুগা, অয়ান্বা খুত্তম ফংনবগী সাধন ঙাইরবা থম্মোয় পুম্নমক শুদ্ধ হোমজলগী মশক ওইরবা সাংখ্য-যোগীশিং অদুনা পীক্লবা পঞ্চভূতকী মশক ওইরব মোক্ষপদবীবু ফংই ॥৫—১৭॥

মীৎ হায়বা ইন্দ্রিয় অসি রূপ কৌব গুণনা তিন্নিবনি। নাতোন কৌবা ইন্দ্রিয় অসিনা মনম ( গন্ধ ) হায়বা বিষয় অদুগা ময়ম লৈনরিবনি। নাকোং হায়বা ইন্দ্রিয় অসিনা শব্দ-তদা পুক্নীং চঙদুনা লৈরিবনি। লৈ ( জিহ্বা ) কৌবা ইন্দ্রিয় অসিনা রস ( মহাও ) তদা ময়ী লৈনরিবনি ॥১৮॥

তন্মুং স্পর্শে তথা সক্তাং বায়ুং নভসি চাশ্রিতম্। মোহং তমসি সংযুক্তং লোভমর্থেষু সংশ্রিতম্ ॥১৯॥
বিষ্ণুং ক্রান্তে বলে শক্রং কোষ্ঠে সক্তং তথানলম্। অপ্সু দেবীং সমাসক্তামপস্তেজসি সংশ্রিতাঃ ॥২০॥
তেজো বায়ৌ তু সংসক্তং বায়ুং নভসি চাশ্রিতম্। নভো মহতি সংযুক্তং মহৎ বুদ্ধৌ চ সংশ্রিতম্ ॥২১॥
বুদ্ধিং তমসি সংসক্তা তমোরজসি সংশ্রিতম্। রজঃ সত্ত্বে তথাসক্তং সত্ত্বং সক্তং তথাহত্মনি ॥২২॥
সক্তমাত্মানমীশে চ দেবে নারায়ণে তথা। দেবং মোক্ষে চ সংসক্তং মোক্ষং সক্তং তু ন কচিৎ ॥২৩॥
জ্ঞাত্বা সত্ত্বগুণং দেহং বৃত্তং ষোড়শভির্গুণৈঃ। স্বভাবং চেতনাং চৈব জ্ঞাত্বা দেহসমাশ্রিতে ॥২৪॥
মধ্যস্থমেকাত্মানং পাপং যস্মিন্ ন বিদ্যতে। দ্বিতীয়ং কর্ম্ম বিজ্ঞায় নৃপতে বিষয়ৈষিণাম্ ॥২৫॥
ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থাংশ্চ সর্ব্বানাত্মনি সংশ্রিতান্। দুর্লভত্বং চ মোক্ষস্য বিজ্ঞায় শ্রুতিপূর্ব্বকম্ ॥২৬॥
প্রাণাপানৌ সমানং চ ব্যানোদানৌ চ তত্ত্বতঃ। অধশ্চৈবানিলং জ্ঞাত্বা প্রবহং চানিলং পুনঃ ॥২৭॥

---

উন্‌শা হায়বা ইন্দ্রিয় অসিনা স্পর্শ ( শোকপা ) কৌবা গুণ অসিতদা লুপ্ত্না লৈ। মত্তৌ অসুম্না বায়ু ( নুংশিৎ ) গী আশ্রয়না আকাশ, মোহ ( শুঙ্কাংপা ) গী আশ্রয়না তমোগুণ, লোভগী আশ্রয়না রস, পঙ্কনচিংবা অসিনা ওইরি ॥১৯॥

গতিগী আশ্রয়না বিষ্ণু, বল ( পাঙ্গল ) গী আশ্রয়না ইন্দ্র, উদর ( পুক্ ) গী আশ্রয়না অগ্নি ( মৈ ) অত্রগা পৃথিবী ( লৈপাক ) গী আশ্রয়না ঈশিংনা ওইরি। ঈশিংগী আশ্রয়না তেজ ( মৈ ), তেজগী আশ্রয়না বায়ু, বায়ুগী আশ্রয়না আকাশ, আকাশগী আশ্রয়না মহত্তত্ত্ব, মহত্তত্ত্বগী আশ্রয়না অহংকার, অহঙ্কারগী আশ্রয়না বুদ্ধিনি। অসুম্না মথং মথং আশ্রয় লৌনরিবনি ॥২০—২১॥

বুদ্ধিগী আশ্রয়না তমোগুণ, তমোগুণগী আশ্রয়না রজোগুণ, রজোগুণগী আশ্রয়না সত্ত্বগুণ, সত্ত্বগুণনা জীবাত্মাগী আশ্রয় লৌহ্না লৈ। জীবাত্মাগী আশ্রয়না ভগবান্ নারায়ণনি। ভগবান্ নারায়ণগী আশ্রয়না মোক্ষনা ওই। মোক্ষগী করিগুম্বা আশ্রয় অমতা লৈতে। মহাক্কি মশাগী মহিমাদা অশ্রয় লৌহ্না লৈ। পূম্নমক অসিবু মুন্না খঙলগা, সত্ত্বগুণবু পুক্নীংগা য়াওনা ইন্দ্রিয় তরামাথোই, প্রাণ অপানচিংবা থরায়-নুংশিৎ মঙা; হায়রিবা গুণ তরাতরুক অসিনা কোয়শিন্দুনা থম্লিবা পীক্রবা কূপ্পবা হক্চাং অহুবু, অত্তুগা, হকচাংসিগী আশ্রয় লৌহ্না লৈরিবা স্বভাব অমদি চেতনাবু মুন্না খঙগদবনি। নিংথৌ। করিগুম্বা পাপ অমদি দোষগী লেশমাত্র য়াওদ্রবা জীবাত্মাসি হকচাংসিগী মনুংদা থম্মোয়গী মশক ওইরবা গুকা মনুংদা লৈরিবনি হায়বসি মুন্না খঙগদবনি। বিষয় লালসাবু থম্লিবা, মীওইবগী কর্ম্ম হায়বসি জীবাত্মা অসিদগী তোঙানবা তত্ত্ব অমনি। মাসিবু য়াম্না মুন্না খঙজিন্দুনা থম্মু ২২—২৫॥

ইন্দ্রিয়শিং অহুনা ইন্দ্রিয়গী বিষয় পূম্নমক অসি হকচাং অসিগী মনুংদা অহুম লৈরিবনি। মোক্ষ—( অরান্‌বা খুত্থম ) হায়বসি য়াম্না তাঙবনি, পাক্ হেক্ ফংদবনি। হায়রিবা পুম্নমক অসি বেদবু নীওথিনা নিয়ম নাইনা তম্লগা নৈনরগা খঙদোক্কদবনি ॥২৬॥ প্রাণ, অপান, সমান, উদান, ব্যান হায়রিবা মঙা

সপ্তবাতাং স্তথা জ্ঞাত্বা সপ্তধা বিহিতান্ পুনঃ। প্রজাপতীনৃষীংশ্চৈব বহূন্ বরান্ ॥২৮॥
সপ্তর্ষীংশ্চ বহূন্ জ্ঞাত্বা রাজর্ষীংশ্চ পরন্তপ। সুরর্ষীন্ মহতশ্চান্যান্ ব্রহ্মর্ষীন্ সূর্য্যসন্নিভান্ ॥২৯॥
ঐশ্বর্য্যাচ্চাবিত্তান্ দৃষ্ট্বা কালেন মহতা নৃপ। মহতাং ভূতসংঘানাং শ্রুত্বা নাশং চ পার্থিব ॥৩০॥
মতিং চাপ্য শুভান্ জ্ঞাত্বা নৃপতে পাপকর্ম্মিণাম্। বৈতরণ্যাং চ যৎ দুঃখং পতিতানাং যমক্ষয়ে ॥৩১॥
যোনীষু চ বিচিত্রাসু সংসারানশুভাং স্তথা। জঠরে চাশুভে বাসং শোণিতোদকভাজনে ॥৩২॥
শ্লেষ্মমূত্রপুরীষে চ তীব্রগন্ধসমন্বিতে। শুক্রশোণিতসংঘাতে মজ্জাস্নায়ুপরিগ্রহে ॥৩৩॥
শিরাশতসমাকীর্ণে নবদ্বারে পুরেঽশুচৌ। বিজ্ঞায়হিতমাত্মানং যোগাংশ্চ বিবিধান্ নৃপ ॥৩৪॥
তামসানাং চ জন্তূনাং রমনীয়াবৃতাত্মনাম্। সাত্ত্বিকানাং চ জন্তূনাং কুৎসিতং ভরতর্ষভ ॥৩৫॥

---

অসি প্রাণবায়ু মওানি। মখারোমদা হুমথ— শীথবা বায়ুনা তরুক্শুবা, মথক্রোমদা শীৎকংপা— প্রবহ হায়বা মুংশিং অদুনা তরেৎশুবনি। হায়রিবশিং অসিগী অমমম্গী মখল তরেৎ তরেৎ লৈরি। অদুনা, পূরপা মুংশিং নিক্রমাপন্নি। প্রজাপতি কয়া কয়া: ঋষি কয়া কয়া, অদুগা মুক্তি ফংননবগী লম্বী কয়া কয়া লৈরিবনি। পূন্নমক অসি মুন্না খঙজনা থমকন থোকই ॥২৭—২৮॥

পৃথিবীগী মপূ নিংথৌ! মতীক মগুণ চাউরবা, পাক চাউরব কাল (মতম) হায়বদুগী থৌইল্-শিল্লগী তাইবং মীওইববু মাগী ঐশ্বর্য্য সম্পত্তিদগী অমুক অমুক থোক্ থোক্ নাম্বহল্লি। আকাশ, বায়ু-নচিংবা চাউর চাউরবা পঞ্চমহাভূতশিং অসিবু কাল কৌবা লাই অদুনা অমুক্'মুক্ মূথংলিবনি। পূন্নমক অসিবু উরগা তারগা পাপকর্ম্ম তৌরিবা পাপীশিং অদুনা কত্রবা গতিবু ফংতি। যমপুরদা চৎথিদুনা বৈতরণী তুরেন্দা অরাবা থুদোংথীবা ফংলুগদবা পূন্নমক অদুবুস্ত মুন্না খঙজিন্দুনা থমগদবনি ॥৩০—৩১॥

থরায় পান্বা জীবশিং অসিনা মখল মখা অয়াম্বা অঙক অঙকপা যোনি (পোকফম) দা চঙ চঙদুনা পোকতবা তারিবনি। ঈ-নাই, খী-মুংগী তুংনফম শেংদ্রবা মাংলবা নাওয়োম মন্নুংদা চঙঙ্ব— লৈরুবা তারিবনি। হায়রিবা হকচাং অসিগী মন্নুংদা লোক্, নপ্ মুং থীনচিংবা থন্না লৈরিবনি। নমথিয়বা মনন্না থল্লবা খোয়রী-নাউরীমক্তনা থন্না লৈরি। হায়রিবশিং অসিমক রজ (মুপীগী ঈ), বীর্য্য (নিপাগী লিঙ্গদগী থোরক্লপা ঈ) অনীগী পূল্লপক্নী মপৈস্তনি। মসিগী মন্নুংদা লু-তোং শিংলিগী মপৈ মপৈ লৈরি। শিংলি-নাউরী চাম-চামনা থুরক্ হাওদনা লৈরিবনি। হকচাং অসিদা মীং নাকোং, নাতোম্নচিংবা থোং মাপল্ লৈ। অসিওম্না তুক্কচরবা মফম অসিদা শেংলবা জীবাত্মানা লৈবা তারিবনি। নিংথৌ! পূন্নমক অসিবু খঙলগা তাগ্গা, হন্থনা মীৎ উইশিন্না থন্নগা, থোইদোক্ন শেংলবা আত্মাদুবু ফংননবগীদমক্তা মখল মখা অয়াম্বা যোগসাধনবু তৌদুনা লৈফম থোকই ॥৩২—৩৪॥

ভরতশাগেগী অথোইবা! তামস, রাজস, সাত্ত্বিক জীব মখল অদুম অসিগী আত্মজ্ঞানী মহাত্মাশিংনা

গর্হিতং মহত্তামর্থে সাংখ্যানাং বিদিতাত্মনাম্। উপপ্লবাং স্তথা ঘোরান্ শশিনস্তেজস স্তথা ॥৩৬॥
তারাণাং পতনং দৃষ্ট্বা নক্ষত্রাণাং চ পর্যয়ম্। দ্বন্দ্বানাং বিপ্রযোগং চ বিজ্ঞায় কৃপণং নৃপ ॥৩৭॥
অন্যে ন্যভক্ষণং দৃষ্ট্বা ভূতানামপি চাশুভম্। বাল্যে মোহং চ বিজ্ঞায় ক্ষয়ংদেহস্য চাশুভম্ ॥৩৮॥
রাগে মোহে চ সম্প্রাপ্তে ক্বচিৎ সত্বং সমাশ্রিতম্। সহস্রেষু নরঃ কশ্চিন্মোহবুদ্ধিং সমাশ্রিতঃ ॥৩৯॥
দুর্লভত্বং চ যো ক্ষমা বিজ্ঞায় শ্রুতিপূর্ব্বকন্। বহুমানমলব্ধেষু লব্ধেমধ্যস্থতাং পুনঃ ॥৪০॥
বিষয়াণাং চ দৌরাত্ম্যং বিজ্ঞায় নৃপতে পুনঃ। গতাসূনাং চ কৌন্তেয় দেহান্ দৃষ্ট্বা তথাশুভম্ ॥৪১॥
বাসং কুলেষু জন্তুনাং দুঃখং বিজ্ঞায় ভারত। ব্রহ্মঘ্নানাং গতিং জ্ঞাত্বা পতিতানাং সুদারুণাম্ ॥ ২॥

উৎলিবা দোষ অদুনুস্তু খণ্ডসম থোকই ॥৩৫॥ নিংথৌ! শাথিরবা উপদ্রব, চন্দ্রগ্রহণ, সূর্য্যগ্রহণ, থরান্-মচাকশিংনা নোংমদোন্তগী নাম্থদুনা তারকপা., গ্রহ নক্ষত্রশিংনা কাহু কারন্ চৎনরকপা, য়াম্না চান্নরম্বা হুংশিনরম্বা মতৈ মনাপনা অরাবগী মশক ফংনা কায়নরকপা, পুন্নমক অসিবু মুন্না য়েংশিল্লগা, তন্থ পুন্নমক খণ্ডদোক্লগা আত্ম (মশা) গী কান্নবা ওইজব মঙ্গল ওইবা লম্বী থিহৌগদবনি ॥৩৬---৩৭॥

সংসারগী জীব নিবশিং অসিগী মঙ্গংদা অমগমগা কা-ফাহুনা চাথোক্লরি। মাসিমক কয়াদা তম্থীরবা থোদোক অমনো! তৌনরিবা অসোমদগু মুন্না য়েংশিল্লু। অঙাং ওইরিঙৈদনা জ্ঞান ঈতা তাদনা ঈশুম্ শুনহুৎহুনা লৈরম্বে। অহল ওইরক্লবা, হনুরক্লবা মতমদনা মহা অমঙ্গলগী মশক ওইরবা কীবমমক্তা ওই-রাক্লি অশাউবগা শুনহুৎলগা, অনাশিনা লাকপা মতমদা হকচাং অসিগী মহুং মপালদা দোষ মথল মথল পোক্লক্লি। তৌরিবা ওইরিবা থোদোক খিবিক অসিবু উরুরগা কনা কনাগুম্বগীনা সত্বগুণ অহু লাকপা য়াওরি। মাসিমক মঙ্গনরি জীব অাং ঙশিং লিশিং অসিগী মঙ্গংদা কনা কনাগুম্বা থরভনা পুন্নমক অসিদগী লাম্থোক্লবা হায়বাদি অরানবা থুঙম কংনবা হোৎনৈ ॥৩৮ ৩৯॥

বেদ শাস্ত্রগী পাঞ্চা অমদি উপদেশশিং অসিবু মুক্তিবু পাক্ ফংঙমদবসিবু খঙলহুনা, অপাম্বা পোৎ-শকপু ফংজ্র ফাওবদা মাক্লিবা লৈরিবা অবস্থা অহুবু থাইনা মিন্দা তৌরুদনা স্বাগত তৌগনি। অনিত্য ওইবা ফংনবা পোৎ ফাউরবসু মাদোমদা থোইনা হকচিন্না পুক্নীং লুপশিল্লুরোই দৌবনি। উদাসীন ওইদুনা মাদোমদা হৈনিংলুদনা লৈথোক্লদবনি ॥৪০॥

নিংথৌ! শব্দ স্পর্শ রসনচিংবা বিষয়শিং অসে অরাবা হায়বহুগী মশক ওাক্তনি। মাসে, মঙম পূম্বনা কাওদনা থনগাবেমক্তনি কুন্তী-নন্দন! যুধিষ্ঠির! জীবাত্মা মাওত্রবা হকচাংদা ওইরক্লিবা অকিবগী মশক ফংনা অমঙ্গল ওইরবা মতৌশিংবু অহুগা হঙ্গোইনফম ওইরবা তুকচরবা মশক্তুবু মুন্না চনীং তানা য়েংগদৌবান ॥৪১॥ ভরতকুলগীগী মুংডাইনীংঙাইগী মশক ওইরবা। থরায়ানবা জীবশিংগী মমদা (ইমুংদা) লৈবা হায়বাসনক অরাবগী মশকনি, মাসি য়াম্না মুন্না কুপ্পা থর্থাজিল্লু। ব্রহ্মহত্যা তৌরবা, ধর্ম্ম-কর্ম্মদা অা লৈথা তারবা মীশিংগীসু মহাদুর্গতি অমা শোয়দনা থোক্লবনি হায়বসিমা খঙগদববনি ॥৪২॥

সুরাপানে চ সক্তানাং ব্রাহ্মণানাং দুরাত্মনাম্। গুরুদারপ্রসক্তানাং গতিং বিজ্ঞায় চাশুভাম্ ॥৪৩॥
জননীষু চ বর্ত্তন্তে যে চ সম্যগ্ যুধিষ্ঠির। স দেবকেষু লোকেষু যেন বর্ত্তন্তি মানবাঃ ॥৪৪॥
তেন জ্ঞানেন বিজ্ঞায় গতিং চাশুভকর্ম্মণাম্। তির্য্যগ্‌যোনিগতানাং চ বিজ্ঞায় গতয়ং পৃথক্ ॥৪৫॥
বেদবাদাং স্তথা চিত্রানৃতূণাং পর্য্যবাং স্তথা। ক্ষয়ংসংবৎসরাণাং চ মাসানাং চ ক্ষয়ং তথা ॥৪৬॥
পক্ষক্ষয়ং তথা দৃষ্ট্বা দিবসানাং চ সংক্ষয়ম্। ক্ষয়ং বৃদ্ধিং চ চন্দ্রস্য দৃষ্ট্বা প্রত্যক্ষত স্তথা ॥৪৭॥
বৃদ্ধিং দৃষ্ট্বা সমুদ্রাণাং ক্ষয়ং তেষাং তথা পুনঃ। ক্ষয়ং ধনানাং দৃষ্ট্বা চ পুনর্বৃদ্ধিং তথৈব চ ॥৪৮॥
সংযোগানাং ক্ষয়ং দৃষ্ট্বা যুগানাং চ বিশেষতঃ। ক্ষয়ং চ দৃষ্ট্বা শৈলানাং ক্ষয়ং চ সরিতাং তথা ॥৪৯॥
বর্ণানাং চ ক্ষয়ং দৃষ্ট্বা ক্ষয়ান্তং চ পুনঃ পুনঃ। জরামৃত্যুং তথা জন্ম দৃষ্ট্বা দুঃখানি চৈব হ ॥৫০॥
দেহদোষাং স্তথা জ্ঞাত্বা তেষাং দুঃখং চ তত্ত্বতঃ। দেহবিক্লবতাং চৈব সম্যগ্ বিজ্ঞায় তত্ত্বতঃ ॥৫১॥
আত্মদোষাংশ্চ বিজ্ঞায় সর্ব্বানাত্মনি সংস্থিতান্। স্বদেহাদুত্থিতাং গন্ধাং স্তথা বিজ্ঞায় চাশুভান্ ॥৫২॥

---

ময়াই ক্ষাবা য়ু-নচিংবা থকপা চাবা মীশিংগী অদুগা ওঝা গুরুশিংগী লোয়নবীদা নত্তবা লমচৎ চৎলুব-শিংগী ওস্থোক্লা শাথিরবা পোল্লোই লাকপনি হায়বসিমা কাউগনু। মাসিগী মরমদা য়াম্না কূপ্না নৈনৌ ॥৪৩॥

যুধিষ্ঠির! মমা মপাগী অমদি দেবতাশিংগী মফমদা, অদুগা, জীব পুম্নমক্কী মফমদা ব্যবহার কায়না চৎলিবশিং অদুগী পোল্লোই অমা অমাবগী মশাক্নি। লৈখাতাবা মপোক্লা পোল্লগদবনি হায়বসি, উরিবা—শা ওানচিংবগী মপোক অমদি, উরিবা ফীবমশিং অসি উবগা থাজগদবনি। শা উচেকশিং অসিগী তোওান্ তোওান্বা গতিশিং অসিগী মথক্তা য়াম্না কূপ্না বিচার তৌগদবনি ॥৪৪—৪৫॥

ঋগ্ সামনচিংবা বেদশিংগী বচননা তোওান্ তোওান্না লৈরিবা, ঋতুশিংনা ম ং মথং ওস্থে ক-ওনশিন্ তৌরিবা, চহী চহোল পক্ষ-চিংবনা ওন্ন ওন্ননা লাক্লিবা চৎপ্রিবা অসি য়াম্না কূপ্না বিচার তৌগ-দবনি। থা অমগী মঙুংদা চন্দ্রমানা হেনগৎলক্লিবা হন্থরক্লিবসি থুমিৎ থুংগী প্রত্যক্ষ ওইনা উনরি। সমুদ্র-শিংগী জ্বার-ভাটানচিংবসি প্রত্যক্ষ ওইনা উনরি। ইমাক্থুনবশিংনা মূখরকপা, মূখরম্বদগী অমুক চাওখৎ-লকপা অসি তত্তনা উনরি। পুম্নমক অসি উবগা তুমিন্না য়েংহুনা লৈগদবা নত্তে। পুম্নমক অসি উবগা নপাগী ক্ষরি তৌকম থোকপগে হায়বত্থ থম্নহৌগদবনি। তৌগদবদু থুনা য়াওনা লেপ্নহৌগদবনি ॥৪৬—৪৮॥

সংযোগ ( ভিমব ) শিংগী, যুগশিংগী, চীঙ-মান্ তুরেলশিংগী ওহরবসু ওইরম্লিবা, ওইংক্ ওইরকশিবা মওং ফীবমশিং অসি মুম য়েংশিল্লু। অরেম্বদা পংউং উংপা নত্তে। বর্ণ ( মহেক, জাতি ) শিংগী ওইরকপা লোইশিন্থিবা মওংশিং অসি মুম য়েঙু। জন্ম মৃত্যু, জরাবস্থাশিংগী ওহরিবা পারিবর্ত্তন অসি থয়েঙু ॥৪৯—৫০॥ হকচাংদা লৈরিবা দোষশিং অসিবু থওদোক্লনা মথোয়শিংসিদগী পোক্লকদবা অরাবা থুদোংথীবশিং অদুবুসু থওদোকদৌবনি। হকচাংদা লৈরিবা অরাবা চোকথবশিং অসিবুসু মুম্না খঙগদবনি ॥৫১॥

নপাগী হকচাংদা লৈরিবা দোষশিং অদুসু নপাগীনি। নপাগী হকচাংদগী থোরক্লিবা নমথীরবা মনমশিং

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কান্ স্বগাত্রোদ্ভবান্ দোষান্ পশ্যন্ত্যমিতবিক্রম। এতন্মে সংশয়ং কৃৎস্নং বক্তুমর্হসি তত্ত্বতঃ ॥৫৩॥

ভীষ্ম উবাচ।

পঞ্চ দোষান্ প্রভো দেহে প্রবদন্তি মনীষিণঃ। মার্গগা কাপিলাঃ সাংখ্যাঃ শৃণু তানরিসূদন ॥৫৪॥

কাম ক্রোধৌ ভয়ং নিদ্রা পঞ্চমঃ শ্বাস উচ্যতে। এতে দোষাঃ শরীরেষু দৃশ্যন্তে সর্ব্বদেহিনাম্ ॥৫৫॥

ছিন্দন্তি ক্ষময়া ক্রোধং কামং সঙ্কল্পবর্জনাৎ। সত্ত্বসংসেবনান্নিদ্রামপ্রমাদাৎ ভয়ং তথা ॥৫৬॥

ছিন্দন্তি পঞ্চমং শ্বাসমল্পাহারতয়া নৃপ ॥৫৭॥

গুণান্ গুণশতৈর্জ্ঞাত্বা দোষান্ দোষ শতৈরপি। হেতূন্ হেতুশতৈশ্চিত্রৈশ্চিত্রান্ বিজ্ঞায় তত্ত্বতঃ ॥৫৮॥

অসিবু তাম্বগা খঙলগা, মাদোমদা মিরক্ত ওইগদবনি, হায়রদি,— হৈনীংঙোইদবনি ॥৫২॥ * যুধিষ্ঠির হায়,— পাজল লৈরিবা, থৌনা ফৰা ঈবুধো। ঈবুধোগী রাখন্দা হকচাংসিদা লৈরিবা দোষশিংসি করি কম্বিনি হায়নদি খুন্‌বিবগে? ঐগী চিংনরিবা পুম্বসে ঈবুধোনা অমুক্তা কোকহনবিয়ু ॥৫৩॥

ভীষ্মনা হায়;— যেক্লবা ঙম্বা নিংথৌ। কপিলসাংখ্যমত-চৎপা জ্ঞানীশিংনা তাক্‌পা হকচাংদা লৈরিবা দোষশিং অসি করি কম্বিমো হায়বত্থ হায়গে মুম্ম তাও ॥৫৪॥

কাম (অপাম্বা), ক্রোধ (অশাউবা), ভয় (অকিবা), নিদ্রা (উইবা, তুম্বা), নোংশাশোর হায়রিবা দোষ মঙা অসি তাইবংমী খুদিংমক্কী হকচাংদা লৈ ॥৫৫॥

সংপুরুষ ওইবশিংনা, অশাউববু ঙাক্‌পিহৈবা গুণনা, অপাম্বা হায়বত্থবু সংকল্প থাদোকপনা নিদ্রাবু সত্ত্বগুণ শীজিন্নবতনা, অকিববু গুঙ্কংপা অমদি জ্ঞান ঙাদবা হায়বত্থবু থাদোকপা, নুংশাশোরগী দোষবু খজিক খজিক্ত চাং নাইনা চাবা হায়বত্থনা মাঙহনগদবনি ॥৫৬॥

নিংথৌ! ভরতশাপৈগী মুংঙাইহন্নবগী মশক ওইরবা। সাংখ্যশাস্ত্রগী বিদ্বান্ মহাজ্ঞানীশিংনা, গুণ চাম চামনা গুণ চাম চামবু, দোষ চাম চামনা দোষ চাম চামবু, তোঙান্ তোঙান্‌বা হেতু (মরম) চাম-

* হকচাংসিদা মহুম শাহ্ননা লৈরম্লিবা, লৈরিবা দোষ (কন্তবশিং অসি মীকুপ খুদিংগী প্রত্যক্ষ ওইনা উরি। কন্নবা নম্‌থীরবা মনম পুরবা লোক্-তিন্নচিংবা মীকুপ খুদিংগী থোরক্লিবা হুমাংনচিংবা অতুগা থী-মুংনচিংবশিং অসিদা পুণ্যগন্ধ অমতা য়াওদে। প্রকৃতিগী অহান্‌বা খুৎশেমদা লৈপাক (মৃত্তিকা) অসিদা পুণ্যগন্ধ ত য়াও-রম্মী। মতুংদা কাম ক্রোধ লোভমচিংবা অসিগা তিন্নহুনা চাথিবা রাজসিক তামসিক চিন্তাকগী দুর্গন্ধশিং অসি পোকথিবনি। মাসিবু কুপ্পা লৈনরপ্পা, মথোয় অসিদা বৈরাগ্যভাব থমহুনা, কন্নবা নম্‌থীরবা হকচাং (সংসার) সিদগী মুক্ত ওইননবা— লাম্ভোকখিনবা উপায় অহু আত্মা মা মথন্তনা খঙহৌগদবনি। মাহু নঙ্কবদি— মাসিদা অসুম হৈনপ্রবদি, নমথীরবা লোক্ তিন্না থল্লবা কোম্মনচিংবদা লৈবা হৈনবা তীল-কাঙগী দেহদা আত্মা অসি চঙখিবা য়াই। (কালাচাঁদ)

অপাং ফেনোপমং লোকং বিষ্ণোর্মায়াশতৈর্বৃতম্। চিত্রভিত্তিপ্রতীকাশং নলসারমনর্থকম্ ॥৫৯॥
তমঃ শ্বভ্রনিভং দৃষ্ট্বা বর্ষবুদ্বুদসংনিভম্। নাশপ্রায়ং সুখাদ্ধীনং নাশোত্তরমিহাবশম্ ॥৬০॥
রজস্তমসি সম্মগ্নং পঙ্কে দ্বিপমিবাবশম্। সাংখ্যাঃ রাজন্ মহাপ্রাজ্ঞাস্ত্যক্ত্বা স্নেহং প্রজাকৃতম্ ॥৬১॥
জ্ঞানযোগেন সাংখ্যেন ব্যাপিনা মহতা নৃপ। রাজসান্ শুভান্ গন্ধাংস্তামসাংশ্চ তথাবিধান্ ॥৬২॥
পুণ্যাংশ্চ সাত্ত্বিকান্ গন্ধান্ স্পর্শজান্ দেহসংশ্রিতান্। ছিত্ত্বাশু জ্ঞানশস্ত্রেণ তপোদণ্ডেন ভারত ॥৬৩॥
ততো দুঃখোদকং ঘোরং চিন্তাশোক-মহাহ্রদম্। ব্যাধিমৃত্যুমহাগ্রাহং মহাভয়মহোরগম্ ॥৬৪॥
তমঃকূর্ম্মং রজোমীনং প্রজ্ঞয়া সংতরন্ত্যুত। স্নেহপঙ্কং জরাদুর্গং জ্ঞানদ্বীপমরিন্দম ॥৬৫॥
কর্ম্মাগাধং সত্যতীরং স্থিতব্রতমরিন্দম। হিংসাশীঘ্রমহাবেগং নানারস সমাকরম্ ॥৬৬॥
নানাপ্রীতিমহারত্নং দুঃখজ্বরসমীরণম্। শোকতৃষ্ণামহাবর্ত্তং তীক্ষ্ণব্যাধি-মহাগজম্ ॥৬৭॥

---

চামা লিশিং লিশিংনা হেত্নু চাম চামবু ওবগা লোয়ননা থণ্ডলগা খাইমক্তী শীনথুংবা জ্ঞানগী পাম্বৈনা সংসারবু অত্থগা সংসারগী বিষয়শিং অসিবু, ঈশিংদঃ ওহাক্ ওহাক্ তাউরম্বা কোঙ্গোন্গী মতৌগুম থুংবা মাণ্ডলগদবা বিষ্ণুমায়া লিশিংনা কুপশিল্লবা, ফক্লাংদা হকুপা নপ্পা লাইগী মূর্ত্তিগুম্নবা তৌ যেন্দোনচিংবা পাম্বীগী মতৌ-গুম্না মচি ওইবা করিমত্তা য়াওদবা, অমম্বনা থল্লবা কোম্ লৈথুনগী মতৌগুম্না অকিবকংনা শূন্য-মমলবা, বর্ষাঋতুগী ঈশিংদা তাউবা কেঙ্গোনগী মতৌগুম্না, মীকুপ্ত কায়ত্নগনবা মুংতায়নীডাইগী শরুক করিমত্তা য়াও-দ্রবা অত্তোপ্পা অমঃ নজগা অমগী মথা পোন্দুনা তাক্ লৈরবা, মীকুপ খুদিংগী মাণ্ডথরক্লিবা লৈথোমদা পুথ্রক্লিবা শামুগী মতৌগুম্নবা, তুমিংচুপ্পা রজোগুণ তমোগুণতদা লুপ্পুনা লৈরিবনি হায়না থগু ॥৬৩—৬৭॥

খেক্লবা হাংগুম্বা। নিংথৌ যুধিষ্ঠির! অকিবগী মশক ওইরবা তাইবং-ঈপাক্পু সিদ্ধ যতি (যোগী) শিংনা প্রজ্ঞা (বুদ্ধি)গী মশক ওইরবা হিগত্তা তোংদুনা লাম্থোক্লুনা চংনখি। হাংরিবা ঈপাক্ (সমুদ্র) অসিদি অরাবা মথল মথলনা ঈশিং ওইনা পীক্ থম্ব লৈ। অচৌ অচৌবা চিন্তানা লৈরায়নঃ হায়জিন্ হায়জিন্না লৈরবা কেজুং অমমগী মশকনি। মথল মথা অয়াম্বা রোগ (লায়না) অমদি মৃত্যু (শিব) না ঈপাক্ অসিগী ঈপুংদা লৈরবা চাউরু চাউরবা কুম্ভীরনচিংবা অচৌ অচৌবা জন্তু ওইনা লৈ। অকিম্বা চিংনবা যিপাইবা ক্ষয়া কয়ানা সত্রুত অসিদা লৈরিবা চাউরু চাউরবা লিল্ ওইরি। তমোগুণনা থেজুনি, রজোগুণনা ঙা মচা মচা ওইনা ঈপুং অসিদা শাত্রতুনা লৈ। মুংশিনবানা হায়বতনা সমুদ্র লৈথাগী লৈথোম্ ওইতুনা লৈরি। অহল ওইরকপা— শোম্বরকপা হায়বতুনা ঈপাক অসিবু লাম্থোক্লবদা অংনবা য়েথায়বা অক্লবা অমমম্ ওইনা লৈরি। জ্ঞান হায়বতুনা ঈপাকসুংসিদা লৈবা ঈথৎ অমমম্ ওইনা লৈরি। মথল মথা অয়াম্বা কর্ম্মশিংতনা ঈপাক অসিগী মপামইদনা লুবা হায়বত্থ ওইরি। সত্য (অচুম্বা) হায়বতুনা ঈপাক্ অসিগী মপান্ (চাংজো) ওইতুনা লৈরি। নিয়ম ব্রতনচিংবনা সমুদ্র অসিগী ওহাক্ ওহাক্ মবুক্ ভগ্ন লৈবা হায়বত্থ ওইরি। হিংসানা ঈপাক অসিগী শাকু কল্লবা ঈচেল ওইরি। অথুম্বা অয়াক্পনচিংবা

অস্থিসংঘাতসংঘট্টম্ শ্লেষ্মফেনমবিলম্। দানসঙ্খাকরং ঘোরংশোণিতহ্রদবিক্রমম্ ॥৬৮॥
হসিতোৎক্রুষ্টনির্ঘোষং নানাজ্ঞানসুদুস্তরম্। রোদনাশ্রুমলক্ষারং সঙ্গত্যাগপরায়ণম্ ॥৬৯॥
পুত্রদারজলৌকৌঘং মিত্রবান্ধবপত্তনম্। অহিংসাসত্যমর্যাদং প্রাণত্যাগমহোর্ম্মিণম্ ॥৭০॥
বেদান্তগমনদ্বীপং সর্ব্বভূতদয়োদধিম্। মোক্ষদুর্লভবিষয়ং বাড়বাসুখসাগরম্ ॥৭১॥
তরন্তি যতয়ঃ সিদ্ধাঃ জ্ঞানযানেন ভারত। তীর্ত্বাতিদুস্তরং জন্ম বিশন্তি বিমলং নভঃ ॥৭২॥
অত্র তান্ সুকৃতীন্ সাংখ্যান্ সূর্য্যো বহতি রশ্মিভিঃ। পদ্মতন্তুবদাবিশ্য প্রবহন্ বিষয়ান্ নৃপ ॥৭৩॥

---

মহাও ( রস ) মথল মথলনা থল্লা লৈরিবা অত্তুগুম্বা সমুদ্রনি। অমগমগা সুংশিনবা চাম্নবা হায়বসিনা ভাইবং ঈপাক অসিগী ঈনুং মথাদা লৈরবা মমল য়াম্নবা মহাশঙ্খমক্তনি। থম্মোয়দা চাক্পা, নীংঙমদবা, হায়বঙ্কনা ভাইবং ঈপাক অসিগী অকোয়নদা শীংপা সুংশিংনি। অরাম্ থৌরাংবা হায়বঙ্কনা ঈপাক্ অসিগী মাথৈগে মরিদা কাত্নু কারন পাইরিবা গোইমু কুরাকুচিংবা ওইরি। কল্লবা অ্যাধি ব্যাধি কয়া কয়ানা ঈপাক্ মঙুং অসিদা লৈবা চাউর চাউরবা ঈশিং-শামু ওইরি। তাঙ্কনা লৈরিবা শরু ভাঙ্গ মপৈ মপৈনা সমুদ্র-অসিগী মপান্ মপান্দা শেম্বা ঘাট ওইরি। লোক্না কোঙ্গোল্লি। দান তৌবা হায়বঙ্কনা সমুদ্র অসিদা লৈবা মোত্তিনচিংবা ওইরি। ঈনা কোন্নুং কেন্সুত্তা লৈবা পোত্তালনচিংবা ওইরি। হরাও হুংভাইবগী নোক্-খেবা, অরাবা খুদোংথীবগী লাউ খোংবনা ঈপাক অসিগী ঈথক্ ঈপোম্ চৌবগী খোল্লাও ওইরি। ভাইবংমী অমাগী অজ্ঞান ( পত্তথবা, জ্ঞান ভাংদবা ) অদুতনা ঈপাক্ অসিগী লান্থোক্নবা হায়বদুমক্ ওইরি। থরায় হুংভাইতনা কল্পদগী ভারক্পা মিনা ঈপাক্ অসিগী করিগুম্বা মফমগী ঈশিংগী য়াক্লবা থুমহিগী শঙ্কক অদু ওইরি। সংসারগী বিবাহো অমসুং ধম্মদনা তৌবা ত্যাগ ( থাদোক্পা ) অদুতনা ঈপাক্নুংদা লৈবা গুরাক্ মালাক্ পোত্থানমম দীপ মচা মচা অদু ওইরি। মুনী অদুগা অমসুং হকিনা চেঙ্ চেঙ্ চংতুনা লৈবা ভীন্না কাকৃকৈমক্ত ওইরি। চাকবা গ্রাম মপাংশিংদুনা সমুদ্রগী ময়া ( মনাক্ ) দা লৈবা নগর মচা ওইরি। অহিংসা সত্য অনীনা ঈপাক্ অসিগী লাম্বা ফংবা চাংজো ( ভমৈথ ) ওইরি। থল্লায়বু থাদোক্ক-রকপনা ঈপাক্ অসিগী রাং চাউরবা ঈথক্ ওইরি। বেদান্ত উপনিষদ ময়ামনা ঈন্নুংদা তাউদুনা লৈবা ঈথং অমমম্ ওইরি। জীবপানবা পুমনমক্কী মফমদা থৌজালহৈবা হায়বদুনা মবুক্ তম্নবা ঈশিংগী শঙ্কক ওইরি। মোক্ষ ( অনন্দবা ) হায়বদুনা ঈপাক্নুংদা— থা থেথানা লৈবা মমল য়াম্নবা মনিমুত্তা হায়বদু ওইরি। থম্মোয় শক্লা রবা সন্তাপনা ঈপাক্ অসিগী ঈনাংদা চাক্লকপা— ভাম্থোরক্পা বাড়বানল হায়বা মৈ অদু ওইরি। হে ভরত-নন্দন! অসিগুম্বা ঈপাক্ অসিবু লাম্থোক্লবা মী অদু আকাশগী মশক ওইরবা লাংবা নক্লবা পরব্রহ্মগী নাক্তা থৌনি; অদুগা পরব্রহ্মাত্মক্কী মঙুংদা চঙথিদুনা অমত্তা ওইথ — তিনথি ॥৬৪—৭১॥ নিংথৌ, যুধিষ্ঠির! পুণ্যচেন্নবা সাংখ্যযোগী সিদ্ধপুরুষশিং অদুবু মথাগী মশেক্-মত্তামগী পাদৈতনা মখোয়দা চংশিন্দুনা লৈরবা সূর্য্যদেবনা, অর্চি কৌবা মার্গদা চংথিদুনা ব্রহ্মলোকত

ততস্তান্ প্রবহো বায়ুঃ প্রতিগৃহ্লাতি ভারত। বীতরাগান্ যতীন্ সিদ্ধান্ বীর্য্যযুক্তাং তপোধনান্ ॥৭৪॥
সূক্ষ্মঃ শীতঃ সুগন্ধী চ সুখস্পর্শশ্চ ভারত। সপ্তানাং মরুতাং শ্রেষ্ঠো লোকান্ গচ্ছতি যঃ শুভান্।
স তান্ বহতি কৌন্তেয় নভসঃ পরমাং গতিম্ ॥৭৫॥
নভো বহতি লোকেশ রজসঃ পরমাং গতিম্। রজো বহতি রাজেন্দ্র সত্ত্বস্য পরমাং গতিম্ ॥৭৬॥
সত্ত্বং বহতি শুদ্ধাত্মন্ পরং নারায়ণং প্রভুম্। প্রভুর্বহতি শুদ্ধাত্মা পরমাত্মানমাত্মনা ॥৭৭॥
পরমাত্মানমাসাদ্য তদ্ভূতায়তনামলাঃ। অমৃতত্বায় কল্পন্তে ন নিবর্ত্তন্তি বা বিভো ॥৭৮॥
পরমা সা গতিঃ পার্থ নির্দ্বন্দ্বানাং মহাত্মনাম্। সত্যার্জবরতানাং বৈ সর্ব্বভূতদয়াবতাম্ ॥৭৯॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

স্থানমুত্তমমাসাদ্য ভগবন্তং স্থিরব্রতাঃ। আজন্মমরণং বা তে স্মরন্ত্যুত নবানঘ ॥৮০॥
যদত্র তথ্যং তন্মে ত্বং যথাবদ্বক্তুমর্হসি। ত্বদৃতে পরুষং নান্যং প্রষ্টুমর্হামি কৌরব ॥৮১॥

---

পুথিনবগীসমক মথকথংবা মরোলদা, থম্বাল মথোক্পা পীক্রবা মখুন্দা ঈশিংবু চিঞ্জিংপহুগুম্বা ব্রহ্মালোকতা পুথংখি ॥৭৩॥　মতম অমদা প্রবহ কৌবা নুংশিৎ ( বায়ু দেবতা ) না সংসারগী বিষয়দা রাগ করিমত্তা য়াওব্রবা শক্তি পুম্বনা তিন্নবা সিদ্ধপুরুষশিং অদুবু সূর্য্যদেবতাগী মশাক্কী অধিকারগী পরিকরদা লৌশিল্লি ॥৭৪॥
ভরতনন্দন! কুন্তীগী মচা যুধিষ্ঠির! কূপ্পবা, পীক্রবা, ঈংলবা, মনম্ নুংশিরবা, হকচাংদা য়৹বদা নুংঙাইহনবগী মশক ওইরবা, বায়ু ( নুংশিৎ ) অমংকী মরুৎদা খ্বাইদগী ফেন্না বাগৎবতানা মঙ্গলগী মশক ওইরবা লোকতা পুথি: মঙ্গলগী মশক ওইরবা সাংখ্যযোগীশিংবু আকাশতা থাক্লা থুহন্নি ॥৭৫॥
নিংথৌ! আকাশ কৌবা দেবতানা সাংখ্যযোগীশিং অদুবু রজোগুণগী অয়োইবা থুভম ফাওবা পুথংখি। হায়বদি — তেজতগী মশক ওইরবা বিদ্যুদ্দেবতানা মখোযবু সত্ত্বগী য়াকলবা থাক্ হায়নবা শ্রীনারায়ণগী ধামদা পার্ষদশিংনা লৌশিন্নবা হোংনৈ। থম্মোয় শেংলবা যুধিষ্ঠির! সত্ত্বগুণনা তিন্নবা মখোয় অদুবু ভগবান্ শ্রীনারায়ণগী নাক্ত লৈরিবশিং অদুনা নারায়ণমক্কী নাক্তা য়৹হন্নি। নিংথৌ! অদুগুম্বা মহাত্মাশিং অদুবু ভগবান্ নারায়ণ মশামক্না পরংব্রহ্ম পরমাত্মাদা চিংহন্নি। পরমাত্মাগা অমত্তা ওইমিন্নখিহ্না অমৃত ( শিদবা ) ওইখিহ্না মখোয় অদু পোক্পা-শিবগী সংসারসিদা অমুক হন্না লাক্তে। কুন্তীনন্দন! অনী থোক্পগী য়াথঙগী নাপ্পাকত্রবা, সত্যবাদী ( অচুম্ব-ত গাওবা ), পুকচেল শেংবা, জীবপান্না থিনিকপু চপ মান্না নুংশিবা অদুগুম্বা মীশিংতনা অথোইবা ধামনু ফংবা ওন্নি ॥৭৫—৭৯॥
যুধিষ্ঠিরনা হায় — পাপকী শরক য়াওদ্রবা ইনুখৌ! অথোইবা ব্রত ভাক্লিবা, অকনবা তপস্যা তৌগ্রিবা মহাত্মা ওইরবা সাংখ্যযোগীশিং অদুনা, ভগবান্ নারায়ণগী অথোইবা থুভমবু ফংগ্রবা তুংদা হেক্ পোক্পদগী শিবা ফাওবদা তৌগ্রিবা থোকখ্রিবা থৌদোক্শিং অদু নিংশিংবরা? হায়বদি — মুক্ত ওইবগী অবস্থাদা ফাওবদা মমাংতগী তৌখিবা পুম্বদু নিংশিংলব্রা? অসিনি ঐনা হংজরিবা অসি। মাসি চপচানা ভজেং-

মোক্ষে দোষো মহানেষ প্রাপ্য সিদ্ধিং গতানৃষীন্। যদি তত্রৈব বিজ্ঞানে বর্ত্তন্তে যতয়ঃ পরে ॥৮২॥
প্রবৃত্তিলক্ষণং ধর্ম্মং পশ্যামি পরমং নৃপ। মগ্নস্য হি পরে জ্ঞানে কিং নু দুঃখতরং ভবেৎ ॥৮৩॥

ভীষ্ম উবাচ।

যথান্যায়ং ত্বয়া তাত প্রশ্নঃ পৃষ্টঃ সুসঙ্কটঃ। বুধানামপি সম্মোহঃ প্রশ্নেঽস্মিন্ ভরতর্ষভ ॥৮৪॥
অত্রাপি তত্ত্বং পরমং শৃণু সম্যঙ্ময়েরিতম্। বুদ্ধিশ্চ পরমা যত্র কাপিলানাং মহাত্মনাম্ ॥৮৫॥
ইন্দ্রিয়াণ্যেব বুধ্যন্তে স্বদেহে দেহিনাং নৃপ। কারণান্যাত্মনস্তানি সূক্ষ্মঃ পশ্যতি তৈস্তু সঃ ॥৮৬॥
আত্মনা বিপ্রহীনানি কাষ্ঠকুড্যসমানি তু। বিনশ্যন্তি ন সন্দেহঃ ফেনা ইব মহার্ণবে ॥৮৭॥
ইন্দ্রিয়ৈঃ সহ সুপ্তস্য দেহিনঃ শত্রুতাপন। সূক্ষ্মশ্চরতি সর্ব্বত্র নভসীব সমীরণঃ ॥৮৮॥

---

ত্তশংনা তাকৃপিয়ু। কুরুশাগৈগী অথোইবা ঈবুধো! ইংজরিবা রাকম অসি ঈবুধো নওনা কনা অমম্তনা খুম্না ওম্মরোই ॥৮০—৮১॥ সিদ্ধাবস্থাদা চত্তখ্রবা, হায়বদি— সিদ্ধ ফংখ্রবা ঋষিশিংগী মখোয়গী মোক্ষগী লম্বীদস্যু দোষ খরা লৈবা উই। মাতুদি করিনো হায়বদা— মোক্ষ (অন্নানুবা খুত্তম) ফংলে হায়রকাওবদা মতি ঋষিশিং অদুনা মখোয়গী তোঙানবা জ্ঞানগী লম্বী অমদা অদুম মচংলি, হায়বদি— মখোয়ত্তুদস্যু হান্নগী মওংলো নৈ, অদুম মনীংশিংলি। অদুনদি ঐগী মততাদ প্রবৃত্তিমার্গনা অথোইবনি। মুক্তাবস্থাদা অতোপ্পা জ্ঞানগী বিষয় অমা লৈত্রে হায়রবস্যু অতোপ্পা থাক্তদগী হেনবা জ্ঞানগী পরিকর মসুংদা চত্তখিবনা বিশেষ ওইবা জ্ঞান অমদা অমুক লৈবে' মাসিদগী হেন্না বাবা করি অয়ুক লৈগদগে? ॥৮২—৮৩॥

ভীষ্মনা হায়,— ভরতশাগৈগী অথোইবা! নহাক্না ওস্তেক্কা পুরবা বাহং অমা ঐস্তোন্দা হংলে। নহাক্না হায়রোয়ক্লিবা রাকম অসিগী নৈনবদা হৈশিংবা জ্ঞানীশিংস্যু মেন্দাকম শওদ্রিবনি। ॥৮৪॥

হায়রিবা বিষয় অসিদা থাক্তদগী লুরবা তত্ত্ব অমা লৈ। ঐ মাহু নভোন্দা হায়গে মুম্না তাও। কপিল ভগবান্না তাক্লম্বা সাংখ্যশাস্ত্রগী মতুংইন্না চংপা মহাত্মাশিং অদুনা রাকম অসিদা ব্লারেপ অমা তানখি। ॥৮৫॥ যুধিষ্ঠির! দেহ (হকচাং) অসিবু পুরিবা জীব থুদিংমক্কী ইন্দ্রিয়শিং অসি মাগী মাগী তোঙান্ তোঙানবা বিষয়দু উশি, অনুভব তৌরি। হায়বদি— মশা মশাদা ফাওরি। মখোয় শাসন তোঙান্ তোঙানবা ... হেক্ ... সাওচল্লি। মরুমদি শীকখ্রবা কুপ্পবা আত্মা অসনা ইন্দ্রিয়শিংসিগী ... মসাংগী বিষয়শিং অসিদু ... অদুগা মখোয় লৈরি হায়বদু আত্মা মশাক্না উংলি ॥৮৬॥

পাক্লবা ঈশাক্কা ... উথংলম্বা কোঙ্গে লাশিংনা হেক্ হেক্ লুপখিদুনা মাওথিবত্তগুম্না জীবাত্মানা থাদোকপিরম্বা ইন্দ্রিয়শিং অসি মাগী মাগী প্রেরকশিদা চত্তশিনুখি, মাসিদা করিমত্তা চিংনিজ্ঞাই লৈতে ॥৮৭॥

... শত্রুতাপন! ... হকচাং সিবু পুরিব জীবশিংনা ইন্দ্রিয়শিংসিগা লোয়ননা তুমথখিবা ... হকচাং (সুক্ষ্মগী ... অহ আকাশদা ভাউদুনা লৌরবা ফুংশিংকী মতোগুম্না মকম পুম্নমক্তা পুমথো চৌরুই, হায়বদি— মত মতত্তি ॥৮৮॥

স পশ্যতি যথান্যায়ং স্পর্শান্ স্পৃশতি বা বিভো। বুধ্যমানং যথাপূর্ব্বমখিলেনেহ ভারত ॥৮৯॥
ইন্দ্রিয়াণীহ সর্ব্বাণি স্বে স্বে স্থানে যথাবিধি। অনীশত্বাৎ প্রলীয়ন্তে সর্প হতবিষ ইব ॥৯০॥
ইন্দ্রিয়াণাং তু সর্ব্বেষাং স্বস্থানেষ্বেব সর্ব্বশঃ। আক্রম্য গতয়ঃ সূক্ষ্মাশ্চরত্যাত্মা ন সংশয়ঃ ॥৯১॥
সত্ত্বস্য চ গুণান্ কৃৎস্নান্ রজসশ্চ গুণান্ পুনঃ। গুণাংশ্চ তমসঃ সর্ব্বান্ গুণান্ বুদ্ধেশ্চ ভারত ॥৯২॥
গুণাংশ্চ মনসশ্চাপি নভসশ্চ গুণাংশ্চ সঃ। গুণান্ বায়োশ্চ ধর্ম্মাত্মং স্তেজসশ্চ গুণান্ পুনঃ ॥৯৩॥
অপাং গুণাং স্তথা পার্থ পার্থিবাংশ্চ গুণানপি। সর্ব্বাত্মনৈব গুণৈ র্ব্যাপ্য ক্ষেত্রজ্ঞেষু যুধিষ্ঠির ॥৯৪॥
মনোঽনুযাতি ক্ষেত্রজ্ঞং কর্ম্মণী চ শুভাশুভে। শিষ্যা ইব মহাত্মানমিন্দ্রিয়াণি চ তং প্রভো ॥৯৫॥
প্রকৃতিং চাপ্যতিক্রম্য গচ্ছত্যাত্মানমব্যয়ম্। পরং নারায়ণাত্মানং নির্দ্বন্দ্বং প্রকৃতেঃ পরম্ ॥৯৬॥
বিমুক্তঃ পুণ্যপাপেভ্যঃ প্রবিষ্টস্তমনাময়ম্। পরমাত্মানমগুণং ন নিবর্ত্ততি ভারত ॥৯৭॥
শিষ্টং তত্র মনস্তাত ইন্দ্রিয়াণি চ ভারত। আগচ্ছন্তি যথাকালং গুরোঃ সন্দেশকারিণঃ ॥৯৮॥

---

ভরতশাগেগী মুংঙাইনবগী মশক ওইরবা! জাগ্রত অবস্থদা হায়বদি—তুমদনা হৌগত্তুনা ভাইবংদা লৈবা মতমদা য়েংবা শোক্পা তাবা অতুগুম্না স্বপ্নবস্থাদসু মাতুগা চংমান্না য়েংব শোক্পনচিংবা থবক্ অদু অদুম মতৌই। হায়রিবা আসগী মনুংগী রা দ— জীব অসিনা মতদসু বিষয় পুন্নমকপু জাগ্রত্তাবস্থাদা লৈবা অতুগুম্না অদুক্তব অদুম মতৌই ॥৮৯॥

অদুদগী সুষুপ্তি অবস্থাদা, হায়বদি— তুম্খুল হুন্দ-। তুম্বগী মতমদা ইন্দ্রিয়শিং অসি বিষয়জ্ঞান পুন্ন-মক্তা কন্নিমতা তৌবা ওমদনা মহু মরৈ য়াওত্রবা লিল্গুম্না তুমিন্না হীক্থহ্নুনা মাগী মাগী মফমদা লেংদনা লৈথি ॥৯০॥ তুম্মিখৈ — মত মতভিতৈ মতমদা, ইন্দ্রিয়শিং অসি মাগী মাগী মফমদা মখোয়সু তুম্খুল হুন্দ-থিবগুম তুমিন্ তুমিন্ তাহুনা লৈথি মতমসদ জীবাত্মানা, ইন্দ্রিয়শিং অদুগী গতবু খিংহুনা মথক্ত পীক্লবা বিষয়শিংদা কোয়চন চত্তুনা লৈ। হায়রিবা ৱাফম অসিদা কান্মত্তা চংননাংঙাই লৈত্রবনি ॥৯১॥

ভরতনন্দন! ভরতশাগেগী মুংঙাইনবগী মশক ওইরবা যুধিষ্ঠির! পরব্রহ্ম পরমাত্মানা, সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক গুণ অহুম্, বুদ্ধি মন (পুক্নীং) আকাশ বায়ু (নুংশিৎ) তেজ (মঙাল, মৈ ঈশিং লৈপাক হায়রবশিং আসিগী গুণ পুন্নমকপু অদুগ মখোয়সি নত্তবা অতৈ পেং পুন্নমমকপুসু মশাগী গুণশিং অদুগী পান্বনা শীনখ্হুংনা কুপ্সুনা জীবাত্মাশিং অদুদা শীনখ্হুনা লৈ। নিংথৌ! শিষ্যনা গুরুগী মতুং ইন্দুনা চৎপগুম্, পুক্নীং, ইন্দ্রিয়শিং, অফ ফত্ত কর্ম্মশিং অদুসু জীবাত্মাগী মতুং ইন্দুনা চংলি। জীবাত্মা অসিনা— প্রকৃতি অমদি ইন্দ্রিয়শিংবু লাম্হোক্নুনা চৎথিবা মতম অদুমক্তদা জীব অসিনা অমাঙ অতা কৈত্রবা, অদুম ওইবা, নারায়ণগী মশক ওইরবা পরংধাম অদু বু ফংত্তি। মতম অদুদা জীবাত্মা অসি অনী-থোক্পগী রাথন্দগী (মায়াদগী) লাম্হোক্থি ॥৯২—৯৬॥

ভরতলাগৈদা পোক্পা নিংথৌ! পাপ-পুণ্যদগী রাংমা লানগ্রবা সাংখ্যযোগীনা মত্তৌ অসুমনা

শক্যং চাল্পেন কালেন শান্তিং প্রাপ্তুং গুণার্থিনা। এবমুক্তেন কৌন্তেয় যুক্তজ্ঞানেন মোক্ষিণা ॥৯৯॥
সাংখ্যা রাজন্ মহাপ্রাজ্ঞা গচ্ছন্তি পরমাং গতিম্। জ্ঞানেনানেন কৌন্তেয় তুল্যং জ্ঞানং ন বিদ্যতে ॥১০০॥
অত্র তে সংশয়ো মা ভূজ্জ্ঞানং সাংখ্যং পরং মতম্। অক্ষরং ধ্রুবমেবোক্তং পূর্ণং ব্রহ্ম সনাতনম্ ॥১০১॥
অনাদি মধ্য নিধনং নির্দ্বন্দ্বং কর্ত্তৃ শাশ্বতম্। কূটস্থং চৈব নিত্যং চ যৎ বদন্তি মনীষিণঃ ॥১০২॥
যতঃ সর্ব্বাঃ প্রবর্ত্তন্তে সর্গপ্রলয়বিক্রিয়াঃ। যচ্চ শংসন্তি শাস্ত্রেষু বদন্তি পরমর্ষয়ঃ ॥১০৩॥
সর্ব্বে বিপ্রাশ্চ দেবাশ্চ তথা শমবিদো জনাঃ। ব্রহ্মণ্যং পরমং দেবমনন্তং পরমচ্যুতম্ ॥১০৪॥

---

লাম্লোক্থবদা নির্গুণ নির্বিকার ওইরবা, হায়বদি— পীক্পা চাউবনচিংবা গুণশিং অসি মাওত্রবা, মশক হোংবা লৈত্রবা পরমাত্মাদা চঙখি, অদুগা মহাক পোকপা শিবগী সংসারদা অমুক হল্লকখিদ্রে ॥৯৭॥

ভরতনন্দন যুধিষ্ঠির! মথৌ অদুম্না জীবন্মুক্ত ওইরবা মী মহাক্ অদুগী আত্মাদি পরমাত্মাদা অদুম্ মতিল্লক্লে। অদুবু নহান্নুবী মপোক্কী লোইনবরুপা কর্ম্মগী মহৈনা হকচাংশিংনা লৈরিমখৈদি পুক্নীংগা ইন্দ্রিয়-শিংগা মখোয়সিতদি অদুম্ মরোয়ৌরে। গুরুগী য়াথংবু ওাক্পা শিষ্যশিংগী মতৌগুম্না মত চানা হন্জং হন্না চঞ্জনা লৈ ॥৯৮॥

কুন্তীনন্দন! ঐনা হায়রিবা অসিগুম্বা জ্ঞান অসিনা তিল্লবা, সংসারগী অপ্নানবা খুৎভমবু পাঞ্জরবা। হুমিৎচুম্না আধ্যাত্মিক ওইবা উন্নতি (চাওখৎপা) দু পাল্লিবা মখোয় অমত্তনা পরমশান্তিবু ফংদা ওন্মি। কুন্তী কুমার! নিংথৌ যুধিষ্ঠির! মহাজ্ঞানী ওইরবা সাংখ্যযোগীশিংতমা অসিগুম্বা অথোইবা গতি অসিতবু ফংবা ওন্মি। হায়রিবা সাংখ্যজ্ঞান অসিতনা অতৈ অতোপ্পা জ্ঞানদগী হেল্লি। মাসিগা মান্নবা জ্ঞান অতৈ অমমুক্ লৈত্রে ॥১০০॥

সাংখ্যজ্ঞাননা খুঙ্গংগী অথোইবা জ্ঞাননি হায়না খঙনল্লে। হায়রিবা বিষয় অসিদা চিংনকম করিমত্তা লৈতে। হায়রিবা সাংখ্যজ্ঞান (সাংখ্যযোগ) অসিগী মহুৎদা লেংদ্রবা অমাংতা অং লৈত্রবা ব্রহ্মগী ওত্ববু হায়রা কুপ্না শন্দোক্লা[illegible] ॥১০১॥

হায়রিবা ব্রহ্ম অসিগীদি অহৌবা, মরক্, অরোইব লৈতবা, অনীথোক্না লৈতবা (অনীথোক্না লৈবগী হাংমদা লৈবা), জগৎ পূম্বকী হৌরকফম ওইবা, অমমা ঙৈদগী লক্তনা লৈরক্তুনা অামতুং ফাওবা লৈদনা হোংদনা অদুম্ মরৈরগাদৌব, খুদিনা য়ৌবা জন্মে ইদৌবা অরাংবা মতোন্দা লৈত্রবা, অদুগা লৈথোকত্রবা থোম্জিনক্লবপ্ত ঈকায় কায়দন অমম লৈরগদবা অদুগুম্বা ব্রহ্মনি হায়না মহাজ্ঞানীশিংনা হায়নৈ। বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসিগী হৌরকফম, লোইশিন্খিব মশক হোংদোক্ হোংজিন্ তৌরিবা, অসি পূম্বক মতোন্দগী ওাক্ত থোকখিবনি মহর্ষিশিংনা মাগী মাগী শাস্ত্রদা ব্রহ্ম কৌবা মহাক্কী মরমদতা নৈনরি তাঙনরি ॥১০২—১০৩॥ অসিদা লৈরবা ব্রাহ্মণশিংনা, দেবতাশিংনা, শান্তিবু পাম্বা মীশিংনা, মশামাইদ্রেবা মতোন্দগী করিগুম্বা শরাক অমতা নাম্বিহনখিবা য়াররোইদৌবা, ব্রহ্মজ্ঞানী ব্রাহ্মণশিংগী ফননবতা থল্লবা, তৌরবা, অদুগুম্বা

আর্থরস্তশ্চ তং বিপ্রা বদন্তি গুণবুদ্ধয়ঃ। সম্যগ্‌যুক্তাস্তথা যোগাঃ সংখ্যাশ্চামিতদর্শনাঃ ॥১০৫॥
অমূর্ত্তেস্তস্য কৌন্তেয় সাংখ্যং মূর্ত্তিরিতি শ্রুতিঃ। অভিজ্ঞানানি তস্যাহুর্মতং হি ভরতর্ষভ ॥১০৬॥
দ্বিবিধানীহ ভূতানি পৃথিব্যাং পৃথিবীপতে। জঙ্গমাগমসংজ্ঞানি জঙ্গমং তু বিশিষ্যতে ॥১০৭॥
জ্ঞানং মহৎ যদ্ধি মহৎসু রাজন্ বেদেষু সাংখ্যেষু তথৈব যোগে।
যচ্চাপি দৃষ্টং বিবিধং পুরাণে সংখ্যাগতং তন্নিখিলং নরেন্দ্র ॥১০৮॥
যচ্চেতিহাসেষু মহৎসু দৃষ্টং যচ্চার্থশাস্ত্রে নৃপ শিষ্টজুষ্টে।

পরংব্রহ্ম পরমাত্মা মহাক্কী স্তুতিবু অতৎ অথম লৈতনা তৌনরি। মহাক্কী গুণশিংবু থম্লকুন, লৈরি, মগুণশিং অকুম্ থার থারকুনা কীর্ত্তন তৌগ্নি ( শক্লরি )। সিদ্ধ ওইরবা মহাপুরুষশিংনা অকুগা সাংখ যোগী কাওবনা মহাক্কী মগুণবু শক্ শোম্নরিবনি ॥১০৪—১০৫॥

কুন্তীগী মচা নিংথৌ যুধিষ্ঠির! ভগাওা থওনগ্রবা অসিগুম্বা রা অমত্তু লৈ, মাকুনি— সাংখ্যশাস্ত্র হায়বসিমক্ নিরাকার পরমাত্মাগী মশক মওংনি। ভরতশাগৈগী অথোইবা। সংসারগী মজুংদা হেক্ লৈনরিবা লোইনরিবা জ্ঞানমখৈ সাংখ্যশাস্ত্রগী মগুণবু ফোঙদোকপা অমদি ব্যাখ্যান তৌবা মক্তনি ॥১০৬॥

লৈপাক্কী মপু! অচৎপা চত্তবা হায়বা জীব অনীসিগী মজুংদা চত্তবা জীবদগী অচৎ। জীবনা হেল্লি ॥১০৭॥ নিংথৌ! মহাত্মা ওইরবা, জ্ঞানী ওইরবা মীশিংদা লৈরিবা জ্ঞান পুম্ব, বেদশিংদা, বেদান্ত-দর্শনশাস্ত্রশিংদা লৈরিবা ইরিবা জ্ঞানমখৈ, যোগশাস্ত্রশিংদা পুরাণগ্রন্থশিংদা ইরিবা জ্ঞানমখৈ, অসি নত্তবা তাইবংমীগী মথাদা হেক্ লৈরিবা অকবা জ্ঞান পুম্নমক সাংখ্যজ্ঞানদগী লাকপা মক্তনি ॥১০৮॥ *

মহাত্মা ওইরবা নিংথৌ। অচৌ অণৌবা ইতিহাসকী লাইরিকশিংদা, জ্ঞানীশিংনা লৌন-য়ানরিবা অর্থ-

* হায়রিবা অাসগী ভাবত্তি— সাংখ্যশাস্ত্রনা নৈনরিবাস গুণ কুম্মরিগী মাতনি। কায়নবা তিন্নবা— ( সংযোগ-বিভাগ ) হায়বা অনী থোকপগী ত্তত্ত্ব অসিবুনি সাংখ্যশাস্ত্রনা মক ওইনা নৈনরিবসি। কনাগুম্বনা অমনা খল্লিবা মাথল অসিমক কায়নবা তিন্নবা হায়বা অনী থোকপগী মাথলদগী ভাক্তনি। থুদম ওইনা হায়-রবগা— কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমা হারক্লিবা, থিরক্লিবা, পীরক্লিবা পোৎ অম্ব হায়না লৈরম্লিবা হায়-প্রবা, থিপ্রবা লৈপ্রবা পীপ্রবা অমদগী তোঙানবনি হায়না খল্লুনা হায়রক্লিবনি থিরক্লিবনি, পীরক্লিবনি। হেক্ ভাওলিবা শকপিবা মখৈ অসি ভাক্তনি। "ঈশ্বর লৈতে" হায়রিবা অসি "ঈশ্বর লৈ" হায়বা অহুদগী তোঙানবা মত অমা তাহল্লক্পত্তনি পীরক্পত্তনি। "লৈতে" হায়বা অসি "লৈ" হায়রিবনি হায়না খল্ল-রবদি— 'লৈতে" হায়না অমুক হায়রম্মরোইদৌবনি। চথোম্ অমা থাজৎলক্লিবা অহু গুসাইগী অহানবা চক্তামগুনি হায়ররবদি অতোপ্পা চথোম্ অমা থাজৎলরোইদৌবনি। অহুনা, হেক্ লৈরিবা জ্ঞানকর্ম্মমখৈ— সাংখ্যজ্ঞান সাংখ্যকর্ম্ম মক্তনি। ( কালাচাঁদ )

জ্ঞানং চ লোকে যদিহাস্তি কিঞ্চিৎ সংখ্যাগতং তচ্চ মহন্মহাত্মন্ ॥১০৯॥
শমশ্চ দৃষ্টঃ পরমং বলং চ জ্ঞানং চ সূক্ষ্মং চ যথাবদুক্তম্ ।
তপাংসি সূক্ষ্মাণি সুখানি চৈব সাংখ্যে যথাবৎ বিহিতানি রাজন্ ॥১১০॥
বিপর্য্যয়ে তস্য হি পার্থ দেবান্ গচ্ছন্তি সাংখ্যাঃ সততং সুখেন ।
তাংশ্চানুসংচার্য্য ততঃ কৃতার্থাঃ পতন্তি বিপ্রেষু নতেষু ভূয়ঃ ॥১১॥
হিত্বা চ দেহং প্রবিশন্তি দেহং দিবৌকসো দ্যামিব পার্থ সাংখ্যাম্ ।
অতোঽধিকং তেঽভিরতা মহার্হে সাংখ্যে দ্বিজাঃ পার্থিবশিষ্টজুষ্টে ॥১২॥
তেষাং ন তির্য্যগ্ গমনং হি দৃষ্টং নার্ব্বাগ গতিঃ পাপকৃতাধিবাসঃ ।
ন বা প্রধানা অপি দ্বিজাতয়ো যে জ্ঞানমেতন্নৃপতেঽনুরক্তাঃ ॥১১৩॥
সাংখ্যং বিশালং পরমং পুরাণং মহার্ণবং বিমলমুদারকান্তম্ ।

---

শাস্ত্রদা অসিত্ত নত্তনা হেক্ ফংনরিবা জ্ঞান বিজ্ঞান পূম্নমক্তা য়াওরিবা, লৌননীংভায় ওইবা জ্ঞান পুম্নমক অসে সাংখ্যযোগতগী ফংথিবা ওাক্তনি ॥ ০৯॥ নিংথৌ যুধিষ্ঠির। প্রত্যক্ষ ওইনা লৈরিবা পুক্নীং অমদি ইন্দ্রিয়শিং অসিগী খুত্থমচন্‌বগী, খ্বাইদগী হেনবা অপোইবা পাঙ্গলগী, কূপথ্রবা জ্ঞানগী, মঙ্গুংদা ফুংগাইদ-ত্ত পীনহৈরবা অহুগুম্বা কূপ্লবা তপস্যাগী অকুপ্প য়া পুম্নমক সাংখ্যশাস্ত্রদা লোইনা হহুনা লৈরবনি ॥১১০॥

কুন্তীগী মচা, নিংথৌ যুধিষ্ঠির! সাংখ্যযোগগী সাধনদা তাদুগা সাংখ্যশাস্ত্রনা নৈনরুরগা করিগুম্বা অকায়বা অম্বাংপা অমা লৈবদগী মপুংফান লৌগৌক্রবস্তু খরা ফংহৌবা সাংখ্যজ্ঞান অহুনা সাধক ওইরিবা মী মহাক অহুবু স্বর্গদা পুহুনা চংশি অহুগুম্বা মী অহুনা দেবলোকতা দেবতাশিংগা চপ মান্নবা অধিকার ফংহুনা পোকপগী মতৌ য়াল্লি। স্বর্গদা ফংলিবা ভোগ অহু চাবা হেক্ লোইবগা মর্ত্ত্যলোক অসিদা কুম্থ-খ্রকুনা যাগ যজ্ঞদা পুক্নীং চঙবা, ব্রাহ্মণশিংগী ঈমুংদা অমুক পোক্লৈ ॥ ১১॥

পৃথা ( কুন্তী ) গী পার্থ! যুধিষ্ঠির! সাংখ্যজ্ঞানী, সাংখ্যযোগ ( সাংখ্যশাস্ত্র ) গী তত্ত্ব মুম্ন থগুলবা অহুগুম্বা মী মহাক অহুদি হকচাং অসি থাদোকুনা চংথ্রগা স্বর্গগী দেবতাশিংনা মাগী মাগী লৈফম (মফম) দা চংখিবহুগুম্না, মাগীদমক্তা শোম শাহুনা থম্লিগা স্বর্গগী য়ুম অহুদা চংখি। নিংথৌ! জ্ঞানী মহাত্মাশিং অহুনা চংনখিবা সাংখ্যমার্গ অহুদা, ব্রাহ্মণশিংনা য়াম্না পামজনা হৈনিংনা চৎনরি ॥১১২॥

অহুগা, লৈপাক্কী মপু! নিংথৌ! অসিগুম্বা সাংখ্যমার্গদা চংলিবা ব্রাহ্মণ অহুজবুম্ন "অখোইবা ব্রাহ্মণনি" হায়না লৌনৈ। অহুগুম্বা সাংখ্যজ্ঞানীশিং অহুদি শিরবা তুংদা শা উচেক্কচিংবা অতোম্বগী মপোক্তা থক্ পোক্লুজ্রে। মখোয়গী মঙংদা অমতংতদি শাগী মপোক্তা পোক্শি হায়বসি তাবা উবা লৈতে। মখোয়হুগী মঙ্গুংদা লৈখা তারবা নরকনচিংবা মফমদা, অহুগা, মহা ভম্বরবা চণ্ডালনচিংবগী পরিবারদা চঙহুনা চঙহুনা পোক্লুজ্রে ॥১১৩॥ সাংখ্যগী জ্ঞান অসিদি য়াম্না পাক্ চাউরবা, য়াম্নম্ন কুইরবা লম্বী অমনি।

কৃৎস্নং চ সাংখ্যং নৃপতে মহাত্মা নারায়ণো ধারয়তেঽপ্রমেয়ম্ ॥১১৪॥

---

সাংখ্য কৌবা জ্ঞান অসিদি মহাসমুদ্রগী মতৌগুম্না লেম্নবা লূয়বা লুরবা জ্ঞানমার্গ অমনি। পাক্-চাউরবা মক্ত্রবা নোংমদোন মকোয়গুম্বনি। অতোপ অতোপ্পা শাস্ত্রজ্ঞান পুম্নমকপু লোইশিন্ খোমজিনবিবা পুকচেল চাউরবা জ্ঞানগী শরূক অমনি। অদুগা, ম্রায়সু নীংথিজরবা কজরবা জ্ঞানগী শরূক অমনি। নিংথৌ! ভগবান্ পরমাত্মা নারায়ণনা অসিগুম্বা পাক্-চাউরবা জ্ঞান অসিবু মপূংফানা পুদুনা লৈরি ॥১১৪॥ *

---

* সাংখ্যজ্ঞান হায়বসিগী মরমদা অসুক য়াম্না হায়রিবসিগী মরমদি — সংসারদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক জ্ঞান খণ্ডদে, কর্ম্ম খণ্ডদে, গুণ খণ্ডদে, অউবা উদবা পোৎ খণ্ডদে; লৈরম্ উরমদবদগী লৈরকপা উরকপা মক্তনি। লৈত্তে উদে হায়রিবসিসু লৈগদবা উগদবা ওাক্তনি। পুক্নীংদা কয়িমতা লৈরমদবা য়াথঙ অদু খুদক্তা পোক্লক্লি লৈরক্লি। ওহাক্ত ওায়রে অমুক মূংথিদোবা। অদুসু মূংথিবা লৈখিদবা নত্তে, মওং মমিং অমা লৌদুনা মা মশামক্তা অমুক চোংথোরকপনি। চৎপা মতমদা "ঐ চৎলি" হায়। চৎপদু তোক্তুনা কম্বা মতমদা "ঐ ফম্লি" হায়। চৎপসু ফম্বসু হায়না লৈরম্বা অমতা নত্তে। ঐ চৎলি হায়বা য়াথঙ অমদি থবক অদুনা ঐ ফম্লি হায়বা মওংগা মমিংগা অনী অসি অমুক লৌরকপতনি। মাসিগী ভাব অসিদা— গীতানা হায়রিবদুনি সাংখ্যযোগদা— য়াব মতমদা লুংঙাইবা কৌবদুনা অয়াবা হায়বা মিংসি পুদুনা লৈব-ওনি। অদুনা অয়াবদুসু লুংঙাইবা মামক্লি, মহাক্না পুরিবা শক্লোন্নি। কায়নরিবদো তিম্নরিবনি, তিম্নরিবদো কায়নরিবনি। কায়নবা—তিম্নবা নত্তে, কায়নবোই তিম্নবোই উবতনি। নত্তবদু মানি হায়না উরিবসিবুনি মায়া হায়রিবনি। অসিগুম্বা মায়াসিবু থাদোক্কে হায়না থন্দুনা থাদোকপা তম্লিবনিকো হায়দুনা অচম্বা সন্ন্যাসী অমনা থক্ খণ্ডদে। অদুনা মহাক্না থাদোক্কে হায়না থম্লিবদু থম্জবতনি, থাদোকপা নত্তে। শক্তা মিংগা অনীতগী ওম্থোক্ ওন্‌শিন্নি। বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি অনীসিগী মূর্ত্তিনি। অসিগুম্বা মূর্ত্তিসিবু ভগবান্না পুন্নি। ঈশিংনা 'কোঙ্গোল' হায়বা মিং অদুগা 'কোঙ্গোলগী মওং' গা ওহাক্তং পুরম্নগা লৈখিদে। অদুবু লৈখিদবা নত্তে, হায়্নগী "ঈশিং" কৌবা মিং অদু অমুক পুদুনা লৈরি। কোঙ্গোলগী মওং অদুদি তাকপা ওমগনি। ঈশিংগী মওংদি তাকপা কনানসু ওম্মোই। তাকপা য়াবা মওংগী পোৎ অমদা হাপ-চিল্লবদি তাকপা ওমগনি — য়াগনি। অদুগা তাক্লিবা উৎলিবদুসু নত্তে, হায়জিন্নবনি— মিথ্যানি। অদুবুনি "জগৎ মিথ্যা" হায়রিবসি। অদুনদি সন্ন্যাসী অমনা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎলে হায়না থম্লিবসিসু মিথ্যানি। অদুনা গীতানা হায়রি,— "মিথ্যাচার স উচ্যতে"। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিবু সাংখ্যজ্ঞান কৌই। মাসিবু কপিল ভগবান্না পুথোকপিরম্মি। অদুনা, লৈ হায়রিবসিসু মিথ্যাজ্ঞাননি। লৈত্তে হায়রিবসিসু মিথ্যানি। অদুম্বদি জ্ঞান অদুত্তনি। মিথ্যা অমিথ্যা অনীমক্ জ্ঞান হায়বদুগদা থোম্‌জিল্লকপা বিশেষণনি। অদুনা বেদান্তদা হায়রিবদুনি,— "সত্যং জ্ঞানম্ অনন্তং ব্রহ্ম।" লৈব-লৈতবা অনীদগী য়াংমদা লৈবা ঈশ্বরদুবু

এতন্ময়োক্তং নরদেব তত্ত্বং নারায়ণো বিশ্বমিদং পুরাণম্।
সর্গকালে চ করোতি সর্গং সংহারকালে চ তদত্তি ভূয়ঃ ॥১৫॥
সংহৃত্য সর্ব্বং নিজদেহসংস্থং কৃত্বাপ্সু শেতে জগদন্তরাত্মা ॥১৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
সাংখ্যকথনে ষন্নবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২৯৬॥

——:(+):——

পৃথাগী মচা ! যুধিষ্ঠির ! সাংখ্যগী তত্ত্ব অদো ঐনা নঙোন্দা হায়রবনি। অদুম ওইবা পুরাতন ওইরবা— কুইরবা, উরিবা বিশ্বজগৎ অসিগী মশক ওইবা ভগবান্ নারায়ণনা মফম পুন্নমক্তা ভাম্থোইদুনা লৈরে। সৃষ্টিগী মতমদা মহাক্না বিশ্বজগৎ মপুম্ অসিবু মঙোন্দগী মরী মরী পুথোরকই। প্রলয়গী মতমদা অমুক পুন্নমক অসিবু মহাক্না মশা মথক্তুগী হকচাংমুংদা চিংশিনহনখি। জগৎ পুন্নমক মহাক্কী হকচাংমুংদা থম্লুনা, জগৎ পুম্বগী অন্তরাত্মা ওইরবা শ্রীভগবান্ নারায়ণনা ঈশিংতগী মশক ওইরবা সমুদ্রদা যোগ-নিদ্রাদা তুম্হনা লৈরি ॥১১৫—১১৬॥

মফম অসিদা, শ্রীমহাভারতদা, শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা চনী-মরিফুতরাতককুশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৯৬॥

——:(:):——

---

লৈ-লৈতে হায়না য়েৎনরিবা অনীমক মিথ্যাজ্ঞাননি, মিথ্যাজ্ঞানীনি। ঈশ্বরদি সদসৎপর নি। হায়রবদি— সৎ ( লৈব ) দগীসু রাংমদনি। অসৎ ( লৈতব ) দগীসু রাংমদনি। মতাং অসিদা আধিভৌতিক নাস্তিক অহুগা মশক মঙং তোঙাল তোঙান্ পুথোক্লিংবা বৈজ্ঞানিক অমনা অমুম্না য়েৎলকপা য়াই,— "অনাবা মীনা নাত্তবনি হায়না খন্দোক্তুনা হীদাক্ চাদনা লৈগদ্রা ? অনাবা সাংখ্যযোগী মহাকসু লায়েংশঙদা হীদাক্ থিবা লায়েংবা অতুম্ মরাক্ই।" মাসিদা থুমগদবদি— থাঙ্গেশংবা সাংখ্যযোগী ওইংম্নবদি মহাক নারম্লোই-দৌবনি, শিনিংদবা, শিব কিবা মীশক অমসু ওইরমোইদৌবনি। অতুমকপু যোগ জ্ঞান পুন্নমক্কী মপান্গী খুংলায়দি হকচাং অসিনা মওইরিবনিনা, খুংলায় অসিনা তেক্লকপদি— থোরক্লবদি শেমজিন্কম থোক্ই; হায়না থন্দুনা অন্না অনা পুম্না তিতিক্ষা ( সাংখ্যযোগ, গীতা ) তৌদুনা, থাওত্তুনা খুংলায় শেন্দম্ লায়েং-শঙদা লাকপনি হায়না মরক্কী সাংখ্যযোগীনা নাদবনু অমাবনি মতম থরগীদমক খন্দোক্তুনা হীদাক্-শঙ্ ভাম্না চংপদা থক্ কায়বা লৈতে। ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( বশিষ্ঠগা করালজনকগা অনীগী সংবাদ )

## চনীগা মরিফুতরাতরেৎশুবা অধ্যায়

——:(*):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কিং তদক্ষরমিত্যুক্তং যস্মান্নাবর্ত্ততে পুনঃ। কিং চেতৎক্ষরমিত্যুক্তং যস্মাদাবর্ত্ততে পুনঃ ॥১॥

অক্ষরক্ষরয়োর্ব্যক্তিং পৃচ্ছাম্যরিনিষূদন। উপলব্ধুং মহাবাহো তত্ত্বেন কুরুনন্দন ॥২॥

ত্বং হি জ্ঞাননিধির্বিপ্রৈরুচ্যসে বেদপারগৈঃ। ঋষিভিশ্চ মহাভাগৈর্যতিভিশ্চ মহাত্মভিঃ ॥৩॥

শেষমল্পং দিনানাং তে দক্ষিণায়ন ভাস্করে। আবৃত্তে ভগবত্যর্কে গন্তাসি পরমাং গতিম্ ॥৪॥

ত্বয়ি প্রতিগতে শ্রেয়ঃ কুতঃ শ্রোষ্যামহে বয়ম্। কুরুবংশপ্রদীপস্ত্বং জ্ঞানদীপেন দীপ্যসে ॥৫॥

তদেতচ্ছ্রোতুমিচ্ছামি ত্বত্ত কুরুকুলোদ্ভব। ন তৃপ্যামীহ রাজেন্দ্র শৃণ্বন্নমৃতানীদৃশম্ ॥৬॥

যুধিষ্ঠিরনা হংঙি,— ঈবুধৌ! অক্ষরতত্ত্ব হায়রিমসিবু করিনো? হায়রবা অক্ষরতত্ত্ব অসি কংলে খঙলবদি সংসার অসিদা অমুক হল্লকত্রে হায়বিরি। অদুগা ক্ষর হায়রিবা পোৎশক্ অসিনা করিনো? মাসিগী মতুংইন্না চৎলবদি সংসারদা অমুক হল্লকই হায়না ঈবুধৌনা তাকৃপিরি ॥ ॥ য়েক্লবা ওন্বা, অকনবা ঈবুধৌ! কুরুশাগৈগী মুংঙাইনবগী মশক ওইরবা! ক্ষর অক্ষর অনীসিগী চপচাবা তত্ত্ব অদু খঙজনীংতুনা ঐনা ঈবুধৌদা হংজবনি ॥২॥ বেদজ্ঞান-ঈপাকপু লাম্হোকপ্রবা বিদ্বান্ ওইরবা ব্রাহ্মণ, মহাত্মা ওইরবা ঋষিশিংনা ঈবুধৌবু জ্ঞানগী ভুংনকম ঈপাকনি হায়নৈ ॥৩॥ ঈবুধৌনা দক্ষিণায়নদা লৈবিগদবসে মুমিৎ থজিক্ত মঙাইরে। সূর্য্য ভগবানন্না উত্তরায়নদা হেক্ চঙঙকপদা ঈবুধৌদি পরমধামদা য়ৌবিগ্নগদবনি ॥৪॥ ঈবুধৌনা অত্তগুম্বা স্বধামদা লেঙবিগ্রবদা ঐখোয়দি অসিগুম্বা মমল য়াম্নবা রাসে কনাগী মচীনদগী তাজহৌগনি? ঈবুধৌদি কুরুশাগৈগী ঊংলবা মুৎলরোইদোবা থাউমৈনি। মহুং মপান্ অনীমক্তা জ্ঞানগী মৈগী মঙাল্না পূম্নং লংনা চকুপা ঙান্দুনা লৈবিরবনি ॥৫॥ অহনা, কুরুশাগৈগী লুচিংবা! নিংথৌ পূম্নমক্তী নিংথৌ! হংজরিব্য পূম্বসে ঐ ঈবুধৌগী মফমদগী তাজহৌগে! অমৃতগী মশক ওইরবা জ্ঞানগী পাউ-তাকশিং অসি তাবদা পেঙজরি ॥৬॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্র তে বর্ত্তয়িষ্যামি ইতিহাসং পুরাতনম্। বসিষ্ঠস্য চ সংবাদং করালজনকস্য চ ॥৭॥
বসিষ্ঠং শ্রেষ্ঠমাসীনমৃষীণাং ভাস্করদ্যুতিম্। প্রপচ্ছ জনকোরাজা জ্ঞানং নৈশ্রেয়সং পরম্ ॥৮॥
পরমধ্যাত্মকুশলমধ্যাত্মগতিনিশ্চয়ম্। মৈত্রাবরুণিমাসীনমভিবাদ্য কৃতাঞ্জলিঃ ॥৯॥
স্বক্ষরং প্রশ্রিতং বাক্যং মধুরং চাপ্যনুল্বনম্। প্রপচ্ছর্ষিবরং রাজা করালজনকঃ পুরা ॥১০॥
ভগবঞ্ছ্রোতুমিচ্ছামি পরংব্রহ্ম সনাতনম্। যস্মান্ন পুনরাবৃত্তিমাপ্নুবন্তি মনীষিণঃ ॥১১॥
যচ্চ তৎক্ষরমিত্যুক্তং যত্রেদং ক্ষরতে জগৎ। যচ্চাক্ষরমিতি প্রোক্তং শিবং ক্ষেমমনাময়ম্ ॥১২॥

বসিষ্ঠ উবাচ।

শ্রূয়তাং পৃথিবীপাল ক্ষরতীদং যথা জগৎ। যন্ন ক্ষরতি পূর্ব্বেণ যাবৎ কালেন বাপ্যথ ॥১৩॥
যুগং দ্বাদশসাহস্রং কল্পং বিদ্ধি চতুর্যুগম্। দশকল্পশতাবৃতমহস্তৎ ব্রাহ্মমুচ্যতে ॥১৪॥

---

ভীষ্মনা হায়;— যুধিষ্ঠির! নহাক্না হংলিবা বিষয় অসিদা, মমাংঙেদা বসিষ্ঠগা করালজনক নিংথৌগা অনীগী মরক্তা থোকখিবা সংবাদ ( শানখিবা, তানখিবা রাকম ) অদু ঐ নঙোন্দা অমুক হায়গে ॥৭॥

নোংমগী রানি। ঋষিশিংগী মনুংদা মুমিংকী মতৌগুম্না, জ্ঞানতেজনা মন্নুং মপান পূমনং লংলবা বসিষ্ঠ মুনি অসি মাগী আশ্রমদা ফমদুনা লৈ। মতম অদুদা, মফম অদুদা নিংথৌ করাল জনক অসি লাকুনা মহাক্কী হংনীংবা রা, খঙনীংবা রাকম থরা পুনশিদা মঙ্গলগী মশক ওইরবা জ্ঞানগী শরুক থরা, বসিষ্ঠগী মফমদা হংখি ॥৮॥

মিত্রাবরুণগী মচা বসিষ্ঠ অসি আধ্যাত্মিক ওইবা বিষয়গী মরমদা ভংভবা তাকপদ য়াম্না চংখোনবা জ্ঞানী মুনি অমনি। অধ্যাত্মজ্ঞানদা মশাগী সিদ্ধান্ত অমা থম্লবা মুনি অমনি। বসিষ্ঠ অসি হাল্লগী মাগী আসন অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈ। মতমদুমক্তদা করাল জনক কৌবা নিংথৌ অসি লাকুনা মখুৎ অনী জোল্লদুনা, য়াম্না নোল্লুক্না কৃতর্ক য়াওদবা নীঙথিজরবা ময়েক্ লাইরবা খোস্তোক্না অসুম্না হংঙকৃই ॥৯—১০॥

ভগবন্! জ্ঞানী ওইবশিংনা মাবু খঙলবা তুংদা মঙোন্দগী অমুক সংসারসিদা হল্লকত্রবা অদুম ওইবা সনাতন ওইবা, মফম মতম পুম্বদা লেঙদনা লৈরবা, পরব্রহ্ম কৌবা মহাক্কী স্বরূপ ( থাজেশেংবা মওং মশক ) পু মুম্ন খঙজনীংঙি, তাজনীংঙি ॥১১॥ ক্ষর হায়রিবা মহাক্কী মরমদস্নু থর তাজনীঙিঙ। জগৎসিনা মঙোন্দা থূপাগ্রবা, অদুগুম্বা অক্ষর হায়না খঙনরিবা মশক মওং হোংবা মাঙবা লৈতবা, জগৎকী মঙ্গলগী মশক ওইবা পরংব্রহ্ম মহাক্কী মরমদস্নু থর তাজনীঙিঙ খঙজনীঙিঙ ॥১২॥

বসিষ্ঠনা হায়,— লৈপাক্কী মপু! মতৌ করম্না অদুগা করিগী জগৎ অসিগী ক্ষয় ( পরিবর্ত্তন ) ওই-রিবা অদুগী রাস্নু, অদুগা করিগুম্বা মফম মতমদা মাগী মাঙবা মশক হোংবা লৈতবা অদুগুম্বা অক্ষরগী রা অদুস্নু ঐ হায়গে, মুম্ন তাও ॥১৩॥ দেবতাশিংগীদি চহী লিশিং তরানীথোইনা চতুর্যুগ ( সত্য, ত্রেতা,

রাত্রিশ্চৈতাবতী রাজন্ যস্যান্তে প্রতিবুধ্যতে। সৃজত্যনন্তকর্ম্মাণং মহান্তং ভূতমগ্রজম্ ॥১৫॥
মূর্ত্তিমন্তমমূর্ত্তাত্মা বিশ্বং শম্ভুঃ স্বয়ম্ভুবঃ। অণিমা লঘিমা প্রাপ্তিরীশানং জ্যোতিরব্যয়ম্ ॥১৬॥
সর্ব্বতঃ পাণিপাদং তৎ সর্ব্বতোঽক্ষিশিরোমুখম্। সর্ব্বতঃ শ্রুতিমল্লোকে সর্ব্বমাবৃত্য তিষ্ঠতি ॥১৭॥
হিরণ্যগর্ভো ভগবানেষ বুদ্ধিরিতি স্মৃতঃ। মহানিতি চ যোগেষু বিরিঞ্চিরিতি চাপ্যজঃ ॥১৮॥
সাংখ্যে চ পঠ্যতে শাস্ত্রে নামভির্বহুধাত্মকঃ। বিচিত্ররূপো বিশ্বাত্মা একাক্ষর ইতি স্মৃতঃ ॥১৯॥
বৃতং নৈকাত্মকং যেন কৃতং ত্রৈলোক্যমাত্মনা। তথৈব বহুরূপত্বাৎ বিশ্বরূপ ইতি স্মৃতঃ ॥২০॥
এষ বৈ বিক্রিয়াপন্নঃ সৃজত্যাত্মমাত্মনা। অহঙ্কারং মহাতেজাঃ প্রজাপতিমহংকৃতম্ ॥২১॥
অব্যক্তাৎ ব্যক্তমাপন্নং বিদ্যাসর্গং বদন্তি তম্। মহান্তং চাপ্যহঙ্কারমবিদ্যাসর্গমেব চ ॥২২॥

দ্বাপর, কলি ) অমা শাই। যুগ মরিসিগী পূল্লপ অমবু কল্প হায়বদি মহাযুগ অমা শাই। অসিগী মহা যুগ লিশিং অমনা ব্রহ্মাগী নোংমা শাই ॥১৩—১৪॥

নিংথৌ! অয়ুক সুংখিলগী শরুক্তা চহী অস্থুক য়াম্না চঙবা অমুপঃ অহিংগী শরুকস্থ চড়িঙ। হায়রিবা অসিগুম্বদা অহিং অমা চুপ্না চেপ্পুরবা তুংদা ব্রহ্মানা হেক্ মীকপ থোকই। লোইবা থম্বা নাইররোইদৌবা কর্ম্মনা মাগী ওইবা ব্রহ্মানা খ্বাইগী ঈহান্ হান্না পোকই। পোকপা শিব নাইবা অচচ্চন্ত পূম্নমক্কী ঈহান হান্‌বা হৌফম্বনি। অউবা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিমক্, মতোন্দগী লোইনা থোকখিবনি, মামকী মশক্তি। মহাক্তি অনিমা, গরিমা, লঘিমা, প্রাপ্তিনচিংবা সিদ্ধি নিপানবু, অমুগা ঐশ্বর্য্য পুম্ববুস্থ শাসন তৌরিবদি মহাক্তি। মহামঙ্গলগী মশক ওইবা নিরাকার পরমাত্মা মহাক্তনা ব্রহ্ম প্রজাপতিসিগী সৃষ্টি তৌই। পরমাত্মা মহাক্তি জ্যোতির্ময় ( মঙান্থগী মশক ওইবা ) নি। মশা মশস্তা থোক্চরকপনি, অমাগু অতা লৈত্রবনি। মফম পূম্নমক্তা মায়গৈ পূম্নমক্তা মহাকী খোঙগী খোঙ মক্তনি, খুৎকী খুৎ মক্তনি। মীৎ নাকোং মক্তনা জগৎ পুম্বা শীনথুংনা লৈরিবনি। অতুনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসি মা মথন্তনা শীনথুংনা লৈরিবনি ॥১৫—১৭॥

পরমেশ্বর পরমাত্মাদগী থোরকপসি ঈহান্ হান্‌বদা হিরণ্যগর্ভনি। অমরোমদা হাররগা মহাকপু 'বুদ্ধি' হায়নস্থ কৌনৈ, খঙনৈ। যোগশাস্ত্রদা মহাকপু 'মহান্' অসুম হায়নস্থ কৌনৈ, খঙনৈ। বিরিঞ্চি অমুগা অজ হায়না কৌনরিবসিস্থ হিরণ্যগর্ভ মহাকপুনি ॥১৮॥

মমিং মঙং তোঙান্ তোঙান্না পুমিবা হিরণ্যগর্ভ হায়বসি ব্রহ্মাগী সাংখ্যযোগশাস্ত্রদা লৈরিবনি। মহাচ অসিমু তোঙান্ তোঙান্‌বা মশক পুঙম্বা, বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিগী অমতা ওইবা আত্মা, অমুগা অমাগু অতা লৈতবা হায়বস্থ মশা মথন্তনা ওইওম্বনি হায়নৈ। মশীং লাকওমদবা জীবজন্তু কয়া কয়গী তুংনকম ওইরবা মরোল অহুম অসি মহাক্তনা শেম্মি। অমুগা মহাক মশা মথন্তনা ময়াম্ অসিবু শীনথুংবা কুপ্তুনা লৈ। মথন্তনা রূপ ( মশক মঙং ) ময়াম অসি পুতুনা লৈ হায়বগীদমক বিশ্বরূপ হায়বদি বিশ্বজগৎ অসিগী অমতা ওইবা মশকনি হায়নৈ ॥ ১৯—২০॥ মহাতেজ কল্লবা ভগবান্ হিরণ্যগর্ভ হায়বসিনা মহাক মশা মথন্তনা বিকার

অবিধিশ্চ বিদ্ধিশ্চৈব সমুৎপন্নৌ তথৈকতঃ। বিদ্যাবিদ্যেতি বিখ্যাতে শ্রুতিশাস্ত্রার্থচিন্তকৈঃ ॥২৩॥

ভূতসর্গমহঙ্কারাৎ তৃতীয়ং বিদ্ধি পার্থিব। অহঙ্কারেষু সর্ব্বেষু চতুর্থংবিদ্ধি বৈকৃতম্ ॥২৪॥

বায়ুর্জ্যোতিরথাকাশমাপোঽথ পৃথিবী তথা। শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপং চ রসোগন্ধ স্তথৈব ॥২৫॥

এবং যুগপদুৎপন্নং দশবর্গমসংশয়ম্। পঞ্চমং বিদ্ধি রাজেন্দ্র ভৌতিকং সর্গমর্থবৎ ॥২৬॥

শ্রোত্রং ত্বক্চৈব চক্ষুষী জিহ্বা ঘ্রাণমেব পঞ্চমম্। বাক্ চ হস্তৌ চ পাদৌ চ পায়ুর্মেঢ্রং তথৈব চ ॥২৭॥

বুদ্ধীন্দ্রিয়াণি চৈতানি তথা কর্ম্মেন্দ্রিয়ানি চ। সম্ভূতানীহ যুগপন্মনসা সহ পার্থিব ॥২৮॥

এষা তত্ত্বচতুর্বিধা সর্ব্বাকৃতিষু বর্ত্ততে। যাং জ্ঞাত্বা নাভিশোচন্তি ব্রাহ্মণা তত্ত্বদর্শিনঃ ॥২৯॥

এতদ্দেহং সমাখ্যাতং ত্রৈলোক্যে সর্ব্বদেহিষু। বেদিতব্যং নরশ্রেষ্ঠ সদেবনরদানবে ॥৩০॥

(মশক ওন্‌বা, মশক হোংবা) বু লৌশিঙ্গচুনা অহঙ্কার অদুগা অহঙ্কার অসিগী প্রজাপতি বিরাটকী সৃষ্টি ওৌই। নিরাকারদগী সাকার ওইরকপগী, হায়বদি— মশক মওং লৈরমদবদগী মশক মওং লৌরকপী অমদি লৌহল্লকপী অদুডগী মূল-প্রকৃতি— মক্ক ওইবী ঈহান্ হান্‌বী প্রকৃতি অদুবু বিদ্যাসর্গ হায়না কৌই। অগৈবা ওইনা চোংথোরক্লুনা মশক উবা ফংবা মৈ ঈশিংন চিংবা মহত্তত্ত্ব অদুগা মখোয় অসিমা পুল্লপ পুল্লবা অহঙ্কার (অহংভাব—'ঐ' হায়বগী রাখল) হায়বা অমা থোরক্লিবসিনা অবিদ্যাসর্গ কৌই। ॥২১—২২॥ অবিধি (জ্ঞান), বিধি (কর্ম) হায়রিবা অনীসিগী উৎপত্তি (থোরকপা— চোংথোরকপা) অসিসু পরমাত্মাদগীনি। শ্রুতি অমুগা বেদশাস্ত্র পুন্নমক্কী রাহৈ খুদংগী তত্ত্ববু খওলিবা বিদ্বান্‌শিংনা হায়-রিবা অনীসিবু বিদ্যা অবিদ্যা হায়রগা অহুম খওনৈ ॥২৩॥

লৈপাক্কী মপু! জনক! মশক উদবমখৈ পীক্লবা, পরমাণুগী মশক ওইরবা ভূতশিং অসিমা মখোন্-দগী পোক্‌থিবা অহঙ্কার হায়বসিবু অহুমশুবা সর্গ (সৃষ্টি) নি হায়না খওড়্। সত্ত্ব, রজঃ, তম গুণ অহুম অসিগী খেন্নবদগী মরিশুবা সর্গ (সৃষ্টি) অমা লাকই, মাহুবু বৈকৃতসর্গনি হায়না খওড়্ ॥২৪॥

আকাশ, মৈ, ঈশিং, ক্ষৈপাক্— মহাভূত মঙা অসি, অদুগা মখোয় অসিদা মথংশীংনা লৈথ্রিবা— শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ মঙা অসিসু বৈকৃতসর্গ হায়বগী মমুং চল্লিবনি হায়না খওড়্ ॥২৫॥

হায়রিবা তরা অসিগী উৎপত্তি (থোরকপা) অসি মতম অমতদা ওইথ্রিবনি, মাসিদা চিংননীংঙাই করিমতা লৈতে। মঙাশুবা সৃষ্টিনা ভৌতিকসর্গনি হায়না খওড়্। মখোয় অসি জীব পুন্নমক্কী কান্নবা ওাক্তা ওইবনা সার্থক (অর্থ—কান্নবা) মক্তনি ॥২৬॥

হায়রিবা ভৌতিক সৃষ্টি অসিগী মমুংদা মীৎ, নাকোং, লৈ, নাতোন, উন্‌শা, অদুগা থোঙ, খুৎ, লৈ, ঈশিং-থোঙ, অমাঙ-থোঙ, কর্ম্ম-ইন্দ্রিয় মঙা অসিসু মমুং চল্লিবনি। লৈপাক্কী মপু! নিংথৌ! পুকনীং কৌবা ইন্দ্রিয়গা লোয়নবা মখোয় পুন্নমক অসি মতম অমতদা থোকখি ওইখিবনি ॥২৭—২৮॥ হায়রিবা মখোয় কুন্থরি অসি অচচন্ত জীব পুন্নমক্কী হকচাংদা লৈরিবনি। তত্ত্ববু খিবা মেংশিন্‌বা কাওবুমা মখোয়

সযক্ষভূতগন্ধর্ব্বে সকিন্নরমহোরগে। সচারণপিশাচে বৈ সদেবর্ষি নিশাচরে ॥৩১॥
সদংশককীটমশকে সপূতিকৃমিমূষিকে। শুনি শ্বপাকে চৈনে যে সচাণ্ডালে সপুল্কসে ॥৩২॥
হস্ত্যশ্বখরশার্দূলে সবৃক্ষে গবি চৈব হি। যচ্চ মূর্ত্তিময়ং কিঞ্চিৎ সর্ব্বত্রৈতন্নিদর্শনম্ ॥৩৩॥
জলে ভুবি তথাঽকাশে নান্যত্রেতি বিনিশ্চয়ঃ। স্থানং দেহবতামাসীদিত্যেবমনুশুশ্রুম ॥৩৪॥
কৃৎস্নমেতাবতস্তাত ক্ষরতে ব্যক্তসংজ্ঞিতম্। অহন্যহনি ভূতাত্মা ততঃ ক্ষর ইতি স্মৃতঃ ॥৩৫॥
এতদক্ষরমিত্যুক্তং ক্ষরতীদং যথা জগৎ। জগন্মোহাত্মকং প্রাহুরব্যক্তাৎ ব্যক্তসংজ্ঞকম্ ॥৩৬॥
মহাংশ্চৈবাগ্রজো নিত্যমেতৎ ক্ষরনিদর্শনম্। কথিতং চ মহারাজ যস্মাৎ ত্বং পরিপৃচ্ছসি ॥৩৭॥

অসিগী চপ্চাবা তত্ত্ববু খঙদোকপিরগা কৰিগুম্বা হীরম অমদা অৱাৱ! মুংঙাইতবা তৌদে। সংসারগী অরা-অনা, কায়নবা ভিন্নবা অসিনচিংবদগী আ্যাম্লাম্ল লৈ ॥২৮—২৯॥

নিংথৌ! জনক! মরোল অহুমদা লৈরিবা দেহ ( হকচাং ) বু লোইশিংবা পূম্নমক অসিগী দেহ অসি হায়রিবা পূম্নমক অসিগী মপৈতনা ওইরিবনি. তাইবংমী, লাই, দৈত্য-দানব পুম্নমক্কী দেহ অসিসু মখোয় অসিগী মপৈনি ॥৩০॥

যক্ষ-রক্ষ, ভূত, গন্ধর্ব্ব কিন্নর, মহাসর্প ( নাগ ), চারণ, সিদ্ধ, দেবর্ষি, নিশাচর ( হিংচাবা ), দংশক ( কাঙ ), তীল কাঙ, হয়িং, মনম নমথীরবা পীক্লবা তীল, উচি, হুই, শা উচেক্ হাৎপা শাদানবা, শাহিংচাবা চাণ্ডাল, শজী শঙাই, হুইচাবা শ্বপাক, পুল্কস ( ম্লেচ্ছ ), শগোল, শামু, লোলা, নোংশা, শল্, উ রা,—অসিনচিংবগী মিং অমদি মওংদা মূর্ত্তি পুরিবা পোৎশক অমমম্ উরিবসিদা মথক্তা হায়খ্রিবা তত্ত্ব খিবিক অসি অমত্তা রাত্তনা উবা অহুম মফংগনি ॥৩১—৩২॥

লৈপাক, ঈশিং, আকাশ অহুম অসি হকচাং পান্বা জীব পূম্নমক্কী লৈফমনি অসি নত্তনা করিগুম্না অতোপ্পা মফম অমা লৈত্রে। মাসি বিদ্বান্ ( অহৈ অশিং ) শিংনা লেপ্পখ্রবনি। ঐনসু অসুম হায়না হাপ্না তাহুনা লৈখ্রবনি ॥৩৪॥

ঈবুঙো! নিংথৌ! পঞ্চভূতনা শাখ্রিবা জগৎ পূম্নসে ব্যক্তজগৎ ফৌই। মাসিদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক্ ঙমিৎখুদিংগী মীকুপ খুদিংগী মাঙথরকই, শিন্থরকই, মশক হোংথরকই। অহুমক্তনা ব্যক্ত ( মশক উবা ) জগৎ অসি ক্ষরজগৎ হায়নসু খঙনৈ ॥৩৫॥

ক্ষরজগত্তা লৈরিবা তত্ত্ব খিবিক অসিদগী ঈ-তাপ তোপ্পা, ক্ষর নত্তনা তোঙানবা অমা লৈরি, মাহুবু অক্ষর হায়না কৌই। হায়রিবা অক্ষর— অব্যক্ত ওইরিবা জগৎ অদুদগী শিন্থরকই থোরকই হায়বগীদমক উরিবা জগৎ অসিবু ক্ষরজগৎ হায়নরিবনি ॥৩৬॥ ক্ষর ওইবা তত্ত্বশিং অসিগী মনুংদা, ঈহান্ হান্বদা—মহত্তত্ত্ব ( অচৌবা, মশক উবা মৈ ঈশিংমচিংবা তত্ত্বশিং ) অসি শেম্মি। মাসি থক্ কাউরোইদৌবনি। নীংশিংহনা অহুম্ থরগীসু মতীক্ চারবনি। ক্ষরগী পরিচয় পীবা হায়বসি মাসিনি। মহারাজ! নিংথৌ!

পঞ্চবিংশতিমো বিষ্ণুর্নিস্তত্ত্বস্তত্ত্বসংজ্ঞিতঃ। তত্ত্বসংশ্রয়ণাদেতৎ তত্ত্বমাহুর্মনীষিণঃ ॥৩৮॥
যন্মর্ত্ত্যমসৃজৎ ব্যক্তং তত্তন্মূর্ত্ত্যধিতিষ্ঠতি। চতুর্বিংশতিমোঽব্যক্তো হ্যমূর্ত্তঃ পঞ্চবিংশকঃ ॥৩৯॥
স এব হৃদি সর্ব্বাসু মূর্ত্তিষ্বা তিষ্ঠতেঽত্মবান্ সর্ব্বমূর্ত্তিরমূর্ত্তিমান্ ॥৪০॥
সর্গপ্রলয়ধর্ম্মিণ্যা অসর্গ প্রলয়াত্মকঃ। গোচরে বর্ত্ততে নিত্যং নির্গুণং গুণ সংজ্ঞিতম্ ॥৪১॥
এবমেষ মহানাত্মা সর্ব্বপ্রলয়কোবিদঃ। বিকুর্ব্বাণঃ প্রকৃতিমানভিমন্যত্য বুদ্ধিমান্ ॥৪২॥
তমঃ সত্ত্বরজোযুক্তস্তাসু তাস্বিহ যোনিষু। নিয়তে প্রতিবুদ্ধিত্বাদবুদ্ধজনসেবনাৎ ॥৪৩॥

নহাক্না হংখিবত্থগী মতুংইদ্মা ক্ষর অক্ষরগী বিষয় অসি ঐনা বঙোন্দা সম্পংনা হায়রবসিনি ॥৩৭॥ হায়রিবা তত্ত্ব কুম্মরি অসিদগী ঈতোন্ তোঙানবা কুম্মঙা গুবা তত্ত্ব অমা লৈরি। মহাক অত্থু অতৈ কনাসু নত্তে; ভগবান্ পরমাত্মা বিষ্ণুনি। মহাকপু কুম্মঙাগুবা তত্ত্ব হায়না কৌই। হায়রিবা তত্ত্ব কুম্মরি অত্থবু মথন্তনা পুই হায়বগীদমক মহাকপু পুরুষ হায়না কৌই ॥৩৮॥

মহত্তত্ত্বনচিংবা ব্যক্ত ( মশক উবা মওং মতৌ পুবা ) পোৎশিং অসিমা থোকহল্লিবা ( শেম্লিনা ) পোৎশিং অসি করিগুম্বা মওং ( মূর্ত্তি ) অমদি মতম থরগীদমক মপুরে। মশীং অম্থম থীরকপদা অব্যক্ত ওইবা তত্ত্ব অসি কুম্মরিনি, অদুগা খুম্মঙাগুবনা নিরাকার পরমাত্মানি ॥৩৯॥

হায়রিবা তত্ত্বশিং অসিগী মমুংদা মাগুম্বা অনীগুবা অমা লৈরবা, মথন্ত ঙায়রবস্থু অহিংবা জ্ঞানলৈবা ওইনা অদুম মরৈরবা, মশকহোংবা লৈরবা জগৎব্রহ্মাণ্ড পুন্নমক্সিনা, অদুগা— পোৎ খুদিংমক্না মাগী মশক ওইদনা লৈরিবা, অদমক্তনা মাগী মশক মওং অসিংক্লি হায়বা য়াদবা, অংচত্ত পোৎ খুদিংমকী আত্মা ওই-দুনা লৈরিবা অদুগুম্বা পরমাত্মানা পোৎ খুদিংমকী হায়বদি— জীব খুদিংমক্কী থম্মোয়দুংদা তুংদুমা লৈ ॥৪০॥

সৃষ্টি প্রলয় ( সংহার ) হায়বদি— শেম্বা থুগাইবা অনীমক প্রকৃতিতগী ধর্ম্ম ( মথৌ ) নি। পুরুষ ভগবান্দি হায়রিবা অনীসিগা মরী কয়মতা থংদবনি। অদুবু প্রকৃতিগা মতম থরদং তিন্নরা লৈরুষদগী পুরুষ মহাকনু শেম্ব থুগাইবা, পোকশা শিবা অসিনচিংবগা মরম লৈনবগুম উই। মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় নত্তবস্থু ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় ওইনা লৈবগুম, হায়বদি— উবা, তাবা য়াবা পোৎশক অমগুম লৈবগুম্ উই। মশামক নির্গুণ ওইরবস্থু, হায়বদি— নেম্বা য়াংবা, শীক্প-চাউবনচিংবা গুণশিংসি য়াওরবস্থু সগুণ ওইনা লৈবগুম উই— উহল্লি ॥৪১॥

মতৌ অদুম্না সৃষ্টি প্রলয় অনীগী তত্ত্ববু লোইনা থগুলিবা আত্মা অসি মপানগী বিকারী ওইবা বিকৃতি ( হকচাংনচিংবা ) অসিগা তিন্নরুবংগী, মশামক অবিকারী ( মশক মওং হোংবা লৈতবা ) ওইরবস্থু, বিকারী ( মশক মওং হোংবা নাইবা ) ওইনা উই। মশাদা প্রাকৃতবুদ্ধি ( প্রকৃতিগী বুদ্ধি ) ঊরৈ লৈরবস্থু প্রাকৃত-দেহ ( পঞ্চভূতকী দেহ ) অসিগী মহুংদা লৈরিঔদা আত্মাভিমান তৌই। হায়বদি— হকচাংসিগা কোম্বনা 'ঐ' হায়বা প্রকৃতবুদ্ধি ( প্রাকৃতজ্ঞান ) অসি তৌই ॥৪২॥ প্রকৃতিসিগা হেক্ তিন্নরুষদগী হায়রিবা পুরুষ

সত্ত্বাসত্ত্বানি নিত্যাত্মা যোঽহমিতি মন্যতে। যোঽহং সোঽহমিতি হ্যুক্ত্বা গুণানেবানুবর্ত্ততে ॥৪৪॥
তমসা তামসান্ ভাবান্ বিবিধান্ প্রতিপদ্যতে। রজসা রাজসাংশ্চৈব সাত্ত্বিকান্ সত্ত্বসংশ্রয়াৎ ॥৪৫॥
শুক্ল লোহিত কৃষ্ণানি রূপাণ্যেতানি ত্রীণি তু। সর্ব্বাণ্যেতানি রূপাণি যানীহ প্রাকৃতানি বৈ ॥৪৬॥
তমসা নিরয়ং যান্তি রাজসা মানুষানথ। সাত্ত্বিকা দেবলোকায় গচ্ছন্তি সুখভাগিনঃ ॥৪৭॥
নৈষ্কৈবল্যেন পাপেন তির্য্যগ্‌যোনিমবাপ্নুয়াৎ। পুণ্যপাপেন মানুষ্যং পুণ্যেনৈকেন দেবতাঃ ॥৪৮॥
এবমব্যক্তবিষয়ং ক্ষরমাহুর্মনীষিণঃ। পঞ্চবিংশতিতমো যোঽয়ং জ্ঞানাদেব প্রবর্ত্ততে ॥৪৯॥

( আত্মা ) হায়বসিগী মশাদা সত্ত্ব রজ তমঃ হায়বা গুণ অসি হেক্ চঙ্ঙকই। অজ্ঞান ( অপঙবা ) ওইবা মীশিংগী সঙ্গদগী মখোয়গী মতৌগুম্না মহাকস্তু সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক ওইবা হকচাং মখল মখল ফংননবগী যোনি ( পোক্কফম, চঙফম হকচাং ) দা চঙ্ঙকুনা পোকপা শিবগী থবক্তা হেক্ হেক্ যাওরৈ ॥৪৩॥

প্রকৃতিগা অসুম লৈমিন্নখিবগী মশা মথন্তগী মশক মতীক্ মওংবু কাউজখিবদগী "ঐদি হকচাং অসিদগী তোঙানবনি, হকচাংসিগা মরী করিমত্তা লৈনদে" হায়বসি হেক্ কাউথোকৃখিত্রনা— 'ঐ হকচাংসিমক্কি" "ঐ হকচাংসিদগী তোঙান্দে" হায়না হেক্ খনবা হৌখি। অদুদগীদি— "ঐ অসি অদুনি, অদানি, মাগী মচানি, মাগী মশানি, নং অসি ঐ নত্তে।" "ঐনা জাতি অসিগী মীনি, নংনা জাতি অদুগী মীনি, ধর্ম্ম অদুগী মীনি।" অসিনচিংবা সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক ওইবা রাখলগী ঈরৈদা অদুম তাউথখি ॥৪৪॥

তাউথবদুনা অসুম্ চংখিবদুনা পাঞ্চভৌতিক দেহ অমদা হেক্ চঙখিবদগী তমোগুণগা থেংনরুরগা— শুদ্ধাংপা অশাউবা অপাম্বনচিংবগী রাখন্দা, রজোগুণগা থেংনরুরগা সম্পত্তিনচিংবা ফংননবগী, চাওখৎপা, থোঃবনচিংবা ফংননবগী থবক্তা, অদুগা সাত্ত্বিকগুণগা থেংনরুরগা জ্ঞান বৈরাগ্যনচিংবা ফংননবগী থবক্তা অমদি রাখন্দা চঙখি। হায়বদি— অদুম অদুম ওইবা তোঙান্ তোঙানবা রাখলবু ফংখি ॥৪৫॥

সত্ত্বগুণ রজোগুণ তমোগুণ অদুম অসিদগী মথংশীংনা— অঙৌবা অঙাংবা অমুবা মচু অদুম অসি থোরকৃই। প্রকৃতিগী মশক মচু পুম্নমক হায়রিবা অদুম অসিগী মনুংচনবা মক্তনি ॥৩৬॥

তমোগুণগী জীবনা নরকতা, হায়বদি— তেল্লবা শউচেক্, তীপ কাওগী মপোক্তা, রজোগুণগী জীবনা তাইবং মীগী মপোক্তা; অদুগা সাত্ত্বিকগুণগী জীবনা দেবলোকতা— লাইগী মপোক্তা চঙখি ॥৭৭॥

শাথিনা পাপকর্ম্ম তৌরবশিং অদুনা যাম্না লৈখা তাপ্রবা হঙ্ক্রবা মপোক্তা চংখি। পাপ পুণ্য অনীমক্ মান্নরা কর্ম্ম তৌখিবশিং অদুনা তাইবং মীগী মপোক ফংতি। পুণ্যকর্ম্ম তৌখিবশিং অদুনা লাইগী মপোকপু, হায়বদি— দেবলোকপু ফংখি ॥ ৮॥ মতৌ অসুম্না প্রকৃতিদগী থোকখ্রিবা তোঙান্ তোঙানবা মশক মচুগী পোৎশিং অসিবু জ্ঞানীশিংনা ক্ষরসৃষ্টিনি হায়নৈ। মথক্তা হায়খ্রিবা তত্ত্ব কুম্মরি অসিদগী তোঙানবা কুম্ম্যাগুবা তত্ত্ব অদুদি পরমাত্মানি। মচাক্তা অক্ষরনি। অদুম ওইবা মথন্তনা অক্ষর ওইবা পরমপুরুষ পরমাত্মা মহাকপু জ্ঞানীশিংভনা জ্ঞানগী পান্নৈনা ফংব-খঙব ঙম্মি। খঙলিবদু মাবু ফংলবনি ॥৪৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
বসিষ্ঠ করাল জনক-সংবাদে সপ্তনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥ ৯৭॥

——:(*):——

মক্কম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, বসিষ্ঠ করাল জনক-সংবাদদা চনীমরিফুতরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৯৭॥

——:(*):——

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( জীবনা তোঙান্ তোঙানবা যোনিদা পোক্লবা )

### চনীমরিফুতরানিপান্শুবা অধ্যায়

——:(*):——

বসিষ্ঠ উবাচ।

এবমপ্রতিবুদ্ধত্বা বুদ্ধমনুবর্ত্ততে। দেহাদ্দেহসহস্রাণি তথা সমভিপদ্যতে ॥১॥
তির্য্যগ্যোনিসহস্রেষু কদাচিদ্দেবতাস্বপি। উপপদ্যতি সংযোগাৎ গুণৈঃসহগুণক্ষয়াৎ ॥২॥
মানুষত্বাদ্দিবং যাতি দিবো মানুষমেব চ। মানুষ্যান্নিরয়ং স্থা-মানন্ত্যং প্রতিপদ্যতে ॥৩॥
কোশকারো যথাত্মানং কীটঃ সমবরুন্ধতি। সূত্রতন্তুগুণৈর্নিত্যং তথা যম গুণো গুণৈঃ ॥৪॥

বসিষ্ঠনা হায়,— নিংথৌ যুধিষ্ঠির! মতৌ অসুম্না জীবনা জ্ঞান য়াওথিদবা মরমদগী অজ্ঞানগী অমম্বদা য়া-মাহুনা হকচাং অমদগী হকচাং অমদা চথখিহুনা হকচাং লিশিং লিশিংদা কোয়চৎ চস্তুনা লৈথি ॥১॥

হকচাংদা চঙঙুবনা সত্ত্বনচিংবা গুণ অসিগা মরী লৈনখিবনা গুণ গুণ অতুনা পুখিবতুগী মতুংইন্না শা-উচেক্কী মপোক লিশিং লিশিংদা, দেবতাগী মপোক লিশিং লিশিংদসু পোক্লুই ॥২॥

করি করিগুম্বা মতমদা তাইবং মীওইবগী হকচাংদগী লাইরৈবাক্তা, অদুগা অমুক্— লাইরৈবাক্তগী মর্ত্ত্যলোক অসিদা হল্লকই। মর্ত্ত্যলোক অসিদা মীওইবগী হকচাংদগী য়াম্না হন্থরবা, তীল-কাঙনচিংবগী জন্ম ( মপোক্ ) দা পোক্লে ॥৩॥ কত্রং তীলনা মশা মথন্তু॥ মশা মথন্তুদগী পুথোক্ চিংথোক্চরক্পা লংজানিং

দ্বন্দ্বমেতি চ নির্দ্বন্দ্বস্তাসু তাস্বিহ যোনিষু। শীর্ষরোগেঽক্ষিরোগে চ দন্তশূলে গলগ্রহে ॥৫॥
জলোদরে তৃষারোগে জ্বরগণ্ডে বিষূচকে। শ্বিত্রকুষ্ঠেঽগ্নিদগ্ধে চ সিধ্মাপস্মারয়োরপি ॥৬॥
যানি চান্যানি দ্বন্দ্বানি প্রাকৃতানি শরীরিষু। উৎপদ্যন্তে বিচিত্রাণি তান্যেষোঽপ্যভিমন্যতে ॥৭॥
তির্য্যগ্‌যোনিসহস্রেষু কদাচিৎ দেবতাস্বপি। অভিমন্যত্যভীমানাৎ তথৈব সুকৃতান্যপি ॥৮॥
শুক্লবাসাশ্চ দুর্ব্বাসাঃ শায়ী নিত্যমধস্তথা। মণ্ডূকশায়ী চ তথা বীরাসনগতস্তথা ॥৯॥
চীনধারণমাকাশে শয়নং স্থানমেব চ। ইষ্টকাপ্রস্তরে চৈব কণ্টকপ্রস্তরে তথা ॥১০॥

অদুনা শাবা লাংদা মশা মথন্তবু কাক্তিজবহুগুম্না, নিগুর্ণ ওইবা আত্মাসিসু মশা মথন্তগী প্রকৃতিদগী পুথোক্-খিবা গুণশিং অদুনা মশা মথন্তবু ফাক্তিজে ॥৪॥

অহান্‌বদা মশামক্ অরা-মুংঙাইবা, কায়ন তিম্লবা, পোকপ শিবনচিংবা দ্বন্দ্বভাব ( অনী থোকপগী মওং ) অসিদগী রাংমদা লৈরম্লবসু তোঙান্ তোঙান্‌বা যোনি ( মপোক্ ) শিংদা চঙ চঙদুনা পোক্লুবহুদগীদি অনী থোক্পগী মওং ( দ্বন্দ্বভাব ) অসিদা অদুম চঙখি। অদুদগীদি কায়নবা তিম্লবনচিংবগী অরা-মুংঙাইবনচিংবসু অদুম মফংঙুরে। মথন্তা ঙায়রবসু, অমুক্না কোক্ ঙাওবা, কোক্ চীকপা, অমুক্না মীৎ নাবা, অদুক্না যা নাবা অমুক্না খোরীদা থবাক্তা থেবা, লোক্ থুংবা অসিনচিংবা লায়নাশিং অসি ফংই ॥৫॥

মতৌ অসুম্না পঞ্চভূতকী দেহমুংদা লৈরবা জীবসিনা পূক্নী লায়না. ঈশিং যাম্না কৌবা অরুম হৌবা, থোরী চয়ম্ ওক্ ওক্ কংবা, যাম্ন মাংবা ( খোঙহাম্বা, উন্‌শাদা অঙৌবা পকৃপা, থবাক্ চাক্পা, লাইচাক্ থুংবা, শারৈ-হৌবা— পঙথবা. অসিনচিংবা লায়নাগী খুবাক্ত অদুম মতাক্নরে ॥৬॥

অসি নত্রবসু প্রকৃতিগী দেহদা লৈরুরবনিনা মহৌশানা অদুম মওইরক্পা অহল ওইবা. শোম্বরকপন-চিংবা প্রাকৃতিক রোগশিং অসি অদুম্ মফংঙুরে। মাসি পূম্নমক অসি জীব অসিনা প্রাকৃতিক ওইবা পাঞ্চ ভৌতিক দেহসিদা চংঙুবনা মশা মথন্তনা থোক্লজবনি। অদুগা. হায়রিবশিং অসিনা ফাক্তিল্লে হায়রনসু খঙ্গরি ॥৭॥ করিগুম্বা মতমদনা জীবসিনা মশা মথন্তবু যোনি ( পোক্লম্ ) লিশিং লিশিংগী শা-উচেক্কী দেহ লিশিং লিশিংদা চঙঙুরবনি হায়নসু খল্লকই। লাইগী মপোক্তা চঙঙুরগা "ঐ লাইনি, তাইবংমীগী মপোক্তা চঙঙুরগা ঐ মীনি, শা নত্তে।" অসিনচিংবা রাখল্লা অহঙ্কার ( অভিমান ) অদুম্ মতৌরি। অদুগা মহাক মশাদি মীসু নত্তে, লাইসু নত্তে; শা উচেক্, তীল কাও অমতা নত্তে। অদুবু তৌরু তৌরুরিবা অহঙ্কার ( অভিমান ) অদুগী মতুংইন্না তৌরু তৌরুরিবা কর্ম্ম অদুগী মহৈরুসু অদুম্ মফঙ্ভিও ॥৮॥

কর্ম্মগী মহৈপাম্বা মীশিংনা অমুক্না ফজরবা ফীজোল শেৎলি। অমুক্না শেগায়রবা মোৎলবা মল্লবা ফি শেৎলি। অমুক্না লৈনিন্ মথক্তা ফরিসু ফরিসু য়াওদনা তুম্মি— হিপ্পি, অমুক্না হংঙাইদোনা মখোঙ-মথুং জোইনা কোন্‌শিন্দুনা তুম্মি, অমুক্না বীরাসনদা ফম্‌দুনা. অদুগা অমুক্না ফরিসু ফরিসু য়াওদনা ঈহাও হাওবা আকাশ মখাদা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈ। অমুক্না উকু-মাকু ছেত্তুনা, অমুক্না মুংপাক্ মথক্তা, অমুক্না

ভস্মপ্রস্তরশায়ী চ ভূমিশয্যাতলেষু চ। বীরস্থানাম্বুপঙ্কে চ শয়নং ফলকেষু চ ॥১১॥
বিবিধাসু চ শয্যাসু ফলগৃদ্ধ্যান্বিতস্তথা। মুঞ্জমেখলনগ্নত্বং ক্ষৌমং কৃষ্ণাজিনানি চ ॥১২॥
শানীবালপরিধানা ব্যাঘ্রচর্ম্মপরিচ্ছদঃ। সিংহচর্ম্মপরীধানঃ পট্টবাসাস্তথৈব চ ॥১৩॥
ফলকং পরিধানশ্চ তথাকণ্টকবস্ত্রধৃক্। কীটকাবসনশ্চৈব চীরবাসাস্তথৈব চ ॥ ১৪॥
বস্ত্রাণি চান্যানি বহূন্যভিমন্যতাবুদ্ধিমান্। ভোজনানি বিচিত্রাণি রত্নানি বিবিধানি চ ॥১৫॥
একরাত্রান্তরাশিত্বমেককালিক ভোজনম্। চতুর্থাশ্রমকালশ্চ ষষ্ঠকালিক এব চ ॥১৬॥
ষড়রাত্রভোজনশ্চৈব তথৈবাষ্টাহভোজনঃ। সপ্তরাত্রাদশাহারো দ্বাদশাহিকভোজনঃ ॥১৭॥
মাসোপবাসী মূলাশী ফলাহার স্তথৈব চ। বায়ুভক্ষোঽম্বুপিণ্যাকদধিগোময় ভোজনঃ ॥১৮॥

অমুক্না লৈকুপ চেক্কুও মথক্তা মতম লেল্লি। অমুক্না উশা রাশাদা মকোক্ মমৈ য়ুংনা য়ান্দুনা, অমুক্না তিঙ্খাং মরক্তা ধ্যান তৌই। অমুক্না মশাদা উফুল-রাইফুল তৌশন্দুনা উগী উখাদা জটা পুন্নুনা ধ্যান তৌই, অমুক্না লালফমদ, অমুক্না লৈখোম লৈনাং মরক্তা, অমুক্না ঈশিংদা তাউত্নুনা লুপ্লুনা সাধন তৌই। অমুক্না চৌকী মথক্তা, অমুক্না ফমুং মথক্তা তুমিন্ ফমুংনা লৈ। অমুক্না কৌপীন, অমুক্না লেঙ্গী ( লেঙুতা ) শেংলি। অতুরু মখি মরোল য়াওদনা, মাংগৈনা ক্রিশেংনত্নুনা ঈকাই অকি য়াওদনা কোয়চং চংলি। অমুক্না রেশমগী পারবা মোল্লবা ফঁজোল, অমুক্না শঙ্খী-মউল কৈ মউল শেংলি ॥৯ – ১২॥

মানা মানা অপাম্বা মহৈ অতুগী মতুংইন্না অমুক্না তেরাগী, অমুক্না শা-মতুগী ফি শেংলি। অমুক্না কৈ নোংশাগী মউন্না মশা পুম্বা পুমকূপ কূপশিল্লি। অমুক্না রেশমগী যিগে ( নাপু মচু মানবা ) শেংতুনা য়েংঙি ॥ অমুক্না ভোজপত্র কৌবা উকু, করিগুম্বদনা চুম্নগী ঈচম্ চম্বা. অমুক্না তিঙ্খাংনা থিনবগুম্না খীজো খীজো লাউবা ফিজেং শেংলি। কনাগুম্বনা তৌলনা মশাদগী থোকহল্লকপা মুগা লংগী মোল্লবা ফি, অমুক্না শেগাই-তুগাই শেংলি ॥১৩—১৪॥

অসুম তৌত্নুনা জ্ঞান ঈতা তাদ্রবা জীব অসিনা তাইবংমগী দেহমুংদা লৈরিঙৈসিদা, হায়রিবা ফিজেংশিং অসি নত্তবা ফিজেং জাৎ কয়া কয়া শেংতুনা য়েংঙি, চীঙ্গাক্ ( অচাপোৎ ) জাৎ জাৎ চায়। হী য়াই, পোহাল, মণিমুক্তা, রত্ন, নবরত্ন, তুলসীমালা, রুদ্রাক্ষমালা, শরু-ভারুগী মালা শিত্নুনা য়েংঙি ॥১৫॥

কনা কনাগুম্বনা অহিং অমমম্ কাম বাম্বনা চায়, অমুক্না একসন্ধ্যা ওইনা চায়। কনা কনাগুম্বনা নোংমগী অহানবা প্রহর ( য়ুথক ) দা, কনাগুম্বনা মরিগুবদা, কনাগুম্বনা তরুকগুবদা; অমুক্না নিপানগুবদা অমুক্না চারগা তোকই ॥ ১৬॥ কনাগুম্বনা অহিং তরুক লেল্লগা, অমুক্না তরেংনি, অমুক্না নিপাল্লি অমুক্না তরানি, অমুক্না তরানীথোইনি লেল্লগা চায় ॥১৭॥ কনাগুম্বনা থা অমা চুপ্পা চরা হেন্বা য়াওরি। কল্লি-মতমদা উহৈ অমতনা লেনবা য়াওরি, উরু-রারু খরা শায়রগা তোকপা য়াওরি, ঈশিংত থল্লগা লেল্লি, মুংশিং-ত চারগা লৈবা য়াওরি, কনাগুম্বনা থাউথী, কনাগুম্বনা শঙ্খী চাত্নুনা লেল্লি ॥১৮॥

গোমূত্রভোজনশ্চৈব শাকপুষ্পাদ এব চ। শৈবালভোজনশ্চৈব তথা চামেন বর্ত্তয়ন্ ॥১৯॥
বর্ত্তয়ন্ শীর্ণপর্ণৈশ্চ প্রকীর্ণফলভোজনঃ। বিবিধানি চ কৃচ্ছ্রাণি সেবতে সিদ্ধিকাঙ্ক্ষয়া ॥২০॥
চান্দ্রায়ণানি বিধিবল্লিঙ্গানি বিবিধানি চ। চতুরাশ্রম্যপন্থানমাশ্রয়ত্যপথানপি ॥২১॥
উপাশ্রমানপ্যপরান্ পাষণ্ডান্ বিবিধানপি। বিবিক্তা চ শিলাচ্ছায়া স্তথা প্রস্রবণানি চ ॥২২॥
পুলিনানি বিবিক্তানি বিবিক্তানি বনানি চ। দেবস্থানানি পুণ্যানি বিবিক্তানি সরাংসি চ ॥২৩॥

---

করিগুম্বা মতমদা শনুঘুং থকুনা হুংঙাইনা লৈথোক্লি। কনা কনাগুম্বনা মনা মশীং সাগ (শাক্) চায়, করিগুম্বা মতমদনা আচমন-ত তৌরগা তৌক্লি ॥১৯॥

করিগুম্বা মতমদনা উথক্কী মশানা কেঞ্জরকপা উনা অকংবা, উহৈ চায়। মতৌ অসুম্না মানা নীংশিবহ থুংনবা অকন্বা নিয়মব্রত কয়া তৌরি ॥২০॥ *

অমুক্লা চন্দ্রায়ণ তৌই ধর্ম্মগী মরম ওইবা চন্দনলশিবা খুদম্ হকচাংদা য়েক্শিল্লি। কনাগুম্বনা ব্রহ্মচর্য্যানচিংবা অশ্রম মরিগী লম্বী কায়দনা মথং মনাও নাইনা চংলি। কনাগুম্বনা মাতুগী ওম্ব তৈদবা লম্বী চংলি ॥২১॥ করিগুম্বা মতমদনা অশ্রম মরিতুগী মশা ওইনা লৈরিবা— উপাশ্রম কয়া কয়াগী লম্বী লীক্লম্ কায়দনা চংলি। অমুক্লা অচীক্পন্দা মথন্তা চাউরবা নুংপাক্কী মরুমদা খুপতুনা ধ্যান তৌদুনা লৈ। অমুক্লা তুরেন্গী মপান্দা ঈশিং চাইথবী, ঈফুংকী ময়াদা ফমদুনা লৈথোক্কই ॥২২॥

করিগুম্বা মতমদনা তুরেল মপালগী অচীকপদা মফম অমদা মফি মরোল য়াওদণা অদুগা করিগুম্বা মতমদনা লনগী চীক্বা মফমদা, অমুক্লা শেংলবা দেবমন্দিরগী ময়াদা, মসুংদা; অদুগা অমুক্লা পুখ্রীমপান্দা ফমদুনা লৈথোক্ই ॥২৩॥

* হায়রিবশিং অসিগী অকুপ্পা বিচারদি – জীবাত্মা অমতনা হকচাং খুদিংদা মতম অমতদা মফম মতম তোঙান্ তোঙান্বদা লৈদুনা মপান্গী হকচাংশিংদা তোঙান্ তোঙান্বা চাক্না ফীজেৎ, তোঙান্ তোঙান্বা অপাম্বগী মতুংইন্না তৌথোরক্লি। সাধন ময়াম অসি করিগীনো অসিনি। মতম অমতদা মফম তোঙান্ তোঙান্বদা আত্মা মশা অমতনা ঈশ্বর (পরমাত্মা) লৈ হায়রি। মহাক লৈন লৈন অমুক লৈতে হায়রি। অদুনা আত্মা মশামক্লা লৈ লৈতে হায়রিবসিনদি মহাক নত্তবা মাঙোন্দগী তোঙান্বা পরম্—পর + পরম-আত্মা, পরাত্মা অমা লৈ লৈতে হায়বা তারে। লৈতে হায়রগা পরমাত্মাদু আত্মা মা মক্লা অদুম্ ওইজবা তারি। লৈ হায়রগনা আত্মা মঙোন্দগী তোঙান্বা আত্মা অমা লৈ হায়বা তারি। অদুননি য়াহং অনীমক্তা 'লৈ' হায়বসি অদুম মতারি। অদুদি মশানা অদুম মওইজরবদা তোঙান্ তোঙান্বা আত্মা (পরমাত্মা) খুদিংমক্ ফংনবা তোঙান্ তোঙান্বা ফীজেৎ চাক্চা হোংদোক হোংজিন্ তৌরিবা করিগীনো ?—অসিনি বিচারদি। "জীবো ব্রহ্মৈব কেবলম্" হায়রিবা মহাক মশামক্সু অমনা শেংপা ফিজেৎ অদু শংজু হায়বা য়াদ্রি। প্রকৃতিগী মথা পোন্দবা লৈতে। (কালাচাঁদ)

বিবিক্তাশ্চাপি শৈলানাং গুহা গৃহনিভোপমাঃ। বিবিক্তানি চ জপ্যানি ব্রতানি বিবিধানি চ ॥২৪॥
নিয়মাং বিবিধাশ্চাপি বিবিধানি তপাংসি চ। যজ্ঞাংশ্চ বিবিধাকারান্ বিধীংশ্চ বিবিধাংস্তথা ॥২৫॥
বণিকপথং দ্বিজং ক্ষত্রং বৈশ্যশূদ্রাং স্তথৈব চ। দানং চ বিবিধাকারং দীনান্ধকৃপণাদিষু ॥২৬॥
অভিমন্যত্যসম্বোধাৎ তথৈব ত্রিবিধান্ গুণান্। সত্ত্বংরজস্তমশ্চৈব ধর্ম্মা র্থৌ কাম এব চ ॥২৭॥
প্রকৃত্যামানমেবাত্মা এবং প্রতিজত্যাত। স্বধাকারবষট্‌কারৌ স্বাহাকার নমস্ক্রিয়াঃ ॥২৮॥
যাজনাধ্যাপনং দানং তথৈবাহুঃ প্রতিগ্রহম্। যজনাধ্যায়নে চৈব যচ্চান্যদপি কিঞ্চন্ ॥২৯॥
জন্মমৃত্যুবিবাদে চ তথা বিশসনেঽপি চ। শুভাশুভময়ং সর্ব্বমেতদাহুঃ ক্রিয়াপথম্ ॥৩০॥
প্রকৃতি: কুরুতে দেবী ভবং প্রলয়মেব চ। দিবসান্তে গুণানেতানভ্যেত্যৈকোঽবতিষ্ঠতে ॥৩১॥

---

করিগুম্বা মতমদা চীংনুংদা, চীংগী লোক্নুংদা ময়ুমদোনা লুংঙাইনা লৈথোক্‌ই। লৈরু লৈরুবা মফমশিং অদুদা য়াম্না থুপ্পবা জপ য়াম্না থুপ্পবা মন্ত্র, ব্রত, উপবাস, তপ, যজ্ঞনচিংবা মপূক্লীংদা অরাক্ অরাক্‌পা কর্ম্মশিং অদু তৌই ॥২৪—২৫॥

মহাক্না করিগুম্বদস্থু তোঙান্ তোঙানবা ব্যবসায় — ব্যাপার তৌই। অমুক্না ব্রাহ্মণগী, অমুক্না— ক্ষত্রিয়গী অমুক্না বৈশ্য শূদ্রগী ব্যবসায় তৌই। অরা-অনা, খোঙতেক্ মীত্তাংবদা অঙম্বা দান তৌই ॥২৬॥

অজ্ঞানগী মখা পোনখিহনা সত্ত্ব, রজ, তম গুণ অদুম অসিগী মরম ওইবা দানধর্ম্মনচিংবা শুভকর্ম্ম কয়া কয়া আত্মাভিমানগা লোয়ননা হাৎবদি— ঐনা তৌরিবনি হায়না খন্দুনা য়াম্না খোয়না তৌই ॥২৭॥

মতৌ অসুম্না আত্মাসিনা প্রকৃতিগী পাম্বৈনা, হায়বদি প্রকৃতিনা খুংলায় ওইহনা মশা মথন্তগী মতম অমতদা শরুক কয়া কয়া থোক্না থায়দোক্‌ই। অমুক্না স্বাহা, অমুক্না স্বধা, অমুক্না বষট্ হায়হনা, অদুগা অমুক্না মকোক্ নোন্দুনা, মখুং লোম্নহনা খুরুম্মি ॥২৮॥

অমুক্না মশাগী, অমুক্না মীগী, যজ্ঞ তৌই, তৌশি। অমুক্না বেদ তম্মি, মীবুস্থ তম্বি, অদুগা অমুক্না দান তৌই, মীঙোন্দগী দানস্থ লৌই। অসুম্না থবক অমদা অরেপ্পা অমতা থমদনা তোঙান্ তোঙানবা থবক কয়া কয়া তৌই ॥২৯॥

আত্মাসিনা অমুকস্থ দেহ অমদা চঙহনা পোক্‌লুই, দেহহুদগী অমুক শিব কৌহনা,— কৌহন্দুনা থোরকই। পোকপশিব কৌবা উপাধি অদুদি দেহহনা অদুম ফংজহৌই। অমুক্না অমগা থৎনৈ ফুনৈ অদুগা অমুক্না থৎন-ফুনরম্বদুগা চান্নৈ, লালশোক্নৈ, চান্নৈ— সন্ধি তৌনৈ। মাসিবু বিদ্বান্‌শিংনা শুভাশুভ কর্ম্ম কৌই ॥৩০॥

প্রকৃতিদেবীতনা সৃষ্টিস্থ প্রলয়স্থ অনীমক তৌরিবনি। ঘুমিংনা ঘুমিংথুদিংগী অমুক্না থোরকপগা মাগী মশেক্ মঙাল পুম্বব মায়গৈ পুম্বদ শন্দোক্লম্নগা ঘুমিদাং রাইরম রাইরমদা অমুমুক তৌশিন্‌খিবদুগুম্না আদিপুরুষ ভগবান্ ব্রহ্মানা কম্নগী অহান্‌বদা গুণ অদুম্না বিস্তার তৌই, শন্দোকই। মমৈথঙদা মথঙনা

ৰশ্মিজালমিবাদিত্যস্তংস্তং কালে নিষচ্ছতি　　এবমেষোঽসকৃৎপূৰ্ব্বং ক্রীড়ার্থমভিমন্যতে ॥৩২॥
আত্মৰূপগুণানেতান্ বিবিধান্ হৃদয়প্ৰিয়ান্　　এবমেতান্ বিকুৰ্ব্বাণঃ স্বৰ্গপ্ৰলয়ধৰ্ম্মিনীম্ ॥৩৩॥
ক্রিয়া ক্রিয়াপথেৰক্তস্ত্রিগুণাং ত্রিগুণাধিপঃ　　ক্রিয়াং ক্রিয়াপথোপেত স্তথা তদিতি মন্যতে ॥৩৪॥
প্ৰকৃত্যা সৰ্ব্বমেবেদং জগদন্ধীকৃতং বিভো　　ৰজসা তমসা চৈব ব্যাপ্তং সৰ্ব্বমনেকধা ॥৩৫॥
এবং দ্বন্দ্বান্যথৈতানি সমাবৰ্ত্তন্তি নিত্যশঃ।　মমৈবৈতানি জায়ন্তে ধাবন্তেতানিসামিতি ॥৩৬॥
নিস্তৰ্ত্তব্যান্যথৈতানি সৰ্ব্বাণীতি নৰাধিপ।　মন্যতেঽয়ং হ্যবুদ্ধত্বাত্তথৈব সুকৃতান্যপি ॥৩৭॥
ভোক্তব্যানিময়ৈতানি দেবলোকগতেন বৈ।　ইহৈব চৈনং ভোক্ষ্যামি শুভাশুভফলোদয়ম্ ॥৩৮॥
সুখমেব তু কৰ্ত্তব্যং সকৃৎকৃত্বাসখং মম।　যাবদন্তং মে সৌখ্যং জাত্যাং জাত্যাং ভবিষ্যতি ॥৩৯॥
ভবিষ্যতি চ মে দুঃখং কৃতেনেহাপ্যনন্তকম্।　মহদ্দুঃখং হি মানুষ্যং নিরয়ে চাপি মজ্জনম্ ॥৪০॥

---

অমুমুক লৌশিল্লি। মতৌ অসুন্না প্ৰকৃতিগা তিন্নঃনা পুরুষনা তত্ত্বজ্ঞান লাকৃত্ৰিঙৈগী মমাংদা পুকৃনীংদা নুংঙাইবা পোকৃহন্ননবগী মশক ওইবা মথল মখা অয়াম্বা ব্যাপার (থবক) শিংবু চুম্নগী মাগী শাম্নবগী দমক্তা তৌগ্ৰবদো হুম্না হুম্না অহুম মতৌই। মাহুতনসু মাগী মথৌনি খল্লি। শেম্বা থুগাইনতনা মাগী ধৰ্ম্ম (মথৌ) ওইবী, গুণ অহুমগী মশক ওইবী প্ৰকৃতিদা বিকার পোকৃহন্দুনা গুণ অহুমহুগী মপু আত্মানা কৰ্ম্মমাৰ্গদা চঙশিন্‌থুনা প্ৰকৃতিগী পাম্বৈনা, হায়বদি— লোয়নহুনা তৌরিবা গুণ অহুমগী থবকপু মহাক্নমক্তীনি হায়না লৌই ॥৩১—৩৪॥

নিংথৌ! প্ৰকৃতিনা জগদ অসিবু মীত্তাঙব করিমত্তা উদবা ওইনা থম্লি মহাক্না তিন্নবদগী জগত্তা লৈরিবা অচচ্চত্ত পোৎ থুদিংমক অসি হীরম থুদিংদা রজোগুণ তমোগুণ অনীসিনা কুপশিন্‌খহুনা লৈরি। মতৌ অসুন্না প্ৰকৃতি কৌবী মহাক্তী থৌহিঞ্জিন্দগী অন্নাবা নুংঙাইবা, কায়নবা তিন্নবনচিংবা অসিগী হুন্না হুন্না ওন্ন ওন্ননা লাকপা হায়বহু অসুম শোয়দনা মওইরক্লি। অদুবু জীব (জীবাত্মা) অসিনা পঙথখিবদগী— তৌরক্লিবা পুম্বসি মহাক্তী মথঙা আক্রমন তৌরক্লিবনি হায়না খঞ্জে। মখোয়সিদগী লাম্থোকক্তম পোকই, হায়নসু খঞ্জে। মাহু লাম্থোক্লগী হোৎনব অমনি উপায় থিবতনা জীব মহাক্তী অরাবহু অহুম মওইরে। নিংথৌ! প্ৰকৃতিগা আ-রৌম হক্‌চন্না তিন্নখিবদগী অজ্ঞাননা কুপশিনথ্ৰবা পুরুষ অসি স্বৰ্গলোকত চৎপ্ৰগা মক্তম অহুদা পুণ্যকৰ্ম্মশিং অসিগী মহৈশিং অহু চাক্নি হায়না খল্লি। অহুগা, নহন্নুক্তী মপোক্তা তৌথিবা কৰ্ম্মগী মহৈ অহুবুনা ইহলোক আসদা চারিবনি, অহুগা চাগনি হায়নসু খল্লি ॥৩৫—৩৮॥ অদুনদি ঐসি নুংঙাইবহু ফংননবা পুণ্যকৰ্ম্ম তৌবা তাই— অসুম হায়নসু জীবসিনা খল্লি। পুণ্যকৰ্ম্মসিমতং তৌরবাদ ঐ শোয়দনা নুংঙাইবহু ফংলনি অহুগা মতুংদসু আ-ফাওবা অহুম মফংলগনি হায়না জীবসিনা খঞ্জে ॥৩৯॥

মপোক অসিদা ফত্তবা কৰ্ম্ম— পাপকৰ্ম্ম তৌরবদি হয়েংন্নুক্তী মপোক্তা অরাবা যাম্না ফংগনি। মী-ওইবগী মপোক অহুগা পুন্‌শিদি অরাবা মথল মথলতনা থল্লবনি। অসি ত নত্তনা পাপকৰ্ম্মগী মহৈনা শিরবা

নিরয়াচ্চাপি মানুষ্যং কালেনৈষ্যাম্যহং পুনঃ। মনুষ্যত্বাচ্চ দেবত্বং দেবত্বাৎ পৌরুষং পুনঃ ॥৪১॥
মনুষ্যত্বাচ্চ নিরয়ং পর্য্যায়েনোপগচ্ছতি। য এবং বেত্তি নিত্যং বৈ নিরাত্মাত্মগুণৈর্বৃতং ॥৪২॥
তেন দেব মনুষ্যেষু নিরয়ে চোপপদ্যতে। মমত্বেনাবৃতো নিত্যং তত্রৈব পরিবর্ত্ততে ॥৪৩॥
সর্গকোটিসহস্রাণি মরণান্তাসু মূর্ত্তিষু। য এবং কুরুতে কর্ম্ম শুভাশুভফলাত্মকম্ ॥৪৪॥
স এবং ফলমাপ্নোতি ত্রিষু লোকেষু মূর্ত্তিমান্। প্রকৃতিশ্চ তদশ্নাতি ত্রিষু লোকেষু কামগা ॥৪৫॥

---

তুংদা নরকতা শোয়দনা মতাক্কুরগদবনি-- অসিনচিংবা অরাবা অকিবগী র থল হেক্ হেক্ পোক্লকই ॥৪০॥

জীব হায়বসিনা করম্না অমুক থন্বগে হায়ববু মতম কুইনগী মতুংদা নরকতগী লাম্থোরক্লবা তুংদা—তাক্টবং মীওইবগী মপোক্কা অমুক লাকনি। মীওইবগী মপোক্কা চঙলক্লগা পুণ্যকর্ম্ম য়াম্না তৌরগা মাহুগী মহৈনা দেবলোকতা, হায়বদি— লাইগী মপোক্কা চঙগনি। দেবলোকতা পুণ্যকর্ম্মগী মহৈশিং অহু চাবা লোইরগা অমুকহন্না মীওইবগী মপোক্কা চঙলকনি ॥৪১॥

হায়রিবসিগুম্না জীব অসিনা তীল কাওগী মপোক্কগী মীওইবগী মপোক্কা, অহুগা মীওইবগী মপোক্কগী অমুক তীল কাওগী মপোক্কা, হায়বদি নরকতা, অসুম্না হঙ্গং হন্দা চংতুনা লৈরক্লি। আত্মাদগীদি তোঙান্না অহুগা তোঙাল্লবসু আত্মাদা লৈগদবা গুণ অমদি চৈতন্য ( জ্ঞান মাওদবা, জ্ঞান তাবা ) অসিনচিংবা গুণশিং অহুগা ওহাঙুং তিন্নজবা ফংলবা ইন্দ্রিয়শিংগী মপৈ অসিনা হকচাংমুংদা লৈরগা থল্লকপা হায়ববু—"উরিবা হকচাং অসে ঐ নি, অসিনা দেবলোকনি, অদুনা মনুষ্যলোকনি, অসিনা নরকনি, অহুনা স্বর্গনি।" অহুনা উরিবা ঐ অসিনা অমুকসু দেবলোকতা, অমুকসু মনুষ্যলোকতা, অমুকসু তীলকাওগী মপোক্কা, অসুম্না হঙ্গং হন্দা চংতুনা লৈরিবনি—" অসিনি। নিপা সুপীনচিংবগী মফমদা থম্মুরিবা অহুগুম্না মমতা ( হকচিন্না মুংশিন্নবা ) অহুনা কয়া ফাজিন্খিহুনা, সৃষ্টি অমা লাকত্রি ফাওবা জীব অসিনা হকচাং কোটি লিশিং লিশিংদা কোয়চং চংতুনা লৈরিবনি। মতৌ অসুম্না তৌথি তৌথিবা অফ ফত্ত কর্ম্মশিং অহুগী অফ ফত্ত মহৈশিং অহু ফং ফংহুনা মরোল অহুম্মক্তা, হায়বদি— স্বর্গ মর্ত্ত্য পাতালগী তোঙান্ তোঙান্বা হকচাংগী মওংদা চঙ চঙহুনা জীব (জীবাত্মা) অসিনা সৃষ্টিগী মতমদগী হৌজিক ফাওবা কোয়রে লৈহনা লৈরকলি। থাজেংবদি প্রকৃতি হায়বী অসিতনা অফ-ফত্ত মহৈ পীবা কর্ম্ম মখল মখল অসি অনুষ্ঠান তৌহুনা— ( লিখংতুনা ) লাকলিবনি। মরোল অহুমদা অসুম্না লাক্ লাকুনা কর্ম্মশিং অহুগী মহৈসু মহাক্না অহুম মচায়। অদুবু অজ্ঞাননা কূপশিন্দুনা লৈবনা জীবাত্মা অসিনা থবক তৌবা কর্ত্তা অহুসু, মহৈ চারিবা— ভোক্তা অহুসু মহ ক্লনি হায়না খল্লে। কর্ত্তা-ভোক্তা অনীমক্ মশা মথন্তনা শাহুনা লৈরি ॥৪২—৪৫॥ *

---

* জীব ( জীবাত্মা ) অসিগা লোয়ননা লৈরিভেদা জীবসিগী লোয়নবী ওইনা লৈরিভেদা প্রকৃতিসিনা থবক পুম্নমক্ তৌই, থবকশিং অহুগী অহুসু অহুম্ মহাক্না ভোগ তৌই। থবক তৌরিবা মহৈ চারিবদি

তির্য্যগ্‌যোনিমনুষ্যত্বং দেবলোকে তথৈব চ। ত্রীণিস্থানানি চৈতানি জানীয়াৎ প্রাকৃতানি হ ॥৪৬॥
অলিঙ্গাং প্রকৃতিং ত্বাহুর্লিঙ্গৈরনুমিমীমহে। তথৈব পৌরুষং লিঙ্গমনুমানাদ্ধি মন্যতে ॥৪৭॥

শা উচেক ভীল-কাওগী মপোক ( দেহ ), মাইবং মীওইংগী মপোক, দেবযোনি ( লাইগী মপোক ), হায়রিবা অহুম অসি জীবসিগী কর্ম্মফলনা চাননবা মফমনি। হায়রিবা অহুম অসি প্রাকৃত মফমনি। হায়-বদি— প্রকৃতিদগী ওইখিবা বিকার মক্তনি হায়না খঙঙু ॥৪৬॥

মুনিশিংনা প্রকৃতি অসিবু লিঙ্গ ( প্রকৃতি হায়বগী খুদম ) য়াওদবীনি হায়নৈ। অদুবু মথোয়না বিশেষ ওইবা হেতু খরগী পাম্বৈনা লৈ হায়বগী অনুমানদি তৌবা মঙম্মি। মতৌ অসুম্না প্রকৃতিমুং অসিদা লৈম্লিবা পুরুষগী অস্তিত্ব ( লৈ হায়ব ) গী খুদমসু, অদুগা মাগী স্বরূপ মশক মওংসু অনুমাননা খঙবা ঙম্মি।

মতোন্দা জীব হায়বদুনা লৈরিঙৈ মতম অদুতদানি। জীব মাগী মতেংনা প্রকৃতিনা থবক তৌরি— চারি। থবক তৌবা মচৈ চাবা অনীমকসিদা জীব মহাক্তি ঈস্নাও য়াওদবনি। প্রকৃতি ( হকচাং ) অসিদগী য়াংমদা লৈদুনা প্রকৃতিদা মতেং অদু পীবিরম্লগদি জীব মহাকসু ঐ কর্ত্তাসু নত্তে ভোক্তাসু নত্তে হায়না খঞরমগ-দবদা মহাক্নদি প্রকৃতি ( দেহ— মায়া ) অসিগী মনুংদা প্রকৃতি ( মায়া ) সিনা কূপশিন্ য়োম্‌শিন্দুনা মরৈ প্রবনিনা ঐনা তৌরিবনি, ঐনা চারিবনি হায়না খঞরি। তৌবগীদি লাম্নবু খল্লবসু খল্লিবদুদি প্রকৃতি— ( হকচাং ) সিগী মনুংদা লৈরিঙৈদা ঙম্লিবনি। মূন্না খন্থরুরবদি প্রকৃতিগী মপান্‌বু জীবসিনা ভাংডি, জীবগী মপাম্ প্রকৃতিসিনা তাংডি। অদুনা কয়াগী মতীক্ মরী লৈনবগে হায়ববু— জীব মহাক্না হেক্ লৈবি-দবদা প্রকৃতিসি অশিবা প্রকৃতি ( অশিবা হকচাং ) হেক্তা ওই। জীব ( জীবাত্মা ) অসিসু প্রকৃতিদগী য়াংম হেক্ লানথিবদা জীব ( অহিংবা হায়বা মিংথোল অদু অহুম ফংখিদ্রে। অনী অসিগী শক্তিদা খেন্নবা হায়ববু জীব মহাক্তি প্রকৃতি অসি অশিবা ( নির্জীব ) ওইহল্লম্মগা প্রকৃতিসি লোয়নদনা অহুম থোকখিবা মাঙথোকখিবা ঙম্মি। প্রকৃতিদি হায়দোনা মাওবা ঙমদনা অহুম লৈহৌই। অদুবু অহুমসু, স্থূলপ্রকৃতিসিনা মরীক্ মরীক্ চোংথোক্‌খিদুনা মাগী মাগী মূলপ্রকৃতিদা ভিন্‌খি। মপুরোয়বা ( লোয়নবা ) অদুনা হুন্দোক্-লম্লবী খাইনবিরম্লবী মুপীনা মাগী পোক্লফম মপাম্‌দা চংথিবদুঙুম্না, ঈ নাই লু ভোং মুংশিং ( মুংশাপোর ) অশাবাশিং অসিনা মহাবায়ু, মহাকাশ, মহাগ্নিনচিংবগী মফমদা চংথিদুনা ভিন্নখি। চারিবা মনা-মশীং অসি লৈপাক্নি, চারিবা লৌরিবা খোঙ খুৎ অসিসু লৈপাক্নি। লৈপাক মশেল তিন্নরগা চাউথোরক্লিবা নোয়-রক্লিবসিনি। জীব অসিদি নোয়বা কংবা য়াওবা নত্তে। অদুবু প্রকৃতিনা কূপখিবদগী ঐ নোয়রে, ঐ কংলে অহুম মহায়রি। থুম্মি, য়াকই খঙলিবসিদি, অদুগা ঈংই শাই হায়না ফাওরিবসিদি ফনাননো, হায়বদা প্রকৃতিসিগা লোয়নরিবা জীবসিননি। প্রকৃতিসিগা লোয়নরবদি খঙদবরা হায়বদা খঙিঙ, মহাক্তি জ্ঞানময়নি। প্রকৃতিসিগী মনুংদা লৈনা লৈনা অজ্ঞান ওইবদু ভোক্লনবা সাধন তৌবা ঙম্মি। প্রকৃতিদি মাদু ঙমদে।

( কালাচাঁদ )

সলিঙ্গান্তরমাসাদ্য প্রাকৃতং লিঙ্গমব্রণঃ। ব্রণদ্বারাণ্যধিষ্ঠায় কর্ম্মাণ্যাত্মনি মন্যতে ॥৪৮॥
শ্রোত্রাদীনি তু সর্ব্বাণি পঞ্চকর্ম্মেন্দ্রিয়াণ্য হ। বাগাদীনি প্রবর্ত্তন্তে গুণেষ্বিহ গুণৈঃ সহ ॥৪৯॥
অহমেতানি বৈ সর্ব্বং ময়্যেতানীন্দ্রিয়াণিহ। নিরিন্দ্রিয়ো হি মন্যেত ব্রণবানাস্মি নির্ব্রণঃ ॥৫০॥
অলিঙ্গা লিঙ্গমাত্মানমকালঃ কালমাত্মনঃ। অসত্ত্বং সত্ত্বমাত্মনমসর্গঃ সর্গমাত্মনঃ ॥৫১॥
অমৃতুর্ম্মৃত্যুমাত্মানমচরশ্চরমাত্মনঃ। অক্ষেত্র ক্ষেত্রমাত্মনমসর্গঃ সর্গমাত্মনঃ ॥৫২॥
অতপাস্তপ আত্মনমগতির্গতিমাত্মনঃ। অভবো ভবমাত্মনমভয়ো ভয়মাত্মনঃ ॥৫৩॥

খত্তিওবা অনুমান তৌরিবা অদুসু জীব পুরুষ মশামক্কি প্রকৃতিসিগী ম.ংদা লৈরিবৈন্দা ॥৪৭॥ পুরুষ অসি মশামক্কীদি করিগুম্বা ছিদ্র ( মখুল— খুদম ) অমতা লৈত্রবসু, প্রকৃতিসিগী মশাগী ওইজবা লৈজবা খুদমগী মশক ওইবা হকচাংশিং অসিগী আশ্রয় লৌদুনা ছিদ্রশিং অসিদা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিগী অধিষ্ঠাত্রী-দেবতা অমমম্ ওইনা লৈদুনা ইন্দ্রিয়শিংসিগী কর্ম্মশিংসিবু মাগীনি, মানা তৌরিবনি হায়না লৌরি। মাসি-মক্না পুরুষ মহাক্কী লৈ হারবগী লিঙ্গ ( খুদম— প্রমাণ ) অদু অদুম মওইয়ে ॥৪৮॥

জগৎ অসিদা নাক্কোংনচিংবা জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙা, চীন্নচিংবা কর্ম্ম-ইন্দ্রিয় মঙা মখোয় অসি মাগী মাগী ভোঙান্বা গুণ অমমম্গা লোয়ননা গুণতগী মশক ওইরবা হকচাং অসিদা লৈরিবনি ॥৪৯॥

অদুবু জীব অসিদি মাগী ইন্দ্রিয়দি লৈতে হায়ববু থবক পুম্নমক ঐনা ভৌরিবনি, ইন্দ্রিয় পুম্নমক ঐঙোন্দা লৈরিবনি, অদুম হায়না খল্লি। অদুনা মশাদা ছিদ্র অমতা লৈতনা ইন্দ্রিয়-ছিদ্র পুম্নমক মঙোন্দা লৈ হায়না খঞ্জে ॥৫০॥ জীব অসি মশামক্কী লিঙ্গশরীর ( পীক্লবা হকচাং ) কাওবা লৈজদ্রবসু মশামক্পু লিঙ্গশরীরগা তিম্নমা লৈরিবনি হায়না খল্লি। কালধর্ম্ম য়াওদ্রবসু, কাল ( মতম ) গী ধর্ম্মদগী ন্নাংমদা লৈরবসু হায়বদি— মৃত্যুদগী ন্নাংমদা লৈরবসু মশামক্পু শিয়ে, পোক্লে হায়না খঞ্জে। সত্ত্ব ( লৈবা ) দগী ন্নাংমদা লৈরবসু মশামক্পু সত্ত্ববাননি হায়না লৌজে। মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চমহাভুতশিংদগী ন্নাংমদা লৈরবসু মশা মথন্তবু পঞ্চভুতক্কী মশক ওইরিবা হকচাংসিবু মা-মক্কি, মাগী মশকনি হায়না লৌজে ॥৫১॥

পোকপা-শিবা হায়বদুনা জীব মঙোন্দা চঙব ঙম্বা নত্তে। অদুবু পোকলে শিরে হায়না খঞ্জে। মহাক্কি অমদগী অমদা চৎপা য়াওদবনি। অদুবু হকচাং ( প্রকৃতি ) সিগা তিম্নমা লৈরুবদগী হকচাংসিনা লেঙব-চৎপবু মহাক্না চংলিবনি, লেঙলিবনি হায়না খল্লি। ক্ষেত্র ( হকচাং ) সিদগী ঈভোপ তোপ্প অমা ওইরবসু, ক্ষেত্র-সিমক্ মহাক্না ওইরিবনি হায়না লৌজে। মহাক্কি সৃষ্টিদগী ন্নাংমদা লৈরবসু সৃষ্টিসিমক শেম্লিবা-শান্নিব-সিমক মহাক্না ভৌরিবনি, মহাক্কীনি হায়না খল্লি ॥৫২॥

জীব ( জীবাত্মা ) মহাক্কি করিগুম্বা মতমদা তপ ( তপস্যা ) তৌদে ; অদুবু, ঐ তপস্যা তৌরি হায়দুনা তপস্বী শান্নি ; হক্চাংদুবু মা-মক্কি হায়দুনা তপস্বীগী ফিজেং শেংহল্লি। মা-মকৃতি করিগুম্বা মফম অমদা চৎপা হায়বা লৈতে। অদুবু হকচাংসিগা লোয়ননা মফম অমদা চৎপা ওইনা উহল্লি। মপান্গী

অক্ষরঃ ক্ষরমাত্মানমবুদ্ধিত্বাভিমন্যতে ॥৫৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বসিষ্ঠকরালজনক-সংবাদে অষ্টনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২৯৮॥

——:(+):——

সংসার ( বিষয় ) সিগা মাগা করিমত্তা মরম লৈনদে। অতুবু সংসারগী বিষয় অসিসু কিবদগী মাসিদগী লাঙ্গোক্লবা বৈরাগ্যনচিংবা উপায় থিগ্নি। মহাক্তি অক্ষরনি, অমাওবা লৈতবনি। অতুবু মাওখরক্লে শোম্ত-রক্লে হায়তুনা মপান্‌গী হকচাংসিগীদমক রাম্নি তেংথাম্নি। মাদি বুদ্ধিগী রাংমদনি, অতুবু মশামক্ ঐ বুদ্ধিমান্‌নি, জ্ঞানীনি হায়বা হকচাংসিগা লোয়ননা খল্লি। খন্‌বতা নত্তনা জ্ঞান লৈরে, হান্ননা থোয়রি, নাপল তৌরি ॥৫৩—৫৪॥ *

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা চনী-মরিফুতরানিপান্‌গুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৯৮॥

——:(ﷲ):——

* মতাং অসিদা কনাগুম্বনা অম্নুম্না চিংনরকপা হংলকপা য়াই :— শিংনবা হৈনবা হায়বত্তুনা মহৈ-মশিং তম্নরি, ওঝা গুরু খন্নরি। ওঝাতুনসু অহৈবনি অথওবনি হান্নতুনা তম্বিরি তাক্‌পিরি। পাপ তাপ কোক্ল-ননা প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকার তাকপা শাস্ত্র কয়া, পাপ তাপকা মরী করিমতা লৈনজবা জীব অসিসীদমক্তা মুনিশিংনা লেংনরম্লি। মাসি পুন্নমক অসি অইবা জ্ঞানী যোগীনি হায়ম্নিবা মখোয়সু মায়া ( প্রকৃতি ) দা নৈত্তুনা ইরম্লি। পোকপা শিবগা, জরা মৃত্যুগা মরম করিমতা লৈনদবা অসিগুম্বা জীব অতুগা মৈ, ঈশিংনচিংবগী মপৈ হকচাং অনীসিগীদমক্তা অন্নুক য়াম্বা ক্রিয়া কাণ্ড ময়াম অসিদি মায়াদা ভাওত্তুনা তৌনম্নিবা ভাক্রা? ( অসিনচিংবা খুন্নদা ম্নারবা রাহং কয়া লৈরি ) মাসিদা খুম্নগদবদি— মতৌ অম্নুম্না করি লৈবগে হান্ননা খন্নবগী অতুগা খন্ননীংবগী রাথল তাইবং মীওইবগী হকচাংদা লৈরিঙৈদত্তা জীবসিনা ওন্মি। মাসিদা খলহৌত্রবদি ঈখল খংদবা তীল কাণ্ড শা উচেক্কী হকচাংনা মণ্ডোম্দা কুপশিল্লরে। অতু-দগীদি, মাসিগী মরমদা শুক্‌খণ্ড খণ্ডত্রবা, পুক্লীংদা নীংশিংহল্লরোইংদৌবা শা উচেক্ কৌবা দেহ ( কুয়োম্ ) শিং মখল মখলনা মথং মথং অন্নম্ কুপশিন্‌খি। অতুগুম্বা লৈখা তাবা ( নরক তাবা ) কুম্নোম্‌না কুপ-শিল্লরোইদৌবা অতুগা কুপশিন্‌খিদনবা শাস্ত্রগী নিয়ম-বিধি ময়াম অসি লৈখিবনি। মম্‌শিল্লক্‌পা ভাঙ্গোক্-লক্‌পা হায়বা লৈতবা থুবিং অশিনগু লৈটিরা কুপশিন্‌খবদি মতাল্ তাদে। অদুনা জীব অসি মহৌশাগী জ্যোতির্ম্ময় ওইতুনা লৈবা অতু অন্নম্ লৈনবা শাস্ত্র ময়াম অসি লৈখিবনি। ( কালাচাঁদ )

—ﷲ—

# মণিপুরী মহাভারত

## নবনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ

( প্রকৃতিগী তিন্নবা লৈবদগী জীবনা লৈখা তারকপা )

চনীমরিফুতরামাপলগুবা অধ্যায়

——:(ক):——

বসিষ্ঠ উবাচ।

এবমপ্রতিবুদ্ধত্বাদবুদ্ধ জনসেবনাৎ। সর্গকোটিসহস্রাণি পতনান্তানিগচ্ছন্তি ॥১॥

ধাম্না ধামসহস্রাণি মরণান্তানিগচ্ছন্তি। তির্য্যগ্‌যোনি মনুষ্যত্বে দেবলোকে তথৈব চ ॥২॥

চন্দ্রমা ইব ভূতানাং পুনস্তত্র সহস্রশঃ। লীয়তে প্রতিবুদ্ধত্বাদেবমেষ হ্যবুদ্ধিমান্ ॥৩॥

কলাপঞ্চদশীযোনিস্তদ্ধামপ্রতিবুধ্যতে। নিত্যমেতৎ বিজানীহি সোমং বৈ ষোড়শীং কলাম্ ॥৪॥

বসিষ্ঠনা হায়,— নিংথৌ জনক! মতৌ অসুম্না জীব হায়বসিনা মশামক পাপ-পুণ্য, অরা-অনানচিংব-দগী মাংমদা লৈরবসু অজ্ঞানী ওইবা মীশিংগী সঙ্গদগী মপোক্ মপোক্না লৈখা তারবা দেহনা অসুম মথং মথং কৃপশিন্‌খিবদগী ঐ অসি কনানো, করিনো হায়বফাও খন্নবগী শক্তি লৈত্রবা য়াম্না হন্থরবা তীল্ কাঙ শা-উচেক্কী দেহদা চঙখি। অদুদগীদি মহাক জ্ঞান ঙৈহ্না তাদনা অদুগুম্বা হকচাংদা চঙ চঙদুনা চহী লিশিং লিশিং কোটি কোটিরক্ হন্না পোক্‌খি। মাসিবুনি— নরক-তাবা হায়রিবসি। অদুনি, হৌজিক হৌজিক উরিবা শা-উচেক্ তীল-কাঙশিংগী মপোক্না ওইরিবসে ॥১॥ জীব ( জীবাত্মা ) অসে, হৌজিক হায়রিবা,— তোঙান্ তোঙান্‌বা দেহনা কৃপশিন্‌বা হায়বা মওং অসিদা, শা-উচেক্, তাইবংমী অদুগা লাইশিংগী মপোক্না অদুগা পোকফম ( হকচাং ) অমদগী অমদা, হান্ন হান্নগী হকচাং অদু থাদোক্লম্লগা হেক্ হেক্ শিথি, হেক্ হেক্ পোক্‌থি ॥২॥ থা অমতনা মথং মথং হেন্‌গৎলম্বা, মথং মথং হন্থখিবদুগুম্না— জীব অসিবু মথং মথং হেনগৎলম্বা, মথং মথং হন্থখিবা লাক্লম্মি চংখি; অদুনা হৌজিক ফাওবা মাদু তৌদুনা অসুম মরৈরিবসিনি ॥৩॥ নিংথৌ! চন্দ্রমাগী কলা তরামঙাগী মনৌগুম্না কলা তরামঙানা জীবশিংগী পোক্লফম ওই। জ্ঞান তাদবা অজ্ঞানী ওইবা জীবনা তরামঙা অসিসু মহাক্কী আশ্রয় ( চল্লনফম ) নি হায়না খল্লি। অদুমু, নিংথৌ! থাঙ্গৈশেংবদি তরাতরুকগুবী কলা অদুদুনা জীবগী অরেপ্পা আশ্রয়নি হায়না খঙু। তরাতরুকগুবী কলা অদুদি, চন্দ্রমা ( থা ) গী তরাতরুকগুবী অমা কৌবী কলা অদুগা চপ মান্নবনি ॥৪॥

কলায়াং জায়তেঽজস্রং পুনঃ পুনরবুদ্ধিমান্। ধাম তস্যোপযুঞ্জন্তি ভূয় এবোপজায়তে ॥৫॥
ষোড়শী তু কলা সূক্ষ্মা স সোম উপধার্য্যতাম্। ন তূপযুজ্যতে দেবৈর্দ্দেবান্ যুনক্তি সা ॥৬॥
এতামক্ষপয়িত্বা হি জায়তে নৃপ সত্তম। সা হ্যস্য প্রকৃতির্দৃষ্টা তৎক্ষয়ান্মোক্ষ উচ্যতে ॥৭॥
তদেব ষোড়শকলং দেহমব্যক্তসংজ্ঞকম্। মমায়মিতি মন্বানস্তত্রৈব পরিবর্ত্ততে ॥৮॥
পঞ্চবিংশো মহানাত্মা তস্যৈবাপ্রতিবোধনাৎ। বিমলস্য বিশুদ্ধস্য শুদ্ধাশুদ্ধ নিষেবনাৎ ॥৯॥
অশুদ্ধ এব শুদ্ধাত্মা তাদৃক্ ভবতি পার্থিব। অবুদ্ধসেবনাচ্চাপি বুদ্ধোঽপ্যবুদ্ধতাং ব্রজেৎ ॥১০॥

কলাশিং অসিগী মনুংদা জীব অসিনা পোক্পা হায়বা থবক অদু তৌই। মহাক্না পোক্পগী মতীক চাঙবা মফমদু তরামঙা অসিনি। অদুনা, মখোয়শিং অসিদা মহাক্না জন্মগ্রহণ তৌই, হায়বদি পোক্লই ॥৫॥

অমা কৌবী তরাতরুকশুবী কলা অসিডনা সোমনি, হায়বদি— জীবগী প্রকৃতিনি। মসি, নগাক চিংনবা লৈতবা খওগু। কলা তরামঙানি হায়না খঙনরিবা ইন্দ্রিয়শিং অদুগা ইন্দ্রিয়শিং অসিগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা ওইদুনা লৈরিবা দেবতাশিং অদুগা অন্তকরণ ( থম্মোয় মনুংগী খুংগায় ) মখোয় অসিনা তরাতরুকশুবী অমা কৌবী কলা মহাকপু শীজিন্নবা ঙমদে। খল্লোয়নদুন, মখোয় তরামঙা অসিগী হৌরকফম ওইদুনা মূলপ্রকৃতি ওইদুনা লৈরিবী অমা মহাক্নদুম মখোয়বু শীজিন্নে ॥৬॥

জীব অসিনা অজ্ঞানগী মখা পোন্খিবনা অমা কৌবী তরাতরুকশুবী কলা অসিবু মাঙহন্বা তুম্হনবা ঙমদে। অদুনা মাসি হেক্ তুম্হন্দ্রিমখৈ মহাক্ন হন্না হন্না পোক্লা তাবনি; হন্না হন্না পোক্লিবসি অদুননি। হৌজিক হায়রিবী প্রকৃতি অসিতবু জীবসিগী হৌরকফম্নি হায়না লৌনখ্রে। অসুম্ ওইবী মূলপ্রকৃতি ( অমা ) অসিগা জীবসিগা হেক্ তংনখিবা, তিন্নখিদবা অদুবুনি মুক্তি ( মোক্ষ— নির্ব্বাণ ) হায়নরিবসি। জীবসিনা চৎখিবা মতমদা অমা কৌবী মনাক উদবী কপা ( প্রকৃত ) অসিগা লোয়নদুনা চৎখ্রিদ্রিমখৈ অমুক হন্নবখিবা (পোক্লকখিবা) তাই। মহাক থাদ্রগনা জীবগী কলা তরামঙাতানি। থাগী থারক্পা ( পোক্পা-শিথরকপা ) অদুসু অমা ( অমাবস্যা ) কৌবী মূলপ্রকৃতিদু থাদ্রগা তরামঙারক্তনি। মহাক থারগনা তরাতরুক্নি ॥৭॥

মূলপ্রকৃতি, ইন্দ্রিয় তরা, প্রাণবায়ু অমা, অন্তকরণ মরি হায়রিবা তত্ত্ব তরাতরুকসিনা তিল্লিবা সূক্ষ্ম-শরীর ( পীক্লবা কুপ্লবা হকচাং ) অসিবু ঐগীনি হায়না খল্লিবা অদুক্তামখৈ জীব অসিনা পোক্পা-শিবগী লাংদগী নাম্থোকপা ঙমদে। লম্থুংকম্ খঙদবমখৈ পঙচত্ত চৎলিবসি লম্মুক্‌বা হাব্বদুনি ॥৮॥

সাংখ্যযোগগী তত্ত্ব কুন্মরি অসিদগী রাংমদা লৈবা কুন্মঙাশুবা তত্ত্ব ওইনা লৈরিবা আত্মা মাদি মফম মতম পুম্নদা ঈশেংত শেংনা লৈবনি। করিগুম্বা মতমদা শীক্শিনবা চাউথোরকপা লৈতে; খুইজিল্লকপা মক্শিল্লক্পা লৈতে। ঐসি মাসি ওইরে হায়বা খঙজনবদগী অশেংবা শেংদবা পোৎশকশিংবু শীজিন্নরুবদগী করিগুম্বা কনাগুম্বা অমতগা মন্নী থমদবা আত্মা মহাকসু অশেংবা শেংদবগী মওংদা হেক্ হেক্ লৈ।

তথৈবাপ্রতিবুদ্ধোঽপি বিজ্ঞেয়ো নৃপসত্তম। প্রকৃতেস্ত্রিগুণায়াস্তু সেবনাৎ ত্রিগুণো ভবেৎ ॥১১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বসিষ্ঠ-করাল জনক-সংবাদে নবনবত্যধিকদ্বিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥২৯৯॥

——:(+):——

প্রমাণ অমদা হায়রগা— বুদ্ধিমান্ জ্ঞানবান্ ওইবা মী অহুম্ অপওবশিংগা সঙ্গ তৌরগা মহাকম্ অহুম পওথরকই ॥৯—১০॥ নিংথৌ! মতৌ অসুম্না য়াম্না পওলবা মীসু অশিংবা জ্ঞানী ওইরবা মীগা তিন্নরগা জ্ঞানী ওইরকই। গুণ অহুম্না তিন্বী প্রকৃতিগা লৈমিন্নবদগী আত্মাসিসু গুণ অহুম্না তিন্বা হায়বহু ওইয়ে। আত্মাদি মশানা নির্গুণনি। মতোন্দা অফব: কত্তবা চাউব·পীকৃপনচিংবা গুণ অমতা য়াওদে। অহুবু প্রকৃতি ওইবা হুকলাংসিগা তিন্নবদগী মহাকম্ ফব-ফত্তবা ফজব-ফজ্জদবনচিংবা গুণশিং অসিগা তিন্নবগুম্না লৈরে ॥১১॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, বসিষ্ঠ-করাল-জনক-সংবাদদা চনীমরিফুতরামাপন্গুবা অধ্যায় লোইরে ॥২৯৯॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( প্রকৃতি পুরুষগী মরমদা বসিষ্ঠগা ওাওনবা )

## চহুমশুবা অধ্যায়

——:(+):——

জনক উবাচ।

অক্ষরক্ষরয়োরেব দ্বয়োঃ সম্বন্ধ ইষ্যতে। স্ত্রীপুংসোর্ব্বাপি ভগবন্ সম্বন্ধস্তৎবদুচ্যতে ॥১॥
ঋতে তু পুরুষং নেহ স্ত্রী গর্ভং ধারয়ত্যুত। ঋতে স্ত্রিয়ং ন পুরুষো রূপং নির্ব্বর্ত্তয়েৎ তথা ॥২॥

জনকনা হায়,— ভগবন্! গুরুদেব! ক্ষর অক্ষর অসিগী, হায়বদি— পুরুষ প্রকৃতি হায়রিবসিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি হুপী নিপা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা দাম্পত্য-সম্বন্ধ ( মতৈ মনাওগী মরী ) অদিগা অন্দা ওইরমাল্লে হায়না খল্লে ॥১॥ সংসারসিদা নিপা য়াওদনা, নিপাগী মতেং য়াওদনা হুপী কনাগুম্বী

অন্যোন্যস্যাভিসম্বন্ধাদন্যোন্যগুণসংশ্রয়াৎ। রূপং নির্ব্বর্ত্তয়ত্যো তদেদং সর্ব্বাসু যোনিষু ॥৩॥
রত্যার্থমভিসম্বন্ধাদন্যোন্য গুণ সংশ্রয়াৎ। ঋতৌ নির্ব্বর্ত্তত্তে রূপং তং বক্ষ্যামি নিদর্শনম্ ॥৪॥
যে গুণাঃ পুরুষস্তেহ যে চ মাতৃগুণাস্তথা। অস্থি স্নায়ুশ্চ মজ্জাচ জানীমঃ পিতৃতো গুণাঃ ॥৫॥
ত্বমাংসং শোণিতঞ্চেতি মাতৃজান্যপি শুশ্রুমঃ। এবমেতৎ দ্বিজশ্রেষ্ঠ বেদে শাস্ত্রে চ পঠ্যতে ॥৬॥
প্রমাণং যৎ স্ববেদোক্তং শাস্ত্রোক্তং যচ্চ পঠ্যতে। বেদশাস্ত্রদ্বয়ঞ্চৈব প্রমাণং যৎ সনাতনম্ ॥৭॥
অন্যোন্যগুণসংরোধাদন্যোন্যগুণসংশ্রয়াৎ। এবামবাভিসম্বন্ধৌ নিত্যপ্রকৃতিপুরুষৌ ॥৮॥
পশ্যামি ভগবং তস্মাৎ মোক্ষধর্ম্মো ন বিদ্যতে। অথবানন্তরকৃতং কিঞ্চিদেব নিদর্শনম্ ॥৯॥
মমাচক্ষ্ব তত্ত্বেন প্রত্যক্ষো হ্যসি সর্ব্বদা। মোক্ষকামা বয়ঞ্চাপি কাঙ্ক্ষামো যদনাময়ম্ ॥
অদেহমজরং নিত্যমতীন্দ্রিয়মনীশ্বরম্ ॥১০॥

অমতনা মবুক্তা মচা পুক্কবা শুমদে। নিপাস্থু নুপী য়াওদনা তাইবং মীওইবগী হকচাং অমতা শাবা—(পুথোকপা—পোকহন্‌বা) ওমদে। মখেয় অনীসিনা অনা অমগী গুণবু লৌথোক লৌশিন্ তৌরগা মাচুতন্দা তাইবং হকচাং অসি পুথোকপা শুম্লিবনি। শা উচেককী লাব-অমোমগী মরীস্থু অসিনা অয়াম্বা ওাক্লি। ঋতু লাক্লবা মতমতুদা রতিগীদমক্তা নিপাগা শম্নরবা মতম অতুতুদা, অনীগী গুণনা মাস্তোক-মাঙ্লিন্ তৌরগা হকচাং অসি ওইথ্রিবনি। পুথোরক্লিবা— থোরক্লিবা হকচাংসিগী মনুংদা, হায়বদি— মাসি শাবা শেম্বগী মচাকশিংদা মপানা পীরকপা মচাক্ (গুণ) অমুগা মমানা পীরকপা গুণ (মচাক্) অনীমক্ য়াওরি। মাহু ঐ হঙ্গচগে, শরূগা, শিংলিগা, মতোংগা অমুম অসিনা নিপানা পীবা মচাক্নি। ঈগা, উন্‌শা গা শদূমগা অমমনা মুপীনা পীবনি; অমুম হায়না ননাইবা তাজে। অমুগা ব্রাহ্মণ অথোইবা গুরুদেব! শারীরিকশাস্ত্রগী বিচারদসু অমুম হায়না তম্নৈ, গুরুদেহনা হেম্না থওবিরি॥৫—৬॥

বেদদা অমুগা শাস্ত্রদা পীনম্বিবা প্রমাণসু অসিনি। মাসি অচুম্বনি হায়না থওজৈ থাজৈ। মরমদি বেদগী প্রমাণ পুম্নমক সনাতননি। সৃষ্টিগী মতমদগী লেঙদনা লৈরক্লিবনি ॥৭॥

মতৌ অসুম্না প্রকৃতি পুরুষ অনীগী হায়রিবা গুণশিং অসিনা অমনা অমবু কূপতুনা থম্নগা, অমনা অমগী আশ্রয়মু লোনবগা হকচাং অমদি জীব অনীগী সৃষ্টি তৌরিবনি। অমুনা, অনী অসিগী তংনবা য়াম্রবা মরী অমা লৈরবনি। অমুনা অসিগুম্বা মরী অসি লৈনরিমখৈদি পুরুষ অসিনা প্রকৃতিদগী লান-থোকপা (মুক্তি ফংবা) হায়বতুমদি ঈওই ওইথোক্ত্রবনি। অমুগা, গুরুদেব! প্রকৃতিসিদগী লাম্থোক্লনা (মুক্তি ওইখিতুনা) চংখিবগী প্রত্যক্ষ ওইবা অউবা খুদম প্রমাণ অমতং পীবিয়ু। ঐওোন্দা নাখৈশেংনা অমুক্তা তাকপিয়ু। গুরুদেবদি হীরম পুম্না অউবা ওইনা ওাক্তা লৈবনি। ঐসু হায়রিবা মুক্তি (অরান্ খুবম্) অসি পামজরিবনি— ফংগে নীংজরিবনি। মশক ওনবা, তুম্‌শিন্‌খিধা মাওখিবা লৈত্রবা, পোক্প শিবা লৈত্রবা ইন্দ্রিয় অসিত্তনা লাম্বা (অনুভব) ফংদ্রবা পরম্‌ধাম (অথোইবা মফম) অদো ফংবিংলবনি।

বসিষ্ঠ উবাচ।

যদেতৎ উক্তং ভবতা বেদশাস্ত্র নিদর্শনম্। এবমেতৎ যথা চৈতন্নিগৃহ্লাত্তি তথা ভবান্ ॥১১॥
ধার্য্যতে হি ত্বয়া গ্রন্থ উভয়োর্ব্বেদশাস্ত্রয়োঃ। ন চ গ্রন্থস্য তত্ত্বজ্ঞো যথা তত্ত্বং নরেশ্বর ॥১২॥

॥৮—১॥ * বসিষ্ঠনা হায়,— নিংথৌ! নহাক্না বেদশাস্ত্রগী ৱা পন্দুনা থৱা হায়খি। অদুপা বেদন-চিংবদগী থুদম লৌশোক্লুনা নংগী মত ফোঙদোকৃখি, মাদু য়াম্না চুম্মি। নিংথৌ। নহাক্না খল্লিবদো. হায়-রিবদো অদুমক্কি, লান্‌বা লৈতে ॥১১॥ বেদশাস্ত্রশিংদা হায়রিবা, তাক্লিবা পূম্বা নহাক্ন করিমত্তা কাউত্রি. হায়বসিদা করিমতা চিংনফম লৈতে। অদুদা, লাইরিকশিং অদুদা হায়রিবশিংদুগী মমুংগী তত্ত্বশিং অদুদি নহাক্না মপুংফানা খমত্রি ॥১২॥

* প্রকৃতি-পুরুষ অনীনা অমনা অমগী গুণবু কূপশিন্নবা, অমনা অমগী আশ্রয় লৌনবা হায়বসিগী ভাবত্তি অসিনি ঃ— পুরুষনা প্রকৃতি (হকচাং) গী জড়তা (করিমতা খঙদবা, পঙথবা, শিবা) ধর্ম্ম অদুবু কূপশিন্দুনা থম্লগা, হায়বদি— মাগুম্না হিংহন্দুনা লেঙহন্-ওংহন্দুনা থম্লগা, প্রকৃতিদা লৈরিবা সুখ-দুঃখ-নচিংবদুগী আশ্রয়সু মহাক্না লৌজন্নি হায়বদি পুরুষ অসিনা লৌজরি। মাগী লৈজদ্রবসু প্রকৃতিগী আশ্রয়দগী সুখ-দুঃখ অসি মামক্কী ওইনা শীজিন্নরি। জীব মা-মক্না ঐ পোক্লে, ঐ শিরে, ঐ রারে, অসিনচিংবা হায়বা য়ারিবর্সি প্রকৃতিগী গুণগী আশ্রয় লৌবদগীনি। অদুগা, প্রকৃতি মহাকসু পুরুষগী আনন্দময় ওইবা ধর্ম্ম (গুণ) অদুবু হায়বদি— পোক্‌পা শিবা ঈয়াও য়াওদবা, ঈনুংত-নুংঙাইবা ওম্বা গুণ অদুবু কূপশিন্দুনা লোৎতুনা থম্লগা পুরুষ মওোন্দা লৈবা— হিংবা, লেঙব-ওংপগী আশ্রয় অদু পুরুষদগী ফংজে। হায়বদি মহাকসু লেংব-ওংপদো অদুম মঙমজে। অসিগুম্বা আশ্রয় অদু পীবিরম্বা হুমাক্না হেক্ চংশ্রবদা লৈত্রবদা প্রকৃতি (দেহ) অসি মাগী হান্নগী স্বভাবতা হজিন্দুনা লেঙব-ওংপা করিমত্তা য়াত্রবদুদা লৈহৌই। হায়রিবা অসিগী অশম্বা রাদি ঃ— প্রকৃতিগা তিন্নরুবদগী (গুণ দোষগী লৌথোক লৌশিন্ তৌনরুবদগী) পুরুষ মহাকসু মাগী নিত্য ওইবা আনন্দময়ত্ব অদু থম্বা ঙমদ্রে। অরাবদু মহাকসু ফংবা য়াওরে। অদুগা প্রকৃতি মহাকসু আনন্দময় পুরুষগা তিন্নজরুবদগী মশাগী অশিবা ধর্ম্ম’বু হেক্ কাউথোক্‌চথিদুনা সচেতন ওইবগী মতৌগুম, হিংবগী পোক্‌পগী শক্তি পুবগুম্ খঙ্গরি। অদুনা, ঐ চৎলি, ঐ কপ্লি হায়বসি মাগীমক্ ওইনা, মা-মক্ ওইনা হকচাং (প্রকৃতি) অসিনা শীজিন্নজরি। নিংথৌ করাল জনকনা রাফম অসি হৌদোরকপগী ভাবত্তি ঃ— পুরুষ প্রকৃতি অনীগী মরক্তা লৈনরিবা সম্বন্ধ অসি অন্যোন্যাশ্রয়নি— অমা য়াওদনা অমদু লৈবা য়াদবনি। প্রকৃতিদগী মুক্ত ওইরবতদা পুরুষ অসিগী মুক্তি ফংবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। অদুনা, মুক্তি হায়বসি ওইথোক্কবা রাফম্ অমনি হায়বতনি। চিংনরিবা মচিংনা অসিদা নাস্তিকবাদীশিং মত থৱা য়াওরি। থাঙ্গেশেংবা নাস্তিকবাদদি নত্তে। নাস্তিকবাদীশিংগী মততদি পুরুষ হায়বদুফাও অমত লৈত্রবনি।

( কালাচাঁদ )

যো হি বেদে চ শাস্ত্রে চ গ্রন্থধারণতৎপরঃ। ন চ গ্রন্থার্থতত্ত্বজ্ঞস্তস্য তদ্ধারণং বৃথা ॥১৩॥
ভারং স বহতে তস্য গ্রন্থস্যার্থং ন বেত্তি যঃ। যস্তু গ্রন্থার্থতত্ত্বজ্ঞো নাস্য গ্রন্থাগমঃ বৃথা ॥১৪॥
গ্রন্থস্যার্থস্য পৃষ্টঃ সংস্তাদৃশো বক্তুমর্হতি। যথা তত্ত্বাভিগমনাদর্থং তস্য স বিন্দতি ॥১৫॥
ন যঃ সংসৎসু কথয়েৎ গ্রন্থার্থং স্থূলবুদ্ধিমান্। স কথং মন্দবিজ্ঞানো গ্রন্থং বক্ষ্যতি নির্ণয়াৎ ॥১৬॥
নির্ণয়ং চাপি ছিদ্রাত্মা ন তং বক্ষ্যতি তত্ত্বতঃ। সোপহাসাত্মতামেতি যস্মাচ্চৈবাত্মবানপি ॥১৭॥
তস্মাৎ ত্বং শৃণু রাজেন্দ্র যথৈতদনুদৃশ্যতে। যথা তথ্যেন সাংখ্যেষু যোগেষু চ মহাত্মসু ॥১৮॥
যদেব যোগাঃ পশ্যন্তি সাংখ্যৈস্তদনুগম্যতে। একং সাংখ্যং চ যোগং চ যঃ পশ্যতি স বুদ্ধিমান্ ॥১৯॥
ত্বঙ্মাংসং রুধিরং মেদঃ পিত্তং মজ্জা চ স্নায়ু চ। অথ চৈন্দ্রিয়কং তাত তৎ ভবানিদমাহ মাম্ ॥২০॥
দ্রব্যাদ্দ্রব্যস্য নির্বৃত্তিরিন্দ্রিয়াদিন্দ্রিয়ং তথা। দেহাদ্দেহমবাপ্নোতি বীজাৎবীজং তথৈব চ ॥২১॥
নিরিন্দ্রিয়স্যাবীজস্য নির্দ্রব্যস্যাপদেহিনঃ। কথং গুণা ভবিষ্যন্তি নির্গুণত্বান্মহাত্মনঃ ॥২২॥

বেদ শাস্ত্রশিংদা হায়রিবা ইরিবশিং অদুবু লোইনদি চীন্দা পুরে, লোইনা ফারে। অদুগা হায়রিবশিং অদুগী তত্ত্ববুদি মুন্না খণ্ডদ্রিবা মী মহাক অদুনা ফারিবা ঔরাইরিবা পুম্বা করিমত্তা কান্নদ্রবনি, অরেম্বা (বৃথা) ওইরবনি ॥১৩॥ গ্রন্থ ( লাইরিক ) শিং অদুগী মত্র শ্লোক পাউতারুচিংব পুন্নমক হন্না হন্না ঔরাইহুনা চীন্দা পুরিবহু, কান্নদবদা অৱাম্বা পোৎয়োম অদু মথক্তা হন্না হন্না থোন্গচ্চরিবনি। তত্ত্ব খণ্ডনা পারবদি নৈনরুবদি মাহু অরেম্বা কান্নদবা থক্ ওইদে ॥১৪॥

তত্ত্ববু মুন্না খণ্ডবা মীশিংদি মখোয়দা ফনাগুম্বা মীনা হংলরবসু, অথণ্ডবা তত্ত্ব অদুদি হংলরিবহুদা ভশেংনা তাক্পা ঙম্মি ॥১৫॥ বুদ্ধ খেন্‌বা মরোশিং লৈ শ্বনা মহৈ-মশিং হৈবশিংগী সভাদা শাস্ত্রগ্রন্থগী অর্থবু নাথে শেংনা হায়বা ঙমদবা মী মহাক অদুনা মতৌ করম্না শাস্ত্রগী অর্থগী তত্ত্ববু তাক্পা ঙাওবা ঙমগদৌরিবনো? শাস্ত্রগী জ্ঞান য়াওদবা মীনা করিগুম্বা মতমদা শাস্ত্রগী অর্থবু লেপ্পবা ঙমদে। করিগুম্বা অমা হায়দোরকপা মতমদা মী পুন্নমক্কী নোক্ননীংঙাই লণ্ডননীঙাইগী মশক্তা মওই ॥১৬—১৭॥

মরম অদুনা নিংথৌ। সাংখ্য অমদি যোগ অনীমক্কী শুত্ত্ববু খণ্ডবা জ্ঞানীশিংগী মতদা মোক্ষ ( অয়ান্-খুভম্ ) গী চপচাবা মওং ( স্বরূপ ) না লৈরিবা অদু হায়গে মুন্না তাও ॥১৮॥

যোগীশিংনা ফংলিবা জ্ঞানতত্ত্বদো সাংখ্যতত্ত্ব থণ্ডবশিংনসু অদুম্ মফংঙি। অনীমক্কী লমথুংকম মশা অমত্তনি হায়না খণ্ডলিবা মহাক অদুত্তনা সংসারদা বুদ্ধিমান্ ( অশিংবা ) হায়বহু ওই॥ ১৯॥ হকচাংদা হকচাংগী মচাক ওইনা লৈরিবা উন্‌শা, শদুম্, ঈ, মত্তোং, শরু শিংদি অসিত নত্তনা কফ, বাত, পিত্ত—পুন্নমক মমা-মপাগী অনীমক্কী সম্বন্ধদগী থোক্‌খিবা ঙাক্তনি হায়না নহারুসু হায়রিগ্রে ॥২০॥

মরূদগী মরূ পোকপগুম্না দ্রব্যদগী দ্রব্য, ইন্দ্রিয়দগী ইন্দ্রিয়, দেহদগী দেহ পোক্করিবনি শিনরিবনি। অদুপা, পরমাত্মাদি ইন্দ্রিয়, বীজ, দ্রব্য অদুগা দেহ ( হকচাং ) য়াওদবনা নির্গুণনি। অদুম্না, মত্তোঙ্গা

গুণাগুণেষু জায়ন্তে তত্রৈব নিবিশন্তি চ। এবং গুণাঃ প্রকৃতিতো জায়ন্তে নিবিশন্তি চ ॥২৩॥
ত্বঙ্মাংসং রুধিরং মেদঃ পিত্তং মজ্জাস্থি স্নায়ুশ্চ ॥ অষ্টৌ তান্যথ শুক্রেণ জানীহি প্রাকৃতানি বৈ ॥২৪॥
পুমাংশ্চৈবাপুমাংশ্চৈ ত্রৈলিঙ্গ্যং প্রাকৃতং স্মৃতম্। ন বাপুমান্ পুমাংশ্চৈব সলিঙ্গীত্যভিধীয়তে ॥২৫॥
অলিঙ্গ্যাৎ প্রকৃতির্লিঙ্গৈরুপলভ্যতি সাঙ্খ্যজৈঃ। যথা পুষ্পফলৈর্নিত্যামৃতবো২মূর্ত্তয়স্তথা ॥২৬॥
এবমেপ্যানুমানেন হ্যলিঙ্গমুপলভ্যতে। পঞ্চবিংশতিমস্তাত লিঙ্গেষু নিয়তাত্মকঃ ॥২৭॥
অনাদিনিধনো২নন্তঃ সর্বদর্শী নিরাময়ঃ। কেবলং ত্বভিমানত্বাৎ গুণেষু গুণ উচ্যতে ॥২৮॥
গুণাগুণবতঃ সন্তি নির্গুণস্য কুতো গুণাঃ। তস্মাদেবং বিজানন্তি যে জনা গুণদর্শিনঃ ॥২৯॥

লাক্কদৌরিবা গুণ অসি কদাইদগীনো? ॥২২॥ আকাশনচিংবা গুণশিংসিনা সত্বনচিংবা গুণশিংদগী পোক্লকপা অহুগা গুণশিং অসিনা অমুক লোইশিনখিবা থ্পখিবহুগুম্না, গুণ পূম্নমক্কী হৌরকফম লোইশিন্‌ফম সত্ত্ব রজ তম হায়রিবা গুণ অহুমসিমক্ প্রকৃতিদগী পোক্লক্লগা প্রকৃতিসিদা অমুক লোইশিন্‌খি ॥২৩॥

নিংথৌ! উন্‌শা, শদূম্, ঈ, মরেক্ ( মহাউ ), মতোং, পিত্ত ( কীরাক্কগী চেস্থরকপা মহী ), শক্র. শিংলি, নিপাল অসি বীর্য্যদগী পোক্‌খিবনি। অহুনা, মথোয় অসি প্রাকৃত মক্কনি ॥২৪॥

সাংখ্যগী মতুংইন্না পুরুষ প্রকৃতি কৌবা তত্ত্ব অনীতনি। মথোয় অনীসিগী অউবা মশক মওংবু ফোংদোকহনবা সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক ওইবা খুদম্ ( লিঙ্গ অহুম অসি প্রাকৃতনি, হায়বদি প্রকৃতিদগী ওইরকপনি। হায়রিবা লিঙ্গ অহুম অসিবু পুরিবা লিঙ্গী ( লিঙ্গপুবা ) ওইবা মহাক্তি খোংথোংমক্কী ভূংনফম ওইবা আত্মানি। মহাক্তি পুরুষগী লিঙ্গসু পুদে, প্রকৃতিগী লিঙ্গসু পুদে। হায়বদি— মহাক নিপা (লাবা) নুপী (অমোম্) অনীমক অমতা নত্তে। মহাক্তি পুরুষ প্রকৃতি অনীমক্কগী তোপ তোপ্পা লৈবনি ॥২৫॥

মশক উবা পাম্বীশিংগী মনা-মপাল, মহৈ-মরোংনা নিরাকার ( মশক মওং লৈতবা ) ওইবা ঋতুশিংগী সত্তা ( লৈবা )বু অনুমান তৌনবহুগুম্ নিরাকার (নির্লিঙ্গ) ওইবা পুরুষগা তিন্নবদগী পোক্‌লক্লিবা মহত্তত্ত্বশিং অসিমক্কা প্রকৃতিগী লৈবগী অনুমান তৌনরি ॥২৬॥

লিঙ্গশিং অসিদগী তোঙান্না তাহুনা লৈরিবা, করিগুম্বা অমতগা য়াম্নদনা তিন্নদনা ঈশেং শেংনা লৈরিদা আত্মাসিমক্কু অনুমান কৌবা জ্ঞানগী বিষয় অমা ওইনা লৈরে। পোৎ পূম্নমকপু উহল্লিবা সূর্য্য ভগবান্‌না, মহাক্কা উহল্লিবা দৃশ্যশিং অসিদগী তোঙাম্না লৈরিবসিগুম্না জ্ঞানগী মশক ওইরবা আত্মাসিনা মহাক্কা উহল্লিবা দৃশ্যশিং অসিদগী তোঙাম্ন লৈ। ঈবুঙো! নিংথৌ! মহাক্তি তত্ত্ব কুম্নরিসিদগী তোঙাম্না কুম্নগাশুবা তত্ত্বনি। মহাক্তি লিঙ্গ পূম্নমক্কা শীনথুংনা লৈ, অহুমক্কনা আত্মা (শীনথুংনা লৈবা) কৌরিবসিনি। আত্মাদি জন্ম মৃত্যু অনীমক্কগী রাংমদা লৈবনি, মাগী ওমথৈ লৈত্তে, পূম্নমকপু উবা অহুগা মখাদা করিগুম্বা বিকার ( মশক লোংবা — মশক ওনবা ) অমতা লৈতবনি। ''ঐ লৈ' হায়বা অভিমান অহুত পুননথপীদমক্কা সত্ত্বনচিংবা গুণ অসিনা মাগী স্বরূপ ওইহনা লৈবতনি ॥২৭—২৮॥ গুণ হায়বসিমক্কবু গুণবান্ (গুণলোইবা)

যদা ত্বেব গুণানেতান্ প্রাকৃতানভিমন্যতে। তদা স গুণবাংস্তত্ত্বং পরমেবাত্মপশ্যতি ॥৩০॥
যৎ তৎ বুদ্ধেঃ পরং প্রাহুঃ সাংখ্যাযোগশ্চ সর্বশঃ। বুদ্ধ্যমানং মহাপ্রাজ্ঞমবুদ্ধপরিবর্জনাৎ ॥৩১॥
অপ্রবুদ্ধমথাব্যক্তং সগুণং প্রাহুরীশ্বরম্। নির্গুণং চেশ্বরং নিত্যমধিষ্ঠাতারমেব চ ॥৩২॥
প্রকৃতেশ্চ গুণানাং চ পঞ্চবিংশতিকং বুধাঃ। সাংখ্যযোগে কুশল্যা বুধ্যন্তে পরৈষিণঃ ॥৩৩॥
যদা প্রবুদ্ধা হ্যব্যক্তমবস্থাজন্মভীরবঃ। বুধ্যমানং প্রবুধ্যন্তি গময়ন্তিসমং তদা ॥৩৪॥
এতন্নিদর্শনং সম্যগসম্যগনিদর্শনম্। বুধ্যমানাপ্রবুদ্ধানাং পৃথক্ পৃথগনিদর্শনম্ ॥৩৫॥
পরস্পরেণৈতদুক্তং ক্ষরাক্ষরনিদর্শনম্। একত্বমক্ষরং প্রাহুর্নানাত্বং ক্ষরমুচ্যতে ॥৩৬॥

দা লৈগদবনি। অদুনদি গুণ লোইদবা নির্গুণ ওইবা আত্মাদা লৈগদৌরিবা গুণ অসি কদায়দগীনো? মরম অদুমা গুণগী তত্ত্ববু অদুগা স্বরূপপু খঙবা অশিংবশিংগী সিদ্ধান্ত হায়ববু অসিনি— জীবাত্মা অসিনা সত্ত্বনচিংবা গুণশিং অসিবু প্রকৃতিগী মপোংনি হায়না খঙদুনা গুণশিং অসিদা থনম্বা মশাগী অভিমান অদু হেক্ থাদোয়কপা মতমদুদা হকচাংসিদা থনম্বিবা "ঐ" হায়বগী আত্মবুদ্ধি অদুবুস্থ থাদোকুনা জীবাত্মাসি ঈশেং শেংবা পরমাত্মাগী মশক অদু লৌই ॥২৯—৩০॥

সাংখ্য অমদি যোগ অনীমক্কী তত্ত্ববু মুম্না খঙলবা বিদ্বান্‌শিংনা বুদ্ধিগী মাংমদা লৈরিবা, আথাইবা তোত্তোপ্পা জ্ঞানতগী মশক ওইবা, অহঙ্কারনচিংবা প্রকৃতি মখল নিপালবু মথং মথং খাইদোকপগা লেম্‌-হৌরিবা, থম্মোয়তদা খঙগদবা চিন্ময়তত্ত্বগী মশক্ ওইন-ত লৈরিবা, মঙনীঙাই ওইদবা, মশক্-মচু পুথোক্‌-তনা লৈবা, সগুণ ঈশ্বর ওইবা, নিত্য ওইনা মা-তনদি লেম্‌হৌরগদবা, অদুম ওইবা পরমাত্মাদি গুণ কুল্ মরিগী মাংমদা কুম্মঙাগুবা তত্ত্ব ওইনা লৈহৌরগদবনি। অসুম হায়না সাংখ্য অমদি যোগগী তত্ত্ববু মুম্ন খঙবা, পরমাত্মাগী তত্ত্ববু থিরিবশিংনা হায়নৈ। অঙাং ওইরম্বদগী পাখং ফারকপা, পাখং ওইরম্বদগী অহল ওরকপা, অহল ওইরম্বদগী শিবা, শিবদগী অসিনচিংবসি খল্লুবদগী অকিবা অমা পোক্লকপা মতম অদুদা পরং ব্রহ্ম পরমাত্মাগী স্বরূপপু খঙবা ঙমনৈ ॥৩১—৩৩॥

অঙাং ওইবা, পাখং ফাবা. অহল ওইরকপা, শোকপা·শিবগী অরা অনা পূর্ণত্ব নীংশিংলুবদগী কিরকুনা রাখল থম্বা অশিংবা নীনা তৌরিবা. ওইরিবা থৌদোকশিং অসিদা ঈয়াও য়াওদবা জ্ঞানতগী মশক ওইবা করিগুম্বা অমা লৈ হায়বা, অদুগা, মাদুবু পরমাত্মানি হায়না খঙঙকপা মতদ অদুদা অদুগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মহাক্না পরমাত্মাগী স্বরূপপু থম্মোয়মনুংদা ফংবা ঙম্মি ॥৩৪॥

য়েরুবা পুন্নমকপু নৈহৎঙম্বা নিংথৌ! জ্ঞানী ওইবা মীশিংগী অসিগুম্বা য়াম্না যুক্তিযুক্ত ওইবা জ্ঞান অমা ওইবনা মাসি অতৈ অতোপ্পা জ্ঞানীশিংদগীদি তোপ্পোপ্পা লৈ। মাসিগী ওন্ন·তৈনবা মঙংদা জ্ঞানলৈতবা মীশিংগী প্রমাণ চাদবা যুক্তিযুক্ত ওইদবা মত অদুদি লৌবা য়াবা নত্তে। অদুগা মখোয়গী মত অদুস্থ ভোপ তোপ্পা ভোঙাম্না ভাদুনা লৈ ॥৩৫॥ ক্ষর অক্ষর অনীগী তত্ত্ববু মুম্না তাক্পা দর্শনগী শরূক অসে ঐনা

পঞ্চবিংশতিনিষ্ঠোঽহমং যদা সম্যক্ প্রবর্ত্ততে। একত্বং দর্শনং চাস্য নানাত্বং চাপ্যদর্শনম্ ॥৩৭॥
তত্ত্বনিস্তত্ত্বয়োরেতৎ পৃথগেবনিদর্শনম্। পঞ্চবিংশতিসর্গং তু তত্ত্বমাহুর্মনীষিণঃ ॥৩৮॥
নিস্তত্ত্বং পঞ্চবিংশস্য পরমাহুর্নিদর্শনম্। সর্গস্যবর্গমাধারং তত্ত্বং তত্ত্বাৎ সনাতনম্ ॥৩৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বসিষ্ঠ-করাল-জনক-সংবাদে ত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০০॥

——:(+):——

নঙোন্না হায়রবনি। ক্ষর অক্ষর অনীনা গতিদা খেন্নরিবসি করিনো হায়না চিংনরবদি, মাস্ত অদুম হায়না খঙও মাহুদি— মকম মশম পুম্বদা মওং অমতদা লেপ্তুনা লৈবা, অহুগুম্বা পরমাত্মাবু অক্ষর হায়না কৌই। অদুগা, তোঙান্ তোঙান্‌বা মশক মওংদা চঙ চঙদুনা লৈবা প্রকৃতিগী বিষয়শিং অসিদা ওস্থোইদুনা লৈরিবা মহাক অসি ক্ষর হায়রগা খঙনৈ ॥৩৬॥

কুম্মঙাশুবা তত্ত্বগী মশক ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদা থম্বায় হকচাং পুম্বা তিন্‌থ্রবা মী মহাক অদুনা লৈরিবা অবস্থা গতি অদুদি খাইদগী থোইদোক্ হেন্দোক্লা লৈরবা অবস্থা অমনি। পোং খুদিংমক্তা একতা ( অমদগী হেন্না করিমতা উদবা ) অদুগা হীরম খুদিংমক্ত থম্লিবা রাখল অমদি বুদ্ধি অদুতনা জ্ঞাননি; অদুগা মথল মওল ওইনা, তোঙান্ তোঙান্‌বা ওইনা লৌরিবা বুদ্ধি অদুদি অজ্ঞাননি। সংসারদ মপান্দা উরিবা পোৎশিং অসিনদি অমনা অমদগী তোঙান্ তোঙান্‌বা মশক মওংদা লৈবনিনা মী অম্যাম্বা অজ্ঞানদা তাদুনা লৈমরিবসিনি ॥৩৭॥

তত্ত্ব হায়বদি ক্ষর, নিস্তত্ত্ব হায়বদি অক্ষর অনী অসি তোঙান্ তোঙান্‌না খঙগদবনি। রাখল্লেবা খরনদি তত্ত্ব কুম্মঙা অদুতনি, তত্ত্ব হায়ববু হায়রি। খরনদি কুম্মঙাশুবদু থাদনা তত্ত্ব কুম্মরি অদুতনি তত্ত্ব হায়ববু হায়রি। অকোন্‌বগী মত অসিদা কুম্মঙাশুবা চেতনাশক্তি পুরিবা পরমাত্মা কৌবা অদুমবুদি তত্ত্বকুম্মরিদুদগী তোঙান্‌বা নিস্তত্ত্ব ( তত্ত্ব নত্তবা, তত্ত্বগী মমুংচন্দবা অক্ষর ) নি হায়রি, লৌরি। চৈতন্যশক্তি অমা লৈরিবসিনি পরমাত্মাগী লক্ষণ, অদুগা অস্তিত্ব ( লৈ হায়বা ) গী প্রমাণ হায়রবু। মশক উরিবা চাউথোরক্লিবা মহত্তত্ত্বশিং অসিদি বিকাররনি ক্ষরনি। অদুনা নির্বিকার ওইবা পরমেশ্বর পরমাত্মা মহাক্তি তত্ত্বকুম্মরিসিদগী তোঙাম্বনি। অদুনা তত্ত্বগী মশীং অসি কুম্মরিশ লেপ্পি ॥৩৮—৩৯॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, বসিষ্ঠ-করাল জনক-সংবাদদা চশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০০॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## একাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( যোগ অমদি সাংখ্য অনীগী মওং তাকৃপা )

চহুমগা অমাশুবা অধ্যায়

——:(+):——

জনক উবাচ।

নানাত্বৈকত্বমিত্যুক্তং ত্বয়ৈতদৃষিসত্তম। পশ্যামোতদ্ধি সন্দিগ্ধমেতয়োর্বৈ নিদর্শনম্ ॥১॥

তথাবদ্ধপ্রবুদ্ধাভ্যাং বুধ্যমানস্য চানঘ। স্থূলবুদ্ধ্যানপশ্যামি তত্ত্বমেতন্ন সংশয়ঃ ॥২॥

অক্ষরক্ষরয়োরুক্তং ত্বয়া যদপি কারণম্। তদপ্যস্থিরবুদ্ধিত্বাৎ প্রণষ্টমিব মেঽনঘ ॥৩॥

তদেতচ্ছ্রোতুমিচ্ছামি নানাত্বৈকত্বদর্শনম্। বুদ্ধঞ্চাপ্রতিবুদ্ধঞ্চ বুধ্যমানঞ্চ তত্ত্বতঃ ॥৪॥

বিদ্যাবিদ্যে চ ভগবানক্ষরং ক্ষরমেব চ। সাংখ্যং যোগঞ্চ কার্ৎস্নেন পৃথক্‌চৈবা পৃথক চ হ ॥৫॥

---

জনকনা হংঙি,— মুনি অথোইবা! মুনিদেবনা ক্ষরবুন' মখল মথা অয়াম্বনি অদুগা অক্ষরবুনা অমতনি হায়না তাক্‌পিরি। অদুবু অনীসিগী তাকপীথ্রিবা তত্ত্বশিং অদুগী মরমদা চিংনবগী চিংনবমক্তা ওইত্রে হায়বদি— তাক্‌পিরিবা তত্ত্বশিং অসিগী মরমদা য়াম্না চিংনজরি ॥১॥

পাপকী শরুক য়াওদ্রবা মহর্ষি! অজ্ঞানী ওইবা জ্ঞান মপুংফানা তাদ্রিবশিংনা ময়াম্ ওইনা তোঙান্ তোঙান্না উরিবা, জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা অমতা ওইনা উরিবা পরমাত্মাগী তত্ত্ব অসি বুদ্ধি থেন্‌বনিনা থাঙ্গেশেংনা মুন্না খঙজদ্রি। ঐনা হঙ্গচরিবসিদা করিমত্তা চিংনবা লৈজদ্রবনি ॥২॥

পাপকী শরুক য়াওদ্রবা মুনিদেব! ক্ষর অক্ষর অনীগী তত্ত্ববু য়াম্না যুক্তিযুক্ত ওইরবা প্রমাণ পীদুনা ঐবু খঙহন্‌বিগে হায়বগীদমক্ তাক্‌পিরে। অদুবু ঐগী বুদ্ধিসিনদি নীঙথিনা লেঙদনা লৈয়ু হায়বা য়াদবনা তাক্‌পিথ্রিবসিং অসি নীঙথিনা চনীঙত্তানা কুইনা লৈয়ু হায়বা য়াদবনা লোইনা কাউথ্রে ॥৩॥

মরম অদুনা নানাত্ব ( তোঙান্ তোঙান্‌বগী মওং ) অদুগা, একত্ব ( অমদগী হেন্দবা, অমত্তা ওইবগী মওং ) অনী অসিগী মরমসি অমুক্তগা মুন্না তাজনীংলি। বুদ্ধ ( জ্ঞানবান্ বুদ্ধিলৈবা ), অপ্রতিবুদ্ধ ( জ্ঞান তাদবা ) হায়রিবসিনা করিনো? অদুগা, বুধ্যমান্ ( খঙগদবা, খঙফম থোকপা ) হায়বসিনা করিনো মাসি চপ্ চপ্ চানা অমুক্তা তাক্‌পিয়ু ॥৪॥

ভগবন্! মুনিদেব! বিদ্যা অবিদ্যা; ক্ষর অক্ষর সাংখ্য যোগ হায়রিবশিং অসি তোঙান্ তোঙান

বসিষ্ঠ উবাচ।

হন্ত তে সম্প্রবক্ষ্যামি যদেতদনুপৃচ্ছসি। যোগপৃচ্ছসি যোগকৃত্যং মহারাজ পৃথগেব শৃণুষ মে ॥৬॥
যোগকৃত্যং তু যোগানাং ধ্যানমেব পরং বলম্। তচ্চাপি দ্বিবিধং ধ্যানমাহুর্বিদ্যাবিদোজনাঃ ॥৭॥
একাগ্রতা চ মনসঃ প্রাণায়ামস্তথৈব চ। প্রাণায়ামস্তু সগুণো নির্গুণো মনসস্তথা ॥৮॥
মূত্রোৎসর্গপুরীষে চ ভোজনে চ নরাধিপ। ত্রিকালং নাভিযুঞ্জীত শেষং যুঞ্জীত তৎপরঃ ॥৯॥
ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেভ্যো নিবর্ত্য মনসা শুচিঃ। দশদ্বাদশভির্বাপি চতুর্বিংশাৎ পরং ততঃ ॥১০॥
সঞ্চোদনাভির্মতিমানাত্মানং চোদয়েদথ। তিষ্ঠন্তমজরং তং তু যৎ তদুক্তং মনীষিভিঃ ॥১১॥

---

মচা তানা অদুক্তংগ তাজনীংলি ॥৫॥ বসিষ্ঠনা হায়,— নিংথৌ। নহাক্না হংলিবা পুন্নমক অসে,— ঐ তোঙান্ তোঙান্না হায়রক্কে মুন্না তাও। যোগগী মরম অসি হান্না হায়গে তাও ॥৬॥

যোগীশিংগী খ্বাইদগী অথোইবা মথৌ হায়ববু ধ্যান হায়রিবসিনি। মাসিতনা যোগীগী অথোইবা পাঙ্গলনি। যোগগী মরমদা মুন্না থঙবশিংনা ধ্যান হায়বসিগী মথল অনীনি হায়রি। অমনা পুক্নীং মচীন্ লোঙহন্দনা থম্বা, অমনা প্রাণায়াম অসিসু অমুক অনী থেক্না থায়রি। সগুণ প্রাণায়াম হায়বা অমা, নির্গুণ প্রাণায়াম হায়বা অমা। সগুণ ওইবা হীরম— পোৎশক্ অমগীদমক তৌবা প্রাণায়াম অদুনা সগুণ প্রাণায়াম কৌই। নির্গুণ ওইবা অমগা সম্বন্ধ থমদ্রনা তৌবা প্রাণায়াম অদুনা নির্গুণ প্রাণায়াম কৌই। ॥৭—৮॥ নিংথৌ! মাংবা, মপান থোক্পা, চাব-থক্পা, হায়রিবা ৎবক অহুম অসিদা চঙলিবা মতমদুগী মনুংদা যোগগী অভ্যাস থক্ তৌরোইদৌবনি। হায়রিবা অহুম অসিদগী তোঙান্বা মতমদা যোগাভ্যাস তৌগদবনি ॥৯॥

বুদ্ধিমান্ ওইবা অশিংবা যোগীনা তৌগদবা হাংববু নাকোংনচিংব ইন্দ্রিয়শিংবু শব্দনচিংবা মাগী মাগী বিষয়শিংদগী য়ারিবমখৈ হন্দোকহনবা অসিনি। ইন্দ্রিয়কপা হীরম কুন্নরিগী * পাশ্বৈনা জরামৃত্যুনচিংবগী

---

* চক্ষুদা ঈশিংনা থল্‌হন্বা, হায়বদি— ঈশিং শোক্‌চিন্বা অদুগুম্না খোঙবীদগীনা কোক্ লরাইলেমফু কাওবদা লৈরিবা হকচাং মপুম অসিবু নাতোল্ মথুন্ অসিতমা মপান্‌গী মুংশিংপু চিংশিন্দুনা থল্‌হন্‌গদবনি। অদুম্না থলহল্লক্রিবা মুংশিং অদুবু ব্রহ্মারন্ধ্রদগী হায়বদি লরাইলেমফুদগী চিংথরকুনা লাইপকলোমদা পৃথরক্লুনা লাইপক্তা পীশুম্ অনীগী কারক্না থমগদবনি। হায়রিবা লাইপক্ হায়বা মফম অসি প্রাণবায়ুবু প্রত্যাহার তৌননবগী, হায়বদি—মমৈগা মকোক্না লাক্‌শিন্দুনা খোম্‌জিন্নবগী ঈহান্ হান্বা মফমনি। অদুম তৌদুনা মথং মথং ঈন্থরক্‌পসিনা পীশুম অনীগী কারক্‌সিদগী মীত্তা, মীত্তগী নাতোন্দা, নাতোন্দগী লৈখোংদা, লৈখোংদগী খোরীদা, খোরীদগী থম্মোয়দা; থম্মোয়দগী খোয়দৌদা, খোয়দৌদগী লিঙ্গশরীর মথক্তা অদুদগী পূক্তা, পূক্তগী গুহাদ্বার ( অমাংবা লৌথোকফম্ ঈস্থোকফম থোঙ ) দা, অদুদগী থৈগল মক্রবা, অদুদগী

তৈশ্চাত্মা সততং জ্ঞেয়ং ইত্যেবমনুশুশ্রুম্। ব্রতং হ্যহীনমনসো নান্যথেতি বিনিশ্চয়ঃ ॥ ১২॥
বিমুক্তঃ সর্ব্বসঙ্গেভ্যো লঘ্বাহারো জিতেন্দ্রিয়ঃ। পূর্ব্বরাত্রেঽপররাত্রে ধারয়ীত মনোঽত্মনি ॥১৩॥

কম্রিমত্তা মরী লৈনদবা, জ্ঞানীশিংনা আত্মাস্বরূপনি হায়নরিবা জীবাত্মাসিবু ওত্ত কূন্নরিগী পূল্লপকী মশক্ ওইরবী প্রকৃতিদগী তোঙান্না লৈরিবা পরমাত্মাগী মায়গৈবোমদা ঈঙ্খিনগদবনি ॥১০—১১॥

নিংথৌ। ঐখোয়না গুরুপরম্পরাদগী অস্তুম হায়না তানরক্সি, মাহুদি— যৌজিক হায়রিবা প্রাণায়ামগী নিয়ম অসিবু ঙাক্না প্রাণায়াম্ সাধন তৌরিবা মী অদুদনা পরমেশ্বর পরমাত্মাবু খঙনবগী অমদি ফংনবগী লম্বীদা চঙঙ্ বগী অধিকারী ওই। ধ্যানতদা পূক্নীং চঙবা যোগী অদুতগীনি যোগাব্রত হায়রিবসি। বহির্মুখ ওইবা, হায়বদি— মপান্গী সংসারতদা মমায় ওন্শিন্বা. পূক্নীং চঙবা অদুগুম্বা মখোয়গী ব্রা নত্তে, হায়রিবসি ; মাসি থাঙ্গেশেংনা চনীঙতানা খঙঙ্ ॥১২॥

যেগীনা অতৈ অতোপ্পা বিষয় অমগী মরমদা আসক্তি থম্মুদনা, চানিংবা খজিক্কা চাদুনা অহিংগী খুক্উদা, অদুদগী থুবোমদা, অদুদগী থূনীংদা, অদুদগী খোঙবী মরুদা, মতৌ অস্নুম্না মুংশিংপু পুথরক্দুনা থম্গদবনি। হায়রিবা মফম তরানিপাল অসিদা তৌথরক্লিবা প্রত্যাহার ( খোমজিন্ব ) শিং অসিবু ঙসাইগী ঈঙ্খিল্লকপা মথল কূন্নরিদুনি হায়বসি খঙগদবনি। হায়রিবা প্রত্যাহার হায়রিবসি নত্তবা ধ্যান, ধারণা, সমাধি "সত্ত্বপুরুষান্যতাখ্যাতি" ( বুদ্ধিগা পুরুষগা তোঙান্ তোঙান্ লৈবগী অমদি লৈহনবগী জ্ঞান ) প্রেরণা মরি অসিমগা অমুক লৈরি। হান্নগী তরানিপাল মুমগা মরি অসিগা প্রেরণা কূন্নরিনি। মখোয় অসিবু প্রাণায়ামশাস্ত্রদা হায়বদি যোগশাস্ত্রদা "প্রেরণা কুন্নরি" হায়না খঙনৈ। অরায়বা প্রমাণদা হায়রগা উনা লেঙলিবসি লেঙবগী থবক্তা মুংশিংনা প্রেরণানি। মুংশিংকী প্রেরণা য়াওদনা উনানা লেঙবা য়াদে। তাইবংপানবদা তৌরিবা থবক পুম্নমক অউবা উদবা প্রেরণা অমমম্না তৌহল্লিবা ঈঙ্খিল্লিবা ঙাক্তনি। সকাম নিষ্কাম কর্ম্ম খুদিংমক প্রেরণা অমমম্না তৌহল্লিবা থোকহল্লিবা ঙাক্তনি। তৌরিবা পুম্নমকসি প্রেরণাবায়ু অসিনা হকচাংমুংদা হজৎ হন্দা লুপ্লিবা শিংলিবা অদুপকী মথৈতনি। অসিগুম্বা প্রাণবায়ু অসিবু আয়াম তৌবা নিয়ম অমগী মথাদা চংহন্বা অদুতনি প্রাণায়াম হায়রিবসি। প্রাণবায়ু অসি মুংশিংনি, অতৈ কম্রিস্নু নত্তে। অদুবু অশিবা হকচাং— উক্রোংদৌনা তারবা হকচাংমুংদা অতোবা রন্ধ্র খিবিক্তা হুম্দোক্ হুম্জিন্ তৌরিবা মুংশিংসিবুদি প্রাণবায়ু কৌবা য়াদে। মাদি মৈক্তুম উতোংদা মৈ কামথংনবা মুংশিংনা হজৎ হন্দা শীত্তোক শীচিন তৌদুনা লৈবত্তুগুম্বনি। অদুগুম্বা মুংশাশোর মুংশিংপু হোন্দোক হোপ্তিন তৌদুনা পুনশি লেল্লবদি অদুম্বা লেপ্লিবশিং অদুগী হকচাং অদু উতোংগুম্বনি, অশিবনি। জীবাত্মা অসিনা লৈরিঙৈদা হোন্দোক হোপ্তিন তৌদুনা লৈবনি হায়ববু প্রাণায়াম তৌদবা মহাক্না হোল্লিবা মুংশাশোর অদুদি— অশিবা উনা অকংববু মুংশিংনা লেওহন্বত্তুগুম্বতনি।

( কালাচাঁদ )

স্থিরীকৃত্যেন্দ্রিয়গ্রামং মনসা মিথিলেশ্বর। মনোবুদ্ধ্যা স্থিরীকৃত্বা পাষাণ ইব নিশ্চলঃ ॥১৪॥
স্থাণুবচ্চাপ্যকম্পঃ স্যাৎ গিরিবচ্চাপি নিশ্চলঃ। বুদ্ধ্যা বিধিবিধানজ্ঞাস্তদাযুক্তং প্রচক্ষতে ॥১৫॥
ন শৃণোতি ন চাঘ্রাতি ন রসয়তি ন পশ্যতি। ন চ স্পর্শং বিজানাতি ন সঙ্কল্পয়তে মনঃ ॥১৬॥
ন চাভিমন্যতে কিঞ্চিন্ন চ বুধ্যতি কাষ্ঠবৎ। তদা প্রকৃতিমাপন্নং যুক্তমাহুর্মনীষিণঃ ॥১৭॥
নির্বাতে হি যথা দীপ্যন্ দীপস্তদ্বৎ প্রকাশতে। নির্লিঙ্গোঽবিচলশ্চোর্দ্ধং নিতির্য্যগ্গতিমাপ্নুয়াৎ ॥১৮॥
তদা তমনুপশ্যেত যস্মিন্ দৃষ্টেন কথ্যতে। হৃদয়স্থোঽন্তরাত্মেতি জ্ঞেয়োজ্ঞস্তাতমদ্বিধৈঃ ॥১৯॥
বিধূম ইব সপ্তার্চিরাদিত্য ইব রশ্মিমান্। বৈদ্যুতোঽগ্নিরিবাকাশে দৃশ্যতেঽত্মা তথাঽত্মনি ॥২০॥

---

অমানবা শরুক্তা অহুগা অকোনবা শরুক্তা পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয়বু আত্মাদা মচীল লোতদনা তিলহনগদবনি। মিথিলাপুরীগী নিংথৌ! যোগীনা পুক্নীংগী পাম্বেনা ইন্দ্রিয়শিংবু, বুদ্ধিগী পাম্বেনা পুক্নীংবু লেঙদনা থমলগা নুংগী মতৌগুম্না তুমিন্না লেঙদনা লৈগদবনি। অকংবা উতুপকুম্ লেঙ ওৎপা তৌদনা লৈগদবনি। যোগ-শাস্ত্রগী নিয়ম বিধান তৌরিবশিংনা মাসিবু, হায়বদি— অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈরবা মীহুবু যোগযুক্ত ওইরব-বনি হায়নৈ ॥১৩—১৫॥

অসুম্না যোগযুক্ত ওইরবা যোগী অহুদি করিমত্তা তাখিদ্রে, করিমত্তা নম্‌খিদ্রে, করিগুম্বা অমত্তগী মহাও লৌখিদ্রে, করিমত্তা উখিদ্রে, থেং-লাক্‌ওদা মশাদা করিমত্তা ফাওখিদ্রে, মাগী পুক্নীংদা অসিমত্তং তৌগে হায়বগী করিগুম্বা সঙ্কল্প বিকল্প অমত্তা লৈখিদ্রে। ঐ ফম্মি, ঐ যোগ সাধন তৌরি হায়বত্থ ফাওবগী অনুভব অমত্তা লৈখিদ্রে। মতম অসিদা মহাক্কী আত্মানা আত্মা মশাগী শুদ্ধস্বরূপতা, হায়বদি —থাঙ্গে-পেংলবা মওংদা চংতুনা লৈখি। অসিগুম্বা অবস্থাদা য়ৌরবা যোগী অহুদি যোগযুক্ত ওইরবা কৌই ॥১৬—১৭॥ মতম অহুদা মহাক অহু সু শিং চঙদবা মফমদা থান্‌বা থাউমৈগুম্, তুমিন্ ঈরেঙ লেঙদনা ঙান্দুনা লৈ। মতম অহুদা আত্মানা মপানগী হকচাংগী সম্বন্ধদি লায়রতুনা, লিঙ্গশরীর ফাওবগী সম্বন্ধ থমদে। অহুনা, অবস্থা অসিদা, মহাক্কী হকচাংনা কয়াগী মতীক্ লেঙদনা লৈখিবগে হায়ববু. মথক্ মখা ময়ায়দা করিগুম্বা গতি ( লেঙ-ওৎপা ) অমত্তা লৈতে ॥১৮॥

যোগীনা অসিগুম্বা অবস্থাদা লৈরিঙৈদা, উগদবা মহাক অহুবু উরিঙৈদা, মহাক করিমত্তা ঙাও-শক্‌পা ওমদে। মতম অসিদা মহাক্কী আত্মানা পরমাত্মাবু উহুনা লৈরি। * ঈবুঙো নিংথৌ! নং ঐ লৈরিবা ঐখোয় খুদিংমক্ অসিগুম্বা অবস্থাদা ওহাক্ ওহাক্ চঙননবা হোৎনরগা পরমাত্মাবু উহৌনবা হোৎনগদবনি ॥১৯॥

যোগ ধ্যানদা লুপপ্রবা যোগী অহুদা মাগী থম্মোয়দুংদা পরমাত্মাবু উবসি করম্ হায়না উবগে বায়ববু

---

* ঐখোয়না ঙাওলি শক্লিবা, তারি-উরিবসি ঐখোয়গী আত্মানা পরমাত্মাগা তিন্নদ্রিঙৈ মরকৃতা ঙাক্তনি। অহুনা মতৌ অসুম্না মপান্দা লৈরিবা নিয়মশিং অসিগা সম্বন্ধ থম্‌তুনা মতম থরদং ঙাওলম্ শক্‌লমলগা, পরমাত্মাগা ঈতীন্ তিন্নরম্‌দনা মপুন্‌শি লোইশিন্‌হনখিবা ঙাক্তনি। ( কালাচাঁদ )

যে পশ্যন্তি মহাত্মানো ধৃতিমন্তো মনীষিণঃ। ব্রাহ্মণা ব্রহ্মযোনিস্থা হ্যযোনিমমৃতাত্মকম্ ॥২১॥
তদেবাহুরণুভ্যোঽণু তন্মহদ্ভ্যো মহত্তরম্। তৎ তত্ত্বং সর্ব্বভূতেষু ধ্রুবং তিষ্ঠন ন দৃশ্যতে ॥২২॥
বুদ্ধিদ্রব্যেণ দৃশ্যেত মনোদীপেন লোককৃৎ। মহতস্তমসস্তাত পারে তিষ্ঠন্ন তামসঃ ॥২৩॥
স তমোনুদ ইত্যুক্তঃ সর্ব্বজ্ঞৈর্বেদপারগৈঃ। বিমলো বিতমস্কশ্চ নির্লিঙ্গোঽলিঙ্গসংজ্ঞিতঃ ॥২৪॥
যোগ এষ হি যোগানাং কিমন্যৎ যোগলক্ষণম্ এবং পশ্যং প্রপশ্যন্তি আত্মানমজরং পরম্ ॥২৫॥
যোগদর্শনমেতাবদুক্তং তে তত্ত্বতো ময়া। সাংখ্যজ্ঞানং প্রবক্ষ্যামি পরিসংখ্যানদর্শনম্ ॥২৬॥
অব্যক্তমাহুঃ প্রকৃতিং পরাং প্রকৃতিবাদিনঃ। তস্মান্মহৎ সমুৎপন্নং দ্বিতীয়ং রাজসত্তম ॥২৭॥
অহঙ্কারস্তু মহতস্তৃতীয়মিতি নঃ শ্রুতম্। পঞ্চভূতান্যহঙ্কারাদাহুঃ সাংখ্যাত্মদর্শিনঃ ॥২৮॥

মৈখু থাংব্রবা মৈবী উবগুম, মৈচীন্ থাংব্রবা মুমিৎকী মশেক্ মণ্ডাল উবগুম্ অদুগা আকাশদা নোংথাংগী মণ্ডাল্ উবগুম উই ॥২০॥

য়াম্না তপথবা, রাগদ্বেষ লৈবা, ব্রহ্মজ্ঞান লৈবা, ধর্ম্মশাস্ত্রদা নিষ্ঠা ( অরেপ্পা থাজবা ) থম্বা, মহাত্মা ওইবা পুকচেল চাউবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিংনা অদুম ওইবা পোকপা শিবা লৈতবা ব্রহ্মবু ফংঙি ॥২১॥

হায়রিবা ব্রহ্ম অসিদি অপীকৃপদগীসু মানা মপীক্লে, অচৌবশিংগী মচুংদসু মানা মচাউরে। অচঞ্চলত্ব জীব পুম্নমক্কী মনুংদা অন্তর্য্যামী ( মনুং মনুংদা চৎপা ) ওইদুনা শোয়দনা লৈ। অদুগা কনামত্তগী মফমদা উহন্দে ॥২২॥ কৃপ্লবা থৌরবা বুদ্ধিনা মহৎকী মরল্ ওইবা অদুগুম্বা মীতমা পুক্নীংগী মশক ওইবা মৈরাগী পান্থেতনা লোক পুম্নমকপু শেম্বিবা পরমাত্মাগী দর্শন ফংঙি। হায়রিবা পরমাত্মা অসিদি অমম্বা পুম্নমক্কগী মাংমদা লৈবনি, তমোগুণগী শরুক অমতা য়াওদবনি। মরম অদুনা বেদগী জ্ঞানগী চাংজৌবু লাম্বা ফংব্রবা অদুগুম্বা জ্ঞানীশিংনা মহাকপু তমোনুদ ( অমম্বা কোকহনবা ) হায়না কৌনৈ। মহাক্তি মনুং মপান্ পুম্নমং লংবা মক্তবনি, অজ্ঞানগী শরুক লেশমাত্র য়াওদবনি। লিঙ্গ ( করিগুম্বা খুদম ) অমতা য়াওদবনি ; অদুনা মহাকপু অলিঙ্গ হায়না কৌনৈ। মাসিনি যোগীশিংগী যোগ হায়বদো। হায়রিবসি নত্তনা যোগগী লক্ষণ কন্নি অমা অমুক পীগদৌরিবনো ? মতৌ অসুম্না যোগ সাধন তৌরিবা যোগীনা, পুম্নমকপু মতম অমত্তদা উওদুনা, পোকপা শিবা লৈতবা পরমাত্মাগী দর্শন ফংবা ঙম্মি ॥২৩—২৫॥

নিংথৌ। অসি ফাওবসি ঐনা নঙোন্দা যোগদর্শনগী মরমদা হায়রবনি। হৌজিক্তি সাংখ্যদর্শনগী মরমদা হায়রগে। হায়রিবা সাংখ্য হায়বা যোগ অসিদি বিচারগী শরুক য়াম্না চঙবা রাফমনি ॥২৬॥

নিংথৌ। প্রকৃতিবাদী বিদ্বান্শিংনা মূল প্রকৃতি ( উরিবা প্রকৃতিসিগী মরু ) বু অব্যক্তনি হায়। অব্যক্ত প্রকৃতি অসিদগী ভতোপ অতোপ্পা ব্যক্ত প্রকৃতি ময়াম চোংথোরক্লিবা তত্ত্বশিং অসিবুনা মহত্তত্ত্ব কৌই ॥২৭॥

মহত্তত্ত্বসিদগী অহঙ্কার হায়বা অহুমশুবা তত্ত্ব অমা চোংথোরকই, অহঙ্কার হায়বসিদগী পীক্লবা ভূত ( আকাশনচিংবা পঞ্চভূত — পঞ্চতন্মাত্র ) চোংথোরকই। মাসি সাংখ্যবাদীশিংগী মতনি ॥২৮॥

এতা প্রকৃতযশ্চাষ্টৌ বিকারাশ্চাপি ষোড়শঃ। পঞ্চ চৈব বিশেষা বৈ তথা পঞ্চেন্দ্রিয়াণি চ ॥২৯॥
এতাবদেব তত্ত্বানাং সাংখ্যমাহুর্মনীষিণঃ। সাংখ্যে বিধিবিধানজ্ঞা নিত্যং সাংখ্যপথেরতাঃ ॥৩০॥
যস্মাৎ যদভিজায়েত তৎ তত্রৈব প্রলীয়তে। লীয়ন্তে প্রতিলোমানি সৃজ্যন্তে চান্তরাত্মনা ॥৩১॥
অনুলোমেন জায়ন্তে লীয়ন্তে প্রতিলোমতঃ। গুণাগুণেষু সততং সাগরস্যোর্ময়ো যথা ॥৩২॥
সর্গ প্রলয় এতাবান্ প্রকৃতের্নৃপসত্তম। একত্বং প্রলয়ে চাস্য বহুত্বং চ যদাসৃজৎ ॥৩৩॥
এবমেব চ রাজেন্দ্র বিজ্ঞেয়ং জ্ঞানকোবিদৈঃ। অধিষ্ঠাতারমব্যক্তমস্যাপ্যেতন্নিদর্শনম্ ॥৩৪॥
একং চ বহুত্বং চ প্রকৃতেরর্থতত্ত্ববান্। একত্বং প্রলয়ে চাস্য বহুত্বং চ প্রবর্ত্তনাৎ ॥৩৫॥

প্রকৃতি নিপাল্লি, মাসিদগী তত্ত্ব তরাতরুক পোকই। মথোয় অত্থু বিকার কৌই। ইন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, পূক্লীং পঞ্চভূত হায়রিবসি বিকার তরাতরুকনি। মখোয়গী মনুংদা আকাশনচিংবা তত্ত্ব মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা বিশেষ ওইনা লৈরি ॥২৯॥

সাংখ্যশাস্ত্র খঙবশিংনা, সাংখ্যশাস্ত্রতদা থাজবশিংনা তত্ত্বশিংগী সংখ্যা গণনা ( মশীং থীবা ) তৌই। হায়-বদি— অব্যক্ত, মহত্তত্ত্ব, অহঙ্কার পঞ্চতন্মাত্র হায়রিবা প্রকৃতি নিপান্ অসিগা লোয়ননা মথক্ত হায়রিবা বিকার তরাতরুক অসিগা তত্ত্ব কুল্মরি সাংখ্যযোগীশিংনা স্বীকার তৌগ্রবনি ॥৩০॥

তত্ত্ব অমনা থূপখিবা চঙখিবা মতমদা মাগী হৌরকফম তত্ত্ব অত্থুদা চঙথি। পোক্‌পা মতমদা অনু লোম মার্গদা তত্ত্বশিংনা মথং মথং পোক্লপই। অত্থুগা মাঙখিবা থূপখিবা মতমদা প্রতিলোম কৌবা লম্বীদা চঙশিন্‌খি। থুদম ওইনা হায়রবদা প্রকৃতিগী মহত্তত্ত্ব, মহত্তত্ত্বদগী অহঙ্কার, অহঙ্কারদগী পীক্লবা পঞ্চভূতশিং অসি মথং মথং পোক্লকই। অত্থুগা মখোয় অসিনা থূপখিবা মতমননা প্রতিলোম ( বিলোম হঙ্গংনা চেন্বা ঈংচন্ ) দা থূপচিন্‌খি। থুদম ওইনা হায়রবদা পৃথিবী ( লৈপাক ) না ঈশিংদা, ঈশিংনা মৈদা, মৈনা মুংশিত্তা, মুংশিংনা আকাশদা চঙশিন্‌খি। অসুম তৌনা মাগী মাগী থোরকফম তত্ত্বশিং অত্থুদা হঙ্গংনা চঙশিন্‌খি। হায়রিবা তত্ত্বশিং অসে অন্তরাত্মানা পাম্বে ওইদুনা শেমখিবমত্তনি ॥৩১॥

সমুদ্রগী ঈশিংদগী পোক্লকপা ঈথকশিংনা, মখোয়গী পোক্লকফম ঈশিংদা তিন্‌খিবা থূপখিবত্থুগুমনা তত্ত্ব পুম্নমক অসি থোরকপা মতমদা অনুলোম মার্গদা থোরকই। হায়বদি— মথং মথং হন্থনা চেন্বা ঈচেন্-গুম্না চেন্থরকই ॥৩২॥

নিংথৌ অথোইবা! ঐনা হায়রিবা অসি ফাওবসি প্রকৃতিগী সৃষ্টি অমদি প্রলয়গী সম্পৎপা রানি। প্রলয়গী মতমদা একত্বগী মওংদা, অত্থুগা থোরকপা মতমদনা নানাত্ব ( বহুত্ব ) গী মওংদা থোরকই। নিংথৌ! জ্ঞানী ওইবশিংনা প্রকৃতিগী একত্ব অত্থুগা বহুত্বগী মওং অসি খঙফম থোকই। অব্যক্ত প্রকৃতিনা পুরুষবু সৃষ্টিগী মতমদা বহুত্ব হায়বদি- নানাত্বগী মায়গৈদা পুথি। হায়রিবা রাসিনা তাকপদি অসিনি— পুরুষদা একত্ব, প্রকৃতিদা নানাত্বধর্ম্ম লৈ ॥৩৩—৩৪॥ অর্থতত্ত্ব খঙবা মীশিংনা অসিমক্ত খঙগদবনি, মাত্থুদি প্রলয়গী

বহুধাত্মা প্রকুর্ব্বীন প্রকৃতিং প্রসবাত্মিকাম্। তচ্চ ক্ষেত্রং মহানাত্মা পঞ্চবিংশোঽধিতিষ্ঠতি ॥৩৬॥
অধিষ্ঠাতেতি রাজেন্দ্র প্রোচ্যতে যতিসত্তমৈঃ। অধিষ্ঠানাদধিষ্ঠাতা ক্ষেত্রাণামিতি নঃ শ্রুতম্ ॥৩৭॥
ক্ষেত্রং জানাতি চাব্যক্তং ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি চোচ্যতে। আব্যক্তিকে পুরে শেতে পুরুষশ্চেতি কথ্যতে ॥৩৮॥
অন্যদেব চ ক্ষেত্রং স্যাদন্যঃ ক্ষেত্রজ্ঞ উচ্যতে। ক্ষেত্রমব্যক্তমিত্যুক্তং জ্ঞাতা বৈ পঞ্চবিংশকঃ ॥৩৯॥
অন্যদেব চ জ্ঞানং স্যাদন্যজ্জ্ঞেয়ং তদুচ্যতে। জ্ঞানমব্যক্তমিত্যুক্তং জ্ঞেয় বৈ বিংশকঃ ॥৪০॥
অব্যক্তং ক্ষেত্রমিত্যুক্তং তথা সত্ত্বং তথেশ্বরঃ। অনীশ্বরমতত্ত্বঞ্চ তত্ত্বং তৎ পঞ্চবিংশকম্ ॥৪১॥
সাংখ্যদর্শনমেতাবৎ পরিসংখ্যানুদর্শনম্। সাংখ্যাঃ প্রকুর্ব্বতে চৈব প্রকৃতিঞ্চ প্রচক্ষতে ॥৪২॥

মতমদা, হায়বদি— থুপচিন্‌খিবা লোইশিন্‌খিবা মতমদা প্রকৃতিদস্থ একতা, স্মৃষ্টিগী মতমদনা প্রকৃতিদা অনেকতা অসে অদুম মরাকই। অদুবু স্মৃষ্টিগী মতমদা প্রকৃতি মশামক্তা প্রেরক ওইবা মরম্না হায়বদি, ঈশ্বিন্‌বা ওইবা মরমনা, মওোন্দস্থ নানাত্ব হায়বা প্রকৃরিবু ধর্ম্ম মাগী মথক্তা থোমজিল্লে ॥৩৫॥

পরমাত্মানা প্রসবাত্মিকা ওইবা প্রকৃতিবু হায়বদি— পুন্নমকপু পোকপীহৈবী প্রকৃতিবু তোঙান্ তোঙান্বা মওং পুহল্লি। প্রকৃতিবু অদুগা বিকারশিং অসিবু ক্ষেত্র কৌই। তত্ব কুম্মরিদগী তোঙান্না লৈবা কুম্মঙা শুবা তত্ব অদুদি মহান্ আত্মানি। মহাক্তি হৌজিক হায়রিবা ক্ষেত্র অসিদা অধিষ্ঠাত্রী দেবতা অমগুম্না হায়বদি ক্ষেত্র অসিবু পুরিবী লাইরেম্বী অমগুম্না লৈ ॥৩৬॥

নিংথৌ। মরম অদুনা যতি (যোগী) অথোইবশিংনা আত্মাসিবু অধিষ্ঠাতা হায়না অদুম মকৌরে। ক্ষেত্র অসিবু অধিষ্ঠান তৌদুনা হায়রদি— লোইশিন্ খোম্‌জিন্দুনা মপু ওইনা লৈ হায়বগীদমক মহাকপু আধিষ্ঠাতা দেবতা কৌবনি; অসুম্না ঐস্থ মাসি অদুম খঙদুনা লৈরবনি ॥৩৭॥

মহাক্তনা অব্যক্ত ওইবা ক্ষেত্র অসিগী মনুংদা লৈদুনা অচেৎ অকোম্ লোইনা উদুনা খঙদুনা লৈ হায়-বগীদমক মহাকপু ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবনি। প্রকৃতি অসিগী হকচাংগী মশক ওইরবা পুরদা, হায়বদি— কোম্মুংদা (দেশদা) লৈ হায়বগীদমক আত্মাবু সাংখ্যযোগতা পুরুষ কৌবতনি ॥৩৮॥

অদুগা থাঙ্গেংবদি ক্ষেত্র হায়বসিমক্তি ঈতোপ তোপ্পা পোৎশক অমনি। ক্ষেত্রদি অব্যক্তনি, মশক মওং চপচানা কোওদোক্তবনি। ক্ষেত্রজ্ঞনা ক্ষেত্র অসিগী মনুংদা, তত্ব কুম্মঙাশুবা ওইনা লৈরিবনি ॥৩৯॥

জ্ঞান হায়বসিনা অতোপ্পা পোৎশক অমনি। অদুগা জ্ঞেয় (খঙগদবা খঙফম থোক্পা) হায়বসিনা অতোপ্পা পোৎশক অমনি। জ্ঞানদি অব্যক্তনি, মশক মওং নাইদবনি। জ্ঞেয়না কুম্মঙাশুবা আত্মা কৌবা তত্ব অসিনি ॥৪০॥

অব্যক্তবু ক্ষেত্রনি হায়না হায়বসি মথক্তা হায়গ্রে। মহাক অসিদা (মশাদা) সত্ব (বুদ্ধি) অদুগা শাসককী সংজ্ঞাস্থ পীগ্রে। অদুগা কুম্মঙাশুবা তত্ব ওইদুনা লৈরিবা পরমপুরুষ পরমাত্মা অসিদি জড়তত্ব অমদি ঈশ্বরদগীস্থ তোঙান্না লৈ ॥৪১॥ ঐনা শম্না হায়রিবসি ফাওবতনি সাংখ্যশাস্ত্রগী চমথৈদি, সাংখ্যগী

তত্ত্বানি চ চতুর্বিংশৎ পরিসংখ্যায় তত্ত্বতঃ। সাংখ্যাঃ সহ প্রকৃত্যা তু নিস্তত্ত্বঃ পঞ্চবিংশকঃ ॥৪৩॥

পঞ্চবিংশোঽপ্রকৃত্যাত্মা বুধ্যমান ইতি স্মৃতঃ। যদা তু বুধ্যতেঽত্মানং তদা ভবতি কেবলঃ ॥৪৪॥

সম্যগ্দর্শনমেতাবৎ ভাষিতং তব তত্ত্বতঃ। এবমেতৎ বিজানন্তঃ সাম্যতাং প্রতিযান্ত্যুত ॥৪৫॥

সম্যঙ্‌নিদর্শনং নাম প্রত্যক্ষং প্রকৃতে স্তথা। গুণতত্ত্বান্যথৈতানি নির্গুণোঽন্যস্তথা ভবেৎ ॥৪৬॥

ন ত্বেবং বর্ত্তমানানামাবৃত্তির্বিদ্যতে পুনঃ। বিদ্যতেঽক্ষরভাবত্বাদপরং পরমব্যয়ম্ ॥৪৭॥

পশ্যেরন্নৈকমতয়ো ন সম্যক্ তেষু দর্শনম্। তে ব্যক্তং প্রতিপদ্যন্তে পুনঃ পুনররিন্দম ॥৪৮॥

সর্ব্বমেতৎ বিজানন্তো না সর্ব্বস্য প্রবোধনাৎ। ব্যক্তীভূত্বা ভবিষ্যন্তি ব্যক্তস্য বশবর্ত্তিনঃ ॥৪৯॥

বিদ্বান্‌শিংনা তত্ত্বশিং সংখ্যা গণনা তৌই ( মশীং থী )। জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিগী আদিকারণদি প্রকৃতিতনি। অমুম্না সাংখ্যবাদীশিংনা হায়। সংখ্যা গণনা তৌই হায়বগীদমক দর্শনশাস্ত্র অসিবু সাংখ্যদর্শন কৌই ॥৪২॥

সাংখ্যশাস্ত্র খঙবশিংনা প্রকৃতিগা কোম্না পুরুষগী তত্ত্ব কুম্মরি হায়না সংখ্যা গণনা তৌই। পরম-পুরুষবু জড় ( অশিবা ) তত্ত্বশিং অহুগা ঈশ্বরদগীস্থ তোঙাম্না ঈতোপ তোপ্না লৈবা কুম্মঙাশুবা তত্ত্ব অহুমি, অমুম্না হায় ॥৪৩॥

হায়রিবা কুম্মঙাশুবা তত্ত্ব অসিদি প্রকৃতিরূপ নত্তে. প্রকৃতিগা করিমত্তা সম্বন্ধ থমদে। মহাক্তি প্রকৃতি অসিদগী তোঙাম্না, প্রকৃতিসিগা মরী ঈথম্ থমদনা জ্ঞানগী মশক ওইহুনা লৈ। অমুম ওইবা পরমপুরুষ মহাক অসিনা মৃশা মথন্তবু প্রকৃতি অসিদগী ঈত্তোন্ তোঙাম্না জ্ঞান-থম্মোয়গী মশক ওইনা লৈজবনি হায়না হেক্ খঙঙকপা মতমহুদা মহাক্ "কেবল" হায়বহু ওই। হায়বদি— মথন্তা ঙাইবা কনাস্থ লৈতবা হায়বহু ওই। হায়বদি— মতম অহুদা মহাক বিশুদ্ধ ( তশেং তশেংবা ) পরব্রহ্মগী মওংদা লৈরকই ॥৪৪॥

নিংথৌ! ঐনা নঙোন্দা সাংখ্যতত্ত্বগী মরম অসি শম্না শেংনা হায়রবনি। মাসিবু বিচার তৌনা মুম্ন খঙলবা মী অহুতনা মহাশান্তিগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংবা ঙম্মি ॥৪৫॥

প্রকৃতি অনীবু থাঙ্গেশেংনা উববু "সম্যগ্ দর্শন" ( থাঙ্গেশেংনা উবা ) কৌই। অসিগীদমক্ত দর্শনশাস্ত্র হায়হুনা লৈরিবনি। হায়রিবা তত্ত্ব খিরিক অসে গুণময়নি। সগুণ ওইবা মখোয় অসিদগী তোঙাম্ন লৈরিবা পরমপুরুষ ওইবা মহাক্তি নির্গুণনি ॥৪৬॥

দর্শনশাস্ত্র অসিগী মতুংইন্না জ্ঞান ফংব্রবা মী মহাক অহুগীদি — সংসারসিদা পুনরাবৃত্তি ( অমুক হল্লকপা পোক্‌পা শিবা য়াওরবা ) হায়বহু লৈত্রে। মরমদি অহুম ওইনা জ্ঞানী মহাক অহুদি ব্রহ্মস্বরূপ অহুম মওইগ্রে। মাসিবু মহাক্তী ব্রাহ্মীস্থিতিদা লৈগ্রবা কৌই ॥৪৭॥

য়েক্লবা ঙম্বা নিংথৌ! নানাত্নগী দর্শন তৌহুনা লৈরিবা মহাক্তী, হায়বদি তোঙান্ তোঙান্‌বগী মওংতদা উহুনা লৈরিবা মহাক্তী থাঙ্গেশেংব বিশুদ্ধজ্ঞান থক্ ওইবা য়াদে। অদুগুম্বা মীশক্তি সংসার অসিদা হন্না হন্না লাকখিবা তাই ॥৪৮॥ হায়রিবা প্রবন্ধ অসিবু খঙলবনা অহুপা মহাক্রা খঙলিবশিং অসিদগী তোঙাম্না

সর্ব্বমব্যক্তমিত্যুক্তমসর্ব্বঃ পঞ্চবিংশকঃ। য এনমভিজানন্তি ন ভয়ং তেষু বিদ্যতে ॥৫০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি

বসিষ্ঠকরালজনক সংবাদে একাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০১॥

——:(+):——

লৈরিবা পরমাত্মাবু খণ্ডদবনা মহাক শোয়দনা শরীরধারী ( হকচাং অমদা চঙতুনা পোক্পা ) হায়বত্ত ওইরগদবনি। অদুদগীদি অমুক পোক্পু পোক্লকবদি কাম ক্রোধ লোভ মোহনচিংবগী মখা পোন্বা হায়বা অত্ত শোয়রবনি ॥৪৯॥ 'সর্ব্ব" হায়বা মিং অসে অব্যক্ত প্রকৃতিনি। মাসিদগী তোঙানবা কুন্মঙাশুবা পরমাত্মা কৌবা তত্ত্ব মহাক্তি "অসর্ব্ব" কৌই। ম সিব মুন্না খঙপ্রবা মহাক অদুগীদি আবাগমন ( সংসারদা হজ্জং হন্দা লাক্পগী কব্রিমত্তা কিফম্ লৈত্রে ॥৫০॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা বসিষ্ঠ জনক-সংবাদগী চহুমগা অমাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০১॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্ব্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( বিদ্যা অবিদ্যানচিংবগী ব্যাখ্যান্ )

### চহুমগা অনীশুবা অধ্যায়

——:(+):——

বসিষ্ঠ উবাচ।

সাংখ্যদর্শনমেতাবদুক্তং তে নৃপসত্তম। বিদ্যাবিদ্যে ত্বিদানীং মে ত্বং নিবোধানুপূর্ব্বশঃ ॥১॥

অবিদ্যামাহুরব্যক্তং সর্গপ্রলয়ধর্ম্মি বৈ। সর্গপ্রলয়নির্মুক্তাং নিত্যাং বৈ পঞ্চবিংশকঃ ॥২॥

---

বসিষ্ঠনা হায়, — নিংথৌ অথোইবা! অসি ফাওবসি ঐনা নঙোন্দা সাংখ্যযোগগী মরমদা হায়রবনি। হৌজিক ঐ বিদ্যা অবিদ্যাগী মরমদা হায়রগে তারো ॥১॥ সৃষ্টি অমদি প্রলয় ( সংহার ) গী মশক্ ওইবা ধর্ম্মবু পুরিবা অদুগুম্বা কার্য্য ( থবক ) অদুগা লোয়নরিবা অব্যক্ত অদুমক্ অবিদ্যানি। তত্ত্ব কুন্মরিদগী তোঙাম্বা

পরস্পরস্য বিদ্যাং বৈ ন বোধাৎ পূর্বশঃ। যথোক্তমৃষিভিস্তাত সাংখ্যস্যাভিনিদর্শনম্ ॥৩॥
কর্ম্মেন্দ্রিয়াণাং সর্ব্বেষাং বিদ্যাবুদ্ধীন্দ্রিয়ং স্মৃতম্। বুদ্ধীন্দ্রিয়ানাং চ তথা বিশেষা ইতি ন শ্রুতম্ ॥৪॥
বিশেষাণাং মনস্তেষাং বিদ্যামাহুর্মনীষিণঃ। মনসঃ পঞ্চভূতানি বিদ্যা ইত্যভিচক্ষতে ॥৫॥
অহঙ্কারস্তু ভূতানাং পঞ্চানাং নাত্র সংশ্রয়ঃ। অহঙ্কারস্য চ তথা বুদ্ধিবিদ্যা নরেশ্বরঃ ॥৬॥
বিদ্যা প্রকৃতিরব্যক্তং তত্ত্বানাং পরমেশ্বরী। বিদ্যা জ্ঞেয়া নরশ্রেষ্ঠ বিধিশ্চ পরমঃ স্মৃতঃ ॥৭॥
অব্যক্তস্য পরং প্রাহুর্বিদ্যাং বৈ পঞ্চবিংশকম্। সর্ব্বস্য সর্ব্বমিত্যুক্তং জ্ঞেয়ং জ্ঞানস্য পার্থিব ॥৮॥
জ্ঞানমব্যক্তমিত্যুক্তং জ্ঞেয়ো বৈ পঞ্চবিংশকঃ। তথৈব জ্ঞানমব্যক্তং বিজ্ঞাতা পঞ্চবিংশকঃ ॥৯॥
বিদ্যাবিদ্যার্থতত্ত্বেন ময়োক্তা তে বিশেষতঃ। অক্ষরঞ্চ ক্ষরঞ্চৈব যদুক্তং তন্নিবোধ মে ॥১০॥

কুন্নঙাগুবা পরমাত্মা মহাক অদুবুনি বিদ্যা হায়রিবসি। মহাক্তি সৃষ্টি সংহার অনীমক্তা মরী করিমতা লৈনদে। ঈবুঙো নিংথৌ! ঋষিশিংনা মতৌ অসুম্না সাংখ্যযোগদা হায়নরিবনি। মথোয়না পরম্পরাদগী হায়নরক্লিবা খঙনরক্লিবা অদুগী মতুংইন্না অব্যক্তগী অমগমগা থেন্নরিবা অদুগা মথোয়দুগী মন্নবদা লৈরিবা বিদ্যা অদো, অদুসু নহাক্না তারো ॥২—৩॥

কর্ম্মেন্দ্রিয় পুম্নমক্কী লৈরিবা বিদ্যাদি জ্ঞানেন্দ্রিয়নি হায়বসি নহাক্সু তাদুনা মৈরৈথ্রবনি। হায়থদি— কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংদগী জ্ঞানেন্দ্রিয়না অথোইবনি। জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংগী বিদ্যাদি পঞ্চমহাভূতনি ॥৪॥

অশিংবা রাখললৈবা মীশিংন্না অসুম্না হায়,— মপান্দ ঈচাও চাউনা উরিবা মূল ( অচৌবা ) শরীর অসিগী বিদ্যাদি মন ( পূক্নীং ) কৌবা "পূক্নীং" ইন্দ্রিয় অসিনি। * মন ( পূক্নীং ) গী বিদ্যাদি পঞ্চতন্মাত্র না শাবা সূক্ষ্মশরীর, লিঙ্গ লিঙ্গশরীরনি ॥৫॥

নিংথৌ! পীক্লবা কুপত্রিক্ কুপ্নবা সূক্ষ্মশরীর অসিগী বিদ্যাদি অহঙ্কার হায়বসিনি। মাসিদা করিমতা চিংনফম্ লৈত্রবনি। অহঙ্কারগী বিদ্যাদি বুদ্ধিনি ॥৬॥

নিপা অথোইবা! পরমেশ্বর পরমাত্মাগী অব্যক্ত কৌবী প্রকৃতিনা হেক্ লৈরিবা তত্ত্ব পুম্নমক্কী বিদ্যানি। অদুম ওইবী প্রকৃতি কৌবী বিদ্যা অসিবু য়াম্না মুন্না খঙফম থোক্ই। মাসিবু জ্ঞানগী মরুনি, ললনি অসুম হায়না জ্ঞানীশিংনা হায়নৈ ॥৭॥

কুন্নঙাগুবা প্রকৃতিতত্ত্ব ওইনা পরমপুরুষনা লৈরি হায়বসি হায়রে। হায়রিবা পরমপুরুষ হায়বসিনা অব্যক্ত প্রকৃতিগী বিদ্যানি। মাসিনা জ্ঞান পুম্নমক্কী খ্বাইদগী অথোইবা জ্ঞেয়নি ॥৮॥

জ্ঞান হায়বসি অব্যক্তনি। অদুগা পরমপুরুষনা জ্ঞেয়নি. অসুম্না জ্ঞান হায়বসি অব্যক্তনি, মহাক্কী জ্ঞাতানা পরমপুরুষনি ॥৯॥ নিংথৌ! ঐনা নহাক্কী নফমদা বিদ্যা অবিদ্যা, ব্যক্ত-অব্যক্তগী মরমদা শেংনা হায়রবনি। হৌজিক, ঐ ক্ষর,অক্ষরগী মরমদা অমুক্ হায়রগে পুম্নমক মুন্না তারো ॥১০॥

---

* মফম অসিদা "বিদ্যা" হায়বগী অর্থদি "অথোইবা" হায়বনি। ( কালাচাঁদ )

উভাবেবাক্ষরাবুক্তাবুভাবে তাঽনক্ষরো। কারণং তু প্রবক্ষ্যামি যাথাতাথ্যং তু জ্ঞানতঃ ॥১১॥
অনাদিনিধনাবেতাবুভাবেবেশ্বরৌ মতৌ। তত্ত্বসংজ্ঞাবুভাবেতৌ প্রোচ্যতে জ্ঞানচিন্তকৈঃ ॥১২॥
সর্গপ্রলয়ধর্ম্মত্বাদব্যক্তং প্রাহুরক্ষরম্। তদেতৎ গুণসর্গায় বিকুর্ব্বাণং পুনঃ পুনঃ ॥১৩॥
গুণানাং মহদাদীনামুৎপত্তিশ্চ পরস্পরম্। অধিষ্ঠানাৎ ক্ষেত্রমাহুরেতৎ পঞ্চবিংশকম্ ॥১৪॥
যদা তু গুণজালং তদব্যক্তাত্মনি সংক্ষিপেৎ। তদা সহ গুণৈস্তৈস্তু পঞ্চবিংশো বিলীয়তে ॥১৫॥
গুণা গুণেষু লীয়ন্তে তদৈকা প্রকৃতির্ভবেৎ। ক্ষেত্রজ্ঞোঽপি যদা তাত তৎক্ষেত্রে সম্প্রলীয়তে ॥১৬॥
তদা ক্ষরত্বং প্রকৃতির্গচ্ছতেগুণসংশ্রিতা। নির্গুণত্বং চ বৈদেহ গুণেষ্বপ্রতিবর্ত্তনাৎ ॥১৭॥

সাংখ্যগী মতদা প্রকৃতি পুরুষ অনীমক অক্ষরনি, অতুগা অনীসি ক্ষরসু ওই। ঐসু ঐগী লৈজবা জ্ঞানগী মতুংইন্না মাসিগী থাঙ্গৎশেংবা মরম অসি হায়গে ॥১১॥

প্রকৃতি পুরুষ অনীমক অনাদি অনন্তনি, হায়বদি অহৌবা অরোইবা লৈতে। মরম অদুনা মখোয় অনীসি অমগমগা তিন্নবা পূল্লপ লৈমিন্নরগা সর্ব্বশক্তিমান্ ওইদুনা পুরুষ অসি ঈশ্বর ওই। মরম অদুনা সাংখ্যশাস্ত্রগী জ্ঞানীশিংনা অনী অসিতবু তত্ত্বনি হায় ॥১২॥

সৃষ্টিগা প্রলয়গা অনী অসিনা প্রকৃতিগী ধর্ম্মনি। মরম অদুনা প্রকৃতি হায়বসি অক্ষরনি। হায়রিবী প্রকৃতি অসিনা মহত্তত্ত্বনচিংবা তত্ত্ববু শেম্বা মতমদা বিকার (মশক ওনবা) হেক্ হেক্ ফংঙি। মরম অদুনা মহাক্ ক্ষর-নিসু হায়রৈ ॥১৩॥

মহত্তত্ত্বনচিংবা তত্ত্ব থোক্‌প্রিবসি প্রকৃতি পুরুষ অনীগী সংযোগতগীনি। অদুনা অমনা অমগী লৈকম্ তুংনকম ওইবনা পুরুষবুসু ক্ষেত্র অদুম্ মকৌই ॥১৪॥

কনাগুম্বা যোগীনা যোগগী পাম্বৈনা প্রকৃতিগী গুণশিং অদুবু অব্যক্ত ওইবা মূলপ্রকৃতিদা লূপশিলহল্লি। মতম অদুদা গুণশিং অদুনা মূলপ্রকৃতিদা চঙখিবা মতমদুমক্তদা পুরুষ অদুসু পরমাত্মাদা লূপখি। চঙখিব মৃৎখিবা অসিনচিংবা বিকার ফংলবনিনা পুরুষ মশামক ক্ষর ওইরে ॥১৫॥

লৈরিবা উরিবা প্রকৃতিগী গুণশিং অসিদি কার্য্যভূত (থবক্তীদমক্তা লৈব) নি। হায়বদি— তিন্নরি, থাইজোক্লরি, মশক হোংলি। হায়রিবা কার্য্যভুত ওইবী প্রাকৃতগুণশিং অসিনা মূলপ্রকৃতিগী গুণশিংদুদা তিন্‌খিবা মতম অদুদা হেক্ লৈরিবা পূম্নমক অসি প্রকৃতিতগী মশক্ ওইখি। মতম অদুদা ক্ষেত্রজ্ঞ অসিসু পরমাত্মাদা থূপখি। মশাগী ভোঙানবা অস্তিত্ব (লৈ হায়বা) অমা অমুক লৈত্রে ॥১৬॥

বিদেহরাজ জনক নিংথৌ! পুরুষ (ক্ষেত্রজ্ঞ) অদুনা মশাগী অস্তিত্ব কাওবা থাদোকপ্রব মতম অদুদদি ত্রিগুণময়ী প্রকৃতি অসিসু, হায়বদি সত্ত্ব রজ তম গুণ অদুসু পুবী প্রকৃতি অদুসু ক্ষরত্বধর্ম্মবু ফংথি। মতম অদুদা পুরুষ (ক্ষেত্রজ্ঞ) অদুসু মাগী চঙফম লৈফম প্রকৃতিদুনা লৈত্রবদুদগীদি গুণশিংদুদগী ভোঙাম্না তারক্তুনা মথন্তা নির্গুণ ওইহৌরে। মহাক মশামক নির্গুণাতীত হায়বদু ওইরে ॥১৭॥

এবমেব চ ক্ষেত্রজ্ঞঃ ক্ষেত্রজ্ঞানপরিক্ষয়ে। প্রকৃত্যা নির্গুণস্ত্বেষু ইত্যেবমনুশুশ্রুম ॥ ১৮॥
ক্ষরো ভবত্যেষ যদা তদা গুণবতীমথ। প্রকৃতিং ত্বভিজানাতি নির্গুণত্বং তথাত্মনঃ ॥১৯॥
তদা বিশুদ্ধ ভবতি প্রকৃতে পরিবর্জনাৎ। অন্যোঽহমন্যেয়মিতি যদা বুধ্যতি বুদ্ধিমান্ ॥২০॥
তদৈষ তত্ত্বতামেতি ন চাপি মিশ্রতাং ব্রজেৎ। প্রকৃত্যা চৈব রাজেন্দ্র মিশ্রো হ্যন্যশ্চ দৃশ্যতে ॥২১॥
যদা তু গুণজালং তৎ প্রাকৃতং জুগুপ্সতে। পশ্যতে চ পরং পশ্যং তদা পশ্যন্ন সংত্যজেৎ ॥২২॥
কিং ময়া কৃতমেতাবৎ যোঽহং কালমিমং জনম্। মৎস্যো জালং হ্যবিজ্ঞানাদনুবর্তিতবানিহ ॥২৩॥

মতৌ অসুম্না, ক্ষেত্রজ্ঞগী করিগুম্বা জ্ঞান অমতা লৈত্রে, হায়বদি ক্ষেত্রজ্ঞ ( পুরুষ ) মশাদা প্রকৃতিগী জ্ঞান অমতা থমত্রে। মহৌশাগী মাগী নির্গুণ ওইবা মওংদো অহুদা চঙখি। মাসি ঐ আ 'মমাংঙৈদগী অসুম্ তাহুনা লৈরক্লবনি ॥ ১৮॥

পুরুষ অসিনা ক্ষর ওইরবা মতম অহুদা, হায়বদি পরমাত্মাদা শিন্দ্রবা তিন্রবা মতম অহুদা, সর্বজ্ঞ ওইরবা পরমাত্মাহু ওইরবনিনা মহাক প্রকৃতিগী সগুণত্ব ( গুণচেন্বা ধর্ম ) বু অহুগা মশাগী নির্গুণত্বধর্মহু ( গুণগা লোয়নবা ধর্ম ) বু খঙদবা ওম্মি। পুরুষ প্রকৃতি অনীগী অসুম্না লৈনরক্লিবা মরী অসি অনাদি অনন্তনি ॥১৯॥

মতৌ অসুম্না জ্ঞানীপুরুষনা ঐদি প্রকৃতিদগী তোঙানবনি, মাগা মরী কব্রিমতা লৈতে হায়না হেক্ খঙঙকপা মতম অহুদা মহাক মাগী হায়গী স্বরূপ অহু ফংখি ॥২০॥

নিংথৌ। প্রকৃতিগা তিন্নবা মতমদা প্রকৃতিদগী তোঙান্না লৈবগী মওংদা লৈরম্বা মরম্না পুরুষনা মশা মথন্তগী মশক মওংবু চপচানা ফংলে হায়না খঙজরম্মি। অহুগা প্রকৃতিগা তিন্নরম্বদগী তোঙান্না হেক্ তারকপা মতম অহুদা মগাক অমুক প্রকৃতিদগী ভিন্নং ( পৃথকৃত ) ধর্মবু ফংখি। হায়বদি প্রকৃতিদগী তোঙান তাবগী ধর্মদো ফংঙি। মরম অহুনা পুরুষ অসি অমুকসু প্রকৃতিদগী তোঙান্না লৈবগী অদুগা অমুকসু মশা অমতা ওইনা লৈবগী মওংসি মতমগী মতুংইন্না হেক্ হেক্ ফংঙি ॥২১॥

প্রাকৃতগুণশিংসিবু কান্নদবনি ফত্তবনি হায়না খন্দুনা মখোয়গা তিন্নদনীংদহুনা মশাদা হৈনীংদবগী ভাব ( বৈরাগ্যভাব ) অমা লাকপা মতমদ প্রকৃতিগী গুণগা তিন্নবা লৈতবা নির্গুণ ওইবা পরমাত্মা অহুবু উবা ফংঙি। অহুগা উবা ফাওনদা মহাক্ ( পুরুষ ) প্রকৃতি অহুবুদি থাদোক্ত্রি। প্রকৃতিগা তিন্নহুনদি অহুম মরৈরি ॥২২॥

পরমাত্মাহু উবা মতম অহুজদি অসিগুম্বা বিবেক অমসু মতোন্দা মরাক্ই, মাহুদি— 'ইস। ঐনা তৌরুরিবসিদি করিনো? ঙানা খঙদহুনা লাংদা ( ঈনদা ) ফাজিনবগুম্না ঐদি হৌজিক ফাওবা প্রকৃতিগী গুণতনা শাবা প্রাকৃতদেহ অসিদা ফাজিন্দুনা হকচাংসিমকপু ঐনি হায়না খল্লিনা। মহাক্লা মায়া তৌহুনা মহাক্লা হায়বতা ইল্লুরে।" ॥২৩॥

অহমেব হি সম্মোহাদন্যমন্যং জনাজ্জনম্। মৎস্যো যথোদকজ্ঞানাদনুবর্ত্তিতবানহম্ ॥২৪॥
মৎস্যোঽন্যত্বং যথা জ্ঞানাদুদকান্নাভিমন্যতে। আত্মানং তদ্বদজ্ঞানাদন্যত্বং নৈব ,বদ্ম্যহম্ ॥২৫॥
মমাস্তু ধিগবুদ্ধস্য যোঽহং মগ্নমিমং পুনঃ। অনুবর্ত্তিবান্ মোহাদন্যমন্যং জনাজ্জনম্ ॥২৬॥
অয়মত্র ভবেৎ বন্ধুরনেন সহ মে ক্ষয়ম্ সাম্যমেকত্বমায়াতো যাদৃশস্তাদৃশস্ত্বহম্ ॥২৭॥
তুল্যতামিহ পশ্যামি সদৃশোঽহমনেন বৈ। অয়ং হি বিমলো ব্যক্তমহমীদৃশকস্তথা ॥২৮॥
যোঽহমজ্ঞানসম্মোহাদজ্ঞয়া সম্প্রবৃত্তবান্। সসঙ্গোঽহং নিঃসঙ্গঃ স্থিতঃ কালমিমং ত্বহম ॥২৯॥
অনয়াহং বশীভূতঃ কালমেতং ন বুদ্ধবান্। উচ্চমধ্যমনীচানাং তামহং কথমাবসে ॥৩০॥
সমানয়ানয়া চেহ সহবাসমহং কথম্। গচ্ছাম্যবুদ্ধভাবত্বাদেষেদানীং স্থিরো ভবে ॥৩১॥

ঙানা ঈশিংবুত্ত মাগী জীবিকানি থন্দুনা ঈশিং লৈবা পুখ্রী লাখোং অমদগী ঈশিং লৈবা মকমমদা চোংশিন্বহুগুম্না ঐদি প্রকৃতি মা মাগী হকচাংদগী অমদা অমুক হঙ্গৎ হন্দা চোংথোক্ চোংশিন্ ভৌদুনা লৈরুরে, হৌজিকসু লৈরি।" অস্তম্ নীঙঙম্মক্তে ॥৪॥

"অজ্ঞান ( জ্ঞান তাদবা ) গী মথা পোনখিহুনা ঙানা মশা মথন্তবু ঈশিংদগী তোঙাল্লিবনি হায়না খঙদবহুগুম্না, ঐসু ঐনা লৈরিবা হকচাংলিদগী তোঙান্না লৈরিবনিকো হায়বসি থক্ খঙজুক্রে" ॥২৫॥

পঙলবা ঐনা ঈশানা ঈশাবু ধিক্কার তৌরি। সংসারগী মায়াদা লুপ্তুনা লৈরিবা হকচাংসিনা হায়-বতা ইন্দুনা হকচাং অমদগী হকচাং অমদা কোয়চৎ চংতুনা, অদুগা হান্নগী থাদোক্লম্লিবা হকচাংদুদা অমুক হঙ্জিল্লুহুনা ঐগী হান্নগী হৌরকফম ( পরমাত্মা ) অদুদদি সুকয়ো য়োঁদনা মফৈদা হাইহুনা লম্মুক্কহুনা লৈয়ে। থাঙ্গেশেংবদি জগৎ অসিদা, ঐগী থাঙ্গেশেংবা মরূপতি ভগবান্ পরমাত্মা মাতনি। অহান্বদা চান্নগে, মরূপ মরূপ শান্নগে হায়না খল্লম্লবদি মাতগা চান্নরমগদবনি। ফরে, অহাম্বদদি ঐ অমবু ওইরবসু অমমু ওইরবসু ওইরম্রে। হৌজিক্তি ঐ মামক্ ওইদ্রবসু, মাগা মান্নবা নত্রগা মাগা একতাদা লৈবদি ঙমজরে, ঐ হৌজিক মাগুম্না ওইবা ফংলে ॥২৬—২৭॥

হৌজিক্তি ঐ ঈশামক্না মাগা চপ মান্ননা উরে ; ঐ মাগা চপ মান্নরে। পরমাত্মাদি হীরম পুম্নমক্তা অমকপা মাওদনা ঈশেংত শেংহুনা লৈবনি। ঐসু মাগুম্না থম্মোয়দা করিগুম্বা অমকপা অমংগা থমজ্রে। সংসারগী করিগুম্বা বিষয়দা আসক্তি থমজদ্রে। অজ্ঞানগী অমদি ঙঙ্কাৎপগী মথা পোন্দুনা ঐ অস্তুক্ কুই-রবসি আসক্তি অমদি মায়াগী মথা পোন্দুনা প্রকৃতিনা থাকপা মায়াগী লাংদা থুরুরে ॥২৮—২৯॥

কয়াগী মতীক শাথিনা ঐ মাগী মথা পোন্নুরবগে হায়ববু, মাদুবু ঐ ঈশামক্না হান্নবা ঙমদে। প্রকৃতি মহাক্তি থাইদগী মাংলবা, ময়ায় ওইবা, থাইদগী অতোন্বা থাক্কী মীশিংগসু লৈমিন্নৈ। অদুস্তগী প্রকৃতিগা হৌজিক্তি ঐ করম্ লৈমিন্নরুগনি ?॥৩০॥

মায়াগী মশক ওইরবী প্রকৃতি মহাক্না ঐঙোন্দা নপশিল্লহুনা ঐবু মাগা মান্নহনগদবগী— অমতা

সহবাসং ন যাস্যামি কালমেতদ্ধি বঞ্চনাৎ। বঞ্চিতোঽস্ম্যনয়া যদ্ধি নির্বিকারো বিকারয়া ॥৩২॥

ন চায়মপরাধোঽস্যা হ্যপরাধোহ্যয়ং মম। যোঽহমত্র ভবং সক্তঃ পরাঙ্মুখমুপস্থিতঃ ॥৩৩॥

ততোঽস্মি বহুরূপাসু স্থিতো মূর্ত্তিষু মূর্ত্তিমান্। অমূর্ত্তশ্চাপি মূর্ত্তাত্মা মমত্বেন প্রধর্ষিতঃ চ ॥৩৪॥

প্রাক্ কৃতেন মমত্বেন তাসু তাস্বিহ যোনিষু। নির্মমস্য মমত্বেন কিং কৃতং তাসু তাসু চ ॥৩৫॥

যোনীষু বর্ত্তমানেন নষ্ট সংজ্ঞেন চেতসা। ন মমাত্রনয়া কার্য্যমহঙ্কারকৃতাত্ময়া ॥৩৬॥

আত্মানং বহুধা কৃত্বা যেয়ং ভূয়ো যুনক্তি মাম্। ইদানীমেব বুদ্ধোঽস্মি নির্মমো নিরবঙ্কৃতম্ ॥৩৭॥

মমত্বমনয়া নিত্যমহঙ্কারকৃতাত্মকম্। অপেত্যাহমিমাং হিত্বা সংশ্রয়িষ্যে নিরাময়ম্ ॥৩৮॥

---

ওইশিন্‌মিন্নশিন্দুনা মহাক্পা ঐনু মহাক্কী লাংদা থুহনগদবগী হোৎনরম্বী মাগা করম্বা হৌজিক্তি তিন্নজরুনি? হন্দক্তি খঙগনি। মানা ঐঙোন্দা করিস্থু তৌবা ঙমলরোই ॥৩১॥

ঈশক্ ঈওং লৈজদবা, লৈববত্ হোজদবা, পোক্‌পা শিবা য়াওজদবা ঐবু মানা নহাম্মথৈ নম্‌থাক্ তৌরক্লি। মাগী নম্‌থাক্পা ঐস্তু মাগী মতুং ইল্লুরে। অস্তুপ কুইবসি মহাক্পা ঐঙোন্দা নম্‌থাক্ তৌরম্মি। অহনা ঐ হৌজিক্তি মহাক্পা লৈমিন্নররোই ॥৩২॥

তৌবগীদি মাগী মরাল্ ঙাক্‌স্তু নত্রি. ঐনা ঈপণ্ড পণ্ডঙ্গহুনা পরমাত্মারোমদগী মায় ওন্থোরক্লুনা মঙোন্‌তদা পুক্নীং চঙঙুরে। মঙোন্দা শাসক্তি থম্মুরে ॥৩৩॥

ঐদি অমূর্ত্তনি— মূর্ত্তি লৈতবনি অহুম্ব (আত্মা) ঐনা, প্রকৃতি মহাক্কী মায়া ভোহুনা উৎপা মূর্ত্তি তোঙনে তোঙানদ য়াওশিল্লহুনা দেহ লৈজদবা ঐনা মাবু মুংশিরবদগী দেহ (প্রকৃতিগী মায়া) মা মক্‌পু ঐনি হায়না খল্লুরে, মাগা অনম্বা ওইমিন্নরে ॥৩৪॥

অহানবদা ঐনা মাবু মুংশিনখিহুনা মামক্তি হায়না খল্লুবনা মপোক্ মপোক্পা দেহ (প্রাকৃত মায়া) মাত্তগা লোয়নহুনা তোঙান্ তোঙানবা দেহ কয়া কয়াদা চঙ চঙহুনা পোক্‌উরে। ঐগীমি হায়বা অমতা লেজদবা ঐসি, অহবু মাগা হক্‌চিন্ন তিন্নকদগী মঙোন্দা মমতা (ঐগীনি হায়বা) থম্মুবনা, ঐগীনি হায়বা য়াথঙ অসি তত্তনা পোকহনবা দেহ দেহদা চঙ চঙহুনা লম্মুকরুরে। চঙঙু চঙঙুখিবা দেহশিং অহুদা অরাবা থুদোংথীবা জাৎ জাৎ কয়া থেনরুরে ॥৩৫॥

তোঙান্ তোঙান্ন মফম কয়াগী পোক্‌ফমদা চঙঙবনা অহুম্বা ঐগী আত্মশক্তি, আত্মজ্ঞান পুম্বা মাঙ-প্রবনি। বৌজিক্তি "ঐ ঐগী" হায়বা পোকহনবী মাগা অমুক তিন্নরুবগী করি কান্নরি? হৌজিক্তি ঐ মাগা তিন্নরবোই ॥৩৬॥ হৌজিক হৌজিকমকত্ত তোঙান্ তোঙানবা মশক উৎহুনা ঐবু চিংশিনগদবগী হোৎনরি। হৌজিক্তি ঐ থুক্‌উ শেম্মরগনি, মাগী নম্‌থাক্-লাংদা চঙঙুররোই। হৌজিক্তি ঐ (আত্মা) মমতা অহং-কারদু অমুক্ থম্মবোই ॥৩৭॥ হৌজিক্তি প্রকৃতি মায়া মহাকপু অহুগা মহাক্কী অহঙ্কারগী মশক ওইবী মমতাবু থাদোক্‌নুনা, মঙোন্দগী য়াম্ন লাপথোক্লুনা পরমাত্মাগী নাক্তা চঙশিনজরগনি ॥৩৮॥

অনেন সাম্যং যাস্যামি নানয়াহমচেতয়া। ক্ষেমং মম সহানেন নৈকত্বমনয়া সহ ॥৩৯॥
এবং পরমসম্বোধাৎ পঞ্চবিংশোঽনুবুদ্ধবান্। অক্ষরত্বং নিযচ্ছেত ত্যক্ত্বা ক্ষরমনাময়ম্ ॥৪০॥
অব্যক্তং ব্যক্তধর্ম্মাণং সগুণং নির্গুণং তথা। নির্গুণং প্রথমং দৃষ্ট্বা তাদৃগ্ ভবতি মৈথিল ॥৪১॥
অক্ষরক্ষরয়োরেতদুক্তং তব নিদর্শনম্। ময়েহজ্ঞান সম্পন্নং যথা শ্রুতিনিদর্শনাৎ ॥৪২॥
নিঃসন্দিগ্ধঞ্চ সূক্ষ্মঞ্চ বিবুদ্ধং বিমলং যথা। প্রবক্ষ্যামি তু তে ভূয় স্তন্নিবোধ যথা শ্রুতম্ ॥৪৩॥
সাংখ্যযোগৌ ময়া প্রোক্তৌ শাস্ত্রদ্বয়নিদর্শনাৎ। যদেব শাস্ত্রং সাংখ্যোক্তং যোগদর্শনমেব তৎ ॥৪৪॥
প্রবোধনকরং জ্ঞানং সাংখ্যানামবনিপতে। বিস্পষ্টং প্রোচ্যতে তত্র শিষ্যানাং হিতকাম্যয়া ॥৪৫॥
বৃহচ্চৈবমিদং শাস্ত্রমিত্যাহুর্ব্বিদুষো জনাঃ। অস্মিংশ্চ শাস্ত্রে যোগানাং পুনর্ব্বেদে পুরঃসরঃ ॥৪৬॥

দেহ ( প্রকৃতি মায়া ) মাবু অমতনি, ঈশা অমত্তনি থমুবগী মত্তৌ পরমাত্মাদুগা অমত্তমি, ঈশা অমতনি হায়না খনবা তম্মগে। মা মক্ ওইদ্রবস্থ মহাক ফংননবা হোৎনরগে। অশিবা, কান্নদবা হক্কচাং অসিগা অমতা তিন্নদনবা হোৎনরগে। পরমাত্মাগা তিন্ননবা, মাগী ধ্যান তৌবতনা ঐনা লান্থিবা পুন্না হায়দোক্চত্না মঙোন্দা হায়জবতনা আত্মা ঐগী মঙ্গল ওইরান, প্রকৃতিগা তিন্নবনা ঐগী মঙ্গল ওইরোই। মতৌ অসুম্না অক্ষবা কান্নবা য়াখন্না মশাগী থাঞ্জেশেংবা অশেংবা স্বরূপ অদু ফংদুনা তত্ত্ব কুম্মরিদগী য়াংমদা লৈবা কুমওাগুবা আত্মানা পরমাত্মাদা তিন্থিবা ওস্মি ॥৩৯—৪০॥

মিথিলা নিংথৌ! অব্যক্ত প্রকৃতি ( মশক মওং ফোঙদোক্তবী প্রকৃতি ), ব্যক্ত প্রকৃতি ( মশক মওং মাইনা থোরকপী, মৈ ঈশিংনচিংবী প্রকৃতি ), সগুণ ( হকচাংনাচিংবা ) নির্গুণ ( আত্মা ), অদুগা হায়রিবশিংগী ঈহান্ হান্বা পরমাত্মা... মথোয়শি, অসিগী মথং মৎং তত্ত্ব মুন্না থিজিন্নগা মঙৈৎংদা তাইবং মীনা—পরমাত্মা মহাক্তা সাক্ষাৎকার তৌরবা মতুংদা পরমাত্মা মা-মক্ ওইশিবা ওস্মি ॥৪১—৪২॥

নিংথৌ! বেদদা হায়রিবা অদুগী মতুং চপচামা ইন্দুনা ক্ষর অক্ষরগী তত্ত্ব অসে ঐনা হায়রবসিনি। হৌজিক্তি শ্রুতিশাস্ত্রগী মতুংইন্না, চিংননীওায় লৈত্রবা, কুপ্নবা ওস্থোক্না শেংলবা মকুত্রবা জ্ঞানগী রাদো অমুক হায়রগে তারো ॥৪৩॥

সাংখ্য অদুগা যোগ অনীগী রা থরদি ঐনা হায়গ্রবনি। অনী অসিগী তোঙান্ তোঙান্বা শাস্ত্র লৈম্ব হায়রে। অদুবু, মনুংদদি অনী অসি মশা অমতনি। মরমদি— অনীমক্কী মতৈংদি মশা অমতনি, যোগী-শিংমা ফংনরিবা মফম অদুনি, সাংখ্যশিংনা ফংনরিবদুনু ॥৪৪॥

নিংথৌ! ঐনা শিষ্যশিংগী কান্নবগীদমক্তা ওইবা অদুগা মখোয়গী জ্ঞান পোক্নবগীদমক্তা ওইবা সাংখ্যজ্ঞান অসি নিংথৌ নঙোন্দা হায়রবনি ॥৪৫॥

বিদ্বান্ পণ্ডিতশিংনা অসুম্না হায়নৈ, মাদুদি—সাংখ্যশাস্ত্র হায়বসে ওস্থোক্না পাক্ চাউগ্রবনি। হায়রিবা শাস্ত্র অসিদা, যোগশাস্ত্রদা, অদুগা বেদদা হায়রিবশিংসিদা চপচাবা প্রত্যক্ষ ওইরবা প্রমাণ য়াওরবনি হায়না

পঞ্চবিংশাৎ পরং তত্ত্বং পঠ্যতে ন নরাধিপ। সাংখ্যাং তু পরং তত্ত্বং যথাবদনুবর্ণিতম্ ॥৪৭॥
বুদ্ধিমপ্রতিবুদ্ধত্বাৎ বুধ্যমানং চ তত্ত্বতঃ। বুধ্যমানং চ বুদ্ধং চ প্রাহুর্যোগনিদর্শনম্ ॥৪৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বসিষ্ঠ-করাল-জনক-সংবাদে দ্ব্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০২॥

——:(০):——

থন্দুনা তাইবংমীনা মখোয় অসিবু পুক্নীং চঙনা তমগদবনি, নৈনগদবনি ॥৪৬॥ নিংথৌ। সাংখ্যশাস্ত্রগী আচার্য্যশিংনা কুন্দমঙাগুবা পরমাত্মা অসিদগী হেন্থনা অতৈ নৈনদ্রে। হায়বদি কুন্দমঙাগুবা তত্ত্বসিদা থম্লে। অসিদগী মথা চথদ্রে। অতুনা ঐনা সাংখ্যতত্ত্ব নঙোন্দা হায়রবনি ॥৪৭॥

মকুং মপান্ জ্ঞানতগী মশক ওইবা পরব্রহ্ম পরমাত্মা অসিনি বুদ্ধ * হায়বছু। মাগী তত্ত্ববু খঙগে হায়রদুনা তাম্নরক্লবদুনি বুধ্যমান হায়বনা। মতৌ অসুম্না যোগগী সিদ্ধান্তগী মতুংইন্না বুদ্ধ ( পরমাত্মা ), বুধ্যমান্ অনী অসিতনি চেতনাশক্তিগী মশক ওইরিবসি। অসি নত্তহা অতৈদি অচেতনমক্তনি ॥৪৮॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, বসিষ্ঠ-করাল-জনক-সংবাদদা চহুমগাতনীগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০২॥

——:(০):——

* মফম অসিদা হায়রিবা "বুদ্ধ" হায়বসি বৌদ্ধধর্ম্ম সম্প্রদায়গী বুদ্ধদেব ( গৌতম ) অদু নত্তে "বুদ্ধ" হায়বদি ভগবান্ পরমাত্মাবু হায়বনি। গৌতম বুদ্ধন্দ বুদ্ধ নত্তে, বুধ্যমান্ নি। মরমদি— মহাকপু কল্পি-গুম্বা অমা খঙদে হায়দুনা ধ্যান তৌরি। "বুদ্ধ" ম "বুধ্যমান্" ওইদুনা ধ্যান তৌদে। বুধ্যমান্তনা বুধবু ফংগে হায়দুনা ধ্যান তৌবনি। গৌতম বুদ্ধনা ফংগে হায়রিবা তাম্নরিবা নির্বাণ অদুনি— বুদ্ধ হায়রিবসি।
( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্র্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( বসিষ্ঠ-জনক-সংবাদ লোইশিন্‌বা মতাং )

### চহুমগা অহুমশুবা অধ্যায়

——:(*):——

বসিষ্ঠ উবাচ।

অথ বুদ্ধমথাবুদ্ধমিমং গুণাবিধিং শৃণু। আত্মানং বহুধা কৃত্বা তান্যেব প্রবিচক্ষতে ॥১॥

এতদেবং বিকুর্ব্বাণো বুধ্যমানো ন বুধ্যতে। গুণান্ ধারয়তে হ্যেষ সৃজত্যাক্ষিপতে তদা ॥২॥

অজস্রং ত্বিহক্রীড়ার্থং বিকরোতি জনাধিপ। অব্যক্তবোধনাচ্চৈব বুধ্যমানং বদন্ত্যপি ॥৩॥

বসিষ্ঠনা হায়;— নিংথৌ। হৌজিক অরোইবদা বুদ্ধ ( পরমাত্মা ); অবুদ্ধ ( জীবাত্মা ) অমগা গুণগী মশাক ওইরবী সৃষ্টি ( থৌশেম ) অহুম অসিগী রা তারো। জীবাত্মানা মশাবু মশানা তোঙান্ তোঙান্‌বা মশীং লাকওমদবা মমিং মওং কয়া কয়াদা ফোঙদোক্লুনা চঙহনা মওংশিং অদুবু অচুম্বমক্কি হায়না লৌরি ॥১॥

অদুনা জীবাত্মা হায়বসি মশামক জ্ঞান পুম্নমক্কা তিথফাওবদা, প্রকৃতিগা ভিন্নরুবদগী, মশাদা বিকার অমা লাকপদগী বিকার য়াওদবা নির্ব্বিকার ওইবা ব্রহ্ম মহাকপু থখদবনি। মহাক্না প্রকৃতিদগী গুণশিংদু লৌশিল্লগা মশাদা কর্ত্তৃত্ব ( কর্ত্তা ওইবা ) গী অহঙ্কার অদু লৌশিন্দুনা শেম্মি, থুগাই। শেম্লিবা শাত্নিবা— কর্ত্তাসি ঐনি, থুগাইরিবসি ঐনি হায়না খল্লি। মাসি জীববু প্রকৃতিনা কূপখিবদগীনি। মাসিনি; কর্ত্তৃত্বগী অভিমান হায়ববু ॥২॥ * নিংথৌ। জীবাত্মানা জগৎ অসিদা শাল্লগে হায়বগীদমক মশাদা বিকারশিং অসি

* থবক অসি "ঐ" মা তৌরিবনি, থবক অসি ঐনা তাক্লি, ঐনা থুগাইরি হায়না জীবাত্মাসিনা হকচাং মমুং অসিদা খল্লিবসি মশাদা বিকার অমা লাকপা কৌই। থবক অসিগী কর্ত্তা ( অতৌবা মী ) দি— ঐ ( অহং ) নি হায়না খন্‌বসি কর্ত্তৃত্ব অভিমান ( অহঙ্কার ) কৌই। মশক্ ওন্‌বতমা মসিগ্নাং ওইবা, হায়বদি বিকার লৌবতনা মশিঙ্গাং ওইবা হকচাং ( প্রকৃতি ) সিগা তিন্নরুবদগীনি। অঙ্গ ( আসক্তি ) গী দোষনি, তিন্নরুবিবা ফত্তবা পোত্তগী দোষ নত্তে; তিন্নরুবা ঐগী দোষনি। নির্গুণবা তিন্নরগা নির্গুণ, সগুণ গা তিন্নরগা সগুণ ওইবা হায়বসি হৌনশানি। অদুবু, মতিম্ন কৈরমদি সবিকার, সগুণ ওইবা হকচাং অসিগী মমুংদা লৈনা লৈনা সগুণ আত্মাসিনা নির্গুণ আত্মা ( ব্রহ্ম ) অদুম ওইবা ময়াই। ( কালাচাঁদ )

ন ত্বেব বুধ্যতেঽব্যক্তং সগুণং তাত নির্গুণম্। কদাচিৎ ত্বেব খল্বেতদাহুরপ্রতিবুদ্ধকম্ ॥৪॥
বুধ্যতে যদিবাব্যক্তমেতৎ বৈ পঞ্চবিংশকম্। বুধ্যমানো ভবত্যেব সঙ্গাত্মক ইতি শ্রুতিঃ ॥
অনেনাপ্রতিবুদ্ধেতি বদন্ত্যব্যক্তমুচ্যতম্ ॥৫॥

হেক্ হেক্ লৌই। মহাক্কি অব্যক্ত প্রকৃতিবু মুন্না খঙই। মরমসিনা মুনিশিংনা মহাকসিবু বুধ্যমান্ হায়না কৌই ॥৩॥

ঈবুঙো! নিংথৌ! পরব্রহ্ম পরমাত্মা হায়বসে নির্গুণবু ওইরবস্থু সগুণবু ওইরবস্থু মহাক প্রকৃতি (দেহসি) না করিমত্তা খঙবিদে। প্রকৃতিদি জড়নি— অশিবনি। মরম অদুনা সাংখ্যবাদীশিংনা প্রকৃতিবু "অপ্রতিবুদ্ধ' (জ্ঞানশূন্য) অম্ভুম হায়না কৌনৈ ॥৪॥

করিগুম্বা প্রকৃতি মশামক্স্থু মাগী মমুংদা লৈরিবা পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু খঙতি হায়না লৌরো, অদু ওইরবস্থু মতোল্দা কুম্মত্তাগুবা তত্ত্ব-পরমপুরুষ অদুনা মাগা তিন্নদা লৈরবা মতম অদুতদা খঙবনি। প্রকৃতিগা লৈমিন্নবদগী জীব অসি সঙ্গাত্মক (সঙ্গী) হায়বদু ওই, অম্ভুম হায়না শ্রুতিনা হায়রি। হায়রিবা সঙ্গদোষ অসিনা নিন্দা ঈকং ফংফম থোক্ত্রবা অব্যক্ত অবিকারী ওইরবা জীবাত্মাসিবু মীনা মূঢ় (অপঙবা) অসিন্নচিংবা নিন্দাগী রাহৈনা চৈনরি ॥৫॥ *

* মী অমনা মী অমবু অপঙবা, অঙাওবা অসিনচিংবা রাহৈনা, নিন্দাবাক্যনা চৈরিবসি দেহ অমদা লৈবা জীবনা দেহ অমদা লৈবা জীববু চৈবনি। জীবাত্মা (আত্মা) হায়বসি অমত্তনি হায়রগদি জীব মশানা মশাবু চৈজবনি। মপান্গী জড়প্রকৃতি ওইবা হোৎ, চাউবা কৌবা হকচাংসিদা চৈবা নত্তে। অদুনা— মমাংঙৈদা য়েক্লবা ওইরম্বগী তাদুনা লৈরিবা অশিবা হকচাংদা কনাদনা চৈদে, শাউদে, নিন্দা তৌদে। নিন্দা তৌরিবদুস্থু ফত্তবা সঙ্গ তৌবদগীনি। অসৎ প্রকৃতি (হকচাং) সিগা তিন্নদা লৈরুবদগীনি। জীবদা অহংভাব (অহঙ্কার) লাকইবসি হকচাংদিবু ঐমক্নি হায়না মানা খঙরুবদগীনি। জড়প্রকৃতিসিগা হায়বদি অপঙবা করিমতা খঙদ্রবী প্রকৃতি (হকচাং) সিগা হক্চিন্ন অমতা ওইনা সঙ্গ তৌরুবদগী জীবসিনা জড় (অপঙবা) হায়বনচিংবা নিন্দাবাক্য; নিন্দাশব্দশিং অসি ফংজবনি। অদুগা মীজোল্ অমদা চৈরিবা জীব মহাক অদুস্থু জড়প্রকৃতি (অপঙবা অশিবা হকচাং) অমগা লোয়নদা অদুম্ মচৈরুরি। অদুনা অনীমক্ তাওমিন্নবনি। অদুনা, অমবু অপঙবনি, খঙদবনি হায়না জ্ঞান তাক্পা তারবদা গুরু অমা ওইগদৌরিবা মহাক্ মশামক্ সাত্ত্বিকভাব (বুদ্ধি) দা লৈদুনা প্রাকৃতিক মায়াগী মথা পোন্দনা তাক্পিবা তারবনি। মাসিবুনি— গুরু-শিষ্য সম্বন্ধ হায়রিবসি। হৌজিক্কালগী ওঝাগা ছাত্রগা জ্ঞানগী আদান-প্রদান তৌনরিবসি নত্তে। হৌজিক্তসি অহঙ্কারদা তান্তরিবা ওঝা অমনা অহঙ্কারদা তান্তরিবা ছাত্র অমদা তম্বিবনি, তম্বনি। অদুনা,— ছাত্র অমনস্থু ওঝা অমবু অংম্ মচৈ, নিন্দা তৌই। প্রকৃতি (দেহ) সিদগী তোঙান্না লৈরিবা জীবাত্মা মহাক্কি শুদ্ধনি, বুদ্ধন, জ্ঞান পুম্নমক্কী আধারনি। মাদু খঙদনা পঠন-পাঠন (তম্বা-তম্বিবা)

অব্যক্তবোধনাচ্চাপি বুধ্যমানং বদন্ত্যত। পঞ্চবিংশং মহাত্মানং ন চা সাবপি বুধ্যতে ॥৬॥
ষড়্‌বিংশং বিমলং বুদ্ধমপ্রমেয়ং সনাতনম্। স তু তং পঞ্চবিংশং চ চতুর্বিংশং চ বুধ্যতে ॥৭॥
দৃশ্যাদৃশ্যে হ্যনুগতং স্বভাবেন মহাদ্যুতে। অব্যক্তমত্র তংব্রহ্ম বুধ্যতে তাত কেবলম্ ॥৮॥
কেবলং পঞ্চবিংশং চ চতুর্বিংশং ন পশ্যতি। বুধ্যমানো যদাত্মান মন্যেঽহমিতি মন্যতে ॥৯॥
তদা প্রকৃতিমানেষ ভবত্যব্যক্তলোচনঃ। বুধ্যতে চ পরাং বুদ্ধিং বিশুদ্ধামমলাং যদা ॥১০॥

কুন্মঙাশুবা মহান্ ওইরবা আত্মা মাদি প্রকৃতি অসিনু খঙভি। অদুনা মহাকপু বুধ্যমান হায়না কৌই। অদুবু মহাকমক্তু কুন্তককশু নিত্য ওইরবা, ঈশেং-ত শেংনা লৈরবা প্রকৃতিসিগা করিমত্তা তিন্নবা য়াওরবা, করিগুম্বা কনাগুম্বা অমতগা চাংদন্নিংঙাই লৈত্রবা সৃষ্টি প্রলয়দগী য়াংমদ: লৈবা, সনাতন ওইবা পরমাত্মা মহাকপুদি খঙদে। অদুগা, হায়রিবা পরমাত্মাসিনদি কুন্মঙাশুবা তত্ত্ব ওইরিবা জীবাত্মাবু, অদুগা কুন্মরিশুবা প্রকৃতিসিবুদি য়াম্না ছুম্না খঙভি ॥৬—৭॥

ঈবুঙো! তেজ কল্লবা নিংথৌ! অব্যক্ত ওইরবা, হায়বদি— মশক্ মওং নাইনা ফোঙদোক্না লৈরবা মাগুম্বা অনীশুবা অমা লৈত্রবা, ব্রহ্ম হায়বা মহাক অদুদি মকম মতম পুন্নমক্তা, অউবা উদবা পোৎ পুন্নমক্তা শীনথুংনা লৈ। তদুনা মহাক্তি সর্ব্বজ্ঞনি, লোইনা উই, খঙভি ॥৮॥

কুন্মরিশুবা অব্যক্ত প্রকৃতি মহাক্তি মহাক্তি মাগুম্বা অনীশুবা অমা লৈত্রবা ব্রহ্মবু, অদুগা কুন্মঙাশুবা তত্ত্ব ওইরিবা জীবাত্মা অসিবু খঙবা ঙম্বা নত্তে। অদুগা জীবাত্মা অসিনা ব্রহ্মদা মমায় ওন্‌শিল্লক্‌পা মতম অদুনা মহক্কে প্রকৃতি অসিদগী তোঙান্না লৈ। অদুম্না তোঙান্না লৈবা মতম অদুনা জীবাত্মাসিনা প্রকৃতি (দেহ) সিগী অধিপতি (মপু, ভর্ত্তাকর্ত্তা) ওই। প্রকৃতিগী মখা পোন্‌বদি লায়রবদুনা প্রকৃতিবুদুম্ মহাক্কী মখা পোলহল্লি ॥৯॥

হোৎনরগা নৈনরগা জীবাত্মা অসিনা শেংলবী, ব্রহ্মতগী বিষয় ওইবী, অমকৃপা লৈত্রবী, খ্বাইদগী অথোইবী সাত্বিকী বুদ্ধি অদুবু ফংবা মতমদু মরাক্ই ॥১০॥

---

তৌনমদগী চপচাবা গুরু শিষ্য সম্বন্ধ অদু হৌজিক লৈতে হায়বা য়াই। বসিষ্ঠগা জনক নিংথৌগা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা মরী— চপচাবা গুরু-শিষ্য সম্বন্ধনি। নিংথৌ ওইরিবসি, শাসন তৌরিবসি কনানো? জনক কৌবা মপান্‌গী পঙলবা করিম্ব খঙত্রবা প্রকৃতি হকচাংসিনরা? নত্রগা জীবাত্মাসিনরা? হকচাংসি য়াওদদা জীবাত্মা মথওনা সর্ব্বশক্তিমান্‌নি হায়রুনসু শাসন তৌবা ঙম্বরা? অসিনচিংবা সাংখ্যতত্ত্ব অদু গুরু বসিষ্ঠদা হংবা লাকপনি। ধর্ম্মতত্ত্বসি খঙনা শাসন তৌবা নিংথৌমাগী লৈপাক্তা ধর্ম্মনীতি রাজনীতি অনী খুজেং পাল্লোইননা লৈদুনা মপুংফানা শান্তি লৈবা ঙম্মি। অদুমা, ভগবদ্গীতাদা হায়রিবদুনি,— "কর্ম্মনৈব হি সংসিদ্ধিমাস্থিতা জনকাদয়ঃ।" তোঙান্ তোঙান্না মচা তানা খঙহন্নীডদুনা ভীষ্মনসু নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা সাংখ্যতত্ত্বগী মতাং লীবক্‌পনি। (কালাচাঁদ)

ষড়্‌বিংশোরাজশার্দূল তথা বুদ্ধত্বমাব্রজেৎ। ততস্ত্যজতি সোঽব্যক্তং সর্গপ্রলয়ধর্ম্মি বৈ ॥১১॥
নির্গুণঃ প্রকৃতিং বেদ গুণযুক্তামচেতনাম্। ততঃ কেবল ধর্ম্মাসৌ ভবত্যব্যক্তদর্শনাৎ ॥১২॥
কেবলেন সমাগম্য বিমুক্তোঽত্মানমাপ্নুয়াৎ। এতৎ তু তত্ত্বমিত্যাহুর্নিস্তত্ত্বমজরামরম্ ॥১৩॥
তত্ত্বসংশ্রয়ণাদেতৎ তত্ত্ববন্ন চ মানদ। পঞ্চবিংশতি তত্ত্বানি প্রবদন্তি মনীষিণঃ ॥১৪॥

---

মতমতুমক্তদা মহাক কুন্তককশুব তত্ত্ব ওইরিবা পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু উহনা পরমাত্মাহুমকী মশক লৌথি। অচগুবা অবস্থাদা মহাক নিত্য শুদ্ধ বুদ্ধ ওইবা ব্রহ্মভাবতা লেঙহনা লৈথি। অহুদগী মহাক সৃষ্টি প্রলয় অনীসিবু মহাকী ধর্ম্ম ওইনা পুরিবী প্রকৃতিসিদগী আ-রাংমদা লৈথি ॥১১॥

মহাক্না গুণ পুন্নমক্তগী লাম্যোকখিহনা প্রকৃতি অসিবু অশিবনি হায়না খঙভি। গুণ পুন্নমক্তগী লাম্যোক্লনা য়েংলবদি জীবাত্মাসিনা মপান্‌গী প্রাকৃতিক দেহ ( হকচাং ) বু অশিবা হায়না খঙভি। অহু মক্তনা প্রকৃতিগী গুণতনা তাহুনা শারিবা হকচাং অসিদা মহাকস্তু য়াওশিল্লবদি অচঙবা ওইনা উই। মথন্ত ভায়বরু কেবল কৌই। জীবসিনা মঙোন্দগী তোঙান্‌বা প্রকৃতি হায়বা অমা লৈরি হায়না শুল্লবদি মাগা থানা অনী শুয়ে। অহুনদি কৈবলা ( অমত্ত ওইবা, মথন্ত ভায়বগী ভাব ) দি নত্রে। প্রকৃতিদগী তোঙান্‌-দবনি, মশা অমত্তনি হায়রগদি জীবসিনা কৈবল্য ফংভি ॥১২॥

কেবল ওইরবদি হায়বদি— অনীগুদবা ( মথন্ত হায়বা ) ব্রহ্মজ্ঞান ( ব্রহ্ম ) দুগা তিন্নলা লৈব্রবদি অকা অপুন্‌ পুন্নমক্তগী মুক্ত ওইখিহনা হায়বদি— লাম্যোকখিহনা পরব্রহ্ম পরম'আবু ফংভি। মাসিবু পরমার্থতত্ত্ব কৌই। মাসিদি হেক্ লৈরিব তত্ত্ব পুন্নমক্তগী রাংমদা লৈরবনি, পোক্‌পা শিবা কাইনবা তিন্নবদগী রাংমদা লৈব্রবনি ॥১৩॥

জীব পুন্নমক্তা ঈকাই-খুম্নবা পীভস্বা নিংথৌ। জীব অসিনা তত্ত্বশিং অসিগী আশ্রয়দা লৈব্রবদি মহাক মশামকস্তু তত্ত্বশিংসিগা চপ্‌ মান্নত্রে। অহুগা থাক্লেংশেংবদি মহাক্তি তত্ত্বশিং অসিগী দ্রষ্টা ( অউবা ) নি ; মহাক মশামক্তি তত্ত্ব নত্তে। * অহুনা, জ্ঞানীশিং খরগী মতদা জীবাত্মাসিযুম্ন তত্ত্ব অমনি হায়না লৌহনা কুমঙাশুবা তত্ত্ব ওইহল্লি ॥১৪॥

---

* অউবা মীশক দ্রষ্টা হায়বা অমা, উগদৌরিবা পোৎ দ্রষ্টব্য হায়বা অমা— অনীতনি। উগদৌরিবা অউবা মীশক ওইগদৌরিবা মহাক্ন, উগদৌরিবা পোৎ অহুদগী তোঙাল্লা লৈবা হায়বসি হৌনশানি। অহুবু জীমাত্মা অনিনা মহাক্না য়েংশিন্‌গদৌরিবা হকচাং অসিদগী তোঙান্নদি লৈতনা হকচাংসিবু মুন্ন খক্ য়েংশিন্‌বা য়ারোই। তোঙাল্লা য়েংশিল্লিবনি হায়হুনস্তু আত্মা ঐগী হকচাং হায়না হেক্ মহায়রবস্তু হকচাংসিদি জীবাত্মা মহাক্তীদি নত্তে। হকচাং ঐ চৎলি" হায়রবস্তু লাল্লি। "ঐগী হকচাং চৎলি" হায়রবস্তু লান্‌বা ভাব্রি। হকচাংসিবু ঐনি খল্দুনা হেক্ মচৎলবদি মান্নবুনি অহঙ্কার হায়রিবসি। অহঙ্কার অসিস্তু তত্ত্ব অমনি। তত্ত্ব অমমম্মা পোৎশক লিশিং লিশিং, লাক্কলাক্কী মতুৎ শিন্দুনা লৈরি। পোৎ মশীং থিম্ন হায়রগা সনা,

ন চৈব তত্ত্ববাং স্তাত নিস্তত্ত্বস্তেষ বুদ্ধিমান্। এষ মুঞ্চতি তত্ত্বং হি ক্ষিপ্রং বুদ্ধস্য লক্ষণম্ ॥১৫॥
ষড়্বিংশোঽহমিতি প্রাজ্ঞো গৃহ্যমাণোঽজরামরঃ। কেবলেন বলেনৈব সমতাং যাত্য সংশয়ম্ ॥১৬॥

ঈবুঙো নিংথৌ জনক। থাঙ্গৈশেংবদি জীবাত্মাদি তত্ত্ব অমনি হায়বা যাবা পোৎ নত্তে। মহাক্তি তত্ত্ব কুম্মরিসিগী রাংমদা লৈগ্রগনি। মৈ ঈশিং লৈপাক্চিংব তত্ত্বশিং অসিদি মশা মশাগী মশক মওং মচু—লৈবা ঙাক্তনিনা, মখোয় কুম্মরিগী মরক্তা মশক মচু মওং লৈতবা জীব ( জীবাত্মা ) মহাক য়াওকম থোক্তে। অহুদি মহাক প্রকৃতিগী মপৈ হকচাংসিগী মপুংদদি কৈদৌনা লৈরি? পরমাত্মাহু থিগে, মাগা অমত্তা ওইগে হায়না লৈরিবনি। জীবসিনা পরমাত্মা মহাকপু থিবা হেক্ ফংবদা মহাক তত্ত্বশিং অসিবু খংথা থাদোক্লক্কনি। মতম অহুদা, জীব মশাদা শুদ্ধ বুদ্ধ ওইরবা ব্রহ্মগী লক্ষণ অহু অহুম মরাক্চরগনি ॥১৫॥

"জীব ঐদি হায়রিবা তত্ত্ব কুম্মত্তা অসিদগী রাংমদা লৈবা কুম্তরুকশুবা তত্ত্ব অমনি। কুম্তরুকশুবা তত্ত্ব পরমাত্মা হায়বহু জীব ঐনি।" অসুম্ন রাখল তৌনা তৌনা মতম অয়াম্বদা মরৈরবদি জীব অসিদা

---

লুপা,উ, রা, অহুম্ হায়না থীরবদি মপোক্ তরেক্তা লোইররোই। "লৈপাক্" হায়হ্না অমতং হায়রগা সনা, লুপা, য়োং, নুং, ফি, উ, রা, লোইনা য়াওরে। অহুনা সনা লুপা য়োং নুং শিং অসি তত্ত্ব অমত্তা নত্তে। মখোয়গী তত্ত্বদি লৈপাক্নি। সনা— লৈপাক্নি নুং— লৈপাকনি, লুপা — লৈপাক্নি; য়োং, নুং, উপাল, রাপাল লোইনা লৈপাক্ ঙাক্তনি। অদুনা, মখোয়গী মহুত্তা লৈপাক্ হায়হ্না অমতং অমুক্তং থীবিরগা লোইরে। লৈপাক্, ঈশিং, মৈ, অসুম্না লৈরিবা তত্ত্বশিং অসি কুম্মরিনি। মা অমগী মহুত্তা অমনা শিন্বা য়াদ্রবা, শিন্নীংঙাই লৈত্রবা পোথ অহু তত্ত্ব অমনি। মহৌলাংবা পোৎমখৈ মশীং থীয়ু হায়রগা— সঙ্গোম, চূখী, ঈ, পি, হুমাং, য়ুং··· অসুম্না থীরবদি লোইররোই। মখোয়গী মহুত্তা ঈশিং হায়হ্না অমতং থীবিরগা লোইরে। অহুনা ঈশিং হায়বসি তত্ত্ব অমনি। অসুম্না লৈপাক্ ঈশিংনচিংবা··· লৈরিবা তত্ত্বসি কুম্মরিনি। কুম্মত্তাশুবনা জীবাত্মানি। মখোয়সি নত্তনা সংসারদা অতোপ্পা করিমত্তা লৈত্রে। অসুম্না মশীং থীবা শাস্ত্রসি সাংখ্যশাস্ত্র কৌই। মখোয়সিগী মরক্তা পরমাত্মা হায়বা তত্ত্বহু কদায়দা লৈ—হায়বসি থিরক্দৌরিবনি। কুম্মত্তাসিগী মপুংদা য়াওরমদ্রহ্না কুম্তরুকশুবা তত্ত্ব অসি লৈরি হায়রিবসিনি। মাসিবু, পরমার্থতত্ত্ব কৌই। হায়বদি—মত্তোন্দগী মথা তানিংঙাই পোৎ অমত্তা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈত্রে হায়বনি। হকচাং ( লৈপাক্ ) অসিবু ঐনি অসুম্না হায়রিবা ঙাওরবা জীব অসিনা পরমার্থতত্ত্ব ( পরমাত্মা ) মাবুদি থীদহ্না সনা, লুপা, ফি, শল, মগোল, য়োং নুং, হায়না মশীং থীহুনা অহুগা মখোয়সিবু থিহ্নত্তা লৈরি। মশীং থীয়ু হায়রগা লৈপাক্, লৈপাক্, লৈপাক্, লৈপাক্··· হায়হ্না হজিন্ হজিন্ থীহুনা, থিহুনা লৈরি। মাসি করিদগীনো হায়বদা হকচাং ( লৈপাক্ ) অসিবু ঐনি হায়না থনথিবদগীনি। অদুনা, মূঢ় মুগ্ধ ওইরবা ঙাওরবা জীবনি। অঙাওবা অমা উরগা অঙাওবা হায়না লঙনরিবসি অঙাওবা অমনা অঙাওবা অমবু লঙনবত্তনি।

( কালাচাঁদ )

ষড়্বিংশেন প্রবুদ্ধেন বুধ্যমানোঽপ্যবুদ্ধিমান্। এতন্নানাত্বমিত্যুক্তং সাংখ্যশ্রুতিনিদর্শনাৎ ॥১৭॥
চেতনেন সমেতস্য পঞ্চবিংশতিকস্য হ। একত্বং বৈ ভবত্যস্য যদা বুদ্ধ্যানবুধ্যতে ॥১৮॥
বুধ্যমানোঽপ্রবুদ্ধেন সমতাং যাতি মৈথিল। সঙ্গধর্ম্মা ভবত্যস্য নিঃসঙ্গাত্মা নরাধিপ ॥১৯॥
নিঃসঙ্গাত্মানমাসাদ্য পঞ্চবিংশকমজং বিভুম্। বিভুস্ত্যজতি চাব্যক্তং যদা ত্বেতদ্ বিবুধ্যতে ॥২০॥
চতুর্বিংশমসারং চ ষড়্বিংশস্য প্রবোধনাৎ। এষ হ্যপ্রতিবুদ্ধশ্চ বুধ্যমানশ্চ তেঽনঘ ॥২১॥
প্রোক্তো বুদ্ধশ্চ তত্ত্বেন যথাশ্রুতিনিদর্শনাৎ। নানাত্বৈকত্বমেতাবৎ দ্রষ্টব্যং শাস্ত্রদর্শনাৎ ॥২২॥

---

ব্রহ্মগী লক্ষণ শোইদনা লাকই। মাসিদা করিস্থ চিংনক্ষম লৈতে ॥১৬॥ জীব অসিনা কুন্তরুকশুবা তত্ত্ব ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদুগী জ্ঞানগী মশক ওইবা মশেক-মতাম্না মাগী অকোঙবদা লৈবা জড়বর্গ ( মৈ ঈশিংনচিংবা অশিবা কাওবু ) সিবু খঙডি। অদুবু পরমাত্মাবু খঙদ উদবদগী অজ্ঞানী ওইদুনা অদুম্ মরৈ। খঙবদা মন্তায় করিস্থ তৌবা ঙমদে। অদুনা, খঙনা খঙনা অজ্ঞানী ওইদুনা অদুম্ মরৈ। হায়রিবা অজ্ঞানসিনা কন্থিবনা জীবসিনা করিস্থ তৌবা ঙমদে। জীবসিবু ফাঙিন্খিবগী থাক্লেংশেংবা কারণদি অজ্ঞান হায়বা অসিতনি, অদুম্না সাংখ্যশাস্ত্রনা চাউখাক্লা তাকপ্রে ॥১৭॥

জীব অসিনা বুদ্ধিগী থাক্পনা, জড়বর্গশিং অসিগী মথুংদা মাগী অমতা হাওদে, মখোয়গা মাগা মরী করিমতা লৈতে হায়না হেক্ খঙবা মতম অদুদা নিত্যচেতন ওইদুনা লৈরিবা ( জ্ঞানগী মশক্ত ওইদুনা লৈরিবা ) পরমাত্মাগা তিন্নখি কুন্মঙাশুবা তত্ত্বনা কুন্তরুকশুবা তত্ত্ব ওইথি ॥ ৮॥

মিথিলাদেশকী বপু। নিংথৌ! জীবাত্মাসিনা জড়বর্গসিবু মহাকনি. মহাকীনি হায়না চৌরিবা থল্লিবা অদুকীমথৈ মহাক অশিবাংসিগা অম্মা ওইদুন অদুম মরৈরে। থাক্লেংশেংবদি মহাক জড়বর্গ অসিদগীদি ঈত্তোন্ তোঙান্না লৈরিবনি। অদুবু হায়রিবা জড়প্রকৃতি ( হকচাং ) সিগা তিন্নরুবদগী অশিবগী ধর্ম্মতু মহাকনা লোইরে। ( অদুগুম্বা জীব অদুবুনি নাস্তিকশিংনা হকচাংসিগা মাওনিম্নপ্রে হায়রিবসি ) ॥১৯॥

কুন্তরুকশুবা তত্ত্ব পরমাত্মা হায়বসি পোকপা শিবা নাইদবনি, মফম পুন্নমক্তা শীন্থুংনদি লৈরগা— করি অমতগা শন্নদনা লৈবনি। মতোন্দা চঙজরগা, জীবসিনা মাবু সাক্ষাৎকার তৌই। অদুদগীদি পরমাত্মাগী প্রভাবতগী মহাকসু সর্ব্বব্যাপী ওই। অদুদগীদি তত্ত্ব কুন্মরসিবু করিমতা কান্নদবনি মচিয়াওদবনি অরেম্বনি হায়না খাঙদুনা মখোংবু মপৃক্না সন্নাস তৌই থাদোকই। ( অদুননি,— সাংখ্যযোগবু সন্ন্যাসযোগ হায়রিবসি ) ॥২০॥

পাপকী শত্রুক হাংদ্রবা নিংথৌ! ঐনা নহাক্কী নফমদা কুন্মঙশুবা তত্ত্বনা কুন্তরুকশুবা তত্ত্বগী মশক লৌথিবগী মরমনা অদুগা অপ্রতিবুদ্ধ ( ক্ষর ), বুধ্যমান ( অক্ষর জীবাত্মা ) বুদ্ধ ( জ্ঞানতগী মশক ওইবা পরমাত্মা ) গী মরমদা হায়রবনি ॥২১॥

সাংখ্যশাস্ত্রগী দৃষ্টি ( মীৎয়েং ) গী মতুংইন্না ঐনা নিংথৌ নঙোন্দা শন্দোক্লা হায়রবনি। জীবাত্মাগী

মশকোডুম্বরে যদ্বদন্যত্বং তদ্বদেতয়োঃ। মৎস্যোদকে যথা তদ্বদন্যত্বমুপলভ্যতে ॥২৩॥
এবমেবাবগন্তব্যং নানাত্বৈকত্বমেতয়োঃ। এতদ্ধি মোক্ষ ইত্যুক্তমব্যক্তজ্ঞানসংহিতম্ ॥২৪॥
পঞ্চবিংশতিকস্তাস্য সোঽয়ং দেহেষু বর্ত্ততে। এষ মোক্ষয়িতব্যেতি প্রাহুরব্যক্তগোচরাৎ ॥২৫।

একতা, অনেকতা ( অমুক মথন্তা ভায়বা, অমুক ময়াম ওইবা ) গী মরম অসি শাস্ত্রগী নিয়ম বিধি কায়দনা অস্থুম্ খণ্ডহুনা থম্‌গদবনি ॥২২॥

হৈবোংগা হৈবোংহুগী মনুংদা লৈবা তীলশিংগা লৈনবা মরীহুম্না, হায়বদি হৈবোংদা মাগী মনুংদা লৈরিবা তীলশিংনা করিগুম্বা মরী অমতা থম্‌দনা লৈবহুগুম্না প্রকৃতি ( হকচাং ) গী মনুংদা জীবসনা, হায়বদি— প্রকৃতিগী মপু পুরুষ অসিনা লৈরিবনি ॥২৩॥

মতৌ অস্থুম্না পুরুষ প্রকৃতি অনীগী একতা অমদি অনেকাবু মুন্না খণ্ডবিবা চুম্মি। অব্যক্ত প্রকৃতিদি মতম পুম্নমক্তা পুরুষদগী তোংগান্না লৈরিবনি। মাসিবু খণ্ডলবদি পুরুষ অসি প্রকৃতিগী বন্ধনদগী লায়না মুক্ত ওই। মাসিবুনি মোক্ষ ( মুক্তি ) হায়রিবসি ॥২৪॥

হকচাং অসিগী মনুংদা অন্তর্য্যামী পুরুষ অমা লৈরি। মহাক অসি অব্যক্ত প্রকৃতিগী বিকার ওইনা লৈরিবা মহত্তত্বশিং অসিদগী লাম্থোক্লনবা, মুক্ত ওইননবা হোৎনকম থোকই। অস্থুম হায়না জ্ঞানী ওইবশিংনা হায়নৈ ॥২৫॥ *

* প্রকৃতি অসি মখল অনীনি— ব্যক্ত প্রকৃতি হায়বা অমা, অব্যক্ত-প্রকৃতি হায়বা অমা। মৈ ঈশিং নুংশিৎ আকাশ লৈপাক্লচিংবা তত্ত্বশিং অসি মশক উবা, মশক ফোংদোক্লনা লৈরম্বদগী, হায়বদি—অব্যক্ত ওইনা লৈরম্বদগী মহৎ ( অচৌবা মশক উবা ) ওইরকই। মতম অহুদা মখোয়সি মহৎতত্ত্ব হায়বহু অহুম্ ওইগ্রে। হকচাং অসি লৈ াক্নি; মশক উবা লৈপাক্লি; অহুনা মহত্তত্ত্ব অমনি। মতৌ অস্থুম্না মহৎ-তত্ত্ব ওইবা মৈ, মহত্তত্ত্ব ওইবা ঈশিং, মহতত্ত্ব ওইবা নুংশিৎ অস্থুম্ হায়না লৈখ্রিবা অসি পঞ্চমহাভূত হায়নম্থু কৌই। মখোয় অসি অহান্‌বদা মশক উবা ফংদবমখে পীক্লা পরমাণু ওইহুনা লৈরম্মি। জীবদি হায়বদি জীবাত্মাদি অব্যক্তপ্রকৃতিগী মনুংনা মশক উহন্দনা লৈরম্বহুন্দগী ব্যক্তপ্রকৃতিদা লৈবা ফাওবদা ভৌতিক ফাও-বদা মশক্ উত্রি। পীক্লম্বদগী চাক্লথোরকপা, চাউরম্বদগী পীক্শিল্লক্পা অসিবুনি বিকার হায়রিবা অসি। জীব মহাক্তি বিকারশিং অসিদা য়াওদে, অহুনা নির্বিকারনি হায়নরিবসিনি। মপান্‌গী মহত্তত্বশিংগী মপৈ হক্চাং অসিনা নোয়বা কংবদা, য়াংব-নেম্বদা মহাক করিমতা য়াওদে। মহাক্ মশানা— "ঐ নহা ওইরি, ঐ অহল ওইরে" হায়না হায়জরক্লিবসি অহঙ্কার কৌবা তত্ত্ব অহু জীবসিদা লাকপদগীনি। নির্বিকার ওইবা সবিকার ওইখিবা, মাগা কনামতগা তিম্নদে, অহুনা মানা কনাগুম্বা অমদগী কায়নদে। অহুগুম্না অন্তর্য্যামী ওইবা মহাক্না পীক্লবা হকচাংশিংদা পুন্‌শিন্দুনা লৈরিবসি লাম্থোক্লবা হোৎনগদবনি। ( কালাচাঁদ )

সোঽয়মেবং বিমুচ্যে নান্যথেতি বিনিশ্চয়ঃ। পরেণ পরধর্ম্মা চ ভবত্যেষ সমেত্য বৈ ॥২৩॥
বিশুদ্ধধর্ম্মা শুদ্ধেন বুদ্ধেন চ সবুদ্ধিমান্। বিমুক্তধর্ম্মা মুক্তেন সমেত্য পুরুষর্ষভ ॥২৭॥
বিযোগধর্ম্মিণা চৈব বিযুক্তাত্মা ভবত্যথ। বিমোক্ষিণা বিমোক্ষশ্চ সমেত্যেহ তথা ভবেৎ ॥২৮॥
শুচিকর্ম্মা শুচিশ্চৈব ভবত্যমিতদীপ্তিমান্। বিমলাত্মা চ ভবতি সমেত্য বিমলাত্মনা ॥২৯॥
কেবলাত্মা তথা চৈব কেবলেন সমেত্য বৈ। স্বতন্ত্রশ্চ স্বতন্ত্রেনস্বতন্ত্রত্বমবাপ্নুতে ॥৩০॥

এতাবদেতৎ কথিতং ময়া তে তথ্যং মহারাজ যথার্থতত্ত্বম্।
অমৎসরত্বং পরিগৃহ্য চার্থং সনাতনং ব্রহ্ম বিশুদ্ধমাদ্যম্ ॥৩১॥
ন দেয়মেতচ্চ তথানুপাত্মনে শঠায় ক্লীবায় ন জিহ্মবুদ্ধয়ে।

হায়রিবা জীবাত্মাসিনা প্রাকৃতিক দেহসিদগী লান্থোক্রক্কদবসি মথক্তা হায়গ্রিবা সাংখ্যতত্ত্বগী নিয়ম অহু-ঙম্না ঙমগনৌরিবনি; অসুম্ হায়না বিদ্বান্শিংনা লেপ্পপ্রবনি। জীব অসিগী ফত্তবা হায়ববু মাগা তিন্নতিম্বরুরিবত্বগী ধর্ম্মহু মাসু হেক্ হেক্ পাম্মি লৌই। মাগী পওথবা হায়ববু লৌরিবা ধর্ম্মদুগা মাগা মরী করিমতা লৈনদে হায়বসি খঙদবা অসিত্তনি ॥২৬॥

নিপা অথোইবা! নিংথৌ! জীবাত্মা অসি শুদ্ধ ওইবা অশেংবা পুরুষগা তিন্নরুরগা মহাকসু অচুম্বা ধর্ম্মচৎপা জীব অমা ওই। জ্ঞানী ওইবা পুরুষগা তিন্নরগা মহাকসু জ্ঞানী ওই। মুক্ত ওইপ্রবশিংগা তিন্নরগা মহাকসু মুক্ত ওইপ্রবশিংগী লক্ষণ (খুদম — শাজং) অহু পুরক্ই ॥২৭॥

প্রকৃতি মায়াগী সম্বন্ধ থমদ্রবা, মায়াদগী হন্দোকপ্রবা মীগা তিন্নরগা তিন্নররিবা মহাক অহুসু বিমুক্তাত্মা অমা ওইরকই। হায়বদি— মায়াদগী লাস্থেক্প্রবা মীশক অমা ওইরকই। মোক্ষধর্ম্ম চেল্লবা মীগা সঙ্গ তৌরগা মোক্ষ (অয়ান্বা খুভম্) বু ফংভি ॥ ২৮॥

আচার বিচারদা য়াম্না শুদ্ধ ওইরবা, শেংলবা, অশেং-অমাং য়াম্না খায়বা মীগা তিন্নরগা তিন্নরুরিবা জীব মহাকসু, লমচৎ অহু তম্মক্ই, থম্মোয় শেংবা মী অমা ওইরকই। থম্মোয় শেংবা মীশক্তা তিন্নরগা মহাকসু থম্মোয় শেংবা মীশক অম ওইরকই। তেজ লৈবা মী তিন্নরগা তিন্নরুরিবা মহাকসু তেজস্বী (তেজ লৈবা মী) ওইরকই ॥২৯॥

মহাক্ত্বা অনীশুদ্রবা, মথন্তা ভায়রবা পরমাত্মাগা মরী লৈনরবা, হায়বদি— পরমাত্মাদা সম্বন্ধ থম্লবা পুরুষ (মী) মহাক অহুদি পরমাত্মাগী রূপ (মশক) অহু ফংভি, হায়বদি পরমাত্মাবু ফংভি। স্বতন্ত্র (মনীং মথা ভন্না) পরমাত্মাগা সম্বন্ধ থম্নগা স্বতন্ত্রতাবু ফংভি ॥৩০॥

মহারাজ! ঐনা পুক্লীংদা কল্লক য়েংথিবা নাপললগী ভাব করিমতা য়াওদনা, নিংথৌ নহাক্কী নশাগী কান্নবহু খঙহনবা, নুংশিবগা লোয়ননা, শেংলবা সনাতন ওইরবা, খ্বাইগী ঈহান্ হান্বা, সত্যস্বরূপ ওইবা ব্রহ্মগী তত্ত্ব নঙোন্দ লৌরবনি ॥৩১॥ নিংথৌ! বেদদা শ্রদ্ধা লৈতবা, বেদগী য়াবু থাজদবা অহুগুম্বা মীগী

न পণ্ডিতজ্ঞানপরোপতাপিনে দেয়ং তু দেয়ং চ নিবোধয়াদৃশে ॥৩৩॥
শ্রদ্ধান্বিতয়াথ গুণান্বিতায় পরাপবাদাৎ বিরতায় নিত্যম্
বিশুদ্ধযোগায় বুধায় নিত্যং ক্রিয়াবতে চ ক্ষমিনে হিতায় ॥৩৪॥
বিবিক্তশীলস্য বিধিপ্রিয়ায় বিবাদহীনায় বহুশ্রুতায়
বিজানতে চৈব ন চাহিতক্ষমে দমে চ শক্তায় শমে চ দেয়ম্ ॥৩৫॥
এতৈস্তু হীনেষু তমে ন দেয়মেতৎ পরংব্রহ্ম বিশুদ্ধমাহুঃ।
ন শ্রেয়সা যোক্ষ্যতি তাদৃশেকৃতং ধর্ম্মপ্রবক্তারমপাত্র দানাৎ ॥৩৬॥
পৃথ্বীমিমাং যদ্যপি রত্নপূর্ণাং দদ্যান্নদেয়ং ত্বিদমব্রতায়।
জিতেন্দ্রিয়ায়ৈতদসংশয়ং তে ভবেৎ প্রদেয়ং পরমং নরেন্দ্র ॥৩৭॥
করাল মা তে ভয়মস্তু কিঞ্চিদেতৎ শ্রুতং ব্রহ্ম পরংত্বয়াদ্য।
যথাবদুক্তং পরমং পবিত্রং বিশোকমত্যন্তমনাদিমধ্যম্ ॥৩৮॥

মফমদা অসিগুম্বা শেংলবা জ্ঞানগী পাউতাক্পু থক্ পীরোইদৌবনি, তাহল্লোইদৌবনি। মশানা য়াম্না খঙ-নীংবা জিজ্ঞাসু শিষ্য ( খঙজনীংবা শিষ্য ) ওইরবা, তাক্পীয়ু হায়না চঙজররবা অদুগুম্বা মীহদা অসিগুম্বা জ্ঞান অনি তম্বা তাবগী অধিকার লৈ ॥৩ ॥

মিথ্যাবাদী ওইবা মরৈ-মরা চাউবা. পুক্চেল্ পীক্পা, নম্থাক্ লৌনম্ তৌবা, মশাবু পণ্ডিতনি খল্লবা, মীওন্দা অরাবা পীরগতা মুংঙাইজবা, অদুগুম্বা মীশক্তা আধ্যাত্মিক ওইবা পাউতাক্ অমদি জ্ঞান অসে থক্ পীরোইদৌবনি। করম্ করম্বা মীশক্তা জ্ঞান অসি পীকম থোক্পগে হায়বা অৎসু হায়গে তাও ॥৩৩॥

ভক্তি শ্রদ্ধা য়াম্না চেনবা, মগুণ লৈবা. অতোপ্পবু নিন্দা থক্ তৌগন্দবা, মপুক্নীং শেংবা যোগী, শাস্ত্র জ্ঞান লৈবা বিদ্বান্, শাস্ত্রনা তাক্লিবা নিয়ম বিধিগী মতুংইন্না কর্ম্ম তৌবা, খাঙহৈবা, কন্বিহৈবা, জীব পুম্নমক্কী অফবতা থন্বা. তুমিন্ন লৈবস্তা লৈগন্বা, শাস্ত্রগী রাবু ঈকায় খুম্নবা লৌবা. মীগ খৎন চৈনবা লৈত্তবা, য়াম্না উশিন্বা, য়াম্না শিংবা, কনা অমতগী ফত্তবা অমতা তৌদবা, ইন্দ্রিয় খুত্থম্ চন্বা, পুক্নীং ফাজিন্বা ওম্বা, অসিগুম্বা মীশক্তদা জ্ঞানগী উপদেশ ( পাউতাক্ ) অসি পীগদবনি ।৩৪—৩৫॥

হায়রিবা গুণশিং অসিদগী অমা ফাওবা য়াওখিদ্রবা, মহাক অদুগী মফমদা জ্ঞানগী পাউতাক্ অসি থক্ পীরোইদৌবনি। হায়রিবা আধ্যাত্মিক জ্ঞান অসিমক্ পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী মশক্নি। গুণশিং অদু লৈতবা মীশকশিং অদুগী মফমদগি পাউতাক্শিং অসিনা মথোয়দা কান্নবা থক্ পীরোই। মতীক্চাদবা, সৎপাত্র ওইদবা মীদা পাউতাক্ পীরুবা মহাকসু জীব উপকার তৌবগী মতৈনচিংবা থক্ ফংলোই ॥৩৬॥

নিংথৌ! হৌজিক হায়খ্রিবা ব্রত-নিয়মশিং অসি পালন তৌত্রবদি, হায়বদি— নিয়মশিং অসিবু ঙাক্-ত্রবদি, ঙাক্ত্রিবা মহাক্ অদুনা মণি-মুক্তা রত্ন কয়ানা পৃথিবী মপুম অসিমা পীরবসু মঙোন্দা জ্ঞানগী পাউতাক্

অগাধ জন্মমরণং রাজন্ নিরাময়ং বীতভয়ং শিবম্ চ।
সমীক্ষ্যমোহং ত্যজ বাহু সর্ব্বজ্ঞানস্থ তত্ত্বার্থমিদং বিদিত্বা ॥৩৯॥
অবাপ্তমেতদ্ধি ময়া সনাতনাদ্ধিরণ্যগর্ভাৎ গদতো নরাধিপ।
প্রসাদ্য যত্নেন তমুগ্রচেতসং সনাতনং ব্রহ্ম যথাত্ত বৈ ত্বয়া ॥৪০॥
পৃষ্টস্ত্বয়া চাস্মি যথানরেন্দ্র যথা ময়েদং ত্বয়ি চোক্তমদ্য।
তথাবাপ্তং ব্রহ্মণো মে নরেন্দ্র মহাজ্ঞানং মোক্ষবিদাং পরায়ণম্ ॥৪১॥

ভীষ্ম উবাচ।

এতদুক্তং পরংব্রহ্ম যস্মান্নাবর্ত্ততে পুনঃ। পঞ্চবিংশো মহারাজ পরমর্ষি নিদর্শনাৎ ॥৪২॥
পুনরাবৃত্তিমাপ্নোতি পরংজ্ঞানমবাপ্য চ। নাববুধ্যত্তি তত্ত্বেন বুধ্যমানোঽজরামরম্ ॥৪৩॥

---

অসি পীবা হৌনদে। অদুনা, ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্‌ব', ভক্তি শ্রদ্ধা লৈবা মীতদা জ্ঞান-উপদেশ অসে পীগদবনি। নিংথৌ! নহাক্না ওসি ঐগী ঈকমদগী পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী জ্ঞান অসে খন্না তারে। অদুনা, নহাক্কী পুক্নীংদা করিগুম্বা বিষয় অমগী অকিবদো খক্ থম্মরোইদৌবনি। পরব্রহ্ম পরমাত্মা মহাক্তি মতুং মপান্ পুম্নং লংলবা অরাবা অকিবদগী অা বাংমদা লৈগ্রবা, অহৌবা ময়ায় অরোইবা লৈতবা, পোক্পা শিবগী লাংদগী লাস্থোকপি ওম্বা, অকি অখং লৈত্তবা, অরা-অনা লৈতবা মহামঙ্গলগী মশক্তি। নিংথৌ! মাসিগী মরমসি ঐনা নঙোন্দা লোইনা তেংনা হায়রবনি। ঐনা, নিংথৌ! নঙোন্দা তাকখিবা সাংখ্যজ্ঞান অসে হেক্ লৈখিবা জ্ঞান পুম্নমক্কী মচংনি। অদুনা তাকখিবা জ্ঞান অসিগী মতুংইন্না কর্ম্ম তৌদুনা অকিবা শুদ্ধংপা পুম্বা থাদোক্লো ॥৩৭—৩৯॥

নিংথৌ! ওসি নহাক্না সনাতন ব্রহ্মজ্ঞানবু ঐঙোন্দগী ফংখ্রবসিগুম্না ঐসু হিরণ্যগর্ভ স্বয়ম্ভু ব্রহ্মাগী মফমদগী য়াম্না রানা তাওনা ফংজখিবনি ॥৪০॥

নিংথৌ! নহাক্না হংখিবদুগী মতুংইন্না ঐনা জ্ঞানগী উপদেশ ( পাউতাক্ ) অসি পীরবনি। নহাক্না ওসি হংখিবসিগুম্না ঐনসু ব্রহ্মাগী মফমদা হংদুবদা ব্রহ্মাগী মচীমক্তদগী অসিগুম্বা মমল য়াম্নবা জ্ঞানগী পাউতাক্ অসি ঐনা ফংখিবনি। মাসি মোক্ষযোগীশিংগী হায়বদি— অরানবা খুঙম্ পাম্বা যোগীশিংগী চঙজফম্নি ॥৪১॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ যুধিষ্ঠির! মহর্ষি বসিষ্ঠনা জনক নিংথৌদা তাকখিবদু ঈকায় খায়দনা ঐনসু নহাক্কী নফমদা হায়রবসিনি। তাক্লিবসিগী মতুংইন্না থবক তৌরবা, রাখল খল্লিবা মী মহাক অদুদি— পোক্পা শিবগী সংসারসিদা অমুক্ হন্নকুত্রে।

অসিগুম্বা অথোইবা মমল য়াম্নবা জ্ঞান অসিবু গুরুগী মফমদগী ফংলগা মাদুগী মতুংইন্না থবক তৌব্রবা, পাউতাক্‌শিং অসিমক্ জ্ঞান তানা লৌব্রবা মহাক অদুদি সংসারদা অবাগমন ফংডি। হায়বদি—

এতন্নিঃশ্রেয়সকরং জ্ঞানং তে পরমং ময়া। কথিতং তত্ত্বজস্তাত শ্রুত্বা দেবর্ষিতো নৃপঃ ॥৪৪॥
হিরণ্যগর্ভাদৃষিণা বসিষ্ঠেন মহাত্মনা। বসিষ্ঠাদৃষিশার্দূলান্নারদোঽবাপ্তবানিদম্ ॥৪৫॥
নারদাৎ বিদিতং মহ্যমেতৎ ব্রহ্মসনাতনম্। মা শুচঃ কৌরবশ্রেষ্ঠং শ্রুত্বৈতৎ পরমং পদম্ ॥৪৬॥
যেন ক্ষরাক্ষরে বিত্তে ভয়ং তস্য ন বিদ্যতে। বিদ্যতে তু ভয়ং তস্য যো নৈতদ্বেত্তি পার্থিব ॥৪৭॥
অবিজ্ঞানাচ্চ মূঢ়াত্মা পুনঃ পুনরুপাদ্রবৎ। প্রেত্য জাতিসহস্রাণি মরণান্তান্যুপাশ্নুতে ॥৪৮॥
দেবলোকং তথা তির্য্যঅনুষ্যমপি চাশ্নুতে। যদি শুধ্যতি কালেন তস্মাদজ্ঞানসাগরাৎ ॥৪৯॥

---

অমুক্ পোক্ অমুক শি তৌদ্রনা হঙ্গৎ হন্দা চংতুনা লৈগনি ॥৫০॥ ঈবুঙো, নিংথৌ। ঐনা মমল য়াম্লবা জ্ঞানগী পাউতাক্শিং অসে দেবর্ষি নারদগী মচীন্দগী তাখিবনি। মাদু ঐনা ঈকায় কায়দনা নঙোন্দা অমুক তাহল্লবনি ॥৪৪॥

ব্রহ্মাদগী মহর্ষি বসিষ্ঠনা জ্ঞান অসে ফংখিবনি। বসিষ্ঠদগী নারদনা জ্ঞান অসি তাখিবনি। অদু-দগী ঐনা অমুক্ নারদগী মচীন্দগী তাখিবনি। অসুম্না গুরু পরম্পরাদগী মথং মথং তানরক্লবা সনাতন ওইবা জ্ঞানগী শরুক্নি। কৌরবনিংথৌ। জ্ঞান অসে তাইবংমীগী জ্ঞানগী অরোইবা শুভম্নি। মাসি তারবা ভূং অসিদদি নহাক্ অরাবা িংনবা পুম্বা থাদোক্লো ॥৪৫—৪৬॥

পৃথ্বীগী মপু। নিংথৌ। ক্ষর অক্ষরগী রা অসিবু চনীং তানা তত্ত্ব খঙনা তারবা, অদুগা লৌরবা মী অদুদি মঙোন্দা করিগুম্বা হীরম অমগী অকিবা চিংনবা লৈররোই। মাসিবু তাদ্রিবা মহাক্তীদি হল্লুবদা ক্কিকমগী ক্কিকম মক্তনি ॥৪৭॥

অপঙবশিংনা জ্ঞানতত্ত্ব অসিবু খঙদবা মরমদগী সংসার অসিদা হন্না হন্না লাক্কনি, হন্না হন্না চংশিগনি। খ্বাইদগী অকিবা অরুবনা করিনো হুঁপ্ববদা— তাইবংমী ওইনা চংপ্ববনিনা তাইবমী ওইনা জীবসিনা—তাইবংমীগী হকচাং পুদ্রনা লাক্কনি হায়নীংঙায় লৈতে। তৌরম্ তৌরম্বা সাত্ত্বিক রাজসিক তামসিক কর্ম্মশিং অদুগী মতুং ইন্না যোনি ( পোক্ফম্ ) লিশিং লিশিং লখা লখাদা চঙঙক্কুনা পোক্লমগনি ॥৪৮॥ *

অমুক্ পোক্পা, অমুক্ শিবগী লাংদ. তাব তারবদা জীব অসি লাই, তাইবংমী, শা উচেক্নচিংবগী মপোক্ জাৎ কয়া কয়াদা কোয়চঙ চঙদুনা অদুম্ মরৈথ্রগদবনি। অদুনা, চহী যুগ কয়াগী মতুংদা, অক্কবা কর্ম্মনা শেংদোক্লবা মতুংদা, অজ্ঞানগী মশক ওইরব ঈপাক্কগী লাম্থোরক্তুনা, মহামঙ্গলগী মশক ওইরবা

* "অসুম্না তৌরক্লিবা জীব ঐগী ঈপোক্ ওইরেকে।" হায়না খঙবা, খল্লিবসিমক্সু জীবসিনা মানবদেহ (তাইবংমীগী হকচাং) দা চঙঙক্লিডৈদা তাঙ্গা অসি ফংবনি। অসিদগী তীল্ কাঙগী মপোক্কা চঙবা হৌথ্রবদি— যুগ লিশিং লিশিং কয়া অমুক কাউথ্রগদবনি। অদুনা, ভগবদগীতাদা হায়রিবদুনি,— "স কালেনেহ মহতা যোগনষ্টঃ পরন্তপ।" হায়বদি— ঐনা ঙসি নঙোন্দা অমুক হায়রিবা যোগ অসে – যুগ লিশিং কয়া মাঙখ্রবনি। ( কালাচাঁদ )

অজ্ঞানসাগরো ঘোরো হ্যব্যক্তোঽগাধ উচ্যতে। অহন্যহনি মজ্জন্তি যত্র ভূতানি ভারত ॥৫০॥

মপোক্তা অমদি পরমধাম ( অথোইবা খুভম্ ) চঙখিগদৌরিবনি ॥ ৯॥ ভরতশ গৈদা পোকপা নিংথৌ। অজ্ঞানগী মশক ওইরবা ঈপাকসিদি অব্যক্ত ( মশক মওং নাইনা ফোঙদোকপা নত্তবা ) নি। চাংজো নাই-দবনি, মগা অকিবগী মশকনি * মাসিদা মশীং লাকতমদ্রবা অচচন্ত জীব কন্না কয়ানা লুপ্লুনা লৈরি ॥৫০॥

* হৌজিক হৌজিক জীব অসিন চঙলক্লিবা হকচাংশিং অসিগী তোঙান্ তোঙানবা মপান্গী দেহগী মশক মওংশিং অসিনা জীব মগাক্কী চপ্চানা ফোঙদোকপা মওং ওইবা নত্তে। জীব মহাক্তি শীকপা চাউবা লৈবা নত্তে ; রাংবা নেম্বা লৈতবনি। অহুনা মপান্গী কুয়োমগী ফোঙদোক্লিবা মওংশিং অসিনা জীবগী ফোঙদোকপা মওংনি হায়বা য়াদে। অহুনা অবাক্তনি। শা-শলগী, শা উচেক্কী দেহদা চঙহনা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা জীব অসিমক্— "ঐ হৌজিক উচেক্কী হকচাংদা চঙহনা লৈরি ; উচেক্কী মপোকপা পোক্লরে।" হায়বসি মহাক খঙদে। খঙলবস্থ তাইবংমীগী হকচাংদা চঙহনা লৈরিবা জীব অসিনা "ঐ তাইবংমীগী হকচাংদা চঙহনা লৈরি।" হায়না হায়বা, খনবা ঙম্বসিগুম্না মহাক ( শা উচেক ) না হায়বা হায়বা ঙমদে। মখোয়দি লায়রহুনা তাইবংমীগী মশক মওংসিবু ঐনি হায়না, অহুগা ঐগীনি হায়না খল্লিবা, খঙলিবসিমকস্থ অরানবনি। মরম অসিনা জীবগী ফোঙদোকপা ( ব্যক্ত ওইবা ) মওংদি খক্ লৈতে। চাং-জো নাইদবা হায়বগী অর্থনা,— হৌজিক হৌজিক উচেক্কী হকচাংসুংদা লৈরিবা জীব ( জীবাত্মা ) অসিনা তাইবং মীওইবগী হকচাংদা করম্বা মতমদা চঙবা ফংঙক্রদগে হায়বদি ঙমখৈ লৈতবা রাকম্নি। কাথৎলকপা ঈওম্ ঙমদনা, চাংজো লাম্বা ঈফং ফংদনা অহুম তোপখিবস্থ য়াই। তাইবংমীগী হকচাংদা চঙক্রম্বা কনা কনাগুম্বা জীবনা— অফবা সঙ্গনা অফবা কর্ম্ম তৌরম্লগ, তৌরম্লিবা কর্ম্মহুগী মহৈনা শজী-শঙাইগী মপোক্ত চঙভুরবস্থ— "ঐ অমুক শজীগী হকচাংদা চঙঙভুনা, শজী ওইনা পোক্লরেন।" হায়না খঙবা জাতিস্মর ওইবা শজী কয়া য়াওরি। খঙলিবংমক্ তাইবংমীগী হকচাংদা চঙলম্বগী, অফব কর্ম্ম তৌরম্বগী সংস্কারদগীনি। অহুনা, তাইবংমীগী মপোকপু অতাওবনি হায়রিবসিনি। পুন্শিগী মতম অয়াম্বা যাগ যজ্ঞ তপস্তা তৌরক-লবস্থ তৌরিবা মী মহাক অহুগী আত্মাহুম, করিগুম্বা ঘানা ঙমদগী শিঙ্মদাইগী মতমদা, অহুপ কুইনা তৌরকপা দান ধর্ম্ম অফবা রাখল পুন্নমক্ত পুম্থা থাদোকখিহুন, পুন্কাউ কাউখিহুনা— মাগী হুই অমগী য়খন্দা লুপখিহুনা, তাইবংমীগী দেহদগী হুইহুগী দেহদা চঙহুনা, হায়বদি— হুই অহুগী হকচাংগী অব্যক্ত ওইবা মওং অহুদা চঙহুনা, আত্মা অহুনা অন্তকালদা তাইবংমীগী হকচাং অহুদগী থোক্প্রগা অব্যক্ত ওইবা, মশক মওং উবা ফংদবা শীক্লবা হুইগী ভাবময় দেহদা আত্ম অহুনা খুদক্তা চঙহনা মহত্তত্বনা শাবা হুইগী হকচাংদা, হায়বদি— হুইগী মপোক্তা অহুম্ পোকউরে। অসিনি, অকিবগী মশক ওইবা হায়বদি। য়ুম দগী থোরক্পদা ফনা য়াম্না নাম্ন থোরক্লবস্থ, মফম অহু যৌরমদাইদা লৈখোম্-লৈনাং তৈহুনা চঙভুরবদি ঙসাইগী লুন-নাম্ন লাক্পহু শীংথানক্লবা য়াজে। মহাক্ য়াম্না মোংনা লৈখোম্-লৈনাং তৈহুনা লাকই, হায়না

যস্মাদগাধাদব্যক্তাদুত্তীর্ণস্তং সনাতনাৎ। তস্মাত্তং বিরজাশ্চৈব বিতমস্কশ্চ পার্থিব ॥৫১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি বসিষ্ঠ-করাল-জনক-সংবাদে ত্র্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০৩॥

——:(+):——

নিংথৌ। নহাক্না ঐনা হায়রিবা ভাক্তিবা পাউতাকশিং অসি ফংলবা তুং অসিদদি নহাকসু মশক্ মওং ফোঙদোক্লবা, চাংজৌ ওমখৈ নাইত্রবা, চেম্বরকপা ঈচেলগী মশক ওইবা সংসার ঈপাক্ অসিদগী— লাম্থোক্লক্লবনি। মরম অসিনা হৌজিক্তি নহাক রজোগুণ তমোগুণদগীসু লাম্থোক্লবনি। নশাদা রজোগুণ তমোগুণ অনীমক্ য়াওত্রবনি ॥৫১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, বসিষ্ঠ-করাল-জনক-সংবাদদা চহুমগাঅহুমশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০৩॥

——:(+):——

অহুম মরোয়গনি। মাসিনি— সত্ত্ব, রজ, তম, হায়বা গুণ অহুমগী সংমিশ্রণ অসি। সত্ত্বনা রজোগুণদা লোইশিন্নখিবা, রজোগুণনা সত্ত্বদা নত্রগা তমোগুণদা লোইশিন্নখিবা, অসিনচিংবা অমুন্না য়াম্থোক্ য়ান্নশিন্ তৌরিবসি মশীংথীবা-লাক্পা ওয়া নত্তে। অদুনা গীতাদা অহুম মহায়রি,— 'য়ং য়ং বাপি স্মরন্ ভাবং' অসিনচিংবা। নিংথৌগী মচাদি ওইরগঃ মমীৎ তাওনা পোক্লি। দৈত্য— হিংচাবগী মচাদি ওইরগা মহা-কবি মহাভক্ত ওইবা য়ওরি। মাসি গুণ অহুমগী অন্তকালদা ওইত্রিবা সংমিশ্রণগী প্রত্যক্ষ প্রমাণ ওইবা খুদম অমনি। অমুক য়াম্না ভীষ্মনা যুধিষ্ঠিরদা তাক্লিবসিগী অশংবা অর্থদি— শাগৈ-নাভেশিং অদুনা যুধিষ্ঠিরগী মথুত্তা শিননবা মশা মশানা শীগ্গরকপনি। মাহু থোক্লনবা কর্ম্মদুসু যুধিষ্ঠিরনসু অহুম মপাংশিন্নখিবনি, অসিভনি। ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুরধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( জনক-বংশগী বসুমানদা মুনি অমনা তাকৃথিবা )

চহুমগামরিশুবা অধ্যায়

——ঃ(+)ঃ——

ভীষ্ম উবাচ।

মৃগয়াং বিচরন্ কশ্চিৎ বিজনে জনকাত্মজঃ। বনে দদর্শ বিপ্রেন্দ্রমৃষিম্বংশধরং ভৃগোঃ ॥১॥

উপাসীনমুপাসীনঃ প্রণম্য শিরসা মুনিম্। পশ্চাদনুমতস্তেন পপ্রচ্ছ বসুমানিদম ॥২॥

ভগবন্ কিমিদং শ্রেয়ঃ প্রেত্যচাপীবা ভবেৎ। পুরুষস্যাধ্রুবদেহে কামস্য বশবর্ত্তিনঃ ॥৩॥

সংকৃত্য পরিপৃষ্টঃসন্ সুমহাত্মা মহাতপা। নিজগাদ ততস্তস্মৈ শ্রেয়স্করমিদং বচঃ ॥৪॥

ঋষিরুবাচ।

মনসোঽপ্রতিকূলানি প্রেত্য চেহ চ বাঞ্ছসি। ভূতানাং প্রতিকূলেভ্যো নিবর্ত্তস্ব জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৫॥

---

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! মমাংঙৈগী য়ানি। জনকনিংথৌগী বংশদা পোক্পা কনাগুম্বা রাজকুমার অমনা বনদা শিকার তৌগে হায়রগদনক, মাচীক্-মীরাওখেন্ তাত্রবা শূরুনা বন অমদা চংলম্মি। মহাক্না অসুম্ কঙ্গং হন্দা চংতুনা লৈবা মতম অদুগা ভৃগুবংশগী মুনি অমা মথক্তা তুমিন্না ফমদুনা ধ্যান তৌদুনা লৈবা অদু উরে ॥১॥

নিংথৌমচাদুনা তুমিন্না চঙশিন্দুনা মুনি অদুদা য়াম্না ভৌথিনা মথুং লোম্বনা মকোক্ নোম্না খুরুমদুনা মুনি অংগী নাক্ত ফম্থে। নিংথৌমচা অসি বসুমান্ কৌই। ওহাক্তং তুমিন্ন ফম্লগা, "করিগুম্বা অমতং হঙ্গচবা য়াগদ্রা?" হায়না য়াথং লৌরগা অসুম্না তপা হংলক্‌ই ॥২॥

ভগবন্! মীকুপ অমগী মনুংদা, থুদক্তা কায়দুনা মচেৎ মচেৎ তানা তাদুনা লৈহৌরগদবা হকচাং অসিদা লৈরিবা পুরুষ ( জীব ) অসিনা থুনা য়াংনা তৌহৌগদবা, ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মঙ্গল ওইহনগদৌবা থবক অসি করিনো? ॥৩॥ হঙ্গদবসক্ ওইবা য়াংং অমবু য়াম্না নোম্নুক্তা, মবুক্চেল থোয়দনা হংগকুপা অসিদা মহাত্মা ওইরবা মহাতপস্বী অদুনা অসুম্না হায়রক্‌ই— ॥৪॥ রাজকুমার! ইহলোক পরলোক অনী-মক্তা মঙ্গল ওইবনু পায়বদি জীবপানবা পুম্নমক্কী মফমদা প্রতিকূল ওইদবা পদচৎ অদু চংলু। হায়বদি—

ধর্ম্মঃ সতাং হিতঃ পুংসাং ধর্ম্মশ্চৈবাশ্রয়ঃ সতাম্। ধর্ম্মাল্লোকাস্ত্রয়স্তাত প্রবৃত্তাঃ সচরাচরাঃ ॥৬॥
স্বাদু কামুক কামানাং বৈতৃষ্ণ্যং কিং ন গচ্ছসি। মধু পশ্যসি দুর্বুদ্ধে প্রপাতং নানুপশ্যসি ॥৭॥
যথা জ্ঞানে পরিচয়ঃ কর্ত্তব্যস্তৎফলার্থিনা। তথা ধর্ম্মে পরিচয়ঃ কর্ত্তব্যস্তৎফলার্থিনা ॥৮॥
অসতা ধর্ম্মকামেন বিশুদ্ধং কর্ম্ম দুষ্করম্। স বাতু ধর্ম্ম কামেন সুকরং দুষ্করম্ ॥৯॥
বনে গ্রাম্যসুখাচারো যথা গ্রাম্যস্তথৈব সঃ। গ্রামে বনসুখাচারো যথা বনচরস্তথা ॥১০॥

নহাক্না চংলিবা তৌরিবা, আচরণ-ব্যবহার অদুনা অচচ্চত্ত জীবপান্‌বা কনাগুম্বা অমগী লমচৎ শাজ্বৎকী বিরুদ্ধ ওইদবা অদুগুম্বা লমচং অদু নহাক চংলু ॥৫॥

নিংথৌমচা। অচচ্চত্ত জীবপান্‌বা পুম্নমক অসে ধর্ম্ম অমত্তনা কাজিন্দুনা লৈরিবনি। ধর্ম্ম অদুত্তনা জীবপান্‌বা পুম্নমকী আশ্রয় ওইদুনা লৈরিবনি। অচচ্চত্ত থরায়পান্‌বা খুদিংমক্ ধর্ম্ম অমত্তদগী পোকখিবা মক্তনি ॥৬॥

মপান্‌গী বিষয়ভোগ অদুদা পামজবা পঙকবা তাইবংমী! অপান্বগী ঈথৌ লাংবদু হৌজিক কাওবা তোক্‌ত্রিবা করিগীনো? রাংলবা উথকা য়াল্লিবা খোইহীনা থল্লবা খোইরা অদুত মউবা, কাথৎপগী রাথক্ত মতৌবা, উথক্তগী তারকুনা থুদক্না পুন্‌শি লোইশিন্‌খিগদৌরিবদুগীদি ঈথন্ থন্দবা। ॥৭॥ *

কংনিং কংনিংলিবা জ্ঞান নম্রগা পোৎশক অদুগী পরিচয়, অদুগা মাদু কংলগা কংলিবা জ্ঞান নম্রগা পোৎ অদুনা মহৈ অদুগী পরিচয় হায়রা থওকম— লৌকয় থোকই। হায়বদি— মাদুগী মশক মুম্না থওকম্ থোকই। মতৌ অদুগুম্না, পামদুনা চৎস্নুরিবা, চংনীউডুরিবা ধর্ম্মগী পরিচয় অদু মুম্না থওকম্ থোকই। মশক মুম্ন থওত্রিত্তৈদা চৎনরুবা পাম্নরুবা ধর্ম্ম ভাক্তনি ॥৮॥

মবুক্ ফত্তবা মবুক্‌চেল পীক্‌পা ফত্তবা মীনা ধর্ম্মগী আচরণ তৌরুরবসু, ধর্ম্মগী থবক তৌরুরবসু— তৌরুম্লিবা ধর্ম্মগুগী পাম্বৈনা মহাক্না অফবা থবক অমবুদি পাওথোকপদা য়ানা থোক্তনি। অফবা মীনা ধর্ম্মগী থবক অমা অনুষ্ঠান তৌনিংলবদি, হায়বদি— পায়থৎনীলবদি পারখৎকদৌরিবা থবক অদুনা খ্বাইদগী লুবা, শাথিরবা থবক ওইরবসু মাদু নহাক্না পাওথোকপা য়াম্না লায়না থোক্তনি ॥৯॥

মীচীক্ মীয়াউখোল ভাত্রবা বনদা লৈরগা নগর ( সহর ) গী গ্রামগী বিষয়ভোগ অদুবু ফংদুনা চাদুনা লৈরবদি মহাক অদু বনবাসী নত্তে নাগরিকনি নগরবাসীনি, গ্রামীননি— গ্রামবাসীনি। নগরদা লৈরবসু বনগী উহৈ-রাহৈ চাদুনা মুনিগুম লৈরবদি মহাক অদু নগরবাসী নত্তে; বনবাসীনি। বনবাসী মুনিশিংগী শীংথানরকপদা মহাক্ য়াওগনি ॥১০॥

---

* মীকুপ খুদিং মথং মথং লাক্লিবা অসি মীকুপ অমমম্‌দুগী মসুংদা— পুন্‌শি অসি লোইশিন্‌বা য়ানা লৈরম্বা লৈরিবা মক্তনি। ( কালাচাঁদ )

মনোবাক্কর্ম্মভির্ধর্ম্মে কুরু শ্রদ্ধাং সমাহিতঃ। নিবৃত্তৌ বা প্রবৃত্তৌ বা সম্প্রধার্য গুণাগুণান্ ॥১১॥
নিত্যং চ বহু দাতব্যং সাধুভ্যশ্চানসূয়তা। প্রার্থিতং ব্রতশৌচাভ্যাং সংকৃতং দেশকালয়োঃ ॥১২॥
শুক্লেনবিধিনালব্ধমর্হায় প্রতিপাদয়েৎ। ক্রোধমুৎসৃজ্য দত্ত্বাচ নানুতপ্যেন্ন কীর্ত্তয়েৎ ॥১৩॥
অনৃশংসঃ শুচির্দ্দান্তঃ সত্যবাগার্জবে স্থিতঃ। যোনিকর্ম্মবিশুদ্ধশ্চ পাত্রং স্যাৎ বেদবিৎ দ্বিজঃ ॥১৪॥
সংকৃতা চৈকপত্নী চ জাত্যা যোনিরিহেষ্যতে। ঋগ্‌যজুঃসামগো বিদ্বান্ ষট্কর্ম্মা পাত্রমুচ্যতে ॥১৫॥
স এব ধর্ম্মঃ সোঽধর্ম্মস্তং তং প্রতিনরং ভবেৎ। পাত্রকর্ম্মবিশেষেণ দেশকালাববেক্ষ্য চ ॥১৬॥

নিবৃত্তি প্রবৃত্তি মার্গ অনীসিগী গুণ অবগুণ অনীসি নহাক নশামক্না হান্না লেপ্পরো। হায়বদি— হৃদ্রোকপা চঙলিন্‌বা অনীসিগী অমমম্‌দা লৈরিবা গুণ অমদি দোষ অনীসিবু য়াম্না মুন্না য়েংঙু। থাদোক্‌-পদসু গুণ দোষ অনীমক্ অহুম ময়াওবনি। লৌশিন্‌খদসু গুণ দোষ অহুম ময়াওবনি। অহুদগীদি পুক্নীং অনী লোঙদনা পুক্নীংনা ৱাহৈনা অহুপা হকচাংনা তৌগদৌরিবা ধর্ম্ম অদুদা ভক্তি শ্রদ্ধা থম্মু ॥১১॥

ঙুম্নিং খুদিংগী ব্রত অমগা অশেং অমাংগী আচার বিচার কুপ্পা য়েংদুনা দেশ কালগী মতুংইন্না, হায়-বদি মকম মতম চানা সাধু মহাত্মা ওইবশিংনা অত্তবা দান তৌগদবনি। মথোংগী মশাদা লৈবা দোষ অদোমদা থক্ য়েংঙুরোইদৌবনি ॥১২॥

অকবা অমদি ধর্ম্ম কান্নদনা এংঙুবা পোৎশক ( শেলথুম ) অদু সৎপাত্র ( দান লৌবদা মত্তীকচাবা ) দা দান তৌগদবনি। পীথোকপা মতমদা অশাউবা মুংঙাইতবা থক্ তৌরোইদবনি। অদুগা দান তৌরবা তুংদা নীঙতমদবা পাম্মুংকপা থক্ তৌরোইদৌবনি। কন্যাগুম্বদা কাংবিগুম্বা অমা তৌথিবা দান অদু কনা অমগী মকমদা হায়দোক্লোইদৌবনি ॥১৩॥

থৌজালহৈবা পেন্‌খিহৈবা মনুং মপান্ পুম্নমক শেংবা. ইন্দ্রিয় খুদুম চন্‌বা, অচুম্বা ভাঙবা, মপুক্‌চেল লোমনবা. লৌথুম লৌকোট নৈতবা. পোকফম্ শাংকমদা পোইনাইদবা, তৌথোরকপদা ঙীশেংত শেংবা, বেদশাস্ত্র হৈবা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুথনা খাইদগী ফবা সৎপাত্রনি ॥১৪॥

জাৎ মান্নবী, অকবা শাংগদা পোকপী, শাস্ত্রগী বিধি কান্নদনা লৌরুবী, মপুরোয়বতদা পুক্নীং থত্তবী, পতিব্রতা ওইবী অদুগুম্বী মমা অদুগী মচাগী শোইনাইদবা পোকফম্ কৌই। অদুগুম্বী মমানা পোকপা মচাবু জন্মশুদ্ধনি হায়না লৌগদবনি। কর্ম্মশুদ্ধ হায়বনা— ঋক্ যজু সাম হৈবা, যজ্ঞ তৌবা—তৌবিবা, তম্বা তম্বিবা, দান তৌবা দান লৌবা হায়গিবা কর্ম্ম তরুক অসিবু তৌবা ব্রাহ্মণ অদুবুনি। অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ অসিমা দানগী অথোইবা সৎপাত্রনি ॥১৫॥

দেশ, কাল, পাত্রগী মতুংইন্না কবিগুম্বা কর্ম্ম অমগী মরমদা অহুম বিচার তৌরুরবদি কর্ম্ম মশাদুমতনা তোঙান্ তোঙান্‌বা মীগী মফমদা ধর্ম্ম অমদি অধর্ম্মগী মশক ওই। হায়বদি— অমগী মফমদা ধর্ম্মগী ওইবা কর্ম্ম অদুমক্না মতমমুমত্তদা অতোপ্পা মী অমগী মফমদা অধর্ম্মগী মরম ওইবা ওইনা থোকপসু য়াই ॥১৬॥

নীলয়াল্লং যথা গাত্রা প্রস্ফুজ্যাৎ তু রজঃ পুমান্। বহুয়ত্নেন চ মহৎ পাপনির্হরণং তথা ॥১৭॥
বিরিক্তস্য যথা সম্যগ্ ঘৃতং ভবতি ভেষজম্। তথা নির্হৃতদোষস্য প্রেত্য ধর্ম্মঃ সুখাবহঃ ॥ ১৮॥
মানসং সর্ব্বভূতেষু বর্ত্ততে বৈ শুভাশুভম্। অশুভেভ্যঃ সদাক্ষিপ্য শুভেষ্বেবাবতারয়েৎ ॥১৯॥
সর্ব্বং সর্ব্বেণ সর্ব্বত্র ক্রিয়মাণং চ পূজয়েৎ। স্বধর্ম্মে যত্র রাগস্তে কামং ধর্ম্মো বিধীয়তাম্ ॥২০॥
অধৃতাত্মন্ ধৃতৌ তিষ্ঠ দুর্বুদ্ধে বুদ্ধিমান্ ভব। অপ্রশান্তঃ প্রশাম্য ত্বমপ্রাজ্ঞঃ প্রাজ্ঞবচ্চর ॥২১॥
তেজসা শক্যতে প্রাপ্তুমুপায়ঃ সহচারিণা। ইহ চ প্রেত্য চ শ্রেয়স্তস্য ধৃতিঃ পরা ॥১২॥

হকচাংদা উফুল মরীক অমতং পক্লবদি মাঙ্গবু মীকুপ অমতদা খুদোন্বীনা শত্তোক্তুনা নত্রগা মুংশো-শোর থিত্তনা কামতুনা লৌথোকপা য়াই। মতুগা অমোৎপন্থনা য়াম্না হেক্ নপ্পক্লবদি— মতৈরবদি— মাদো খোত্তোক চামথোকপদা মতম য়াম্না চংঙি। অদুনা অদুপ য়াম্না ফত্তবা, শাথিবা পাপকী কর্ম্মদি নত্তবা পাপ কর্ম্ম মচা অমগী দোষ অদু ঈচম চম্বা প্রায়শ্চিত্ত মচা অমত্তনা কোক্হনবা য়াই। য়াম্না চাউপ্রবা মহাপাপ কর্ম্মগী দোষবু কোক্হন্নবগীদমক্তি য়াম্না চাউপ্রবা মতম চঙবা প্রায়শ্চিত্ত অমা তৌগনি ॥১৭॥

পূক্ন লৈবা ফত্তবদুবু অমাংবদুবু, মাংথোক্ খোত্তোক্লবা হীদাক্ বিরেচন থিজ্বং চাদুনা পূক্ অদুবু লোইনা তেংনা শেংদোক্লবা মী মহাক অদুনা ঘী চারবদু মাদুনা মঙোন্দা য়াম্না কান্নবা হীদাক অমগুম্ থোকউবা য়াই। অদুগা অমাংবদু লৌথোকখ্রিদ্রবদা ভুমগন্দবা ঘী অদু চাক্রবদি চাউরবা লায়না পোক্-লম্বম্ য়াই। অদুনা হান্নগী ফত্তবা দোষ পাপ অদুবু প্রায়শ্চিত্ত অমনা শেংদোক্লবা তুংদদি তৌরবা ধর্ম্মদুনা পরলোকতা মুংঙাইবা পীনবৈবগী মশক ওই ॥১৮॥

অচচত্ত থৱায়শানবা খুদিংমক্তা পুক্নিংদা মীকুপ খুদিংগী অফবা ফত্তবা বিচার অসি থংন থংন অদুম্ মরাকই। মাসিদ তাইবংমীনা তৌগদবদি অফবা থবক্কী বিচার (রাখল) তনা হেন্না তোয়না লাক্নবা য়াম্নিবমখৈ ফত্তবা থবক্কী বিচার অসি শুগাক্ লাক্নবা হোৎনবা অসিতনি। অদুনা ফত্তবা রাখলদগী লাপ-থোক্লবসি কন্না শেন্নবা তাই ॥ ১৯॥

নশাগী বর্ণ (জাতি) অদুগা গৃহস্থনচিংবা আশ্রম অদুগী মতুংইন্না, অদুখনি হায়না মানা মানা থোকপা তৌনরিবা কর্ম্ম পুম্নমক অদা লোইনা আদর তৌ, ঈকায় খুম্নো। নাসা তৌবা মতৌগা মান্নদে হায়দুনা ব্যবহার তৌদবা, নিন্দা তৌবা থক্ তৌরুদু। নহাকসু নহাক্না পুরিবা রাখল অমদি ধর্ম্মগী মতুংইন্না, তৌরিবা থবক অদু কনাগুবা অমগী রাখন্দা য়ৈথায়বা মুংঙাইতবা পোকহন্দনা অদুম্ তৌ ॥২০॥

পূক্নীংদা তপথবা লৈত্রবা রাজকুমার! ধীরতা (তপথ-হৈব) গী আশ্রয় লৌ। বুদ্ধি ফত্রবা! বুদ্ধি-মান্ (বুদ্ধিলৈবা) ওইয়ু। নহাক মুনিংচুম্না অশান্তি (তপথদবদা) লৈরে। হৌজিক্তি চনীও তারো— তপথয়ো। ওসিফাওবদা বরিস্থ খুত্তদবগুম্না ভাউলক্লি চৎলক্লি। হৌজিক্তি ওসিদগী অশিংবা জ্ঞানী ওইবগী লম্নচৎ চৎলো ॥২১॥ সৎপুরুষ ওইবা মহাত্মা ওইবশিংগী সৎসঙ্গ তৌরবা মীদুদি সৎসঙ্গদুগী তেজ অমদি

রাজর্ষিরধৃতিঃ স্বর্গাৎ পতিতো হি মহাভিষঃ। যযাতি ক্ষীণপুণ্যোঽপি ধৃত্যাল্লোকানবাপ্তবান্ ॥২৩॥
তপস্বিনাং ধর্ম্মবতাং বিদুষাং চোপসেবনাৎ। প্রাপ্স্যসে বিপুলাং বুদ্ধিং তথা শ্রেয়োঽভিপৎস্যসে ॥২৪॥

ভীষ্ম উবাচ।

স তু স্বভাব সম্পন্নস্তংশ্রুত্বা মুনিভাষণম্। বিনিবর্ত্ত্য মনঃ কামাৎ ধর্ম্মে বুদ্ধিং চকার হ ॥২৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
জনকানুশাসনে চতুরধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০৪॥

——:(+):——

প্রভাবতগী মহাকস্তু ইহলোক পরলোক অনীমক্তা মঙ্গল ওইননবগী উপায় ( লম্বী ) অদো ফংবা ওন্নি। ভহা ভহাদবা তপথবতনা কল্যাণ ( মঙ্গল ) গী মরুনি ॥২২॥

রাজর্ষি মহর্ষিনা অদুগা নিংথৌ যযাতিনা ধৃতিমান্ ( তপথবা হৈবা ) ওইদবদগী পুণ্যগী শক্তক হন্থশিন্দুনা স্বর্গদগী অমুকহন্না লৈখাদা তারকই। অদুগী তুংদা অমুক মর্ত্ত্যলোক অসিদা ধৃতি ( তপথবা— খাঙহৈবা ) পা লোয়ননা ধর্ম্মগী আচরণ পুন্নমক আচার বিচার তৌনা পাওথোক্লম্নগা পুণ্যচেল্লবা খুত্তম ফংখি ॥২৩॥

নিংথৌ! তপস্বী, ধর্ম্মচেনবা, বিদ্বাহৈবা, গুণী ওইবশিংগী সক্ত অমদি সেবা তৌরগা নহাকস্তু পাকচাউরবা বিদ্যা বুদ্ধি, জ্ঞান অদুম্ মফংগনি ॥ ৪॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! রাজকুমার বসুমান্ অদো মহৌশাদগীদমু লমচৎ স্বভাব ক্লামনা ফজবা মীশক অমনি। অদুগী মথক্তা মুনিদুগী মহস য়াল্লবা পাউতাকশিং অদু তাবদগী মপুক্রীংবু সংসার অসিগী ফল্লবা কামনা পুন্নমক্তগী লাপথোক্হন্খি। মশাগী হায়া লৈজরম্লিবা বুদ্ধি অদু ধর্ম্মগী অদুগা— পুণ্যকর্ম্মগী পাওথোক্লবদা শীজিন্নখি ॥২৫॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিংশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা জনকানুশাসনগী চহুমগা মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০৪॥

——:(÷):——

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( যাজ্ঞবল্ক্যমুনিনা নিংথৌ জনকতা জ্ঞান তাকৃপা )

চহুমগা মঙাশুবা অধ্যায়

——:(৭):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

ধর্ম্মাধর্ম্মবিমুক্তং যৎ বিমুক্তং সর্ব্বসংশয়াৎ। জন্মমৃত্যুবিমুক্তং চ বিমুক্তং পাপপুণ্যয়োঃ ॥১॥

যাচ্ছিবং নিত্যমভয়ং নিত্যমক্ষরমব্য ম্। শুচি নিত্যমনায়াসং তং ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্র তে বর্ত্তয়িষ্যামি ইতিহাসং পুরাতনম্। যাজ্ঞবল্কস্য সংবাদং জনকস্য চ ভারত ॥৩॥

যাজ্ঞবল্ক্যমৃষিশ্রেষ্ঠং দৈবরাতির্মহাযশাঃ। প্রপচ্ছ জনকো রাজ' প্রশ্নং প্রশ্নবিদাং বরম্ ॥৪॥

জনক উবাচ।

কতীন্দ্রিয়াণি বিপ্রর্ষে কতি প্রকৃতয়ঃ স্মৃতাঃ। কিমব্যক্তং পরংব্রহ্ম তস্মাচ্চ পরতস্তু কিম্ ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়— ঈবুধৌ। মাসি ধর্ম্মনি, মাসি অধর্ম্মনি অসিনচিংবা হায়রিবা য়েৎনরিথসিদগী রাংমদা লৈবা, হায়রবদি— ধর্ম্ম অধর্ম্ম অনীদগী মুক্ত ওইদুনা লৈপ্রবা. চিংনীঙায় য়েৎননীঙায় পুন্নমক্তগী রাংমদা লৈপ্রবা হায়রবদি— মাগী মরমদা চিংননীঙায় য়েৎননীঙায় করিমতা লৈখিদ্রবা, পাপ পুণ্য অনীদগীসু মুক্ত ওইপ্রবা. অচুগুম্বা মতমদগী লৈথি অচুগুম্বা মতমদগী লৈপ্রয়োই হায়বা লৈতবা, হায়রবদি— নিত্য ওইবা করিগুম্বা হীরম অমগীদমকসু কিনীংঙায় লৈত্রবা, অক্ষবা ফত্তবা পুম্বা মঙোন্দা মজলগী মশক্তা মওইবা, মশক হোংবা শুক্লৈ লৈতবা, ঈশেংত শেংনা লৈবা, অরা অনা চঙয়বা তত্বসি করিনো ? মাদুগী মরমদা ঈবুধৌনা তাকৃপিয়ু ॥১—২॥

ভীষ্মনা হায়,— ভরতনন্দন। যুধিষ্ঠির। মহাত্মা ওসি হংলিবা বিষয় অসিগী মরমদা খুদম ওইনা মমাংঙৈদা জনক নিংথৌগা যাজ্ঞবল্ক্য ঋষিগা ঙাওনখিব কুইরবা ইতিহাসগী মতাং অদু তাহন্গে ॥৩॥

নোংমা, মিংচচ্চাউরবা দেবরাট্গী মচা জনকনা, রাজ্য খুদিংগী অথপা অরুবা পাউথুম্ পীবহৈবশিংগী মপুংদা অথোইবা, মুনিশিংগী মরক্তদু অথোইবা যাজ্ঞবল্ক্যগী মফমদা অহুম্না হংখি— ॥৪॥

ব্রহ্মর্ষি। ইন্দ্রিয়শিং অসি চপচানা কয়ানো ? প্রকৃতিগী মথল অসি কয়ানো ? মখোয়সিগী মপুংদা

প্রভবং চাপ্যয়ং চৈব কালসংখ্যাং তথৈব চ। বক্তুমর্হসি বিপ্রেন্দ্র ত্বদনুগ্রহকাঙ্ক্ষিণঃ ॥৬॥
অজ্ঞানাৎ পরিপৃচ্ছামি ত্বং হি জ্ঞানময়ো নিধিঃ। তদহং শ্রোতুমিচ্ছামি সর্ব্বমেতদসংশয়ম্ ॥৭॥
যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।
শ্রূয়তামবনীপাল যদেতদনুপৃচ্ছসি। যোগানাং পরমং জ্ঞানং সাংখ্যানাং চ বিশেষতঃ ॥৮॥
ন তবাবিদিতং কিঞ্চিন্মাং তু জিজ্ঞাসতে ভবান্। পৃষ্টেন চাপি বক্তব্যমেষধর্ম্মঃ সনাতনঃ ॥৯॥
অষ্টৌ প্রকৃতয়ঃ প্রোক্তাবিকারাশ্চাপি ষোড়শ। তত্র তু প্রকৃতীরষ্টৌ প্রাহুরধ্যাত্মচিন্তকাঃ ॥১০॥
অব্যক্তং চ মহান্তং চ তথাহঙ্কার এব চ। পৃথিবী বায়ুরাকাশমাপো জ্যোতিশ্চ পঞ্চমম্ ॥১১॥
এতাঃ প্রকৃতয়স্ত্বষ্টৌ বিকারানপি মে শৃণু। শ্রোত্রং ত্বক্ চৈব চক্ষুশ্চ জিহ্বা ঘ্রাণঞ্চ পঞ্চমম্ ॥১২॥

অব্যক্ত হায়বহুনা করিনো? মশক নাইবশিং অসিদগী আ-রাম্বদা লৈ হায়রিবা ব্রহ্ম পরমাত্মাহুগী চপচাবা মশক মওংনা করিনো? সৃষ্টি হায়বনা করি হায়রিবনো? প্রলয়না করিনো? মশক উদবা, লৈ-লৈতে হায়বগী খওকম থোক্তবা, কক্পা খাইদোক্পা য়াত্রবা মতম হায়বসিগী মশীং থীবনিবু কয়ম হায়না য়ারি-বনো? ব্রাহ্মণ অথোইবা! হংজরিবশিং অসে মথংশীংনা অমুক্তা হায়বধিরকউ। অসিগুম্বা য়াহংশিং অসিগী পাউথুম পীগুম্বা ব্রাহ্মণ মহাকী কৃপা পাউভাক্তনু ঐখোয়না পামজে ॥৫—৬॥

হংজরিবশিং অসে থাজেশেংবা খওজনবা ওাক্তনি। খওদহুনা হংজবনি, মত্তবা রাখলদা হংজবা নত্তে। মুনিদেবদি জ্ঞানগী পুংগনি। অহুনা অতৈ অমগী মকমদগী তাজনীংদহুনা ব্রহ্মর্ষিগী নকমদা হংজরিবসিনি। জিনরিবশিংসে মুনিদেবনা অমুক্তা কোক্তন্ বিয়ু ॥৭॥

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— নিংথৌ! মহাক্না হংজিবসি যোগগী অহুপা বিশেষ ওইনা সাংখ্যযোগগী কৃপপ্রবা থুপপ্রবা জ্ঞান অদো হায়গে তাও ॥৮॥

নিংথৌ! নহাক্না খওংবা বিষয় অসে লৈরক্তবনি। অদুবু হংলবদি খওনা খওনা হংলবনু থুমক্কম থোকই। খওন খওনবু হংলবনু খওংনবু হংলবন্ধু থুমগদৌরিবহুনা খওলবদি শোয়দনা পাউথুম পীকম্ থোকই। অথুম্বা মীগীদি খওদনা থুম্বা য়াদে। অওংবা মীগীদি খওন হংলবনু খওদনা হংলবনু ঊয়া য়াই। মরমদি— এশানা হান্না খওলবনু অমগী মক্ত অমমুক তানীংনা খওনীংহুনা হংলন্দনু য়াই। মাসি আ— মমাংতৈদগী চৎনরক্লবা ধর্ম্ম অনদি নিয়মনি ॥৯॥

প্রকৃতি নিপ নৃনি, অহুগা মথোয়গী বিকার ( যশক ওন্‌বা ) দি তরাতরক্নি। বিকারশিং অসি য়াওবা পারবদি নিপান্‌গা তরাতরক্কা কুম্মশিনি। অধ্যাত্মশাস্ত্রগী মসুংদা তত্ত্ব থিবা কাওবুনা প্রকৃতি নিপান্ হায়-রিবসি অসুম্না লৌই,— অব্যক্ত, মহত্তত্ত্ব, অহঙ্কার, আকাশ, বায়ু, অগ্নি, ঈশিং অহুগা লৈপাক্ ॥১০—১১॥

প্রকৃতি নিপান হায়বহু মথোয়সিনি। মথোয়গী বিকারশিং মথং মথং লাকপসিনু অমুক তারো—। মাকোং, উন্থা, মীৎ, লৈ, নাতোন্ শব্দ, স্পর্শ ( শোক্পা ), রূপ, রস ( মহাও ), গন্ধ ( মনম্ ), বাওাওবা;

শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপং চ রসোগন্ধ স্তথৈব চ। বাক্ চ হস্তৌ চ পাদৌ চ পায়ুর্মেঢ্রং তথৈব চ ॥১৩॥
এতে বিশেষা রাজেন্দ্র মহাভূতেষু পঞ্চসু। বুদ্ধীন্দ্রিয়াণ্যথৈতানি সবিশেষাণি মৈথিল ॥ ১৪॥
মনঃ ষোড়শকং প্রাহুরধ্যাত্মচিন্তকাঃ। ত্বং চৈবান্যে চ বিদ্বাংস স্তত্ত্ববুদ্ধিবিশারদাঃ ॥১ ॥
অব্যক্তাচ্চ মহানাত্মা সমুৎপদ্যতি পার্থিব। প্রথমং সর্গমিত্যেতদাহুঃ প্রাধানিকং বুধাঃ ॥১৬॥
য হুতশ্চাপ্যহঙ্কার উৎপন্নো হি নরাধিপ। দ্বিতীয়ং সর্গমিত্যাহুরেতং বুদ্ধ্যাত্মকং স্মৃতম্ ॥১৭॥
অহঙ্কারাচ্চ সম্ভূতং মনো ভূতগুণাত্মকম্। তৃতীয়ঃ সর্গ ইত্যেষ আহঙ্কারিক উচ্যতে ॥১৮॥
মনসস্তু সমুদ্ভুতা মহাভূতা নরাধিপ। চতুর্থসর্গমিত্যেতন্মানসং বিদ্ধি মে মতম্ ॥ ১৯॥
শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপং চ রসো গন্ধস্তথৈব চ। পঞ্চমং সর্গমিত্যাহুর্ভৌতিকং ভূতচিন্তকাঃ ॥২০॥

থোঙ খুৎ, লিঙ্গ ( ঈশিং থোঙ ) গুহ্যদ্বার ( অমাংবা থোরক্‌ফম্ থোঙ ) ॥১২—১৩॥

নিংথৌ অ.থাইবা! মখোয়সিগী মনুংদা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, অতুগা শব্দনচিংবা বিষয় মঙা অসিগী বিশেষ হায়বা সংজ্ঞা অতু পীনৈ। হায়বদি— মখোয়সিবু বিশেষ কৌই। জ্ঞান ইন্দ্রিয় মঙানা "সবিশেষ" হায়না কৌই। মিথিলাগী মপু! হায়রিবা বিশেষ সবিশেষ অনী পঞ্চমহাভূতকী মনুংদা লৈরিবনি ॥১৪॥

পূর্ণরূপা পারগা মখোয় অসি তর মঙানি। মখোয়সিগী মথক্তা তরাতরুক্তুবা তত্ত্ব অমুনা মন— ( পুক্নীং ) কৌবা ইন্দ্রিয় অসিনি। তত্ত্বজ্ঞান লৈব, আধ্যাত্মিকজ্ঞানগী বিচার তৌবা বিদ্বানশিংনা মখোয় অসিবু বিকার তরাতরুক হায়বত্থু অসিনি হায়॥ ॥

লৈপাক্কী মপু! মহত্তত্ত্বশিং অসিগী হৌরকফম থোরকফম ( উৎপত্তিস্থান ) অসি অব্যক্ত-প্রকৃতি হায়বসিতনা ওইরিবনি। মাসিবু বিদ্বান্‌শিংনা প্রথমসর্গ ( অহানবা খুৎশেম ) হায়না কৌই — কৌনৈ ॥১৬॥

মহত্তত্ত্বশিং অসি থোকপ্রবা শেমপ্রবা তুংদা মখোয় অসিদগী অহঙ্কার হায়না কৌবা তত্ত্ব অমু থোরক্কই, মাসিনা অনীশুবা সর্গ কৌই। হায়বদি— অনীশুবী সৃষ্টি কৌই। মাসি বুদ্ধ্যাত্মক সৃষ্টিনি হায়না থঙনত্রে — মানত্রে ॥১৭॥

অহঙ্কারদগী মন ( পুক্নীং ) কৌবা ইন্দ্রিয় ( তত্ত্ব ) অসি থোরক্কই। মাসিদি পঞ্চভুত অমুগা শব্দ স্পর্শনচিংবা গুণশিং-গী মশকনি। মাসিবু অহুমশুবা সর্গ হায়না কৌই ॥ ১৮॥

নিংথৌ! মন ( পুক্নীং ) দগী পরমাণুগী মশক ওইরবা পীক্লবা মহাভূতশিং উৎপত্তি ( থোরকফম ) ওইথি। মাসিনা মরিশুবা সৃষ্টিনি, মানসী সৃষ্টি হায়বত্থু মাসিনা ওই ॥১৯॥

শব্দ, রস, স্পর্শ, রূপ, গন্ধ, বিষয় মঙা অসি পঞ্চমহাভূতশিং অসিদগী থোক্‌খিবনি। মাসিনা মঙাশুবী সৃষ্টিনি। পঞ্চভূতকী মরমদা নৈনবা বিদ্বান্‌শিংনা মাসিবু ভৌতিকসর্গ কৌই হায়বৈ ॥২০॥ *

* মশক মওং পুথোক্তনা লৈবী প্রকৃতি অমা, মশক মওং নাইনা চোংথোরকপী প্রকৃতি অমা, অনী সিজি

শ্রোত্রং ত্বক্‌চৈব চক্ষুশ্চ জিহ্বা ঘ্রাণং পঞ্চমম্। সর্গং তু ষষ্ঠমিত্যাহুর্বহুচিন্তাত্মকং স্মৃতম্ ॥২১॥

নাকোং, উন্‌না, মীৎ, লৈ, নাতোন্ মথোয়সি ওইরকপা শেম্নকপসিনা তরুকশুবা সর্গ (খুংশেম) নি। মথোয়সিগী খুংশেমগী মতাংদা চিন্তা য়াম্না তৌননীঙাই, য়াম্না খন্ননীঙাই ওইখিবনা বহুচিন্তাত্মক ওইবা সর্গ অমনি হায়না লৌনখ্রে ॥২১॥

অমনা অব্যক্ত অমনা ব্যক্ত অসিতনি। মাসি মহৌশা ওইনা মশানা অহুম তাজরগদবা বাফম্নি। অব্যক্ত ওইনা লৈরম্বা মৈদগী ব্যক্ত ওইবা মৈ থোরক্‌পনি। পৈরিবা লশিংশিং অসিগী মঙুংদা ফিনা অব্যক্ত ওইনা লৈরি। অদুবু, লশিংশিং অসি ফিগী মশক মওং পুত্রিবনা, ফি কৌবা য়াজে। সৃষ্টিগী ক্রম অমা চথরিবসিমু অসিতনি। অদুনা ঈহান্ হান্‌বা সৃষ্টিদি অব্যক্তদগী ব্যক্ত ওইরক্‌পা অসিনা ওইফম্ থোকলবনি। মশানা মহৌশানা অহুম তাজরবনি, যেৎফম কৈত্রবনি। অদুনা কনা কনাগুম্বনা অব্যক্ত ব্যক্ত প্রকৃতি অনী অনিবু 'মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী" হায়না থোম্নরিবসিনি। আকাশনা খোংবা হকচাংদা ফাওরমদে। হায়বদি আকাশদা স্পর্শনা অব্যক্ত ওইনা লৈরম্মি। আকাশতুদগী মুংশিংনা ব্যক্ত ওইনা চোংথোরক্‌পা মতমদা মুংহিতুগী গুণশক্তি ওইবা স্পর্শ ওইনা অহুম মঙ্‌াওরক্লে। মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চমহাভূতশিংগী পিণ্ড ওইনা লৈরিবা অঙাংগী হকচাংদা লৈরিবা আত্মাতুদা অহঙ্কারনা অব্যক্ত ওইনা লৈরম্ম। আত্মা অদু লৈরবম্নিনা মৈদা খুত্তি লাম্মকই হায়ববু, লাম্মিঙৈ মতম অদুনা 'ঐ অঙাংনি, ঐ মৈ লাম্ম" অসিনচিংবা ঐ (অহঙ্কার) অসি আত্মাদা অব্যক্ত ওইনা লৈবম্মি। মাসি, মশক উবা, পঞ্চমহাভূতশিংগী, হায়বদি— মৈ, ঈশিংনচিংবগী মপৈ (পিণ্ড) হকচাং কৌবসিনা ব্যক্ত ওইথ্রবা, মশক মওং নাইনা চোংথোকথ্রবা মতুংগী য়ানি। অদুনা মহত্তত্ত্ব (পঞ্চমহাভূত) গী সৃষ্টি। অদুনবা ওইরগা, অহঙ্কারগী সৃষ্টিনা অনীশুবনি হায়রিবসিনি। কদায়দগী কয়ম্না লাকইবনো, অহঙ্কার অসি মৈদবু য়াওরমত্রা? ঈশিংদবু য়াওরমত্রা? নত্রগা মঙা অনি পুল্লপ পুন্‌দুনা দেহ (হকচাং) কৌরবা তুদা লাক্লিত্রা? অসিনচিংবা অতেপ্পা অকুপ্পা য়াহং অমনি। অদুনবদা— ঐ (অহঙ্কার) হায়বসিদি অমুম মরৈরম্নগা, ঐনি, নংনি, মানি হায়না হন্‌বগী পুক্নীং (মন) হায়বসি লাক্‌ত্রিঙৈদা ঐ — অহঙ্কার অসিনা হাপ্লম্ম অদুনা, "মন" (মনন্ তৌননবা— খন্ননবা) কৌবা তত্ত্ব অসিগী সৃষ্টিনা অহুমশুবী "সৃষ্টি" (খুংশেম্) নি। মতৌ অসুম্না মরিশুবা মঙাশুবা অসিনচিংবা কৌদুনা সৃষ্টিগী ক্রম অসি মথং মথং চথখ্রি। ম্নাসিদা খ্বাইদগী খন্ননীঙাই ওইবদি— "লৈপাক্" সু ব্যক্তনি। মাতুদগী ওইরকপা লশিং কৌবা লৈপাকসু ব্যক্তনি। মাতুদগী ওইরকপা লং কৌবা লৈপাকসু ব্যক্তনি; মাতুদগী অমুক ওইরকপা ফি কৌবা লৈপাক অসিসু ব্যক্তনি। অদুনদি ব্যক্তদগী ব্যক্ত পোকপনি হায়বা অসি লাম্ব্রি। অদুগা চিংনবা অমন লশিংদগী লং ওইরকপদি মথন্তা ওইজরকপা নত্তে। অশাবা কর্ত্তা অমা য়াওরি। গীতাদদি অদুসু "কর্ত্তাহম্" হায়রি। অহম্ অসি আত্মনি অহুম্ হায়রি। "অহম্ আত্মা গুডাকেশ" হায়রি। অদুনদি ফিগী লংগী কর্ত্তা অসি হোংবা চাউবনা নত্তে— আত্মাননি। অদুনা—

অধঃ শ্রোত্রেন্দ্রিয়গ্রাম উৎপদ্যতি নরাধিপ। সপ্তমং সর্গমিত্যাহুরেতদৈন্দ্রিয়কং স্মৃতম্ ॥২২॥

ঊর্দ্ধং স্রোতস্তথা তির্য্যগুৎপদ্যতি নরাধিপ। অষ্টমং সর্গমিত্যাহুরেতদার্জ্জবকং স্মৃতম্ ॥২৩॥

তির্য্যক্স্রোতস্ত্বধঃ স্রোত উৎপদ্যতি নরাধিপ। নবমং সর্গমিত্যাহুরেতদার্জ্জবকং স্মৃতম্ ॥২৪॥

এতানি নব সর্গানি তত্ত্বানি চ নরাধিপ। চতুর্বিংশতিরুক্তানি যথাশ্রুতিনিদর্শনাৎ ॥২৫॥

অত্র ঊর্দ্ধং মহারাজ গুণৈস্তস্য তত্ত্বত। মহাত্মভিরনুপ্রোক্তাং কালসংখ্যাং নিবোধ মে ॥২৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি

যাজ্ঞবল্ক্যজনকানুশাসনে পঞ্চাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়: ॥৩০৫॥

——:(০):——

নিংথৌ! নাকোংনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং অসিগী তুংদা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিং অসিগী উৎপত্তি ( থোরক্পা—পোক্লক্পা ) ওই। মাসিবু তরে শুবা সর্গ ( খুংশেম ) হায়না কৌই। ইন্দ্রিয়শিংগী খুংশেমনি হায়দুনা মাসিবু ঐন্দ্রিয়ক-সৃষ্টি হায়নসু কৌই ॥২২॥

কর্ম্মেন্দ্রিয়শিং অসিগী উৎপত্তিগী তুংদা মখোয়গী কর্ম্ম ( থবক ) শিংগী, হায়বদি— লেঙ-ওৎপনচিংবগী থক্‌খা, ফৈজেনবা পুন্নমক অসিবু থোকহনবা নুংশিৎ কৌবা মহত্তত্ত্বদগী প্রাণবায়ু, সমানবায়ু, উদানবায়ু, ব্যানবায়ু, অপানবায়ু কৌবা থরায় নুংশিৎ মঙা অসিগী উৎপত্তি ওইখি। মাসিনা নিপানশুবা সর্গ ( সৃষ্টি খুংশেম ) নি। ঋজু ওইবা, হায়বদি— ঈচুম চুম্না লাক্পদগী গতি তোঙান তোঙানবা ওইখিবনা মাসিবু আর্জবক সর্গ হায়নসু কৌই। ( ঋজু দগী আর্জব ওইখি ) ॥২৩॥

নিংথৌ! অসিগী তুংদা হায়বদি থক্ খাদা চুম্বা প্রাণবায়ুশিংগী সৃষ্টিগী তুংদা ফৈজেননা চুম্বা ব্যানবায়ু, মখায়োমদা চুমথবা অপানবায়ুগা, অপানবায়ুগা লোয়নবা উদানবায়ুগী সৃষ্টি থোকখি। মাসিবু নবম সৃষ্টি— মাপনশুবা সৃষ্টি হায়না কৌই। বিদ্বানশিংনা মাসিবুসু আর্জবকস্য:সৃষ্টি অহুম মকৌই ॥২৪॥

নিংথৌ! সৃষ্টি ( সর্গ— খুংশে ) না মাপন্, তত্ত্বনা কুন্মরি, অহুম হায়মা শ্রুতি ( বেদ ) দা হায়বা মতুংইন্না ঐনা নঙোন্দা হায়রবনি ॥২৫॥ নিংথৌ! অসিগী তুংদা মহাত্মাশিংনা হায়রম্বা মতুংইন্না গুণময়ী সৃষ্টি অসিগী কাল ( মতম ) হায়বতুগী মশীং অমদি ক্রমসৃষ্টি অহুসু নহাক্না ঐগোন্দগী তারো— ॥২৬॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা যাজ্ঞবল্ক্যজনকানুশাসনগী চহুমগা মঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০৫॥

হংননীঙায়দি—অব্যক্তদগী ব্যক্ত ওইহল্লক্লিবসিগী কর্ত্তা কনানো? মাসিগী তোঙান্ তোঙাম্বা পাউতুম ময়ামসিদগী তোঙান্ তোঙাম্বা ধর্ম্ম ময়ামসি থোক্‌খিবনি। মাগী মাগী খঙনরকপা মত পুথোরুদুনা জগৎকী কর্ত্তা থিনরক্পনি; অমগমগা খৎনদনবা শান্তি থিরকপনি। মাসিনি শান্তিপর্ব্বগী তাৎপর্য্যদি। ক্রম নাইনা থিনরক্পসি সৃষ্টিক্রমনি। ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## ষড়ধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( অব্যক্ত মহত্তত্ত্বর্নচিংবা শেমখিবগী কালসংখ্যাগী লীখিবগী মতাং )

### চছুমগা তরুক্শুবা অধ্যায়

——:(ক):——

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

অব্যক্তস্য নরশ্রেষ্ঠ কালসংখ্যাং নিবোধ মে। পঞ্চকল্পসহস্রাণি দ্বিগুণান্যহরুচ্যতে ॥ ॥

রাত্রিরেতাবতী চাস্য প্রতিবুদ্ধো নরাধিপ। সৃজত্যোষধিমেবাগ্রে জীবনং সর্ব্বদেহিনাম্ ॥ ॥

ততো ব্রহ্মাণ সসৃজদ্ধিরণ্যাণ্ড সমুদ্ভবম্। সা মূর্ত্তিঃ সর্ব্বভূতানাং ত্যেবমনুশুশ্রুম ॥৩॥

সম্বৎসরমুষিত্বাণ্ডে নিষ্ক্রম্য চ মহামুনিঃ। সন্দধে চ মহীং কৃৎস্নাং দিবমূর্দ্ধং প্রজাপতিঃ ॥ ॥

দ্যাবাপৃথিব্যোরিত্যের রাজন্ বেদেষু পঠ্যতে। তয়োঃ শকলয়োর্মধ্যমাকাশমকরোৎ প্রভুঃ ॥ ॥

---

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— নিংথৌ অথোইবা! হৌজিক্তি অব্যক্ত সৃষ্টিগী কাল সংখ্যাগী রাসি হায়রগে তায়ো। অব্যক্তগী অয়ুক মুংখিল অমা হায়বসি কল্প লিশিংতরানা ওই. হায়বদি— মহাযুগ লিশিংতরানা শাই ॥১॥

অহিং অমসু হাযরিবা মতমসিনা অহুম মওই। জ্ঞানতগী মশক ওইরবা পরব্রহ্ম পরমাত্মানা অচৎ চত্ত জীব পুম্নমক্কী জীবিকাগীদমক মথল মথা অয়াম্বা ওষধি ( হীদাক্— অন্ন -- চীঙ্গাক ) কয় কয়া সৃষ্টি তৌই— শেম্মি ॥ ॥

ঐখোয়না মথং মথং তানরক,— পরমাত্মানা ওষধি ময়াম শেম্লবা মতুংদা ব্রহ্মা পুথোকই। হিরণ্য গর্ভ ব্রহ্মা অসি সনাগী মরাম্ অমগী মনুংদগী চোংথোরকই। ব্রহ্মা হায়রিবসি জগৎকী অচচত্ত পুম্নমক্কী পোরক্কম্ হৌরক্ফম্নি ॥ ॥

মহামানি ওইরবা, হায়বদি— তুমিন্‌ত লৈরবা ব্রহ্মাজী অসি চহী অমা চুপ্পা মরাম্ অহুগী মনুংদা লৈরম্লবা তুংদা চোংথোরক্পনি। মহাক্না পরব্রহ্ম পরমাত্মাগী ইঙ্গিত মতুংইন্না পৃথ্বী, আকাশ অহুগা উর্দ্ধ লোক অহুম অসি শেনুগে হায়না খন্‌খি ॥৪॥

নিংথৌ! শক্তি লৈরবা ব্রহ্মানা মহাক্কী পোরকফম মরাম্ অহুগী মথক্থংবা স্বর্গ, মখাথংবা শরাক্লা ভূভাগ ( পৃথ্বী ), অদুগা মরক্কী অহাংবদুনা আকাশ শেম্মি, অহুম্ হায়না বেদদা হায়রি ॥৫॥

এতস্যাপি চ সংখ্যানং বেদবেদাঙ্গপারগৈঃ। দশকল্পসহস্রাণি পাদোনাম্যহরুচ্যতে ॥৬॥
রাত্রিমেতাবতীং চাস্য প্রাহুরধ্যাত্মচিন্তকাঃ। সৃজত্যহঙ্কারমৃষির্ভূতং দিব্যাত্মকং তথা ॥৭॥
চতুরশ্চাপরান্ পুত্রান্ দেহাৎ পূর্ব্বং মহানৃষিঃ। তে বৈ পিতৃণাং পিতরঃ শ্রূয়ন্তে রাজসত্তম ॥৮॥
দেবাঃ পিতৃণাং চ সুতা দেবৈর্লোকাঃ সমাবৃতাঃ। চরাচরা নরশ্রেষ্ঠ ইত্যেবমনুশুশ্রুম ॥৯॥
পরমেষ্ঠী ত্বহঙ্কারঃ সৃজন্ ভূতানি পঞ্চধা। পৃথিবীবায়ুরাকাশমাপো জ্যোতিশ্চ পঞ্চমম্ ॥১০॥

বেদ বেদাঙ্গগী তত্ত্ব পুন্নমক খঙহনা লোইরবা জ্ঞানীশিংবা অসুম্না হায়নৈ, মাহুদি— কল্প লিশিংতরা-দগী শরূক মরিদগী শরূক অমা হুন্থরগা মাহুগী চহীশিং অহুম হায়বদি— চহী লিশিংতরেৎ মথাইংগী ব্রহ্মাগী নুংথিল অমা শাই ॥৬॥

অধ্যাত্মতত্ত্বগী য়াম্না কূপ্না বিচার তৌবা বিদ্বান্‌শিংনা ব্রহ্মাগী অহিং অমসু হায়রিবা চহী মতম অসিনা অহুম ওই। আদিঋষি মহাঋষি ব্রহ্মানা ঈগান্ হন্‌বদা অহঙ্কার হায়বসি সৃষ্টি তৌই ॥৭॥

নিংথৌ অথোইবা! মহাঋষি ব্রহ্মানা ভৌতিকদেহশিং অসি শেম্‌দ্রিঙৈদা মচা মরি হান্না পুথোকখি, মখোয়গী মমিংদি,— বুদ্ধিঃ হায়বা অমা, অহঙ্কার হায়বা অমা, পুক্নীং হায়বা অমা, থম্মোয় হায়বা অমা; হায়রিবশিং অসি অব্যক্ত ওইরকনি। হায়রিবা মরি অসি পিতৃলোকতা লৈরিবা পিতরশিংমক্তীসু পিতানি। পঞ্চমহাভূতশিংসিগীসু অপোকপনি ॥৮॥

নিপা অথোইবা! দেবতাশিংসি পিতরশিংগী মচা মক্তনি। হায়বদি— নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংসে পঞ্চমহাভূতশিংদগী পোকখিবা মক্তনি। অহুগা মখোয় অসি অচচক্ত জগৎ পুন্নমক্তী আশ্রয় তৌহুনা লৈরি। অহুম্না হায়না ঐখোয়না তায় ॥৯॥

স্রষ্টাগী পদবী ফংহনা, হায়বদি— খুংশেম্‌বমীগী পদবী ফংহুনা অহঙ্কার হায়বা তত্ত্ব অসিনা আকাশ বায়ু, তেজ, জল, পৃথ্বী মঙা অসিসু সৃষ্টি তৌই ॥১০॥ *

* অহঙ্কার কৌবা তত্ত্ব অসি আকাশ বায়ুনচিংবা পঞ্চভূতশিং অসিনা শেম্বনি। হোংবা, কৌবা অহম্ (ঐ) না শেম শাবা অমতা নত্তে হায়বসি খঙদবনা অহঙ্কারনা শাবনি অহঙ্কারনা থুদেক্‌পনিদি হায়ব্রহুনা অহং (ঐনা) শাবনি, ঐনা থুদেকপনি, ঐনা হায়রি .. অসিনচিংবা হায়নরিবসি অহুইঙ সৃষ্টিগী মতমদগী হৈনখিবনা ভৌতিক ফাওবা লান্না অস্তম হায়নরি? অহঙ্কার কৌবা তত্ত্বসিদগীসু রাংমদা লৈবা আত্মা (ঐ) সিদি পোকপাশিংবা, শেম্বা শাবা থুপাইবা অমতা য়াওদে। অহঙ্কারনা কুপ্পুনা লৈবা শেংলকা আত্মা (অনাত্মা) না শাবনি। অহুনা, মথক্কী মূলশ্লোকনা হায়রিবদি সৃষ্টা (অশেম্ব) গী পদবী ফংবা অসি তত্ত্বশিংগী মঙ্গুংদা অহঙ্কার কৌবা প্রকৃতি অসিতনি। আকাশনা, বায়ুনা, অগ্নিনা, জলনা, পৃথ্বী (লৈপাক্) না মশা মশামক্তা শাবা পোৎ অমতা য়াওদে। মখোয় মঙা অসিনা পুল্লম্না পুন্‌বা মাংসপিণ্ড (শদুম—

এতস্যাপি নিশামাহুস্তৃতীয়মিহ কুর্ব্বতঃ। পঞ্চকল্পসহস্রাণি তাবত্বেবাহরুচ্যতে ॥১১॥
শব্দঃ স্পর্শশ্চ রূপং চ রসো গন্ধস্তথৈব চ। এতে বিশেষা রাজেন্দ্র মহাভূতেষু পঞ্চষু ॥১২॥
যৈরাবিষ্টানি ভূতানি অহন্যহনি পার্থিব। অন্যোন্যং স্পৃহয়ন্ত্যেতে অন্যোন্যস্য হিতে রতাঃ ॥১৩॥
অন্যোন্যমতিবর্ত্তন্তে অন্যোন্যস্পর্ধিনস্তথা। তে বধ্যমানা হ্যন্যোন্যং গুণৈর্হারিভিব্যয়ৈঃ ॥১৪॥
ইহৈব পরিবর্ত্তন্তে তির্য্যগ্‌যোনি প্রবেশিনঃ। ত্রীণি কল্পসহস্রাণি এতেষামহরুচ্যতে ॥১৫॥
রাত্রিরেতাবতী চৈব মনসশ্চ নরাধিপ। মনশ্চরতি রাজেন্দ্র চারিতং সর্ব্বমিন্দ্রিয়ৈঃ ॥১৬॥

---

অহুমগুবী ভৌতিকসৃষ্টি অসিবু ভোরিবা অহংকার কৌবা মহাক্কী অহিংদি কল্প লিশিং মঙানা শাই, অমুক মুংথিলগী শরুকস্তু হায়রিবা শাংলবা মতম অসিনা ওই ॥১১॥

নিংথৌ অথোইবা! আকাশনচিংবা ভূতমঙা (পঞ্চভূত) অসিগী অমমমগী মথংশীংনা শব্দ, স্পর্শ, রূপ, রস, গন্ধ কৌবা বিশেষগুণ অমমম লৈ ॥১২॥

লৈপাক্কী মপু! ঈশিং ঈচেলগুম্না তম্না চেন্থরক্লিবা পুক্কীং হূনবগী মশক ওইরবা শব্দ স্পর্শনচিংবা গুণশিং অসিনা পঞ্চভূত শানা বিষয়শিং অসিদা চঙ চঙহুনা জীবপান্‌বশিংবু অমগমগা চান্নহল্লি, হুংশিনহল্লি, অমগী ফননবগীদমক্তা অমনা হোৎনরি, নোম্লি। করি করিগুম্বা মতমদা অমনা অমদগী হেম্নবা হোৎনরি, অমনা অমগী মাঙনবা হোৎনরি; অমনা অমবু হুম্বনা থন্‌গদবগী থলহন্‌গদবগী হোৎনরি। অমগমগা কল্লরুহল্লি, য়েংথিনহল্লি; অমগমগা ফুনহল্লি অমুক চান্নহন্দুনা কোম্নহল্লি ॥ ৩—১৪॥

অসিগুম্বা রূপ রসনচিংবগী বিষয়শিং অসিদা আসক্ত ওইরবা জীবশিংনা তির্য্যগ্‌যোনিদা চঙ চঙহুনা সংসারসিদা হঙ্গং হন্দা কোয়রৈ লৈহুনা লৈরি। শব্দ রসনচিংবা বিষয়শিং অসিগী মপুন্‌শিগী নোংমগী অমুক মুংথিলগী শরুক অসি চহী কল্প লিশিং অহুম্না শাই হাননৈ। নিংথৌ! মখোয়সিগী অহিং অমবুস্তু হায়রিবা চহী মশীং অসিনা অহুম শাই। পুক্কীং কৌবা ইন্দ্রিয় অসিগী পুন্‌শিগী নোংমগী শরুকস্তু হায়রিবা চহী যুগ মশীংশিং অসিনা অহুম শাই ॥১৫॥

নিংথৌ অথোইবা! মন (পুক্কীং) কৌবা মহাক অসিবু ইন্দ্রিয়শিংনা হায়রিবমখৈ য়াহুনা রূপ রসন-

---

হকচাং) অসিনা শাকস্তু অমত্তা য়াওদে; শাবা ঙমস্তু ঙম্‌দে। মখোয় মঙাসিগী পুল্লপক্কী মশক ওইবা হকচাং অসিদা অহংকার হায়বা প্রকৃতিসিনা হেক ঙঙঙকপদা শেম্বা, লেঙব ঙৎপা অহুম্ মহোরে। মাসিদা অহুক হায়গদবা হায়ববু— আত্মা (জীবাত্মানা) চঙঙকৃত্রিমখৈদি অহংকার হাম্না চঙঙকপদি য়াদে। অহুনা— আত্মানি হায়হুনস্তু অহংকারগা লোয়নদবা, লোয়ননা চঙঙক্কমা আত্মানা ঈহৈ হৈনিংদবা, শেম্বা শাবা অমত্তা য়াওনীংত্রিবা, নুমিংচুপ্পা বিরাগী ওইহুনা বৈরাগ্যভাব লৈবা পাম্মিবসি অহুননি। হায়রিবসিগী অর্থদি— অহংকার হেক থাদোকপদা বৈরাগ্যভাব মশানা লাকচগনি। হোংবা চাউবা কৌবা ঐসি সন্ন্যাসীনি, বিরাগী মি হায়রগা হেক্ ওইগদবা নত্তে।

(কালাচাঁদ)

ন চেন্দ্রিয়াণি পশ্যন্তি মন এবানুপশ্যতি। চক্ষুঃ পশ্যতি রূপাণি মনসা তু ন চক্ষুষা ॥১৭॥
মনসি ব্যাকুলে চক্ষুঃ পশ্যন্নপি ন পশ্যতি। তথেন্দ্রিয়াণি সর্ব্বাণি পশ্যন্তীত্যভিচক্ষতে ॥১৮॥
ন চেন্দ্রিয়াণি পশ্যন্তি মন এবাত্র পশ্যতি। মনস্যুপরতে রাজন্নিন্দ্রিয়ো পরমো ভবেৎ ॥১৯॥
ন চেন্দ্রিয়ব্যপরমে মনস্যুপরমো ভবেৎ। এবং মনঃ প্রাধানানি ইন্দ্রিয়াণি প্রভাবয়েৎ ॥২০॥
ইন্দ্রিয়াণাং সর্ব্বেষামীশ্বর মন উচ্যতে। এতৎ বিশন্তি ভূতানি সর্ব্বাণীহ মহাবশঃ ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি যাজ্ঞবল্ক্য-জনক-সংবাদে ষড়ধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০৬॥

——:(০):——

চিংব বিষয়শিং অসিগী মায়াগতদা চঙশিল্লি। মীৎ নাকাংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা উবা তাহনচিংবা থবক অতৈ তৌকবা নত্তে। পূক্লীং কৌবা মহাক্লা তাবনি, নম্বনি উবনি, শোকংনি, তংবনি—চাবনি। মীংনা মাগী শক্তিনা উবা ঙম্ব নত্তে। পূক্লীং ( মন ) সহায়তা ( মতেং ) দগী মানা উবোই নীঙজবনি ॥১৬ - ১৭॥

পূক্লীং কৌবা মহাকসিনা অমরে'মৃদা থবক ঋাম্না চিন্ন ঈপা পাথংতুনা লৈরিভৈদা, হায়বদি— মতেং পীবা ঙমৃদ্রিভৈদা মীংনা য়েংনা য়েংনা উদে। নাকোংনা তানা তানা তাদে, নাতোম্ন নমুনা নমুনা নমুদে। লৈনা মহাও তংনা তনা মহাও লৌবা ঙংদে। অতুবু শেরাম্নবা ঋাথস্তা থন্‌থিবনা উরিবা তান্নিবা পুম্নমক অসি মীৎ নাকোংনশিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা তৌরিবোই নীঙমৈ ॥১৮॥

ইন্দ্রিয়শিং অসিদি করিস্ত তৌজবা দত্তে, তৌবস্ত ঙমদে। লৈরি লৈরিবা বিষয়তুদগী পূক্লীং হায়বা অসিনা হেক্ হন্দোক্‌খবদা ইন্দ্রিয়শিং হায়বা অসিস্ত অদুম হন্দোক্লককই ॥১৯॥

পূক্লীং য়াওদনা বিষয়দগী হন্দোক্লক্লে হায়রিবদুস্ত অরানংনি। পূক্লীংনবু বিষয় অতুদা ওন্‌শিন্দুনা মরৈ-হৌরবদি মীৎ নাকোশিং অসি উইশিন্ বেন্‌শিন্দুনা করিমতা কান্নরোই ॥২০॥

ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী, হায়বদি— ইন্দ্রিয়গ্রাম অসিগী মপু ( স্বামী ) দি মন ( পূক্লীং ) মহাক্নি। জগৎকী জীব পুম্বা পূক্লীং মহাক্কী আশ্রয়তদা চঙজতুনা লৈরিবমি ॥২১॥

মক্কম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা, মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, যাজ্ঞবল্ক্য জনক-সংবাদদা চক্তমগাতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০৬॥

——:(০):——

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( সংহারগী ক্রম তাকৃপা মতাং )

## চহুমগাতরেৎশুবা অধ্যায়

——:(০):——

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ

তত্ত্বানাং সর্ব্বসংখ্যা চ কাল সংখ্যা তথৈব চ। ময়া প্রোক্তাঽনুপূর্ব্ব্যেণ সংহারমপি মে শৃণু ॥১॥
যথা সংহরতে জন্তূন্ সসর্জ চ পুনঃ পুনঃ। অনাদি নিধনো ব্রহ্মা নিত্যশ্চাক্ষর এব চ ॥২॥
অহঃ ক্ষয়মথো বুদ্ধ্বা নিশি স্বপ্নমনাস্তথা। চোদয়ামাস ভগবানব্যক্তোঽহংকৃতং নরম্ ॥৩॥
ততঃ শতসাহস্রাংশুরব্যক্তেনাভিচোদিতঃ। কৃত্বাদ্বাদশধাত্মানমাদিত্যো জ্বলদগ্নিবৎ ॥৪॥
চতুর্ব্বিধং মহীপাল নির্দ্দহত্যাশু তেজসা। জরায়ুজাণ্ডজস্বেদজোদ্ভিজ্জং চ নরাধিপ ॥৫॥
এতদুন্মেষমাত্রেণ বিনষ্টং স্থাণুজঙ্গমম্। কূর্ম্মপৃষ্ঠসমাভূমি র্ভবত্যথ সমন্ততঃ ॥৬॥

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— নিংথৌ! তত্ত্ব পুম্নমক্কী মশীং শুনা মথং মথং হায়রক্নে তাও। কালসংখ্যা তত্ত্ব সংখ্যাসু ঐভোন্দগী তাও ॥১॥

অনাদি অনন্ত ওইবা ব্রহ্মানা মতৌ করম্না অচচ্চত্ত জীবপান্বা পুম্নমকপু শেমদোরকপগে, অহুগা—লৌশিন্ লোইশিন্খিবগে হায়বহুগী মরমসু হায়গে, য়াম্না পুক্নীং চঙনা তাও ॥২॥

ভগবান্ ব্রহ্মানা মাগী নুমিৎ-তারে হায়বহু উবদা; হায়বদি— অয়ুক মুংখিলগী দণ্ড ( মতম ) লোইরে হায়বহু উবদা, ওহাক্ পোত্থারগে— হীপ্লগে হায়না খন্থি। ব্রহ্মাগী অসিগুম্না অবস্থা অসি উবদা অভিমান ( অহঙ্কার ) দেবতানা রুদ্রদা ব্রহ্মানা শারম্-শেম্মিবা পুম্নমক লোইশিন্লু— খোম্জিল্লু হায়না ইঙ্গিত তৌই ॥৩॥ মতম অদুদা অভিমানী দেবতাগী পাম্বেনা ভগবান্ ব্রহ্মানা ঈঙ্গিতলকপসি উবদা রুদ্র মশামক্না চাক্লবা ( শারবা ) নুমিৎকী মশক লৌই। অদুগা মশামকপু মশক মওং মথল তরানীথোই থোক্না থাই-দোক্তুনা মৈমক্কী মতৌগুম্না প্রোক্ প্রোক্ চাক্লক্লি ॥৪॥ নিংথৌ নিপারক্তগী অথোইবা! রুদ্রনা মৈ-মক্কী মশক লৌত্না নাওয়োমদগী পোক্পা মরুমদগী পোক্পা, ঈশিংদগী ( হুমাংনচিংবা অনপ্পা মফম ) দগী পোক্পা লৈমুংদগী পোক্পা··· অচচ্চত্তা জীব পুম্নমকপু তুম্ন উৎ ওইনা চাক্থেকই ॥৫॥ হায়ম্নিবসি মীকুপ অমগী মন্নুংদা থোক্খিবা থবক্নি; অদুম্না মীকুপ অমগী মন্নুংদা জীব পুম্নমক উৎ ওইনা মাওথবা ভুদা পৃথিবী

জগদ্দগ্ধ্বামিতবলঃ কেবলাং জগতীং ততঃ। অম্ভস বলিনা ক্ষিপ্রমাপূরয়তি সর্ব্বশঃ ॥৭॥
ততঃ কালাগ্নিমাসাদ্য জলন্তো যাতি সংক্ষয়ম্। বিনষ্টে ম্ভসি রাজেন্দ্র জাজ্বলত্যনলোঽমহান্ ॥৮॥
তমপ্রমেয়োঽতিবলং জ্বলমানং বিভাবসুম্। উষ্মানং সর্ব্বভূতানাং সপ্তার্চিষমথাঞ্জসা ॥৯॥
ভক্ষয়ামাস ভগবান্ বায়ুরষ্টাত্মকো বলী। বিচরন্নমিতপ্রাণস্তির্য্যগূর্দ্ধমধস্তথা ॥১০॥
তমপ্রতিবলং ভীমমাকাশং গ্রসতেঽত্মনা। আকাশমপ্যতিনদন্মনো গ্রসতি চাধিকম্ ॥১১॥
মনো গ্রসতি ভূতাত্মা সোঽহঙ্কারঃ প্রজাপতিঃ। অহঙ্কারং মহানাত্মা ভূতভব্যভবিষ্যবিৎ ॥১২॥

---

অসি কালাগ্নি মৈগী ফ্রং ফ্রং হৌরবা মৈরীতনা পূময়েংম্ য়োমশ্রে। অদুদগীদি অমুক্ ঈপাক্ ঈশিং পুম্বচ খুদক্তা কংশিন্খি। নিংথৌ। ঈশিং অদুনা লোইনা কংপ্রবদুদদি — মৈ অদু হায়দগী হেন্না কন্না চাক্খৎ-লক্লে। অকিবা ফংনা কন্না চাক্খৎলক্নুনা জগৎ পূম্বসি মৈতগী মশক ওইখি ॥৭—৮॥

অচচক্ত পুম্বক্ মৈশা পীবা, মৈচাক্ ফনা চাক্খৎলক্লরা, মৈরী তরেং থোক্পা চাক্খৎলক্লবা মতমসিদা ভগবান্ বায়ুদেবনা মত্যক্কী শক্তোম নিপান থোক্না পুথোক্নুনা মৈয়াম্ ( মৈ-মপৈ ) অদুবু খুদক্তা য়োচ্ছিন্-খিদুনা, মৈদুমক্তা মহামত্ত ওইদুনা থক্-থা অনীগী মরক্ মক্মশিং অসিদা শীৎলকই ॥৯—১০॥

অদুগী তুংদা— আকাশনা শাফু কন্না, অকিবগী মশক্ ফংন স্নুংশিংকী ঈপোম্ অদুবু য়োচ্ছিন্খি। মন্নুংদা য়োচ্ছিন্খ্রিবা নুংশিং অদুনা আকাশগী নুংদা হায়বদি মনুংদা থন্নুংদা শীংতুনা লৈবদুদা ওং ওংদুনা লৈবা আকাশবু, মঙোন্দগী হেন্না কন্বা মন (পুক্নীং) না মহাকপু য়োচ্ছিন্খি-বগী পোৎশক্ অমা ওইহন্খি ॥১১॥ *

অদুগী তুংদা ভূতশিংগী আত্মা - ভূতাত্মানা অহংগা প্রজাপতিগী অব্যক্ত স্বরূপ ওইরবা অহঙ্কারনা

---

* আকাশগী গুণনা শব্দ ওইনা আকাশ মনুংদা থংপতুনা লৈপ্রবসি করম্না অদুগা কন্নিগীদমক্ লৈপ্রিবনো হায়বসিগী মরমদা বিজ্ঞানগা পুরাণগা অর্নানা পুল্লম্না ব্যাখ্যান তৌরি। আকাশতগী রাস্থ নত্তে লৈপাক্কী গুণনা গন্ধ ( মনম্ ) না ওইপ্রিবা, ঈশিংগী গুণনা রসনা ওইখিবা··· অসিনচিংববু খন্ননীংঙাইনি। পোৎ অমনা অমদা শাফু কন্না থেংজিন্নকপা রাইশিল্লকপা মতমদা মথোল অম থোক্পা হায়বসি শোয়দবনি। নুং অমগা নুং অমগা থাজিন্ ফুজিন্নবদা থোক্লিবা মথোল অদু নুং অনীদুগী মথোল নত্তে। নুংদি লৈপাক্নি। শব্দদি লৈপাকী গুণ নত্তে। লৈপাক্কী গুণদি গন্ধ ( মনম্ ) নি। থেংজিন্নগদৌরিবা নুং অদুদগী মরক্তা হংয়বদি— কায়ক্ ( অহাংবা ) দা লৈরম্বা আকাশ ( অগাওবা ) অদুগী খোঞ্জেলনি। আকাশনা নুংশিংপু লৌশিন্ চেন্খিন্বা মতমদা, নুংশিংমা আকাশগী মনুংদা কুইনা শাউনা ওতুনা লৈবগুম্না ওং ওং ওংদুনা লৈরি। অদুদগী নুংশিং অদুনা কোয়চৎ চৎপা শীৎপদু ভোক্নুনা লৈখিবা মতম অদুদা, ওংবগী শব্দ অদুদি মথি ফোংদনা আকাশদা তুংদুনা অদুম্ লৈহৌরে। মতৌ অশুম্না মৈ ঈশিং নুংশিংনগিংবা ভূতশিং অসিদা মাগী মাগী গুণশিং অদু মশক মওং নাইদনা লৈরি। মাসিনি অব্যক্ত সৃষ্টি হায়রিবসি। ব্যক্তগী মনুংদা অব্যক্ত, অব্যক্তগী মনুংদা ব্যক্ত— অশুম্ন সৃষ্টিগী মওং অসি লৈ। ( কালাচাঁদ )

তমপ্যন্বপমাত্মানং বিশ্বং শম্ভুঃ প্রজাপতিঃ। অনিমা লঘিমা প্রাপ্তিরীশানো জ্যোতিরব্যয়ঃ ॥১৩॥
সর্ব্বতঃ পানিপাদান্তঃ সর্বতোক্ষিশিরোমুখঃ। সর্ব্বতঃ শ্রুতিমাঁল্লোকে সর্বমাবৃত্যাতিষ্ঠতি ॥ ৪॥
হৃদয়ং সর্ব্বভূতানাং পর্ব্বণাঙ্গুষ্ঠমাত্রকঃ। অথ গ্রসত্যনন্তো হি মহাত্মা বিশ্বমীশ্বরঃ ॥১৫॥
ততঃ সমভবৎ সর্ব্বসক্ষয়াব্যয়মব্রণম্। ভূতভব্যভবিষ্যাণাং স্রষ্টারমনঘং তথা ॥১৬॥
এষোঽপ্যয়স্তে রাজেন্দ্র যথাবৎ সমুদাহৃতঃ। অধ্যাত্মমধিভূতঞ্চ অধিদৈবঞ্চ শ্রূয়তাম্ ॥১৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
যাজ্ঞবল্ক্য-জনক-সংবাদে সপ্তাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০৭॥

———:(+):———

---

মন ( পূর্ক্লীং ) বু মশা মশন্তগী মমুংদা চুপশিন্‌খি। অতুগী তুংদা ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান ঊবা খণ্ডবগী শক্তি পুবী বুদ্ধি কৌবী মহাক্লা অহঙ্কারবু য়োচ্ছিন্‌খি ॥১২॥

অতুগী তুংদা— মফম পূম্নমক্তা মহাক্কী খোঙ খুং মক্তা ঙায়বা, মাম্নগৈ পূম্বদা মীং ও ক্তা ঙায়বা, আকাশগী মফম পূম্নমক্তা মাগী নাকোং মক্তা লৈবা, বিশ্ব জগৎ অসিদা শীন্‌থুংনা লৈবা, অচচ্চত্ত জীব পূম্বগী থম্মোয়দা খুবীমুক্তা চাউবা ৱাংবা মওং লৌতুনা লৈবা,— অনিমা, লঘিমা, গরিমা প্রাপ্তিনচিংবা ঐশ্বর্য্য পূম্বা মহাক্কী মথাদা লৈবা, মথক্তা হায়খ্রিবা কার্য্যক্রমগী নিয়মশিং অনিৱ শীল্লিহা জ্যোতি ( মঙাম্ ) তগী মশক ওইবা, অমাঙ অতা লৈত্রবা, মঙ্গলতগী মশক ওইবা, পোকপা-শিবা নাইদবা অচচ্চত্ত পূম্নমক্কী স্বামী ( মপু ) ওইবা, অহৌবা অরোইবা লৈতবা, আত্মা পূম্নমক্কী আত্মা— মহানাত্মা ওইবা, অউবা উদবা পূম্নকক্কী ঈশ্বর ওইবা অতুম ওইবা পরব্রহ্ম পরমাত্মা মহাক্লা ঈকোন্ কেনূবা বুদ্ধি হায়বসিবু মশা মথন্তগী মজুংদা মশা মথন্তনা সংহার তৌখি,— লোইশিন্‌খি— থ়পচিন্‌খি ॥১৩—১৫॥

অতুগী তুংদা— হেন্‌গংলক্‌পা হন্থখিবা লৈতবা করিগুম্বা মতমদা অমাঙ অতা লৈরয়োইদোবা, মশক্ মওং হোংবা লৈররোইদোবা, উরিমা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসিমক্লা মাগী অউবা মশক ওইবা— পরব্রহ্ম মহাক্ মথন্তা ঙায়হৌই। মহাক অসিনা ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমানবু শেম্বা, পাপকী শরাক্ য়াওদ্রবা ব্রহ্মমক্‌কীন্নু অশেম্বা মপু ওই ॥১৬॥

নিংথৌ ! নঙাক্কী নক্ষমদা অস্তুম থোক্‌না লৈরিবা সংহারগী ক্রম অসি ঐনা হায়রবনি। বৌজিক্তি নহাক্লা অধ্যাত্ম, অধিভূত অমুগা অধিদৈবগী মরমদা তারো ॥১৭॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, যাজ্ঞবল্ক্য জনক সংবাদদা চহুমগাতয়েৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০৭॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( অধ্যাত্ম, অধিভূত, অধিদৈবগী মরম তাকপা )

### চহুমগী নিপানশুবা অধ্যায়

——:(*):——

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

পাদাবধ্যাত্মমিত্যাহুর্ব্রাহ্মণাস্তত্ত্বদর্শিনঃ। গন্তব্যমধিভূতং চ বিষ্ণুস্তত্রাধিদৈবতম্ ॥১॥

পায়ুরধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথা তত্ত্বার্থদর্শিনঃ। বিসর্গমধিভূতং চ মিত্রস্তত্রাধিদৈবতম্ ॥২॥

উপস্থোঽধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথাযোগনিদর্শিনঃ। অধিভূতং তথা নন্দো দৈবতঞ্চ প্রজাপতিঃ॥৩

---

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— নিংথৌ! তত্ত্ববু খঙব-উবশিংনা অসুম্না হায়রনৈ,— খোঙ অনী অসি অধ্যাত্মনি, চংকদৌরিবা য়োগদৌরিবা মফম অদুনা অধিভূতনি, বিষ্ণুনা অধিদৈবতনি ॥১॥

তত্ত্ব খঙবশিংনা গুহ্যদ্বার ( অমাংবা থোরককম থোঙ ) অসি অধ্যাত্মনি হায়রনৈ, মলত্যাগ (মাংথোকপা) অদুনা অধিভূতনি, মাগী দেবতানা মিত্রনি ॥২॥ *

যোগগী মতবু উংলিবা, কুপ্ন খল্লিবশিংনা অসুম্না হায়. মাদুদি,— উপস্থ ( লিঙ্গ ঈশিং থোঙ ) না

---

* অধ্যাত্ম হায়বা অমা, অধিভূত হায়বা অমা অধিদৈব হায়বা অমা— অদুনি। ইন্দ্রিয়না অধ্যাত্ম, ইন্দ্রিয়দুনা লৌরিবদুনা অধিভূত, লৌরিবা বিষয়দুগী লৈফম্ হৌরকফম্না অধিদৈবনি। থুন্দম ওইনা হায়রবদা— নাকোংনা অধ্যাত্ম, নাকোংনা লৌরিবা শব্দ কৌবা গুণনা অধিভূতনি, শব্দদুগী লৈফম্না আকাশনা অধিদৈবনি। শব্দ অমবু তারিবসি মপান্দা উরিবা নাকোং অসিনা তাবা নত্তে। আত্মা হেক্ য়াওদবনা তাদে। অদুনা নাকোং কৌবা ইন্দ্রিয় অসি অধ্যাত্মনি। হায়বদি— আত্মাগী অধিকারদা লৈবনি। মহাক্না লৌরিবা শব্দ হায়বসি আকাশ কৌবা ভূত অদুদা লৈ। অদুনা, শব্দ হায়বসি ভূতগী পরিকর মদুংদা লৈবনা অধিভূত অমনি। মহাক্কী দেবতানা মায়গৈ পুম্বনা ওই। মতৌ অসুম্না নাতোম্না অধ্যাত্ম, গন্ধ— ( মনম্ ) না অধিভূত, পৃথিবীনা অধিদৈবনি। অদুমসিগী মদুংদা অমতং য়াৎপদা সংসারদা থবক অমত্তা পান্থৎপা য়ারোই। তাবা হায়বা থবক অসি, নাকোংদা, শব্দরা, আকাশরা অমতং য়াৎপদা ওইথোক্কবনি।

( কালাচাঁদ )

হস্তাবধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথ সংখ্যানদর্শিনঃ। কর্ত্তব্যমধিভূতং তু ইন্দ্রস্তত্রাধিদৈবতম্ ॥৪॥
বাগধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথাশ্রুতিনিদর্শিনঃ। বক্তব্যমধিভূতং তু বহ্নিস্তত্রাধিদৈবতম্ ॥৫॥
চক্ষুরধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথাশ্রুতিনিদর্শনঃ। রূপ মত্রাধিভূতং তু সূর্য্যশ্চাপ্যধিদৈবতম্ ॥৬॥
শ্রোত্রমধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথা শ্রুতিনিদর্শিনঃ। শব্দস্তত্রাধিভূতং তু দিশশ্চাত্রাধিদৈবতম্ ॥৭॥
জিহ্বামধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথাশ্রুতিনিদর্শিনঃ। রস এবাধিভূতং চ আপস্তথাধিদৈবতম ॥৮॥
ঘ্রাণমধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথাশ্রুতিনিদর্শিনঃ। গন্ধ এবাধিভূতঃ তু পৃথিবী চাধিদৈবতম ॥৯॥
ত্বগধ্যাত্মমিত্যাহুস্তত্ত্ববুদ্ধিবিশারদাঃ। স্পর্শমেবাধিভূতং তু পবনশ্চাধিদৈবতম্ ॥১০॥
মনোঽধ্যাত্মমিতিপ্রাহুর্যথাশাস্ত্রবিশারদাঃ। মন্তব্যমধিভূতং তু চন্দ্রমাশ্চাধিদৈবতম্ ॥১১॥

---

অধ্যাত্মনি, সংসর্গ ( সম্ভোগ— স্থুপী নিপা তিন্নবা গী আনন্দ অহুনা অধিভূতনি, থবক অহুবু তৌহনজিবা দেবতানা হায়বদি অধিদৈবনা প্রজাপতিনা ওই ॥৩॥

সাংখ্যযোগীশিংগী মত মতুংইন্না খুং অনীসি অধ্যাত্মনি, মতম অহুনা খুংনা তৌগদৌরিবা থবক অহুনা অধিভূতনি। মাত্তবু পুব দেবতানা হায়বদি— অধিদৈবনা ইন্দ্রনা ওই ॥৪॥

বেদগী অর্থবু নৈনবশিংনা হায়বা মতুংইন্না বাক্ ( বাণী ) না অধ্যাত্মনি। ভাওজিবা বিষয় ( রা ) অহুনা অধিভূতনি, অহুগা অধিদৈবনা অগ্নি ( মৈ ) না ওই ॥৫॥

বেদবু উশিন্নবা বিদ্বান্‌শিংনা হায়বা মতুংইন্না মীৎনা অধ্যাত্মনি, রূপ ( উগদৌরিবা মশক মওং ) অহুনা অধিভূতনি, দেবতা ( অধিদৈব ) না সূর্য্যনা ওই। হায়বদি সূর্য্যদেবতানা পীবা জ্যোতিনা মীৎনা উবনি ॥৬॥

বৈদিক সিদ্ধান্তগী মতুংইন্না নাকোংনা অধ্যাত্মনি, শব্দনা অধিভূতনি, মায়গৈ পুম্বা পুরিবা দেবতানা অধিদেবনি। ( কনাগুম্বা অমনা ভাওবা, লাউবা মতংদা মায়গৈ অমত্তগীতনা মায়গৈ পুম্বদা লৈবা জীবশিংনা মতম অমতদা তাত্নম্ মতায় ) ॥৭॥

বেদনা তাক্‌পা নিয়ম অহুগী মতুংইন্না য়েংশিন্নবা হায়, জিহ্বা ( লৈ ) না অধ্যাত্মনি, লৈনা জৌন্নিবা রস ( মহাও ) অহুনা অধিভূতনি, রস অহুগী লৈফম ঈশিংনা অধিদৈবনি ॥৮॥

বেদগী তত্ত্বজ্ঞান লৈবা বিদ্বান্‌শিংনা হায়বা মতুংইন্না নাতোন্না অধ্যাত্মনি, গন্ধ ( মনম্ ) না অধিভূতনি, পৃথ্বীনা অধিদৈবনি ॥৯॥

তত্ত্বজ্ঞান থিবদা তৈশিংবশিংগী মত মতুংথন্না উন্‌পানা অধ্যাত্মনি, স্পর্শ ( শোকপা ) না অধিভূতনি, বায়ু ( নুংশিৎ ) না অধিদৈবতনি ॥১০॥

শাস্ত্রগী বিদ্বান্ পণ্ডিতশিংনা হায়নৈ,— মন ( পুক্নীং ) না অধ্যাত্মনি, মন্তব্য ওইবা বিষয় অমদি— পোংশক অহুনা হায়বদি— খন্নগদৌরিবা থম্নরিবা বিষয় অমদি পোংশক্ অহুনা অধিভূতনি, অহুগা চন্দ্রমা থা ) না অধিদেবতানি ॥১১॥

অহঙ্কারিকমধ্যাত্মমাহুস্তত্ত্বনিদর্শিনঃ। অভিমানোঽধিভূতঞ্চ রুদ্রস্তত্রাধিদৈবতম্ ॥১২॥
বুদ্ধিরধ্যাত্মমিত্যাহুর্যথাবদভিদর্শিনঃ। বোদ্ধব্যমধিভূতং তু ক্ষেত্রজ্ঞস্তাধিদৈবতম্ ॥১৩॥
এবা তে ব্যক্তিতো রাজন্ বিভূতিরনুদর্শিনঃ। আদৌ মধ্যে তথান্তে চ যথাতত্ত্বেন তত্ত্ববিৎ ॥১৪॥

তত্ত্ব খঙবা মীনা হায়,— অহঙ্কারনা অধ্যাত্মনি, অভিমাননা অধিভূতনি, রুদ্রনা অধিদেবতানি ॥১২॥ *

থাজৈশেংবা জ্ঞানী ওইবশিংনা হায়.— বুদ্ধিনা অধ্যাত্মনি, বোদ্ধব্য (খঙগদৌবা খঙলিবা বিষয় নত্রগা পোৎশক) না অধিভূতনি, আত্মানা অধিদেবতানি ॥১৩॥

তত্ত্ব খঙবা নিংথৌ। অহৌবদা, মরক্তা, অরোইবদা তত্ত্বগা লোয়ননা শোয়দনা ফেঙদোক্লকদৌরিবা জীব অতুগী বিভুতি ( সম্পত্তি — জীবাত্মাগী অধিকারদা লৈবা সম্পত্তি ) গী মঃমদা নঙোন্দা লীরবনি ॥১৪॥ †

---

* পুক্কীংনা অতুগা হকচাংনা করিগুম্বা থবক তৌবা মতমদা অধ্যাত্ম, অধিভূত, অধিদেবতা অতুম অসি ওইথিনবা পোৎশক মীশক অতুমদি লৈতবা য়াদে। গন্ধবু লৈপাক পৃথিবীনা পুই হায়রগা হেক্ক য়াবা নত্তে। গন্ধসু অশিবনি, লৈপাকসু অশিবনি। পুবা হায়বতুদি থবক অমনি। মনম্ লৌরিবসি মনম্ মশামকসু নত্তে, মনমতুবু লোইরিবা লৈপাক হায়বতুনসু নত্তে, নাতোন্ হায়বা কায়াৎ অতুনসু নত্তে। অতুনা মনমসিনি হায়না খঙলিবসিসু আত্মানা লৈরিঙেতদনি। মশান্গী বিচারদদি নাতোন্নি হায়না উনরি। অতুনদি নাতোনসিগী মফুংদা মশক উনবা আত্মা অমা লৈবা তাই। নাতোন্ পুরিবা আত্মাতুনা শব্দবুদি তাবা ঙমদে। অতুনা আত্মাগী অধিকার মফুংদা অধ্যাত্মনি। ( কালাচাঁদ )

† অ ত্মা মশামক্তা অ ধিদেবতা ওইবসি 'বুদ্ধি" হায়বসিগী মতাং খল্লরকপদা, হায়বদি— অধ্যাত্ম, অধিভূত, অধিদেবতা অতুম অদিগী মতাং খল্লরকপা মতাং মতম অসিতদা থোক্কই। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ লৈপাক আকাশ, মন, বুদ্ধি আত্মা মখোয় অসিগী তোঙান্ তোঙান্বা আত্মা অমমম্ শোয়দনা লৈকম থোকই। তোঙান্ তোঙানবা মফমদা লৈরিবা আত্মাশিং অসি সর্ব্বশক্তিমান্ নত্তে। নাসিকা ( নাতোন্ ) কৌবা ইন্দ্রি অসিগী মফুংদা লৈরিবা আত্মা অসিনা নাতোন্দা লৈবা আত্মাগুম্না মনম লৌবা ঙমদে। খঙলিবসি বুদ্ধিনসু নত্তে, বুদ্ধি মশামক্তি অশিবনি, খঙগদৌরিবা পোৎশক অতুসু অশিবনি। অতৈ অতৈগীদি অধিদেবতা অসি নুমিৎনা ওইবা য়াওই, থানা ওইবা য়াওই, জলদেবতানা ওইবা য়াওই। অতুগা বুদ্ধিগী অধ্যাত্মদি আত্মা মশামক্তা ওই। অতৈ অতৈগীদি আত্মা মশামক্তা ওইদে। হায়বদি — নাতোন কৌবা ইন্দ্রিয়না মনম্ হায়বা অধিভূত অসিবু লৌরিবসি থাজৈশেংবদি নাতোন্ ( নাসিকা ) মশানা নত্তে, আত্মা মশামক্তসু নত্তে। মনম্ লৌবা লৌদবগী রাদি লায়রক্না পোকপা শিবা ফাওবা য়াওবিদবা আত্মানি। অতুনা য়াম্না কুপ্পা তাত্ত্বিক বিচারদা মৈৎ, মাকোং, লৈ, নাতোন্, উন্শা, মন, বুদ্ধি অহঙ্কার মখোয় অসিগী তোঙান্ তোঙাবা আত্মা অমমম্ লৈবা তাই হায়না তত্ত্ব খঙবশিংনা লেপ্পরবনি। মাগী মাগী অধিকারগী মফুংদা লৈবতুদগী

প্রকৃতির্গুণান্ বিকুরুতে স্বচ্ছন্দেনাত্মকাম্যয়া। ক্রীড়ার্থে তু মহারাজ শতসোহথসহস্রশঃ ॥১৫॥
যথা দীপসহস্রাণি দীপান্মর্ত্যাঃ প্রকুর্ব্বতে। প্রকৃতিস্তথা বিকুরুতে পুরুষস্য গুণান্ বহূন্ ॥১৬॥
সত্ত্বমানন্দ উদ্রেকঃ প্রীতিঃ প্রাকাশ্যমেব চ। সুখংশুদ্ধিত্বমারোগ্যং সন্তোষঃ শ্রদ্দধানতা ॥১৭॥

---

মহারাজ! প্রকৃতিদেবীনা মনীংমথা তন্না শান্নগে হায়বগীদমক মশা মথন্তগী নীংবা মতুংইন্না— মশা মথন্তদগী গুণ চাম চাম, লিশিং লিশিং পুথোরকই ॥১৫॥

থাউমৈ অমত্তনগী থাউমৈ লিশিং লিশিং, লখা লখা মথং মথং লৌনহনা থান্নখিবহুগুম্না-- প্রকৃতিনা পুরুষগা ভিন্নরুবদগী গুণ লিশিং লিশিং পুথোক্‌থি ॥১৬॥

ভপথবা, খাওহৈবা, মুংশিবা, চাওখৎপা, কোওদোকপা ( জ্ঞানশক্তি ), মুংঙাইবা, শেংদোকপা, অনায়েক্

---

হেন্দোক্‌না অমগী অধিকারদা লৈববু লৌবা ওমদবা আত্মাহুনি অধ্যাত্ম হায়ন্নিবসি। অহুবু বুদ্ধি হায়বা অসিগী অধ্যাত্মদি আত্মা ( জীবাত্মা ) মশামক্না ওইরে। খঙলিবসি বুদ্ধিন্তগী ওইবা আত্মা ওইবা মতমদা আত্মাহু অধ্যাত্মা কৌগনি। মাগী মাগী অধিকারগী মনুংদা লৈতববু পুম্বা— লোইবা ওমদবনা অধ্যাত্মা কৌবতলি। বুদ্ধিবু লোইবা আত্মাতদি অতৈ অতৈগী অধিকারগী মনুংদা লৈরবসু পুন্না লোইবা ওম্মি। হায়বদি— নাতোন্‌তগা লোইনবা আত্মা ( অধ্যাত্মা ) অহুনা মনমদগী হেন্না অতৈ অতোপ্পগী অমা লাম্মুবা ওমদে। অহুগা বুদ্ধি হায়বীসিগা লোয়নন্নিবা আত্মাদি - রূপ, রস, গন্ধ, স্পর্শ, শব্দ ·· লোইনা খঙবা লৌবা ওম্মি। নাতোন্, মীৎনচিংবগা লোয়নন্নিবা আত্মাদি সববশক্তিমান্ নত্তে। বুদ্ধিগা লোয়নবা আত্মাতনা সর্ব্বশক্তিমান্ ওই। করিসু খঙত্রবা পঙপ্রবা মীদা লৈরিবা আত্মা অহু বুদ্ধি হায়বীহুগদি তিন্নদ্রবনিনা সর্ব্বশক্তিমান্ ওইবা ওমত্রে। অহুম ওমদহুনা দৈপ্রিবসু নত্তে। হোৎনরগা সৎসঙ্গ তৌরগা বুদ্ধিমান্ ওইবা মীশক অমা ওইরকপা মতমদা আত্মা অহুসু সর্ব্বশক্তিমান্ হায়বদি—সর্ব্বজ্ঞ ওইরকই। মনম্ মুংশি নমথী হায়না বুদ্ধি তৌবগী হায়বদি খঙবগী, নাতোন্‌দা লৈবা আত্মা অহু নাতোন্‌গী অধ্যাত্মানি। মতম অহুদা নাতোন্ মশামক্না নম্বা হায়বা থবক অহুগী অধ্যাত্মনি হায়বা য়ারে। অধ্যাত্ম অহু নাতোন্না ওইথোক্‌প্রবনিনা মহাক্না লৌগদৌন্নিবা অধিভূত অহুদি গন্ধ অহুনা ওইরে। গন্ধহুগী লৈকমনা লৈপাক্‌না ওইরে। অহুনা নাতোন্ কৌবা অধ্যাত্মনা লৌন্নিবসি লৈপাক্কী মনমনি। অহুবু সর্ব্বশক্তিমান্ নত্তবনা লৈপাক্কী মনম্নি হায়বা কাওবা খঙদে। ঈশিংগী, শন্দোমগী, লৈগী মনমসি লৈবাক্কী মনমনি হায়বা খঙলে। নাতোন্দা লৈন্নিবা অধ্যাত্ম অসিনা সর্ব্বাত্মা হেক্ ওইরক্‌পা মতমদা— উপনিষত্তা হায়ন্নিবহুগী মতুংইন্না নাকোংনসু নম্মি, নাতোন্নসু তান্ন, মীৎনসু লৌই ·· অসিনচিংবসি মশানা তারক্কদৌন্নিবনি। হায়ন্নিবা য়াকম অসি নোংচুপ-লোমগী ফিলোসোফীগী বিচারদগী য়াংমদা লৈবা য়ানি। আত্মা ( জীবাত্মা ) হেক্ মুংখিবদগীদি অধ্যাত্ম অমতা লৈয়ু হায়বা য়াত্রে নাসিকা কৌবা অধ্যাত্মনা মনম লৌবা ওমত্রে। ( কালাচাঁদ )

অকার্পণ্যমসংরম্ভঃ ক্ষমা ধৃতিরহিংসতা। সমতা সত্যমানৃণ্যম্মার্দবং হ্রীরচাপলম্ ॥১৮॥
শৌচমার্জবমাচারলৌল্যং হৃদ্যসম্ভ্রমঃ। ইষ্টানিষ্টবিয়োগানাং কৃতানামবিকত্থনা ॥১৯॥
দানেন চাম্বগ্রহণমস্পৃহত্বং পরার্থতা। সর্ব্বভূতদয়াচৈব সত্ত্বস্যৈতে গুণাঃ স্মৃতাঃ ॥২০॥
রজোগুণানাং সংঘাতো রূপৈশ্বর্য্যবিগ্রহৌ। অত্যাগিত্বমকারুণ্যং সুখদুঃখোপসেবনম্ ॥২১॥
পরাপবাদেষুরতির্বিবাদানাং চ সেবনম্। অহঙ্কারমসংকারশ্চিন্তা বৈরোপসেবনম্ ॥২২॥
পারস্তাপোঽস্তিহরণং হ্রীনাশোঽনার্জবং তথা। ভেদঃ পরুষতাচৈবা কামঃ ক্রোধোমদস্তথা ॥২৩॥
দর্পো দ্বেষোঽতিবাদশ্চ এতে প্রোক্তা রজোগুণাঃ। তামসানাং তু সংঘাতং প্রবক্ষ্যাম্যপধার্য্যতাম্ ॥২৪॥
মোহোঽপ্রকাশস্তামিস্রমন্ধতামিস্রসংজ্ঞিতম্। মরণঞ্চান্ধতামিস্রং তামিস্রং ক্রোধ উচ্যতে ॥২৫॥

লৈতবা, পেঙবা, শ্রদ্ধা, কাহেন্না অতোম্বন থন্দুনা পুক্নীংবু হুম্বহনবা, অশাউবগী শরুক্ মরীক্ অমা ফাওবা য়াওদবা, ভাক্পি হৈবা, খাঙবা কন্বা, অহিংসা ( হিংসা তৌদবা ), খ্বাই পুন্নমকপু চপ মান্নবা উবা, অচুম্বা ঙাওবা, মীগী লমন তোন্দবা, য়াম্না থোৎপা, তঙ্গা তঙ্গাদবা ঈকাইবা খঙবা, তথক্ ফুথক্তবা, ঈশেং শেংনা ভৌথিবা, ঈচম্ চম্বা, আচার বিচার য়াম্না য়েংবা, মীগী মরন্দা মিহৌরুদবা, থম্মোয়দা অমকপা অঙকপা থমদবা, নুংশিবা পাম্মবা কায়নবা তিন্নবগী রা অসি মীওল্ অমদা থক্ হায়দোক্ তমথোক্তবা, পীথোক্পগী পাম্বৈনা তপথবা ঈংথবা ওইহনা লৈবা, সিমতং রাংলি হায়রুনা মথা অমুক লাম্মুত্রবা, মীগী ফননবতা থন্বিবা, অচচচম্ভ জীবপানবদা থৌজাল হৈবা…… হায়রিবা পুন্নমক অসি সত্ত্বগুণগা মরী লৈনবা গুণ মক্তনি ॥ ৭—২০॥

মশক মতৌ অহুগা মশক মতৌহুবু উৎনীংবা, ঐশ্বর্য্য অহুগা ঐশ্বর্য্যহুবু উৎনীংবা, অমগা লৌতান্নরকপা য়েৎনরকপা – শুভম তান্নরকপা, থাদোক্পা পীথোকপগী শরুক্ অসি ঈরাও য়াওদবা, মীগী অরা অনা উরগা নুংশি নুংওন্বা পোক্কন্দবা, অমুক্নু রাবা অমুকনু নুংঙাইবা, মীবু নিন্দা তৌবদা নুংঙাইজবা, থৎনচৈনবা শীংনবসি য়াম্না পামজবা, নাপল — থোয়বা— চাউথোক্পা, ঈকায় খুম্নবা য়াবা মীশকপু থৌওই থৌশাদবা. চিন্তা য়াম্না তৌগনবা, অমা নত্রগা অমগা বৈরীভাব অসি থম্গনবা অহুগা থম্লিংবা, থম্মোয় শোক্লা রাগনবা, মীগী মরন্ খোপচিন্নিংবা, ঈকারবা থঙদবা, মবুকচেল্ খোয়বা, তোঙান্তানিংবা মবুক্চেল্ থাবা, অপাম্বা অশাউবা মিহৌগন্বা কল্লকপা থোয়বা লেমজনীংবা রা য়াম্না ঙাওজনীংবা… রজোগুণগী মপৈনি তমোগুণগী লক্ষণ মরাম অহুস্থ হায়থরক্কে তাও ॥২১—২৪॥

শুম্নাংপা, ঈপণ্ড পণ্ডথবা, জ্ঞান তাদবা, থম্মোয়দা মঙালগী শরুক্ য়াওথিত্রবা, শূক্শুমুক পুন্নম্ মম্‌ত্রবা, ( তামিস্র ) হায়রিবসিনা অশাউবগী অর্থনি। শূক্শুমূক মম্‌ত্রবা ( অন্ধতামিস্র ) হায়বা অসিনা থাঙ্গৈশেংনা শিরবগী অর্থনি। * চাবা থক্পা মতমদা ঈহৈ হৈনিংদবা, হায়বদি হাউই কৌবতা হায়নীংথিত্রবা, চায়বস্থ

* জীবাত্মা অসিনা হকচাংদগী থোক্থিহুনা চৎখিবা অসি মমীৎ তাঙবা মীনা মম্‌ত্রবা অহিংলা কনাস্থ

তমসো লক্ষণানীহ ভক্ষণাত্তিরোচনম্। ভোজনানামপর্য্যাপ্তিস্তথা পেয়েষ্বতৃপ্ততা ॥২৬॥
গন্ধবাসো বিহারেষু শয়নেষ্বাসনেষু চ। দিবাস্বপ্নেঽতিবাদে চ প্রমাদেষু চ বৈ রতিঃ ॥ ৭॥
নৃত্যবাদিত্রগীতানামজ্ঞানাৎশ্রদ্দধানতা। দ্বেষো ধর্ম্মবিশেষাণামেতে বৈ তামসাগুণাঃ ॥২৮॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
যাজ্ঞবল্ক্য-জনকসংবাদে অষ্টাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০৮॥

——:(#):——

মহাত খত্তদবা, অহাওবা ওইরবস্থ পুন্নক্লিবা মথৈতা চেংঙবা ক্লুংভাইবসি ঈপোক্ পোক্নবা, ফনা অহাওবা পুন্নিক্লিবস্থ খূক্পেন পেন্দবা, হায়বদি— হাওত্রিত মহায়বা, অতুগা হাপ্নিবমথৈস্থ ওক্নন্দবা, মহী মল্লাই থক্ চাবদা পেনবা কৌবা নাইদবা, মনম্ নম্থীবা ফিরোল্ শেংপা, হৌনদবা তুক্কচবা মশাম্ন শান্নবা ( জুন্নায় শান্নবা ), কমুং ফান্নুং কম্ফায়চিংবা পোৎ খুদিংমক হঙ্গোইনকম ওইনা মোৎলবা, নম্থীরবা, ভম্নুক্ লুংথিন্দা ভূম্গনবা, খৎন চৈনবদা হৈনগল্লবা, ঈশৈ শকপী জগোইশাবীশিংগতা থোরোৎ খদানহুনা লৈপনবা, জ্ঞান ঈভ্রা তাদনা পুং শেল্নচিংবদা আসক্তি য়ায়া থম্বা, ভোঙান্ তোঙানবা ধর্ম্মশিংবু কল্লক্নন। নিন্দা তৌবা··· হায়রিবা পুম্নমক অসি তমোগুণগী লক্ষণ খুদমমক্তনি ॥২৫—২৮॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা
শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা যাজ্ঞবল্ক্য-জনক সংবাসগী চহুমনিপাল্গুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০৮॥

——:(+):——

ফনাস্থ য়াওদনা চৎথিবহুগুয়া চৎথি। অসিগুম্বা অমম্বা অসিবু "অন্ধতামিস্র" হায়না কৌই। ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## নবাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( সাত্ত্বিক, রাজসিক, তামসিক ওইবা মীশিংগী তোঙান্ তোঙানব গতি )

### চহুমগা মাপনশুবা অধ্যায়

—:(০):—

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

এতে প্রধানস্য গুণাস্ত্রয়ঃ পুরুষসত্তম। কৃৎস্নস্য চৈব জগতস্তিষ্ঠন্ত্যনপগাঃ সদা ॥১॥
অব্যক্তরূপো ভগবান্ শতধা চ সহস্রধা। শতধা সহস্রধা চৈব তথা শতসহস্রধা ॥২॥
কোটিশশ্চ করোত্যেষ প্রত্যগাত্মানমাত্মনা। সাত্ত্বিকস্যোত্তমং স্থানং রাজসস্যেহমধ্যমম্ ॥৩॥
তামসস্যাধমং স্থানং প্রাহুরধ্যাত্মচিন্তকাঃ। কেবলেনেহ পুণ্যেন গতিমূর্দ্ধামবাপ্নুয়াৎ ॥৪॥
পুণ্যপাপেন মানুষ্যমধর্ম্মেণাপ্যধোগতিম্। দ্বন্দ্বমেষাং ত্রয়াণাং তু সংনিপাতং চ তত্ত্বতঃ ॥৫॥
সত্ত্বস্য রজসশ্চৈব তমসশ্চ শৃণুষ্ব মে। সত্ত্বস্য তু রজো দৃষ্টং রজসশ্চ তমস্তথা ॥৬॥

---

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— নিপা অথোইবা! নিংথৌ! সত্ত রজ তম হায়বা প্রকৃতিগী গুণ অহুম অসে জগৎ পুম্বদা, মফম পুম্বদা ঈকায় কায়দনা লৈরিবনি। কনাগুম্বা করিগুম্বা অমত্তনা মাসিদগী লাম্থোকপা য়াদনা লৈরিবনি ॥১॥ অস্মুক্ য়াম্না শক্তি ঐশ্বর্য্য পুরবী প্রকৃতি অসিনা মহাক্ মশা মথন্তগী শক্তি (প্রভাব) না জীব অসিবু শক্লোল্ চাম চাম, লিশিং লিশিং, লখা লখা, কোটি কোটি থোক্লা পুহল্লিবনি ॥২॥

অধ্যাত্মশাস্ত্রবু নৈনরিবা, চিন্তা তৌরিবা জ্ঞানীশিংনা হায়রি,— সাত্ত্বিকগুণচেম্বশিংনা খ্বাইদগী অথোইবা, রজোগুণচেম্বশিংনা ময়ায়, তমোগুণচেম্বশিংনা অতোম্বা মফম ফংঙি ॥৩॥

পাপকী শরুক্ শূক্য়াও য়াওদবা পুণ্যকর্ম্মতা মতৌবা মী ংনা খ্বাইদগী মথক থংবা মফম ( স্বর্গ ) দা, পাপকা পুণ্যগা য়ান্মনা কর্ম্ম তৌবশিংনা মর্ত্তলোকতা, অদুগা পুণ্যগী শরুক্ লেশমাত্র য়াওথিদ্রবা কর্ম্ম তৌবশিংদনা খ্বাইদগী লৈথা তাবা হুম্বা মপোক্তা পোকই ॥৪॥ হৌজিক্ত নিংথৌ! সত্ত রজ তম হায়রিবা গুণ অহুম অসিগী য়াম্থোক্ য়াঙ্কিন্‌গী, হায়বদি— অনী অসি ত তিন্নবা দন্দ্বভাবকী অদুগা অহুম অহুম তিন্নবা সন্নিপাত ভাবকী মওং অদু হায়গে মুম্মা তারো ॥৫॥

সত্ত্বগুণগা লোয়নবা রজোগুণ, রজোগুণগা লোয়নবা তমোগুণ, তমোগুণগা লোয়নবা সত্ত্বগুণ, অদুগা

তমসশ্চ তথা সত্ত্বং সত্ত্বস্যাব্যক্তমেব চ। অব্যক্তঃ সত্ত্বসংযুক্তো দেবলোকমবাপ্নুয়াৎ ॥৭॥

রজঃ সত্ত্বসমাযুক্তো মানুষ্যেষু প্রপদ্যতে। রজস্তমোভ্যাং সংযুক্তস্তির্যগ্যোনিষু জায়তে ॥৮॥

রাজসৈস্তামসৈঃ সত্ত্বৈর্যুক্তো মানুষমাপ্নুয়াৎ। পুণ্যপাপবিযুক্তানাং স্থানমাহুর্মহাত্মনাম্ ॥

শাশ্বতং চাব্যয়ং চৈবমক্ষয়ং চামৃতং চ তৎ ॥৯॥

জ্ঞানিনাং সম্ভবং শ্রেষ্ঠং স্থানমব্রণমচ্যুতম্। অতীন্দ্রিয়মবীজং চ জন্মমৃত্যুতমোনুদম্ ॥১০॥

অব্যক্তস্থং পরং যৎ তৎ পৃষ্টস্তেঽহং নরাধিপ। স এব প্রকৃতিস্থো হি তৎস্থ ইত্যভিধীয়তে ॥১১॥

অচেতনা চৈব মতা প্রকৃতিশ্চাপি পার্থিব। এতেনাধিষ্ঠিতা চৈব সৃজ্যতে সংহরত্যপি ॥১২॥

জনক উবাচ।

অনাদিনিধনাবেতাবুভাবেব মহামতে। অমূর্তিমন্তাবচলাবপ্রকম্পৌ গুণাগুণৌ ॥ ১৩॥

---

সত্ত্বগুণতগা লোয়নবা অব্যক্ত জীবাত্মাগী তিন্নবা অসিগুম্বা মতিন্ন অসি অনী অনীত ওইনা হিন্নবগী দ্বন্দ্ব ভাবকী মওংদা তিন্নবা কৌই। জীবাত্মা অসিনা দ্বন্দ্বভাবতা আশ্রয় তৌদনা সত্ত্বগুণতগা তিন্নবা চৎপ্রবদি স্বর্গলোক থংখি ॥৬—৭॥

রজোগুণ খরগা সত্ত্বগুণ খরগা তিন্নবা চৎখিবা জীবনা ভাইবংমীগী দেহদা চঙচনা পোকলুই। রজোগুণগা তমোগুণগা তিন্নবা চৎখিবা জীব অসিনা শা উচেকী মপোক্ (দেহ) দা চঙচনা পোকলুই ॥৮॥

রাজস, তামস, সাত্ত্বিক ভাব অহুমসিমকী য়াম্নবা মওংদা হায়বদি— য়াম্নবা প্রকৃতিগী মওংদা চৎপ্রবদি জীবসিনা মনুষ্যযোনিদা হায়বনি — মীওইবগী মপোক্কা চডিও। য়াম্নবা মওংসদগী পাপ পুণ্য অনীগী য়াম্নবা মওংদু অহুম ওইশিবতনি। হায়রিবা য়ানবা মওং অসিদা ঈয়াও য়াওখিদ্রবা অহুগুম্বা মহাত্মা পুরুষশিং আহুদি মতম পুম্বদা লেংদ্রবা, মশক হোংবা লৈত্রবা, অযাও অভা লৈত্রবা, অমৃত পদবীবু হায়বদি— পোকপা শিবা লৈত্রবা অমৃতধাম অমত য় ভি ॥৯— ০॥

নিংথৌ। মহাক্য অব্যক্ত প্রবৃত্তিদা লৈবা পরমতত্ত্বগী য়রমদা ঐঙোন্দা হংখি। মাহুগী পাউখুমদা শায়া হায়গদবদি- অহুগুম্বা পরমতত্ত্বদো অমনা প্রাকৃত শরীরদা লৈবা মতমদা হায়বদি— প্রকৃতি— মৈ, ঈশিংরচিংবনা মচাক্ ওইদনো শাগ্রিবা হক্চাং অসিদা লৈবা মতমদা পরমতত্ত্ব প্রকৃতিস্থ হায়না থংনৈ, অসুতনি ॥১১॥

নিংথৌ। প্রবৃত্তি শাবরীসে অচেতননি (মথাংগী পান্দবনি) হায়না খঙনরে। অদুবু মথাংগী পান্দো হায়রনাস্ত পরমতত্ত্বনা মাংন্দ লৈবা মতমা অদুতদদি, পরমতত্ত্বনা থৌজিনবদগী সৃষ্টিস্থ তৌই, সংহারস্থ তৌই ॥ ১২॥ জনকনা হায় — মহাজ্ঞানী ব্রহ্মণ! প্রকৃতি পুরুষ অনীমক্ অহৌবা অরোইবা নাইদবনি, লেংদবা লৈবনি, অদুগা মশক মওং অমত্তা য়াওদবনি। মখোয় অনীমক্ মশা মশাগী গুণগা চুংনা লৈজবনি। অদুগা মখোয় অনীমক্কি নিগুণনি, মশা মশাগী কনিগুম্বা অমত্তা লৈজবনি ॥১৩॥

অগ্রাহ্যাদৃষিশার্দূল কথমেকোহ্যচেতনঃ। চেতনাবাংস্তথা চৈকঃ ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি ভাষিতঃ ॥৪॥
ত্বং হি বিপ্রেন্দ্র কাৎস্নেন মোক্ষধর্ম্মমুপাসসে। সাকল্যং মোক্ষধর্ম্মস্য শ্রোতুমিচ্ছামি তত্ত্বতঃ ॥৫॥
অস্তিত্বং কেবলত্বঞ্চ বিনাভাবং তথৈব চ। দৈবতানি চ মে ব্রূহি দেহং যান্যাশ্রিতানি বৈ ॥৬॥
তথৈবোৎক্রামিণঃ স্থানং দেহিনোঽপি বিপদ্যতে। কালেন যদ্ধি প্রাপ্নোতি স্থানং তৎ প্রব্রবীহি মে ॥৭॥
সাংখ্যজ্ঞানঞ্চ তত্ত্বেন পৃথগ্‌যোগং তথৈব চ। অরিষ্টানি চ তত্ত্বানি বক্তুমর্হসি সত্তম ॥
বিদিতং সর্ব্বমেতত্তে পাণাবামলকং যথা ॥ ৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
যাজ্ঞবল্ক্য-জনক সংবাদে নবাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩০৯॥

——:(०):——

মুনি অথোইবা! মথায় অনীমক বুদ্ধিনা লম্ব ফংদ্রবা ঙাক্কনি। অদুবু মখোয় অনীগী মরুংদা প্রকৃতি হায়বসিনবুদি চেতনা যাওদবনি হায়নস্ত তাকানিবি। অদুগা অমবুদি চেতননি, মথা্য় পান্‌বনি. ক্ষেত্রজ্ঞ হায়না অমুক্ তক্‌পিবি মাসিগী থক্কেংবা মরম অনদি তত্ত্ব অসি ঐ অমুক্কা তাজনীংঙি ॥ ৫॥

ব্রাহ্মণ অথোইবা! ব্রহ্মণ মহাক্তি মোক্ষধর্ম্মবু মপূংফানা সেবন তৌবিরি। মরম অদুনা মোক্ষধর্ম্মগী তত্ত্ব অদো ঐ চপচানা অমুক্কা তাজনীংলি ॥ ৬॥

প্রকৃতিগী মরুংদা লৈরিবা পুরুষ অসিগী অস্তিত্ব (লৈবিবা মবৈ, করমৃহায়না লৈরিবা), কেবলত্ব (করিগুম্ব অমতগা সম্পর্ক থমদনা মথন্ত তোতোপ্না লৈবগী মবৈ অদুগা প্রকৃতিগী মরুংদনি লৈরগা, প্রকৃতিদগীদি তোতোপ্না লৈ হায়রিবশিং মচাথংনা তোঙাল্-তোঙাল্ অমুক্ক তাকপিয়ু অদুগা, অদুম্ তৌনা চৈংরিবগী তত্ত্বমুস্ত ঐদেন্দ তাক্‌পিয়ু ॥ ৬॥ অস্তকালগ যৌরক্লবদা প্রাণনা অমত ওংথিরকপা থক্‌নিরক্লবদা জীব পালনা অমুক্ পোক্লগদবগী করম্বা যোনিগী মায়কৈগা মমাং চেনশিল্লকপগে? হংজরিবাসগা মরমদা শুপাইনা অমুক্ক তাক্‌পিয়ু ॥ ৭॥ সাধু, মহাত্মা ওইরবা জ্ঞানীশিংগী কেঙ্কী লৈতেওইনা লৈবিরিবা ব্রাহ্মণ! সাংখ্য অমদি যোগ অনী অসিগী তোঙাল্ তোঙাল্বা জ্ঞান অদুস্ত তাক্‌পিয়ু। মৃত্যুহায়বদু লাকপগী লক্ষণ (খুদম্) পুম্নমক্ অদুস্ত চপচানা তাজনীংঙি। তত্ত্বজ্ঞান পুম্নমক্ অসিদি ব্রাহ্মণমহাক্তীদি থুকাম্না কাপ্নগুম্বনি। পুম্না চৈপ্রাঅম থম্বগুম্বনি। হায়না থোক্কনি ॥ ৮॥

মুকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, যাজ্ঞবল্ক্য জনক সংবাদদা চহুমগামাপল্‌গুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩০৯॥

——:(०):——

# মণিপুরী মহাভারত

## দশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( প্রকৃতি পুরুষ অনীগী মথমদা নৈনবা অতুগী মাতুগী মহৈ )

### চহুমগা তরাশুবা অধ্যায়

——:(⊕).——

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

ন শক্যো নির্গুণস্তাত গুণীকর্ত্তুং বিশাম্পতে। গুণবাংশ্চাপ্যগুণবান্ যথা তত্ত্বং নিবোধ মে ॥১॥

গুণৈর্হি গুণবানেব নির্গুণশ্চাগুণস্তথা। প্রাহুরেবং মহাত্মানো মুনয়স্তত্ত্বদর্শিনঃ ॥ ॥

গুণস্বভাবস্ত্বব্যক্ত গুণানেবাতিবর্ত্ততে। উপযুঙ্‌ক্তে পানেব স চৈবাজ্ঞঃ স্বভাবতঃ ॥৩॥

অব্যক্তস্তু ন জানীতে পুরুষোজ্ঞঃ স্বভাবতঃ। ন মত্তঃ পরমোঽস্তীতি নিত্যমেবাভিমন্যতে ॥৪॥

---

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— ঈবুঙো! প্রজাগী মপু। নির্গুণবু সগুণ, সগুণবু নির্গুণ থব্ ওইহন্‌বা, শেম্‌-দোক্‌পা য়াদে। হায়রিবা বিষয় অসিদা লৈবিবা তত্ত্ব অসে ঐ হায়থরক মুন্না তাও ॥১॥

তত্ত্বথঙবা মহাত্মা মুনিশিংনা হায়,— গুণগা মরী লৈনবমখে সগুণনি, গুণবাননি। গুণগা মরী লৈনদবা, করিগুম্বা গুণ অমতগা সম্পর্ক থমদবদো নির্গুণনি, গুণহীননি ॥২॥

অব্যক্ত প্রকৃতিদি মহৌশাদগী গুণবতীনি, হায়বদি সগুণনি। মহাক্তি করিগুম্বা মতমদা গুণশিংসিবু লাম্থোক্তুনা চংখিবা ঙমদে। অদুগা প্রকৃতিনা লাম্থোকপা য়াদনা, লোয়দনা ভাক্ লৈরিবা গুণশিং অদুবু থবক্তা শীজিরে। অদুগা মঙোন্দা মহৌশাদগী জ্ঞানগী শক্তক অসি শৃক্‌য়াও য়াংদবনি ॥৩॥

প্রকৃতিনা করিগুম্বা পোৎ অমতবু খঙদে। অদুগ হায়রিবসিগা ওন্ন-তৈনবা মঙংদা লৈরিবা পুরুষদি জ্ঞানীনি, মঙোন্দগী হেন্‌বা পোৎ অমতা জগৎতা লৈত্রে অসুম্ হায়নস্থ * মহাক্ মশানা থঙ্জে ॥৪॥

---

* প্রকৃতিগা পুরুষগা অনীসিনা লৈমিন্নরিবা মওংসি অঙকপনি। অমরোম্‌দা হায়রগা হকচাং সিগ জীবাত্মাগা অনীসিনা লৈমিন্নবিবা মরৈ অসি অঙকপনি হায়বতনি। প্রকৃতি অসিদি হায়বদি হক্‌চাং অসিদি অশিবনি। ঐ পঞ্চভূতগী মাংসপিণ্ড অম ওইনত লৈজবনি হায়র্বসি, জ্ঞানয়াওজদবনিনা ( অশিবনিনা ), মহাক্ মশানা খঙ্‌জদে। জ্ঞান পূম্নমক্কী তুংনফমনি হায়রিবা জীবাত্মা মহাকস্থ অদুমঙায়। ঐ অশিবা হকচাংসিগী নত্তুংদা লৈম্নিথনিকো হায়বসি মহাক্ মশানা খঙজদে। মাসি থঙজত্রিবসিগী মরম (কারণ) দি করিমত্তা খঙথিত্রবা অশিন্না

অনেন কারণেনৈতদব্যক্তং স্যাদচেতনম্ । নিত্যত্বাচ্চাক্ষরত্বাচ্চ ক্ষরত্বান্ন তদন্যথা ॥৫॥
যদাজ্ঞানেন কুর্ব্বীত গুণসর্গং পুনঃ পুনঃ । যদাঽত্মানং ন জানীতে তদাঽত্মাপি ন মুচ্যতে ॥৬॥
কর্তৃত্বাচ্চ সর্গানাং সর্গধর্ম্মা তথোচ্যতে । কর্তৃত্বাচ্চ যোগানাং যোগধর্ম্মা তথোচ্যতে ॥৭॥
কর্তৃত্বাৎ প্রকৃতীনাং চ তথাপ্রকৃতিধর্ম্মিতা ॥৮॥

ময়ম অসিদগী প্রকৃতিবু অচেতননি হায়না লৌনখিংনি । ক্ষয় ওইবা মরম্মা হায়বদি— বিনাশী ওইবা মরম্মা, অশিবা ওইব' নত্তনা করিমত্তা ওইফম্ থেংক্তে । অমাঙ অতা লৈতবা, নিত্য ওইবা মরম্মা পুরুষদি সচেতননি ॥৫॥

পুরুষ অসিস্থ প্রকৃতিদগী হেক্ লাম্থোক্পা ঙমত্রিফাওবা অশিবগা পাংথক্ ওইদুনা অহুম্মরে । গুণশিং অসিগা হন্ন হন্ন তিন্নদুনা লৈরিমথৈ নত্রণা ঐ অসি প্রকৃতিগী গুণ শিং অসিদগী লাপ্ন লৈরিবনিকো হায়বসি পুরুষমশামক্না হেক্ খঙ্জত্রিবদুফাওবা মহাক্ মক্স্থ প্রকৃতিদগী মুক্তওইবা ঙমদে ॥৬॥

পুরুষ অসি মশানা মশাবু সৃষ্টিকর্ত্তানি হায়না খঞ্জবনা সর্গধর্মা ( শেম্বতনা মাগী ধর্মওইবা ) কৌহল্লি যোগগী কর্ত্তানি হায়না লৌজবনা যোগধর্ম্ম ( যোগতনা মাগী ধর্মওইবা ) হায়না কৌহল্লি ॥৭॥ প্রকৃতিগী ধর্ম্ম

জ্ঞানয়াওত্রবা হকচাংগা কাহেন্জিন নক্শিন্নক্লবদগী মহাক্না অশিবা হকচাংশিবু ঐ নি হায়না খল্লুবদগীনি । জীবাত্মা ঐ অশিবনি, জ্ঞানয়াওদ্রবা পঙথরবনি হায়না ঈশ'মক্না হায়জরেনা হায়বসি মহাক্ খক্ খন্দে । ঈখঙ্ খঙ্খিদ্রবমক্না হায়রবস্থ করিগুম্বা মতম্দা করিগুম্বা দেহদা লৈবা জীবসিনা শিদবা আত্মাগী তত্ত্ববু কন্নৈনবা য়াওরি । নৈনরিবদুমক্ মহাক্ মশামক্কীনিকো হায়বা খঙদবা জীবনা অয়াম্বনি । মপানগী অশিবা হকচাংদা পাল্লিবা অশিবা থোঙখু'ন লেঙ্লি ওংলিবসি জীব মহাক্না লেঙ্লিবনি । হকচাংসিবু লেঙ্হন্বা নত্তে, মহাক্লি লেঙলিবসি । হকচাং অসিনা শিবদা মহাকস্থ য়াওত্রে, মৈথাদোকখিবদ জীব মহাকস্থ য়াওত্রে হায়রিবা নাস্তিকশিং অসি অশিবওাক্তনি । বৈজ্ঞানিক কয়াগী জীবনা পাইখৎকদবগী ঈশিংমন্নুংদা পাইশিন্খিগদবগী হোৎনরি । হকচাংসিদগী পাইটোক্লুনা খাঙ্ঈউনউনা চংখিবগী রাদি মঙ ফাওবা খল্লুদে । অশিবা হকচাংশীবু জীব মামক্লি হায়না খল্লুবদগীনি । মাসিবু অহংকার কৌই। অহংকারগা কোম্নহনা হায়বদি, হকচাংসিবু (অহং) ঐ নি খল্লুনা লৈরিবা জীবমহাক্না শাগ্নিবা পোৎ মথৈ অনিত্য ওইরিবসি অহংকারগী লোয়ননা শাখিবদগীনি । মরম্দি অহংকারদি অনিত্যনি, মায়ানি, অজ্ঞানবনি । বৈজ্ঞানিকনা শারিবা পোৎম্থৈ অনিত্যনি অজ্ঞানগী মূর্ত্তিনি । ঙহাক ঙগাক্তং উংলল্লগা নীঙ্থায়খিগদবা ঙাক্তনি । মীঙথায়খিগদবা হকচাং অসিদা মহাক্না নপ্শিনদুনা লৈরি । লৈখা তারগদবা ঙহাক্ত তাররবা, মপানা কক্চরিবা উশাদা তোংলবা নপতুনা লৈবা অহুঙম্বা পঙ্থরবা জীবনি । অহুম্না পঙথরবা নাস্তিকশিংনা মশানা অহুম হায়জম্বিবদুনি জীবদি হকচাংগা লোয়ননা মৈ চাকপদা য়াওত্রে হায়রিবনি ॥

( কালাচাঁদ )

কর্ত্তৃত্বাচ্চাপি বীজানাং বীজধর্ম্মা তথোচ্যতে। গুণানাং প্রসবত্বাচ্চ প্রলয়ত্বাৎ তথৈব চ ॥২॥
উপেক্ষত্বাদনন্যত্বাদভিমানাচ্চ কেবলম্। মন্যন্তে যতয়ঃ সিদ্ধা অধ্যাত্মজ্ঞা গতজ্বরাঃ ॥
অনিত্যং নিত্যমব্যক্তং ব্যক্তমেতদ্ধি শুশ্রুম॥ ৩॥

ধর্মপুম্নমক্পু মহাক্কমশানা য়ারবদি হায়বদি, মশাগী ধর্মনিহায়ন হেক্নমক্ লৌরবদি পুরুষকৌবা মহাকপ্রকৃতিধর্ম হায়বন্থু মশানা ওইবাতায়ে ॥৮॥

চত্তব জীবশিংগী হায়বদি, হৈপাল লৈপাল উ রানচিংবগী জীব (মরু-মরূ) গী কর্ত্তা (অশেম্বা অশাব মপু) ওইবদগী পুরুষ মহাক্পু বীজধর্ম হায়নস্থু কৌই। গুণ পুম্নমক্কী পুথোরক্পা লৌ শল্ লোইশিন্খিবমপু ওইবদগী মহাক্পু গুণধর্ম্ম হায়নস্থু কৌই। ॥৯॥

অধ্যাত্মশাস্ত্রবু মুম্ন খঙ্লবা, করিগুম্ব বিষয় অমগী চিন্তা লৈত্রবা জ্ঞানী শিংনা পুরুষবু প্রকৃতিগা করিমতা মরী লৈনদ্রবা "কেবল" (মথন্ত ঙায়রবা মহাক্ নত্তনা করিমত লৈতবা) হায়না কৌই। অসিগুম্বা পুরুষদা লৈরিবা ধর্ম অসি "কৈবল্য" কৌই। * উগদৌরিব শোং অদুগা উরিবা মীশক্নু মহাক্না অদুম্ মওইবনিনা, মহাক্তি সর্বসাক্ষীনি। মহাক্ মশামক্ নত্তনা অনীশুবা পোশক অম লৈত্রবনিনা, অদ্বিতীয় হায়বন্থু ওইবনি অদুদা মশাদা অরা-হ্লাভাহগী অনুভূতি (মশাদ কাওবা) অম পোক্লিবসিদি, মহাক্ মশানা "এ প্রকৃতিদগী রানমদা লৈবনি" হায়বা অভিমান অসি থম্বদগীনি থাঙ্গৎশবদি মহাক্ নিত্যনি, অব্যক্তনি (ঈফোঙ্ ফোঙ্দোক্তনা লৈবনি)। অদুবু, প্রকৃতিগা তিন্নুনা লৈরুবনা, নিত্যওইদি হায়ববু, অনিত্যওইবগুম্ অমম্ উই ॥ ৩॥

* প্রকৃতিবাদী শাক্ত (শাক্ত উপাসনা তৌবা) শিংনদি পুরুষদা লৈরিবা "কৈবল্য" অসিসু শক্তিনা, প্রকৃতিদেবী (দূর্গা) না পীবিরিবনি। অমগুদে, অমগুদে, করিগুম্বা পোক্ অমদা করিগুম্বা অমা লৈরবদি মাত্র পোশকুগা তিন্নক্ষবদগীনি। পুরুষনা কেবল ওইরবদিনি প্রকৃতিসু পুরুষ মহাক্ মশানা অদুম্ ওইবা তারবনি। পুরুষ প্রকৃতি অনীমক্ নাম নি উপাধিনি! অনীসিমক্ অমতনা ওইব, তারবাদ তোঙাল্ তোঙান্বা নাম রূপ অনীসিদি অদুম্ মরৈনি। নামদুগী, রূপঅদুগী মতুংইন্না থবক্ তোঙাল্ তোঙাল্ তৌগদৌরিবনিনা মীশক অমত ওইরবসু অনীনি হায়না লৌনবাথক্য়রোই। মীশক্ অমতনা নিথৌসু চাক্নিবসু অনীমক্ শায়বদি, মী অমতওইরবসু নিংথৌ চাক্নিবা অনীনি হায়বসি থক্ হায়দবায়রোই। মরমদি, মথৌ তোঙাল-তোঙাল্লি। ধর্ম তোঙাল্ তোঙাল্লি। মী অমতনা শারবসু নিংথৌশাবগী রাজভাত্ ফিরেপ্ অদু চাক্নিনা শারা মতমদা থক শীজিন্নবা য়ারোই লীলায়েংবা অউবা অভাবনসু নিংথৌনা হাংবসিবুদি চাক্নিবা না হায়বসিনা চুম্মি অসুম্ হায়না অদুমমহায়নি। অসুক্ য়াম্ন হান্নরুরিবগী তাৎপর্য্যদি পীব লৌবা অসিনচিংবাস কর্মশাক্তিদগী ভাক্তনি। হায়বদি শাক্তিনা পীবনি। পুরুষনা কৈবল্য ফংলিবসি প্রকৃতিগী শাক্তিনা পীরিবনি। অদুনা শাক্ত-শিংনা হায়বদি শাক্তধর্মাবলম্বী শিংনা, শক্তিলাৎপা শিংনা প্রকৃতিদেবী হায়বদি দেবীদূর্গাবু "কৈবল্যদায়িনী" হায়না অদুম্ মহায়রিবদুনি। (কালাচাঁদ)।

অব্যক্তৈকত্বমিত্যাহুর্নানাত্বং পুরুষে তথা। সর্ব্বভূতদয়াবন্তঃ কেবলং জ্ঞানমাশ্রিতাঃ ॥১১॥
অন্যঃ স পুরুষোঽব্যক্তস্ত্বধ্রুবো ধ্রুবসংজ্ঞকঃ। যথা মুঞ্জ ইষাকানাং তথৈবেতদ্ধি জায়তে ॥১২॥
অন্যচ্চ মশকং বিদ্যাদন্যচ্চোদুম্বরং তথা। ন চোদুম্বরসংযোগৈর্মশকস্তত্র লিপ্যতে ॥১৩॥
অন্য এব তথা মৎস্যস্তথান্যদুদকং স্মৃতম্। ন চোদকস্য স্পর্শেন মৎস্যো লিপ্যতি সর্ব্বশঃ ॥১৪॥
অন্যো হ্যগ্নিরুখাপ্যন্যা নিত্যমেবমবেহি ভোঃ। ন চোপলিপ্যতে সোঽগ্নিরুখাসংস্পর্শনেন বৈ ॥১৫॥
পুষ্করং ত্বন্যদেবাত্র তথান্যদুদকং স্মৃতম্। ন চোদকস্য স্পর্শেন লিপ্যতে তত্র পুষ্করম্ ॥১৬॥
এতেষাং সহবাসং চ নিবাসং চৈব নিত্যশঃ। যথাতথ্যেন পশ্যন্তি ন নিত্যং প্রাকৃতা জনাঃ ॥১৭॥
যে ত্বন্যথৈব পশ্যন্তি ন সম্যক্ তেষু দর্শনম্। তে ব্যক্তং নিরয়ং ঘোরং প্রবিশন্তি পুনঃ পুনঃ ॥১৮॥

---

অচচ্চত্ত জীব পুম্নমক্ত থৌজাল হৈবা, অতৈগা য়াম্নত্রবা কেবলজ্ঞানগী পান্বেত মরোবা সাংখ্যযোগগী বিদ্বান্‌শিংনা প্রকৃতিদি অমতনি পুরুষদি মশী য়াম্মি হায়না লৌই ॥১১॥

পুরুষ হায়বসি প্রকৃতিদগী ঈতোপ্ তোপ্পনি, নিত্যনি। প্রকৃতিসু পুরুষদগী তোঙানবনি অদুগা অনিত্যনি। বন ( জঙ্গল ) অমতদা হৌনিম্নরবসু শীংনাওদগী শীংনাংগী নশিংগা খেম্নবদুগুম্না প্রকৃতিসু পুরুষদগী খেন্নে ॥১২॥

হৈবোংগা হৈবোংদুগী মক্নুংদা লৈবা তীল্‌গা তোঙাল্ তানবদুগুম্না, হায়বদি তীল্‌শিং অদুনা হৈবোং মন্নুংদা লৈরবসু হৈবোং অদুনা নপ্‌শিন্‌খিদুনা মশা অমত ওই মিম্নখিদে। প্রমাণ অমদা অমুক হায়রগা ঈশিং মন্নুংদা ঙা লৈ অদুনু ঙা অদু ঈশিংদা নপ্‌শিন্‌খিদুনা মশা অমত ওই মিম্নখিদে। ঈশিংনা ঈশিং ঙানা ঙা ওইদুনা তোঙাল্ তোঙাল্ অদুম্ লৈমিন্নে ॥১৩— ১৪॥ *

* নিংথৌ। মৈ না অতোপ্প পোশক্ অমনি মৈথক্ত থাংগৎলিবা লৈপাক্কী চকুনা পোশক্ অমন অনীমক্কী মরক্ত লৈরিবা ভেদ ( তোঙান্‌বা ) অসি নিত্যনি। চকুদুনা খেংব শোক্‌পদা মৈদা করিগুম্বা দোষ অমত লৈতে ॥১৫॥

ঈশিংনা শাংপা থম্বান্না অমনি ঈশি না অমনি ঈশিং খেংবা শোক্‌পদা থম্বাল্ চোক্তে অসুম্না প্রকৃতিগা পুরুষগা লৈমিন্নে ॥ ১৬॥

সাধারণ ওইন মীনা তৌনরিবপুম্বসি উনা উনা খল্লুদে। প্রকৃতিগা পুরুষগা লৈনরিবা মও অসি অম ওই-নালৌই। তোঙান্দে মশাঅমতনি হায়না লৌই, অসিগুম্বা মখোয়গী মীৎয়েং অমদি রাখল অদো লাল্লবনি শিব

---

* সাংখ্য যোগীশিংনা পুরিম্বা রাথস অসি মশানা অদুম ও জরবা য়োনীওঙায় লৈত্রবা রাকমনি। ঈশিং মুংশিং আকাশ, লৈপাক্ মঙাঅসি তোঙাল অোঙাল্‌বনি হায়বাস কম্ম কম্না হায়খ্রে। লৈপাক্কুন থম্বাল ওইবগা মনমঙ্কু অম ওইনা তৌই। মাদু লৈপাক্কী মনমগী বিকারন। ঈশিংগীনা রসনি লৈ াক্ ( থম্বাল ) গীনা গন্ধনি। মরম লৈনদে। ( কালাচাঁদ )

সাংখ্যদর্শনমেতত্তে পরিসংখ্যানমুত্তমম্। এবং হি পরিসংখ্যায় সাংখ্যাঃ কেবলতাং গতাঃ ॥১৯॥

যে ত্বন্যে তত্ত্বকুশলাস্তেষামেতন্নিদর্শনম্। অতঃ পরং প্রবক্ষ্যামি যোগানামনুদর্শনম্ ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি যাজ্ঞবল্ক্য-জনকসংবাদে দশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১০॥

——:(ঞ):——

লৈতবা পুরুষবু অশিবা প্রকৃতিগা অমতনি খল্লিব মী অদু নরকগামী ওইরগদবনি ॥১৭—১৮॥ ঐনা নঙোন্দ সাখ্যযোগগীতত্ত্ব অসিহায়রবনি। সাংখ্যশস্ত্রগী বিদ্বান্ পণ্ডিতশিংনা অসুম্না খঙ্‌হুনা কৈবল্যবু ফংখি ॥১৯॥

অবোপ অতোপ্পা তত্ত্ববিচারদা হৈশিংলবা মখোয়গী মতস্থ অসিনি। অসিগী তুংদা ঐ হৌজিক্ যোগীশিংগী শাস্ত্রগী তত্ত্ব অদু হায়রগে ॥২০॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা যাজ্ঞবল্ক্য-জনক সংবাদগী চহুমগা তরাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১০॥

——:(ঞ):——

# মণিপুরী মহাভারত

## একাদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( যোগধর্ম্ম তাকৃপা মতাং )

## চহুমতরামাথোইশুবা অধ্যায়

——:(ঞ):——

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

সাংখ্যজ্ঞানং ময়া প্রোক্তং যোগজ্ঞানং নিবোধ মে। যথা শ্রুতং যথা দৃষ্টং তত্ত্বেন নৃপসত্তম ॥১॥

নাস্তি সাংখ্যসমং জ্ঞানং নাস্তি যোগসমং বলম্। তাবুভাবেকচর্য্যৌ তাবুভাব নিধনৌ স্মৃতৌ ॥২॥

যাজ্ঞবল্ক্যনাহায় নিংথৌঅথোইবা! সাখ্যজ্ঞানগী মরমদদি নঙোন্দ হায়রে। হৌজিক্তি, ঐনা চৎ চানা তাখিবহুগী মতুংইন্না যোগশাস্ত্রগী মরম অদু ঐঙোন্দগী তারো ॥১॥ সাংখ্যগীমাপ্পবা অতৈজ্ঞান অমলৈত্রে, যোগগা মান্নবা পাঙ্গল্ অতৈ অম লৈত্রে। অনীমক্কী পান্দক্তম মশাঅমতনি। অনীমক্ মৃত্যুবু তাক্‌থোক্লবা লম্বী (উপায়) মক্তনি ॥২॥

পৃথক্ পৃথক্ প্রপশ্যন্তি যেঽপ্যবুদ্ধিরতা নরাঃ। বয়ং তু রাজন্ পশ্যাম একমেব তু নিশ্চয়াৎ ॥৩॥
যদেব যোগাঃ পশ্যন্তি তৎ সাংখ্যৈরপি দৃশ্যতে। একং সাংখ্যং চ যোগং চ যঃ পশ্যতি স তত্ত্ববিৎ ॥৪॥
রুদ্রপ্রধানানপরান্ বিদ্ধি যোগানরিন্দমঃ। তেনৈব চাথ দেহেন বিচরন্তি দিশো দশ ॥৫॥
যাবদ্ধি প্রলয়স্তাত সূক্ষ্মণাষ্টগুণেন হ। যোগেন লোকান্ বিচরন্ সুখং সন্ন্যস্য চানঘ ॥৬॥

---

নিংথৌ। জ্ঞান তাদবা মীনা যোগগা সাংখ্যগা অনী অসিবু তোঙাল্ তোঙাল্লি হায়না থল্লি অদুগা ঐথোয়দি অনি অসি অমত্তনি, হায়না নিশ্চয় তৌরে ( লেপ্পরে ) ॥৩॥ যোগীশিংনা সাক্ষাৎকার তৌরিবা ( উরিবা ফংলিবা ) পোশক্ অদু সাংখ্যযোগীশিংসু অদুম্ মফংন্তি। মরম্ অদু সাংখ্যগা যোগগা অনীবু অমত্তনি হায়না উরিবা খল্লিবদু তত্ত্বজ্ঞানীনি। ঐঙোন্দগী হেন্নকবা পোশক্ অমত্ত লৈত্রে হায়বসি অদু-গুম্বা তত্ত্বজ্ঞানী অদুনা মশানা খঙতুনা থম্মি ॥৪॥ *

য়েক্নবা ওম্বা নিংথৌ। যোগসাধনশিংগী মসুংদা রুদ্রনা, হায়বদি— প্রাণবায়ুনা খাইদগী মরুনি। মখোয়সিবু নহাক্না অথোইবনি হায়না খঙু। প্রাণবায়ুবু মখা পোলহন্নবা যোগী অদুদি মফম পুম্নমক্তা পুমন্নৌ য়ৌবা ঙম্মি ॥৫॥

পাপকী শত্রুক্ য়াঙত্রবা নিংথৌ। মৃত্যু হায়বদুনা লাকত্রিবা কাওবা যোগীনা যোগগী পাৱৈনা মপান্গী অচৌবা হকচাংসিবু থাদোক্তুনা সূক্ষ্মশরীর ( পীক্নবা হকচাং ) পুদুনা লোক লোকান্তর পুম্নমক্তা কোয়রৌ য়ৌবা ঙম্মি। মফম পুম্বমা কোয়চৎ চৎলি ॥৬॥

---

* হায়রিবসি নাপলগী রা নত্তে। তাইবংমীগী মপোক্তা পোক্লে। পুরুষ প্রকৃতি অনীগী মরক্তা লৈন-রিবা মওং, কায়নবা তিম্নবগী তত্ত্ব, ফংবা ফংদবগী রা, ঐগী মীগী খন্নরিবসি মরম লোইনা লেপ্পদুনা লৈরে। অদুনদি ঐগী করি রাংলি, ঐঙোন্দা লোইনা লৈরে। লৈরিবসিমকসু কনাগীনো হায়বা লোইনা খঙলে। অসিনচিংবসি মুন্না লেপ্পদুনা ঐনা নাপল্ তৌদোরিবসি কনাগী মাঙদনো? মীগী মপোৎ পাম্মুক্লগদোরিবসি করিগীনো? অসিনচিংবসি খঙজদুনা মশাদা লাক্কদবা কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ পুম্নমকসি থাদোক্নবগী থাঙ্গৎপেংবা, প্রত্যক্ষ ওইবা উপায়দি সাংখ্যযোগদা লৈরে, হায়না সাংখ্যযোগী অসিনা হায়জবনি। অংনা মহাক্না হায়রিবা— "ঐঙোন্দগী হেনবা ফব পোশক অমতা লৈত্রে" অসি নাপল্গী রা নত্তে। অহোয়নদুম নাপল থাদোকপগী রানি। সাংখ্যযোগী অমনা হায়বদি, যোগী অমনা করিগী নাপল তৌগদোরিবনো? ঐগী অসুক য়াম্না মমলয়াম্বা পোশকলৈরবদা মীগী পাম্মুগদোরিবসি করিগীনো হায়না মশানা মশাবু রারকচবনি। অমুম্না তত্ত্ব খঙনা মশাবু রারকচবসি সাংখ্যযোগীতনা ঙম্মি। সাংখ্যশাস্ত্র হায়বা অমা, কপিল ভগবান্না থনম্বগী উদ্দেশ্যসু মাসিতনি। অদুনা মফম অমদসু 'জ্ঞানগী মসুংদা সাংখ্যজ্ঞান, শাস্ত্রলগী মসুংদা যোগগী পাজল" হায়না হায়রে। ( কালাচাঁদ )

বেদেষু চাষ্টগুণিনং যোগমাহুর্মনীষিণঃ। সূক্ষ্মমষ্টগুণং প্রাহুর্নেতরং মুনিসত্তম ॥৭॥
দ্বিগুণং যোগকৃত্যং তু যোগানাং প্রাহুরুত্তমম্। সগুণং নির্গুণং চৈব যথা শাস্ত্রনিদর্শনম্ ॥৮॥
ধারণং চৈব মনসঃ প্রাণায়ামশ্চ পার্থিব। একাগ্রতা চ মনসঃ প্রাণায়াম স্তথৈব চ ॥৯॥
প্রাণায়ামো হি সগুণো নির্গুণং ধারয়েন্মনঃ। যদ্যদৃশ্যতি মুঞ্চন্ বৈ প্রাণান্ মৈথিলসত্তম ॥
বাতাধিক্যং ভবত্যেব তস্মাৎ তং ন সমাচয়েৎ ॥১ ॥
নিশায়াঃ প্রথমে যামে চোদনা দ্বাদশ স্মৃতাঃ। মধ্যে স্বপ্নাৎ পরে যামে দ্বাদশৈব তু চোদনাঃ ॥১১॥
তদেবমুপশান্তেন দান্তেনৈকান্তশীলিনা। আত্মারামেন বুদ্ধেন মোক্তব্যোঽত্মা ন সংশয়ঃ ॥১২॥
পঞ্চানামিন্দ্রিয়ানাং তু দোষানাক্ষিপ্য পঞ্চধা। শব্দং রূপং তথা স্পর্শং রসং গন্ধং তথৈব চ ॥১৩॥

---

নিংথৌ অথোইবা! মহাজ্ঞানীশিংনা অসুম্না হায়মে,—যোগ হায়বসি স্থূলযোগ ( অচৌবা যোগ ) হায়বা অমা, সূক্ষ্মযোগ ( অপীকপা যোগ ) হায়বা অমা— অনীনি। স্থূলযোগনা অনিমা, লঘিমা, গরিমা ( পীক-শিনবা, য়াংঙনবা, লুমহনবা ) অসিনচিংবা সিদ্ধি মখল নিপালুবু পী। সূক্ষ্মযোগদি যম, নিয়ম, আসন, প্রাণায়াম, প্রত্যাহার, ধারণা, ধ্যান, সমাধি গুণ নিপান প্রসিনা তিল্লি ॥৭॥

যোগসাধনগী উপায় ওইনা লৈরিবসু মরু ওইনা অনীতনি। সগুণ সাধন হায়বা অমা, নির্গুণসাধন হায়বা অমা। মাসি যোগশাস্ত্রগী নিয়মনি ॥৮॥

লৈপাক্কী মপু! বিশেষ ওইবা অরেপ্পা মক্ষম অমদা থম্মোয় ( পূক্নীং ) বু লেঙদনা থম্ববু ধারণা কৌই অসিগুম্বা ধারণাসিগা লোয়ননা তৌরকপা প্রাণায়াম অদু সগুণ প্রাণায়ামনি। দেশ কাল অমত্তা য়েংদনা পূক্নীংবু সমাধিদা পুশিল্লকপত্থুনা নির্গুণ প্রাণায়ামনি ॥৯॥

সগুণ প্রাণায়ামনা পূক্নীংবু নির্গুণ, হায়বদি বৃত্তি অমত' য়াওহন্দবা ওইহনবদা উপায় ওই। মিথিলা দেশগী কোকথক্কী মণি! পূরকনচিংবা প্রাণায়াম তৌরকপা মতমদা ব্রহ্মা বিষ্ণুনচিংবা অকক্কবা অকক্কবা দেবতা অমগী ধ্যান তৌন তৌনা প্রাণায়াম হেক তৌদ্রবদি সাধক মশাদা বায়ুরোগনচিংবা লাকই। অদুনা পূরক, কুম্ভক, রেচক প্রাণায়াম অহুম অসি দেবতা অমগী ধ্যান থক্ তৌরোইদৌবনি ॥১০॥

অহিংগী অহানবা য়ুপক্ত প্রাণবায়ুবু পুননবগী ( শীজিন্নবগী ) প্রেরণা ( বিধি নিয়ম থৌইনশিন্ ) মখল তরানিথোইনি হায়নৈ। মধ্যরাত্রিদা অহিংগী প্রহর ( য়ুথক ) মরিগী মনুংদা লৈরিবা— মরক্কী য়ুথক অনীদা, হায়বদি— য়ুথক অনীতুগী মনুংদা তুমগদবনি। অতুগা অমুকহন্না অরোইবা প্রহরদা হায়রিবা প্রেরণা তরানীথোই অসি অভ্যাস তৌগদবনি ॥১১॥

মতৌ অসুম্না প্রাণায়ামগী পাম্বৈনা পূক্নীংবু থুহুম চন্দুনা মথন্তা অচীকপদা লৈবা আত্মারাম ( মশা মথন্তনা মশা মথন্তদা নুংঙাইজবা— পেঙ্গবা ) ওইবা জ্ঞানীনা থুহুম চন্নবা পূক্নীং অদুবু পরমাত্মাদা চঙজন্-খিগদবনি। হায়রিবা বিষয় অসিদা চিংননীংঙাই থক লৈত্রবনি ॥১২॥ মিথিলাগী নিংথৌ! শব্দ, স্পর্শ,

প্রতিকামপবর্গঞ্চ প্রতিসংহৃত্য মৈথিল। ইন্দ্রিয়গ্রামমখিলং মনস্যভিনিবেশ্য চ ॥১৪॥
মনস্তথৈবাহঙ্কারে প্রতিষ্ঠাপ্য নরাধিপ। অহঙ্কারং তথা বুদ্ধৌ বুদ্ধিঃ চ প্রকৃতাবপি ॥১৫॥
এবং হি পরিসংখ্যায় ততো ধ্যায়ন্তি কেবলম্। বিরজস্কমলং নিত্যমনন্তং শুদ্ধমব্রণম্ ॥১৬॥
তস্থুষ পুরুষং নিত্যমভেদ্যমজরামরম্। শাশ্বতং চাব্যয়ঞ্চৈব ঈশানং ব্রহ্ম চাব্যয়ম্ ॥১৭॥
যুক্তস্য তু মহারাজ লক্ষণান্যুপধারয়। লক্ষণং তু প্রসাদস্য যথা তৃপ্তঃ সুখং স্বপেৎ ॥১৮॥
নির্ব্বাতে তু যথা দীপো জ্বলেৎ স্নেহসমন্বিতঃ। নিশ্চলোর্দ্ধশিখস্তাবৎ যুক্তমাহুর্মনীষিণঃ ॥১৯॥
পাষাণ ইব মেঘোত্থৈর্যথা বিন্দুভিরাহতঃ। নালং চালয়িতুং শক্যস্তথা যুক্তস্য লক্ষণম্ ॥২০॥

( শোকপদা অকন্‌বা অথোৎপা, অঙৈংবা অশাবনাচিংবা হকচাংদা ফাওবা ), রূপ ( মশক মওং ), রস ( মহাও) গন্ধ ( মনম ) মখোয় মঙা অসি নাকোং উনশানচিংবা ইন্দ্রিয় মঙাগী দোষ মঙানি। হায়রিবা দোষ মঙা অসি য়ারিবমথৈ লাপথোকহনগদবনি। দোষশিং অসিদা লুপখিগদবা অহুগা অহুগা বিষয়চুবু ফংজ্রবা ঈথক থকপা ডাওবা অহুবু খিংলগা তপথহল্লবা ইন্দ্রিয়শিং অহুবু পুক্লীংদা লেঙহন্দনা থমগনি। নিংথৌ! অহুগী তুংদা পুক্লীংবু অহঙ্কারদা, অহঙ্কারবু বুদ্ধিদা, বুদ্ধবু প্রকৃতিদা থমগনি। অসুম তৌহুনা পুম্নমকসি চঙ্‌গ-চঙ্‌গদবা পুম্নমক চঙহনপ্রগা ( থুপাচিনহনপ্রগা ) আশংবা যোগীশিংনা পরমাত্মাগী ধ্যান তৌনৈ। হায়ন্নিবা পরমাত্মা অসি অতৈ নত্তে— রজোগুণগী লেশমাত্র য়াওদ্রবা, মলুং মপান পুমলং লংপ্রবা মকুত্রবা, নিত্য ওইবা, অহৌবা অরোইবা লৈতবা, মলুং মপান্ ঈশেং শেংবা করিগুম্বা ছিদ্র ( দোষ ) অমত্তা লৈতবা, খ্বাই-দগী তোঙান্না রাংনা লৈপ্রবা, অচচ্ছত্ত জীব পুম্নমক্কী থম্মোয়দা চঙহুনা লোইনা খুওদোক্লিবা, হায়বদি— অন্তর্যামী ওইবা, পোকপা শিবা লৈতবা, করিগুম্বা পোৎ অমতনা থুগাইবা থিনগাইবা মশক ওলহন্নবা য়াদবা, পুম্নমকপু রারক রাতোন্নিবা, সৃষ্টিগী মমাংদগী অসুম্ অসুম্ লৈয়ক্লবা ব্রহ্ম অহুমক্নি ॥১৩—১৩॥

মহারাজ! হৌজিক্ত সমাধিগী থাক্তা য়োপ্রবা যোগীগী লক্ষণ ( মওং খুদম ) শিং অহু জারো ময়াম খোরাংবা পুম্বা কোক্লনা মপুংফানা ফেনপ্রবা মীনা মখোঙ মখুং হাই-হুমদনা, লেওদনা তুমিন্ন তুমথিবগুম্না সমাধিদা যোগযুক্ত ওইহুনা লৈপ্রবা যোগী সাধক অহুগী থম্মোয়দা মতম পুম্বদা প্রসন্নতা ( অপেনবা ) হায়-বহুনা লেওদনা লৈ। লৈরিনা অবস্থা অহুদগী অতেপ্পা অবস্থা অমদা অমুক লাক্নিংদে। মাহুমকুনা মহাক্কী প্রসন্নতাগী চাউরবা লক্ষণ, খওননাঁওয় ওইরবা খুদম— প্রমাণ অমনি ॥১৮॥

থাউনা মবুক থন্না হাপ্লবা মুংশিং চঙদবা থাউমৈগী মৈরীনা হাই-হুমদনা চুমজ্রিং-চুম্না চাকুনা মথক্-লোমদা হাইগংহুনা লৈবহুগুম্না সমাধিদা লৈবা যোগীসু মওং অহুদা লৈ ॥১৯॥

নোংমদোম্বক্কী থীকথরকপা নোংগী মরীক লিশিং লিশিংনা ফুবদা— শৈবদা চীওনা করিমত্তা লেঙ-বিদবহুগুম্না, বাধাবিঘ্ন লিশিং লিশিংনা যোগী অমবু মহাক্না তৌরিবা যোগসাধন অহুদগী খুবৈ নাম্ম ফাওবা লেঙহনবা ঙমদে। মাসিমক্লসু যোগযুক্ত ওইরবা যোগী অমগী খুদম প্রমাণ অমনি ॥২০॥

শঙ্খদুন্দুভিনির্ঘোষৈর্বিবিধৈর্গীতবাদিতৈঃ। ক্রিয়মানৈর্ন কম্পেত যুক্তস্যৈতন্নিদর্শনম্ ॥২১॥
তৈলপাত্রং যথা পূর্ণং করাভ্যাং গৃহ্যপুরুষঃ। সোপানমারুহেৎ ভীতস্তর্জ্যমানোঽসিপাণিভিঃ ॥২২॥
সংযতাত্মা ভয়াৎ তেষাং ন পাত্রাৎবিন্দুমুৎসৃজেৎ। তথৈবোত্তরমাগম্য একাগ্রমনস স্তথা ॥২৩॥
স্থিরত্বাদিন্দ্রিয়াণাং তু নিশ্চলত্বাত্তথৈব চ। এবং যুক্তস্য তু মুনের্লক্ষণান্যুপলক্ষয়েৎ ॥২৪॥
স্বযুক্তঃ পশ্যতে ব্রহ্ম যৎ তৎ পরমমব্যয়ম্। মহতস্তমসো মধ্যে স্থিতং জ্বলনসন্নিভম্ ॥২৫॥
এতেন কেবলং যাতি ত্যক্ত্বা দেহমসাক্ষিকম্। কালেন মহতা রাজন্ শ্রুতিরেষা সনাতনী ॥২৬॥
এতদ্ধি যোগং যোগানাং কিমন্যৎ যোগলক্ষণম্। বিজ্ঞায় তদ্ধি মন্যন্তে কৃতকৃত্যা মনীষিণঃ ॥২৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি যাজ্ঞবল্ক্য জনকসংবাদে একাদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১১॥

——:(ক্ত):——

মহাক্কী মনাক্তা মোউবুং কয় কয়াগী, পুক্নাও কয়া কয়াগী মখোয় নিল্লরবস্তু, পুং ঈশৈ যন্ত্র কয়া কয়াগী মখোলগা লোয়ননা শক লাউরবস্তু মাতুনা মহাক্কী যোগসাধনবু ধ্যানবু কায়হনবা লেঙহনবা ঙমদে। মাসিনা কল্লবা য়োশিন্নবা সমাধিগী খুদম প্রমাণ অমনি ॥২১॥

নপুক্নীং চোইদবা য়াম্না চোকশিন্‌বা মীনা, থাউনা থল্লা হাপ্লবা তেঙ্গোৎ অমবু মখুৎনা পায়রগা সিড়ি মথক্তা মথং মথং কাখৎপা মতমদা, থাউ মরীক অমা ফাওবা নীকথোকহন্দবত্থুগুম্না যোগগী অরাংবা থাক্ত কাপ্রবা যোগীনা পুক্নীংগী চঞ্চল ওইদবা তপথবা গুণবু অত্থুগা ইন্দ্রিয়শিং লেঙদনা লৈবা গুণবু মরীক অমা ফাওবা চোইথোকহন্দে। মাসিমস্তু যোগসিদ্ধ ওইরবা যোগীগী যোগসিদ্ধ ওইবগী খুদম প্রমাণ অমনি ॥২২—২৪॥

নিয়ম বিধি চুম্না সমাধিদা লৈপ্রবা যোগী অত্থুদি য়াম্না মমথ্রবা মফমদা মৈরী থোক্না চাক্লক্‌পা মৈমা মথক্তা পুম্নভান্ ভাম্না লৈবত্থুগুম্না— মহাক্কী হৃদয় কন্দরদা, হায়বদি— মমথ্রবা থম্মোয়-গুফা মত্থুংদা পুম্নং ঙংলবা জ্ঞানগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী সাক্ষাৎকার তৌই। হায়বদি জ্যোতির্ময় ব্রহ্মবু উবা ফংভি ॥২৫॥

নিংথৌ! সাধনা অসিগী পান্থৈনা সাধক ওইরিবা মী অত্থুনা মতম কুইনা সাধনা তৌরুরবা তুংদা চেঙনা য়াওদবা অশিবা হকচাংসিবু থাদোক্লমত্থুনা, হায়বদি— মায়াপ্রকৃতিবু থাদোক্লমত্থুনা পরংব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংভি। হায়রিবসি সাধারণ ওইবা কুইরবা লেঙত্রবা শ্রুতিনি ॥২৬॥

মাসিনি যোগীশিংগী যোগ সাধন অমদি সাধনা অত্থুগী মহৈ ( পরিণাম ) হায়ববু। মাসি নত্তনা যোগগী লক্ষণ হায়বত্থ অতৈ কারি অমমুক ওইগদগে? মাসিবু পাওথোক্লবা জ্ঞানী যোগী অত্থুনা ভাইবংমী ওইনা পোকপগী মহৈ য়ানবনি হায়না লৌই ॥২৭॥

মক্ষম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা যাজ্ঞবল্ক্য-জনক সংবাদগী চহুমগা তরামাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১১॥

——:(ক):——

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বাদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( তোঙান্ তোঙানব হকচাং কায়াত্তগী প্রাণবায়ুনা থোকৃখিবগী মহৈ )

### চহুমগা তরানীথোইশুবা অধ্যায়

—— :(০): ——

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

তথৈবোৎক্রমমাণং তু শৃণুষ্বাবহিতো নৃপ। পদ্ভ্যামুৎক্রমমাণস্য বৈষ্ণবং স্থানমুচ্যতে ॥১॥

জঙ্ঘাভ্যাং তু বসূন্দেবানাপ্নুয়াদিতি নঃ শ্রুতম্। জানুভ্যাং চ মহাভাগান্ সাধ্যান্ দেবানবাপ্নুয়াৎ ॥২॥

পায়ুনোৎক্রমমাণস্তু মৈত্রং স্থানমবাপ্নুয়াৎ। পৃথিবীং জঘনেনাথ উরুভ্যাং চ প্রজাপতিম্ ॥৩॥

পার্শ্বাভ্যাং মরুতো দেবান্ নাভ্যামিন্দ্রত্বমেব চ। বাহুভ্যামিন্দ্রমেবাহুরুরসা রুদ্রমেব চ ॥৪॥

গ্রীবয়া তু মুনিশ্রেষ্ঠং নরমাপ্নোত্যনুত্তমম্। বিশ্বেদেবান্ মুখেনাথ দিশঃ শ্রোত্রেণ চাপ্নুয়াৎ ॥৫॥

---

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— নিংথৌ! আত্মানা দেহসিবু থাদোক্‌পা চৎপা মতমদা প্রাণবায়ু অসিনা অহুম অহুম্ ওইবা হকচাং কায়াত্তগী থোকখিবহুগী মতুংইন্না আত্মানা কংঙ, কংঙুবা, চঙ, চঙুবা মফম ( ধাম ) অহু ঐ মথং মথং হায়রক্কে মুন্না তাও। খোঙ অনীদগী প্রাণবায়ুনা থোক্‌প্রবদি মী মহাক অহু ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী ধামবু কংডি ॥১॥

অজ্ঞকালগী মতমদা প্রাণবায়ুনা কৈগল্লোমদগী থোকপ্রবদি মী মহাক অহু বসুদেবতাগী ধামদা চৎখি। অসুম হায়মা ঐখোয়না পরম্পরাদগী তায়। খুকউ অনীদগী থোকপ্রবদি মী মহাক অহু লাইবক্ক ফরবা সাধ্য-দেবতাশিংগী লোক ( ধাম ) তায় চৎখি ॥২॥

প্রাণবায়ুনা গুহ্যদ্বার (অমাংবা থোককমথোঙ দগী থোকপ্রবদি অহুগা থোক্‌প্রগা মথক্লোমদা হাইগৎপ্রবদি মী মহাক ( মহাকী আত্মা ) অহু মিত্রদেবতাগী লোক ( ধাম ) তান্না চৎখি। খাংগী মাঙগী মথকথংবা শরক্তা থোকপ্রবদি পৃথ্বীলোকতা, অহুগা কৈগল্লোমদগী চৎপ্রগা প্রজাপতিলোকতা চৎখি ॥৩॥

নাক্‌থং ( নাকল্ ) অনীদগী চৎপ্রবদি মরুৎ কৌবা দেবতাগী লোকতা, খোয়দৌদগী থোকপ্রগা ইন্দ্রগী ধামদা, পাম্বোন অনীদগী থোকপ্রবসু ইন্দ্রপদগী ধামদা, অহুগা থবাক্কগী থোকপ্রগা রুদ্রলোকতা চৎখি ॥৪॥

থৌরীচরমদগী থোকপ্রবদি ঋষি পূন্নমক্তগী অথোইবা নরগী অথোইবা ধামদা চৎখি। চীল্লোমদগী হায়রবদি য়ারোমদগী প্রাণবায়ুসিনা থোকপ্রবদি বিশ্বে দেবতাশিংগী ধামদা মী মহাক অহুনা চৎখি। নাকোং অনীমক্তগী

ঘ্রাণেন গন্ধবহনং নেত্রাভ্যামগ্নিমেব চ। ভ্রূভ্যাং চৈবাশ্বিনৌ দেবৌ ললাটেন পিতৄনথ ॥৬॥
ব্রাহ্মণমাপ্নোতি বিষ্ণুং মূর্ধ্না দেবাগ্রজং তথা। এতান্যুৎক্রমমাণস্থানান্যুক্তানি মিথিলেশ্বর ॥৭॥
অরিষ্টানি প্রবক্ষ্যামি বিহিতানি মনীষিভিঃ। সংবৎসরবিয়োগস্য সম্ভবন্তি শরীরিণঃ ॥৮॥
যোঽরুন্ধতীং ন পশ্যেত দৃষ্টপূর্ব্বাং সদাচন। তথৈব ধ্রুবমিত্যাহুঃ পূর্ণেন্দুং দীপমেব চ ॥৯॥
খণ্ডাভাসং দক্ষিণত তেঽপি সংবৎসরায়ুষঃ। পরচক্ষুষি চাত্মানং যেন পশ্যন্তি পার্থিব ॥১০॥
আত্মচ্ছায়াকৃতীভূতং তেঽপি সংবৎবরায়ুষঃ। অতিদ্যুতিরতিপ্রজ্ঞা অপ্রজ্ঞা চাদ্যুতিস্তথা ॥১১॥
প্রকৃতেবিক্রিয়াপত্তিঃ যন্মাসান্মৃত্যুলক্ষণম্। দৈবতান্যবজানাতি ব্রাহ্মণৈশ্চ বিরুধ্যতে ॥১২॥

থোক্প্রগা দিশ ( মায়কৈ ) পূম্বগী অধিষ্ঠাত্রী দেবতা ওইরিবী— অধিষ্ঠাত্রী দেবীগী থাম— লোকদা চৎখি ॥৫॥

নাডোন অনীদগী থোক্প্রগা বায়ুদেবতাগী ধামদা, মীৎ অনীদগী থোকপ্রগা অগ্নিদেবগী ধামদা, পীশূম্ অনীদগী থোকপ্রগা অশ্বিনীকুমারগী ধামদা, লাইবক্লোমদগী থোকপ্রগা পিতৃলোককী ধামদা চৎখি ( থাম অহু কংগুই ) ॥৬॥

কোক্লোমদা মুংশাশোরবু থাদোকপ্রবদি দেবতাশিংগী খ্বাইগী অহল, খ্বাইদগী ঈহান্ হান্না পোকখিবা ভগবান্ ব্রহ্মাজীগী ধামদা চৎখি। মিথিলাদেশকী মপু। প্রাণবায়ুশিংগী থোকখিবগী থোঙশিং অহুগা থোকখি থোকখিবহুগী মতুংইন্না কংখিবা ধামশিংগী মরমদা ঐনা হায়রবনি ॥৭॥

জ্ঞানীশিংনা হায়রম্বা তাকপিরম্বহুগী মতুংইন্না অমঙ্গল ওইবগী, হায়বদি— মৃত্যু ( শিবা ) গী খুদম প্রমাণ পুম্নমক অহু মথং মথং হায়রগে। হায়রিবা খুদম প্রমাণশিং অসি মৃত্যু লাকদবা ( শিগদবা ) চহী অমা রাংলি- ঙৈগী মমাংদগী খর খর লাকপা হৌই ॥৮॥

মমাংঙৈদগী মহাক্ত উরকপা অরুন্ধতীবু অহুগা ধ্রুবতারাবু লৈনা লৈনা উরক্ত্রবা, অহুগা পুর্ণিমা থাগী মকোয়বু অহুগা থাউমৈগী মৈরীবু য়েৎলোমগী শরাক্ খরা খণ্ডিত ওইনা হায়বদি— ককখিবা কেন্খিরা ওইনা উরবদি, মী মহাক অহুগী পুন্সিগী অরোইবা নুমিৎ লাকদবা চহী অমতা মণ্ডায়রে ॥৯॥

লৈপাকী মপু। নিংথৌ। অহুগুম্বা মী অহুনা মহাকী মমিথু অতোপ্পা অমগী মীৎলুদা ভাবহু মশানা উক্ত্রবা মহাক অহুগী অরোইবা নুমিৎ লাকদবা চহী অমতা মণ্ডায়রে হায়বসি খণ্ডগদবনি ॥১০॥

লৈপাকী মপু। মশক্ মচু, কুচু-কুমেন্ য়াম্না থোক্লম্বা মীগী কুচু কুমেন্ মক্শিল্লক্লবা, মবুদ্ধি করম্বা মীহুগী বুদ্ধিনা হস্থরক্লব—চোইরক্লবা অহুগা মহাকী স্বভাবতা মওং অমা তৌরক্লবা অহুগুম্বা মী অহুগী পুনশিগী অরোইব নুমিৎ লাকদবা থা তরুক্লোমদা মণ্ডায়রে ॥১১॥

মচু মুরবসু তাইকেৎ তাইবা, মওং মচু অমা লাক্লবা অহুগুম্বা মী, দেবতাশিংবু থওই-উশিংলকত্রবা, দেবমন্দিরগী মূর্তিগা অত্যাচার তৌবা মী, মশাগী স্বার্থগীদমক্ ব্রাহ্মণশিং বৈরীভাব থম্নবা মী মহাকসু থা তরুক্ত মণ্ডায়রে লৈগদবা, অসিদগী নোংমতা পম্থবা য়াদে ॥১২॥

কৃষ্ণশ্যাবচ্ছবিচ্ছায়ঃ ষন্মাসান্মৃত্যুলক্ষণম্। ঊর্ণনাভের্যথা চক্রং ছিদ্রং সোমং প্রপশ্যতি ॥১৩॥
তথৈব চ সহস্রাংশুং সপ্তরাত্রেণ মৃত্যুভাক্। শবগন্ধমুপাঘ্রাতি সুরভিং প্রাপ্য যো নরঃ ॥১৪॥
দেবতায়নস্থস্তু সপ্তরাত্রেণ মৃত্যুভাক্। কর্ণনাসাবনমনং দন্তদৃষ্টি বিরাগিতা ॥১৫॥
সংজ্ঞালোপো নিরুষ্মত্বং সদ্যোমৃত্যুনিদর্শনম্। অকস্মাচ্চ স্রবেৎ যস্য বামমক্ষি নরাধিপ ॥১৬॥
মূর্ধতশ্চোৎপতেৎ ধূমঃ সদ্যোমৃত্যুনিদর্শনম। এতাবন্তি ত্বরিষ্টানি বিদিত্বা মানবোঽত্মবান্ ॥১৭॥
নিশি চাহনি চাত্মানং যোজয়েৎ পরমাত্মনি। প্রতীক্ষমাণস্তৎকালং যৎকালং প্রেততা ভবেৎ ॥১৮॥
অথাস্য নেষ্টং মরণং স্থাতুমিচ্ছেদিমাং ক্রিয়াম্। সর্ব্বগন্ধান্ রসাংশ্চৈব ধারয়িত নরাধিপ ॥১৯॥
স সাংখ্যধারণঞ্চৈব বিদিত্বাত্মা নরর্ষভ। জয়েচ্চ মৃত্যুযোগেন তৎপরেনান্তরাত্মনা ॥২০॥
গচ্ছেৎপ্রাপ্যাক্ষয়ং কৃৎস্নমজন্ম শিবমব্যয়ম্। শাশ্বতং স্থানমচলং দুষ্প্রাপমকৃতাত্মভিঃ ॥২১॥

---

সুমিৎ থা অনীগী মকোয়বু মিরাংগী মতৌগুম্না উরবা মী মহাক অদুদি উবা সুমিৎ অদুদগী অহিং ত্রুরবৎকী মনুংদা মৃত্যুদগা ফংগনি, শোয়দনা শিগনি ॥১৩॥

দেব মন্দিরদা ফম্না ফম্না মন্দিরদুদা লৈরিবা মনম সুংশিরবা লৈ-শু ধুপ-দীপনচিংবগী মনম্নু অশিবা অপুন্নবগী নমথীরবা মনমগুম্না নম্নবদি মী মহাক অদু মাহুগী সুমিল্কগী জরেৎনিদা শোয়দনা শি ॥১৪॥

নিংথৌ। নাতোল্ নাকোং পৈরক্-খোয়রক্লবা, য়াগা মীৎকা অনীগী মচু নাপু মচু মাম্না শাম্মক্লবা হকচাং পুম্বা খঙহৌদনা খংঈং ঈংথরক্লবা, ওয়থংমা মীত্তগী লঙহৌদনা পি জ্রো জ্রো তারক্লবা, মকোক্ লমাই লেমফুদগী উফুল মৈখুগুম্বগী মরী কারক্লবা মী অদুদি খুদক অদুদা অহুম শি। পুম্নমক অসি মৃত্যু কৌবী মহাক্না লাকপগী প্রমাণ খুদম ওাক্তনি ॥১৫—১৬॥

অদুগীদমক্তা অসগুম্বা খুদম হেক্ উবা মতমদা পুক্নীং তয়াং তশোইনদনা, পুক্নীং লাক্শিন্দুনা ঈপা পাখত্তনা পরমাত্মাগী ধ্যান তৌদুনা মৃত্যু অদু লাকপা ওাইদুনা লৈগনি ॥১৭—১৮॥

নিংথৌ। হৌজিক হৌজিকমক শিনিংদ্রিবা, জগৎ অসিদা লৈবসি খরা চোম্হনা লৈনীংহল্লিবা মী মহাক অদুদি সাধনা অসি তৌবা তাই। মথক্তা হায়প্রিবা রীতি-বিধি অদুগী মতুংইন্না মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চভূত ওইরক্লিবা ফিবম অদু নীংশিংদুনা রূপ রস গন্ধনচিংবা পঞ্চভূতকী বিষয়শিং অসিবু মশাগী খুদুম মথাদা থমগদবনি ॥১৯॥

নিংথৌ। সাংখ্য অমদি যোগগী মতু ইন্না ধ্যান তৌদুনা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান ফংদুনা ধ্যান যোগ অদুগী পাৎনা অন্তরাত্মাবু পরমাত্মাদা তিলহল্লবা অদুগুম্বা যোগী অদুদি মৃত্যুবু জয় তৌবা ওম্মি ॥২০॥

অদুম তৌরবদি মহাক সনাতন-পদবী ( অমাও অতা লৈত্রবা পুন্ত। ) বু ফংই। অদুগুম্বা মকম অদুদি মবুকচেল্ শোংদবা মীনা ফংবদা রারবা, অমাও অতা লৈত্রবা লেঙত্রবা, মশাক হোংবা লৈত্রবা, মহা মঙ্গলগী মশাক ওইরবা পরব্রহ্ম মাগী লৈফমনি ॥২১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
যাজ্ঞবল্ক্য-জনক-সংবাদে দ্বাদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১২॥

——:(+):——

মক্কম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, যাজ্ঞবল্ক্য-জনক-সংবাদদা চহুমগাতরানীথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১২॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়োদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( যাজ্ঞবল্ক্য মশামক্না সূর্য্যদেবদগী বেদজ্ঞান ফংবা )
চহুমতরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

——:(+):——

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

অব্যক্তস্থং পরং যৎ তৎ পৃষ্টস্তেঽহং নরাধিপ। পরং গুহ্যমিমং প্রশ্নং শৃণুষ্বাবহিতো নৃপ ॥১॥
যথাঽর্ষেণেহ বিধিনা চরতাবনতেন হ। ময়াঽদিত্যাদবাবপ্তানি যজূংষি মিথিলাধিপ ॥২॥
মহতা তপসা দেবস্তপিষ্ণুঃ সেবিতো ময়া। প্রীতেন চাহং বিভুনা সূর্য্যেণোক্তস্তদানঘ ॥৩॥
বরং বৃণীষ্ব বিপ্রর্ষে যদিষ্টং তে সুদুর্ল্লভম্। তত্তে দাস্যামি প্রীতাত্মা মৎ প্রসাদো হি দুর্ল্লভঃ ॥৪॥

যাজ্ঞবল্ক্যনাহায়ঃ—অব্যক্তগী মথুংদা লৈবা পরব্রহ্মগী মরমদা নংনা ঐঙোন্দা হংলিবা রাসে য়ায়রু কুপ্‌প্রবা থ প্‌প্রবারানি। মসিগী মরমদা ঐ হায়গে মুন্ন পুরুীংচঙ্‌না তাও ॥৩॥ মিথিলা লৈবাক্কী মপু। মমাংঙৈদা ঐ শাস্ত্রগীবিধি মতুংইন্ন ব্রত উপাসনা পুম্ব তৌদুনা ভক্তিগা লোয়ননা ঈকোক্ লোন্ন সূর্য্য ভগবান্‌গী মক্কমগী শুক্লযজুর্বেদগী মন্ত্র শিংবু ফংখিবগী রাদো ঐ হায়থয়কে মুন্নতাও ॥২॥

নপাদা পাপকী শরুক করিমত্ত য়াওদ্রবা নিংথৌ! য়াম্না কুইরবা, মমাংঙৈগী রানি। ঐনা য়াম্ন অকন্‌বা তপস্যাতৌদুনা ভগবান্ সূর্য্যগী আরাধনা পূজা তৌই। মতম্ কুইনা চাদথক্তনা তপস্যা তৌরবা-তৌরবা সূর্য্যকেবনা মূর্ত্তি ওইনা চোংথোরক্তনা ঐঙোন্দা অসুম্না হায়খি ॥৩॥ ব্রহ্মর্ষি। নহাক্না অপাম্ব বর অমতং নিযু। য়াম্ন অত্তাওবা ফংঙমদবা পোং ওইরবস্ব ঐ মাদু নঙোন্দ পীগে। মরমদি মংনা তৌরিব

ততঃ প্রণম্য শিরসা ময়োক্তস্তপতাং বরঃ। যজুংষি নোপযুক্তানি ক্ষিপ্রমিচ্ছামি বেদিতুম্ ॥৫॥
ততো মাং ভগবানাহ বিতরিষ্যামি তে দ্বিজ। সরস্বতীহ বাগ্‌ভূতা শরীরং তে প্রবেক্ষ্যতি ॥৬॥
ততো মামাহ ভগবানাস্যং স্বং বিবৃতং কুরু। বিবৃতং চ ততো মেঽস্যং প্রবিষ্টা সরস্বতী ॥৭॥
ততো বিদহ্যমানোঽহং প্রবিষ্টোঽম্ভস্তদানঘ। অবিজ্ঞানাদমর্ষাচ্চ ভাস্করস্য মহাত্মনঃ ॥৮॥
ততো বিদহ্যমানং মামুবাচ ভগবান্ রবিঃ। মুহূর্ত্তং সহ্যতাং দাহস্ততঃ শীতীভবিষ্যতি ॥৯॥
শীতীভূতং চ মাং দৃষ্ট্বা ভগবানাহ ভাস্কর। প্রতিষ্ঠাস্যতি তে বেদঃ সখিলঃ সোত্তরো দ্বিজ ॥১০॥
কৃৎস্নং শতপথঞ্চৈব প্রণেষ্যসি দ্বিজর্ষভ। তস্যান্তে চা পুনর্ভাবে বুদ্ধিস্তব ভবিষ্যতি ॥১১॥
প্রাপ্স্যসি চ যদিষ্টং তৎ সাংখ্যযোগেপ্সিতং পদম্। এতাবদুক্ত্বা ভগবানস্তমেবাভ্যবর্ত্তত ॥১২॥
ততোঽনুব্যাহৃতং শ্রুত্বা গতে দেবে বিভাবসৌ। গৃহমাগত্য সংহৃষ্টোঽচিন্তয়ন্ বৈ সরস্বতীম্ ॥১৩॥

---

তস্যা অসে, ঐ চেপ্লে। ঐনা পেনবা, ঐনা চন্‌বব হায়বসিমকস্তু য়াম্না অতাঙ্‌বা অমনি ॥৪॥

মাহু ত বদা ঐস্তু মুংঙাইমনখ্রহনা ঈকোক্ নোম্ন থুংমনী লোম্নহনা সূর্য্যদেবদা অহুম্ন হায়জখি—প্রভু! সূর্য্যদেব? যজুর্বেদগী মন্ত্র পুম্নমক্ তত্বগা লোয়ননা ফংজনীঙিঙ। ওসি ফাওবদা মাসি কনা অমতনস্তু শীজিন্নদ্রি, কনা অমতগী কান্নবদস্তু লাকপ উনদ্রি ॥৫॥ ঐগী য়াসি তাবদা ভগবান্ সূর্য্যদেবনা অহুম্ন হায়খি—কৈ, ব্রাহ্মণ। ঐ নঙোন্দ যজুর্বেদগী মন্ত্র অমদি প্রযোগ তাক্কে। হৌজিক্ নং নখা কাথোকউ—সরস্বতীদেবীনা নংগী হকচাং মুংদা চঙঙক্কনি। ঐস্তু সূর্য্যদেবনা হায়বমতুংইন্না য়া হেক কাথোক্পদা সরস্বতী দেবীনা ঐগী হকচাং মুংদা হেক্ চোংশিন্‌খি ॥৬—৭॥

পাপকী শরুক য়াওদ্রবা! সরস্বতীদেবীনা ঐগী হকচাংমুংদা হেক্ লেঙশিন্‌খিবদা খাঙঙমদ্রবা মৈচাক (মৈশা) না ঐগী হকচাংগী মুংপাম্ পুম্নমক্ প্রোক্ প্রোক্ চাক্লক্লে। মহাত্মাভাস্কর (সূর্য্য) গী মতীক্মগুণবু খঙঙদবদগী অহুগা ঐ ঈশাগী খাঙহৈবগী শরুক য়াংপদগী মৈশা অত্ত পুবদা ঐ খাঙ্‌বা ঙমক্দ্রে, য়াম্ন য়ায়ক্লে ॥৮॥ ঐনা খাঙ্‌বা ঙম্দমথৈ প্রোক্ প্রোক্ চাক্শিল্লক্পহু উবদা ভগবান্ সূর্য্যদেবনা ঐঙোন্দ অহুম্না হায়খি—নংথাঙ্। পুংমুক্তং খাঙ্‌খো। অতুদগীদি পুমঙৈং ঈ থনি। ॥৯॥

ওহংক্তং অয়াব খাঙ্‌লবতুদা. হায়গুম্মদনা ঐ পুমঙৈং ঈ থ্রে। ঐনা শান্ত ওইরক্পহু উবদা ভগবান্ সূর্য্যদেবনা ঐঙোন্দ হায়রক্ই ব্রাহ্মণ। বেদ পুম্নমক্ অহুগা উপনিষদ পুম্নমক্কী জ্ঞান তত্বনা নংগী ৎম্মোয়মুংদা মতম্ অমতদা পুম্ঙাল্ ঙাম্না ফাওবনি। জ্ঞান পুম্বানংদোন্দা লেঙ্‌দনা লৈগনি ॥১০॥

ব্রাহ্মণ অথোইবা! বেদগী শাখা শতপথ পুম্নমক্ লোইনা নংনা লেংগদৌরি। অহুগী তুংদা নহাক্কী বুদ্ধি অহু মোক্ষগী লম্বীয়োমদত মায়ওক্লিল্লক্কনি ॥১১॥ সাংখ্যাশস্ত্রহৈবশিং অহুগা যোগীশিংনা ফংনিংজিবা তাম্নখিবা মফম্ অদো নহাক্না ফোয়দনা ফংঙুগনি ॥ অসুম্না হায়গম্নরগা ভগবান্ সূর্য্যদেবদো অন্তর্ধান ওইখি ॥১২॥ ঐনা সূর্য্যদেবনা তাকপিরম্বদো শংশংনা তাহৌই সূর্য্যদেবনা লেঙপ্রবা তুংদা ঐস্তু ঐগী

ততঃ প্রবৃত্তাতিশুভা স্বরব্যঞ্জনভূষিতা। ওংকারমাদিতঃকৃত্বা মম দেবী সরস্বতী ॥১৪॥
ততোঽহমর্ঘ্যং বিধিবৎ সরস্বত্যৈ ন্যবেদয়ম্। তপতাং চ বরিষ্ঠায় নিষণ্ণস্তৎপরায়ণঃ ॥১৫॥
ততঃ শতপথং কৃৎস্নং সরহস্যং সসংগ্রহম্। চক্রে সপরিশেষং চ হর্ষেণ পরমেণ হ ॥১৬॥
কৃত্বা চাধ্যয়নং তেষাং শিষ্যানাং শতমুত্তমম্। বিপ্রিয়ার্থং সশিষ্যস্য মাতুলস্য মহাত্মন ॥১৭॥
ততঃ সশিষ্যেণ ময়া সূর্য্যেণেব গভস্তিভিঃ। ব্যস্তো যজ্ঞো মহারাজ পিতুস্তব মহাত্মনঃ ॥১৮॥
মিষতো দেবলস্যাপি ততোঽর্ধং হৃতবানহম্ ॥১৯॥
সুমন্তুনা তু পৈলেন তথা জৈমিনিনা চ বৈ। পিত্রা তে মুনিভিশ্চৈব ততোঽহমনুমানিতঃ ॥২০॥
দশ পঞ্চ চ প্রাপ্তানি যজুংষ্যর্কান্ময়ানঘ। তথৈরোমহর্ষেণ পুরাণমবধারিতম্ ॥২১॥
বীজমেতৎ পুরস্কৃত্য দেবীং চৈব সরস্বতীং। সূর্য্যস্যানুভাবেন প্রবৃত্তোঽহং নরাধিপ ॥২২॥

---

লৈফম্ তান্নসত্তুনা সরস্বতীদেবীগী আরাধনা তৌবা হৌই ॥১৩॥ ঐনা হেক্ নীঙ্শিংবদ মহামঙ্গলগী মশকওইবী সরস্বতীদেবী অসি স্বর ব্যঞ্জন ময়েক্ খোন্থোক্ খিবিক্লা লৈতেং ওইনা ওঙ্কারনা মুত্তিনাইনা মাঙ্ওইননা ঐগী মাঙ্মক্তদা আবিভূত ওইখি ( চোংথোরকই ) ॥১৪॥

মতম্ অদুদা ঐনা সরস্বতীদেবী অদুগা সূর্য্যদেব অনীদা অর্ঘ্যদান তৌই ( কচচনীঙবা হৈ-লৈ খরকচৈ )। অদুদগী খুংলোম্নদুনা ধ্যানতৌই ॥১৫॥

মতম্ অদুদা ঐনা য়াম্ন হরাওনা রহস্য অদুগা সংগ্রহ গা লোয়ননা হায়বদি মনুংগী অথুপ্পা অদু লৌশিন্বান্নবা তত্ত্বমখেগা লোয়ননা শতপথগী সংহিতা মন্ত্র পুম্নমক্ ফংভি ( চীন্দা অত্তুম্ মথং-মথং লাকচরে ) ॥১৬॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা ঐনা ঐগী ফরবা মতীক্ চারবা শিষ্য চামদা শতপথ পুম্নমক্ তম্বী। ঐবু মমাংঙৈদা তাখিনা তৌখিবা ঐগী মামগী মাঙ্দা লেম্নগে হায়বগী দমক্, নুমিৎনা মাগী কিরণ শিংগা লোয়ননা লাকপন্থুগুম্না ঐখোয়গী শিষ্যশিংদুগা লোয়ননা নহাক্কী পিতা মহাত্মা ওইরবা নিংথৌগী যজ্ঞ কম্মি ॥১৭—১৮॥

মতম অদুদা ঐগী মানদুনা য়াম্না হায়জবদগী ঐনা ঋষি দেবলগী মাঙমক্তদা বেদগী দক্ষিণাগী তংখাই অমা মামদা পী, তংখাই অমনা ঐনা লৌই ॥১৯॥

অদুগী তুংদা সুমন্ত, পৈল, জৈমিনি অদুগা নহাক্কী পিতা অদুগা অতৈ অতোপ্পা ঋষি মুনি পুম্নমক্না ঐবু য়াম্না সন্মান তৌবিখি ( ঈকায় খুম্নবিখি ) ॥২০॥

পাপকী শরূক্ য়াওদ্রবা নিংথৌ! মতৌ অসুম্না ঐনা সূর্য্যদেবদগী শুক্লযজুর্ব্বেদগী শাখা তরামঙা ফংখি। মতৌ অসুম্না ঐনা সুতরোমহর্ষণদগী পুরাণ পুম্নমক তমখি ॥২১॥

নিংথৌ! অদুদগী ঐনা শাস্ত্র পুম্নমক্কী বীজ ( মরু ) প্রণব পু অদুগা সরস্বতী দেবীবু মাঙওইনা থম্মদুনা ভগবান্ সূর্য্যদেবগী কৃপাদগী শতপথবু রচনা তৌবা হৌই। অপূর্ব্ব ( মমাংঙৈদা অমুক্ত থোকখিদ্রিবা )

কর্ত্তুং শতপথ চেদমপূর্ব্বং চ কৃতং ময়া। যথাভিলষিতং মার্গং তথা তচ্চোপপাদিতম্ ॥২৩॥
শিষ্যাণামখিলং কৃৎস্নমনুজ্ঞাতং সসংগ্রহম্। সর্জ্জে চ শিষ্যাঃ শুচয়ো গতাঃ পরমহর্ষিতাঃ ॥১৪॥
শাখাপঞ্চদশেমাস্তু বিদ্যা ভাস্করদেশিতাঃ। প্রতিষ্ঠাপ্য যথাকামং বেদ্যং তদনুচিন্তয়ম্ ॥২৫॥
কিমত্র ব্রহ্মণ্যমৃতং কিং চ বেদ্যমনুত্তমম্। চিন্তয়ং স্তত্র চাগত্য গন্ধর্ব্বো মাম পৃচ্ছত ॥২৬॥
বিশ্বাবসু স্ততো রাজন্ বেদান্তজ্ঞানকোবিদঃ। চতুর্বিংশাং স্ততোঽপৃচ্ছৎ প্রশ্নান্ বেদস্য পার্থিব ॥২৭॥
পঞ্চবিংশতমং প্রশ্নং প্রপচ্ছান্বীক্ষিকীং তদা। বিশ্বাবিশ্বং তথাশ্বাশ্বং মিত্রং বরুণমেব চ ॥২৮॥
জ্ঞানং জ্ঞেনং তথা জ্ঞোঽজ্ঞঃ কস্তপা অতপাস্তথা। সূর্য্যাতি সূর্য্যং ইতি চ বিদ্যাবিদ্যে তথৈব চ ॥২৯॥
বেদ্যাবেদ্যং তথা রাজন্নচলং চলমেব চ। অপূর্ব্বমক্ষয়ং ক্ষয্যমেতৎ প্রশ্নমনুত্তমম্ ॥৩০॥

গ্রন্থ অদুবু ঐনা মপুঙফানা ইখি। ঐনা পামজবা মোক্ষধর্ম্মগী মরমসু ঐনা মফম অসিদা, হায়বদি— শত পথদা হাপশ্রবনি ॥২২—২৩॥

অদুদগী ঐনা ঐগী শিষ্যশিংদা মনুংগী অকুপ্পা কর্ম্মতত্ত্বগা অদুগা লৌশিন্‌বা য়াবা রামথৈ হাপতুনা লোইনা তম্বিখি। ব্রহ্মচারীগী আশ্রমদা লৈদুনা লৈবা মপুং ফারবা ঐনা শিষ্যশিংবু ময়ুম ময়ুমদা 'হল্লো' হায়না য়াথং পীখি। মখোয় অদু য়াম্না হরাওনা অঙম্ অঙম্বা গুরুদক্ষিণা কৎলমদুনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লখি। মতৌ অসুম্না সূর্য্যদেবনা তাকপিরম্বা পাউতাক অদুগী মতুংইন্না ঐনা শুক্লযজুর্ব্বেদবিদ্যাগী শাখা তরামঙা ফংদুনা, ঐ ঈশা ঈখন্তনা বেদ্যতত্ত্বগী মরমদা চিন্তা তৌবা ( খন্‌বা ) হৌরকলে ॥২৪—২৫॥

নিংথৌ! নোংমা বেদান্তজ্ঞানদা চঙখোল্লবা বিশ্বাবসু কৌবা গন্ধর্ব্ব অসি ঐগী নাক্তা লাকৃখি। মহাক্না লাক্লিবদুগী মরমদি— ব্রাহ্মণ হায়বা জাতি অসিগী খ্বাইদগী কান্নবসি করিনো, খ্বাইদগী চুম্বা, খ্বাইমক্তগী খঙকম থোকপা পোশক অসি করিনো অসিনচিংবসি হংগে হায়বগী দমকনি। অদুনা মহাক্না হায়রিবা য়াহংশিং অসি ঐঙোন্দা হংখি ॥২৬॥

নিংথৌ! অসিগী তুংদা মহাক্না বেদগী মরমদা য়াহং কুম্মরি হংখি। অদুদগী আন্বীক্ষিকী বিদ্যাগী মরমদা য়াহং কুম্মঙা হংখি। অহানবগী য়াহং কুম্মরিনা অসিনি— বিশ্ব করিনো? অবিশ্ব করিনো? অশ্বা হায়বনা করিনো? অশ্ব করিনো? মিত্র হায়বসি করিনো? কনাবুনো? বরুণ হায়রিবা অসিনা করিনো? ॥২৭—২৮॥

জ্ঞান হায়বসি করিনো? জ্ঞেয় হায়বনা করিনো? জ্ঞাতা কনানো? করিনো? অজ্ঞনা করিনো? জ্ঞনা করি.না? কনানো? তপস্বী হায়বসি কনাবুনো? তপস্বী নত্তবনা করিনো? কনানো? সূর্য্যনা কনানো? অতিসূর্য্যনা কনানো? বিদ্যা হায়বনা করিনো? অবিদ্যা হায়বনা করিনো? ॥২৯॥

বেদ্যনা করিনো? অবেদ্যনা করিনো? চল ( অচৎপা ) হায়বনা করিনো? অচল ( চত্তবা লেঙদবা) হায়বনা করিনো? অপূর্ব্ব ( মমাংদৌদা থক্ ওইথিদ্রিবা ) হায়বসিনা করিবুনো? অক্ষয় ( অমাঙ অতা

তথোক্তশ্চ মহারাজ রাজা গন্ধর্ব্বসত্তমঃ। পৃষ্টবাননুপূর্ব্বেণ প্রশ্নমর্থবিদুত্তমম্ ॥৩১॥
মুহূর্ত্তমৃষ্যতাং তাবৎ তাবৎ যাবদেবং বিচিন্তয়ে। বাঢ়মিত্যেব কৃত্বা চ তূষ্ণীং গন্ধর্ব্ব আস্থিতঃ ॥৩২॥
ততোঽহমনুচিন্তয়মহং ভূয়ো দেবীং সরস্বতীম্। মনসা স চ মে প্রশ্নো দধো ঘৃতমিবোদ্ধৃতম্ ॥৩৩॥
অত্রোপনিষদং চৈব পরিশেষং চ পার্থিব। মথ্নামি মনসা তাত দৃষ্ট্বা চান্বীক্ষিকীং পরাম্ ॥৩৪॥
চতুর্থীং রাজশার্দ্দূল বিদ্যৈষা সাম্পরায়িকী। উদীরিতা ময়া তুভ্যং পঞ্চবিংশাদধিষ্ঠিতা ॥৩৫॥
অথোক্তস্তু ময়া রাজন্ রাজা বিশ্বাবসুস্তদা। শ্রূয়তাং যৎ ভবানস্মান্ প্রশ্নং সংপৃষ্টবানিহ ॥৩৬॥
বিশ্বাবিশ্বেতি যদিদং গন্ধর্ব্বেণানুপৃচ্ছসি। বিশ্বাব্যক্তং পরং বিদ্যাৎ ভূতভব্যভয়ঙ্করম্ ॥৩৭॥

লৈতবা ) হায়বসিনা করিনো? মাঙথিগদবা মৃৎখিগদবা হায়বসিনা করিনো? হংলিবশিংসে য়াম্না উত্তম ওইবা অফবা রাহংমক্তনিদো ॥৩০॥

মহারাজ! গন্ধর্ব্ব পুম্নমকী কোকী লৈতেং ওইবা বিশ্বাবসুগী রাহং ময়ামসি ত্রাবদা ঐনা মঙোন্দা অস্নুম্না হায়খি,— গন্ধর্ব্বনিংথৌ! নহাক্না ফর ফরবা রাহংমক্ত হংলে। নিংথৌ! নহাক্তি অর্থ পুম্নমক খঙবিরবনি। ঙসাক্তং ঙাইহবিখো, হংবিরিবশিংসে মথং মথং খুম্নবা ঐ অমুক্তা বিচার তৌখিগে। 'য়াম্না ফনি' অস্নুম্ হায়রুনা বিশ্বাবসু কৌবা গন্ধর্ব্বনিংথৌসি তূমিন্ন ফমহুনা লৈ ॥৩১—৩২॥

মরক্ অদুদা ঐনা সরস্বতী দেবীবু ধ্যান তৌখি। মতম অদুদা দহী ( শঙ্গোম মপাল্ ) দগী ঘী থোরকপা অদুগুম্না ঐগী পুক্নীংদা রাহংশিংদুগী পাউথুম মনম্ মনম্ থোরকই ॥৩৩॥

নিংথৌ! মতম অদুদা, মফমদুমক্তদা ঐনা উপনিষদ্ পুম্নমক্ অদুগা উপনিষদশিং অদুগী পোইরিশিষ্ট-ভাগ ( লেমহৌবা মমৈগী শরুক্শিং ) অদুদা, অদুগ আন্বীক্ষিকী বিদ্যারেমদা— পুক্নীংতনা ভদুম থহরবা, য়েংশিল্লুহনা মথে য়দুবু ঐনা মকোক্তগী মমৈ ফাওবা নৈব হৌরকই ॥৩৪॥

নিংথৌ অথোইবা! আন্বীক্ষিকা হায়বা বিদ্যাসে ত্রয়ীবিদ্যা, বার্ত্তা, দণ্ডনীতি হায়রিবা অহুমসিদগী তোঙান্না লৈবী মরিশুবী বিদ্যা অমনি। বিদ্যা অসি মোক্ষ ( সংসারগী অরা অনা, পোকপা শিবদগী লান্থোক্নবগী সাধনাদা য়াম্না কান্নবা উ ায় অমনি। বিদ্যা হায়বসিমক্তবু খঙনবা ফংনবগী খুংলায় হায়বত্তনি, ঐনা নিংথৌ নঙোন্দসু অমুক হায়গে, কুম্নভাশুবা তত্ত্ব ওইরিবা পুরুষ ভগবান্গী মরম ওইবী অদুগুম্বী বিদ্যানি। মাদু পুম্নমক্তু ঐনা বিশ্বাবসুগী মফমদা লোইনা অমুক লীখি ॥৩৫॥

নিংথৌ! ঐনা বিশ্বাবসুদা অস্নুম্না হায়খি, গন্ধর্ব্বনিংথৌ! নিংথৌ নহাক্না ঐঙোন্দা হংখিবা রাহং পুম্নমকী পাউথুম অদু মথং মথং তারো ॥৩৬॥

গন্ধর্ব্বনিংথৌ! নহাক্না অহান্বা বিশ্বা অবিশ্ব অসিনাচংবা প্রশ্নাবলী ( রাহং পরেং ) অম হংখিবদুগী পাউথুমশিং মথং মথং তাবিয়ু। বিশ্বা হায়বসি অব্যক্ত প্রকৃতিবু হায়বনি, অব্যক্ত প্রকৃতিগী মমিং অমনি। মাসিদি অচচ্চক্ত জীব পুম্নমকপু সংসারগী বন্ধন ( অফা অপুন ) দা থাদহুনা শারবা ওইবী ওইবনা ভূত,

ত্রিগুণং গুণকর্তৃত্বাদবিবিশ্ব নিষ্কল স্তথা। অশ্বশ্চাশ্বা চ মিথুনমেবমেবানুদৃশ্যতে ॥৩৮॥
অব্যক্তং প্রকৃতিং প্রাহুঃ পুরুষেতি চ নির্গুণম্। তথৈব মিত্রং পুরুষং বরুণং প্রকৃতিং তথা ॥৩৯॥
প্রকৃতিং দুর্জ্ঞেয়ং নিষ্কলমেব চ। অজ্ঞশ্চ জ্ঞশ্চ পুরুষস্তস্মান্নিষ্কলমুচ্যতে ॥৪০॥
কস্তপা অতপাঃ প্রোক্তাঃ কোঽসৌ পুরুষ উচ্যতে। তপাস্তু প্রকৃতিং প্রাহুরতপা নিষ্কলঃ স্মৃতঃ ॥৪১॥
সূর্য্যমব্যক্তমিত্যুক্তমতিসূর্য্যস্তু নিষ্কলঃ। অবিদ্যাপ্রকৃতিজ্ঞেয়া বিদ্যা পুরুষ উচ্যতে ॥
তথৈবাবেদ্যমব্যক্তং বেদ্যঃ পুরুষ উচ্যতে। চলাচলমিতি প্রোক্তং ত্বয়া তদপি মে শৃণু ॥৪২॥
চলাং তু প্রকৃতিং প্রাহুঃ কারণং ক্ষয়সর্গয়োঃ। আক্ষেপসর্গয়োঃ কর্ত্তা নিশ্চলঃ পুরুষঃ স্মৃতঃ ॥৪৩॥

---

ভবিষ্যৎ কাল অহুম্মক্তা মহা অকিবগী মশক্নি। রা অসি য়ায়া মুন্না চিংনবা লৈতনা খণ্ডজিন্দুনা থম্বিয়ু ॥৩৭॥

অদুগা বিশ্বা হায়না কৌবী প্রকৃতি অসি ত্রিগুণময়ীনি। সত্ব রজ তম গুণ অহুমগী মশক ওইবা শান্ন-কম সংসার অসি মহাক্না শেম্বনি। মানা তৌরিবা থবক অসিদা কলা অম ফাওব য়াওবিরদ্রবা নিষ্কল ওইবা আত্মা অদুবুনা অবিশ্ব ( বিশ্বা নত্তবা —বিশ্বাদা য়াওরুদ্রবা ) কৌই। অশ্ব— অশ্বা অনীগী মিন্নবা মওংমু— অসিনি। অশ্বানা অব্যক্ত প্রকৃতিনি, অশ্বনা পুরুষনি ॥৩৮॥

অব্যক্ত প্রকৃতি অসি সগুণ ( গুণনা তিন্বা ) নি হায়নৈ। অদুগা পুরুষদি করিগুম্বা গুণ অমত্তনসু তিন্দবনি। অসুম তৌদুনা বরুণনা প্রকৃতি অদুগা মিত্রনা পুরুষনি ॥৩৮॥

জ্ঞান ( ভৌতিক ) হায়বা শব্দসিনা প্রকৃতিনি হায়না য়ান্নব্রে। অসুম তৌদুনা অজ্ঞ হায়বা অসিনা প্রকৃতিনি হায়না অদুগা পুরুষনা জ্ঞাতা হায়না অদুম খণ্ডনগদবনি ॥৪০॥

কঃ তপা অদুগা অতপা অদুম হায়না হৌবা রাহং অসিগী বিষয়দা হায়গদবদি অসিনি,— ক হায়বা অসিমক্ পুরুষবু হায়রিবনি। অদুগা তপা হায়বসনা প্রকৃতিবুনি। অদুগা অতপা হায়বসিনা— নিষ্কল পুরুষদা থোন্বা মিংনি ॥৪১॥ *

অব্যক্ত প্রকৃতিবু সূর্য্য অদুগা নিষ্কল পুরুষবুনা অতিসূর্য্য কৌই। অবিদ্যা হায়রিবসিনা প্রকৃতিবু অদুগা বিদ্যা হায়রিবসিনা পুরুষবু হায়রিবনি হায়না খণ্ডগদবনি। মতৌ অসুম্না অবেদ্য হায়রগা অব্যক্ত প্রকৃতিবুনি, অদুগা বেদ্য হায়রগনা পুরুষবু হায়রিবনি হায়না খণ্ডগদবনি। অদুগা নিংথৌ! নহাক্না চল অচলগী মরমদা হংবদুসু তাবিয়ু ॥৪২॥

সৃষ্টি সংহার ( শেম্ব থুগাইবা ) অনী কারণ ( মরম—খুৎলায় ) ওইরবা প্রকৃতিদুবু চলা কৌই। সৃষ্টি

---

* হায়রিবা শ্লোক মশা অসিমক্তদা কনাগুম্বনা থরা চিংননি। কঃ হায়বসি 'কনানো ?' হায়না অর্থ হন্দুনা অহংবা খণ্ডনবা য়ারেংগী মওংদা কনাগুম্বনা পুনিংবা য়াই। অদুবু প্রকৃতিগী অর্থ লৈরা "তপা" হায়বা অসিনা স্ত্রীলিঙ্গ ওইরবদি "কা তপা" হায়না হংগদবনি। রাহং মশানা পাউথুম অদুম ওইহল্লি।

( কালাচাঁদ )

তথৈববেদ্যমব্যক্তমবেদ্যঃ পুরুষস্তথা। অজ্ঞাবুভৌ ধ্রুবৌ চৈবক্ষয়ৌ চাপ্যুভাবপি ॥৪৮॥
অজৌ নিত্যাবুভৌ প্রাহুরধ্যাত্মগতিনিশ্চয়াঃ ॥৪৫॥
অক্ষয়ত্বাৎ প্রজননে অজমত্রাহুরব্যয়ম্। অক্ষয়ং পুরুষং প্রাহুঃ ক্ষয়োহস্য ন বিদ্যতে ॥৪৬॥
গুণক্ষয়ত্বাৎ প্রকৃতিং কর্তৃত্বাদক্ষয়ং বুধাঃ। এষা তেহন্বীক্ষিকীবিদ্যা চতুর্থী সাম্পরায়িকী ॥৪৭॥
বিদ্যোপেতং ধনং কৃত্বা কর্ম্মণা নিত্য কর্ম্মনি। একান্তদর্শনা বেদাঃ সর্ব্বে বিশ্বাবসো স্মৃতাঃ ॥৪৮॥
জায়ন্তে চ ম্রিয়ন্তে চ যস্মিন্নেতে মতাশ্চ্যুতাঃ। বেদার্থং মে ন জানন্তি বেদ্যং গন্ধর্ব্বসত্তম ॥৪৯॥
স্যঙ্গোপাঙ্গানপি যদি যশ্চ বেদানধীয়তে। বেদবেদ্যং ন জানীতে বেদভারবহো হি সঃ ॥৫০॥

---

সংহারগী কর্ত্তাপুরুষ মশামকপুদি অচল ( নিশ্চল ) কৌই ॥৪৩॥

মতৌ অসুম্না অব্যক্ত প্রকৃতি অসি বেদ্যনি, হায়বদি— খঙবা উব য়াবা পোংশক্তি, পুরুষনা অবেদ্য হায়বদি— খঙবা উবা য়াদবা পোংশকনি। অধ্যাত্মতত্ত্বগী মরমদা য়াম্না কূপ্না থিজিন্বা জ্ঞানীশিংনা হায়নবা হায়ববু পুরুষ প্রকৃতি অনীমক অজ্ঞ ওাক্তনি, অনীমক নিশ্চল ( অচল—লেঙদবা ) ওাক্তনি, অমীমক অক্ষয় ওাক্তনি, অনীমক অজন্মানি, নিত্যনি ॥৪৪—৪৫॥

হায়ব্রিবা য়াকম অসিদা জ্ঞানীশিংনা পুথোক্লিবা অর্থদি পুরুষ অসি জন্মগ্রহণ তৌরবস্থু হায়বদি— পোকপা হায়বা ধর্ম অসি লৌরবস্থু অক্ষয় ওইবনা হায়বদি— অমাঙ অতা, তুমশিন্খিবা শিন্থখিবা লৈতবনা মহাক্পু অজন্মা অবিনাশী অদুগা অক্ষয় কৌবনি। মরমদি— মহাক্কীদি ক্ষয় ( মাংবা, তুম্বা ) করিগুম্বা মতমদা ওইবা লৈতে ॥৪৬॥

গুণ হায়বসিমক্তবু মাঙথব' মুথবা নাইবনিনা গুণময়ী ( গুণতগী মশক ওইবী ) প্রকৃতিনিনা মহাকপু ক্ষয়শীল ( ক্ষয় লোইবী ) নি হায়বতনি। অদুগুম্বী প্রকৃতিবু মহাক্কী মথোদা ঈথিল্লি হায়বগীদমক ঈথিল্-লিবা ( প্রেরণা পীরিবা ) পুরুষ মহাকপু অক্ষয় কৌবতনি। গন্ধর্বনিংথৌ। আন্বীক্ষিকী বিদ্যাগী মরিগুবা য়াহং অমা নিংথৌ নহাক্লা হংবিখিধদো, মাহু এনা হায়ববনি ॥৪৭॥

বিশ্বাবসু নিংথৌ! আন্বীক্ষিকী বিদ্যা অসিগা লোয়নন', বেদবিদ্যাগী মশক ওইবা ন'লবু তানথুনা নিত্যকর্ম্ম পূম্নমক তৌগদবনি। বেদ পূম্নমক তোপ তোপ্না চীক্লা তম্নবগী নৈননবগী মতীক চারবমক্তনি ॥৪৮॥

গন্ধর্ব্বনিংথৌ! অচচ্চত্ত জীব পূম্নমক মঙোন্দা তুংথুনা লৈরিবা, মঙোন্দগী থোকখিবা পোক্খিবা, মঙোন্দা অমুক চঙখিবা বেদ পূম্নমক্কী ওাঙলিবা শক্লিবা পূন্থসি মহাক্কীদমক্ত, মহাক্কী মরমদতা ওইবা, থাই-দগী থঙকম থোক্পা, মহাকপু খঙগে হায়বগী দমক্তা ভাইবংমীওইবগী পোকপগী উদ্দেশ্য ওইবা, অদুগুমবা পরমাত্মা মহাকপু খঙজ্রিবা, খঙগে হায়নসু হোৎনজ্রিবা অদুগুম্বা অপঙবশিংনা পোকপা লিবগী লাংদা তত্তনা থুত্থনা লৈরি ॥৪৯॥

বেদগী অঙ্গ তরুক, উপনিষদনচিংবা উপাঙ্গ পূম্নমক তমথুনা হৈথুনসু, বেদ পূম্নমক্লা খঙগে ভাররিবা,

যো ঘৃতার্থী খরীক্ষীরং মথেদ্‌গন্ধর্ব্বসত্তম। বিষ্ঠাং তত্রানুপশ্যেত ন মণ্ডং ন চৈব ঘৃতম্ ॥৫১॥
তথা বেদ্যমবেদ্যং চ বেদবিদ্যো ন বিন্দতি। স কেবলং মূঢ়মতির্জ্ঞানভারবহঃ স্মৃতঃ ॥৫২॥
দ্রষ্টব্যৌ নিত্যমেবৈতৌ তৎপরেণান্তরাত্মনা। তথাস্য জন্মনিধনে ন ভবেতাং পুনঃ পুনঃ ॥৫৩॥
অজস্রং জন্মনিধনং চিন্তয়িত্বা ত্রয়ীমিমাম্। পরিত্যজ্য ক্ষয়মিহ অক্ষয়ং ধর্ম্মমাস্থিতঃ ॥৫৪॥
যদানুপশ্যতেঽত্যন্তমহন্যহনি কাশ্যপ। তদা স কেবলীভূত ষড়্‌বিংশমনুপশ্যতি ॥৫৫॥
পুন্যশ্চ শাশ্বতোঽব্যক্তস্তথান্যঃ পঞ্চবিংশকঃ। তস্য দ্বাবনুপশ্যেতাং তমেকমিতি সাধনঃ ॥৫৬॥
তে নৈতন্নাভিনন্দন্তি পঞ্চবিংশকমচ্যুতম। জন্মমৃত্যুভয়াৎ যোগাঃ সাংখ্যাংশ্চ পরমৈষিণঃ ॥৫৭॥

খঙগে হায়না তান্নদ্রিবা অহুগা তন্নিবা নৈনরিবসি মহাকপুনিকো হায়না খদ্রিবা মখোয় অহুদি বেদপাঠী নত্রে বেদভারবাহী (বেদ কৌবা লুন্নবা পোৎয়োম্ব কোক্‌থোং নাহুনা থাংথকম খঙদনা কোয়চৎ চৎপা) ভাক্তনি ॥৫০॥

গন্ধবব পুন্নমক্কী কোকথক্কী মণি! ঘীবু শুংগে ফংগে নীংবা মীনা গাধা অমোমগী শঙ্গোমবু নৈবা ( মাথা চিংব ) দা অমাংবদগী হেন্না করিমতা উবা ফংদে। মহাক্কা মকৃথন্ ( মাখোন্ ) স্থ ফংদে, ঘীম্ব ফংদে, অমাংব ( মল—থী ) দগী হেন্না করিমতা ফংদে ॥৫১॥

মতৌ অসিগুম্না বেদশাস্ত্রবু তমহুনস্থ হন্না হন্না নৈহুনস্থ বেদ্যনা কৗরনো অবেদ্যনা কৗরনো হায়বা অহু খঙদ্রপদি অপঙবহুনা জ্ঞান মখল মখলগী পোৎলুম নম্বো পোহুনা পোথাকম খঙদনা চৎলি ॥৫২॥

তাইবংমীনা য়াম্না পুক্লীং চঙনা অন্তরাত্মাদা পুরুষ প্রকৃতি অনীগী জ্ঞান অসে, অমুকহন্না পোকপ শিবগী লাংদা তারদনবা, ফংননবা হোৎনগদবনি ॥৫৩॥

পোকপ শিবগী চক্র ( চাকা ) অসি আ সৃষ্টিগী মতমদগী লৈহুনা অহুম্ লাক্লি। বৈদিক কর্ম্মকাণ্ডশিং অসি সংসারদা হন্না হন্না পোক্নবগী ইহলোক পরলোকক্কী-ত য়েংহুনা অনুষ্ঠান তৌনরি। অহুগা কর্ম্ম-কাণ্ডশিং অহু পাঙথোক্‌পনা পীরিবা মহৈশিং অহুদি অনিত্য মক্তনি। অনিত্য সংসারদা ভোগ তৌননবা ভাক্তনি। মরম অহুনা মাসি পুন্নমক থাদোক্তুনা অনিত্য সংসার অসিদা অমূক লাক্তুনা অনিত্য ওইবা কাম্ন-দবা মহৈশিং অসি ফংঙদনবা, অমাঙ অতা লৈতবা নিত্য ওইবা, অক্ষয় ওইবা ধর্ম্ম অহুতগী আশ্রয় লৌগ-দবনি ( চঙজগদবনি ) ॥৫৪॥

কশ্যপ-নন্দন! বিশ্বাবস্থ! মুমিৎ খুদিংগী পরমাত্মাগী স্বরূপপু খন্দুনা নৈনহুনা লৈরিবা সাধক অহুদি প্রকৃতিগী সংসর্গদগী নোম নোংমগী অহুম্ লাম্থোরক্তুনা কুম্তরকপুবা তত্ত্বগী মশক ওইবা পরমাত্মাবু ফংবা ভস্মি ॥৫৫॥

অপঙবশিংনা পরমাত্মাগী স্বরূপতা ভেদজ্ঞান থমহুনা জীবাত্মা কৌবা কুম্নডাগুবা ভত্ত্বনা অমনি, কুন্-তরুকপুবা পরমাত্মা কৌবা তত্ত্বনা অমনি হায়না অনী থোক্না খল্লি। কূপ্ন তত্ত্ব থিজিন্‌বা সাধু মহাত্মাশিংনদি অনীমক্ মপা অমত্তনি হায়না লৌই ॥৫৬॥ পোকপ-শিবগী অকিবা থুক্কংপা করিমতা লৈতনা অথোইবা

বিশ্বাবসুরুবাচ।

পঞ্চবিংশং যদেতত্তে প্রোক্তং ব্রাহ্মণসত্তম। তথা তন্ন তথা চেতি তৎ ভবান্ বক্তুমর্হতি ॥৫৮॥
জৈগীষব্যস্যাসিতস্য দেবলস্য ময়া শ্রুতম্। পরাশরস্য বিপ্রর্ষের্বার্ষগণ্যস্য ধীমতঃ ॥৫৯॥
ভৃগোঃ পঞ্চশিখস্যাস্য কপিলস্য শুক্রস্য চ। গোতমস্যার্ষ্টিষেণস্য গর্গস্য চ মহাত্মনঃ ॥৬০॥
নারদস্যাসুরেশ্চৈব পুলস্ত্যস্য চ ধীমতঃ। সনৎকুমারস্য ততঃ শুক্রস্য চ মহাত্মনঃ ॥৬১॥
কশ্যপস্য পিতুশ্চৈব পূর্ব্বমেব ময়া শ্রুতম্। তদনন্তরং স চ রুদ্রস্য বিশ্বরূপস্য ধীমতঃ ॥৬২॥
দৈবতেভ্যঃ পিতৃভ্যশ্চ দৈত্যেভ্যস্ততস্ততঃ। প্রাপ্তমেতন্ময়া কৃৎস্নং বেদ্যং নিত্যং বদন্ত্যুত ॥৬৩॥
তস্মাৎ তৎ বৈ ভবদবুদ্ধ্যা শ্রোতুমিচ্ছামি ব্রাহ্মণ। ভবান্ প্রবর্হঃ শাস্ত্রাণাং প্রগল্ভশ্চাতিবুদ্ধিমান্ ॥৬৪॥
ন তবাবিদিতং কিংচিৎ ভবান্শ্রুতিনিধিঃ স্মৃতঃ। কথ্যতে দেবলোকে চ পিতৃলোকে চ ব্রাহ্মণ ॥৬৫॥

থুডমবু ফংনিংবা সাংখ্যতত্ত্ব খঙবা যোগীশিংনা জীবাত্মা পরমাত্মাবু তোঙান্ তোঙাম্বনি হায়না থক্ লৌদে। বিশ্বাবসু! ঐ ঈশামকসু জীব ঈশ্বর অনীগী অভেদ সম্বন্ধবু সমর্থন তৌরিবা অভেদবাদীশিংগী দর্শনশুবু সমর্থন তৌরি ॥৭৬—৫৭॥

বিশ্বাবসুনা হায়,— ব্রাহ্মণ খিবিকী কোক্থক্কী মণি ওইবিবিবা। কুমণ্ডাগুবী তত্ত্ব ওইনা লৈবিবা জীব অসিবু ব্রাহ্মণনা কুন্তকক্শুবা তত্ত্ব ওইনা লৈবিবা পরমাত্মাগা মশা অমতনি হায়না তাকপিরি। মাসিদা চিংনরিবা হায়ববু, জীবাত্মা হায়বসি থাঙ্গৈশেংবমক পরমাত্মা (ঈশ্বর) গা মশা অমতরা? নত্রগা তোঙান্ তোঙানবরা? হায়বা অসি'ন। মাসি অমুক্তগা প্রমাণ চানা তাকপিথো ॥৫৮॥

ঐনা মুনি অথোইবা জৈগীষব্য, অসিত, দেবল, ব্রহ্মর্ষি পরাশর বুদ্ধি লৈরিবা বার্ষগণ্য ভৃগু, পঞ্চশিখ, কপিল, শুক, গৌতম, আর্ষ্টিষেণ, মহাত্মা গর্গ, নারদ আসুরি, বুদ্ধি লৈবা পুলস্ত্য, সনৎকুমার, মহাত্মা শুক্র অমসুগা ঐগী ঈপা কশ্যপমকী মচীন্দগী জীব ঈশ্বর অনীগী ভেদ অভেদ সম্বন্ধগী বিষয় অসি তোঙান্ তোঙাম্ব মওংদা য়াম্না তাজরে ॥৫৯—৬১॥

অদু-ত নত্তনা রুদ্র, বুদ্ধিমান্ ওইরবা বিশ্বরূপ, অতোপ্প অতোপ্পা দেবতাশিং, দৈত্যশিং, পিতৃলোক-নচিংবা তাকম্ লৌকম্ থোকপা কয়াগী মফমদগী, বিষয় অসিগী জ্ঞান মথল্ মথল্ কয়া কয়াসু ঐ মতাজখ্রবনি, হায়রিবশিংসিনা খঙকম থোক্পা জ্ঞেয়তত্ত্ব অমবু-ত অথোইবনি, নিত্য'নি পূর্ণনি হায় ॥৬২—৬৩॥

ব্রাহ্মণদেব! পুম্নমক অসিগী তারুসবা তুং অসিদা ঐ ব্রাহ্মণগী মত অমদি উপদেশ অমতং তাজনীংহ্নবা লাকচবনি। মরমদি ব্রাহ্মণ নহাক্তি জ্ঞানী বিদ্বান্শিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবনি, বুদ্ধিমান্নি, ময়াওইবা বাগ্মী অমসু ওইরিবনি ॥৬৪॥

ব্রাহ্মণ! নহাক্না হৈতবা, খঙদবা অমতা য়াওদে। নহাক্তি বৈদিকজ্ঞানগী ভণ্ডার (পুংগে) নি হায়রি। ব্রাহ্মণ! নহাক্তি দেবলোক পিতৃলোক অনীমক্তা মিংচৎ ফংহ্নবা লৈবিরবনি ॥৬৫॥

ব্রহ্মলোকগতাশ্চৈব কথয়ন্তি মহর্ষয়ঃ। পতিশ্চ তপতাং শশ্বদাদিত্যস্তব ভাবিতা ॥৬৬॥
সাংখ্যজ্ঞানং ত্বয়াব্রহ্মন্নবাপ্তং কৃৎস্নমেব চ। তথৈব যোগশাস্ত্রং চ যাজ্ঞবল্ক্য বিশেষতঃ ॥৬৭॥
নিঃসন্দিগ্ধং প্রবুদ্ধস্ত্বং বুধ্যমানশ্চরাচরম্। শ্রোতুমিচ্ছামি তজ্জ্ঞানং ঘৃতংমণ্ডময়ং তথা ॥৬৮॥
যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।
কৃৎস্নধারিণমেব ত্বাং মন্য গন্ধর্ব্বসত্তম। জিজ্ঞাসসে চ রাজং স্তন্নিবোধ যথাশ্রুতম্ ॥৬৯॥
অবুদ্ধ্যমানাং প্রকৃতিং বুধ্যতে পঞ্চবিংশকঃ, ন তু বুধ্যতি গন্ধর্ব্ব প্রকৃতিঃ পঞ্চবিংশকম্ ॥৭০॥
অনেন প্রতিবোধেন প্রধানং প্রবদন্তি তৎ। সাংখ্যযোগাশ্চ তত্ত্বজ্ঞা যথাশ্রুতিনিদর্শনাৎ ॥৭১॥
পশ্য স্তথৈবচাপশ্যন্ পশ্যত্যন্যঃ সদানঘ। ষড়বিংশং পঞ্চবিংশং চ চতুর্বিংশং চ পশ্যতি ॥৭২॥

---

ব্রহ্মলোক কাওবা য়ৌপ্রবশিংনা আ- ব্রহ্মলোকতা ব্রহ্মণ নহাক্কী ংতীক নগুণবু শরুন্নিবনি, থাগৎনন্নিবনি। তেজ পূম্নমক্কী হাইদোৱকফম, অদিতিনন্দন ভগবান্ সূর্য্যদেবমক্কা ব্রাহ্মণ নঙোন্দা বেদগী উপদেশ (পাউতাক) কয়া পীবিপ্রবনি ॥ ৬॥

ব্রাহ্মণ অথোইবা। যাজ্ঞবল্ক্য! নহাক্তি সাংখ্য অমদি যোগশাস্ত্রগী বিশেবজ্ঞান অমদি তত্ত্ব পূম্নমক খঙহ্নবা লৈবিরবনি ॥৬৭॥

ব্রাহ্মণ! নহাক্তি নশাদা তত্ত্বজ্ঞান পূম্নমক হান্দুনা লৈরবনি। ব্রাহ্মণ নহাক্তি মহাজ্ঞানী অমা ওই-হ্নবা লৈবিরবনি। অচচ্ছত্ত্ব জীব পূম্নমক্কী তত্ত্ব লোইনা খঙবিরবনি। মরম অহ্নবা শেংলবা শঙ্খোমদগী শেম্বা মক্থন্ ( মাখোন্ ) মতোগুম্বা, ঘী গী মতোগুম্বা হাওরবা মহাও লৈরবা, বেদ শাস্ত্র পূম্নমকপু নৈরগা থোরক্পা মচি ওইবা জ্ঞানদো ঐ ব্রাহ্মণগী শ্রীমুখদগী তাজনীংঙি ॥৬৮॥

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— ঐনন্থ অমুক হায়প্রবনি। হে গন্ধর্ব্বশিরোমণি। জ্ঞান পূম্নমক খুদক্ত লৌননবগী মেধাশক্তিদো, গন্ধর্ব্বনিংথৌ, নঙোন্দা হান্নবা অহুম মরৈরবনি। লোইনা খঙহ্নবা লৈরবা নিংথৌ নহাক্কা ঐঙোন্দা অমুক হংলবসে ঐগী মত অমত্তংসু তানীংহ্নবা হংবিরিবনি হায়বা তশেংনা খঙজরে। অহ্নবা ঐনা মমাংঙৈদগী তারক্পা খঙলকপা পূম্নমক অহু হায়জরগে তাবিরো ॥৬৯॥

গন্ধর্ব্বনিংথৌ। প্রকৃতি হায়বসি জড় ( অশিব ) নি; লৈম্নুংদা লৈবা উরু রারুগুম্বনি। জড় প্রকৃতি অসিদি গুণ কুম্নরিগী মন্নুংদনি। অহ্নবা কুম্নরিদগী বাংমদা কুম্নডাগুবা জীবাত্মা কৌব তত্ত্ব মহারুদি প্রকৃতি অসিবু মুম্না ঙঙঙি। অহ্নগা প্রকৃতি মানদি জীবাত্মাসিবু করিমতা খঙদে ॥৭০॥

সাংখ্য অমদি যোগগী তত্ত্বজ্ঞানীশিংনা শ্রুতিদা তাক্লিবহুগী মতুংইন্না ঈশিংদা মমি তাবা থাগী মতৌ-গুম্না, জীবাত্মাসিনা জ্ঞানগী মশক ওইবা প্রকৃতিদা মমি তাবন, প্রকৃতিসিবু মরু ( প্রধান ) ওইনা লৌই ॥৭১॥

পাপ রাওদ্রব গন্ধর্ব্ব। জীবাত্মানা জাগ্রত অবস্থাদা লৈরিঙৈসিদা লোইনা উই। সুষুপ্তিগা সমাধিগা সমাধিগা অবস্থা অনীসিদা করিমতা উদে, খঙদে। অহ্নগা পরমাত্মাসিনদি কুন্তরুকৃপ্তবা তত্ত্বগী মশক ওইবা

ন তু পশ্যতি পশ্যংস্তু যশ্চৈনমনুপশ্যতি। পঞ্চবিংশোঽভিমন্যেত নান্যোঽস্তি পরতো মম ॥৭৩॥

ন চতুর্বিংশকোগ্রাহ্যো মনুজৈর্জ্ঞানদর্শিভিঃ। মৎস্যশ্চোদকমন্বেতি প্রবর্ত্তেত প্রবর্ত্তনাৎ ॥৭৪॥

যথৈব বুধ্যতে মৎস্যস্তথৈষোঽপ্যনুবুধ্যতে। স স্নেহাৎ সহবাসাচ্চ সাভিমানাচ্চ নিত্যশঃ ॥৭৫॥

স নিমজ্জতি হি কালস্য যদৈকত্বং ন বুধ্যতে। উন্মজ্জতি হি কালস্য সমত্বেনাভিসংবৃতঃ ॥৭৬॥

যদা তু মন্যতেঽন্যোঽহমন্য এষ ইতি দ্বিজঃ। যদা কেবলীভূতা ষড়্বিংশমনুপশ্যতি ॥৭৭॥

অন্যশ্চ রাজন্নবরস্তথা পঞ্চবিংশকঃ। তৎস্থানাচ্চানুপশ্যন্তি এক এবেতি সাধবঃ ॥৭৮॥

তে নৈতন্নাভিনন্দন্তি পঞ্চবিংশকমচ্যুতম্। জন্মমৃত্যুভয়াৎভীতা যোগাঃ সাংখ্যাশ্চ কাশ্যপ ॥৭৯॥

---

মশা মথন্তবু অহুগা কুম্মভাগুবা তত্ত্বগী মশক ওইবা জীবাত্মাসিবু অহুগা অমুকস্থ প্রকৃতিসিবু উই, খঙডি ॥৭২॥

অহুবু জীব অসিনা মহাক মথন্তনা মচাউরে হায়না অভিমান তৌরকপা মতমদদি, মহাক্না তৌখিবা থবক পুম্বা উতুনা লৈরিবা পরমাত্মাসিবু লৈ হায়বা খঙন খঙনা, উন উনা— উদে, খঙশিন্নদে ॥৭৩॥

তত্ত্বজ্ঞানী ওইবা তত্ত্বখঙবশিংনা তৌগদবা হায়বদু— ই রিবা প্রকৃতি অ.িদা অ.ভুভাব থমদবা, হায়বদি মামক্লি ( আত্মামক্লি ) হায়না খল্লবা অসিত্তনি। ঙানা ঈশিংগী ঈচেলগী মতুংইন্না অহুম মচংলি, অহুগা মহাক মশাবুদি ঈশিংদগী তোঙানবনি অহুম্ মরোই খল্লি। অহুগুম্না তাইবং মীনা প্রকৃতিগী কর্ম্মগী ঈচেল মতুং-ইন্না অহুম চেস্থরবস্থ মহাক মশাবু ঈচেলত্তুমক্লি হায়না খল্লোইদৌবনি ॥৭৪॥

ঙানা ঈশিংদা লৈরগা, মহাক মশামক্ ঈশিংদগী তোঙাল্লি হায়না খন্‌বদুগুম্না জীবাত্মা অসিনা প্রাকৃত দেহগী মনুংদা লৈন লৈনা মহাক মশামক প্রাকৃতদেহ অসিদগী তোঙানবনি খল্লি অহুগা খঙস্থ খঙডি। অহুবু মাহু খঙদি খঙলগা, মাগী মপানগী কুয়োম ওইরিবা হকচাং অসিবু কা হেন্না মুংশিরুবদগী মাগা লৈনরুবা সম্বন্ধ অহুনা মরী য়াম্না নকশিল্লুবদগী পরমাত্মাগা অমতা অইনা লৈমিন্নবগী মুংঙাইবহু অনুভব তৌবা ঙমদে। হায়রিবা একতা অসিবু থম্বা ঙমদ্রিবা অহুকী মখে মহাক মতমগী ঈপাক্না লূপতুনা লৈ। মহাক্না পরমাত্মাগা অমতা ওইবগী মওংবু বুদ্ধিগী পাম্বৈতনা হেক্ ফংবা মতম অহুদা মহাক মতমগী ঈপাক্তগী লাম্থোকই ॥৭৫-৭৬॥

হকচাংস্থং অসিদা লৈরিবা ঐ অসিনা অত্তোপ্পা অমনি, অহুগা প্রকৃতিগী গুণকর্ম্মদগী ওইজখিবা প্রাকৃত-শরীর ( হকচাং ) অসিনা অমনি। মাগা ঐগা করিগুম্বা সম্বন্ধ অমতা লৈতে। অনাত্মা জগৎ অসিদি আত্মা ( ঐঙোন্ ) দগী তোঙাম্বনি। অসুম হায়না খল্লকপা মী মহাক অহুদি প্রকৃতি ( মায়া ) দগী তোঙাম্না লৈখি-হুনা কুন্তরুকগুবা তত্ত্ব ওইবা পরমাত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌই ॥৭৭॥

নিংথৌ! পরমাত্মা হায়বসিনা তোঙাম্বা তত্ত্ব অমনি, জীবাত্মা হায়বসিনা তোঙাম্বা তত্ত্ব অমনি। মরমদি পরমাত্মাদি— জীবাত্মা অসিগী আশ্রয়নি, চঙকমনি। অহুবু জ্ঞানীশিংনদি মশা অমতনি হায়নৈ ॥৭৮॥

কশ্যপনন্দন বিশ্বাবসু! পোকপা শিবগী কিবদগী যোগ অমদি সাংখ্যগী সাধকনা ভগবানত্তদা পুকনীং চঙখিহুনা জীবাত্মা পরমাত্মা অনীসিবু অমত্তনি হায়না খঙলক্লবা মতম অহুদা, জীবাত্মা পরমাত্মা অনীগী

ষড়্বিংশকমনুপশ্যন্তঃ শুচয়স্তৎপরায়ণাঃ। যদা কেবলীভূতঃ ষড়্বিংশমনুপশ্যতি ॥
তদা সর্ব্ববিৎ বিদ্বান্ ন পুনর্জন্মবিন্দতি ॥৮০॥
এবমপ্রতিবুদ্ধশ্চ বুধ্যমানশ্চ তেঽনঘ। বুদ্ধশ্চোক্তো যথা তত্ত্বং ময়াশ্রুতিনিদর্শনাৎ ॥৮১॥
পশ্যাপশ্যং যো ন পশ্যেৎ ক্ষেম্যং তত্ত্বং চ কাশ্যপ। কেবলাকেবলং চাদ্যং পঞ্চবিংশং পরং চ যৎ ॥৮২॥

বিশ্বাবসুরুবাচ।

তথ্যং শুভং চৈতদুক্তং ত্বয়া বিভো সম্যক্ ক্ষেম্যং দৈবতাদ্যং যথাবৎ।
স্বস্ত্যক্ষয়ং ভবতশ্চাস্তু নিত্যং বুদ্ধ্যা সদা বুদ্ধিযুক্তং মনস্তে ॥৮৩॥

যাজ্ঞবল্ক্য উবাচ।

এবমুক্ত্বা সম্প্রয়াতো দিবং স বিভ্রাজন্ বৈ শ্রীমতাদর্শনেন।
দৃষ্টশ্চ তুষ্ট্যা পরয়াভিনন্দ্য প্রদক্ষিণং মম কৃত্বা মহাত্মা ॥৮৪॥
ব্রহ্মাদীনাং খেচরাণাং ক্ষিতৌ চ মে চাধস্তাৎ সংবসন্তে নরেন্দ্র।

মরম লৈরিবা অভেদ সম্বন্ধবু থরায় য়াওনা স্বীকার তৌই ॥৭৯॥ প্রকৃতিগী সংসর্গ ( তিন্নব ) দগী তোঙান্না তাঙ্গবা জীবাত্মা অহুদি পরমাত্মাগা অমত্তা ওইমিন্নখিহুনা, অহুগা সর্ব্বজ্ঞ ( লোইনা খঙবা ) মায়াহু ওইহুনা সংসারসিদা অমুক হন্নকৃত্রে ( পোক্লদ্রে ) ॥৮০॥

পাপকী শরূক্ য়াওদ্রবা গন্ধর্ব্বনিংথৌ! ঐনা মতৌ অসুন্না, নিংথৌ নহাক্কী নকমদা জড় প্রকৃতি — ( অশিবা প্রকৃতি ), চেতন জীবাত্মা ( অহিংবা জীব ), অহুগা জ্ঞানতগী মশক ওইবা পরমাত্মাগী মরমদা শ্রুতি প্রমাণগী মতুংইন্না লোইনা শন্না হায়রবনি ॥৮১॥

কশ্যপনন্দন! জীবাত্মাবু অহুগা প্রকৃতিনচিংবা জড়প্রকৃতিশিং অসিবু মচা খায়না খাইদোক্লদ্রিবা, অহুগা তোঙান্ তোঙান্‌বনি হায়না খঙদ্রিবা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা তত্ত্ববু থিজিন্দ্রিবা, মৎন্তা লৈবা ঙমজদ্রিবা, খ্বাইগী হৌকম ওইবা জীবাত্মা অহুগা পরমাত্মা অনীগী তত্ত্ববু থাঙ্গৈশেংনা চপচানা খঙদ্রিবা মী মহাক্তদি সংসারসিদা পোকপ-শিবগী চক্রদা তারে ॥৮২॥

বিশ্বাবসুনা হায়,— প্রভু! ব্রাহ্মণ! মহাজ্ঞানী ওইরবা ব্রাহ্মণ নহাক্না দেবতা পুম্নমক্কী আদিকারণ ওইবা ব্রহ্মগী মরমদা তাক্পিখ্রিবা পুম্বদো চুমথ্রবা ফজথ্রবা অহুগা মহামঙ্গলগী মশকমক্তনি। ব্রাহ্মণ! নহাক্কী পূক্নীং অসে মতম পুম্বদা অসিগুম্বা জ্ঞানতদা চঙদনো লৈরগদবনি। মতম পুম্বদা অমাঙ অতা লৈত্রবা মঙ্গলবু ফংহুনা লৈবিরসনু ( ফরে, হৌজিক্তি চচ্চরগে ) ॥৮৩॥

যাজ্ঞবল্ক্যনা হায়,— জনকনিংথৌ! পুকচেল চাউরবা গন্ধর্ব্বনিংথৌ বিশ্বাবসু হায়বহু মখাগী মশেক্ মঙাহুনা পুম্নং লংনা, ঐবু এৎলোইননা কোয়রম্নগা, ঐবু তরাম তরান্না লৈশি-লৈখোল্লমহুনা স্বর্গলোকতা চৎখি। ঐসু য়ান্না হরাও নুংঙাইনা মাবু য়েংহুনা লৈহৌই ॥৮৪॥ নিংথৌ! জনক! আকাশমার্গদা কোয়চৎ

তত্রৈব তদ্দর্শনং দর্শয়ন্ বৈ সম্যক্ ক্ষেম্যং যে পথং সংশ্রিত বৈ ॥৮৫॥
সাংখ্যা সর্ব্বে সাংখ্যধর্ম্মেরতাশ্চ তদ্বৎ যোগা যোগধর্ম্মেরতাশ্চ।
যে চাপ্যন্যে মোক্ষকামামনুষ্যা স্তেষামেতদ্দর্শনং জ্ঞানদৃষ্টম্ ॥৮৬॥
জ্ঞানান্মোক্ষো জায়তে রাজসিংহ নাস্ত্যজ্ঞানাদেবমাহুর্নরেন্দ্র।
তস্মাজ্জ্ঞানং তত্ত্বতোঽন্বেষিতব্যং যেনাত্মানং মোক্ষয়েজ্জন্মমৃত্যোঃ ॥৮৭॥
প্রাপ্যজ্ঞানং ব্রাহ্মণাৎ ক্ষত্রিয়াদ্বা বৈশ্যাচ্ছূদ্রাদপি নীচাদভীক্ষ্ণম্।
শ্রদ্ধাতব্যং শ্রদ্দধনেন নিত্যং ন শ্রদ্ধিনং জন্মমৃত্যু বিশেতম্ ॥৮৮॥
সর্ব্বে বর্ণা ব্রাহ্মণা ব্রহ্মজাশ্চ সর্ব্বে নিত্যং ব্যাহরন্তে চ ব্রহ্ম ॥৮৯॥
তত্ত্বং শাস্ত্রং ব্রহ্মবুদ্ধ্যাব্রবীমি সর্ব্বং বিশ্বং ব্রহ্ম চৈতৎ সমস্তম্ ॥৮ ॥
ব্রহ্মাস্যতো ব্রাহ্মণা সম্প্রসূতা বাহুভ্যাং বৈ ক্ষত্রিয়াঃ সম্প্রসূতাঃ।
নাভ্যাং বৈশ্যাঃ পাদতশ্চাপি শূদ্রাং সর্ব্বে বর্ণা নান্যথা বেদিতব্যাঃ ॥৯০॥

---

চৎতুনা লৈরিবা ব্রহ্মানচিংবা মোক্ষপাম্বা দেবতাশিংদা, পৃথিবীদা লৈরিবা তাইবং মীওইবশিংদা অদুগা মখাদা লৈরিবা লোক কয়া কয়াদা চং চংতুনা বিশ্বাহনুনা, ঐনা মতোন্দা তাকৃখিবা মুক্তিগী পাউতাকশিং অদুবু মহাক্না ধর্ম্মপ্রচারক ওইনা তাংনখি, অদুগা প্রচার তৌরম্মী ॥৮৫॥

সাংখ্যধর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা, সাংখ্যতত্ত্ববু মুন্ন খঙবা, যোগধর্ম্মদা অমদি যোগসাধনদা পুক্নীং চঙবা, অমগা, মোক্ষ ( মুক্তি— অরাম্ব-খুভম ) পাম্বা তাইবংমী পুম্নমকতা ধর্ম্মগী মরম ওইবা জ্ঞানগী পাউতাবশিং অসিনা প্রত্যক্ষ ওইনা চপচাবা মহৈ পী ॥৮৬॥

নিংথৌশিংগী মনুংদা নোংশামক্কী মতৌগুম্বা নিংথৌ। মোক্ষ ( মুক্তি ) হায়বসি জ্ঞানতনা ওইগদবনি অব্যক্ত ওইবা বিষয়দা চঙপ্রবা অজ্ঞান হায়বদুনা ফংকদবা নত্তে। মরম অদুনা নিংথৌ। থাজেশেংনা অধ্যাত্মজ্ঞানবু থিগদবনি। অদুম তৌরবদি পোকপ-শিবগী লাংদগী লাম্হোকপা ঙমগনি ॥৮৭॥

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্র অদুদগী হেন্দোক্তুনা অতোন্বা জাতিদা পোকপা মীবু ওইরবসু মতোন্দগী হায়রিবা জ্ঞান অসিবু ফংলবদি, মহাক্কী জাতি বর্ণ য়েংতুদনা জ্ঞানগী শরুক অদুতবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা লৌগদবনি। অসিগুম্বা জ্ঞানদ ভক্তি শ্রদ্ধাতবু লৈরবদি মতেন্দা জন্মমৃত্যুগী অকিবা চঙবা ঙংদে ॥৮৮॥

ব্রহ্মাগী থোকৃংবা থোকখিবমক্তা ওইবনা মী পুম্বা হায়বদি— বর্ণ পুম্বা ব্রাহ্মণমক্তনি। বর্ণ খুদিংগী মী পুম্নমক ব্রহ্মগী উচ্চারণ তৌবমক্তনি। ব্রহ্মবুদ্ধিগী পাম্বৈনা ঐনা শাস্ত্র পুম্নমক্কী সিদ্ধান্ত হায়রি। বিশ্ব জগৎ পুম্বসে, অদুগা য়েংথোকখিবদা উরিবা পুম্নমক অসি ব্রহ্মমক্তনি, হায়বদি— ব্রহ্মনি ॥৮৯॥

ব্রহ্মাগী চীন্দগী ব্রাহ্মণ, ব্রহ্মাগী পাম্বোমদগী ক্ষত্রিয়, ব্রহ্মাগী খোয়দৌদগী বৈশ্য অদুগা ব্রহ্মাগী খোঙদগী শূদ্র পোকৃখিবনি। অদুনা বর্ণ জাতি পুম্নমক্কী পূরূপ ওইবা মশকসে ব্রহ্ম মহাক্কী মশক্নি। কয়িগুম্বা বর্ণ

অজ্ঞানতঃ কর্ম্মযোনিং ভজন্তে তাং তাং রাজংস্তে তথাযান্ত্য ভাবম্।
তথা বর্ণা জ্ঞানহীনাঃ পতন্তে ঘোরাদজ্ঞানাৎ প্রাকৃতং যোনিজালম্ ॥৯১॥
তস্মাজ্জ্ঞানং সর্ব্বতো মার্গিতব্যং সর্ব্বত্রস্থং চৈতদুক্তং ময়া তে।
তৎস্থো ব্রহ্মা তস্থিবাংশ্চাপরোয়ম্ স্তস্মৈ নিত্যং মোক্ষমাহুর্নরেন্দ্র ॥৯২॥

---

অমবু ব্রহ্মদগী তোঙান্দবনি হায়না খঙগদবনি ॥৯০॥　নিংথৌ! তাইবংমীনা অজ্ঞান (জ্ঞান তাদবা) ওইবদগী তোঙান্ তোঙান্বা কর্ম্ম কয়াগী অনুষ্ঠান (লিংখৎপা) তৌরুবহুনা তোঙান্ তোঙান্বা মহৈ অদুগী মতুংইন্না তোঙান্ তোঙান্বা যোনি (পোক্ফম) দা চঙ্ চঙহুনা পোকই, অদুগা শি।　জ্ঞান য়াওদবা মীনা (জীবনা) মতৌ অসুম্না অজ্ঞান ওইববু তোকপা ঙমদহুনা মওং মমিং তোঙান্ তোঙান্বগী প্রাকৃত (প্রকৃতিদগী থোক্পা) যোনিশিংদা হেক হেক চোংথে— লুপ্পি ॥৯১॥

মরম অদুনা নিংথৌ!　হীরম পুম্নমক্তা লৈরু লৈরুবা মক্মদগী জ্ঞান তানগদবনি।　নিংথৌ! ঐনা অসিমসু নঙোন্দা হায়রবনি— বর্ণ জাতি খুদিংমক্কী মী খুদিংমক্না, মানা মানা লৈরুরিবা বর্ণশ্রম অদুদগী জ্ঞান লৌবা ফংবা অদুম ময়াই।　ব্রাহ্মণ অমনা জ্ঞান তান্বা, বেদ তত্ত্ব নৈনবহুগুম্না অতোপ্পা বর্ণ অমগী মী অমনসু জ্ঞাননিষ্ঠ অদুম্ মওই।　অদুনা ব্রাহ্মণ অমনা ফংগ্রিবা মুক্তাবস্থা অদু, হায়বদি—সংসারদগী ঈরাল্ লাম্স্তোকখিবগী অবস্থা অদু অমনসু ফংব অদুম্ ময়াই ॥৯২॥ *

* মপান্দ য়েংবদদি ব্রাহ্মণশিংতনা বেদশাস্ত্র নৈনবা জ্ঞান তান্বা, অদুগা— বর্ণ অতৈগী পূজা তৌননীঙায়সু ওইহনবা, অদুগা শূদ্রশিংদনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবগী সেবা তৌহন্বা, অতোনবা কর্ম্ম তৌহনবা অসিগুম্বা বেংগী থৌশিল অসি য়াম্না মীচঙ মীথায় নাইবগী মওংদা লৈহনবা ওইনা উই।　মাদু নত্তে। জ্ঞান মশা অমত তান্মিন্নবদা মাগী মাগী কর্ম্ম তৌন তৌনা অমনা অমগী মতেং পাংনহনবনি।　ঈমুং অমতগী মনুংদা অমনা লাইরিক তৌরি, জ্ঞান তাল্লি।　অমনা শেল তান্বা চৎলি, লল্লোন-ঈতীক তৌরি, লৌউ-শীঙগুরি, অমনা রারক রাতেমলি, অয়ান্ববু দণ্ডি পীরি, ফু চৈরি ; অমনা ঈমুংগী কোল্লিক-রাইরম শেংলি।　পরিবার পুম্নমক্ শেল্ তান্বা চংনগ্রবদি; নত্রগা জ্ঞান তাল্লিববনি হায়হুনা তুমিন্ ফংদুনা লৈথোকপ্রবদি ঈমুং অদু পান্বা য়ারোই।　সমাজ অদুসু লৈবা য়ারোই ; রাজ্য মপুম্ দুমসু লৈবা য়ারোই। অসিনা মপাল্গী রানি।　ব্রাহ্মণ অমনা বেদশাস্ত্র নৈনহুনা মাদুদা ফংগকপা জ্ঞান অদুমক্কা ক্ষত্রিয় অমনা লান তৌন তৌনা, লৈপাক ঙাক্ত ঙাক্লা, অদুগা মহাক্না তৌরিবা কর্ম্মদুগী তত্ত্ব অদু খঙনা তৌদুনা মাদুদা ফংগক্পা জ্ঞান অদুগা মশা অমতনি।　মতৌ অদুগুম্না শূদ্র অমনসু মহাক্না তৌরিবা সেবা অদু কনাগীনো, ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নচিংবগী মপান্গী কুয়েম্ হকচাংসিগীরা?　নত্রগা— ব্রাহ্মণসু ক্ষত্রিয়সু ওইদবা দেহমনুংদা লৈরিবা আত্মাসিগী সেবারা?　অদু ওইরবসু আত্মাগীদি খোঙ খুং পান্দে।　কনাগী খোঙ খুংনো ঐনা নোইরিবসিবো?　অম্বাবা গোক্থবা নাইরিবসি খোঙ খুং অসিনরা?　নত্রগা আত্মাসিনরা... অসিনচিংবা

যন্তে পৃষ্টং ত্বময়া চোপদিষ্টং যথাতথ্যং তদ্বিশোকো ভবস্ব।
রাজন্ গচ্ছস্বৈতদর্থস্য পারং সম্যক্ প্রোক্তং স্বস্তিতে তস্তু নিত্যম্ ॥৯৩॥

ভীষ্ম উবাচ।

স এবমনুশাস্তস্তু যাজ্ঞবল্ক্যেন ধীমতা। প্রীতিমানভবৎ রাজা মিথিলাধিপতিস্তদা ॥৯৪॥
গতে মুনিবরে তস্মিন্ কৃতেচাপি প্রদক্ষিণম্। দৈবরাতির্নরপতিরাসীন স্তত্র মোক্ষবিৎ ॥৯৫॥
গোকোটিং স্পর্শয়ামাস হিরণ্যং তু তথৈব। রত্নাঞ্জলিমথৈকং চ ব্রাহ্মণেভ্যো দদৌ তদা ॥৯৬॥
বিদেহরাজ্যং চ তদা প্রতিষ্ঠাপ্য সুতস্য বৈ। যতিধর্ম্মমুপাসংশ্চাপ্যবসন্মিথিলাধিপঃ ॥৯৭॥
সাংখ্যজ্ঞানমধীয়ানো যোগশাস্ত্রং চ কৃৎস্নশঃ। ধর্ম্মাধর্ম্মং চ রাজেন্দ্র প্রাকৃতং পরিগর্হয়ন্ ॥৯৮॥

---

নিংথৌ! নহাক্না হংঙ্গিরিবশিং অদুগী পাউখুমশিং অদু ঐনা মথং মথং পীরবনি। অদুনা নহাক হৌজিক্তি করিমতা রায়গনু, তত্ত্বজ্ঞানদা পারংগত ( রাংম লানগ্রবা ) হায়বদু ওইরো। ঐনা নত্তোন্দ জ্ঞানগী পাউশিং অদো লোইনা তাহল্লবনি। হৌজিক্তি চৎলো মঙ্গল ওইয়ু ॥৯৩॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ যুধিষ্ঠির! যাজ্ঞবল্ক্যনা অসুম্না হায়রবদা মিথিলাগী নিংথৌ অসি ওস্থোক্না পেল্লে ॥৯৪॥

নিংথৌসিনা মুনি যাজ্ঞবল্ক্যবু এৎলোয়ননা কোয়রঙ্গগা বিদায় লৌথি। মুনিনস্থু হরাও হরাওনা নিংথৌদা বিদায় পীখি। যাজ্ঞবল্ক্যনা মফম অদুদগী চৎগ্রবা তুংদা, দেবরাতকী মচা নিংথৌ জনকনা মফম অদুমক্তদা ব্রাহ্মণশিংদা শন্বী কোটি অমা দান তৌরগা ব্রাহ্মণ অমমমদা সনা খূজোক্ অমমম দান তৌরম্মি ॥৯৫—৯৬॥

অদুগী তুংদা বিদেহ নিংথৌ জনকনা রাজ্যবু মচানিপাগী মখুত্তা শিন্নরম্লগা মফমদুমক্তদা যতিধর্ম্ম পালন তৌদুনা যোগী ওইদুনা মফমদুমক্তদা মপুন্শি লেন্থি ॥৯৭॥ নিংথৌ! জনকনিংথৌনা সাংখ্যশাস্ত্রবু অদুগা তত্ত্বজ্ঞান অসি থিন থিনা, নৈন নৈননা সেবা অদু তৌদুনা শূদ্র অমনা ফংঙকপা জ্ঞান অমদি জ্ঞানানন্দ ( ব্রহ্মানন্দ ) অদুগা বেদশাস্ত্র নৈনরিবা, সংসারগী তত্ত্ব খিরিবা ব্রাহ্মণ মহাক অদুনা ফংঙকপা জ্ঞান অমদি জ্ঞানানন্দ ( ব্রহ্মানন্দ ) অদুগা মশা অমত্তনি। ব্রহ্মনা অমতা ওইবদুগুম্না ব্রহ্মানন্দ (ব্রহ্মজ্ঞান ফংবগী আনন্দ মুংঙাইবা ) সু অমতনি। জ্ঞানী ওইবা শূদ্র অমনা তত্ত্ব থঙনা তৌরকপা সেবা তৌবা কর্ম্মহুনা তত্ত্ব খঙজনা বেদশাস্ত্র নৈনবা ব্রাহ্মণ অমনা তৌবং যাজ যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মদগীসু হেল্লে। হকচাংনা আত্মা ( জীবাত্মা ) গী কৃয়োম ওইবদুগুম্না মপান্গী কর্ম্মনা মনুংগী জ্ঞানগী কৃয়োম ওই। মপান্গী কৃয়োম হকচাংগীত কল্লবা, মীংথিবা থিরিবদু অজ্ঞানগী মচুংদনি। মতৌ অদুগুম্না মপান্গী যাগযজ্ঞ, শা দান, সেবানচিংবদা অথেইই-অহেন্ ফজে কজ্জদেনচিংবা খল্লিবদু অজ্ঞানীনি— অপঙবনি। ( কালাচাঁদ )

অনন্ত ইতি কৃত্বা স নিত্যং কেবলমেব চ। ধর্ম্মাধর্ম্মৌ পুণ্যপাপে সত্যাসত্যে তথৈব চ ॥৯৯॥
জন্মমৃত্যু চ রাজেন্দ্র প্রাকৃতং তদাচিন্তয়ৎ। ব্যক্তাব্যক্তস্য কর্ম্মেদমিতি নিত্যং নরাধিপ ॥১০০॥
পশ্যন্তি যোগাঃ সাংখ্যাশ্চ স্বশাস্ত্রকৃতলক্ষণাঃ। ইষ্টানিষ্টবিমুক্তঃ হি তস্থৌ ব্রহ্মপরাৎপরম্ ॥১০১॥
নিত্যং তদাহুর্বিদাং সঃ শুচি তস্মাচ্ছুচির্ভব। দীয়তে যচ্চ লভতে দত্তং যচ্চানুমন্যতে ॥১০২॥
দদাতি চ নরশ্রেষ্ঠ প্রতিগৃহ্ণাতি যচ্চ হ। দদাত্যব্যক্ত ইত্যেতৎ প্রতিগৃহ্ণাতি তচ্চ বৈ ॥১০৩॥
আত্মাহ্যেবাত্মনো হ্যেকঃ কোঽন্যস্তস্মাৎ পরো ভবেৎ। এবং মন্যস্ব সততমন্যথা সা বিচিন্তয় ॥১০৪॥
যস্য ব্যক্তং ন বিদিতং সগুণং নির্গুণং পুনঃ। তেন তীর্থাণি যজ্ঞাশ্চ সেবিতব্যা বিপশ্চিতা ॥১০৫॥
ন স্বাধ্যায়ৈস্তপোভির্ব্বা যজ্ঞৈর্ব্বা কুরুনন্দনঃ। লভতেঽব্যক্তিকং স্থানং জ্ঞাত্বা ব্যক্তং মহীয়তে ॥১০৬॥

ভক্ত মথোগনচিংবা যোগশাস্ত্র পূন্নমক্ নৈনত্তুনা প্রাকৃত ওইবা ধর্ম্মাধর্ম্ম খিবিকপু থাদোক্লদবনি হায়না লেপ্পখিৎনা, ধর্ম্ম অধর্ম্ম, পাপ পুণ্য, সত্য অসত্য ( অচুম্ অরান্ ), জন্ম মৃত্যু ( পোকপ শিব )··· অসিনচিংবা লৈরিবশিং অসি বুদ্ধিনচিংবা ব্যক্ত প্রবাক্ত প্রকৃতিমা তৌরিবা ঙাক্তনি খন্দুনা প্রকৃতি ( মায়া ) না তৌরিবা কর্ম্মশিং অসিদা কন্নিমতা য়াওরুদনা মশা মথন্তগী নিত্য ওইবা স্বরূপ ( মশক মওং ) অত্তুবু ধ্যান তৌবা—( মুন্ন খন্থবা ) হৌরক্লে ॥৯৮—১০০॥

যুধিষ্ঠির ! সাংখ্য ( সন্ন্যাস ) অত্তুগা যোগ অনীগী জ্ঞানী ওইবা পণ্ডিতশিংনা মাগী মাগী শাস্ত্রশিংদা পীরিবা লক্ষণ ( মওং থুদম ) শিং অত্তুগী মতুংইন্না অসুম হায়না খঙনৈ অদুগা উনৈ, মাদুদি— ব্রহ্ম হায়বত্তুদি অপাম্বা পান্নদবা—- যত্তবা অনীসিংদগী রাংমদা লৈংবনি, লেঙদবা মওংদা অত্তুম লৈজংবনি, মাসিংগী মাসিনা তোঙাল্লি হায়রিবা ভোঙাম্বা মঙোন্দগী তেংঙাম্না অত্তুম্ মরৈবনি ॥১০১॥

বিদ্বান্ ওইবা অহৈ অশিংশিংনা ব্রহ্ম হায়বসিবু নিত্য ( অরেপ্প ) নি, পবিত্র ( অশেংব ) নি হায়না লৌনৈ। নহাকসু মাসিবু মুন্না খঙত্তুনা পবিত্র ওইয়ু। নিপারক্তগী অথোইবা ॥ হেক্ পীনরিবা পীথোক্নরিবা খুদিংমক কনাগুম্বনা পীরক্তুনা কংলিব পোৎ খুদিংমক, দান অসি অসি তৌ হায়রিবা মশামক্, দানবু লৌরিবা সম্প্রদান মশামক্ পরমাত্মা হায়রিবত্তুনি। পীরিবা, লৌরিবা পূন্নমক্ মহাক্না ঙাক্তনি ॥১০২—১০৩॥

যুধিষ্ঠির। নহাকী হায়ববু পরমাত্মাসিনা লোইজরে। মহাক নত্তনা নংগী কনামত্তা লৈত্রবনি। মাসি নত্তনা নং অতৈ অমমুক্ থল্লগনু ॥১০৪॥

অব্যক্ত প্রকৃতিগী জ্ঞান পোকউ য়াত্রবা সগুণ পরমাত্মা নির্গুণ পরমাত্মাগী খেন্নবা তত্ত্ববু চনীঙতানা লেপ্পবা ঙমত্রিবা বিদ্বান্ পণ্ডিত অত্তুদি তীর্থস্নান তৌগদবনি, যজ্ঞগী অনুষ্ঠান তৌগদবনি, যজ্ঞ লিঙ্খৎকদবনি ॥১০৫॥

কুরুনন্দন যুধিষ্ঠির। লাইরিক ভস্বা তম্বিবনা, তপ ( তপস্যা ) তৌবনা, যজ্ঞমচিংবা তৌবা ঙাক্তনা অরান্বা খুভম ( মুক্তি ) অত্তুগা পরমাত্মাগী পদবী ( ধাম ) বু ফংগদবা নত্তে। মথোয় অসিদি তত্ত্বজ্ঞান থিবগী

তথৈব মহতঃ স্থানমাহঙ্কারিকমেব চ। অহঙ্কারাৎ পরং চাপি স্থানানি সমবাপ্নুয়াৎ ॥১০৭॥

যে ত্বব্যক্তাৎ পরং নিত্যং জানতে শাস্ত্রতৎপরাঃ। জন্মমৃত্যুবিমুক্তং চ বিমুক্তং সদসচ্চ যৎ ॥১০৮॥

এতন্ময়াপ্তং জনকাৎ পুরস্তাৎ তেনাপি চাপ্তং নৃপ যাজ্ঞবল্ক্যাৎ।

জ্ঞানং বিশিষ্টং চ তথাহি যজ্ঞা, জ্ঞানেন দুর্গং তরতে ন যজ্ঞৈঃ ॥১০৯॥

দুর্গং জন্ম নিধনঞ্চাপি রাজন্ ন ভৌতিকং জ্ঞানবিদো বদন্তি।

যজ্ঞৈস্তপোভির্নিয়মৈর্ব্রতৈশ্চ দিবং সমাসাদ্য পতন্তি ভূমৌ ॥১ ০॥

তস্মাদুপাসস্ব পরং মহচ্ছুচি শিবং বিমোক্ষং বিমলং পবিত্রম্।

ক্ষেত্রং জ্ঞাত্বা পার্থিবজ্ঞানযজ্ঞমুপাস্য বৈ তত্ত্বমৃষির্ভবিষ্যসি ॥১১১॥

লম্বীদা সহায় উপায় ওইদুনা লৈজবতনি। হায়রিবা উপায়শিং অসিনা। মবম ওইদুনা পবমাত্মাগী মরমদা থগৈঙ্গশেংবা জ্ঞান ফংলগা মতীক চাউবা জ্ঞানী মহাত্মা অমা ওইবগী সন্মান ফংবতনি। মাদুনা, মোক্ষপদবী ( অরান্ খুভম ) ফংলে হায়বদি নত্রি ॥১০৬॥

মহত্তত্ত্বগী উপাসনা তৌবা মীনা মহত্তত্ত্ববু, অহঙ্কারগী উপাসনা তৌবা মীনা অহঙ্কারবু ফংভি। অদুমদি ওইরবদা মহত্তত্ত্বগা অহঙ্কারগা অনী অসিদগী হেন্‌বা অথোইবা মফম ফংননবা হোৎনগদবনি ॥১০৭॥

শাস্ত্রশিংগী অর্থবু অমদি অর্থশিংগী তত্ত্ববু নৈনরিবা মহাক অদুদি প্রকৃতিদগী তোঙান্না লৈবা, নিত্য ( লেঙত্রবা ) ওইবা, পোকপ-শিবদগী রাংমদা লৈবা, হীরম পুম্বদগী ঈনান্ নাম্বোক্তুনা লৈরবা, লৈব লৈতব অনীমক্কী মশক ওইরবা পবমাত্মা মহাক্কী জ্ঞানবু ফংভি ॥ ০৮॥

যুধিষ্ঠিব। জ্ঞান অসে ঐনা মমাংঙৈদা নিংথৌ জনকক্কী মফমদগী ফংখি। জনকনসু মাসি যাজ্ঞবল্ক্যগী মফমদগী ফংখিবনি। খ্বাইদগী অথোইবা সাধনা অদুগা উপাযদি জ্ঞানতনি। যজ্ঞনসু জ্ঞান হায়বা অদুগী লাম্বা ওইবা য়াবা নত্তে। জ্ঞানগী পাম্বৈত্তনা তাইবংমীনা সংসাব ঈশাক্‌পু লান্‌বা ঙম্মিননি। যাগ-যজ্ঞগী পাম্বৈনা নত্তে ॥১০৯॥

নিংথৌ! থঙ-হৈব অশিংবশিংনা হায়নবা হায়ববু— পঞ্চভূতকা কোম্বনা পোকপা শিবদগী লান্‌থোকপা হায়বসে য়াম্না লুবা অমদি ওইথোক্কবা থবক্ অমনি। দান যজ্ঞনচিংবতনা পাম্বৈ ওইদুনা হায়রিবা খুদোংথীবসিদগী লাম্থোকপা অমদি নাম্থোকপা থক্ য়ারোই। যজ্ঞ তপস্যা নিয়ম ব্রতনচিংবনা স্বর্গ কানৈ। অদুবু পুণ্যগী মহৈশিং অদুবু স্বর্গদা ভোগ তৌরুরবা চারুরবা মতুংদা, হায়বদি— পুণ্যগী মহৈশিং অদুনা অস্তুম্ সুম মাঙথবরুবা ( লৈরক্তত্রবা ) মতম অদুদা মহাক অমুক পৃথ্বীথক্তা নাম্বরকই— তারকই ॥১১০॥

মরম অদুনা নহাক প্রকৃতিদগী তোঙান্না লৈবা, খ্বাইদগী মহৎ ওইবা, খ্বাইদগী শেংলবা, মহামঙ্গলগী মশক ওইরবা, অমকপগী শব্দক করিমত্তা য়াওখিদ্রবা, মম্নং মপাল পুমশেং শেংগ্রবা মোক্ষ ( মুক্তি ) হায়বা অদুমক্কী মশক ওইরবা পুরংব্রহ্ম উপাসনা তৌ। পৃথিবীগী মপু! ক্ষেত্র ( হকচাং ) অসিবু মুম্ম থঙজিন্দুনা

যন্নুপনিষদমুপাকরোৎ তথাসৌ জনকনৃপস্য পুরা হি যাজ্ঞবল্ক্যঃ।
যদুপগণিতশাশ্বতাব্যয়ং তচ্ছুভমমৃতত্বমশোকমর্চ্ছতি ॥ ,১২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি যাজ্ঞবল্ক্য জনকসংবাদে ত্রয়োদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১৩॥

——:(*):——

জ্ঞানযজ্ঞগী অশ্রয় লৌদুনা নহাক মহৎ তত্ত্বজ্ঞানী ঋষি অমা ওইযু ॥১১॥ মমাংঙৈদা যাজ্ঞবল্ক্য মুনিনা জনক নিংথৌদা পীখিবা জ্ঞানগী পাউচাকসি অমৃত খক্তকবদগী নৈনববদি তাইবংমীনা ওসাই হায়প্রিবা সনাতন, অবিনাশী ( অমাঙবা লৈতবা ), মঙ্গলগী মশক ওইবা, অমৃত অনা য়াওদ্রবা পরব্রহ্ম পরমাত্মাবু ফংগি ॥১২॥

শকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা যাজ্ঞবল্ক্য জনক সংবাদগী চহুমগা তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১৩॥

——:(*):——

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুর্দ্দশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( জরামৃত্যুদগী নাহোরুবগী বিষয়দা পঞ্চশিখগা জনকগা ঙাঙনবা )

চহুমতরামরিশুবা অধ্যায়

——:(*):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

ঐশ্বর্য্যং বা মহৎ প্রাপ্য ধনং বা ভরতর্ষভ। দীর্ঘমায়ুরবাপ্যাথ কথং মৃত্যুমতিক্রমেৎ ॥ ॥
তপসা বা সুমহতা কর্ম্মণা বা শ্রুতেন বা। রসায়নপ্রযোগৈর্ব্বা কৈর্নাপ্নোতি জরান্তকৌ ॥১॥

যুধিষ্ঠিরনা হংগি,— ভরতশাগৈগী অথোইবা ঈবুধৌ! চাউরবা মমল য়াম্নবা ধন সম্পত্তি নম্লগা— শাংলবা পুন্সি ফংলবা অহুগুম্বা মীনস্য, ধন সম্পত্তি অদু ভোগ তৌন তৌনা পোক্ত শিবগী মশক ওইরবা সংসারদগী অরানবা খুঙম ফংবা ওইবা ? ॥ ॥

অদুগুম্বা মহাক অহুনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা, অচৌ অচৌবা কর্ম্ম লিংখৎদুনা বেদশাস্ত্রবু তমদুনা

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। ভিক্ষোঃ পঞ্চশিখস্যেহ সংবাদং জনকস্য চ ॥৩॥
বৈদেহো জনকো রাজা মহর্ষিং বেদবিত্তমম্। পর্য্যপৃচ্ছৎ পঞ্চশিখং ছিন্নধর্ম্মার্থসংশয়ম্ ॥৪॥
কেন বৃত্তেন ভগবন্নতিক্রামেজ্জরান্তকৌ। তপসা বাথ বুদ্ধ্যাবা কর্ম্মণা বা শ্রুতেন বা ॥৫॥
এবমুক্তঃ স বৈদেহং প্রত্যুবাচ পরোক্ষবিৎ। নিবৃত্তির্ন তয়োরস্তি নানিবৃত্তিঃ কথঞ্চন ॥৬॥
ন হ্যহানি নিবর্ত্তন্তে ন মাসা ন পুনঃ ক্ষপাঃ। সোহয়ং প্রপদ্যতেহধ্বানং চিরায়ধ্রুবমধ্রুবঃ ॥৭॥
সর্ব্বভূতসমুচ্ছেদঃ স্রোতসেবোহ্যতে সদা। উহ্যমানং নিমজ্জন্তমপ্লবে কালসাগরে ॥৮॥

---

নৈনহুনা তেঙ্ভান্ তোঙাপ্বা রমায়ন শীজিন্নহুনা পোকপ শিবগী লাংদ অমুক থুরদনবা হোৎনবা য়াদত্রা ? অহুগা ওমদবরা ? ॥৩॥

মতম অমগী রানি। নোংমা বিদেহনিংথৌ জনকনা ধর্ম্ম অর্থগী মরমদা অমদি ভত্বদা করিগুম্বা চিংনবা অমতা লৈত্রবা, সন্ন্যাসী পঞ্চশিখগী মফমদা অসুম হাগ্নন। হংখি ॥৪॥

ভগবন্! করম্বা আচার ব্যবহার, করম্বা তপস্যা অমদি বুদ্ধিনা, করম্বা শাস্ত্রজ্ঞাননা, অহুগা করম্বা কর্ম্মনা তাইবংমীনা জরামৃত্যু ( অহল ওইরকপা, শিবা ) অনীসিবু লাংন্তোক্কদগে ? ॥৫॥

মহাত্মা অসুম্না হংলবদা পরোক্ষজ্ঞানী ( মীংনা উংবা তুংগী অহুগা মমাংদা থোকখিবগী থৌদোক্ লোইনা খঙবা ) মহর্ষি পঞ্চশিখনা অসুম হায়না পাউখুম পীখি— জরাগা মৃত্যুগা ( অহল ওইবগা শিবগা ) অনীগী নিবৃত্তি ( কোকপা—হন্দোকখিবা ) লৈতে। অহুদা, ঈরৈ মরৈরবরা হায়বসু নত্রি। লন্ থুম সম্পত্তি, হীদাক লাংতক্কী পাম্বৈনা ওইংদে হায়বনি। জ্ঞানগী পাম্বৈতনা পুনর্জন্মবু থিংব য়াই। পোকপবু থিংলবদি— অহল ওইবগা শিবগা অনীংদি মশানা অহুম নিবৃত্ত ( থক্‌খিবা ) হায়বহু অহুম্ মওইজরে ॥৬॥

অাহিং নুংথিল, থাতু, থা, চহীনচিংবগী চক্রাসিনা অসুম তত্তনা লৈহুনা লৈবা অসিগুম্না জন্ম মৃত্যু জরা ( পোকপা, শিবা, অহল ওইরকপা ) অহুম অসিগী চক্র অসি তত্তনা লৈহুনা লৈ। পুন্‌শিগী অরোইবা লুমিংনা কৈনৌডৈ ওইগনৌরিবনো হায়বা করিমতা অরেপ্পা থঙত্রবা তাইবংমীনা মতম কুইনগী মতুংদা কাইনথঙদা, হায়বদি পোকপ শিবগী লাংদা মতম কুইনা থুকরবা তুংদা, লাইবক ফবদগী মীওইবগী মপোক অমনা পোকপ শিবদগী লাম্তোক্লগা ( মুক্ত ওইনবা ) মোক্ষমার্গগী আশ্রয় লৌরকই ॥৭॥

মতম হায়গা অসিনা পোৎ পুন্নমকপু ফুংক্তাক্তুনা লংথোকই। ঈশিংগী ঈচেম্না পোৎ পুন্নমকপু হোন্থহনা পুথিবগুম্না— মতম্না পোৎ থয়া কয়া পুথহুনা চৎথরবনি, হৌজিকসু নং ঐবু পুথরি। কাগুংফম দ্বীপ ( ঈথং ). হি নচিংবা করিমতা লৈতবা, সমুদ্রনা ঈংক্ ঈপোম্‌না তত্তনা থেংহুনা ওন্থুনা লৈবক্তগুমনা— মতম কৌবা ঈশাক্ অনিস্ত পুন্নমকপু তকুথায় ওংথায়গদবগী চেম্থিগদবগী ওং-নৈহুনা লৈরি— ঈথক্ হৌরি। ঈশাক্নুংসিদা জরাগা মৃত্যুগা অনীনা চাউরবা কুম্ভীর অনীগী মূর্ত্তি পুহুনা লৈরি। অসুম্

জরামৃত্যু মহাগ্রাহে ন কশ্চিৎপ্রতিপদ্যতে। নৈবাস্য কশ্চিৎ ভবতি নাসৌ ভবতি কস্যচিৎ ॥৯॥
পথিসঙ্গতমেবেদং দারৈরন্যৈশ্চ বন্ধুভিঃ। নায়মত্যন্তসংবাসো লব্ধপূর্ব্বো হি কেনচিৎ ॥১০॥
ক্ষিপ্যন্তে তেনতেনৈব নিষ্টনন্তঃ পুনঃ পুনঃ। কালেন জাতা যাতা হি বায়ুনেবাভ্রসংচয়া ॥১১॥
জরামৃত্যু হি ভূতানাং খাদিতারৌ বৃকাবিব। বলিনাং দুর্ব্বলানাং চ হ্রস্বানাং মহতামপি ॥১২॥
এবংভূতেষু ভূতাত্মা নিত্যভূতোঽভূতেষু চ। কথং হি হৃষ্যেজ্জাতেষু মৃতেষু চ কথং জ্বরেৎ ॥১৩॥
কুতোঽহমাগতঃ কোঽস্মি ক্ব গমিষ্যামি কস্য বা। কস্মিন্ স্থিতঃ ক্ব ভবিতা কস্মাৎ কিমনুশোচসি ॥১৪॥

---

ওইবা কালসমুদ্র ( মতম ঈপাক্ ) অসিগী মনুংদা লুপ্তুনা ঈরাক্লহনা লৈরিবা জীবশিং অসিবু কনবিনবা কনা অমতা লৈতে, অদুগা কনবসু কনা অমতা ঙম্মোই ॥৮॥

মতমগী ঈপাকনুংদা তাউরিবা জীব অসিগী মাগীনি হায়বা কনা অমতা লৈতে। অদুগা মহাক মশা-মকসু কনা অমতগী নত্তে। মমা মপা, তাইশেল, শাগৈ-নাতৈ, মরূপ মপাংশিং অসিদি লম্বী চৎপা, লমথুংফম শঙ অমদা ঙহাক্তং লৈমিন্নরম্বগুম্বতনি। মানা মানা থোকপা লমদা অদুম্ চৎনখিগনি। খাম্‌হৌবা থৎহৌবা য়ারোই। মপা মচা উনবগী নুংঙাইবা ফংনরিবসি হোরেলত মঙাইরে ফংঙোইদৌবা ॥৯—১০॥

ঙহাক্তং ঙংজরম্বা লাউজ-খোংজরম্বা নোংশিংবু নুংশিংনা পুমথু থুগাইদুনা লাকুনা লংথোকখিবদুগুমনা মতম কৌবা লাইদুনা পোকপ শিব নাইবা জীবাশিংসিবু কন কপ-লাউজদুনসু চিংদুনা পুখি, বিনাশগী মশক ওইরবা মৈনুংদা লংশিন্‌খি ॥১১॥

মতীক মগুণ চাউবা অচৌবা, অতোনবা, মপাঙ্গল কনবা, অশোম্বা, অচৌবা অপীকপা জীব পুম্নমকপু জরা মৃত্যু কৌবা কৈ অনীসিনা তুংলোমদগী হোচ্ছিল্লকুনা ময়াদা কোক্ কোক্ লংশিল্লি ॥১২॥

অসুম তৌদুনা অচচ্চত্ত পুম্নমক অসি মশানা হেক্ পোকপদগী মাঙজ-মূচ্ছগদবগী লাক্চরবসিদা নিত্য স্বরূপ ( লেঙবা ওৎপা লৈত্রবা, পোক্প শিব লৈত্রবা ) ওইবা জীবাত্মাসিনা মাগী কনা পোক্লে হায়বগী নুংঙাই-গদৌরিবনো? মাগী কনা শিরে লৈত্রে হায়বগী রাগদৌরিবনো— কপকদৌরিবনো? ॥১৩॥

ঐ কনানো? কদায়দগী লাকপনো? কদায় তাম্ন চৎখিগদৌরিবনে:? কনা কনানো ঐগা লোয়ন-থিগদবা? কনাগা ঐগা করি সম্বন্ধ লৈ? কদায়দা লেঙদনা লৈরগা, কদায়দা চৎখিগদৌরিবনো? * অসি পুন্নমকসি খম্বরুরগা রাকন—রানিংঙাই করি লৈ ॥১৪॥

---

* চংথিগদৌরিবা, শিথিগদৌরিবসি হৌজিক হৌজিক লৈরিবা মফম, হুমনি হায়রিবা, লম্লক্লি হায়রিবা, আসদগী য়া? নত্রগা করম্বা মফমদগীনো, অদুগা শিরুগদৌরিবা মফম অদুনা কদায়দনো হায়বসি কনাসু অমত্তা থঙদে। ফুরা দলাল্ মনুংদা লৈবা মীনা পুন্‌শিচুপ্পা অদুমত্তম্ লৈগদবোই থঙ্গে। লায়রবনা ফুরা দলাল মনুংদা শিবা য়াওরি। ঈনাকখুনবা মীনা লম্লক্তা চানিংঙাই লৈতনা শিবা য়াওরি। কনাসু হুম্না

দ্রষ্টা স্বর্গস্য কোঽন্যোঽস্তি তথৈব নরকস্য চ। আগমাংস্ত্বনতিক্রম্য দদ্যাচ্চৈব যজেত চ ॥১৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি যাজ্ঞবল্ক্য জনক-সংবাদে চতুর্দ্দশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১৪॥

——:(০):——

ফত্তবা থবকস্থ মতৌই, অফবা থবকস্থ মতৌই। অফবা ফত্তবা থবকনি হায়না তৌরিব অসিদগী হেন্না অত্থগা তৌরিবা মী অথু নত্তনা অফব থবক্কী মহৈনা স্বর্গ, ফত্তবগীনা নরকন চংবা ফংঙ্গদৌরিবসি অতৈ কনানো? হায়বদি অফব ফত্তবা থবক তৌরিবা মী নত্তনঃ স্বর্গ নরকক্কী দ্রষ্টা ভোক্তা কনাম্‌তা লৈতে। মরম অসিনা শাস্ত্রগী য়াথংবু হীক্তোক্তনা দান যজ্ঞনচিংবা শুভকর্ম্ম (অফব থবক) শিং অসি অত্থুম তৌহনা লৈগদবনি ॥১৫॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, যাজ্ঞবল্ক্য জনক-সংবাদদা চহুমগাতরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১৪॥

——:(০):——

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### (সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনীগা জনকগা অনীগী ৱারী)

### চহুমগা তরামঙাইশুবা অধ্যায়

——:(০):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

অপরিত্যজ্য গার্হস্থ্যং কুরুরাজর্ষিসত্তম। কঃ প্রাপ্তো বিনয়ং বুদ্ধ্যা মোক্ষতত্ত্বং বদস্ব মে ॥১॥

যুধিষ্ঠিরনা হংই— কুরুবংশগী রাজর্ষি পুম্নমক্কী কোকথক্কী মণি! ঈবুধো! সংসারগী বিষয় পুম্নমক্কী জ্ঞানবুদ্ধি পুম্নমক্কী থুপ্পক্কম মুংনফম ওইবা, অত্থুগুম্বা মোক্ষধাম (মোক্ষতত্ত্ব— অরাম্বা খুদম) বু গার্হস্থ্য-

হেংবদা মী অমতা লৈজদবনস্থ নীনা পুমকোয় কোয়শিন্না শিবা য়াওরি। মচা-মশু, ঙাই-শেন্ য়াম্না লৈবা মীনা মথন্তা ভরক্ তরক্না শিবা— চংখবা য়াওরি। মুম্নিং খুদিংগী থোকলিবা থৌদোক অসি কনাম্বনা থোইনা খস্তরুদে। মাসিবু হায়না মাংজোননা খল্লবদি থোইনা ৱানিংঙাই লৈতে। (কালাচাঁদ)

সংন্যস্যতে যথাত্মানং ব্যক্তস্যাত্মা যথা চ যৎ। পরংমে ক্ষস্য যচ্চাপি তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥২॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমীতিহাসং পুরাতনম্। জনকস্য চ সাবাদং সুলভায়াশ্চ ভারত ॥৩॥

সংন্যাসফলিকঃ কশ্চিৎ বভুব নৃপতিঃ পুরা। মৈথিলো জনকো নাম ধর্ম্মধ্বজ ইতি শ্রুতঃ ॥৪॥

স বেদে মোক্ষশাস্ত্রে চ স্বে চ শাস্ত্রে কৃতশ্রমঃ। ইন্দ্রিয়াণি সমাধায় শশাস বসুধামিমাম্ ॥৫॥

তস্য বেদবিদঃ প্রাজ্ঞাঃ শ্রুত্বা তাং সাধুবৃত্ততাম্। লোকেষু স্পৃহয়ন্ত্যন্যে পুরুষা পুরুষেশ্বরঃ ॥৬॥

অথ ধর্ম্মযুগে তস্মিন্ যোগধর্ম্মমনুষ্ঠিতা। মহীমনুচচারৈকা সুলভা নাম ভিক্ষুকী ॥৭॥

---

ধর্ম্মদা ( গৃহস্থাশ্রমদা ) লৈবা করম্বা মীশক্না ( কনানা ) ফংবা লৈথিবগে ? মাহু অমুক্ত। এঐভোন্দা তাহম্বিয়ু ॥১॥

ঈবুধো। উন্নিবা তাইবং মীওইবগী হকচাং অসিনা স্থূলশরীর ( মশক উবা অচৌবা হকচাং ) অসিবু থাদোকখিবা, নত্রগা সূক্ষ্ম স্থূলশরীর অনীদা লৈবগী অভিমান ( অহঙ্কার ) বু থাওহন্দনা করম্বা আত্মা মথন্তনা লৈখিবা, হায়বদি— পুন্নমকসিবু আত্মাসিনা করম্বা মথাদোক্কা থাদোকখিবা,… অসি পুন্নমক অসি অমুক্ত। তশেংনা তাক্পিয়ু ॥২॥

ভীষ্মনা হায়,— ভরতশাগেগী মুংঙাইননবগী মশক ওইরবা। নহাক্না হংলিবা বিষয়সিগী মরমদা মমাংঙৈদা জনক নিংথৌগা সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনীগা অনীগী মরক্ত থোক্খিবা সংবাদ অহু খুদম ওইনা হেক্ হেক্ লীনৈ ॥৩॥

মমাংঙৈদা মিথিলানগরীদা কনাগুম্বা জনক কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। * মহাক অসি ধর্ম্মধ্বজ হায়না য়াম্না প্রসিদ্ধ ( অফাওবা ) ওইখি। মহাক অসি গৃহস্থাশ্রমদা লৈরবসু সন্ন্যাসগী তত্ত্বু মুন্না খঙহুনা গৃহস্থাশ্রমদা লৈরম্বা মীনী ॥৪॥

মহাক্না বেদদা, শাস্ত্রশিংদা অহুগা মশাগী ধর্ম্ম রাজনীতি ( দণ্ডনীতি ) দা লৈবা তত্ত্বু নৈনবদা অহুগা থিবদা পূক্নীং চঙবা অহুগা নোম্বকন্বা মীশক অমা ওইরম্মী। মহাক্না ইন্দ্রিয় খুদুম চন্দুনা লৈপাক্ শাসন তৌখি ॥৫॥

নিংথৌ। বেদগী তত্ত্ব খঙবা, জ্ঞানী ওইবা মী পুন্নমক্না মাগী মাগী মগুণ তাবদা মাগী মতৌ তমগদবগী হোৎনখি। হায়রম অসোমদদি মহাক মতম অহুগী মী পুন্নমক্কী মক্ষমদা কঃক্ৰফম ওইবা মীশক অমা ওইখি ॥৬॥

মতম অহু ধর্ম্মতনা মরু ওইনা লৈবা যুগনি। মতম অহুদা যোগধর্ম্মগী তত্ত্ব লোইনা খঙলবী সুলভা

---

* মাসিদা হায়রিবা জনক হায়বা নিংথৌ অসি পাঠকশিংনা মিথিলাদেশগী সীতাগী মপা জনক হায়বা নিংথৌ অহুরা, হায়না চিন্তবিগনু। অতোপ্পা জনক কৌবা নিংথৌ অমনি। মিথিলাদা মমিং মায়না জনক কৌবা নিংথৌ কয়া পানম্রবনি। ( কালাচাঁদ )

তথা জগদিদং কৃৎস্নমটাস্ত্যা মিথিলেশ্বর। তত্র তত্র শ্রুতো মোক্ষে কথ্যমানস্ত্রিদণ্ডিভিঃ ॥৮॥
সাতিসূক্ষ্মাং কথাং শ্রুত্বা তথ্যং নেতি সসংশয়া। দর্শনে জাতসঙ্কল্পা জনকস্য বভূব হ ॥৯॥
তত্র সা বিগ্রহয়াথ পূর্ব্বরূপং হি যোগতঃ। অবিভ্রদনবদ্যাঙ্গী রূপমন্যদনুত্তমম্ ॥১০॥
চক্ষুর্নিমেষমাত্রেণ লঘ্বস্ত্রগতিগামিনী। বিদেহানাং পুরীং সুভ্রূর্জগাম কমলেক্ষণা ॥১১॥
স প্রাপ্য মিথিলাং রম্যাং প্রভূতজনসংকুলাম্। ভৈক্ষ্যচর্য্যাপদেশেন দদর্শ মিথিলেশ্বরম্ ॥১২॥
রাজা তস্যাঃ পরং দৃষ্ট্বা সৌকুমার্য্যং বপুস্তু। কেয়ং কস্য কুতো বেতি বভুবাগতবিস্ময়ঃ ॥১৩॥
ততোঽস্যাঃ স্বগতং কৃত্বা ব্যাদিশ্য চ বরাসনম্। পূজিতা পাদশৌচেন বরান্নেনাপি তর্পয়ৎ ॥১৪॥
অথ ভুক্তবতী প্রীত্যা রাজানং মন্ত্রিভির্বৃতম্। সর্ব্বভাষ্যবিদাং মধ্যে চোদয়ামাস ভিক্ষুকী ॥১৫॥
সুলভা ত্বস্য ধর্ম্মেষু মুক্তো নেতি সংশয়া। সত্ত্বং সত্ত্বেন যোগজ্ঞা প্রবিবেশ মহীপতে ॥১৬॥

---

কৌবী সন্ন্যাসিনী অনা পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা কোয়চং চৎতুনা লৈরম্মী ॥৭॥ মহাক্না অস্তুম কোয়চৎ চৎ-লকপদা চৎলু চংলুবা মফমদা ত্রিদণ্ডী সন্ন্যাসীশিংগী মচীন্দগী মিথিলানিংথৌ জনক কৌবসিগী প্রশংসা ( থাগৎনবা ) অতু মহাক্না তারম্মি ॥৮॥

গৃহস্থাশ্রমদা লৈবা মহাক্না সন্ন্যাসগী তত্ত্বু অতুগা পরংব্রহ্মগী বিষয়দা য়াম্না খণ্ডজিল্লি হায়বতু তাবদা, মাসি চুম্বু চুম্মিদ্রা হায়না সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনী অসি মাগী পুক্নীংদা য়াম্না চিংনরক্লে ॥৯॥

মহাক্না যোগশক্তিতনা মাগী হান্নগী হকচাং ( স্থূল শরীর ) অতু থাদোকুনা য়াম্না ফজরবা হকচাংগী মওং অমা পুহনা লাকই। মহাক্নী হকচাং কায়াৎ খুদিংমক পুক্নীং হূনবগী মশক ওইনা ফজরম্মি। শীগুম তাবা ফজরবী, থম্বাল মীত্রা তারবী নুপীমচা অসি যোগশক্তিগী পাম্বেনা তেন্না থুনা য়াংনা পাইশল্লক্রবা তেঞ্জে অমগী মক্তোগুম্না মীকূপ অমগী মনুংদা মিথিলানগরীদা থুংখি ॥১০—১১॥

মীনা থন্না লৈরবা মিথিলা নীংথিজরবী নগরীদা খুংথিহনা সন্ন্যাসিনী সুলভানা কোন্নুং তান্না চৎথি-হনা মিথিলানিংথৌ জনকগা উন্নখি ॥১২॥

মাগী তনৌ তনৌরবা ফজরবা হকচাং কাথ্রাৎশিং উবদা জনকনিংথৌ অসি পুমুণক্ তকপ্লে। মাসি কনা ওইরিগবা, কনাগী লোয়নবী নত্রগা মচান্নুপী ওইরিগবা ? কদায়দগী লাকপী, কদায়দা চংকদৌরিবীনো ? অস্তুম্ হায়না নিংথৌনা পুক্নীংদা মওল্ মওল্ খল্লকই ॥১৩॥

অতুগী তুংদা নিংথৌনা নীংথিনা তরাম্না স্বাগত তৌহনা ফজরবা মতীক চারবা আসন অমা লান্-শিল্লি। নীংথিজনা পূজা তৌহনা মবুক্ পেন্না অমগান তৌখি ॥১৪॥

মবুক্ পেন্ন চারহুনা ওম্বোক্না পেল্লবী সন্ন্যাসিনী সুলভানা, রাজাং হৈরবা জ্ঞানী পণ্ডিত ওইরবা মন্ত্রী-শিংনা পুম্নকোয় কোয়না লৈরবা জনকনিংথৌদা য়া ভাণবা হৌগে, কম্নিজম্বা খন্না হংগে হায়না পুক্নিংদা পল্লক্লে ॥১৫॥ সুলভানা নিংথৌদা মোক্ষধর্ম্মগী মরমদা নিংথৌগী মফমদা রাহং থন্না হংগে হায়না খল্লম্মি।

নেত্রাভ্যাং নেত্রয়োরস্য রশ্মীন্ সংযম্য রশ্মিভিঃ।　সা স্ম তং চোদয়িষ্যন্তী যোগবন্ধৈর্ব্ববন্ধ হ ॥১৭॥
জনকোঽপ্যুৎস্ময়ন্ রাজা ভাবমস্যাবিশেষয়ন্।　প্রতিজগ্রাহ ভাবেন ভাবমস্যা নৃপোত্তম ॥১৮॥
তদেকস্মিন্নধিষ্ঠানে সংবাদঃ শ্রূয়তাময়ম্।　ছত্রাদিষু বিমুক্তস্য মুক্তায়শ্চ ত্রিদণ্ডকে ॥১৯॥
ভগবত্যাঃ ক চর্য্যেয়ং কৃতা ক বা গমিষ্যসি।　কস্য চ ত্বং কুতো বেতি প্রপচ্ছেনাং মহীপতিঃ ॥২০॥
শ্রুতে বয়সি জাতৌ চ সদ্ভাবো নাধিগম্যতে।　এষ্বর্থেষূত্তরং তস্মাৎ প্রবেদং মৎ সমাগমে ॥২১॥
ছত্রাদিষু বিশেষেষু মুক্তং মাং বিদ্ধি তত্ত্বতঃ　স ত্বাং সম্মন্তুমিচ্ছামি মানার্হাসি মতাসি মে ॥২২॥
যস্মাচ্চৈতন্ময়া প্রাপ্তং জ্ঞানং বৈশেষিকং পুরা।　যস্য নান্যঃ প্রবক্তাস্তি মোক্ষে তমপি মে শৃণু ॥২৩॥

নিংথৌ জনক অসি জীবন্মুক্ত ওইবগী অবস্থা কাংক্লব্রা, কারকত্রিববা হায়বসি সুলভাগী পুক্নীংদা চিংনবা অমা পোক্খি। সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনী অসি যোগশক্তিবু মপূংফানা শীজিন্নবা ভেল্লবী যোগিনী অমসু ওইরম্নি। যোগসাধনগী কৃপ্লব' বুদ্ধি অমগী পান্থৈনা নিংথৌ জনককী পুক্নীংদা চঙশিন্লে ॥ ৬॥

নিংথৌ জনকতা হংবা তৌবগে হায়না খন্দুনা মহাক্কী মীৎকী মশেক্তা নিংথৌগী মীৎকী মশেকপু থিংদুনা যোগশক্তিতনা নিংথৌগী থম্মোয়বুসু সুলভা মাগী মখা পোন্নি' হায়বদি নাইক্কনা থমলে ॥১৭॥

নিংথৌ অথোইবা যুধিষ্ঠির। মহাক্না তৌরিবা, খল্লিবা পুন্নমক অদু নিংথৌ জনকনসু খঙলদুনা মোমোন্ নোক্তুনা ভাব ( রাখল ) তনা সুলভাগী ভাব অদুবু লৌশিনখি- চ্পশিনখি ॥১৮॥

নিংথৌগী বেষ আভূষণ ছত্র চামবনচিংবদু য়াওদ্রবা জনকগা ত্রিদণ্ডনচিংবা সন্ন্যাসগী চিহ্ন ( খুদম ) পুম্বা থাদোক্লবী সুলভাগা হকচাং অমতদা লৈমিন্নদুনা জীবাত্মা অনীনা শান্নখিবা রকম— তাঙনখিবা রা পুন্নমক অদু তাও ॥১৯॥

জনকনা হায়রকই,— সন্ন্যাসিনী! নহাক্না নহাক্কী সন্ন্যাসগী দীক্ষা অসি কনা স্বামী (স্বামুজী গুরু) দগী ক বিখি? কদায়দা লেঙগদৌরি? কনানো নহাকপো? কনাগী লোয়নবী নত্রগা মচানুপীনো? ঐগী সিদদি কন্না লেঙলক্লি? অসিগুম্বা রাহং ময়াম অসি জনকনা সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনী অদুদা হংখি ॥২০॥

অমুকসু জনকনা হায়রকই,— কনাগুম্বা অমগী শাস্ত্রজ্ঞান কয়া য়াম্না লৈবা, তৌজিক ওইরিবা অবস্থা অদুগা বর্ণ জাতি গোত্রনচিংবসি হংদনদি খঙবা ঙম্মদে। অদুনা তৌজিক্তি ঐগী নাক্ মক্তদা লাক্পিরবনিনা, ঐগী রাহংশিংসে সন্ন্যাসিনী নঙোন্দা হংকম থোকই। হংদনদি বিষয়শিং অসে খঙকম থোক্তে ॥২১॥

ছত্র দণ্ডনচিংবা নিংথৌগী চিহ্ন ( খুদম ) পুম্বা ঐ থাদোকচরবনি। অদুনা নহাক্না ঐবু মুম্ন খঙবিরো। ঐ সন্ন্যাসিনী নহাকপু সন্মান য়াম্না তৌজনীংই। করি মবন্না হায়বদা, যেংবদা নহাক অসি য়াম্না সন্মান তৌকম থোকই হায়না খঙজরে ॥২২॥

ঐনা মমাংদৌদা জ্ঞান পুন্নমক্তগী অথোইবা মোক্ষজ্ঞানবু, মহাক নত্তনা মতম অদুদা কনা অমত্তনা তাক্পীনীংঙায় লৈত্রবা ঐগী জ্ঞানদাতা গুরুগী পরিচয় অদুসু ঐ হায়জগে তাবিয়ু ॥২৩॥

পরাশরগোত্রস্য বৃদ্ধস্য সুমহাত্মনঃ। ভিক্ষো পঞ্চশিখস্যাহং শিষ্যঃ পর সম্মতঃ ॥২৪॥
সাংখ্যজ্ঞানে চ যোগে চ মহীপালবিংধা তথা। ত্রিবিধে মোক্ষধর্মেঽস্মিন্ গতাধ্বচ্ছিন্নসংশয়ঃ ॥২৫॥
স যথাশাস্ত্রদৃষ্টেন মার্গেনেহ পরিভ্রমন্। বার্ষিকাংশ্চতুরোমাসান্ পুরা ময়ি সুখোষিতঃ ॥২৬॥
তেনাহং সাংখ্যামুখ্যেন সুদৃষ্টার্থেন তত্ত্বতঃ। শ্রাবিতস্ত্রিবিধং মোক্ষং ন চ রাজ্যাদ্ধি চালিতঃ ॥২৭॥
সোঽহং তামখিলাংবৃত্তিং ত্রিবিধাং মোক্ষসংহিতাম। মুক্তরাগশ্চরাম্যেকঃ পদে পরমকে স্থিতঃ ॥২৮॥
বৈরাগ্যং পুনরেতস্য মোক্ষস্য পরমো বিধিঃ। জ্ঞানাদেব চ বৈরাগ্যং জায়তে যেন মুচ্যতে ॥২৯॥
জ্ঞানেন কুরুতে যত্নং যত্নেন প্রাপ্যতে মহৎ। মহৎ দ্বন্দ্বপ্রমোক্ষায় সা সিদ্ধির্যা বয়োঽতিগা ॥৩০॥
সেয়ং পরমিকা বুদ্ধেঃ প্রাপ্ত নির্দ্বন্দ্বতা ময়া। ইহৈব গত মোহেন চরতা মুক্তসঙ্গিনা ॥৩১॥

পরাশর গোত্রগী অহল্ ওইরবা সন্ন্যাসী, মহাত্মা পঞ্চশিখ হায়বহু ঐগী গুরুদেবনি। ঐ অসি মহাক্কী, মহাক্কা থোইনা চান্‌বিরবা শিষ্য অমনি ॥২৪॥

সাংখ্যজ্ঞান, যোগবিদ্যা অমসুং রাজধর্ম্ম অহুম অসি ঐনা গুরুদেবহুদগী ফংজখি। হায়রিবা অহুমসিগী ওয়াহ্ ঐনা চিংনবা লৈতনা ফংজগ্রবনি ॥২৫॥

মমাংঙৈগী মতম্‌দা, ঐগী আচার্য্যদেব অসি শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা জ্ঞানমার্গদা লৈন লৈনা অস্‌সুম দেশ দেশান্তরদা ভ্রমণ তৌরকপদা বর্ষাঋতুগী থা মরি ( চতুর্মাস ) চুপ্পা ঐগী সিদা নুংঙাইনা লৈবিরম্মি ॥২৬॥

মহাক সাংখ্যযোগগী অখোইবা বিদ্বান্ জ্ঞানী অমনি। শাস্ত্র পুম্নমক্কী সিদ্ধান্ত পুম্বা প্রত্যক্ষ ওইনা উরবা মীনি। মহাক্কা ঐঙোন্দা মখল অহুমগী মোক্ষধর্ম্ম তাকপি— তশিন্নম্মি। অমসুং রাজধর্ম্ম অসিদগী, হায়বদি— রাজ্য অসিবু থাদে ক্রুনা মকম অসিদগী অমদা কাতু কারন্ চৎপগী য়াপংদি পীবিরমদে ॥২৭॥

ঐনা গুরুদেবহুদগী পাউতাক কয়া ফংলুনা, সংসারগী বিষয়শিং অসিদা আসক্তি থমদনা, মুক্তিগী মরম ওইবা বৃত্তি মখল অহুম কায়দনা ভাক্লুনা ইথন্তা পরমপদ ( অখোইবা খুঙম— থোইনা নুংঙাইনকম ওইবা ) দা লৈজরি ॥২৮॥

বৈরাগ্যতনা মুক্তিগী মরু ওইবা কারণ ( উপায় ) নি। অমসুং বৈরাগ্য হায়বহুসু জ্ঞানগী পান্থেতনা ফংগদবনি। জ্ঞানতনা তাইবংমীনা অরান্‌বা খুঙম ফংনরিবনি ॥২৯॥

তাইবংমীনা জ্ঞানগী পান্থেতনা মুক্তিপদবী ফংননবা হোংনৈ। য়াম্না কন্না হোৎনরবা ( সাধন তৌরবা ) মতুংদা আত্মজ্ঞান ফংনরিবনি। অহুম্ ওইবা চাউরবা মহৎ ওইরবা আত্মজ্ঞানতনা, অরা-নুংঙাইবা কায়নবা তিন্নবনচিংবা দ্বন্দ্বভাবতগী সাস্থোক্লনবগী উপায়নি। কাল ( মতম— মৃত্যু ) দগী ফাওবা লাস্থোক্‌হন্‌বী সিদ্ধি অমুদি বৈরাগ্যজ্ঞান সাংখ্যজ্ঞান অসিতনা পীরিবনি ॥৩০॥

ঈচা ঈগূ শাগৈ নাতৈ লন্ থুম্নচিংবা বিষয়শিং অসিদা ঐগী করিগুম্বা শুদ্ধাৎপ— মিহৌব অমতা লৈত্রে। ঐ বিষয়গী সংসর্গ ( মরী ) পুম্বা থাদোক্লবনি। অদুনা গৃহস্থধর্ম্মদা লৈতুনসু বুদ্ধিগী নির্দ্বন্দ্বভাব

যথা ক্ষেত্রং মৃদূভূতমদ্ভিরাপ্লাবিতং তথা। জনয়ত্যংকুরং কর্ম্ম নৃণাং তদ্বৎ পুনর্ভবম্ ॥৩২॥
যথা চোত্তাপিতং বীজং কপালে যত্র তত্র বা। প্রাপ্যাপ্যংকুরহেতুত্বমবীজত্বান্ন জায়তে ॥৩৩॥
তদ্বৎ ভগবতানেন শিখা প্রোক্তেন ভিক্ষুনা। জ্ঞানং কৃতমবীজং মে বিষয়েষু ন জায়তে ॥৩৪॥
নাভিরজ্যতি কস্মিংশ্চিন্নানর্থে ন পরিগ্রহে। নাভিরজ্যতি চৈতেষু ব্যর্থত্বাৎ রাগরোষয়োঃ ॥৩৫॥
যশ্চ মে দক্ষিণং বাহুং চন্দনেন সমুক্ষয়েৎ সব্যং বাস্যাপি সন্তক্ষেৎ সমাবেতাবুভৌ ॥৩৬॥
সুখী সোঽহমবাপ্তার্থঃ সমলোষ্ট্রাশ্মকাঞ্চনঃ। মুক্তসঙ্গঃ স্থিতো রাজ্যে বিশিষ্টোঽন্যৈস্ত্রিদণ্ডিভিঃ ॥৩৭॥
মোক্ষে ত্রিবিধানিষ্ঠা দৃষ্টান্যৈর্মোক্ষবিত্তমৈঃ। জ্ঞানং লোকোত্তরং যচ্চ সর্ব্বত্যাগশ্চ কর্ম্মণাম্ ॥৩৮॥

( অনী থোকপগী মওং ) অদু থাদোক্লুনা নির্দ্বন্দ্বতা ( অনী থোক্কবগী মওং ) বু কংংনা লৈরবনি ॥৩১॥

লৌবুক্পু য়াম্না নীংথনা খোইদোক্লুনা লৈপাক অংবু য়াম্না থোংহল্লবা তুংদা, মতমচ না নোংগী ঈশিংনা থীক্প্রবা— চোংহনপ্রবা তুংদা, মাদুদা থাবা হুনবা মরুনা নীংথিনা পোক্খায়দুনা ময়োল চোংলকপদুগুম্না— মীওইবগী শুভ ( অফবা ) অশুভ ( ফত্তবা ) কর্ম্মতনা পুনর্জন্ম ( অমুকহন্না সংসারদা পোকপ ) ঙু থোকহল্লি। হায়বদি— কর্ম্মতনা হন্না হন্না পোক্হনবনি ॥৩২॥

লৈপাক্তী কেগামদা নল্লগা করিগুম্বা পাত্র অমদা হাপ্পুনা মৈথক্তা ভৌরুরবা মরু অদুনা বীজ (মরু) হায়বদু ওইত্রবা, হায়বদি— মরু শৌবা য়াত্রবা, নির্বীজ ওইরবা, অদু ওইরবদি ফনা য়াম্না ফবা লৌবুক্তা হুল্লু থারুদুনসু মাদু ময়োল চোংডক্তে। অদুগুম্না ঐগী শ্রীগুরুদেব ভগবান্ পঞ্চশিখনা ঐঙোন্দা পীবিরম্বা জ্ঞান অদুদি নির্জীবনি। অদুনা সংসারগী নীংথিরবা লৌবুক্তা, হায়বদি— সনা লুপা মণি মুক্তাসা থল্লবা সংসারগী বিষয়শিং অসিদা থারুরবসু— হুল্লুরবসু ময়োল্ চোংঙু, হায়বা য়াদ্রে ॥৩৩--৩৪॥

অদুগুম্বা জ্ঞান অদুদগী পোক্লকপী ঐগী বুদ্ধি অসিনা করিগুম্বা সংসারগী কান্নদ্রবা বিষয় ভোগ অমদা ময়োল্ চোংঙকউ— তেকৃখৎলকউ হায়বা য়াদ্রে। চঙশিল্লু হায়বা ফাওবা য়াদ্রে। মুপী নহানচিংবা বিষয়গী অনুরাগ, য়েক্লবনচিংবগী বিষয়দা লৈবা অশান্তবা, পূয়মক্ অসি কান্নদবা ভাক্তা ওইবনা, মদোমদা ঐগী বুদ্ধি মমায় খজিক্তা ওল্লিল্লু হায়বা ফাওবা য়াদ্রে ॥৩৫॥

ঐগী য়েথংবা পান্বোমদা মনম মুংশিরবা চন্দন তৈশিল্লবা— থিন্বিরবা মী অদুগা মতমদুমক্তদা ওয়থংবা পান্বোমদা মচীল্ তুম্নবা থোয়বা ভিংথংবু য়ুহল্লবা— থিংজিল্লবা মীদুগা অনীসিবু ঐনা চপ মান্ননা উই। হায়বদি— কদায়না মরুপনো, কদায়না য়েক্লবনো হায়বা খঙদে ॥৩৬॥

ঐ নীংব পূম্ব থুংদুনা করিমক্তা রাক্তনা মুংঙাইদ্রা লৈজরি। লৈপাক মতুম ( লৈতুম্ ), নুং, সনা লুপা ঐগী মীত্তা থেন্নবা লৈতনা চপ মান্ননা উই। ঐনা আসক্তি পূম্নমক্ থাদোক্লুনা নিংথৌগী থবক পুরি। অদুনা ত্রিদণ্ডী সন্ন্যাসী সাধু যোগীশিংগী মফমদগীসু, ঐগী লৈফমসিনা মথোয়গীদগী ঈতোন্ ভোঙানবনি। হায়বদি মথোয়দগীসু হেন্বনি ॥৩৭॥ অলৌকিক ( লোকতা চংনবা জ্ঞানগী রাংমদা লৈবা ) জ্ঞান, অলৌকিক সন্ন্যাস,

জ্ঞাননিষ্ঠাং বদন্ত্যেকে মোক্ষশাস্ত্রবিদো জনাঃ। কর্ম্মনিষ্ঠাং তথৈবান্যে যতয়ঃ সূক্ষ্মদর্শিনঃ ॥৩৯॥
প্রহায়োভয়মপ্যেব জ্ঞানং কর্ম্ম চ কেবলম্। তৃতীয়েয়ং সমাখ্যাতা নিষ্ঠা তেন মহাত্মনা ॥৪০॥
যমে চ নিয়মে চৈব কামে দ্বেষে পরিগ্রহে। মানে দম্ভে তথা স্নেহে সদৃশাস্তে কুটুম্বিভিঃ ॥৪১॥
ত্রিদণ্ডাদিষু যদ্যস্তি মোক্ষজ্ঞানেন কস্যচিৎ। ছত্রাদিষু কথং ন স্যাৎ তুল্যহেতৌপরিগ্রহে ॥৪২॥
যেন যেন হি যস্যার্থঃ কারণেনেহ কর্ম্মণি। তত্তদা লভতে সর্ব্বঃ স্বে স্বে স্বার্থপরিগ্রহে ॥৪৩॥
দোষদর্শী তু গার্হস্থ্যে যো ব্রজত্যাশ্রমান্তরে। উৎসৃজন্ পরিগৃহ্ণংশ্চ সোঽপি সঙ্গান্নমুচ্যতে ॥৪৪॥

অলৌকিক কর্ম্মগী অনুষ্ঠান ( লিংথৎপা ), হায়বদি— নিষ্কামভাবতা তৌবা কর্ম্ম, হায়রিবা নিষ্ঠা ( মফম ) অহুম অসিবু মোক্ষশাস্ত্রগী বিদ্বান্‌শিংনা, মোক্ষ ফংননবগী উপায়নি হায়না উই— লৌই ॥ ৮॥

মোক্ষশাস্ত্রবু নৈনবা খরগী মত তা, জ্ঞাননিষ্ঠানা মোক্ষগী সাধন ( উপায় ) নি হায়। কূপ য়েংশিন্‌বা খরতনা কর্ম্মনিষ্ঠাতনা মোক্ষগী উপায়নি হায় ॥৩৯॥

ঐগী গুরুদেব মহাত্মা পঞ্চশিখনদি পক্ষ অনীমক্কী মত অসি থাদোকুনা ঈতোপ্ তোপ্পী অহুমশুবী নিষ্ঠা অমা পুথোকপিখি ॥৪০॥

যম, নিয়ম, ব্রত, অপাম্বা, য়েংথিবা, ঈকায় খুম্নহন্‌বা, থোয়বা, লেম্বা, নুংশিবা, অসি পুম্নমক অসিনা পীরক্কদৌরিবা তোংবা মওবা অসিনচিংবদদি সন্ন্যাসীগা গৃহস্থ অমগা করিমতা খেন্নদে। হায়বদি— নিয়ম, ব্রতনচিংবছুবু য়ুমদা লৈন লৈনা, গৃহস্থ ওইন ওইনা অহুম্ তৌরবদি গৃহস্থ অমনসু— মোক্ষ অদো অহুম্ মফংভি। কামনা অমদি কল্লক য়েংথিববু অহুম মতৌববদি সন্ন্যাসী অহুসু মুক্তি ( মোক্ষ ) করিগুম্বা মতমদা ফংবা ভমদে ॥৪১॥

সন্ন্যাসীনা ত্রিদণ্ডনচিংবা পায়, গৃহস্থ ওইনা নিংথৌ পে, কাওহাই চামর, দণ্ড, কমণ্ডলু, ত্রিদণ্ডনচিংবা পায়রুনা জ্ঞানগী পাম্বৈনা মুক্তি ফংলবদি ছত্র চামরনা থৌগল্লবা নিংথৌসু জ্ঞানগী পাম্বৈনা করিগী মুক্তি ফংলোই? মরমদি মোক্ষগী বন্ধন ওইবা মপান্‌গী সংসারগী কান্নদবা মচাক্ পায়নবদি মথোয় অনীমক— নিংথৌ সন্ন্যাসী অনীমক চপ্ মমান্নরি। পোৎশক অমমম্দি অহুম্ মমান্নরি। অমনা ত্রিদণ্ড, অমনা রাজ-দণ্ড, ছত্রনচিংবা ॥৪২॥

তাইবং মীওইবনা মানা মানা পাম্বৈ ফংননবা মানা নীংবচ্চ থুংননবা ফংগদৌরিবা পোৎশকশিং অহু ফংননবগী থুৎলায় ( পাম্বৈ ) দি অসিনি অহুনি হায়না থগুবা পোৎশকশিং অহু অহুম্ মপায়নবতনি। ফংন-নবা পোৎশক অহুনা চপ মান্নরবসু, পোৎশক মশা অমতা ওইরবসু মানা মানা পাম্বা উপায়গী আশ্রয় লৌনবতনি ॥৪৩॥

গৃহস্থাশ্রমবু দোষ লৈবনি হায়না থাদোক্লমহুনা সন্ন্যাসাশ্রম লৌগ্রবশিং অহুসু পোৎশক অমবু থাদোক্-লম্নগা অতোপ্পা পোৎশক অমমুক পায়খৎলুই। সংসারগী অউবা বিষয় ( পোৎশক ) অমগা ভিন্নকরিমথৈ

আধিপত্যে তথা তুল্যে নিগ্রহানুগ্রহাত্মকে। রাজর্ষিভিক্ষুকাস্তস্মাৎ মুচ্যন্তে কেন হেতুনা ॥৪৫॥
অথ যত্রাধিপত্যেঽপি জ্ঞানেনৈবেহ কেবলম্। মুচ্যন্তে সর্ব্ব পাপেভ্যো দেহে পরমকেস্থিত ॥৪৬॥
কাষায়ধারণং মৌণ্ড্যং ত্রিবিষ্টব্ধং কমণ্ডলুম্। লিঙ্গান্যুৎপথভূতানি ন মোক্ষায়েতি মে মতিঃ ॥৪৭॥
যদি সত্যেঽপি লিঙ্গেঽস্মি জ্ঞানমেবাত্র কারণম্। নির্মোক্ষায়েহ দুঃখস্য লিঙ্গমাত্রং নিরর্থকম্ ॥৪৮॥
অথবা দুঃখশৈথিল্যং বীক্ষ্য লিঙ্গে কৃতা মতিঃ। কিং তদেবার্থং সামান্যং ছত্রাদিষু ন লক্ষ্যতে ॥৪৯॥
আকিঞ্চন্যে ন মোক্ষোঽস্তি কিঞ্চন্যেনাস্তি বন্ধনম্। কিঞ্চন্যে চেতরে চৈব জন্তুর্জ্ঞানেন মুচ্যতে ॥৫০॥
তস্মাৎ ধর্ম্মার্থকামেষু তথা রাজ্য পরিগ্রহে। বন্ধনায়তনেষেষু বিদ্ধ্য বন্ধে পদেস্থিতম্ ॥৫১॥

---

সঙ্গদোষ হায়বহুদি অদুম মরৈরি। অদুনা সন্ন্যাসীগু নিংথৌ (গৃহস্থ) সু সঙ্গদোষদগী মুক্ত ওইবদি (লান্-থোকপদি ঈওম্ ওয়ত্রি ॥৪৪॥

অমবু ফাজিন্বা, অমবু থাদোকপা, হায়বসিমক্তবু আধিপত্য (অধিপতি নিংথৌগী ধর্ম্মনি। হায়রিবা আধিপত্য হায়বা ধর্ম্ম অসি নিংথৌদসু লৈ, সন্ন্যাসীদসু লৈ। নিংথৌগা থন্ন্যাসী অমগা অসি য়ৌনা মায়-রবদা মুক্তিদি সন্ন্যাসীতনা ফংগদবনি, নিংথৌ (গৃহস্থ) না ফংবা য়াদে হায়বসিগী মরম করিনো? ॥৪৫॥

ওাইবং মীওইবগী হকচাংসিগুম্বা খ্বাইদগী ফরবা অথোইবা দেহ (হকচাং) অসি ফংলবা প্রাণবায়ু লোইয়িবা প্রাণী (জীবনা) প্রভুত্ব (আধিপত্য) পায়রবসু, ধন সম্পত্তিগী মপু ওইরবসু জ্ঞানগী পান্থৈতনা লৌশিল্লুরিবা — থাদোক্‌পুরিবা অদুদগী পোক্‌পা পাপ পুণ্যদগী লাপ্তোকপা (মুক্ত ওইবা) ওম্মি ॥৪৬॥

ঐগী মত তদি, ঐনা খল্লবদি— গেরুয়া ফীজোম্না, লু কোক্‌থোকপা, ত্রিদণ্ড, কমণ্ডলু, ঝুলী কঠারী য়েম্পাকশিং সন্ন্যাসী ওইবগী, হায়বদি সন্ন্যাসগী মপান্‌গী অউবা অমদি উহনবা লিঙ্গ (খুদম) মক্তনি। হায়-রিবা খুদমশিং অসি মোক্ষ (মুক্তি) পীগদবা নত্তে, মথোয়শিং অসিনা মোক্ষগী সিদ্ধি ওইগদবা নত্তে ॥৪৭॥

উপায় (খুদম) শিং অসি লৈন লৈনা, পায়ন পায়না, তত্ত্বজ্ঞানগী প্রয়োজন (দরকার) অমুক লৈর-বদি পায়রিবা লোইরিবা খুদমশিং অসে নিরর্থক (কান্নদবা— অর্থ য়াওদবা) মক্তনি ॥৪৮॥

ত্রিদণ্ড, গেরুয়া ফীজোলনাচিংবা অসিনা সন্ন্যাসমার্গদা চৎপদা সুবিধা য়াম্না ওই, চৎপগী রাবা অম্লাম্বা কোকুই হায়না লৌরবসু, অদুগুম্বা রাখল অদু ছত্র চামরনাচিংবদা খন্বা য়ারোইদৌরিবসি করিগীনো? ॥৪৯॥

করিসু লৈজত্রব লম্বীগী চাক্লিবা ওইবদসু— ওইহনবদসু মুক্তি লৈবা নত্তে। অদুগা ধন সম্পত্তি য়াম্না লোইবা মীশক ওইবদসু— ওইহনবদসু মুক্তিনা লৈরোইদৌবা নত্তে। মরমদি লায়রবা ঈনাকখুনবা অনীমক্তা জ্ঞানগী প্রয়োজন (দরকার) দি অদুম্ মরৈ ॥৫০॥

মরম অদুনা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অদুগা রাজসিংহাসন অসিনচিংব বন্ধনশিং অসিগী মরক্ত লৈরবসু, ঐ অসি হায়রিবা বন্ধনশিং অসিদগী রাংমদা লৈরবমি হায়না খঙ্ঙু ॥৫১॥

রাজ্যৈশ্বর্য্যময়ঃ পাশঃ স্নেহায়তনবন্ধনঃ। মোক্ষাশ্মনিশিতেনেহ ছিন্নস্ত্যাগাসিনা ময়া ॥৫২॥
সোঽহমেবং গতো মুক্তো জাতাস্থস্ত্বয়ি ভিক্ষুকি। অযথার্থং হি তে বর্ণং বক্ষ্যাসি শৃণু তন্মম ॥৫৩॥
সৌকুমার্য্যং তথা রূপং বপুরগ্র্যং তথা বয়ঃ। তবৈতানি সমস্তানি নিয়মশ্চেতি সংশয়ঃ ॥৫৪॥
যচ্চাপ্যননুরূপং তে লিঙ্গস্যাস্য বিচেষ্টিতম্। মুক্তোঽয়ং স্যান্ন বেতি স্যাৎ ধর্ষিতো মৎ পরিগ্রহঃ ॥৫৫॥
ন চ কামসমাযুক্তে মুক্তেঽপ্যস্তি ত্রিদণ্ডকে। ন রক্ষ্যতে ত্বয়া চেদং ন মুক্তস্যাস্তি গোপনা ॥৫৬॥
সংপক্ষসংশ্রয়াচ্চায়ং শৃণু যস্তে ব্যতিক্রমঃ। আশ্রয়ন্ত্যাঃ স্বভাবেন মম পূর্ব্বপরিগ্রহম্ ॥৫৭॥

ঐনা মোক্ষগী মশক ওইরবা নুংদা ফেওহনা তক্কুনা ময়া থৌহল্লবা ত্যাগ বৈরাগ্যগী মশক ওইরবা থাংগাংনা রাজ্য অমদি ধন সম্পত্তি ঐশ্বর্য্য ফংনিংবগী লাংবু, অদুগা অপাম্বা মুংশিবা অসিনচিংবগী অশ্রয় ওইদুনা লৈরিবা মুপী অণ্ডাংগী মফমদা লৈগদবা মমতা ( ঐগীনি হায়না মুংশিবা ) দুবু ককথৎলবনি ॥৫২॥

সন্ন্যাসিনী। মতৌ অসুম্না ঐ জীবন্মুক্ত হায়বহু ওইরবনি। নহাক্কী যোগবিদ্যা য়োগশক্তি অসিবু উবদা নহাকপু ঈকায় খুম্নীংবগী বুদ্ধি অমদি ঐগী পুক্নীংদা পোক্ই। অদুগা নহাক্কা মপানগী হকচাংদা ফজনা উৎলিবা ফজহল্লিবা অসি যোগসাধনগী মথৌ নত্তে, মতীক চাদে। ঐ মাসিগী মরমদা খরা হায়জগে তাবিয় ॥৫৩॥

মীগী পুক্নীং হুনা ফজহনবা, মথোক্ কারক্পা মালহন্বা, অসি পুম্নমকসি যোগগী বিরুদ্ধনি। বিরুদ্ধ ওইবা লমচৎ অসিসু চৎন চৎনা নহাক যোগিনী সন্ন্যাসিনী অমনি হায়দুনসু চৎলি। মাসিদা চিংনবা অমা পোক্লে ॥৫৪॥

সন্ন্যাসগী মপানগী খুদম ত্রিদণ্ডনচিংবা পায়রি, গেরুয়া ফীজোল্ শেৎলি। উৎলিবং খুদমদুগী মতুংদা কর্ম্মদি তৌদ্রে। ঐবু জীবন্মুক্ত ওইরব্রা ওইদ্রিব্রা হায়বহু পরীক্ষা তৌননবগীদমক নহাক্কা ঐগী থম্মোয়মুংদা চোংশিল্লকুনা ঐবু অদুগা ঐগী পুক্নীংবু খুদম চন্নবা হোৎনরি। যোগশক্তিনা নমদুনা নহাক্কা ঐবু খুদম চল্লে ॥৫৫॥

যোগশক্তিবু শেরান্নবা মায়গৈদা শীজিন্নদুনা মী অমবু সংসারগী অপাম মুংশিগী লাংদা থুহন্গদবগী হোৎনরবদি মাদু ত্রিদণ্ড ধারণ তৌরিবা, গেরুয়া ফীজোল শেৎলিবসিগদি য়াম্না তৈনরে। অদুগা মাদুগুম্না নহাক্কী আশা অদুসু কন্নদবা ওইগনি— ব্যর্থনি। তৌরিবা শাজৎ অদুনা সন্ন্যাসাশ্রমগী নিয়ম বিধিদি নহাক্কা ত্তাক্ত্রে। সন্নসিনী নহাক্না মশাগী চংচাবা মওংবু লোৎতুনা থম্নগা মী অমদা নমথাক তৌননবগী হোৎনরবদি জীবন্মুক্ত ওইরবা মী অমগী মফমদদি মশাবু মশানা লোচ্চবা হায়বসি করিমত্ত কান্নবা ফংলোই ॥৫৬॥

নহাক্কা য়াম্ন মুন্না বিচার তৌদুনা ঐগী অহান্বা ওইরম্বা হকচাং অমদি কীবম অদুগী আশ্রয় লৌননবা হোৎনৈ। অদুনা ঐগী মত, ঐগী পক্ষদা চঙগদবগী ঐগী থম্মোয়মুংদা চোঙশিল্লকপসিনা মওোল্লা চৎকদবা ত্তাঙগদবা মওংদগী ঐগীসু খর লাম্থোরক্লে। মাসিগী মরম অসি ঐগী ( মত ) তাবিয় ॥৫৭॥

প্রবেশস্তে কৃতঃ কেন মম রাষ্ট্রে পুরেঽপি বা। কস্য বা সংনিকর্ষাত্ত্বং প্রবিষ্টা হৃদয়ং মম ॥৫৮॥
বর্ণপ্রবরমুখ্যাসি ব্রাহ্মণী ক্ষত্রিয়স্ত্বহম্। নাবয়োরেকযোগোঽস্তি মাকৃথা বর্ণসংকরম্ ॥৫৯॥
বর্ত্তসে মোক্ষধর্ম্মেণ ত্বং গার্হস্থেঽহমাশ্রমে। অয়ং চাপি সুকষ্টস্তে দ্বিতীয়োঽশ্রম সংকরঃ ॥৬০॥
সগোত্রাং বাসগোত্রাং বা ন বেদত্বাং ন বেত্থমাম্। সগোত্রমাবিশন্ত্যাস্তে তৃতীয়ো গোত্রসঙ্করঃ ॥৬১॥
অথ জীবতি তে ভর্ত্তা প্রোষিতোঽপ্যথবা ক্বচিৎ। অগম্যা পরভার্য্যেতি চতুর্থো ধর্ম্মসঙ্করঃ ॥৬২॥
সা ত্বমেতান্ন কার্য্যাণি কার্য্যাপেক্ষা ব্যবস্যসি। অবিজ্ঞানেন বা যুক্তা মিথ্যাজ্ঞানেন বা পুনঃ ॥৬৩॥
অথ বাপি স্বতন্ত্রাসি স্বদোষেনেহ কর্হিচিৎ। যদি কিঞ্চিৎশ্রুতং তেঽস্তি সর্ব্বং কৃতমনর্থকম্ ॥৬৪॥

করি রাথক্সগী করি তৌগে হায়গুনা সন্ন্যাসিনী নহাক্না ঐগী রাজ্যদা নগর অসিদা চঙভক্লিহনো? অদুগা করি পান্বদগী নহাক্না ঐগী থম্মোয়নুংদা চোংশিল্লক্লি? ॥৫৮॥

বর্ণ মরিগী মথুংদা ব্রাহ্মণনা অথোইবনি। নহাক ব্রাহ্মণীনি। অদুগা ঐনা ক্ষত্রিয়নি। অদুনা ঐথোয় অনী তিন্নফম থোক্তে। অদুনা ঐপা তিন্নদুনা নহাক বর্ণশঙ্করবু পোকহন্দুনা মাদুগী দোষ অদু ঐবুদু ফংবা য়াওহনগনু ॥৫৯॥

তৌবু তৌশিন্নরবসু নহাক্না সন্ন্যাসাশ্রমদা লৈবগী লমচৎ চৎলি। অদুগা ঐদি গার্হস্থ্যাশ্রমদা লৈরি। অদুনা ঐনা নহাক্না তিন্নদুনা আশ্রমসঙ্কর অমা থোকহন্বসে মহা অরাবগী মশক অমনি ॥৬০॥

নহাক অসি হৌজিক সগোত্রা ওইরবরা, নত্রগা অসগোত্রারা হায়বদুসু ঐ খঙদ্রি। হায়বদি— ঋুম্ পাল্লম্দুনা গোত্র অমদা শন্‌থ্রবীরা? নত্রগা গোত্র অমদা তিল্লম্‌দ্রবীরা? অসিগুম্না নহাকসু ঐগী মরমদা করিমত্তা খঙলিরোই। সগোত্র ওইদ্রিবা ঐগী থম্মোয়নুংদা চঙশিল্লকুনা ঐঙোন্দা নহাক্না গোত্রসঙ্করগী দোষ অমা পোক্হল্লে ॥৬১॥

সন্ন্যাসিনী মহাক্কী হান্নগী (পূর্ব্বাশ্রমগী নপুরোইবা লৈরবা নত্রগা লংকৈদা লৈখিবা থোক্লবা অদু ওইরবদি পুরিবা, রাথল অদুদা ঐনা ননাক্তা চঙলকপসু হৌনদে। নহাক্না ঐগী নাক্তা লাকপা— চঙলক্পসু হৌনদে। নঙোন্দা ঐদি পরপুরুষনি; ঐঙোন্দসু পরস্ত্রীনি। মাসিদা নংনা ঐবু ননাক্তা চঙহল্লবদি— ধর্ম্মসঙ্কর কৌবা মরিগুবা দোষ অমা পোকলে ॥৬২॥

নহাক হৌজিক অজ্ঞান অমদি মিথ্যাজ্ঞানগা তিন্নশিন্দুনা নংনা পাংথোক্কে খল্লিবা থবক অদুভনা মরম ওইবনি হায়না খল্থিদুনা হৌনদবা থবক অসি পাংথোক্কে হায়না হোৎনরি ॥৬৩॥

অদুগা নহাক অসি স্বতন্ত্র ওইনা লৈবী অমা ওইরগনু, অদুগা শাস্ত্রগী নিয়ম বিধি পুম্বা তারম্বা, তম্মম্বা থোক্লবসু ভৌরিবা— চৎলিবা শাজৎকী দোষ অসিনা তম্মুরিবা তারুরিবা পুম্নমক অদু উৎতাবী হৈরে ॥৬৪॥

ইদমন্যচ্চতুর্থং তে ভানস্পর্শবিঘাতকম্। দুষ্টায়া লক্ষ্যতে লিঙ্গং বিবৃণ্বত্যা প্রকাশিতম্ ॥৬৫॥
ন ময্যেবাভিসন্ধিস্তে জয়ৈষিণ্যা জয়ে কৃতঃ। যেয়ং মৎ পরিষৎ কৃৎস্না জেতুমিচ্ছসি তামপি ॥৬৬॥
তথাৰ্হতস্ততশ্চ ত্বং দৃষ্টিং পরিমুঞ্চসি। মা পক্ষপ্রতিঘাতায় স্বপক্ষোৎস্তবনাম চ ॥৬৭॥
সা স্বেনামর্ষজেন ত্বমৃদ্ধি মোহেন মোহিতা। ভূয়ঃ সৃজসি যোগাংস্তং বিষামতৃমিবৈকতাম্ ॥৬৮॥
ইচ্ছতোরত্র যো লাভঃ স্ত্রীপুংসোরমৃতোপমঃ। অলাভশ্চাপিরক্তস্য স দোষো বিষোত্তমঃ ॥৬৯॥
মা স্প্রাক্ষীঃ সাধু জানীষ স্বশাস্ত্রমনুপালয়। কৃতেয়ং হি জিজ্ঞাসা স্তক্তোনেতি ত্বয়া মম ॥
এতৎ সর্ব্বং প্রতিচ্ছন্নং ময়ি নার্হসি গর্হিতন্ ॥৭০॥
সা যদি ত্বং স্বকার্য্যেণ গচ্ছন্তস্য মহীপতেঃ। তৎ ত্বং সত্রপ্রতিচ্ছন্না ময়ি নার্হসি গূহিতুম্ ॥৭১॥
ন রাজানং মৃষা গচ্ছেন্ন দ্বিজাতি কথঞ্চন। ন স্ত্রিয়ং স্ত্রীগুণোপেতাং হন্যুর্হ্যেতেমৃষাগতাঃ ॥৭২॥

---

লোয়া তৌরিবা দোষ অদু হৌজিক্তি মশানা অহুম ফোংদোকচরক্রে। অতুনদি নহাক অসি দোষ লৈবী ফজ্রবী অমা ওইরে। দোষ লৈবী মুপী অমা ওইবগী মরিগুবা খুদম অমসু লৈরে। অদুগুম্বা মরিগুবা দোষ অদু থম্মোয়গা থম্মোয়গা মুংশিনবা হায়বদুগী মকোক্তা শিংজংনা খায়রি ॥৬৫॥

অদুগা অমনা— নহাক ঐবু গুম্বা পাম্লি। ঐ ইথন্তবু গুম্ব পাম্বতা নত্তনা ঐগী পণ্ডিত সভাসিদা ফম্লিবা জ্ঞানী সভাসদ্শিং অসিবুসু গুম্ব পাম্লি ॥৬৬॥

ওাওনবদা, শাস্ত্রার্থ তৌনবদা নশাগীনা জয়, অদুগা ঐখোয় পুম্নমকসিগীনা পরাজয় ( মায়থীবা ) ফংবা অসিমসু নহাক্লা পাম্লি হায়বসি নহাক্লা য়েংথোরকা মীৎয়েং নায়েংদা মুম্ন খওলে ॥৬৭॥

খাওহৈদবদগী পোকখিবা যোগ সিদ্ধিগী চাউথৎপা উৎনীংবা অদুগী মোহ অদুনা নশাবু গুঙ্খাংহন্খিদুনা হুগা অমৃতগা পাত্র অমতদা হাপমিন্নদুনা হুগা অমৃতগা মগুণ চপ্ কান্নহন্গদবগী কামদেবগা লোয়ননা ঐগী নাক্তা লাকৃলি ॥৬৮॥

নিপা মুপী হায়বসি অমগামগা পায়রবা মুংশিনরবা অদু ওইরবদি অনীচনা ফংনরিবা সংযোগ ( সংভোগ ) গী মুংভাইবদুদি অমৃতগী মশকনি। অতুদি নত্তনা অনুরাগ লৈনদবা অনুরক্ত ওইনদবা অনীগী ভিন্নখোৎনবদুদি মহা হুনি, মহা অকিবগী মশকনি ॥৬৯॥

নহাক ঐওোন্দা চত্তশিল্লকনু, ঐবু শোকনু। ঐগী ঈশ্বরমচত্তি হৌজিক ফাওবা দোষ লৈত্রি— মকৃত্রি। ঐ হৌজিক শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা লৈরি। ঐ খত্তিত, নহাক্লা হৌজিক পাম্লিবসি ঐ অসি জীবন্মুক্ত ওইরত্রা ওইত্রিবরা হায়বা খওদোকপা অসিমুতনি। রাখল পুম্নমকসে নহাক্লা নহাকী থম্মোয়দা লেওদনা থম্মক্লি। মাদু হৌজিক্তি নহাক্লা লোৎতুনা থম্বা ওম্মকত্রে ॥৭০॥

করিগুম্বা নিংথৌদা হায়কম হঙ্গৎকম থোকপা, থবক অমগী ফিজেং ওন্দুনা লাক্লবসু মাদু লোৎতুনা থমকম থোক্তে, খুদক্ত হায়দোককম থোকই ॥৭১॥ নিংথৌ, ব্রাহ্মণ, সভী ওইবী মুপী, অদুগা গুরুজন মথোয়

রাজ্ঞাং হি বলমৈশ্বর্য্যং ব্রহ্ম ব্রহ্মবিদাং বরম্। রূপযৌবনসৌভাগ্যং স্ত্রীণাং বলমনুত্তমম্ ॥৭৩॥
অত এতৈর্ব্বলৈরেব বলিনঃ স্বার্থমিচ্ছতা। আর্জবেনাভিগন্তব্যা বিনাশায় হ্যনার্জবম্ ॥৭৪॥
সা ত্বং জাতিং শ্রুতং বৃত্তং ভাবং প্রকৃতিমাত্মনঃ। কৃত্যমাগমনে চৈব বক্তুমর্হসি তত্ত্বতঃ ॥৭৫॥

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্যেতৈরসুখৈর্ব্বাক্যৈরযুক্তৈরসমঞ্জসৈঃ। প্রত্যাদিষ্টা নরেন্দ্রেণ সুলভা ন ব্যকম্পত ॥৭৬॥
উক্তবাক্যে তু নৃপতে সুলভা চারুদর্শনা। ততশ্চারুতরং বাক্যং প্রচক্রমাস ভাষিতম্ ॥৭৭॥

সুলভোবাচ।

নবভির্নবভিশ্চৈব দোষৈর্ব্বাগ্‌বুদ্ধিদূষণৈঃ। অপেতমুপপন্নার্থমষ্টাদশগুণান্বিতম্ ॥৭৮॥

---

সিগী মনাক্তা ফিজেৎ অরোন্‌বা শেৎতুনা থক্ চৎপা হৌনদে। মরম্‌দি— হায়রিবা মীশকশিং অসিনা, মথোয়গী মনাক্তা লোঞ্জা লোন্‌থুপ্লতুনা লাক্লিবশিং অদুনা তৌরিবা নমথাক্ অদুবু খঙথি লাক্‌খিবা থোক্‌লবদি মহাকপু শাপনরা নত্রগা করিগুম্বা উপ য় অমনরা নম্‌থাক্ তৌবগীদমক খুদক্ত বিনাশ তৌই, হায়বদি— মাঙহল্লি ॥৭২॥

নিংথৌগী পাঙ্গলনা ঐশ্বর্য্য, বেদ খঙবা ব্রাহ্মণশিংগী পাঙ্গলনা বেদজ্ঞান, নুপীগী পাঙ্গলনা মশক মতৌ, যৌবন ( মথোক্ কান্নক্‌পা ) অসিনা ওই ॥৭৩॥

হায়রিবা মীশকশিং অসি হায়রিবা মচাকশিং অসিনা মপাঙ্গল কন্‌বা হায়বদু ওই। মাগী নীংব থুংহন্‌গদৌরিবা মীশক্তুগী মকমদা চঙবা মতমদা লৌথুপ লোকোয় লৈতনা— তৌদগা ঈচম্ চম্না চঙগদবনি। মরমদি তৌব ওম্ব, নীংব থুংহন্‌গদৌরিবা মপাঙ্গল কন্‌বদুনা খুদক্ত মহাকপু মাঙহন্‌বা ওম্মি। পুকচেল খোয়বা হায়বসিনা পুকচেল খোয়রিব মহাক্তী মাঙননবগী খুৎলায় অদুম্ মওইজে ॥৭৪॥

অদুনা সন্ন্যাসিনী! মশাগী জাতি, শাস্ত্রজ্ঞান, লমচৎ, খল্লিবা পাম্লিবা, অদুগা লাকপগী মরম, পুন্নমক অসিগী পরিচয় পীকম থোকই ॥৭৫॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির? নিংথৌ জনককী অসিগুম্বা অবস্থা— অন্নাবা শাউননীংঙায়গী মশক ওইবরা ঙাঙবদা মতীক চাদবা, হৌনদবা থীনা চৈবগুম্বা ৱাঙাং ৱাহৈ ৱাতাশিং অসিনা সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনীদু শাউনীংবা মুঃঙাইতবা করিমতা তৌদে। মাগী থম্মোয়দা হকচাংদা করিগুম্বা বিকার অমতা লাক্তে ॥৭৬॥

নিংথৌদুনা ঙাঙবা লোইরদুনা তুমিন্ন লৈপ্রবদা মশক মতৌ ফজরবী সুলভানা ওপ্লবা থুম্লবা ৱাহৈনা নিংথৌগী মফমদা ভাষণ পীবা হৌরকই— ঙাঙবা হৌরকই ॥৭৭॥

সুলভানা হায়,— নিংথৌ! ৱাঙাঙ অমদি বুদ্ধি অনী অসিবু ফৎহন্দবা দোষ মাপল্ মাপল্ লৈ। হায়রিবা দোষ মাপল্ অসি য়াওদবা, গুণ তরানীপান্না তিন্‌বা, যুক্তিযুক্ত ওইবা, অর্থনস্থ তিন্‌বা অদুগুম্বা পদ ( ৱাহৈ ) গী মপৈ অদুবু বাক্য ( ৱারেং— ৱাঙাং ) অমা কৌই। হায়রিব বাক্য অদুগী মতুংদসু—

সৌক্ষ্ম্যং সাংখ্যক্রমৌ চোভৌ নির্ণয়ঃ সপ্রয়োজনঃ। পঞ্চৈতান্যর্থজাতানি বাক্যমিত্যুচ্যতে নৃপ ॥৭৯॥
এন্নামেকৈকশোর্থানাং সৌক্ষ্ম্যাদীনাং স্বলক্ষণম্। শৃণু সংসার্য্যমানানাং পদার্থপদবাক্যতঃ ॥৮০॥
জ্ঞানং জ্ঞেয়েষু ভিন্নেষু যদা ভেদেন বর্ত্ততে। তত্রাতিশায়িনী বুদ্ধিস্তৎ সৌক্ষ্ম্যমিতি বর্ত্ততে ॥৮১॥
দোষাণাং চ গুণানাং চ প্রমাণং প্রবিভাগতঃ। কঞ্চিদর্থমভিপ্রেত্য সা সংখ্যেত্যুপধার্য্যতাম্ ॥৮২॥
ইদং পূর্ব্বমিদং পশ্চাৎ বক্তব্যং যৎ বিবক্ষিতম্। ক্রমযোগং তমপ্যাহুর্ব্বাক্যং বাক্যবিদো জনাঃ ॥৮৩॥
ধর্ম্মকামার্থমোক্ষেষু প্রতিজ্ঞায় বিশেষতঃ। ইদং তদিতি বাক্যান্তে প্রোচ্যতে স বিনির্ণয়ঃ ॥৮৪॥
ইচ্ছাদ্বেষভবৈর্দুঃখৈঃ প্রকর্ষো যত্র জায়তে। তত্র যা নৃপতেবৃত্তিস্তৎ প্রয়োজনমিষ্যতে ॥৮৫॥
তান্যেতানি যথোক্তানি সৌক্ষ্ম্যাদীনি জনাধিপ। একার্থ সমবেতানি বাক্যং মম নিশাময় ॥৮৬॥

---

সৌক্ষ্ম্য, সাংখ্য, ক্রম, নির্ণয়, প্রয়োজন কৌবা অর্থ মঙা অসি লৈফম থোকই, লৈগদবনি। নত্রবদি— মতীক চাবা বাক্য অমা ওইদে ॥৭৮—৭৯॥

সৌক্ষ্ম্যনচিংবা অর্থ মঙা অসে, পদ, বাক্য, পদার্থ, অছুগা বাক্যার্থগী মওংদা ফোংদে কুনা লৈহল্লি। হায়রিবা সৌক্ষ্ম্যনচিংবা অর্থ মঙা অসিগী সংজ্ঞা লক্ষণ পুম্নমক মথং মথং তাবিয়ু— হুজচগে ॥৮০॥

তোঙান্ তোঙান্বা জ্ঞেয় ( অর্থ ) শিংনা মকম মতম অমতদা থুংলরবদি, হায়বদি— মকম অসিদা শব্দ অসিনা পুরিবা অর্থ অসি ঘট নি নত্রগা পট নি ( চফুনি ফিনি ) অসুম্না লৌবা ঈয়া য়াবা অর্থ মঙা তত্না থেংক্ন লাক্লব। মতম অদুদা অতৈ অর্থ অমতা লৌবা য়াদে, অসিমতা লৌগদবনি, অসুম্না লেপ্লবা ওন্বী বুদ্ধি অদুগী মমিং সৌক্ষ্ম্য কৌই ॥৮১॥

অপান্বা ওইহল্লীংবা অর্থ অমা য়াওংনবা তারবদা, মহাক অদুগী গুণ দোষ পুম্না তোঙান্ তোঙান্না খন্দোক্লগা শীংথারবদি, হায়বদি— য়াওহল্লবদি কৌরিবা অর্থ অদুবু সংখ্যা নত্রগা সাংখ্য হায়না খঙনগদবনি ॥৮২॥

গুণ দোষময়াম অদুম্ হায়নরকপা শীংথানরকপ। মতমদা অসিগুম্বা গুণ নত্রগা অসিগুম্বা দোষ অসিনা হাপ্না হায়কম থোকই, অদুগী মথংদা অসি, অদুগী মথংদা অসি, অসুম্ মথং মনাও বিচার কায়দনা লাক্লপা বাক্য ( রাঙাং — রারেং ) অদুবু বাক্যতত্ত্ব খঙবশিংন ক্রমযুক্ত বাক্যনি হায়না খঙনৈ ॥৮৩॥

ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষগী বিষয়দা, মরি অসিগী মনুংদা অমতদা বিশেষতা পীদুনা ভাওগে, অর্থ অদুদা ভাহনগে হায়না হাপ্না প্রতিজ্ঞা তৌরগা, ভাষণ পীগদবা— ভাওগদবমখৈ ভাওলবা তুংদা "মরম অদুনা অসিমকনি" হায়না মশাগী সিদ্ধান্ত অমা পীরকপা— তাকহল্লকপা অদুবু নির্ণয় হায়না কৌই ॥৮৪॥

নিংথৌ। অপান্বা নত্রগা কল্লকপা মিহৌবংগী পোক্লকপা অন্নাবশিং অদুদগী কনিগুম্বা অরাবা অমনা মরু ওইবা প্রমাণ ওইনা চোংথোরক্লবদি মাদু ওন্নবা - কোক্লনবা বৃত্তি ( উপায়— পাঙ্গল ) অমা থোরক্পা অদুবু প্রয়োজন হায়না কৌই ॥৮৫॥

নিংথৌ। বাক্য অদুগী মনুংদা হৌজিক হায়খ্রিবা সৌক্ষ্ম্যনচিংবা গুণশিং অদু অর্থ অমতা পুন্না লৈবা,

উপেতার্থমভিন্নার্থং ন্যায়বৃত্তং ন চাধিকম্। নাশ্লক্ষ্ণং ন সন্দিগ্ধং বক্ষ্যামি পরমং ততঃ ॥৮৭॥
ন গুর্ব্বক্ষরসংযুক্তং পরাংমুখ সুখং ন চ। নানৃতং ন ত্রিবর্গেণ বিরুদ্ধং নাপি সংস্কৃতম্ ॥৮৮॥
ন ন্যূনং কষ্টশব্দং বা বিক্রমভিহিতং ন চ। ন শেষমনুকল্পেন নিষ্কারণমহেতুকম্ ॥৮৯॥
কামাৎ ক্রোধাৎ ভয়াল্লোভাৎ দৈন্যাচ্চানার্য্যকাৎ তথা। হ্রী তোঽনুক্রোশতোমানান্ন বক্ষ্যামি কথঞ্চন ॥৯০॥
বক্তা শ্রোতা চ বাক্যং চ যদা ত্ববিকলং নৃপ। সমমেতি বিবক্ষায়াং তথা সোঽর্থঃ প্রকাশতে ॥৯০॥
বক্তব্যে তু যদা বক্তা শ্রোতারমবমন্য বৈ। স্বার্থমাহ পরার্থং তৎ তদা বাক্যং ন রোহতি ॥৯২॥

---

অদুগুম্বা ঐগী বাক্যবু চনীঙত না তাবিয়ু ॥৮৬॥ অর্থ চপচানা লৈবা অদুগুম্বা বাক্য অদু-ত ঐনা হায়জগনি। মাদুদা অর্থভেদ থক লৈরোই, ন্যায়যুক্ত ওইগনি, যুক্তিযুক্তস্ন ওইগনি। বাক্যদুগী মন্নুংদা চিংনফম থোকপা, নাকোংদা খানা থোকপা পদ ( রাহৈ ) অমতা য়াওরোই। অদুগুম্বা এথোইবা গুণচেনবা বাক্য অদুত্ত হায়জগে ॥৮৭॥ ঐগী রাঙাও ( বাক্য ) শিং অসিদা য়াম্না লূম্বা, হায়দোকপদা রানা তমথীনা থোকপা ময়েক্-খোম্থোক্ অমতা য়াওরোই। অথোৎপ অমেংব পদাবলীমক্ত লৈগনি। থানীংদবা হৈনীংবা মীগী মফমদদি অদুপয়াম্না স্নুংঙাইবা পীবা ওস্মোই। হায়গদৌরিবা বাক্যশিং অসিদা মীনম্বা অদুগা ধর্ম্ম অমতদা মমায় ওন-শিন্‌বগী মওং লৈরোই। অর্থ কাম অনীগী বিরুদ্ধদা লৈগনি। করিগুম্বা সংস্কার অমদগী ভাঙবা অদুস্ন লৈরোই ॥৮৮॥

ঐনা ভাঙগদৌরিবা বাক্য পদদা রাৎহৌব চীথগৌবগী দোয অমতা লৈরোই। হায়দোকপদা রানা লুনা থোকপা খোম্থোক্ ময়েক্তা শাবা রাহৈ য়াওরোই। ক্রম কায়না উচ্চারণ তৌরকপা রাহৈ য়াওরোই। অর্থ পূরা হায়বা য়াদনা অতোপ্প পদ অমা মন্নুংদা হাপচিনবা অদুগুম্বা দোষ অমতা য়াওরোই। লক্ষণা ব্যঞ্জনা-নচিংবা শক্তি য়াম্না পুবা রাহৈ থোইনা য়াওরোই। কারণদবা— হায়দ্রবস্নু য়াবা অদুগুম্বা পদ অমতা য়াওরোই ॥৮৯॥

অপাম্বা, মিহৌবা, অশাউবা, য়াম্না তোম্বা— হুম্বা, থৌজাল, ঈকায়ব', নাংন্‌ থোয়ব', চাং থোক্পা য়াওদনা ভাঙজগনি। হায়বদি — পূক্নীংদা শাউরিভৈদা, ঈকায়রিভৈদা ভাঙখিবা রাহৈ অমদি খোম্থোক অমতা য়াওরোই ॥৯০॥

নিংথৌ! করিগুম্বা হায়গে নীঙভকপা মতমদা বক্তা, শ্রোতা, বাক্য অদুম অসিনা পুংয়ান্ চপচানা, করিগুম্বা মাক্না অমতা রাৎনদনা চপনাম্নবা স্থিতি ( মওং—অবস্থা ) দা লৈব' মতম অদুগ্য ভাঙলবদি, ভাঙ-লিবা বক্তাদুগী অর্থ অদু ময়েক্ লানা ফোঙদোকই, হায়বদি— শ্রোতা ( অতাবা— নাকোংনা তারিবা মী ) অদুগী নাকোংনা ময়েক্ লানা— শেংনা তায় ॥৯১॥

বক্তা অদুনা শ্রোতাবু থোওইদবা, অতোপ্প অমগীদমক মশাগী র' ভাংলবদি, ভাঙলিবা অতাবা শ্রোতা অদুগী থম্মোয়দা চঙশিন্নু হায়বা য়াদে ॥৯২॥

অথ যঃ স্বার্থমুৎসৃজ্য পরার্থং প্রাহ মানবঃ। বিশঙ্কা জায়তে তস্মিন্ বাক্য তদপি দোষবৎ ॥১৩॥
যস্তু বক্তা দ্বয়োরর্থমনিরুদ্ধং প্রভাষতে। শ্রোতুশ্চৈবাত্মনশ্চৈব স বক্তা নেতরো নৃপ ॥১৪॥
তদর্থবদিদং বাক্যমুপেতং বাক্যসম্পদা। অবিক্ষিপ্তমনা রাজন্নেকাগ্রঃ শ্রোতুমর্হসি ॥১৫॥
কাসি কস্য কুতশ্চেতি ত্বয়াহমভিচোদিতা। তত্রোত্তরমিদং বাক্যং রাজন্নেকমনাঃ শৃণু ॥১৬॥
যদা জতু চ কাষ্ঠং চ পাংশবশ্চোদবিন্দবঃ। সংশ্লিষ্টানি তথা রাজন্ প্রাণিনামিহ সম্ভবঃ ॥১৭॥
শব্দঃ স্পর্শো রূপং গন্ধঃ পঞ্চেন্দ্রিয়াণি চ। পৃথগাত্মন আত্মানং সংশ্লিষ্টা জতুকাষ্ঠবৎ ॥১৮॥
ন চৈষাং চোদনা কাচিদস্তীত্যেব বিনিশ্চয়ঃ। একৈকস্যেহবিজ্ঞানং নাস্ত্যাত্মনি তথা পরে ॥১৯॥

বক্তা অহুনা মশাগী ওইজবা স্বার্থ থাদোক্নুনা অতোপ্প অমগীদমক্ত ভাঙলকপা মতমদা ভাঙলিবা বাক্য অহুনা শ্রোতাহুগী থম্মোয়দা চিংনবা মুংভাইতবা অমা পোকহনথবদি— বাক্য অহু মশানা দোষ লৈবা কৌরে ॥১৩॥

অহুগা নিংথৌ! বক্তা অহুনা মশাগী অহুগা শ্রোতাগী, হায়বদি— মখোয় অনীমক্কী মকমদা অনুকূল ওইবা বিষয় অমা ওইরবদি, হায়বদি কান্নবা বিষয় অমগী রাকম ওইরবদি, বক্তা অহু থাজৈশেংবা বক্তানি। অনীশুবা অমা লৈত্রে ॥ ১৪॥

মরম অহুনা নিংথৌ! য়াম্না পুক্নীং তপ্পা, পুক্নীং চঙনা, গুণসম্পত্তি পুম্নমকনা তিল্লবা ঐগী বাক্যশিং অসে তাবিয়ু ॥১৫॥

মহারাজ! মহারাজনা ঐঙোন্দা "নং কনানো? কনাগী মচানুপীনো, নঙ্গগা লোয়নবীনো? কদায়দগীনো? ..." অসিনচিংবা রাফমশিং অসিগী পাউখুম ওইনা হঙ্গচবা ঐগী বাক্যশিং অসি মথাশীৎনা তাবিয়ু ॥১৬॥

নিংথৌ! উ, উকক্) গা চা গা, অহুগা উক্সুগা ঈশিংগা তিন্নহুনা অমতা ওইমিন্নে। অহুগুম্বা মতিম্ন অহুদা, জগংতা লৈরিবা অচচত্ত জীব পুম্নমক অসিগী জন্ম ( পোক্পা ) অসি জন্ম কয়ামরুমগী তিন্নবদগী ওইথ্রিবনি ॥১৭॥

শব্দ স্পর্শ রূপ, রস, গন্ধ অহুগা ইন্দ্রিয় মঙা অসি, আত্মাগীদি তোঙাল্লি, অহুবু ওসাইগী উ-দা তিন্নথ্রিবা— নপ্‌থ্রিবা চা অহুগী মতোগুম্না আত্মাসিগা তিন্ননা লৈরি। শক্তি পুম্নমকনা তিল্লবা আত্মাগা লৈমিন্নৈদি হায়ববু মখোয়দা মশা মশাগী প্রেরণাশক্তি (অমদা ঈক্সিন্দুনা করিগুম্বা থবক অমা তৌহন্বগী শক্তি) দি লৈতে। মখোয় অমতা স্বতন্ত্র নত্তে। মাসি বিদ্বান্‌শিংগী সিদ্ধান্তনি— লেপ্পথ্রবা রাফম্নি ॥১৮॥

হায়থ্রিবা শব্দনচিংবসিগী মশা মশাগী জ্ঞানসু লৈজদে, অতোপ্পগী জ্ঞানসু মখোয়দা লৈজদে। নেত্র ( মীৎ ) না নেত্রত্ব( মীৎ মামক্কী ধর্ম্ম শ্রমদি ২থৌ ) বু খঙদে। অহুনা অতোপ্প মমান্নবা কর্ণ ( নাকোং ) গী কর্ণত্ব ধর্ম্মবুসু মানা খঙদে। অহুগুম্না কর্ণ মশামক্না কর্ণত্ববু খঙদে॥১৯॥

ন বেদশ্চক্ষুশ্চক্ষুষ্ট্বং শ্রোত্রং নাত্মনি বর্ত্ততে। তথৈব ব্যভিচারেণ ন বর্ত্তন্তে পরস্পরম ॥১০০॥
প্রশ্লিষ্টং চ ন জানন্তি যথাঽপ ইব পাংসবঃ। বাহ্যানন্যানপেক্ষন্তে গুণাং স্তানপি মে শৃণু ॥১০১॥
রূপং চক্ষুঃ প্রকাশশ্চ দর্শনে হেতবস্ত্রয়ঃ। যথৈবাত্র তথান্যেষু জ্ঞানজ্ঞেয়েষু হেতবঃ ॥১০২॥
জ্ঞানজ্ঞেয়ান্তরে তস্মিন্ মনো নামাপরো গুণঃ। বিচারয়তি যেনায়ং নিশ্চয়ে সাধ্বসাধনী ॥১০৩॥
দ্বাদশস্ত্বপরস্তত্র বুদ্ধির্নাম গুণঃ স্মৃতঃ। যেন সংশয় পূর্ব্বেষু বোদ্ধব্যেষু ব্যবস্যতি ॥১০৪॥
অথ দ্বাদশকে তস্মিন্ সত্ত্বং নামাপরো গুণঃ। মহাসত্ত্বোঽল্পসত্ত্বো বা জন্তুর্যেনাঽনুমীয়তে ॥১০৫॥
অহং কর্ত্তেতি চাপ্যন্যো গুণস্তত্র চতুর্দ্দশঃ। মমায়মিতি যেনায়ং মন্যতে ন মমেতি চ ॥১০৬।

অসুম তৌহুনা মশা মশাগী ধর্ম্মজ্ঞান লৈজদ্রবা মখোয়শিংনা পুল্লপ হৌহুনা হকচাংশিংসদা তিন্নরব়বস্থু তিন্নরিবা মপৈ হকচাং অসিস্থ মশাগী ধর্ম্মবু খঙদে। ঈশিংগা উফুলগা তিন্নরবস্থু তিন্নরিবহু মখোয় অনী পুল্লপস্থ খঙদে, তোঙান্ তোঙান্নস্থু খঙদে ॥১০০॥

হকচাংদা লৈরিদা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা রূপ রসনচিংবা বিষযশিংবু অনুভব তৌবা মতমদা, অতোপ্ অতোপ্পা মপান্গী গুনশিং খরগী আবশ্যকতা ( দরকার ) সু থম্মি। অসিগুম্বা গুণশিং অসিগী ন্না অসি তাবিয়ু, হায়জরকে। শক্; মীৎ, মঙাল্ অহুম অসি করিগুম্বা পোৎ অমবু য়েংবা মতমদা য়েংনবগী হেতু ( হেতু কারণ ) নি ॥১০১॥

থাঙ্গেংনা প্রত্যক্ষ ওইনা য়েংলকপা মতমদা অহুমসিনা হেতু ওইবহুগুম্না অতোপ অতোপ্প জ্ঞান অমদি জ্ঞেয় ( খঙগদৌরিবা পোৎশক বিষয় ) দা হেতু অহুম অহুম হায়না খঙগদবনি। খঙবা ( জ্ঞান ) হায়হুনা খঙগদৌরিবা বিষয়— পোৎশক অহুগা, হায়বদি— জ্ঞাতব্য অহুগা অনীসিগী মরক্তা ইন্দ্রিয়শিং অসিদগী ঈতোন্ তোঙাথা মন ( মনবা ) কৌবা বিশেষ ওইবা গুণ অমস্থ লৈরি। হায়রিবা মন হায়বা অসিগী পাম্বেনা জীবাত্মাসিনা করিগুম্বা বিষয় অমদা লৈবা অফবা ফত্তবা পক্ষ অনী সবু নৈনরগা কৈবু হায়-রবস্থ ফত্তেবু হায়রবস্থু অমা লেপ্পি ॥১০২—১০৩॥

মরক্ অসিদা তোঙানবা তরানীথোইশুবা গুণ অমগা লৈরি। মন (পুক্নীং) না তরামাথোইশুবা ওইপ্রে। হায়রিবী তরানীথোইশুবী অসি বুদ্ধি কৌই। মন ( পুক্নীং ) কৌবা মহাক্না লেপ্ন খবহুদা চিংনবা য়েৎন-নীংঙায় ওইবা শরুক্ অমা লাক্লবদি য়েৎলিবা নত্রগা চিংনরিবহুবু বুদ্ধি কৌবীসিনা ককৃথৎলি। অহুদগীদি তাইবংমীনা লেপ্পগৎবা সিদ্ধান্ত ( মীমাংসা ) অমদা অহুম্ থুংহনই ॥১০৪॥

তরানীথোইশুবী বুদ্ধি কৌবী অহুগী মহুংদা; তরাহুমদোইশুবা সত্ত্ব কৌবা গুণ অমমুক য়াওল্লি। গুণ অহুনা মরম ওইহুনা, মহাসত্ত্ব অমদি অল্পসত্ত্ব ওইবা থরায়ংানবা পোৎশক অনী লৈরি হায়না অনুমান তৌনৈ— খন্নৈ ॥১০৫॥

লৈরিবা সত্ত্ব হায়বহুস্থু মথস্তা তৃমিন্ন লৈতবা মাগী মহুংদা "ঐ নি, ঐ কর্ত্তানি, ঐনা তাক্লিবনি"

অথ পঞ্চদশো রাজন্ গুণস্তত্রা রঃ স্মৃতঃ। পৃথক্কালসমুহস্ত সামগ্র্যাং তদিহোচ্যতে ॥১০৭॥
গুণস্ত্বেবাপরস্তত্র সংঘ'ত ইব ষোড়শঃ : প্রকৃতির্ব্যক্তিরিত্যেতৌ গুণৌ যস্মিন্ সমাশ্রিতৌ ॥১০৮॥
সুখাসুখে জরামৃত্যু লাভালাভৌ প্রিয়াপ্রিয়ে। ইতি চৈকোনবিংশোঽয়ং দ্বন্দ্বযোগ ইতি স্মৃতঃ ॥১০৯॥
ঊর্দ্ধং চৈকোনবিংশত্যা কালোনামাপরোগুণঃ। ইতীমং বিদ্ধি বিংশত্যা ভূতানাং প্রভবাপ্যয়ম্ ॥১১০॥
বিংশকশ্চৈ সংঘাতো মহাভূতানি পঞ্চ চ। সদসদ্ভাবযোগৌ তু গুণাবন্যৌ প্রকাশকৌ ॥ ১১॥
ইত্যেকবিংশকশ্চৈব গুণাঃ সপ্ত চ যে স্মৃতাঃ। বিধিঃ শুক্রং বলং চেতি ত্রয় এতে গুণাঃ পরে ॥১১২॥

---

হায়বা অহঙ্কার কৌবা গুণ অমা চোংথারক্কি। মহাক্ তরামরিশুবা গুণনি। তরামরিশুবা গুণ অসিগা হেক্ লোয়নখিবদা জাবত্মা অসিনা— 'অাসনা ঐগীনি, মাহুনা নংগীনি" হায়বা হৌরকই ॥১০৫॥

নিংথৌ। অহঙ্কার কৌবা সত্ত্ব অসিদা অন্নদম্ম বাসনা কৌবা গুণ অমা লৈরি। মাসিনা তরানভা শুবা গুণনি। হায়রিবা তরামভাশুবা বাসনা কৌবা গুণ অসিদা তোঙান্ তোঙান্বা কলাশিংগী পুল্লংপুম্বা ঈতোপ ভোম্মা গুণ অমা লৈরি। মাসিনা তরাতরুবশুবা গুণনি হায়না শীংথনৈ ॥১০০॥

হায়রিবা তরাতরুকশুবা অসিগী মহুংদা প্রকৃতি ( মায়া ) কৌবা অমগা, ব্যক্তি (প্রকাশ— ফোঙদোকপ) কৌবা অমগা গুণ অনীসিনা আশ্রয় তৌদুনা লৈরি। অসি ফাওবদা তরানিপাল শুরে ॥১০৮॥

অরাবা নুংঙাইবা, অহল্ ওইবা— শেংজল্লকপা শিবা, নুংশিবা নুংশিদবা··· অসুম হায়না অনী অনী খোল্লা লৈরিবশিং অসিগী যোগ ( তিন্নরা লৈবা ) হায়বা অমা অমুক লৈরি। মহাক্না তরাগা মাপল্‌শুবা গুণনি ॥১০৯॥

তরামাপলশুবা গুণ অসিদগী তোন্বা কাল কৌবা গুণ অমা লৈরি। মাসিনা কুনশুবা গুণনি। হায়রিবা কংল হায়বা গুণ অসিগী মহুংদা অচচ্চত্ত প্রাণী ( থরায়পান্বা ) পুম্নমক্কী থোরকপা ( পোকপা ), চঙশিন্খিবা ( শিবা ) কৌবা অনী অসি তত্তনা ওইংদুনা লৈরিবনি ॥১১০॥

হায়রিবা গুণ কুন অসিগী মপৈ ( সমষ্টি ) গা, মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চমহাভূতকা, সদ্ভাবযোগ অমদি অসদ্ভাবযোগ অনিসিগা * তিন্নরগা গুণ কুন্তরেৎ শুগ্রে ॥১১১॥

হায়রিবা কুন্তরেৎ অসিগী মহুংদা বিধি, শুক্র, বল হায়বা অহুম অমগা লৈরি। সংসারদা বাসনা

---

* "মক্কম অসিদা চফু লৈ" হায়বসিদা শীজম্মরিব "লৈ" হায়রিবা ভাব অসি "সদ্ভাবযোগ" কৌই। "মক্কম অসিদা চফু লৈতে" হায়বসিদা "লৈতে" হায়না শীজিন্নরিবা ভাব অসিনা "অসদ্ভাবযোগ" কৌই। "বিধি" হায়বা রাইহেসিনা বাসনা পুম্নমক্কী বীজ ওইংদুনা লৈরিবা ধর্ম্ম অধর্ম্ম অনীসিনা ওইগনি। বাসনাবু খোল্লকহল্লিবসিনা শুক্রনি। বাসনাদুগী মতুংইন্না করিগুম্বা বিষয় অমা ফংননবগী তৌরম্নিবা যত্ন অহুবুনা "বল" কৌই। ( কালাচাঁদ )

বিংশতির্দ্দশচৈবং হি গুণাঃ সংখ্যানতঃ স্মৃতাঃ। সমগ্রা যত্র বর্ত্তন্তে তচ্ছরীরমিতি স্মৃতম ॥১১৩॥
অব্যক্তং প্রকৃতিং ত্বাসাং কলানাং কশ্চিদিচ্ছতি। ব্যক্তং চাসাং তথা চান্যঃ স্থূলদর্শী প্রপশ্যতি ॥১১৪॥
অব্যক্তং যদি বাব্যক্তং দ্বয়ীমথ চতুষ্টয়ীম্। প্রকৃতিং সর্ব্বভূতানাং পশ্যন্ত্যাধ্যাত্মচিন্তকাঃ ॥১১৫॥
যেয়ং প্রকৃতিরব্যক্তা কলাভিব্যক্ততাং গত। অহং চ ত্বং চ রাজেন্দ্র যে চাপ্যন্যেশরীরিণঃ ॥ ১৬॥

পুম্নমক্কী বীজ ( মরু ) ওইনা লৈরিবা ধর্ম্ম অধর্ম্ম অনীসিনি বিধি হায়রিবসিনা। বাসনাংবু সৌগাইরিবক্নুনা শুক্র হায়রিবসিনি। বাসনা— কামনাত্থুগী মতুংইন্না করিগুম্বা বিষয় অমবু ফংননবা হোৎনরিবক্নুনা "বল" হায়বক্নি ॥১১২॥

হায়রিবা পুম্নমক পুল্লগা গুণ কুন্থ্রা গুরে। কুন্থ্রা অসিনা পুল্লপ লৈরিবা উরিবা মফম অত্থুবু শরীর ( হকচাং ) কৌই ॥১১৩॥

কনা কনাগুম্বা বিদ্বান্‌শিংনা হায়রিবা গুণ কুন্থ্রাসিগী উপাদান কারণ ( মচাক্ ) দি অব্যক্ত প্রকৃতিনা ওই হায়। অত্থুগা খরা পৌতক্ য়েংনা বিচার তৌবা মীশিংনা ব্যক্ত হায়বদি ব্যক্তপ্রকৃতিনা উপাদানকারণ ( মচাক্ ) নি, হায়বদি — পরমাণুনা দেহ অসিগী উপাদান কারণনি, অসুম্না হায়। অত্থুগা কনা কনাগুম্বনদি ব্যক্ত অব্যক্ত অনীনা, হায়বদি — প্রকৃতিগা পরমাণুগা অনীমক্কা হকচাং অসিগী উপাদান কারণনি অসুম্না হায় ॥১১৪॥

অধ্যাত্মতত্ত্ববু নৈনবশিংনদি অব্যক্তবু ওইরবসু, ব্যক্তবু ওইরবসু, অনীমক্কা ওইরবসু ব্রহ্ম, মায়া, জীব, অবিদ্যা মরি অসিনবু ওইরবসু, পুম্নমকসিগী মথক্তা প্রকৃতিতনা অচত্ত পুম্নমক্কী উপাদান কারণনি মচাক্নি, অসুম্ হায়না সিদ্ধান্ত পী ॥ ১৫॥

নিংথৌ! পুম্নমক্কী উপাদান কারণনি হায়রিবা অব্যক্তপ্রকৃতি মহাক মশামক্না অহান্‌বদা হায়রিবা কলা ( গুণ ) কুন্থ্রা অত্থুগী মশক ওইনা ব্যক্ত প্রকৃতি ওইবগী মওংবু ফংতি। ঐ, নিংথৌ নহাক্নমক্, অত্থুগা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিনা হেক্ লৈরিবা শরীরধারী ( হকচাং পুরিবা — হকচাং পাল্লিবা ) পুম্নমক্কী হকচাং পুম্নমকসে অব্যক্ত প্রকৃতিদগী পোকশিবা ভাক্তনি ॥১১৬॥ *

* হৌজিক কুপ্ন খল্লরক্লিবা মতাং অসি, ফোঙদোক্লমদবা, উরমদবা হকচাংনা অউবা হকচং ( শরীর ) অমা ওইরক্লিবসি করম হায়না ওইরক্লিবনো হায়বা অত্থুগী মরমদনি। হায়বদি — অব্যক্ত প্রকৃতিনা ব্যক্ত প্রকৃতি ওইখিবদিগী মরমনি। অব্যক্ত প্রকৃতিগীদি মচাক ( উপাদান ) লৈত্রে, ফরে। অত্থু ওইরবদি ব্যক্ত ওইরিবা মশক মওং নাইনা চোংথোরক্লিবা অসুক য়াম্না চঙমান ওইনা লৈরিবশিং অসিগী মাক্কি করিনা ওইরি ? অব্যক্তনা ব্যক্ত ওইরকপনি হায়রবসু অব্যক্ত প্রকৃতি মহাক্কি মচাক কদায়দগী লৌরুই ? অসুম্না চিংনরক্না— হংনরকপা মতাং অসিদা পরমাণুবাদীশিংনদি, লৈদি লৈরগা মশক উদমথৈ পীক্লবা, কুপ্নবা

রিন্দুন্যাসাদযোঽবস্থাঃ শুক্রশোণিতসম্ভবাঃ। যাসামেব নিপাতেন কললং নাম জায়তে॥১৭॥
কললাৎবুৎবুদোৎপত্তিঃ পেশী চ বুৎবুদ্যৎ স্মৃতা। পেশ্যাস্ত্বঙ্গাভিনির্বৃত্তি স্নুখরোমাণি চাঙ্গতঃ॥১১৮॥
সংপূর্ণে নবমে মাসি জন্তোর্জাতস্য মৈথিল। জায়তে নামরূপত্বং স্ত্রীপুমান্ বেতি লিঙ্গতঃ॥১১৯॥

থরায়পাল্‌বশিংগী বীর্যন্যাস ( বিন্দু স্থাপন, বিন্দুন্যাস— বীর্য্য কৌবা ঈ হাপচিনবা ) কৌবা অবস্থা অসিদগী হৌত্নুনা বীর্য্যদুগা শোণিত ( রজ, স্নুপীগী— অমোমগী ঈ ) দুগা তিন্নব'— য়াঙ্খিন্নবা কৌবা অবস্থা অসি ফাওবদা মরক্ত অবস্থা কয়া কয়া লৈত্রি। হায়রিবা অবস্থাশিং অদুগী তিন্নবদগী কলল কৌবা পোৎশক অমা থোরকই— ওইরকই ( "কলল" হায়ববু তিন্নবদগী থোকপা হায়বনি )॥১১৭॥

কলল অদুদগী কোঙ্গোল্, কোঙ্গোলদুনা ফম্‌জিল্লকুনা মাংস ওল্লকই। মদুগীদি মাংস অদুদগী তোঙান্ তোঙান্ন অঙ্গ কয়া কয়া মথং মথং ওইরকই। কাইনথংদা অঙ্গশিং অদুদগী শম তু খুজীল্ শিং অসি মথং মথং চোংথোরকই॥১১৮॥

মিথিলাগী নিংথৌ! মতৌ অসুম্না হকচাং অসি শাগৎলকপা থা মাপল্ শুরগদা জীবনা জন্মগ্রহণ

মরীক্‌শিং অদুনা অমগমগা তিন্নরকুনা মশক উরকপনি, ব্যক্ত ওইরকপনি হায়না হায়রি। প্রকৃতিবাদীশিংনা হায়রিবনা— অব্যক্ত ব্যক্ত— মমার অনী লোওবী প্রকৃতি কৌবী মহাক্কনা উপাদাননি। খুদম ওইনা হায়রবদ, লং মপেগী মস্নুংদা ফি অব্যক্তনি। লৈদি লৈরগা মশক মওং নাইনা ফি কৌবা য়াদনা লৈ। অদুনা ব্যক্ত ওইরিবা ফি অসিগী উপাদান কারণ ( মচাক্ ) দি অব্যক্ত ফিবু পুরম্বা ব্যক্ত ওইবা লংগী মপে অদুনি। পরমাণুবাদীশিংনা হায়রি— লংদা লৈরম্বা পরমাণুশিং অদু ফি ওইরক্লবা মতমস্সু অদুম মশীং রাত্তনা ঈশায় ফায়দনা লৈরি। অদুনা ফিগী মচাক্তি লং নত্তে পরমাণুনি, অদুগা লংগী মচাকসু লশিং নত্তে, লশিংদা লৈরিবা পরমাণুশিং অদুনি। লশিংগী মচাকসু লৈপাক নত্তে, লৈপাক্কী পরমাণুশিং অদুনি। অদুনা মায়াবাদীশিংনা হায়রি— লংদা ফি লৈব লৈনা ফি উবা ফংদে। লৈন লৈনা উবা ফংদবা অসিবুনি মায়া হায়রিবসি। প্রকৃতিদা লৈবী মায়া অসিবুনি প্রকৃতিমায়া হায়রিবসি। অসিদগী অমুক মস্নুং হুপ্রিম্না চঙশিল্লগা করি তারকপগে হায়বদু— লং অদুনা ফি ওইরক্লিবদুদি মশানা ওঙ্গারকপরা? কনাগুম্বা কর্ত্তা অমনরা? রাহং অসিদা হোংবা, চাউবা কৌবা হকচা দুনসু নত্তে, হোংবা চাউবা কৌবা মিং অদুনসু শাবা নত্তে। জীবাত্মাননি। জীবাত্মাদি শাবা থুগাইবা য়াওদে, মহাক্তি শাবা থুগাইবা, পোকপ শিবদগী রাংমদনি। মতাং অসিদা শক্তিবদীশিংনা হায়রিবদি— প্রকৃতি মায়াগী হকচাংস্নুংসিদা জীবাত্মা অসিনা হেক চঙঙকপদা মতোন্দা শাবা ডাকপা থুগাইবগী শক্তি অমা হেক্তা মরাকই। মায়াগী অনিত্য ওইরবা দেহ স্নুংদা লৈবনা জগৎকী সৃষ্টিকর্ত্তাদি ওইবা ঙমদে। মাদু ঙম্বা মহাজীব, মহাত্মা, পরমাত্মা ( ঈশ্বর ) অমা লৈ। অস্নুম হায়না ঈশ্বরবাদীশিংনা হায়রি। ( কালাচাঁদ )

জাতমাত্রং তু তদ্রূপং দৃষ্ট্বা তাম্রনখাঙ্গুলি। কৌমারং রূপমাপন্নং রূপতো নোপলভ্যতে ॥১২০॥
কৌমারাৎ যৌবনং চাপি স্থাবীর্য্যং চাপি যৌবনাৎ। অনেন ক্রমযোগেন পুর্ব্বং পূর্ব্বং ন লভ্যতে ॥ ২১॥
কলানাং পৃথগর্থানাং প্রতিভেদঃ ক্ষণে ক্ষণে। বর্ত্ততে সর্ব্বভূতেষু সৌক্ষ্ম্যাৎ তু ন বিভাব্যতে ॥১২২॥
ন চৈষামত্যয়ো রাজন্ লক্ষ্যতে প্রভবো ন চ। অবস্থায়ামবস্থায়াং দীপস্যেবার্চিষো গতিঃ ॥১২৩॥
তস্যাপ্যেবং প্রভাবস্য সদশ্বস্যেব ধাবতঃ। অজস্রং সর্ব্বলোকস্য কঃ কুতো বা ন বা কুতঃ ॥ ২৪॥
কস্যেদং কস্য বা নেদং কুতো বেদং ন বা কুতঃ। সম্বন্ধঃ কোঽস্তি ভূতানাং স্বৈরপ্যবয়বৈরিহ ॥১২৫॥

---

তৌই— পোকই। নিপা মুপী— ল্যাব অমোম হায়বসিনা ঈহান্ হান্বা মিংনি। নিপা মুপী খুজনহন্বা লিঙ্গ ( খুদম ) অসিনা ঈহান্ হান্বা রূপ ( মশক ) নি ॥১১৯॥

অঙাংনা হেক্ পোক্প মতমদা খুশ। পুম্বা অত্তুগা খুজি ন পুম্নমক অত্তু কোরী মচু মান্না ভাঙলৈনৈ। শৈশব অবস্থা অত্তুদগী কুমার অবস্থা চঙলক। মতমদা হান্নগী মচুশিং মঙংশিং অত্তু লৈখিদ্রে ॥১২০॥

অত্তুম তৌতুনা কুমার অবস্থাদগী পাখংগী অবস্থাদা, পাখংগী চঠী মতা দগী অহল ওইবা হন্নুবগী অবস্থা য়ৌরকই। অমুন্না মথং মথং এন্ন এন্ন লাক্সিদা হান্ন হান্নগী মঙং মতৌ অত্তু হেক্ হেক্ মুংখি। হোংঙক্লিবসে উন উনা খঙদ্রোদে ॥১২১॥

থরায়শান্বা পুম্নক্কা তোঙান্ তোঙান্বা প্রয়োজন ( দরকার ) গী পাঙথোক্নবগীদমক্তা মথক্তা হায়খ্রিবা কলাশিং অত্তুগী মঙং অসি মীকুপ খুদিংগী হেক হেক্ হোংঙি। অত্তুবু হায়রিবা মশক হোংবা ( পরিবর্ত্তন ) অসি কয়াগী মতীক্ কুপথ্রবগে হায়ববু উবা, খঙ লাক্প ঙম্বপোৎ নত্তে ॥১২২॥

নিংথৌ। অবস্থা খুদিংদা কলাশিং অসিগী থোরকপা মাঙখিবসি মীৎনা উবা ঙমদে। থোরকপা মাঙখিবগী হায়বদি— পরিবর্ত্তন অসি, - থাউবু চিংখৎতুনা চাক্লিবা থাউমৈগী মৈরী অত্তুগা চিংখৎলিবা থাউগী শরুক অহুমথৈতনি ঙাল্লিবসি। চিংখৎলিবা শরুক্ অত্তু হেক্ লোইরদা অমুক্মুক্ মুংলক্লিবনি। অতোপ্পা চিংখৎলিবা শরুক্ অত্তুগী অমূক ঙান্বনি। অত্তুবু থৌশিল্ অসদি উবা ফংদে। ঙান্দুনা লৈবা ঙাক্ত ওইনা উই ॥১২৩॥

কন্ন চেন্ব শগোল অত্তুনা চেল্লিবসি, য়ৌরম্ য়ৌরম্বা মফম অত্তু মীকুপ মীকুপ-ত থাদোক্লম্লগা অতোপ অতোপ্পা মফম্শিং অত্তু লাম্ লাম্তুনা চেন্থ্রিবনি। অত্তুবু থাদোক্লম্বা মফম য়ৌশিল্লকপা মতম— মতম অনীগী লাংদাই অদি কনা অমতনা উবা ফংদে, লেপ্পুনা অত্তুম চেন্খিবোই নীংঙি। মতৌ অমুম্না ঙাইবং মীওইবগী অবস্থাশিং অসি মীকুপ খুদিংগী হোংলিবনি। ( মনুংগী অবস্থা হোংবগীদি লায়রত্তুনা মপান্গী হকচাংগী অবস্থানা মীকুপ খুদিংগী হোংলিবসি কনা অমতনা উদে। মীকুপ অমগী মমাংদা লৈরম্বা হকচাং অত্তু নত্তে— মীকুপত্তুগী মমাংদা ওইরম্লিবা হকচাং অসি। য়ুমদগী ঙশাই লাকখিবা অত্তু নত্তে - তৌজিক অমুক হুজিল্লক্লিবা হকচাং অসি। মাসি ক্ষণিকবাদ নি।)। মগুম অহুনা কনানা কনাদগী কদায়দগী

যথাদিত্যান্মণশ্চাপি বীরুদ্ভ্যশ্চৈব পাবকঃ। জায়ন্তেবং সমুৎপন্নাৎ কলানামিব জন্তবঃ ॥ ২৬॥

লাকপনো ? মহাক অসি কনানো ? মহাক অসি কনগী নত্তে। কনানা পোকপনো, কনানা পোক্তবনো ? মপান্গী হকচাং অচুদি হকচাং কায়াংশিং অসিগা লোয়নন। কনা কনাগী কন্নি থোক্কে ? কনানস্থু কনামতগা মরী শৈনদে ॥১২৪—১২ ॥ *

সুমিৎকী মণ্ডাল ( মুংশা ) গা শম্নকবা— তক্লকবদগী সূর্য্যকান্ত কৌবা মণি ( মিংশেল্— লৈপাক্ ) দগী মৈ পোক্লকই। উ অমগমগা তক্লবদগী নুং অমগমগা তক্ল থেংনবদগী পোক্লকই। মৈ অচু হৌহন্বা মীশক অমা, সুমৎচুনা নুং মঙ্গুংদা, সূর্য্যকান্তমণিগী মঙ্গুংদা লৈবস্বা নত্তে। মতৌ অসিগুম্বা মথক্তা হায়গ্রিবা

---

* সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনীনা ওাওলিবশিং অসিগী মঙ্গুংগী ভাবতি— নং কনানো ? কনানা পোকপনো ? কদায়দগী লাকপনো ? অসিনচিংবা বাহংশিং অসিগী পাউখুম অসি অধ্যাত্মিক জগত্তদি অমত্তা পীফম থোকত্তে। বাহংশিং অসি ওসাই অহান্বদা জনকনিংথৌনা সুলভাদা হংগ্রবা ওাক্তনি। অতুনু সুলভানা খুমখিদে। খুমংবগী মরমদি— হংলিবা পুম্বা অজ্ঞান ( জ্ঞান তাদবা গী মঙ্গুংদা লৈরিবৈদা হংবা ওাক্তনি। ওসাই খুমদগী চখোকখিবচুনা অমনি অচুগা হৌজিক য়ৌরক্লিবসিনা অতোপ্পা অমনি। মহাক্না, নং কনানো ? হায়না হংলিবসিবু মপান্গী হকচাংসিদরা ? মহাক্না হংলিবসি ওসাই খুমদগী থোক্লকপচুদা হংলিবরা, নত্রগা হৌজিক মাগী মনাক্তা য়ৌরক্লবা আত্মা নত্রগা হকচাংসিদা হংলিবরা ? হায়না খণ্ডত্রিবৈদা খুম্ফম ঈথোক্ থোক্ত্রবনি। ওসাই অয়ুক্ত লৈনস্বা হকচাং অচু নত্তে, হৌজিক সুংথিলদা লৈরিবসি। মৌনব্রত তৌবা তুমিন্ন লৈবা মুনিশিংনা হংব লাক্প পুম্বা অমম্ভা খুমত্রিবসি ক্ষণিকবাদগী ধারণা অসিদগীনি। আত্মাস্থু চত্তে, মপানগী প্রকৃতি ( হকচাং ) অসিস্থু চত্তে, চৎপোক্ নীংবনি, মাসি অশিবনি। অতুনদি তত্ত্ব অসি থিরিবৈ অচুদা কনাগুম্বনা— নং কদায়দা চৎলিবনো ? হায়না হংবদা চপ লেপতুনা তুমিন্ন য়েংব নত্তনা তত্ত্বদর্শী অমনা করিমতা খুম্বা য়াদ্রবনি। জীবন্মুক্ত ওইরবা অমনা অতোপ্পা অমদা হায়রিব রাহশিং অসি হংবা ঈগৌ হৌনত্রবনি। হেক হংওকপদা হংলিবা মগাক অচু জীবন্মুক্ত ওইদ্রি হায়বা মশানা অচুম তাকচরে। জনকনিংথৌ অসি জীবন্মুক্ত ওইবত্রা, ওইদ্রিবরা হায়বচু পরীক্ষা তৌগে হায়বগী জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা থম্বা রাজসভা অচুদা চঙংবনি। জীবন্মুক্ত ওইনদ্রিবা তাইবংমী মশেলমা হংনবা খুম্নবা ওাক্তনি। জনকনিংথৌ অসি জীবন্মুক্ত ওইদ্রি হায়বা সুলভানা মুন্না খত্তল। তত্ত্ব খঙনবু হংলবদি তত্ত্ব খঙনবু খুম্নবদি কন্নি অমম্ভা অকায়বা লৈত্তে। গোপাল কৌবা তাইবংমীগী দেহদা চঙলিবা আত্মা মহাক অসি মপোক্সিগা হেক্ থংনবা করম্বা দেহদগীনো ? হৌজিক্কী দেহস্নিদগী করম্বা দেহদা অমুক চঙগদৌরিবনো ? অসিগুম্ব তত্ত্ব অসি থম্মোয়মুংদা থম্নগা হংলবদি কায়দে। খুম্মিবচুনস্থু হোংবা চাউব কৌশিল্লিবা, অনিত্য দেহমুংদা লৈরিবা আত্মা ঐদি ওসাইনা দেহচুদা লৈরম্মি, হৌজিক্না মফম অসিদা লৈরি— অতোপ্পা অমদা লৈরি। অচুম

আত্মন্যেবাত্মনাত্মানং যথা ত্বমনুপশ্যসি । এবমেবাত্মনাত্মানমন্যস্মিন্ কিং ন পশ্যসি ॥১২৭॥

যদ্যাত্মনি পরস্মিংশ্চ স মতামধ্যবস্যসি । অথ মাং কাসি কস্যেতি কিমর্থমনুপৃচ্ছসি ॥১২৮॥

ইদং মে স্যাদিদং নেতি দ্বন্দ্বৈর্মুক্তস্য মৈথিল । কাসি কস্য কুতো বেতি বচনৈঃ কিম্প্রয়োজনম্ ॥১২৯॥

রিপৌ মিত্রেঽথ মধ্যস্থে বিজয়ে সন্ধিবিগ্রহে । কৃতবান্ যো মহীপালঃ কিং তস্মিন্মুক্তলক্ষণম্ ॥১৩০॥

ত্রিবর্গং সপ্তধা ব্যক্তং যোঽবেদেহকর্ম্মসু । সঙ্গবান্ যস্ত্রিবর্গেণ কিং তস্মিন্ মুক্তলক্ষণম্ ॥১৩১॥

প্রিয়ে বাপ্যপ্রিয়ে বাপি দুর্ব্বলে বলবত্যপি । যস্য নাস্তি সমং চক্ষুঃ কিং তস্মিন্ মুক্তলক্ষণম্ ॥১৩২॥

---

গুণ কপালশিং অসিগী অমগমগা তক্ক থেংনবদগী জাব হায়বসি পোক্খি । জীবাত্মাসিনা জন্ম হায়বহুবু গ্রহণ তৌই । মুংশানা মৈ ওইনা জন্মগ্রহণ তৌদুনা উনাশীংনাশিং অসি চাক্থেক্ই ॥১২৬॥

নিংথৌ ! নশানা নশামক্তী মনুংদা আত্মাবু দর্শন তৌর । হায়বদি নশাবু নশানা উরি, অদুগুম্না... নশানা নশাবু অতোপ্পগী দেহমনুংদা কৈদৌনা উবা ঙমদে ॥১২৭॥

নিংথৌ ! নশা মথক্তদা পূন্নমক্পু উরবদি, খ্বাই পূন্নমক্পু অমত্তা ওইনা চপ মান্নবা, অমত্তনি হায়না উরবদি নঙোন্দা "নং কনানো ? কনাগী করি থোকপগে ?" হায়না হন্না হন্না কৈদৌদুনা হংবিরি ॥১২৮॥

মিথিলা নিংথৌ ! "নং ঐনা কংগদবদি অসিনি, অসি নত্তে" অসিনচিংবা অনীথোক্পা ময়াথলদগী লাস্থোক্পিরবদি, হায়বদি— দ্বন্দ্বভাবতগী নির্মুক্ত ওইবিরবদি "নং কনানো ? কনাগীনো ? কদায়দগীনো ?" অসুম্না ঐঙোন্দা হংবগী করি কান্নব লৈরি ? ॥১২৯॥

য়েক্লবা, মরূপ, মধ্যস্থ ( অমগীসু অমগীসু ওইদবা— মরক্তা লৈব ) গী বিষয়দা জয় পরাজয়, সন্ধি বিগ্রহগী মরমদা তৌগদবা হৌনবী পূম্বা তৌরবা নিংথৌ অদুগী মশাদা জীবন্মুক্ত ওইবগী করি কারি লক্ষণ ( মওং— খুদম ) লৈ ?

ধর্ম্ম অর্থ, কাম অসুম অসিবু ত্রিবর্গ কৌই । হায়রিবা অসুম অসিগী মওং মশক্তি অভিব্যক্ত ( ফোঙদোকপা ) মি । তৌম্নিবা থবক পূম্বনা ত্রিবর্গ অসিবু থওত্রবা, অদুগা মফম মতম পুম্বনা ত্রিবর্গ অসিতগা মরী থম্নবা অহগুম্বা মীশক্ত জীবন্মুক্ত ওইবগী লক্ষণ লৈ ॥১৩১॥

য়েক্লবা, মরূপ, চান্নবা চান্নদবা, মপাঙ্গল শোন্বা কন্বা অসিনচিংবদা সমদৃষ্টি থম্বা ঙমত্রবা— চপ-

---

হায়না মপান্গী লোকসঙ্গজগী চংনবীদগী মতুংইন্না মপান্দা ঙাঙন-শানয়বসু. আত্মাসিদি মহাক্তী আধ্যাত্মিক দেশ কালগী মনুংগা অসুম্ লৈহনগদবনি, লৈগদবনি । মাসিবু গীতাদা "লোকসংগ্রহ" কৌই । মপান্গী হকচাংবু মপান্গী জগৎ ( বাহির্জগত ) তা, মনুংগী আত্মানা মনুংগী জগৎ ( অন্তর্জগৎ ) তা লৈগদবনি । মপান্গী হকচাংবু মপান্গী জগৎ ( বহির্জগৎ , তদা লৈহন্গদৌরিবসি জ্ঞামতগী মশক ওইবা আত্মা অসিননি । অতৈ অমনা নত্তে । অসিগুম্বা আত্মাদি জীবন্মুক্ত ওইরবনি । জীবন্মুক্ত ওইবা হায়বসি হকচাংসিগী মনুংদা জীবাত্মাসিনা অসুম ওইজগদবনি ।

( কালাচাঁদ )

তদযুক্তস্য তে মোক্ষে যোঽভিমানো ভবেন্নৃপ। সুহৃদ্ভিঃসংনিবার্য্যস্তেঽবিরক্তস্যেব ভেষজম্ ॥১৩৩॥
তানি তানি চ সংচিন্ত্য সঙ্গস্থানান্যরিন্দম। আত্মনাত্মনি সম্পশ্যেৎ কিমন্যন্মুক্তলক্ষণম্ ॥১৩৪॥
ইমান্যন্যানি সূক্ষ্মাণি মোক্ষমাশ্রিত্য কানিচিৎ। চতুরঙ্গপ্রবৃত্তানি সঙ্গস্থানানি মে শৃণু ॥১৩৫॥
য ইমাং পৃথিবীং কৃৎস্নামেকচ্ছত্রাং প্রশাস্তি হ। এক এব স বৈ রাজা পুরমব্যাবসত্যুত ॥১৩৬॥
তৎপুরে চৈকমেবাস্য গৃহং যদধিতিষ্ঠতি। গৃহে শয়নমপ্যেকং নিশায়াং যত্র লীয়তে ॥১৩৭॥
শয্যার্ধং তস্য চাপ্যত্র স্ত্রীপূর্ব্বমধিতিষ্ঠতি। তদনেন প্রসঙ্গেন ফলেনেব যুজ্যতে ॥১৩৮॥
এবমেবোপভোগেন ভোজনাচ্ছাদনেষু চ। গুণেষু পরিমেয়েষু নিগ্রহানুগ্রহং প্রতি ॥১৩৯॥
পরতন্ত্রঃ সদারাজা স্বল্পেষ্বপি প্রসজ্জতে। সন্ধিবিগ্রহযোগে চ কুতো রাজ্ঞঃ স্বতন্ত্রতা ॥১৪০॥

---

মায়না উবা ভমত্রবা মী অদুগী জীবন্মুক্ত ওইবগী খুদম ( লক্ষণ ) করিনা ওইগদৌরি ? ॥১৩২॥ নিংথৌ। নহাক নশামক হৌজিক মুক্ত ওইদ্রি। অদুবু জীবন্মুক্ত ওইরে হায়দুনা অভিমান তৌরি— থোয়রি। নিংথৌ। নহাকপু জীবন্মুক্ত ওইরে হায়রিবা মরূপশিংনা চীরোল তৌরিবশিংসে লোইনা লাপথোকহন্খিগদবনি। জীবন্মুক্ত ওইবা হায়বসি মী অমনা হায়রগা থাগৎলগা ওইগদবা নত্তে। মশামকসু ঐ জীবন্মুক্ত ওইরে হায়গদবা নত্তে। হেক্ হায়বদা অদুম্ ওইদ্রে। চাবদা ফত্তবা লায়না পোক্নদবা চীঙ্গাক্— অপথ্য ভাক্তা চাগনবা রোগী অদুদা হীদাক পীজবা তোক্লগদবনি ॥১৩৩॥

যেক্লবা পুম্নমকপু নমহৎপা ভন্বা নিংথৌ। জগৎতা হেক্ লৈরিবা পোৎমখৈ আসক্তিগী লৈফম্মক্তনি হায়না খল্লুনা নশা নথন্তনা নশা নথন্তনা পুম্নমকসিবু নশা নথন্তগী মনুংদা লৈরে হায়না লোইনা উরগদবনি। অসি নত্তনা জীবন্মুক্ত ওইবগী লক্ষণবু করিনা অমুক ওইগদৌরিবনো ? ॥১৩৪॥

নিংথৌ। মোক্ষগী আশ্রয় লৌবিরেদি হায়ববু অঙ্গ মরিগী মনুংদা আসক্তিগী কুপ্নবা লৈফম মরি লৈরি। মাদু হায়জগে তাবিয় ॥১৩৫॥

একছত্রাধিপতি ওইদুনা ছত্র অমতগী মখাদা পৃথিবী পুম্নমক অসিবু শাসন তৌরিবা সার্ব্বভৌম রাজা ওইরিবা মহাক পৃথিবীগী মফম পুম্বদা শীন্থুংনা লৈবা নত্তে, নগর অমতগী মনুংদা লৈ ॥ ৩৬॥

নগর অদুদসু নগরদগী মফম পুম্নমক্তা পুম্‌য়ী য়োনা মফম পুম্নমক কুপত্তুনা লৈবা নত্তে। নগরদুগী কোনুংদা লৈ, কোনুং অদুগী মনুংদা য়ুম ( দলান ) অমতগী মনুংদা লৈ। য়ুম অদুগী মনুংদসু কা অমতগী মনুংদা লৈ, কা অদুগী মনুংদসু শয্যা ( ফমুং ) অমতগী মনুংদা ( মথক্তা ) তুম্মি, অহিং লেপ্লি ॥ ৩৭॥

শয্যাদুদসু মফম পুম্নমক কোন্দে, শয্যাদুগী তংখাই অমদি দুগী ( মহারাণী ) দুগী অধিকারগী মনুংদা লৈ। অমনা হায়রিব প্রসঙ্গ অসিগী মতুংইন্না খল্লুববদি নিংথৌ অদুনা মশামক্তা কলিবা মহৈ অসি থজিক্লনি ॥১৩৮॥

মখোই অসুম্না — উপভোগ, চাব থকপা, শেৎন-চানবা ফিরোল. অদুগা— অসি নত্তবা অতৈ অতৈ

স্ত্রীষু ক্রীড়াবিহারেষু নিত্যমস্যা স্বতন্ত্রতা। মন্ত্রে চামাত্যসমিতৌ কৃতস্তস্যস্বতন্ত্রতা ॥১৪১॥
যদা ত্বাজ্ঞাপয়ত্যন্যাংস্তত্রাস্যোক্তা স্বতন্ত্রতা। অবশঃ কার্য্যতে তত্র তস্মিংস্তস্মিন্ ক্ষণে স্থিতঃ ॥১৪২॥
স্বপ্নকামো ন লভতে স্বপ্তুং কার্য্যার্থিভির্জনৈঃ। শয়নেচাপ্যনুজ্ঞাতঃ সুপ্তউত্থাপ্যতেঽবশঃ ॥১৪৩॥
স্নেহ্যলেভ পিব প্রাশ জুহুধগ্নীন্ যজেত্যপি। ব্রবীহ শৃণু চাপীতি বিবশঃ কার্য্যতে পরৈঃ ॥১৪৪॥
অভিগম্যাভিগম্যৈবং যাচন্তে সততং নরাঃ। ন চাপ্যুৎসহতে দাতুং বিত্তরক্ষী মহাজনান্ ॥১৪৫॥
দানে কোষক্ষয়েঽপ্যস্য বৈরঃ চাস্য প্রযচ্ছতঃ। ক্ষণেনাস্যোপবর্ত্তন্তে দোষা বৈরাগ্যকারকঃ ॥১৪৬॥

---

বিষয়শিংগী সেবন তৌবদা, ফত্তবশিংবু লাকৃহৎপগী বিষয়দা, অফবশিংবু চান্‌বিবা য়োকাপবগী নিংথৌ হায়বসি মতম পুম্বদা পরতন্ত্রনি, স্বতন্ত্র নত্তে। অমুন্না করিস্থু লৈত্রবা থবক ( বিষয় ) অমদস্থু মনীং তম্বা ঙম্মদে। মনীংতম্বা ঙমদ্রবা, স্বতন্ত্রতাবু পীঙমদ্রবা বিষয় মচা মচাশিং অত্থুদস্থু আসক্তিদি অত্থুম মথম্মুরি। সন্ধি তৌনবা অমুগা বিগ্রহ তৌনবা ( খংনবা থেংনবা ) মতমদস্থু নিংথৌনা করম্বা মৃতমদা কদায়দা স্বতন্ত্রতা ( মনী,-তম্বা ) ফংভি ? ॥১৩৯--১৪০॥

নুপী-নহাশিংগা হরাও-তয়ান্না লৈম্নিবা. শান্নমিন্নবদস্থু মীথা পোন্দুনা অত্থুম মরৈরিবনি। মন্ত্রীশিংগা রাজসভাদা খন্নরকপা মতাংদস্থু নিংথৌগী কদায়দা স্বতন্ত্রতা লৈ ? ॥১৪১॥

মনাই মশন্দা করিগুম্বা পীনীংব. য়াথং অমা পীরকপা মতমদদি নিংথৌদা ঙহাক্তুং স্বতন্ত্রতা লৈ, অত্থুবু তাঞ্জাত্থুগী মতুংইন্না মীকৃপ মীকুপ্তা সিংহাসনথক্তা ফম্ন ফন্না নিংথৌনা মন্ত্রীশিংনা হায়রিবত্থুগী মতুংইন্না থবক তৌবা তারবদা, নিংথৌ মশানা তৌগে খল্লম্বা অত্থুগী মতুংইন্না তৌবা য়াদত্থুনা মন্ত্রীশিংগী মখাপোনত্থুনা—মখোয়না হায়বত্থুগী মতুংইন্না তৌবা মতারবনি ॥১৪২॥

নিংথৌদি রাবনা ঙহাক্তুং তুমত্থুনা পোথানীংলবনি। অত্থুবু থবক তৌগদবা কর্মগান্না কয়ানা ফমুং মনাক্ত ঈকেয় কোয়শিন্দুদা হঙ্গচিল্লকপা রা ময়ামত্থুনা তুম্ব-লাকৃপ শংদে - য়াদে। ঙহাক্তুং উইরুম্ শারুম তৌ-ত্থুনা ফমুংথক্তুদা হীপ্তুনা লৈর-ফাওবদা ময়ামত্থুনা লাউশিল্লকপদা ফুক্ ফুক্ হৌগৎপা তারিবনি ॥১৪৩॥

"মহারাজ ! লেংথংলো, চাইথবিরো, থাউ-থুং তৈবিরো, ঈশিং ফান্‌বিয়ু, লুক্ হাবিরো, যজ্ঞ তৌবিরো, সনা-য়াথং তাকৃপিধু..., ননাই ঐগোয়গী রাস্থু তাবিয়ু..." অসিনচিংবা হায়রকপত্থুগী মতুংইন্না নিংথৌস্থু উপায় লৈতত্থুনা তৌবা মতারবনি ॥১৪৪॥

চান্নিবা ভিক্ষারী লাক্তুনা নিংথৌদগী লন্ নিরৈ। অত্থুবু দানগী মতীক চারবা সৎপাত্র ফাওবদা থিক্তুং পীথোকৃপা ফাওবদা পাক্ ঙমদে। য়ারিমখৈ লন্ অত্থুবু কায়দ-তেক্তুনা, ময়েং ভাহন্দনা ঙাক্-শেনত্থুনা থমনিংভি ॥১৪৫॥

হেক্ লাক্লিবা নিররিমখৈ পীথোক্লবস্থু মাগী লন্‌গৈদি পুম্‌হাও হাঙহৌদৌরি। অত্থুগা অমদা পীরগা, অমদা পীত্রবস্থু ফংদবা মখোয়ত্থুনা শাউগদৌরি। নিংথৌত্থুগা শীংনরি। মিকুপ মিকুপ্তা লাক্লিবা দোষ ময়াম

প্রাজ্ঞাগ্রে শূরাং স্তথৈবাঢ্যানেকস্থানপি শঙ্কতে। ভয়মপ্যভয়ে রাজ্ঞো যৈশ্চ নিত্যমুপাস্যতে ॥১৪৭॥
তথা চৈতে প্রদুষ্যন্তি রাজন্ যে কীর্ত্তিতা ময়া। তথৈব স্য ভয়ং তেভ্যো জায়তে পশ্য যাদৃশম্ ॥১৪৮॥
সর্ব্বঃ স্বে স্বে গৃহে রাজা সর্ব্বঃ স্বে স্বে গৃহে গৃহী। নিগ্রহানুগ্র ন কুর্ব্বং স্তুল্যো জনক রাজভিঃ ॥১৪৯॥
পুত্রা দারাস্তথৈবাত্মা কোশো মিত্রাণি সঞ্চয়াঃ। পরৈঃ সাধারণা হ্যেতে তৈস্তৈরেবাস্য হেতুভিঃ ॥১৫০॥
হতো দেশঃ পুরং দগ্ধং প্রধানঃ কুঞ্জরোমৃতঃ। লোকসাধারণেষ্বেষু মিথ্যাজ্ঞানেন তপ্যতে ॥১৫১॥
অমুক্তো মানসৈর্দুঃখৈরিচ্ছদ্বেষভয়োদ্ভবৈঃ। শিরোরোগাদিভীরোগৈস্তথৈবাভিনিয়নতৃভিঃ ॥১৫২॥
দ্বন্দ্বৈস্তৈস্তৈরুপহতঃ সর্ব্বতঃ পরিশঙ্কিতঃ। বহুপ্রত্যর্থিকং রাজ্যমুপাস্তে গণয়ন্নিশাঃ ॥ ৫৩॥

---

অদুনা, হায়জিল্লক্লিবা আপত্তি ময়াম অদুনা কবিগুম্বা মতমদসু নিংথৌগী পুক্নীংদা, নিংথৌগী থবক্তসু অতম্ব ( হৈনীংদবা ) পোক্‌হল্লি ॥১৪৬॥

মহৈ-মশিং হৈবা অকনবশিং, অদুগা য়াম্না ঈনাক্ কৈবাক্ থুনবশিং পুন্নপ হৌদুনা লাক্‌পা মতমদা নত্রগা মখোয়সিনা মকম অমদা সম্মেলন তৌরকপা উবদা নিংথৌগী পুক্নী দা চিংনবা অকিবা থুদক্ত পোক্‌ই। চিংনকম কিকম কবিমতা লৈতবা বিষয় অমদসু নিংথৌ হাযবসিনা পণ্ডকি ত মকি। অকোয়বদা লৈরিবা— মনাই-মশল্ কর্ম্মচারী অমদসু পণ্ডচিং ত চিনৈ— কি ॥১৪৭॥

নিংথৌ! অকনবা মরিল্লৈবা মহৈ-মশিং হৈবশিং অদুনা, কবিগুম্বা নিংথৌসি এখোয়দা চিংনরেনা হায়না খণ্ডথিবা সুমিৎতুদগী মখোয়না নিংথৌদা থম্মকপা দুর্ভাব ( যত্তবা মওং শাজৎ ) অদু উবদা নিংথৌনা করম্বা মওং কিবমদা লৈবগে হায়বদুদি মহারাজমক্না অদুম্ মখণ্ডবিযু ॥১৪৮॥

জনক! নিংথৌ। মী পুম্মনক মাগী মাগী ময়ুমদা নিংথৌ ওাক্তনি। মী খুদিংমক মাগী মাগী ময়ুমদা য়ুম্ মপু ওাক্তনি। য়ুম অদুগী মসুংদা মহাক্না থরবু রারক্‌লি, থবরু চৈরি, থবরু থাগৎপিরি। অদুনা মী পুম্বা মাগী মাগী ময়ুমদা নিংথৌমক্ত ওইনবি ॥১৪৯॥

মুপী, মচা, হকচাং, শনুগৈ-পুগৈ, মরূপ হায়রিবা পোৎশকশিংসিদি নিংথৌগীদা লৈবদুগুম্না প্রজাথুদিংগীসু সাধারণ ওইনা অদুম্ মরৈনৈ। মরম অসি অসি লৈবনা মাবু ত রাজ ( নিংথৌ ) কৌরিবনি হায়বা ময়ম পুম্নমক অদু মী থুদিংমক্কীসু অদুম মরৈ। হায়রিবা রা অসি যুক্তি প্রমাণনা অদুম্ মচুম্মি ॥ ৫০॥

"অঃ! ওস্লোকশনিদা॥ লৈপাক মৃৎপ্রে নগর পুম্বা মৈনা চাক্‌প্রে, প্রধান মন্ত্রী শিপ্রে শামু শিপ্রে" অমুম্না লাউনরিবা অরাবগী খোল্লাউ অসে মী থুদিংমক্কীসু অমুম্ মরাওনৈ। অদুবু, নিংথৌ মওোম্না হায়রিবা ঘটনাশিং অসিনা থোক্লকপা মতমদা মওোম্ত থোক্লবোই থম্দুনা মিথ্যাজ্ঞানদা ভাউদুনা থম্মোয়শোক্ল রাজৈ ॥১৫ ॥

অপাম্বা মিচৌবা, অকিবা চিংনবা, অসিনচিংবা মানসিক দুঃখ ( পুক্নীংগী অরাবা ) শিং অসিনা নিংথৌ-বুসু থক্ থাদোক্‌পিরমদে। অতৈ অতৈদা ভৌবদুগুম্না য়েক্‌প থিম্ব, কোক্ চীক্‌পনচিংবা রোগশিং অসিনা নিংথৌদসু অদুম্ অক্রমন তৌই ॥১৫২॥ দ্বন্দ্বভাব ( অনী থোকপগী রাথল ) করা করানা ফুজিল্লকতুনা,

তদল্পসুখমত্যর্থং বহুদুঃখমসারবৎ। তৃণাগ্নিজ্বলনপ্রখ্যং ফেণবুদ্বুদসংনিভম্ ॥১৫৪॥
কো রাজ্যমভিপদ্যেত প্রাপ্যচোপশমং লভেৎ। মমেদমিতি যচ্চেদং পুরং রাষ্ট্রং চ মন্যসে ॥১৫৫॥
বলং কোশমমাত্যাংশ্চ কস্যৈতানি ন বা নৃপ। মিত্রামাত্য পুরং রাষ্ট্রং দণ্ডঃ কোশো মহীপতিঃ ॥১৫৬॥
সপ্তাঙ্গস্যাস্য রাজ্যস্য ত্রিদণ্ডস্যেব তিষ্ঠতঃ। অন্যোন্যগুণযুক্তস্য কঃ কেন গুণতোঽধিকঃ ॥১৫৭॥
তেষু তেষু হি কালেষু তত্তদঙ্গং বিশিষ্যতে। যেন যৎ সিদ্ধ্যতে কার্য্যং তৎপ্রাধানায় কল্পতে ॥১৫৮॥
সপ্তাঙ্গশ্চৈব সংঘাত স্ত্রয়শ্চান্যে নৃপোত্তম। সংভূয় দশবর্গোঽয়ং ভুঙক্তে রাজ্যং হি রাজবৎ ॥১৫৯॥
যশ্চ রাজা মহোৎসাহঃ ক্ষত্রধর্ম্মেরতো ভবেৎ। স তুষ্যেৎ দশভাগেন তত্ত্বন্যো দশাবরৈঃ ॥১৬০॥

হীরম্ পুম্নমক্কগী ঈচিংত চিংনদুনা, মখূৎ থেকুনা অহিং মশীং খীদুনা য়েক্রবনা থল্লবা রাজ্যবু সেবন তৌদুনা লৈ ॥১৫৩॥

মুংঙাইবগী শরুক্তি খজিক্ক লৈবা, অৱাবগী শরুক্না য়াম্বা, মচি করমতা য়াওদ্রবা মৈ রায়রবা চন্না-রাইরুগী মতৌগুম মীকুপ্ত মাঙগ্রগদবা, ঈশিংদা কাব কেঙ্গোল্‌গুম্বা রাজ্যবু অশিংবা কনান লৌগদৌরিবনো? লৌরবস্থ লৌরিবা মীদুনা কয়াম্না শন্তি ফংগদৌরিবনো? ॥ ?৪॥

নিংথৌ। নগরসিবু, রাষ্ট্র (লৈপাক) সিবু, লাম্মীশিংসিবু অদুগা মনাই মশল্ মন্ত্রীশিংসিবু ঐগীনি হায়না মহারাজনা ভ্রম তৌদুনা থন্‌বিরি। ঐনা মহারাজদা হংজরি,— হায়রিবশিংসে— কনাগীনো? অদুগা কনাগী নত্তবগে? (হায়বদি— হায়রিবশিংসে মী খুদিংমক্কী ওহাক ওহাকী ওইবা য়াবা মক্তনি ॥১৫৫॥

মরূপ, মন্ত্রী, নগর, রাষ্ট্র, দণ্ড, কোশ (লন্‌গৈ), অদুগা রাজা (নিংথৌ). হায়রিবশিং অসি রাজ্য অমগী অঙ্গ তরেৎনি। ঐগী খূত্তা ত্রিদণ্ড লৈরিবসিগুম্না নিংথৌ নহাক্কী খূত্তা রাজ্য অসি লৈরি। মহারাজগী অঙ্গ তরেৎনা তিল্লবা রাজ্য, অদুগা ঐগী ত্রিদণ্ড অনীমক অসি অফবা গুণনা তিল্লবমক্তনি। ঐনা হংজরি হায়রিবা অনী অসিদি কনাগীনো? অদুগা কনাগী নত্তবগে? অদুগা, অনী অসিগী মন্থু দা করম্বগী গুণনা হেন্‌বগে? ॥১৫৬—১৫৭॥

রাজ্যগী অঙ্গ (কায়াৎ) তরেৎ অসে, মতম মতমগী মতুংইন্না মাগী মাগী বিশেষ ওইবা প্রয়োজন— (দরকার) অদো হেক্ হেক্ লৈ। হায়বদি— মথোয় তরেৎ অসি মতম পূম্বা পুল্লপা প্রধান ওইমিয়দে। মতম মতমদদা য়াম্না হেন্না দরকার ওইবদুনা প্রধান হেক্ত মওইরে ॥১৫৮॥

নিংথৌ অথোইবা! হায়ত্রিবা অঙ্গ তরেৎ অদুগা প্রভুশক্তি, উৎসাহশক্তি, মন্ত্রীশক্তি হায়রিবা শক্তি অহুম অনিগা রাজ্য অমগী বর্গ তরানি। বর্গ তরা অসিনা পূল্লপা পুংয়ান্ চানা লৈমিন্নদুনা লেংশিন্‌মিন্ন-দুনা মথোয় অসিনা নিংথৌগী মতৌগুম রাজ্য অমবু উপভোগ তৌরি। সেবন তৌরি ॥১৫৯॥

মরীল্ মথৌনা লৈবা, মশানা মশাগী পুক্নীং থৌগচ্চবা, ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা, নিংথৌনা কর (খাজনা) গী মশক ওইনা প্রজাশিংগী আয়গী শরুক্ তরাগী শরুক্ অমা লৌথৎলগা পেঙ্গদুনা লৈ। নিংথৌ

নাস্ত্যসাধারণো রাজা নাস্তি রাজ্যমরাজকম্। রাজ্যেঽসতি কুতো ধর্ম্মো ধর্ম্মেঽসতি কুতঃ পরম্ ॥১৬১॥
যোঽপ্যত্র পরমোধর্ম্মঃ পবিত্রং রাজরাজ্যয়োঃ। পৃথিবী দক্ষিণা যস্য সোঽশ্বমেধেন যুজ্যতে ॥১৬২॥
সাঽহমেতানি কর্ম্মাণি রাজদুঃখানি মৈথিল। সমর্থা শতশো বক্তুমথবাপি সহস্রশঃ ॥১৬৩॥
স্বদেহেনাভিষঙ্গো মে কুতঃ পরপরিগ্রহে। ন মামেবম্বিধাং যুক্তামীদৃশং বক্তুমর্হসি ॥১৬৪॥
নন্নু নাম ত্বয়া মোক্ষঃ কৃৎস্নঃ পঞ্চশিখাৎ শ্রুতঃ। সোপায়ঃ সোপনিষদঃ সোপাসঙ্গঃ সনিশ্চয়ঃ ॥১৬৫॥
তস্য তে মুক্তসঙ্গস্য পাশানাক্রম্য তিষ্ঠতঃ। ছত্রাদিষু বিশেষেষু পুনঃ সঙ্গঃ কথং নৃপ ॥১৬৬॥
শ্রুতং তে ন শ্রুতং মন্যে মৃষাচাপি শ্রুতং শ্রুতম্। অথবা শ্রুতসঙ্কাশং শ্রুতমন্যৎশ্রুতং ত্বয়া ॥১৬৭॥
অথাপীমাসু সংজ্ঞাসু লৌকিকীষু প্রতিষ্ঠসে। অভিষঙ্গাবরোধাভ্যাং বদ্ধস্ত্বং প্রাকৃতো যথা ॥১৬৮॥

---

কনাগুম্বনা মাঙ্গদগী তানা ( রাংনা— হম্বনা ) লৌরগনু পেন্দুনা লৈথোক্তই ॥ ৬০ ॥ সাধারণ প্রজা য়াওদনা নিংথৌ লৈবা য়াদে। নিংথৌ য়াওদনা রাজ্য থিন্বা য়াদে। রাজ্য য়াওদনা ধর্ম্মনা করম লৈগনি? ধর্ম্ম য়াওদনা পরমাত্মাবু করম ফংগনি? ॥ ৬১॥

রাজাগা রাজাগা অনীগী পবিত্র ওইরবা শেংলবা ধর্ম্মদো হায়রগে তাবিয়ু। পৃথিবীবু দক্ষিণাগী মশক ওইনা দান তৌথোকপা, হায়বদি রাজাভূমিবু দান তৌথোকপা ওম্বা নিংথৌ মহাক অহুদি— অশ্বমেধযজ্ঞ তৌবগী মহৈ ফংভি ॥ ৬২॥

মিথিলামপু! নিংথৌবু অরাবা লাওতকবা পীওম্বা কর্ম্ম চাম চাম, লিশিং লিশিং ঐ পীংথাবা ওম্মি। মহারাজগী মপানগী হকচাংসিদা ঐগী করিগুম্বা আসক্তি অমতা লৈতে। অদুনদি অতোপ্পা সাধারণ অমগী হকচাংদা করম্না লৈগনি? অসিগুম্বী যোগযুক্ত ওইবী সন্ন্যাসিনী ঐঙোন্দা মহারাজনা অদুগুম্বা রাহৈশিং হায়রিকম থোক্তে— চুমদে ॥ ৬৩— ২৬৪॥

নিংথৌ! মহর্ষি পঞ্চশিখাচার্য্যগী মফমদগী উপায়গা কোন্না উপনিষদকী পাউত্তাক পুম্বা, যম নিয়মনচিংবা যোগাঙ্গ পুম্বা, নিশ্চয় হায়বদি— জীব ব্রহ্ম অনীগী একতাগী ভাব, পুম্নমক অসিগা লোয়ননা— মোক্ষশাস্ত্রগী পাউত্তাক নিয়ম পুম্বা লোইনা তাবিরে। আসক্তি পুম্বদগী রাংমা লাপ্থোকপিরক্লে। সংসারগী বিষয়শিংগী অকা অপুনবা লোইনা ককথংলে। অদুগুম্বা থাক্তা কাররকবা নিংথৌ নহাক্না হৌজিক ছত্র, চামরনচিংবা পোৎশকশিংদা করিগী আসক্তি অশুক য়াম্না হেন্না থম্বিরি? ॥১৬৫—২৬৬॥

ঐনা মুম্না থওলে, মাহুদি— পঞ্চশিখাচার্য্যগী মফমদগী জ্ঞানগী পাউত্তাক পুম্বা লোইনা তাবিরে। অদুবু ঐতা তাদবগা অম্মা ওইরি। তারিবা পোৎ অমদি বিষয় অদুনা অচুম্বা ( সত্য ) ওইরবসু তাদবগা অম্মা ওইরবদি সত্যদুসু মিথ্যা ওইহল্লে। নত্রগা মপান্দদি বেদশাস্ত্রগী জ্ঞান পাউত্তাক মানবা, নত্তি নত্তবা তাক্ত তাব অমা, অমদি মওইরে। মহারাজনা মহারাজগী গুরুবু বেদশাস্ত্রগী জ্ঞান য়াওদবা মীনম্বা গুরু অমসু ওইহল্লে ॥১৬৭॥ অসিগী মথক্তা অমুকসু বিদেহরাজ, মিথিলাপতি অসিনচিংবা লোক-ত চৎলবা, নাম,

সত্ত্বেনাম্প্রবেশো হি সোঽয়ং ত্বয়ি কৃতো ময়া। কিং তবাপকৃতং তত্র যদি মুক্তোঽসি সর্ব্বশঃ ॥ ৬৯॥
নিয়মো হ্যেষু বর্ণেষু যতীনাং শূণ্যবাসিতা। শূণ্যমাবেশমত্যা চ ময়া কিং কস্য দূষিতম্ ॥ ১৭০॥
ন পাণিভ্যাং ন বাহুভ্যাং পাদোরুভ্যাং ন চানঘ। ন গাত্রাবয়বৈরন্যৈ স্পৃশামি ত্বাং নরাধিপ ॥১৭১॥
কুলে মহতিজাতেন হ্রীমতা দীর্ঘদর্শিনা। নৈতৎ সদসি বক্তব্যং সদ্বাসদ্বা মিথঃ কৃতম্ ॥ ১৭২॥
ব্রাহ্মণা গুরবশ্চেমে তথামান্যা গুরূত্তমাঃ। ত্বঞ্চাথ গুরুরপ্যেষামেবমন্যোন্য গৌরবম্ ॥১৭৩॥
তদেবমনুসংদৃশ্য বাচ্যাবাচ্যং পরীক্ষতা। স্ত্রীপুংসোঃ সমবায়োঽয়ং ত্বয়া বাচ্যো ন সংসদি ॥১৭ ॥

---

উপাধিশিং অসিবু ফংহুনা, লোক সমাজ অমদা প্রতিষ্ঠা ফংহুনা, মাহুদা মুংঙাইবা হরাউধা ফংহুনসু লৈবিরে অহুনা জীবন্মুক্ত ওইরবা মহারাজবু সাধারণ ওইবা ঈচম্ চম্বা মীশক অমগুম সংসারগী বিষয় আসক্তিশিংনা বন্ধন তৌহুনা ক্রক্ ক্রক্ ফাজিন্দুনা থম্লে ॥ ৬৮॥

থাক্সেংবা মহারাজনা মুক্ত ওইরবদি, ঐনা বুদ্ধিগী পান্থৈনা মহারাজগী থম্মোয়দুংদ চংশিন্নকপা্সিনা মহারাজগী করি অকায়বা লৈ? ॥ ৬৯॥

সন্যাসীশিংনা অচীকপা মফমদা লৈগদবনি হায়বসে বর্ণ পূম্নমক্কী নিয়মনি। ঐসু মহারাজগী কল্লিসু য়াওদবা. ঈহাও হাওলবা হকচাংগুং অসিদা চংশিন্দুনা কনানা কনাগী ফত্তবা তৌরবগে? করিবু ঐনা মাংথোক্লবগে? ॥১৭০॥

পাপ য়াওদ্রবা নিংথৌ। খুংনসু, পাম্বোম্নসু. খোঙনসু খুকউনসু অহুগা হকচাংগী করিগুম্বা কায়াৎ অমত্তা ঐ মহারাজগী হকচাং শোকচদ্রি ॥১৭:॥

মহারাজদি অচৌবা শাগৈদা পোকপনি। ঈকায়বা খঙলবা, দোষ গুণ মুম্ন উবিরবা মীশক অমনি। মহারাজগা ঐগা ঐখোয় অনীগী মরক্তা অমনবু ওইরবসু, অমনবু ওইরবসু গুণ দোষ অদো রাজসভা মমাঙ অসিদা খক্ হায়দোক্পিকম থোক্কে ॥১৭২॥

গুণ চল্লবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতমক্তা সভা অসিদা লৈরি। গুরুশিংগা য়েংনবদগী হেল্লবা, ঈকায় খুম্নবগী মথক ওইরবা সভা মহাপুরুষমক্তা মফম অসিদা হৌজিক লৈরি। অ.গা মহারাজ নশামকসু লৈপাক্কী নিংথৌ অমা ওইবনা হায়রিবা খ্বাই প্রজা পূম্নমক অসিগী গুরুগী থাক্ত লৈবিরি। অহুনা গুরুত্ব ( গৌরব গুরু ওইবগী ভাব ) অসি অমনা অমগী মথক্ত নন্দুনা লৈনরি। হায়বদি— ব্রাহ্মণ ওইবনা ব্রাহ্মণ মন্ত্রী শং অসি মহারাজগী গুরু নীওদা চল্লবা ভাক্তনি। ব্রাহ্মণনি হায়হুনসু প্রজা ভাক্ত ওইবনা প্রজাশিংগী গুরুদি মহারাজনা অহুম্মক ওইবিরবনি। অদুনা গুরুত্ব ( গৌরব ) হায়বা গুণধর্ম্ম অসি অমনা অমগী মফমদা পীনরবনি ॥ ৭৩॥

অহুনা, হৌজিক সভা অসিদা করি তৌফম থোল্লবগে হায়বহু য়াম্না মুম্ন থম্নফম থোক্লে। অইহেঅশিং ভাক্তনা থম্না লৈরবা সভা অসিদা নিপা নুপীগী সংসর্গ সম্ভোগনচিংবগী মহারাজনা হৌদোক্পিরকপা অসি ফনা ঈকায়নীওায়নি। অসিগুম্বা য়াম্না চেপ্প রা অসি রাজসভাদা পুশিল্লকপা হৌনদে ॥ ১৭৪॥

যথা পুষ্করবর্ণস্থং জলং তৎ পর্ণমস্পৃশং। তিষ্ঠত্যস্পৃশতা তংবৎ ত্বয়ি বৎস্যামি মৈথিল ॥১৭৫॥
যদি বাপ্যস্পৃশত্ত্যা যে স্পর্শং জানাসি কঞ্চন। জ্ঞানং কৃতমবীজং তে কথং তেনেহ ভিক্ষুণা ॥১৭৬॥

---

মিথিলা নিংথৌ! রম্না থকা পকপ। ঈশিংনা ঈশম্ শম্নদনা লৈবগুম নিংথৌ নগা শোক্নদনা মহা-রাজগী হকচাংদুংদা লৈগে ॥১৭৫॥

অদুগা করিগুম্বা ঈশম্ শম্নদনা লৈবী ঐবু লৈ হায়না মহারাজগী থম্মোয়দা পুক্নীংদা ফাওরবদি—সন্ন্যাসী মহাত্মা পঞ্চশিখনা করম হায়না মহারাজদা নির্বীজ জ্ঞানগী পাউতাক পীরম্লিবনো? ॥১৭৬॥ *

---

* সুলভা কৌবী সন্ন্যাসিনীনা হায়রিবা অসিগী ভাবতি অসিনি,— পঞ্চশিখনা জনক নিংথৌদা পীরম্বা নির্বীজ জ্ঞানগী পাউতাকতি করিনো হায়বদা সংসারদা ঐগীনি হায়দুনা লৈরিবা মুপী অঙাং লল্ থুমনচিংবা বিষয়শিং অসিগা অসুম লৈমিন্নরবসু মথোয়সি অদুনি অদা'ন, ঐগীনি মাগীনি হায়ব জ্ঞান অদু পোকৃতবা য়াদদুনা পোক্লবসু শোক্লিবা জ্ঞান অদু নির্বীজ ওইহনগদবনি। হায়বদি— মুল্হন্দুনা ভৌথোক্নুনা থমল্বা মরূনা লৌবুক্তা লৈবাক্তা তাগ্রবসু হুনগ্রবসু ময়োল্ চোংঙ্, য়াদবদুগুম্না— মুল্লবা সিদ্ধ ওইরবা জ্ঞান অদুবু মুপী অঙাং, মচা-মশূনচিংবা সংসারগী বিষয় পদার্থদা শীজিন্নরবসু বিষয়শিং অদুদগী অপাম্বা থল্লকপা মি-হৌবা, অশাউবা··· অসিনচিংবা ময়োল হেক্ চোংহন্দ্রগা লোইরে। অদুগুম্বা জ্ঞান অদুবু নির্বীজজ্ঞান কৌই। সুলভানা হায়রি,— ঐনা মহারাজগী হকচাংগা শম্ন শোক্নদনা লৈরবসু, অদুগা শম্ন শোক্নদনা লৈর-ক্লাওবদা ঐগী হকচাংগা থেংনবগী অনুভূতি ( অনুভব— ফাওবা ) গী জ্ঞান অদুবু পঞ্চশিখগী পাউতাক্কী মতুংইন্না নির্বীজ হেক্ ওইহন্লগা লোইরে। মুপীগী হকচাংদা তক্ল থেংনরবসু মাহুদগী কাংগী উদ্বেগ ময়াম অপাম-দুশিগী শম্ন থোংনবগী ইচ্ছা ( কামনা ) অদু পোকহন্দ্রগা লোইরে। অসুম্না পঞ্চশিখনা জনককী মফমদা পীথিবা জ্ঞানগী পাউতাকনি। পীরম্লবা জ্ঞান অসিবু কর্ম্ম তৌদুনা পাঙথোকপা— পাঙথোকহন্বা ঙমদ্রবদি পঞ্চশিখনা পীরম্লিবা নির্বীজজ্ঞানগী পাউতাক অদু করিদি কান্নরি? পীরমদবগা অম্মা ওইরে। জ্ঞান অদুবু মথা তানা থবক থোক্‌না পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি শক্তি য়াওদ্রবা জ্ঞাননি। জ্ঞানশক্তিবু লোইবা চেন্‌ব ঙমদ্রবা মী মহাক অদুদি— মঙোন্দা লৈরিবা জ্ঞান অদুনা মহ'কপু জ্ঞানী অমনি হায়না কৌবদি য়াদ্রোই। অদুনা মহারাজনা নশা নথত্তবু জ্ঞানীনি হায়না খল্‌বিরিবা অদু লাক্লে। ঈরাল্ লাক্লা থল্লিবা অদুনি অহঙ্কার হায়রিবসি। লানবু লাক্লবদি অহঙ্কার তৌরবসু থোইনা কায়বা লৈতে। মহারাজনা মপান্‌গী পঞ্চভূতগী হকচাং অসিভনা আত্মা অসিবু নিপানি, মুপীনি, হায়না লৌরিবদু অহঙ্কারনি। অহং-কার ( অহং ভাব — ঐ হায়বগী রাখল ) অসি কোক্‌ত্রিবমথৈ জীবন্মুক্ত থক্ ওইবা য়ারোই। ঐ মহারাজবু জীবন্মুক্ত ওইরে ওইরে, হায়না ঙাঙনবদু চুম্বরা হায়না পরীক্ষা তৌগে লাক্‌পনি। অহিংচুম্না মহারাজগী হকচাংদুংদা লৈদুনা পরীক্ষা তৌরমথিনি। অসিনি মানা হায়রিবসি। ( কালাচাঁদ

স গার্হস্থ্যাচ্চ্যুতশ্চ ত্বং মোক্ষং চানাপ্য দুর্বিদম্। উভয়ান্তরালে বৈ বর্ত্তসে মোক্ষবার্ত্তিকঃ ॥১৭৭॥
ন হি মুক্তস্য মুক্তেন জ্ঞস্যৈকত্বপৃথক্ত্বয়োঃ। ভাবাভাবসমাযোগে জায়তে মম জায়তে বর্ণসঙ্করঃ ॥১৭৮॥
বর্ণাশ্রমা পৃথক্ত্বেন দৃষ্টার্থস্যাপৃথক্ত্বিনঃ। নান্যদন্যাদিতি জ্ঞাত্বা নান্যদন্যত্র বর্ত্ততে ॥১৭৯॥
পাণৌ কুণ্ডং তথা কুণ্ডে পয় পয়াংসি মক্ষিকা। আশ্রিতাশ্রয়যোগেন পৃথক্ত্বেনাশ্রিতাঃ পুনঃ ॥১৮০॥
ন তু কুণ্ডে পয়োভাবঃ পয়শ্চাপি ন মক্ষিকা। স্বয়মেবাপ্নুবন্ত্যেতে ভাবা নতু পরাশ্রয়ম্ ॥১৮১॥
পৃথক্ত্বাদাশ্রমাণাং চ বর্ণানামন্যথৈব চ। পরস্পরপৃথক্ত্বাচ্চ কথং তে বর্ণসঙ্করঃ ॥১৮২॥

---

ঐ পরস্ত্রী নত্তে, অদুবু মহারাজনা পরস্ত্রীগা শয় শোক্করে হায়না হন্বিরবনিনা, শয় শোক্কবতুকাওবা হকচাং পুক্নীং ফাওবিরবনিনা ( অনুভব তৌরবনিনা ) গার্হস্থ্যধর্ম্মদগী নাম্থরক্লে। ধর্ম্মদগী নাম্থদুনা ভায়ক্লবনিনা ফংওমদবা মোক্ষনুস্থ ফংবা ওইথোক্কবা ওইরে। অদুনা চীঙ্বাম্তোংদা মুক্তিগী মোক্ষগী রা·ত মঙাঙবিরে। অদুনা মহারাজদি মোক্ষমার্গগা গার্হস্থ্যগা অনীগী মরক্ত থাক্ থাক্ য়াম্লুনা লৈবিরে ॥১৭৭॥

জীবন্মুক্তগা জীবন্মুক্ত জ্ঞানী অমগা, একত্বগা পৃথক্ত্বগা, ভাব ( আত্মা ) গা অভাব ( প্রকৃতি ) গা সংযোগ ওইরবদা ( তিন্নরবদা ), হায়বদি— তিন্নরব্সু বর্ণসঙ্করগী উৎপত্তি ওইদে, হায়বদি— পোক্তে— পোকপা কৌদে ॥১৭৮॥

ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণ পুম্বসি অদুগা আশ্রমশিং অসি তোঙান্ তোঙাম্বনি, অদুগা মথোয়গী নিয়ম বিধিসু তোঙান্ তোঙাল্লি; হায়বসি শাস্ত্রদা হায়রে, মাদু ঐসু য়াজে। অদুনা ব্রহ্মবু সাক্ষাৎকার তৌরবা, অভেদজ্ঞান লাক্লবা, অত্মাদগী তোঙান্বা পোৎশক অমা লৈতে, হায়বদি— পোৎ খুদিমক মাগী মাগী তোঙান্ তোঙাম্বা সত্ত ( অস্তিত্ব ) অম লৈবা নত্তে হায়না খঙলবা; অদুগা পোৎ খুদিংমক মহাক মশা মথন্তদা লৈজবা নত্তনা অতোপ্পা পোৎ অমদা লৈতে হায়না খঙলবা, অদুগা মী অদুনা অতোপ্পা অমগা তিন্নবা হায়বসে ওইথোক্কনবনি। অদুনা বর্ণসঙ্কর ওইবগী ভাব করিমতা লৈতে ॥১৭৯॥

খুত্তা পাত্র, পাত্রদা শঙ্গোম, শঙ্গোমদা হয়িং, পোৎশকশিং অসে তোঙান্ তোঙান্লবসু আধার আধেয় ভাবতা তুংনফম অমত্তা ওইমিন্নরে ॥ ৮০॥

হায়রিবা পোৎশকশিং অসি আধার ( তুংনফম ) অমতনা লৈমিন্নৈদি হায়ববু পাত্র অদুদা দুগ্ধগী ধর্ম্মনা তিন্নদে। শঙ্গোমদুদা হয়িংসু তোংলরিদি হায়ববু শঙ্গোমদুনা হয়িংগী হয়িং-ধর্ম্মবু লৌদে, হায়বদি— হয়িং ওন্থিদে। পোৎ অমগী মনুংদা নত্রগা মথক্তা পোং অমা লৈরবসি লৈফম ওইরিবদু আধারনি। লৈরিবা পোৎ অদুনা আধেয়নি। আধেয় ওইরিবা পোৎ অদুনা মহাক মশামক্তগী তোঙাম্বা লৈবা আধার ওইবা পোৎশক অমবু লৈফম ওইনা ফংবনি। হায়বদি তোঙাম্নমদ্রবদি ফংওম্মোইদৌবনি ॥১৮১॥

ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা আশ্রমশিং অসি অমনা অমদগী য়াম্না খেন্নরিবনি। ব্রাহ্মণনচিংবা বর্ণশিং অসিসু অমনা য়াম্না খেন্নরিবনি। মথোয় অসিগী অমদগী অমনা খেন্নরিবসি, হায়বদি— মথোয়দা লৈরিবা পৃথক্

নাস্মি বর্ণোত্তমা জাত্যা ন বৈশ্যা নাবরা তথা। তব রাজন্ সবর্ণাস্মি শুদ্ধযোনিরবিপ্লুতা ॥১৮৩॥
প্রধানো নাম রাজর্ষির্ব্যক্তং তে শ্রোত্রমাগতঃ। কুলে তস্য সমুৎপন্নাং সুলভা নাম বিদ্ধি মাম্ ॥১৮৪॥
দ্রোণশ্চ শতশৃঙ্গশ্চ চক্রদ্বারশ্চ পর্ব্বতঃ। মম সত্রেষু পূর্ব্বেষাং চিতা মঘবতা সহ ॥১৮৫॥
সাহং তস্মিন্ কুলে জাতা ভর্ত্তর্য্যসতি মদ্বিধে। বিনীতা মোক্ষধর্ম্মেষু চরাম্যেকা মুনিব্রতম্ ॥১৮৬॥
নাস্মি সত্রপ্রতিচ্ছন্না ন পরস্বাপহারিণী। ন ধর্ম্মসঙ্করকরী স্বধর্ম্মেঽস্মি ধৃতব্রতা ॥১৮৭॥
নাস্থিরাং স্বপ্রতিজ্ঞায়াং না সমীক্ষ্য প্রবাদিনী। না সমীক্ষ্যাগতা চেহ ত্বৎসকাশং জনাধিপ ॥১৮৮॥
মোক্ষে তে ভাবিতাং বুদ্ধিং শ্রুত্বাহং কুশলৈষিণী। তব মোক্ষস্য চাপ্যস্য জিজ্ঞাসার্থমিহাগতা ॥১৮ ॥
ন বর্গস্থা ব্রবীম্যেতৎ স্বপক্ষপরপক্ষয়োঃ। মুক্তো ব্যাজচ্ছতে যশ্চ শান্তৌ যশ্চ ন শাম্যতি ॥১৯০॥

---

ধর্ম্ম অসিদ্ধি মহারাজদি হান্নদগী খঙবিরিবনি। অদুনা খঙবিরিবা মহারাজগী ক্ষত্রিয়বর্ণদা সঙ্কর করমনা ওইগদৌরিবনো ? ॥১৮২॥

মহারাজ! জাতিদা ঐ ব্রাহ্মণী নচ্চদে, বৈশ্যাসু নচ্চদে, শূদ্রাসু নচ্চদে। ঐ মহারাজগী অদুগুম্বা শেংলবা ক্ষত্রিয়বংশদা পোকপীনি। ঐ অখণ্ড ব্রহ্মচর্য্যাবু পালন তৌদুনা লৈজরিবীনি ॥১৮৩॥

প্রধান কৌবা রাজর্ষি অদুগী মিংসু মহারাজনা তাবিরম্বা য়ারে। ঐ রাজর্ষি মহাক্কী শাগৈদা পোক্পীনি। ঐগী মিং সুলভা কৌই হায়না খঙবিয়ু ॥১৮৪॥

মমাংঙৈগী ঐগী ইবুধৌশিংনা তৌখিবা যজ্ঞ থিবিক্তা লাইরেপাক মিংথৌ ইন্দ্রগা তিন্নদুনা দ্রোণ, শতশৃঙ্গ, চক্রদ্বার কৌবা চিঙবু যজ্ঞগী বেদী শইনবা খনখি ॥ ১৮ ॥

ঐ চাউথবা ক্ষত্রিয়গী শাগৈদা পোক্পীনি। ঐনা পামজবা মতীক চাবা ইপুরোইবা ফংদদুনা মোক্ষধর্ম্মগী শিক্ষা দীক্ষা লৌই। মুনিব্রত ধারণ তৌদুনা পৃথিবীগী মফম পুম্নদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈজরি ॥১৮৬॥

ঐ সন্ন্যাসিনীগী অরোনবা ফীজেং শেৎচিন্নবা নত্তে ঐ অতোপ্পগী লনথুম লৌদে। ঐ ধর্ম্মসঙ্করতাবু থক্ শন্দোক্তে। ঐ খুবম চেৎনা ব্রহ্মচর্য্যাব্রতবু ঙাক্তুন লৈজবি। ঐ লনাইগী ধর্ম্মদা লেঙদনা লৈরি ॥১৮৭॥

নিংথৌ! ঐদি ঐনা তৌখিবা রাশক্তুগী খুৎ নাম্ম লঙদে। রাখল বিচার তৌদনা করিগুম্বা অমতা কনাগুম্বা অমদা ঙ ঙদে। ঐনা ঙসি মহারাজগীসিদা লাক্চরিবসিসু য়াম্না মুন্না রাখল বিচার তৌরগা লাক্চরিবনি ॥১৮৮॥

মহারাজগী বুদ্ধি জ্ঞান পূম্নমক মোক্ষমার্গদা চঙত্রে হায়বসি ঐনা চৎলুবা মফম পূম্নমক্তা তাজে। অদুনা ঐনা মহারাজগী মঙ্গল ওইবত খনবী অমা ওইনা, মহারাজগী মফমদগী মোক্ষজ্ঞানগী মখুংগী তত্ত্ববু তাজনীংদুনা— খঙনীংদুনা লাকচবনি ॥ ৮৯॥

স্বপক্ষ পরপক্ষদগীসু কনাইগী ফগদবা রাফম অমত্তবু চু পায়গুম পায়দুনা পক্ষপাতিনী অমা ওইনা ঙাঙজবা নত্তে। মহারাজগী বাম্নবতা খন্দুনা ঙাঙজরিবনি। রা ঙাংবগী ব্যবসায় অমাদ ব্যায়াম তৌদনা

যথা শূণ্যে পুরাগারে ভিক্ষুরেকাং নিশাং বসেৎ। তথাহং তচ্ছরীরেঽস্মিন্নিমাং বৎস্যামি শর্ব্বরীম্ ॥১৯১॥
সাহং মান প্রদানেন বাগাতিথ্যেন চার্চ্চিতা। সুপ্তা সুশরণং প্রীতা শ্বো গমিষ্যামি মৈথিল ॥১৯২॥

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্যেতানি স বাক্যানি হেতুমন্ত্যর্থবন্তি চ। শ্রুত্বানাধিজগৌ রাজা কিঞ্চিদন্যদতঃ পরম্ ॥১৯৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি সুলভা জনকসংবাদে পঞ্চদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১৫॥

——:(:):——

---

মহাশান্ত ওইনা পরব্রহ্ম পরমাত্মাদা লুপত্তুনা লৈরিবা মী মহাক অত্তুনা মুক্ত ( জীবন্মুক্ত ) ওই ॥১৯০॥

নগরগী হাওলবা য়ুম অমদা সন্ন্যাসী অমনা অহিং অমত্তং লৈরম্বা অত্তুগুম্না ঐ ওসি অহিং অসিদা মহারাজগী ঈহাও হাওলবা, কাম ক্রোধনচিংবা কন্নিমতা লৈত্রবা হকচাংস্তুং অত্তুদা য়ায়ব্রেকনি ॥১৯১॥

মহারাজনা ঐবু য়াম্না ভরাম্ ভরাম্না তৌবরে। য়াহৈগী মশক ওইবা আতিথ্য ( অতিথি সেবা ) না ঐবু য়াম্না নুংনা তৌবিরে। মিথিলা মপু! ঐ মহারাজগী হকচাংগী মশক লৌরবা নীংথিজরবা য়ুমসিদা ওসি অহিং অসি লেন্গনি। অমুক হৌগৎতুনা চচ্চথিনি ॥১৯২॥

ভীষ্মনা হায়,— সুলভাগী অসিগুম্বা য়াম্না যুক্তিযুক্ত ওইবা বা অসিবু তাবদা জনক নিংথৌ অসি বা-ই মচেং অমতা মথা তদনা তুমিন্না লৈখি ॥১৯৩॥

সকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা সুলভা-জনক-সংবাদগী চহুমগা তরামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১৫॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ষোড়শাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

(ব্যাসনা মচা শুকদেবদা জ্ঞান তাক্‌পা)

## চহুমগা তরাতরুকুশুবা অধ্যায়

—·—:(০:——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কথং নির্ব্বেদমাপন্নঃ শুকো বৈয়াসকি পুরা। এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং পরং কৌতুহলং হি মে ॥১॥

অব্যক্তব্যক্ততত্ত্বানাং নিশ্চয়ং বুদ্ধিনিশ্চয়ম্। বক্তুমর্হসি কৌরব্য দেবস্যাজস্য যা কৃতিঃ ॥২॥

ভীষ্ম উবচ।

প্রাকৃতেন সুবৃত্তেন চরন্তমকুতোভয়ম্। অধ্যাপ কৃৎস্নং স্বাধ্যায়মন্বশাৎ বৈ পিতা সুতম্ ॥৩॥

ব্যাস উবাচ।

ধর্ম্মং পুত্র নিষেবস্ব সুতীক্ষ্ণৌ চ হিমাতপৌ। ক্ষুৎপিপাসে চ বায়ুং চ জয়ং নিত্যং জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৪॥

সত্যমার্জবমক্রোধমনসূয়াং দমং তপঃ। অহিংসাং চানৃশংস্যং চ বিধিবৎ পরিপালয় ॥৫॥

যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ! মমাংঙৈদা ব্যাসদেবগী মচা শুকদেবনা মতৌ করম্না বৈরাগ্যভাব ফংথবগে? ঐ মাসি য়াম্না তাজনীংঙি, তানাংবনসু য়াম্না লাঙতক্লরি ॥১॥

কুরুশাগৈদা অথোইবা ঈবুধৌ! তানীংলিবা বিষয়সিগা লোয়ন লোয়ননা ব্যক্ত অব্যক্তগী তত্ত্বসিংগা পোকপশিবা নাইদবা ভগবান্ নারায়ণগী চরিত্র অমগা য়াম্না তাজনীংঙি ॥২॥

ভীষ্মনা হায়,— মচা শুকদেবনা অতৈ ময়াম সাধারণনা চৌনরিবসিগুম্না লৈখোক্‌পা, অদুগা হজংহন্দা অমদগী অমবা, কোয়চং চৎতুনা লৈবদু উবদা ব্যাসনা মহাকপু ফাজিন্দুনা বেদ পুম্বা তম্বিখি, অদুগা মমল্ য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিখি ॥৩॥

ব্যাসনা হায়,— ঈবুঙো! নহাক ধর্ম্মগী আচরণ তৌদুনা লৈয়ু। কোয়চৎ চংকসু। ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্দুনা, অঙৌবা অশাবা, নিংথম্বা ওণাঙবা, অরাম খৌরাংবা, পুম্নমক অসিবু খাঙহনা, প্রাণবায়ুনা মনীংতমনা চানীং চানীংবা, হোম্নীং হোম্নীংবা অদু থিংহনা প্রাণবায়ুগী মথক্তা বিজয় ফংননবা, প্রাণবায়ুবু ভম্ননবা তৌ ॥৪॥

অচুম্বা ভাঙবা, ঈচম্ চম্বা লৈবা, শাউদবা, মীগী দোষ কুপ্প য়েংদবা, ইন্দ্রিয় খুদুম চন্বা, তপস্যা, অহিংসা নম্না (থৌজাল) অসিনচিংবা ধর্ম্ম কায়দনা ভাকউ ॥৫॥

সত্যোত্তিষ্ঠ রতোধর্ম্মে হিত্বা সর্ব্বমনার্জবম্। দেবতাতিথিশেষেণ যাত্রাং প্রাণস্য সংলিহ ॥৬॥
ফেণমাত্রোপমে দেহে জীবে শকুনিবৎ স্থিতে। অনিত্যে প্রিয়সংবাসে কথং স্বপিষি পুত্রক ॥৭॥
অপ্রমত্তেষু জাগ্রৎসু নিত্যযুক্তেষু শত্রুষু। অন্তরং লিপ্সমানেষু বালস্ত্বং নাববুধ্যসে ॥৮॥
অহঃসু গণ্যমানেষু ক্ষীয়মানে তথাঽয়ুষি। জীবিতে লিখ্যমানে চ কিমুত্থায় ন ধাবসি ॥৯॥
ঐহলৌকিকমীহন্তে মাংসশোণিতবর্দ্ধনম্। পারলৌকিককার্য্যেষু প্রসুপ্তা ভৃশনাস্তিকাঃ ॥১০॥
ধর্ম্মায় যেঽভ্যসূয়ন্তি বুদ্ধিমোহান্বিতা নরাঃ। অপথং গচ্ছতাং তেষামনুযাতাঽপি পীড্যতে ॥১১॥
যে তু তুষ্টাঃ শ্রুতিপরা মহাত্মানো মহাবলাঃ। ধর্ম্ম্যং পন্থানমারূঢ়াস্তানুপাসস্ব চ পৃচ্ছ চ ॥১২॥

---

অচুম্বগী মথক্ত খুবম চেংনা লৈয়্ম পূকচেল খোয়বা মরৈ মরা চাউবা থাদোক্তুনা ধর্ম্মগী মফমদা অনুরাগ ( পামশিন্‌বা ) তম্মু। দেবতাশিং অমসুং অতিথিশিংগী শরুক তম্‌থগা খরা লেমহৌবা শরুক অদো হিংনবগী সেবন তৌ ॥৬॥

ঈবুঙো! নংগী ঐগী হকচাংসে ঈপাকথক্তা কাব কোঙোল্‌গুম্বনি। মীকুপ্ত তাক্‌থগদবনি। হকচাং-পোল্‌ অসিগী মনুংদা জীব ( জীবাত্মা ) অসিনা উচেক অমগী মতৌগুম্না লৈরিবনি। চায়বা মক্কপ মপাংনি, মচা মশূনি হায়ংনা লৈমিন্নরিবশিং অসে হয়েংত্ত ভাইরে শক্‌ উনরোদোবা। নহাক্না জ্ঞান ঈতা তাদনা—নীঁওঙায়দনা তুমহনা লৈথোক্লিবা করিগীনো? ॥৭॥

নংগী য়েক্কবনা মীকুপ খুদিংগী তূম হীপ্প চাবদা নহাক্কী অকোম্বা অহোবতা য়েংহনা আক্রমন তৌশিন্-গদবগী ভাইহনা লৈরিবনি হায়না খঙঙু। হৌজিক্ত নংদি অঙাংনিনা করিমত্তা খঙদনা লৈথোকলি ॥৮॥

ননা সংসার অসিদা লৈগদবগী হুমিত্তো হুমিং খুথেক্তুনা পাংলু। পুন্নাশিগী ময়ুং অহুমহুম তেন্-শিল্লক্লি। করিগুম্বা মফম মতম অমদা পুনশিসে অসি ফাওবনি হায়হনা য়াংতুনা ইহনা থমগ্রবনি। মাহুদি ওসিন্না হয়েংলা হুজিকমকুলা খঙদে। নহাক থুনা য়াংনা চেন্‌থিত্রিবা করিগীনো? ( থুনা য়াঙনা নথো পাওথোক্‌ত্রিবা করিগীনো? ॥৯॥

নাস্তিকশিংনা মপোক অসিদা হুংভাইহৌরগা লোইরে, হয়েংমুক্কী মপোক হায়বা লৈতে হায়হনা শু ভোং শরুশিং অসিবু চাউথোক্লবা নোয়ননবা হোৎনরি। পরলোক ( মতুংগী মপোক্ ) কী দমক্তদি মখোয় নাচুংদে, নীওঙায়দনা তুমহনা লৈথোকই ॥১০॥

বুদ্ধিগী শুঙ্কংপগী ঈপাক্তা লুংথবা মী মহাক অহুদি ধর্ম্মবু ভত্তনা নিন্দা তৌই! হুমিংচুপ্পা কুমার্গ ( কত্তবা লম্বী ) ভদা মখোঙ কাঙ্কিল্লি। মাগী মরমদা করি অমুক হায়গনি। মাগা তিন্নরুবদগী মরাল্‌ লৈত্রবা কয়াম্ভ অন্নাবা থুদোংথাব ফ বা ভারিবনি ॥১১॥

মরম অহুনা ধর্ম্মগী কল্লবা শক্তিনা তিন্নবা মহাত্মা ওইরবা অহুগুম্বা মহাপুরুষনা হুমিংচুপ্পা ঈপেন্ ভ পেন্দুনা বেদবাক্যতদা পূক্নাং চঙহনা ধর্ম্মগী লীক্রমদগী খুবৈ নাম্মত লাম্মোক্তে। নহাক অহুগুম্বা মী অহুগী

উপধায় মতং তেষাং বৃদ্ধানাং ধর্ম্মদর্শিনাম্। নিয়চ্ছ পরয়া বুদ্ধ্যা চিত্তমুৎপথগামি বৈ ॥১৩॥
আত্মাকাঙ্ক্ষিকায়াবুদ্ধ্যা দূরে শ্ব ইতি নির্ভয়া। সর্ব্বভক্ষ্যা ন পশ্যন্তি কর্ম্মভূমিমচেতসঃ ॥১৪॥

সজ্ঞভি অমদি সেবাদা পুক্নীং চঙভ্রু, নংগী নথো মঙোন্দা হংঙ্ ॥ ২॥ অদুগুম্বা ধর্ম্মখঙবা মীশিংগী মত অদু খঙলগা, নহাক নশাগী বুদ্ধিগী পান্বিনা, নহাক নশাগী ফত্তবা লম্বীদা চৎলিবা পুক্নীং অদুবু খুদুম চন্-শিল্লু— লাকৃশিল্লু ॥১৩॥

হৌজিক হৌজিক্কী নুংঙাইবতবু ময়েংবা, মহাক্ন তৌগ্রিবা কর্ম্মদুগী মহৈ অদু য়ায়া রাংলি লাক্কদবা, হায়না খল্লোক্তুনা নীঙঙায়বা অকিবা নাচুংবা করিমতা তৌদনা তুমদুনা লৈখোক্লবা, অদুগা চাব য়াব য়াদবা করিমতা খান্নদনা অফং অফংবা পঙগাত চাশিন্‌বা অদুগুম্বা মবুদ্ধি লৈতবা মী অদুনা মাগী পুন্‌শিদা কর্ম্ম-ভূমি অসিগী মহত্বপূর্ণ ওইবা, হায়বদি— মমল্ য়াম্লবা শীংথানবা য়াবা লৈরিবা গুণ অদুবু উবা ফংলোই। ॥১৪॥ *

* পৃথিবী অসি কর্ম্মভূমিনি। অসিগুম্বী কর্ম্মভূমি ওইরিবী পৃথিবী অসিগ পোক্লরিবি অমরোমদা হায়-রগা য়াম্না তাঙনা ফংবনি। পৃথিবী অসি মঙ্গল বুধগুম্বা নত্তে, অতৈ অতৈগা পানক্লরবদি য়াম্না পীকপ্রবা কয়িসু লৈত্রবা উপগ্রহ অমনি হায়বা য়াই। জ্যোতিষশাস্ত্র খগোলবিদ্যাগী মতুংইন্না হায়রুরবদি আকাশতা তাউরিবা গ্রহ উপগ্রহ, নক্ষত্র তারাশিং অসিগী মন্নুংদা পৃথিবী অসিদি থোয়দিং মখায়মুক্ত চাউবা লৈন্নীক্ অমনি হায়বসু য়াই। থায়োনা কারুরবা মীনা পৃথিবী অসিদা হস্তনা য়েংলকপা মতমদা, ঐখোয়না ঐ-খোয়গী পৃথিবীসিদগী পীক্লবা থরাম্মীচাক্ অমা উবগুম উই। পৃথিবী অসিদা লৈরিবা তাইবংমী ঐখোয়-গুম্বদি লায়বু লায়রদুনা থাদ জীব লৈতে হায়রি অসিদগী হেল্লনা অতৈ গ্রহ উপগ্রহশিংদা জীব লৈক্লা লৈতত্রা হায়বসি থিনরি, থিনগদৌরি। অসুম্না থিনদৌরিবা জ্ঞানী বৈজ্ঞানিক জ্যোতিষশাস্ত্রগী মহাপণ্ডিতশিং থোয়দিং মখায়মুক্ত চাউরবা পৃথিবী কৌবা লৈন্নীক্ অসিদা পোক্পা ভাক্তনি। মাসি খল্লুবদা অস্তকৃপা, হয়াউবা, নুংঙাইবা, ঈশা ঈশাবু থাগচ্চনীংবা পোক্লোইদৌবা মী অমা লৈতে। হৌজিক হৌজিক বৃহস্পতি মঙ্গলনচিংবা গ্রহশিং অসিদা জীব লৈয়বসু লৈরিবশিং অদুনা ঐখোয়না খল্লিবা, তৌরিবা, থিরিবসিগুম্না মখোয়সু— ঐখোয়গী পৃথিবী অসিগী তত্ত্ববু থিগে, চংলুগে, য়েংলুগে হায়না খল্লিগত্রা ? তৌবশীদি শুক্র, বৃহস্পতি, ধ্রুব, বশিষ্ঠ··· অসিনচিংবসি পৃথিবীসিদ লৈয়রম্বা মহাজ্ঞানীমক্তনি। হৌজিক ভাওবা গ্রহগী মশাক লৌতুনা নোংমদোন্থক্ত লৈল্লিবনি, হায়নৈ। অদুবু মখোয়দা জীব শেম্নবগী বৈজ্ঞানিকশক্তি লৈত্রবয়া ? পীক্লবা উপগ্রহ পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মী কৌবশিং অসিনদি বিজ্ঞানগী পান্বিনা গ্রহ উপগ্রহশিং অসিদা য়োগদবগী হোৎনম্নি। ওম্বসু ওয়রক্লি। অদুনদি— অসুম্ খল্লিল্লুবদা পৃথিবীদা পোক্লরিবা জীব ঐখোয়সে য়াম্না লাইবক ফবনি। তাইবংমী ঐখোয়গী মন্নুংদা কনা কনাগুম্বনা গ্রহ উপগ্রহ অমগী রাদি লাপ্পরদুনা বিশ্ব ব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈরিবা অচচ্চন্ত জীব পুম্নমক্কীদমক্তা রাবিবা য়াওরি। বিশ্ব পুম্বগী শান্তি, হায়বদি

ধর্ম্মঃ নিঃশ্রেণিমাস্থায় কিঞ্চিৎ কিঞ্চিৎ সমারুহ। কোষকারবদাত্মানং বেষ্টয়ন্নানুবুধ্যসে ॥১৫॥
নাস্তিকং ভিন্নমর্য্যাদং কূলপাতমিব স্থিতম্। বামতঃ কুরু বিশ্রব্ধো নরং বেণুমিবোদ্ধৃতম্ ॥১৬॥
কামং ক্রোধং চ মৃত্যুং চ পঞ্চেন্দ্রিয়জলাং নদীম্। নাবং ধৃতিময়ীং কৃত্বা জন্মদুর্গাণি সংতর ॥১৭॥
মৃত্যুনাভ্যাহতে লোকে জরয়া পরিপীড়িতে। অমোঘাসু পতন্তীষু ধর্ম্মপোতেন সংতর ॥১৮॥

নহাক ধর্ম্মগী মথক ওইরবা সিড়ি মথক অসিদা মথং মথং কাথৎখিনবা হোৎনৌ। নহাক্তি হৌজিক অঙাংনিনা কন্ত্রং-তীল্না মতম খর খরা শাজিল্লকুনা মশা মশামথন্তবু কাজিন্ পুনশিঙ্গরকপন্থগুম্না নং নশানা নশাবু নোং নোংমগী কাজিঙ্গরি। মাসি নহাক নোংমতা খন্দে ॥১৫॥

মশানা নাস্তিক ওইরবা ঈশ্বরবু থাজদ্রবা, ধর্ম্মগী মানমর্য্যাদাবু থুগাইরবা, তোর্ব্বানবু নমথাইদুনা, কীন্থহন্দুনা হেন্‌বা ঈশিংগী শাফু কল্লবা ঈচেলগুম্বা, অতুগুম্বা ফজ্রবা মীশক অদুবু মরু ময়া য়াওনা ফুক্-তোকখ্রবা বাশাংগী মতৌগুম্না থাদোকপদা করিমত্তা চিংনগনু। অদুগুম্বা মীশক অদুবু থাদোকপদা পুক্নীংদা করিমত্তা চিংনবা তৌদনা খুদক্তা থাদোকউ ॥১৬॥

অপাম্বা, অশাইবা, মৃত্যু ( শিবা ) অদুগা ইন্দ্রিয় মঙাগী মশক ওইরবা ঈশিংনা থম্না লৈরবী বিষয়া-সক্তি ( বিষয়দা চঙশিল্লিবী ) গী মশক ওইবী তুরেল অদুবু নহাক্না সাত্ত্বিক বুদ্ধিগী মশক ওইরবা হি-থক্তা তোংদুনা লাম্থোক্লবা তৌ। অদুম তৌরবদি— পোকপ শিবগী মশক ওইরবা খুদোংচীবা মফমসিদা অমুক লাক্লরোই ॥১৭॥

সংসারদা লৈরিবা অচচচত্ত জীব পুম্নমক অসে মৃত্যু হায়বদুনা মীকুপ খুদিংগী থাজিল্ ফুজিল্লকপদুনা বৃদ্ধাবস্থা য়ৌরকপা অসিদা হকচাং অসি পো থোরক্কুনা লু-তোং পুম্না হীকথরকুনা শোকহরকপনি। অদুগা অহিংশিং অসিনা জীবপানবা খুদিংনক্কী পুনশিবু শিক্লি শিক্লি লৌশিল্লকুনা মাতুঙনা মখোংগী মহৈ য়ানবা ওইনা থঙ্গদুনা মতম লেঙ্গরি। অদুনা নহাক্না ধর্ম্মগী মশক ওইবী ঙিদা তোংদুনা তইবং ঈপাক অসি

বিশ্বশান্তি থিবিরি। থ্বাইদগী পীক্লবা পৃথিবীসিদা সুমিৎ থা থরাম্মচাক্লচিংবসিগী তত্ত্ব থিরি। অসিগুম্বী কর্ম্ম ভূমিগী পৃথিবীসিদা পোক্লগা কর্ম্মভূমিসিংক্কী মহত্ত্ববু খংহৌগে, মমল য়াম্লবা মপোক অসিগী তত্ত্ব থিহৌগে হায়না ঐ:খোয় মীওইবা অয়াম্বনা হোৎনরি। ব্রহ্মামরু ব্রহ্মলোক থাদোক্লুতা নরনারায়ণগী খুবম অমদি অনীগী হায়বদি—জীব ব্রহ্মগী তত্ত্ব থিবা লাকপসি বদরিকাশ্রমদনি। বদরিকাশ্রম হায়রিবসি পীক্লবা পৃথিবী অসিগী মথুংদনি। পুরাণগী বারীশিংনসু অসি ঙাক্তনি। বৈকুণ্ঠনাথ বিষ্ণুনা সত্ত্ব রজ তমগী করিগুম্বা লীলা ( কর্ম্ম ) অমত্তং তৌরমদাইদা কর্ম্মভূমি পৃথিবীসিদা হেক্তা লেঙথরকই। "তদাত্মানং সৃজাম্যহম্" হায়রিবসি অতৈদা নত্তে, পৃথিবী অসিদনি। মাসি পুম্নমক থঙ্গুবদি পৃথিবীসিদা মী ওইনা পোক্লরিবা অসি তন্নাই-তন্নাইবা থবক নত্তে। ( কালাচাঁদ )

তিষ্ঠন্তং চ শয়ানং চ মৃত্যুরন্বেষতে যদা। নির্বৃত্তিং লভতে কস্মাদকস্মান্মৃত্যুনাশিতঃ ॥১৯॥
সঞ্চিন্বানকমেবৈনং কামানামবিতৃপ্তকম্। বৃকীবোরণমাসাদ্য মৃত্যুরাদায় গচ্ছতি ॥২০॥

লাম্বোক্লবা তৌ ॥১৮॥ * নংনা তূমহৌনা লৈরিঙৈদসু, হৌগংতুনা লৈরিঙৈদসু মৃত্যু হায়বীহৌনা নংবু চপ-তুনা পুথিগদবগী লুমহৌনা কোয়িন্ ইম্মহৌনা লৈরিবনি। অসুম ভৌহৌনা মৃত্যু কৌবী হিংচাবী'সনা নহাকপু মথয়াত্তা লংশিন্দুনা চাথোকখিগদবগী নতুংদা অহিংদা কোহিন্ ইহৌনা লৈরি। মাসিদা নহাক্লা নীঙঙায়বা লৈত্তনা করিসু থৌশাদনা লৈথোক্লিবসি করিগীনো? ॥ ৯॥

তাইবং মীওইবনা, বাইবং জীবনা স্নুমিংথুদিং বিষয়-ভাক তৌরি, সম্পত্তি কয়া তাল্লি। পেন্বা কৌব-ভদি মরৈখিদ্রে। অহৌম্বা পেন্দবা লৈরিঙৈহৌদা, অহৌগা পেন্নবগী মথল মথা চথরিঙৈদা, কৈনা হাও হামেং-মচাবু লুশনদা লাক্কুনা পুথিবা— চাথোকখিবহৌগুম্না, মৃত্যুনা তাইবংজীববু নংরোন্দগী চংশিল্লক্কুনা মাপ্পী থয়াত্তা লংশিল্লি ॥২০॥

* স্নুমিৎ থুদিংগী তোঙান্ তোঙাম্বা মথেল মহাউগী অচা-অথক্ক চাহৌনা থক্কুনা লৈরি। মরূপ মপাং, স্নুংশিনবা মমা মপা, মচা মশূশিংনা পূম্কোয় কোয়শিন্দুনা পূক্লীং তেকথৎনা নোয় পেন্দুনা লৈরিহৌসিমক্তদা ইন্দ্রিয়শক্তিন অম্মুম শোম্থরক্লিবা, লু ভোং উন্শানচিংবনা অসুম পথরক্লিবা, চীক্থরক্লিবসিনা করিগীনো? মাসি খল্লকম অমনি; অহৌবু কনামতনা খল্লনিদে। হৌজিক হায়রিবা — চাব-থকপগী হেদো চরাও কাবগী থবক অসি তৌরিঙৈদা মাহৌ গল্লুনা শংদে। স্নুমিংথুদিংগী তক্তনা ফুজিল্লক্লবদা হকচাংনা পোৎপোত্নকপা, শিথরকপা হায়বসি হৌনশানি। হেক্ পোক্পা স্নুমিত্তুগী ফঁরক্লিবনি। অহৌনা হকচাংদা খোঙ খুত্তা ঈ চঙঙকপনি, শিথ পঙথরকপনি। ফূরিবসিদি কনানো হায়বা কনা অমতনসু খল্লদে। মরমদি — য়াম্না কল্ল ফূমক্কপদা চৈনা থাঙবা ওমদহৌনা— কংতুনা লাউহৌনা খিগংতুনা লৈরিঙৈহৌদা অফূবা মী অসি কনানো? করিগীনো? হায়বা খন্বা শংদবা, খন্বা নংহৌদবা অহৌননি। ফূরিবা মীশকসি অতৈ কনসু— মৃত্যু কৌবী অহৌনি। মৃত্যু কৌবী মীহাংপী ওসিনা— ফূকম চাদনা ফূরুবদগীসু কনা কনাঙনা মৃত্যুগী থুংথা অহৌক্তা মথরায় থাবসু য়াওব্রি। স্নুমিংথুদিং অসুম থয় থল্লা ফূবকপহৌনা চহী মরিফু মরিফুতর গী অহৌম্নাইগী অবস্থা যৌরকপদা — হকচাং পুম্নমক অসি পূমতেক্ তেক্খিহৌনা লেঙথৎ কাঙৎপা কাওবা ওমদনা কপ্লাক্ থাংবা য়াদহৌনা - ওমদহৌনা চৈশু পায়হৌনা চংলকলি। মাসি মৃত্যুনা ফূরকপদগীনি। স্নুংশিন্নবা মচা অহৌবু মৃত্যুনা পুথিবদা— শিরবদা, মমা মপা ওইবশিং অহৌনা— চোংলি, লাউরি, কপলি, রাম্হৌরি। মাহৌসু মৃত্যুনা ফূবদগীনি। কপ লাউবা, নোক থেবহৌনা কায়নবা তিম্নবগী চৈনা অহৌনা হকচাং অসি নোংম নোংমগী শোম্থহল্লিবা অসি মৃত্যু হায়বীহৌনা— মানা হয়েং পুবদা থল্লা য়াংনা থোক্লনবা হোংনজবনি। অহৌম্না— স্নুমিংথুদিং মৃত্যুভগা লোয়নরিবনি।

( কালাচাঁদ )

ক্রমশঃ সংচিন্তশিখো ধর্ম্মবুদ্ধিময়ো মহান্।　অন্ধকারে প্রবেষ্টব্যং দীপো যত্নেনধার্য্যতাম্ ॥২১॥
সম্পতন্দেহজালানি কদাচিদিহ মানুষে।　ব্রাহ্মণ্যং লভতে জন্তুস্তং পুত্রপরিপালয় ॥২২॥
ব্রাহ্মণস্য তু দেহোঽয়ং ন কামার্থায় জায়তে।　ইহ ক্লেশায় তপসে প্রেত্যত্বনুপমং সুখম্ ॥২৩॥

ব্রাহ্মণাম্বহুভি'বাপ্যতে তপোভিস্তল্লব্ধানরতিপরেণ খেলিতব্যম্।
স্বাধ্যায়ে তপসি দমে চ নিত্যযুক্তঃ ক্ষেমার্থী কুশলপরঃ সদা যতস্ব ॥২৪॥
অব্যক্তপ্রকৃতিরয়ং কলাশরীরঃ সূক্ষ্মাত্মাক্ষণত্রুটিশোনিমেষরোমা।
ঋত্বাস্যঃ সমবলশুক্লকৃষ্ণনেত্রো মাসাঙ্গোত্রব'তিবয়োহয়ো নর'ণাম্ ॥২৫॥

---

সংসারগী মশক ওইরবা মম্নবা লোকুহুংসিদা নহাক্না করিগুম্বা চঙপ্রগদবা মরৈরবদি— ধর্ম্মবুদ্ধিতগী মশক ওইরবা মৈরাহু য়'ম্না চোক'শিন্না পায়যু। বুদ্ধিগী মশক ওইরবা মৈরাগী মৈরী অহুসু মূৎথিদবা ঈভৎভত্তনা মৈরী খোক্না চাক্কুনা লৈগদবনি ॥২১॥

ঈবুঙো! জীব ( জীবাত্মা ) অসিনা তোঙান্ তোঙান্বা মওং মতৌগী হক্চাংদা চংঙক্লুনা পোক্লারি। মতা চারুবদগী তাইবংমীগী হক্চাংদা চঙঙক্লুনা, অমুকসু ব্রাহ্মণগী হক্চাংদা চঙঙক্লুনা পোক্লারি। পোক্লরব-মিনা ব্রাহ্মণগী মথৌ চ চানা তৌ ॥২২॥

ব্রাহ্মণগী হক্চাংদা জীবসিনা চঙলক্লিবসে সংসারগী বিষয়ভোগ ভৌরুগে হায়বগীদমক্ত নত্তে। জীবনা ব্রাহ্মণগী হক্চাং অসিদা চঙঙকপ'দি অরাবা খুদোংথীবা কয়া থাঙহনা তপস্যা তৌরুগে হায়বগীদমক্লি। অদুগা শিরবা মতুংদা চাংদম্নীংঙাই লৈত্রবা স্বর্গগী মুংঙাইবা ফংঙুগে হায়বগীদমক্কনি ॥২৩॥

মপোক মতম য়াম্না চঙনা তপস্যা তৌরবা তুংদা ব্রাহ্মণ ওইবগী হক্চাং অসিবু জীব অসিনা ফংঙ-রিবনি। ফংঙমদবসিবু ফংলগা অরেম্বা বিষয়গী ভোগ-বিলাসদা মাঙহন্বা শীজিন্নবা চুমদে। মরম অদুনা নহাক্না নশাগী মঙ্গল ওইবা, য়াইফববু পাম্নবদি— মঙ্গল পীনহৈবা, ধর্ম্মগী মরম ওইবা, শুভকর্ম্মদা পুক্নীং চঙঙু। কোয়চৎ চৎতুনা লৈগদবগী শরুকপুদি স্বাধ্যায় বেশাস্ত্রগী তত্ত্ববু তম্বা নৈনবা ) দা পুক্নীং থিংঙিন্নু, মাহু তৌন তৌনা মপুংফানা ব্রহ্মচারী ওইনা ইন্দ্রিয় থুহুম চন্গদবনি ॥২৪॥

তাইবং মীওইবগী পুন্শিগী মশক লৌরবা শগোল অ'সি য়াম্না কম্না অহিং মুংথিল থাক্কনা চেল্লি। মহাক্কী স্বভাব ( শাক্লং ) অসি অব্যক্ত ( ফোঙদোক্তবা— মশক উহন্দবনি )। মীকুপ-নাহুম্নচিংবা··· পীক্ন পীক্নবা মতমগী শরুক্না পুনশি কৌবা শগোল মহাক্কী হক্চাং শাগৎলক্লিবনি। মাগী মশক মওং অসি য়াম্না কুপ্না পীক্না লৈবনি। মীকুপ নাহুম্নচিংবা কুপ্ন কুপ্নবা শরুকশিং অসিনা পুনশি ( আয়ু ) কৌবা শগোল মহাক্কী তু অমম্নমনি। ঋতুশিং অসিনা মহাক্কী চীলনি। মপাঙ্গল চপ মান্নবা শুক্লপক্ষ কৃষ্ণপক্ষ অমীনা মহাক্কী মীৎ অনীনি। থা থা অমমম্না মহাক্কী হক্চাং কায়াৎ অমমমনি। পুনশি কৌবা শগোল অসি অকিবা ফংন', শারু কম্না, কনাগুম্বা করিগুম্বা অমতনা অথিংবা অপনবা পীঙমদনা, কমা অমতবু হম্না য়েংঙমদনা

তং দৃষ্ট্বা প্রসৃতমজস্রমুগ্রবেগং গচ্ছন্তং সততমিহাব্যপেক্ষমানম্ ।
চক্ষুস্তে যদিন পরপ্রণেতৃনেয়ং ধর্ম্মে তে ভবতু মনঃ পরং নিশাম্য ॥২৬॥
যে চাত্র প্রচলিতধর্ম্মকামবৃত্তাঃ ক্রোশন্তঃ সততমনিষ্ঠসম্প্রযোগাঃ ।
ক্লিশ্যন্তঃ পরিগতবেদনাশরীরাবহ্বীভিঃ সভৃশমধর্ম্মকায়নাভিঃ ॥২৭॥
রাজা সদা ধর্ম্মপরঃ শুভাশুভস্যগোপ্তা সমীক্ষ্য সুকৃতিনাং ।
বহুবিধমপি চরতি প্রবিশতি সুখমনুপগতং নিরবদ্যঃ দধাতিলোকান্ ॥২৮॥

---

চেল্লি । মাসিবু উর-খওকগা নহাক্কী জ্ঞানদৃষ্টি অতনা করিগুম্বা অতোপ্পা বিষয় অমনা নাকল অমদা হৈথ-দোকপা ওয়রোইদোবা, অদু ওইরবদি— নপূক্লীংদো ধর্ম্মগী মায়গৈরোমতদা চঙশিলহন্নু । অদুগা নহাক নশা-মকন্থ ধর্ম্মাত্মা ওইবা সাধব সন্তশিং অদুবুম্থ য়েংঙু ॥ ৫—২৬॥ *

ধর্ম্ম কর্ম্মদগী মমায় লৈথোরক্রবা, মহাক্র থোকপা পওতৌ ত তৌরবা, মীগী রা-ত্ত ওাওহনা, মীগী অশোয়বত্তা থিহুনা নিন্দা তৌবা, মী'গী মাওনবা থবক্তদা হৈনরবা, অদুগুম্বা ফজ্রবা মী মহাক অদুদি শিরম্, দাই মতমদা অরাবা চৈনা কয়া থাওহনা, শিরবা তুংদন্থ পাপকর্ম্মশিং অহনা মরম ওইহনা ফজ্রনা দেহদা চওখিহনা অরাবা মখল মখা ফংওুই ॥২৭॥

মতম পুম্বদা ধর্ম্মতদা পূক্লীং চওবা, খ্বাইদগী হেন্‌বা, মরক্কী অদুগা য়াম্না হন্থগ্রবা প্রজাশিংহুবু মাগী মাগী

* পুন্‌শিবু শগোলগা প্রমাণ তৌরি । শগোলবু বেদগী লোন্দা ( সংস্কৃত লোন্দা ) অশ্ব কৌই । শ্ব হায়বসিগী অর্থদি "হয়েং" হায়বনি । অতনা অশ্ব হায়বগী অর্থনি— হয়েং হায়বদু ওইররোইদোবা, হয়েং ফাওবা লৈররোইদোবা হায়বনি । হয়েং ফাওবা, হোরেল ফাওবা লৈখিনি থন্দুনা— থবক তৌরম্বা, ওাও-লম্বা শক্লম্বা মী কয়া কয়া হয়েং হোরেল ফাওবা, মশানা মশাবু উবা নংহৌদনা চৎনগ্রবনি । চৎগ্রিবা মথোয় মশান্থ খওদে- লৈহৌরিবা ঐথোয়ন্থ খওদে । লৈহৌরিবা ঐথোয়ন্থ মহোয়দৌনা হয়েং হোরেল ফাওবা লৈখিনি হায়না অন্থম্ মখল্লি । পোকপদগী হৌজিক লৈরিবা পুংকম মীকুপসি ফাওবগনি— ঐথোয়গী পুনশি হায়বনু । ঐথোয়গী পুনশিগী অশাংবদি লৈরিবা মীকুপ অসিদগী অতোপ্পা মথং মীকুপ, মথং অমদু ফাওবরা··· হায়বসি কনা অমতনা হায়বা ওম্বা নত্তে । চৎগ্রিবা শিগ্রিবশিং অসি হোরেল ফাওবা লৈখিনি হায়না থল্লম্বা ওাক্তনি । লৈহৌরিবা ঐথোয়ন্থ অদুম্না থন্দুনা মরৈরি । জগত্তা খ্বাইদগী ওকপদি মাসিনি । পুনশিগী মশক ওইরবা শগোল অসি হৌজিক মুংশিংকী মমাং থাহনা চেল্লি । য়াম্না কম, য়াম্না থুনা উরু-রু রু— লৈরবদি চক্র ( চাকা ) অদু থুনা লৈশিনখিবদগী— উংখিবদগী ঈরৈ লৈদবা মকম অমতদা লৈবা ওইনা উই । ওসাই উখিবা ঈশক অসি হৌজিক উরিবা অসিগা ঈহোং হোংদম্বগুম উরিবসি, পুনশিগী মীকুপ নাহমশিং অসিনা য়াম্না হোংমনখিবদগী— ঈহোং হোংদমগুম ঈকয় কায়দবগুম্ উবনে । অদুনা, পুনশিগী ঈচেম্না মহেক্লে খ্বাইদগী কম য়াওনা চেন্‌বসি । ( কালাচাঁদ )

শ্বানোচ্ছীষণকায়া অযোমুখানি বয়াংসি বলগৃধ্রকুলপক্ষিণাং চ সংঘা।
নরকদনেরুধিরপাগুরুবচনমুদমুপরতং বিশসন্তি ॥২৯॥
মর্য্যাদানিয়তাঃ স্বয়ম্ভুবা য ইহেমাঃ প্রভিন্নত্ত্রিদশগুণা মনোঽনুগত্বাৎ।
নিবসন্তি ভৃশমসুখং পিতৃবিষয়বিপিনমবগাহ্য স পাপঃ ॥৩০॥
যো লুব্ধঃ সুভৃশং প্রিয়ানৃতশ্চ মনুষ্যঃ সততনিকৃতিবঞ্চনাভিবক্তিঃ স্যাৎ।
উপনিধিভিরসুখকৃৎস পরমনিরয়গো ভৃশমসুখমনুভবতি দুষ্কৃতকর্ম্মা ॥৩১॥
উষ্ণাং বৈতরণীং মহানদীমবগাঢ়োঽসি পত্রবনভিন্নগাত্রঃ।
পরশুবনশয়ো নিপতিতো বসতি চ মহানিরয়ে ভৃশার্ত্তঃ ॥৩২॥

মহা পদানি কৎথসে ন চাপ্য বেক্ষসে পরম্।　চিরস্য মৃত্যুকারিকামনাগতং ন বুধ্যসে ॥৩৩॥

---

গুণ দোষ অদুগী মতুংইন্না, য়াম্ন, কূপ্ন বিচার তৌদ্রুনা শেন্নরিবা রারক্ রাত্তেন্নিবা নিংথৌ অদুদি, পুণ্য চেল্লবা পুণ্যাত্মা ওইরবা, মহাত্মাশিংদুনা কংলিবা পুণ্যধাম অদুদা চংথি। অদুগা মশামক্তা মশাগী মঙ্গল ওইনবগী দমক্তা শুভফল-ত তৌরবদি অচম্বা অমনা ফংওমদ্রবা, দোষ করিমতা লৈতবা, মুংতাইবা অদুবু লায়না কংবা গুম্মি ॥২৮॥

ওঝা গুরুগী পাউতাক য়াথং লৌদবা, মী মহাক অদুদি শিরবা তুংদা, নরকতা চংখিদুনা (তাখিদুনা) অক্কিবগী মশক পুরবা, থৌরবা হুই, মচীন্ য়োৎ-শাবা চাউরবা উচেক্, কাক লাওজানচিংবা হিংসা তৌগুম্বা উচেকশিংগী মকমদগী অত্যাচার (ওৎপ নৈব) কয়া কয়া কংত্তি। মখোয় মখোয়গী থৌরবা ময়ানা মচীন্না, খুজীন্না, নরক তারবশিংদুগী হকচাং ক্যায়াৎ পুম্বা চীকৃথংলি, থিনগাই. নোয়হংলি ॥২৯॥

শাস্ত্রগী বিধি য়াথং তাক্তুনা মানা থোকপতা তৌবা, স্বায়ম্ভুমনুনা কক্তুনা থমগ্রবা ধর্ম্মগী নীতি মর্য্যাদা ভরা অদুগী পন্‌বু থদৎপা পাপী অদুদি পিতৃলোককী অসিপত্রবন (মনা অমমমনা থাঙশাং অমমমগী মতৌগুম্বা থৌরবা শাংলবা উপাম্বীতনা থল্লবা বন— উমং) দা চঙথি লৈখিদুবা অম্নাবা খুদোংথীবা কয়া কয়া কংত্তি ॥৩০॥

য়াম্না কা হেন্না পামশিন্‌বা, অয়ানবা চুমদবা থবক্তা পুক্নীং চঙবা, প্রেম তৌরুবা, মুমিংচুপ্পা নমথাক লৌনমগী রাভাও ভাওবা, মীওোম্দা য়াম্না ঠক (থোক) ঠাক তৌবা, ওস্তোক ওস্তোকপা নত্তবা ভাক্ত তৌশিন্‌বিদুনা হায়জিনবিদুনা মীশিংদা য়াম্না অরাবা পীবা— অত্যাচার তৌবা, অদুগুম্বা পাপচেল্লবা মখোয়শিংদুদি নরকতা অরাবা মথল মথল কংত্তি ॥৩১॥

পাক্ চাউরবী বৈতরণীগী শারবা ঈশিংদা চুপ চুপ লুপ্পা তাই। যমপুরগী অসিপত্রবনদা মশা অম্ত ঈহং নাইহং শানা হোগায় থিনগাই। পরশুবনদা (শীংজংগী বনদা) হীপ্পি তুম্মি। অসুম তৌদুনা যমপুরদগী মহানরকতা তাদুনা ওমথৈ লৈতনা অরাবা কয়া কয়া নংবা তাই। তমথীরবা মকম অদুদা ঈয়ৈ লৈনীংদনা নমদুনা লৈবা তাই ॥৩২॥ ব্রহ্মলোক জীবলোক অসিনচিংবগী অচৌ অচৌবা রা (রাজাউ) কয়াদি

প্রয়ায়ভাং কিমাস্থতে সমুত্থিতং মহৎভয়ম্। অতি প্রমাথি দারুণং সুখস্য সন্বিধীয়তাম্ ॥৩৪॥
পুরা মৃতঃ প্রণীয়তে যমস্য রাজশাসনাৎ। ত্বমন্তকায় দারুণৈঃ প্রযত্নমার্জবে কুরু ॥৩৫॥
পুরা সমূলবান্ধবং প্রভুর্হরত্য দুঃখবিদ্। তবেহ জীবিতং যমো ন চাস্তি তস্য বরাকঃ ॥৩৬॥
পুরাভি বাতি মারুতো যমস্য যঃ পুরঃসরঃ। পুরৈক এব নীয়সে কুরুষ্বসাম্পরায়িকম্ ॥৩৭॥
পুরা স হি ক এবতে প্রবাতি মারুতোহন্তকঃ। পুরা চ বিভ্রমন্তি তে দিশো মহাভয়াগমে ॥৩৮॥
শ্রুতিশ্চ সংনিরুদ্ধ্যতে পুরা তবেহ পুত্রক। সমাকুলস্য গচ্ছতঃ সমাধিমুত্তমং কুরু ॥৩৯॥
শুভাশুভে পুরাকৃতে প্রমাদকমবিপ্লুতে। স্মরন্ পুরা ন তপ্যসে নিধৎস্বকেবলং নিধিম্ ॥৪০॥

---

নহাক্ন! ঙাওলি। ঙাওবদগী হেন্না অথোইবা খুভমতুদি নহাক্না উত্রি। মতুংদা মৃত্যু ( শিবা ) হায়বী অদু লাক্লে হায়বগী খুওহনবা বৃদ্ধ'বস্থাংগী মরমদদি নহাক্ন' থোইনা খল্লুত্রি উরুত্রি ॥৫৩॥

ঈবুঙো। নং করিগী তুমিন্না কমদুনা লৈরি? হৌগৎলু চেম্থোকউ, নহাকী থদোই হকচাংবু নৈহৎপা শাথিনা অকিবা ফংলবা থোদোক্ কয়া নথক্তা ত'রক্লে, তারক্লি। অদুনা থুনা য়াঙনা চেম্থোকহৌ, অকি-অখং করিমতা খওঙমদবা পরমপদ ( অথোইবা মফম ) অদু থিহৌ ॥৩ ॥

শিরবা তুংদা নহাকপু যমরাজগী রাজত্তশিংনা নিংথৌ মাগী মফমদা পুশিন্‌গদবা মরৈরে। পুশিন্-ত্রিবৈ অসিদা, লৌথুপ লোকোই লৈতনা পুক্চেল শেংনা, ধর্মগী আচরণ শেংনা তৌহৌ ॥৩৫॥

যমরাজদি পুন্নমক্তী মপুনি। জাতি বিজাতি খায়বা মঙোন্দা লৈতে। কনানা চৈনা ফংখিবা, কনানা লুংঙাইবা ফংখিবা··· মহাক করিমতা নাচুংবিদে। নহাকী শাগৈ মাতৈ মরূপ মপাং পুন্নমকপু মহাক্না পুদুনা চৎখিগনি। মহাকপু কনা অমতসা থিংবা ঙাকথোকপা ঙম্মোই। মহাক অদুনা লাকৃত্রিঙৈদা নশা বদ্নবা হোৎনজহৌ ॥৫৬॥

যমরাজগী মাঙ্ থানা চৎকনৌরিবা অকিবগী মশক ফজবা, কাংলগী মশক ওইরবা নুংশিংনা হুম্‌জিল্-লকুনা নংবু চেন্নদুনা মফম অদু তান্না পুত্রবৈগী মমাঙদা, পরলোক ( মতুংগী মপোক ) তা লুংঙাইবা ফংহনবা ধর্মদো নহাক হৌজিক্তগী চৎহৌ ॥৩৭॥

নহাম্নুক্তী মপোক পূর্ব্বজন্মদা নহাকী প্রাণবায়ুবু পুখিবা মহাবায়ু কৌবা শাফু কল্লবা দুংশিৎ অদো হৌজিক কদাংদা চৎগ্রে? মাদো অমুক নহাক্তী মৃত্যুগী মতমদা হুম্মকৃখিগনি। মহাক্না হুম্মকৃত্রিঙৈদা—মাঙজৌননা চোকশিলহৌ ॥ ৮॥

ঈবুঙো। হয়েং নহাক্না হকচাং অসিবু থাদোক্তুনা চৎলমদাই মতম অদুদা নহাকী শ্রবণশক্তি ( তাবগী শক্তি ) সু করিমতা লৈত্ররোই। নশাদা কংবা চৈনাথোন্না মপান্দা মীনা ঙাওবা শকপা, কপ্প লাউবা অমত্তা তাপ্ররোই। মাদু থোকত্রিঙৈদা হৌজিক্না সমাধি তৌহৌ। অমনা ঙাওবা শকপদো করিমতা ভাবিদবা খঙবিদবগী যোগসাধনদো তৌহৌ ॥৫৯॥ অহানবদা নহাক্না চোকশিলহৌদবনা হৌনদবা খবক তৌখিবদো

পুরা জরা কলেবরং বিজর্জরী করোতি তে। বলাঙ্গরূপবারিণী নিধৎস্ব কেবলং নিধিম্ ॥৪১॥
পুরা শরীরমন্তকো ভিনত্তি রোগসারথিঃ। প্রসহ্য জীবিতক্ষয়ে তপোমহৎ সমাচর ॥৪২॥
পুরা বৃকা ভয়ঙ্করা মনুষ্যদেহগোচরাঃ। অভিদ্রবন্তি সর্ব্বতো যতস্ব পুণ্যশীলনে ॥৪৩॥
পুরান্ধকারমেককোঽনুপশ্যসি ত্বরস্ব বৈ। পুরা হিরণ্ময়ান্ নগান্ নিরীক্ষসেঽদ্রিমূর্দ্ধনি ॥৪৪॥
পুরা কুসঙ্গতানি তে সুহৃন্মুখাশ্চ শত্রবঃ। বিচালয়ন্তি দর্শনাৎ ঘটস্ব পুত্র যৎপরম্ ॥৪৫॥
ধনস্য যস্য রাজতো ভয়ং ন চাস্তিচোরতঃ। মৃতং চ যন্ন মুঞ্চতি সমর্জয়স্ব তৎধনম্ ॥৪৬॥
ন তত্র সংবিযুজ্যতে স্বকর্ম্মভিঃ পরস্পরম্। যদেব যস্য যৌতকং তদেব তত্র সোঽশ্নুতে ॥৪৭॥
পরত্র যেন জীব্যতে তদেব পুত্র দীয়তাম্। ধনং যদক্ষরং ধ্রুবং সমর্জয়স্ব তৎ স্বয়ম্ ॥৪৮॥

---

মাহুগী নীংশিংলুবগী অঙ্গুতাপকী মৈনা চাক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা মাহু কোক্সনবা জ্ঞান অসে তান্শিন্লহৌ ॥৪০॥

য়েংঙ্., হকচাং, পাঙ্গল, শক মাঙহনবা বৃদ্ধাবস্থা কৌবীনা হুমিংখুদিং শিক্লি শিক্লি দংগী হকচাংবু চপ্-শিল্ খুইজিলহল্লকলি। নোংমদি শিংগুপ শানা থুদেক্লবহিনি, থবক (থৌদোক) অসি থোকত্রিঙৈগী মমাঙদা জ্ঞান পূগৈ থন্না হাপহৌ ॥৪১॥

রোগ (লায়না) না মাগী সারথি ওইবা অহুগুম্বা কালনা নহাক্কী হকচাংসিবু থিন্গাইরথিনি। মাহু থোকত্রিঙৈগী মমাঙদা খুকউ শেন্ন তপস্যা তৌহৌ ॥৪ ॥

তাইবংমীগী হকচাংসুংদা লৈরিবা কাম ক্রোধনচিংবা অসিনা, অকিবগী মশক কংলবা কৈ অমগী মশক ওইনা, হকচাং-শারুং মসুংদগী চোংথোরকুনা মাংগৈ মরিদা ঙংহুনা শারংসিমক্তদা আক্রমন তৌরি। অহুনা আক্রমন অসি লাকত্রিঙৈদা পুণ্যকর্ম্মমক্ত তৌহৌগদবনি ॥৪৩॥

শিরমদাইগী মতমদা মায়গৈ মরি পুম্মম্ মম্মকপসি নহাক্না অহানবদা উগনি। অহুদগী ওহাক লৈরগা অমম্বহুগী মসুংদা রাং চাউরবা চিংহুম অমা উগনি। চীংহুমহুগী মথক্তা সনাগী উপাম্বীমক্ত হৌবা উগনি। তাক্সা অহু য়ৌরবদি খুকউ শেন্নো। অকবা রাথল থম্নবা তোংনৌ মশাগী মঙ্গল ওইনবা তৌহৌ ॥৪৪॥

সংসার অসিদা ফত্রবা মীশিংগী সঙ্গ, মপাম্বোংদনা মরূপ শাবা, মনুং মনুংদনা য়েক্লবা ওইবা, অহুগুম্বা মীশক উরগা, উবতদা নহাকপু নহাক্কী নথৌদগী নাম্বোকহল্লকনি, মাহুদা পুক্নীং চঙহন্নোই। অহুগুম্বা মীশক্তু উনত্রিঙৈগী মমাংদা পুণ্য তান্শিনহৌনবা তৌ ॥৪৫॥

নিংথৌনা মৎখিনি মুন্থিনি হায়নসু রারোইদৌবা, মৎখিবা মুন্থিবসু ওম্মোইদৌবা, হুরানবনসু হুবা ওম্মোইদৌবা, শির.কাওবদা.জীব (জীবাত্মা) ঐগা থানরোইদৌবা অহুগুম্বা ধর্ম্মগী মশক ওইবা লনদো--ঐখোয়না তানহৌগদবনি ॥৪৬॥

মহাক্না তৌখ্রিবা কর্ম্মশিং অহুগী মহৈদি হুয়েং পরলোকতা অমগমগা য়েন্নহন্দা চামন্নবা থক্ য়ারোই। মকম অহুদদি মাগী মাগী মমমদগী পুরক্পা চেংজেল অহু অমনা অমবু য়েংনদনা থোক্ থোক্নুনা চান্নে।

ন যাবদেব পচ্যতে মহাজনস্য যাচকম্। অপক্ব এব যাবকে পুরা বলীয়সেত্বর ॥৪৯॥
ন মাতৃপুত্রবান্ধবা ন সংস্তুতঃ প্রিয়োজনঃ। অনুব্রজন্তি সঙ্কটে ব্রজন্তমেকপাতিনম্ ॥৫০॥
যদেব কর্ম্ম কেবলং পুরাকৃতং শুভাশুভম্। তদেব পুত্র সার্থিকং ভবত্যমুত্র গচ্ছতঃ ॥৫১॥
হিরণ্যরত্নসঞ্চয়া শুভাশুভেন সঞ্চিতাঃ। ন তস্য দেহ সংক্ষয়ে ভবন্তি কার্য্যসাধকাঃ ॥৫২॥
পরত্রগামিকস্য তে কৃতাকৃতস্য কর্ম্মণঃ। ন সাক্ষি আত্মনা সমা নৃণামিহাস্তি কশ্চনঃ ॥৫৩॥
মনুষ্যদেহশূন্যকং ভবত্যমুত্র গচ্ছতঃ। প্রবিশ্য বুদ্ধিচক্ষুষা প্রদৃশ্যতে সর্ব্বশঃ ॥৫৪॥
ইহাগ্নিসূর্য্যবায়বঃ শরীরমাশ্রিতাস্ত্রয়ঃ। ত এব তস্য সাক্ষিণো ধর্ম্মদক্ষিণঃ ॥৫৫॥

---

ঈবুঙো ! পরলোকতা নংগী জীবিকা ওইরুগদবা, পরলোক ফাওবদা কায়দনা লৈরমগদবা লন্ অদো তান্‌শিল্লু, দান তৌবা ভারবস্থ মাত্থ ত তৌ ॥৪৭—৪৮॥

ঈকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা অতিথিবু পীজনবা হৌরিবা তল অহু হৌবা লোইদ্রিঙৈদা নহাক্কী মৃত্যু হায়বহুদি লাকপা অহুম মম্মারিবনি। অহুনা খুদক্তা জ্ঞানগী মশক ওইরবা লল্ অসি হৌজিক্কুগী তান্‌শিন্‌বা হৌ — ফংনবা হোৎনহৌ ॥৪৯॥

পরলোক ভাম্না জীবনা চংখিবসে কনাসু কনাসু য়াওখিদবনি, মথন্তুনি। ঈচীক্ চীক্ল চংখিবা মতমহুদা মাতা পিতা, ভাই বোন, বন্ধু বান্ধব, মচীস্ মনাও, তাই শেল অমতা ইম্নরক্লোই। নংনা লুনা লুংশিনা তৌরম্বা মম্নাপ অহু ফাওবা ইম্নরক্লোই ॥৫০॥

ঈবুঙো। পরলোকতা চংখিবা মতমদা নংগী নভুং ইম্নরকদব হায়ববু অহাম্বদা মমাংঙৈদা নহাক্না তৌখিবা অফ-ফত্ত-কর্ম্মশিং অহুভনি। অতৈ নপা নচা কনামতা লাক্লরোই ॥৫১॥

অফ ফত্ত কর্ম্ম কয়া কয়া তৌহনা ফংগ্রিব পৈখৎগ্রিবা সনা লুপা মণি মুক্তামপৈশিং অহুদগী মরীক্ অমতনা নংগী নভুং ইম্নকুলোই। নংনমু মথোয়বু হম্নমক্ত য়েংলম্মোই ॥৫২॥

পরলোক ভাম্না যাত্রা তৌরকপা মতমদা নহাক্না তৌগ্রিবা তৌখিদ্রিবা কর্ম্মশিং অহুগী সাক্ষী ওইহনা নংবু লমজিংলগদৌরিবদি আত্মাগা মাম্নবা অতৈ কনামতা লৈতবনি ॥৫৩॥

পরলোকতা চংপা মতমদা মপোক অসিগী তাইবং হকচাং অসিদি লৈরোইদৌবনি, হায়বদি— ছুন্‌লোক্লমগদৌরবনি। আত্মানা কুপ্লবা মশক উদবমথৈ পীক্লবা হকচাংদা চঙহনা, বুদ্ধি (জ্ঞান) মশক ওইরবা মীৎনা পরলোক অহুদা লোইনা উবা ফংভি ॥৫৪॥

লোক ( ইহলোক— হন্দক্কী মপোক্ — পোক্লিবা সংসার ) অসিদনা— বায়ু ( নুংশিৎ ), অগ্নি ( মৈ ), সূর্য্য ( নুমিৎ ) হায়রিবা অহুম অসিনা জীবাত্মাগী ( জীবাত্মানা লৈরিবা ) হকচাং অসিদা আশ্রয় লৌহনা লৈ। হায়রিবা দেবতা অহুম অসিনা লোক অসিদা তৌরিবা ধর্ম্মগী আচরণ পুম্নমক য়েংহনা সাক্ষী ( মওং মতৌ মশক তাক্‌পা ) ওইহনা লৈ ॥৫৫॥

অহর্নিশেষু সর্ব্বতঃ স্পৃশৎসু সর্ব্বচারিষু। প্রকাশগূঢবৃত্তিষু স্বধর্ম্মমেব পালয় ॥৫৬॥
অনেক পারিপন্থিকে বিরূপরৌদ্রমক্ষিকে। স্বমেব কর্ম্মরক্ষ্যতাং স্বকর্ম্ম তত্র গচ্ছতি ॥৫৭॥
ন তম সংবিভজ্যতে স্বকর্ম্মণা পরস্পরম্　তথা কৃতং স্বকর্ম্মজং তদেব ভূজ্যতে ফলম্ ॥৫৮॥
যথাপ্সরোগণাঃ ফলং সুখং মহর্ষিভিঃ সহ। তথাঽপ্নুবন্তি কর্ম্মজং বিমান কামগামিনঃ ॥৫৯॥
যথেহ যৎ কৃতং শুভং বিপাপ্মভিঃ কৃতাত্মভিঃ। তদাপ্নুবন্তি মানবাস্তথা বিশুদ্ধ যোনয়ঃ ॥৬০॥
প্রজাপতে সলোকতাং বৃহস্পতেঃ শতক্রতোঃ। ব্রজন্তি তে পরাং গতিং গৃহস্থধর্ম্মসেতুভিঃ ॥৬১॥
সহস্রশোঽপ্যনেকশঃ প্রবক্তুমুৎসহাসতে। অবুদ্ধিমোহনং পুনঃ প্রভুর্নিনায় পাবকঃ ॥৬২॥
গতা ত্রিরষ্টবর্ষতা ধ্রুবোঽসি পঞ্চবিংশকঃ। কুরুষ ধর্ম্মসঞ্চয়ং বয়ো হি তেঽতিবর্ত্ততে ॥৬৩॥

দিন ( অয়ুক মুংথিলগী শরূক ) না পোৎ পুম্নমকপু মযেক লানা ভালহল্লি। উরম্লিবা ভাল্লম্লিবা পোৎ পুম্নমক অহুবু অহুক রাত্রি ( অহিং ) গী শবক্না লোংতুনা উহন্দনা থম্মি। হায়ম্লিবা দিনরাত্রি অসিদি মফম পুম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈ। পোৎ পুম্নমকপু থেংনহুনা শোরুহুনা লৈ। অহুনা নহাক্না অনীসিগী মতমদা মফম পুম্নমক্না ধর্ম্মগী আচরণ তৌহুনা লৈয় ॥৫৬॥

পরলোক তাম্ন চংপা মতম অসিদা লম্বীদা লুটপাট তৌবা ভাকু হুরানবা য়ামনা লৈ। চীক্পানা নারবা অকিবগী মশক কংলবা চউব চাউরবা কাপ্ত হয়িং যাম্না লৈ। মফম অহুদা নহাক্কী সহায় ওইবা কনা অমত্তা ইম্নরক্তে। নহাক্না তৌথিবা কর্ম্ম অহুতনা নহাক্কী খেঙলোয় ওই। অহুনা হয়েং মতম অহুদা খোঙলোয় ওইমনবা সৎকর্ম্ম ভাক্না তৌহো ॥৫৭॥

অসিদা তৌরম্বা কর্ম্মগী নহাক্না পুথিবা মহৈশিং অহু মফম অতুদা কনাগম্সু য়েন্নহুনা চাবা য়াব্লোই। য়েন্নবম্সু য়ারোই। মী অমগীস্সু নংনা লৌকবা য়ারোয়। নংনা পুরকপা মহৈ অহুত্ত নংনা চারুগদবনি ॥৫৮॥

মহর্ষিশিংগা লোয়ননা অপ্সরা মপৈ মপৈনা শাম্নহুনা লৈবহুগুয়া, পুণ্যাত্মা ওইবশিং অহুনা বিমানথক্তা তোংহুনা য়ৌনিং য়ৌনিংবা মফমদা চংহুনা লৈ ॥৫৯

পাপকী শরূক য়াওত্রবশিং অহুনা ইহলোক অসিদা তৌরম্বা কর্ম্মশিংহুগী মহৈনা জন্মান্তরদা অশেংবা যোনিদা চঙহুনা পোক্লুই ॥৬০॥

গৃহস্থধর্ম্মবু অহুগা মর্য্যাদাবু নিয়ম বিধি কায়দনা ভাক্তিবশিংন' প্রজাপতিগী বৃহস্পতিগী অহুগা ইন্দ্র দেবরাজগী অথোইবা লোকপু ফংগি ॥৬১॥

ঈবুঙো। ঐনা মঙোন্দা লিশিংলক হম্না, অহুগা অহুদগীস্সু হেন্না রাসি হংম্নবা ওম্মি, মাহুদি— শক্তি পুম্নমক ভিন্নবা ধর্ম্মনা মী মহাক্কুগী বুদ্ধিবু ভম্নাজবা মহাক অহুদি অথোইবা পুণ্যচেন্নবা থাংবু ফংগি ॥৬২॥

ঈবুঙো! নংগী আয়ু ( পুনশি ) গী মহুংদা চহী কুম্নরি হৌথ্রে,। অহুনা মহাক চহী কুন্‌মঙা চংলে। অহুনা নহাক পুণ্যকর্ম্ম তৌহুনা ধর্ম্ম ভাহ্নিসহো। নহাক্কী পুনশি নোংম নোংমগী হৌজিল্লক্লি ॥৬৩॥

পুণ্যা করোতি সোঽন্তকঃ প্রমাদগোমুখাং চমূম্। যথা গৃহীতমুত্থিতত্বয়স্য ধর্ম্মপালনে ॥৬৪॥
যথা ত্বমেব পৃষ্ঠতস্তমগ্রতো গমিষ্যসি। তথা গতিং গমিষ্যতঃ কিমাত্মনা পরেণ বা ॥৬৫॥
যদেকপাতিনাং সতাং ভবত্যমুত্র গচ্ছতাম্। ভয়েষু সাম্পরায়িকং নিধৎস্ব কেবলং নিধিম্ ॥৬৬॥
সকূলমূলবান্ধবং প্রভুর্হরত্যসঙ্গবান্। ন সন্তি যস্য বারকা কুরুষ্ব ধর্ম্ম সংনিধিম্ ॥৬৭॥
ইদং নিদর্শনং ময়া তবেম পুত্র সাম্প্রতম্। সুদর্শনানুমানতঃ প্রবর্ণিতঃ কুরুষ্ব তৎ ॥৬৮॥
দধাতি যঃ সুকর্ম্মণা দদাতি যস্য কস্যচিৎ। অবুদ্ধিসহজৈর্গুণৈঃ সঃ এক এব যুজ্যতে ॥৬৯॥
শ্রুতং সংস্তমশ্নুতে প্রকূর্ব্বতঃ শুভাঃ ক্রিয়াঃ। তদেতত্রর্থদর্শনং কৃতজ্ঞমর্থসংহিতম্ ॥৭০॥
নিবন্ধনী রজ্জুরেষা যা গ্রামে বসতো রতিঃ। ছিত্ত্বৈতাং সুকৃতো যান্তি নৈনাং ছিন্দন্তি দুষ্কৃতঃ ॥৭১॥

---

য়েংঙু! নং কয়াদা ভাওরিবা শুঙ্গাংপ্রবা! শুঙ্গাংপা অহুগী মনুংদা থুগ্লুনা লৈরিবা কাল্ (মতম) কোবা মহাক্না নোংম নোংমগী শিক্লি শিক্লি ইন্দ্রিয়শিংগী শক্তিবু লোইশিন্থ্রি। শক্তিশিংহুবু পুম্নমক লৌশিন্খিদ্রিঙৈদা হায়বদি— ইন্দ্রিয়গী শক্তিশিং অসিনা লৈরিঙৈদা খুনা য়াওনা পুণ্যকর্ম্ম তৌগো ॥৬৪॥

পরলোকতা চৎলরুবা মতমদা মক্ম অহুদা নঙোন্দা কয়িনা কান্নবা ওইগনদগে হায়বহু সংসজ তৌহুনা লৃংহৌ। অহুগুম্বা শেংলবা পুণ্যজ্ঞানবু তান্‌শিলহৌ ॥৬৫॥

মহাক্না ঙমদবা লৈতবা কাল কোবা মহাক্কীদি মাগী লুংশিবা মরূপ মপাংসু য়েংথিনবহু কনা অমতা লৈত-বনি। মীচং মীথায় নাইদবনি। পুন্নমকপু মাগী ঈচেন্দা পুথখিগদৌরিবনি। মহাকপু থিংবা কনা অমত্তনা ওন্মোই। মাগী ঈরৈদা তাউথদ্রিঙৈদা ধর্ম্ম তান্‌লহৌ ॥৬৬—৬৭॥

ঈবুঙো! ঐনা ঐগী শাস্ত্রজ্ঞান অনুমানগী মতুংইন্না নঙোন্দা পাউতাক ময়ামসি পীরবনি। মাসিগী মতুংইন্না থবক তৌ ॥৬৮॥

মশাগী অকবা কর্ম্মনা ধর্ম্ম কায়দনা চংলিবা, নিষ্কামভাবতা মশাগী ওইজবা, মিংচৎ কংবনাচিংবগী য়াথল থাদোক্লুনা দান তৌরিবা মী মহাক অহুদি মগাক মথক্তুনা মোহ (শুঙ্গাংপ) গী শন্নক য়াওদ্রবী বুদ্ধি-ঙমা পীরকপা গুণশিং কংবা ওন্মি ॥৬৯॥

শাস্ত্র পুন্নমক্কী জ্ঞান ফংলবা, জ্ঞান অহুগী মতুংইন্না থবক তৌরিবা মীশিং অহুগী দমক্তা পাউতাক মরাম অসে— ইরম্‌লিবনি পীরম্‌লিবনি। মরমদি— তৌবিমল থওবা কৃতজ্ঞ ওইবা মীদা তাকপা জ্ঞানদি মহৈ য়ান্দবা থক্ লৈতে ॥৭০॥

গ্রাম— নগরদা লৈহুনা মক্ম অহুদা লৈরিবা পোৎ চৈ, যমুং ফাজুং, অচা অথক্ অহুমা লুংজাইহুনা হৈনহুনা লৈপ্রবদি, মাহুনা মী অহুদা মহাবন্ধন অমা ওই। হৈনরিবা পোচ্চেশিং অহুনা মহাক্ মপাবু কাজিজনবা থৌরী অমা ওইথি। মরম অহুনা পুণ্যচেন্নবা মীনা মাহুবু ককৃথংহুনা অকন্বা লোকতা চংখি। পাপচেন্‌বা মীনা থৌরীহুবু ককপা ওন্নদে ॥৭১॥

কিং তে ধনেন কিং বন্ধুভিস্তে কিং তে পুত্রৈঃ পুত্রক যো মরিষ্যসি।
আত্মানমন্বিচ্ছ গুহাং প্রবিষ্টং পিতামহাস্তে ক্ব গতাশ্চ সর্ব্বে ॥৭২॥

শ্বঃ কার্য্যমদ্য কুর্ব্বীত পূর্ব্বাহ্ণে চাপরাহ্ণিকম্। ন হি প্রতীক্ষতে মৃত্যুঃ কৃতং বাস্য ন বা কৃতম্ ॥৭৩॥

অনুগম্য বিনাশান্তে নিবর্ত্তন্তে হ বান্ধবাঃ। অগ্নৌ প্রক্ষিপ্য পুরুষং জ্ঞাতয়ঃ সুহৃদস্তথ ॥৭৪॥

নাস্তিকান্ নিরনুক্রোশান্ নরান্ পাপমতে স্থিতান্। বামতঃ কুরু বিস্রব্ধং পরং প্রেপ্সুরতন্দ্রিতঃ ॥৭৫॥

এবমভ্যাহতে লোকে কালেনোপনিপীড়িতে। সুমহদ্ধৈর্য্যমালম্ব্য ধর্ম্মং সর্ব্বাত্মনা কুরু ॥৭৬॥

অথেমং দর্শনোপায়ং সম্যগ্ যো বেত্তি মানবঃ। সম্যক্ স্বধর্ম্মং কৃত্বেহ পরত্র সুখমশ্নুতে ॥৭৭॥

ন দেহভেদে মরণং বিজানতাং ন চ প্রণাশঃ স্বনুপালিতে পথি।
ধর্ম্মং হি যো বর্দ্ধয়তে স পণ্ডিতো য এব ধর্ম্মাচ্চ্যবতে স মুহ্যতি ॥৭৮॥

ঈবুঙো। নহাক্কী নোংমদি মৃত্যুদো শোয়দনা মরাক্লগদব'ন। অদুনদি লন্থুম বন্ধু বান্ধব ময়ামনা নঙোন্দা কৈদোনগদোরিবনো? মরম অদুনা থম্মোয় ওুকা মন্নুংদা আত্মাগী তত্ব অদুবু নহাক মুন্ন থিজো। খন্নু নহাক্কী মমাংঙৈগী নবুধৌশিং অদো কদায় চংখ্রে? ॥৭৪॥ *

হয়েং তৌগে খন্বা থবক্কো ঙসিমক তৌথোকউ। নুমিৎয়ুংবা তৌগে হায়না খন্থদো, নুমিৎ য়ুংখ্রিঙৈগে তৌথোকউ। অশিবা (মৃত্যু) কৌবা লাইহুনা লোইরে লোইদ্রি হায়বা থক্ য়েংবিয়োই ॥৭৩॥

মৃত্যুন' অদুম পুরুষপদা, মোংকম কাওবদি শাগৈ নাতে মরূপ-মপাংনা ইরবিরকনি। ইররক্লিবা মথোয়না নহাক্কী হকচাংবু মৈথক্তা লংশিল্লম্লগা হন্নমক্ত য়েংলম্দনা চংথিনি— হন্থিগনি ॥৭৪॥

অদুনা, ঈবুঙো! অসিগুম্বা থৌদোক অসি থোক্খ্রিঙৈগী অতন্বা পুম্বা থাদোক্লুনা, নাস্তিক ওইবা, থৌজাল য়াওদবা, পাপকী য়াথঙ্গ খন্বা মীওয়াশিং অদুবু চিংনবা লৈতনা পুদক্তা থাদোকউ। অসিগুম্বা মী-মত্তা অসিগা কাউখিবদগী ওইরবস্ত তিন্নরুগদ্রু ॥৭৫॥

মতৌ অসুম্না জগৎকী অচচ্চত্ত পুম্বসে, কাল কৌবা মহাক্কী মখুত্তা চৈনা ফংহুনা লৈরবনি। অদুনা, নহাক্তি য়াম্না তপথনা, জ্ঞান তানা থাওহৈবগ লোয়নননা ধর্ম্মতগী থবক তৌহুনা লৈমু ॥৭৬॥

পরমাত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌননবগী (সংসংনা উননবগী) উপায় অসিবু খঙলবা অদুগুম্বা মী অদুদি— ইহলোক অসিদা ধর্ম্মগী মরম ওইবা পুণ্যকর্ম্ম থিবিকপু পাঙথোক্লগনা পরলোকতা (মতুংগী মপোক্তা) সুখশান্তিবু ফংগনি ॥৭৭॥

হকচাংসিনা মাঙথ্রবা ফাওবদ মৃত্যু (শিবা) হায়বদুদি মাঙবা মৈতে, ধর্ম্ম কায়দনা চৎলিবা মীশিংদুসু

---

* শম্না হাম্নরবদা তাইবং মীওইবা ওইনা পোকপসে ফরিগুম্বা অম্না থিগে লাকপনি। মাদু থিবা ফংতম্নবদি পোক্লম্নরোইদৌবনি। আত্মাগী তত্ববু থিবা, থিবত্তা নঙনা ফংবা লাকপনি। ঙাওলিবা শক্লিবা অসি কম্নাদো, হায়বা ঈথঙ খওবনা, ঈফং ফংদনা হন্না হন্না অসুম পোক্লরিবসিনি। (কালাচাঁদ)

প্রযুক্তয়োঃ কর্ম্মপথি স্বকর্ম্মণোঃ ফলং প্রযোক্তালভতে যথা কৃতম্।
নিহীনকর্ম্মা নিরয়ং প্রপদ্যতে ত্রিবিষ্টপং গচ্ছতি ধর্ম্মপারগঃ ॥৭৯॥
সোপানভূতং স্বর্গস্য মানুষ্যং প্রাপ্য দুর্লভম্। তথাত্মানং সমাদধ্যাৎ ভ্রশ্যতে ন পুনর্যথা ॥৮০॥
যস্য নোৎক্রামতি মতিঃ স্বর্গমার্গানুসারিণী। তমাহুঃ পুণ্যকর্ম্মাণমশোচ্যং পুত্রবান্ধবৈঃ ॥৮১॥
যস্য নোপহতাবুদ্ধির্নিশ্চয়েষ্ববলম্বতে। স্বর্গে কৃতাবকাশস্য নাস্তি তস্য মহদ্ভয়ম্ ॥৮২॥
তপোবনেষু যে জাতাস্তত্রৈব নিধনং গতাঃ। তেষামল্পতরো ধর্ম্মঃ কামভোগানজানতাম্ ॥৮৩॥

---

মৃত্যুগী মতুং ফাওবদা মাওবা পৈতে হায়না খঙলিবা মখোয়দো বুদ্ধিমান্ কৌই— অশিংবা ভাকনি ॥৭৮॥

কর্ম্মগী মার্গ ( লম্বী ) দা চংলক ই মতমদা তৌখি তৌখিনা কর্ম্মশিং অমুগী মতুংইন্না লাকপা মহৈশিং অহ তৌখিবা কর্ত্তাহুনা মথং মথং অমুম মচংঙকই। অতোপ্পা কর্ম্ম তৌবশিংনা নরক ( লৈখা তাবা মপোক ) তা, অদুগা ধর্ম্ম থোকপা অপোইবা কর্ম্মতৌবশিং অদুনা তাফা অপুন্ য়াওদবা মপোক ( স্বর্গ ) দা অদুম চৎথি ( পোকখি ) ॥৭৯॥

তাঙলবা, পঙনা ফংগদ্রবা মীওইবগী মপোক অসি স্বর্গ বানন্দা রা থ্রবা সিড়ি থাক্ ( কৈরাক্ ) নি। অদুনা থাক্কী মশক ওইরবা মপোক অসি ফংলিদো স্বর্গদগী অমুক তারক্তনবা খুঙম চেৎনা ধর্মগী থবক তৌহোগদবনি ॥৮০॥

স্বর্গগী লম্বীদ চংলিবী বুদ্ধি অদুনা ধর্ম্মগী লম্বীদগী থবক নাম্হে কৃষিবা অংগুম্বী বুদ্ধি অদুবু লোয়রিবা শীজিন্নরিবা মী মহাক অদুবু পুণ্যাত্মা হায়না কৌই। অদুগুম্বা পুণ্যাত্মা ওইবা মী মহাক অদুদি মচা-মশূ শিংগী অদুগা শাগে নাইত, মরূপ মরূপশিংগী শোকনবা শিন্নবগীনমক শাবস্থ গনবে। মহাক মশা কন্দু মখোয়গী মফমদা থম্মনীঙ্ঙাই বাননী থায় ওইদে ॥৮১॥

মী মহাক অদুগী বুদ্ধিনা অশাংবগী শক্তক যাওদনা, লেওদনা চং লেপ্পুদুনা মতৈবথ্রবদি অদুগুম্বী বুদ্ধি অদুমক্তা মী মহাক অদুগী দমক্ত স্বর্গদা লৈফম লেমজন থাই। অদুনা মতোন্দা নবককোমদা চৎকনি হায়-বগী কিকম কাঁমতা লৈত্রে ॥৮২॥

তপোবনদদি পোকলগা করিস্থ ঙ্গতৌ পৌরমলা, তপোবন অদুদা অদুম্মক শিপ্রবশিং অদুদি শিথ্রিবা মফমনা পাপ য়াওদবা অশেংবা মফম অমা ওইবনা ধর্ম্মগী শক্তক নরনি অদুম মফংঙি। মরমদি— মখোয়দুনা মখোয়গী পুন্শিদা কাম ক্রোধ ( অপম্বা, অশাউবা ) শাচিংবগী মতীক অমতম্থু মখোয়গী থশোয়দা ফাওখিদে। অদুগা মাহুবু থাদোকপগী অরাবা অমতম্থু মখোয়না ফংখিদে ॥৮৩॥ *

---

* হায়রিবা রাসি যাম্না থম্মনীঙ্ঙাইদনি। মপুক্কীদা অপায়, বল্লক মিতৌবগী মমি অম ফাওবা তাদে হায়রি। অদুগা শেংলবা মুনি ঋষিশিংগী শেংলচা মফংদা লোক নি, অদুগা মফম অদুদা অদুম শিরনিস্থ হায়রি।

যস্তু ভোগান্ পরিত্যজ্য শরীরেণ তপশ্চরেৎ। ন তেন কিঞ্চিন্ন প্রাপ্তং তন্মে বহুমতং ফলম্ ॥৮৪॥
মাতাপিতৃসহস্রাণি পুত্রদারশতানি চ। অনাগতান্যতীতানি কস্য তে কস্য বা বয়ম্ ॥৮৫॥
অহমেকো ন মে কশ্চিন্নাহমন্যস্য কস্যচিৎ। ন তং পশ্যামি যস্যাহং তন্ন পশ্যামি যো মম ॥৮৬॥
ন তেষাং ভবতা কার্য্যং ন কার্য্যং তব তৈরপি। স্বকৃতৈস্তানি যাতানি ভবাংশ্চৈব গমিষ্যতি ॥৮৭॥
ইহলোকেহি ধনিনাং স্বজনঃ স্বজনায়তে। স্বজনস্তু দরিদ্রাণাং জীবতামপি নশ্যতি ॥৮৮॥

---

বিষয়ভোগ পুম্নমকপু থাদোক্তুনা, তপোবনদা চংখিহুনা পুক্কীং হকচাং অমতা ওইনা তপস্যা তৌরিবশিং অহুগীদি ফংত্রিবা পোৎশক অমতা লৈত্রে, লোইনা কংলে। অহুনা তপোবনদা পোক্লগা তপোবনদা করিস্থু ঈতৌ তৌদনা শিববুদি, বিষয়ভোগ খরা তৌরম্লগা, ইন্দ্রিয় খুত্থম চম্মুনা, পুম্নমক অহুবু থাদোক্লমহুনা তপস্যা তৌবহুগী মহৈনা হেন্‌ফম থোকই হায়বসি ঐগী মতনি ॥৮৪॥

ঈপা ঈমা লিশিং, ম্নপী অঙাং লিশিং লিশিং অহানবগী মপোকশিংদা লৈরবনি। মতুংগী মপোকশিং-দস্থু লিশিং লিশিং অতুম মফংঙক্‌শিনি। অহুবু ঐখোয় অসি মখোয়হুগী মতুংদা কনানা করি করি ওই-খিবগে? মখোয়দনা কনাগীনো? ঐখোয়সিনা কনাগীনো? অহুগা, ঐখোয় অসি করি করি কদাম্বদ ওইরুগদৌরিবনো হায়বা খঙদে ॥৮৫॥

জগৎতা লৈরিবসে ইথস্তনি, ঐগী কনামতা লৈজদে। ঐস্থু কনামগী নত্তে। ঐসে মাগীদমক্তনি হায়না খেঙদনা লৈবা মীশক্তুবুস্থ ঐনা খক্ উত্রি। অহুগা, মহাক্না লৈরিবসি ঐগীদমক্তনি, অতৈগী নত্তে, হায়বা মীশক্তুবুস্থ ঐনা খক্ উত্রি ॥৮৬॥

নংগীনি হায়হুনা লৈরিবা মাগীমক্তা নংনস্থ করিমত তৌবা ঙমদে। নংবু মাগীনি হায়হুনা লৈরিবা মহাক্নস্থ নংগীদনক্ত করিগুম্বা অমতা তৌবা ঙমদে। মখোয়স্থ মানা মানা তৌরম্বা কর্ম্মহুগী মথাক্ অহুগা লোয়ননা অহুম চংখি। নংস্থ অহুম্না চৎলখিগদবনি ॥৮৭॥

সংসার অসিদা তৌনরিবা লীচৎ হায়ববু ঈনাক্‌খুন্‌বা মী অহুগী মফমদা মহাক্কী শাগে নাইতেশিনা

---

অহুবু ধর্মগী পুণ্যগী শরূক্ পনদি ফংডু, লোইনদি ফংদে, হাম্নরিবসি শিংনফম্ অমা ওইনা থোক্ই। লৈ-খোমদা পুত্থরুমগা চামথোক্‌পা মীশিংদগী লৈখোম্‌দা ঈচঙ চঙ্‌জুদবা মীশিংহুনা হেন্না হেন্ন লুফম্ থোক্ই। মাসিদা হায়গদবদি মশাগী নোমজমন মত্তুবা, মমা মপা ঈনাক্‌খুন্‌বগী মরম্না নক্সগা মরাইবক ফবদগী থেংন-রুবা লম্না পীবা ম্নুংঙাইবগী শরুক্তুগী মশানা হুমাংতানা নোঙজহুনা ফংবা শেল অহুনা পীবা ম্নুংঙাইবগী শরূক্ অহুনা হেল্লি। তপস্যা তৌননবগী মফমতদা পোকলে, অহুগা তপস্যাদি তৌত্রে। মফম ফবনা চৎনদে, অম্নাবা থাঙহৈবা ইন্দ্রিয় খুত্থম চম্মুনা কাম ক্রোধবু য়েথৎপা হাম্নবংমদি মতৌত্রবাননা অফবকর্মগী শরূক্ মাৎপনা ধর্মগী শরূক্ রাৎপনি। নোম্ব-কম্বা মপাগী মরুনবু কেঙকমহুনা থবক ঈতৌ তৌননা কম্র-চার তৌরুবসি অমরোমদা হায়রবদি মম্নাইবক থীরবনি। কর্ম তৌ হায়না থাদোকপ্রগা তৌত্রে। ( কালাচাঁদ )

সংচিনোত্যশুভং কর্ম ফলত্রাপেক্ষয়া নরঃ। ততঃ ক্লেশমবাপ্নোতি পরত্রেহ তথৈব চ ॥৮৯॥
পশ্যতি ছিন্নভূতং হি জীবলোকং স্বকর্মণা। তৎ কুরুষ্ব তথা পুত্র কৃৎস্নং যৎ সমুদাহৃতম্ ॥৯০॥
তদেতৎ সম্প্রদৃশ্যৈব কর্মভূমিং প্রপশ্যতঃ। শুভান্যাচরিতব্যানি পরলোকমভীপ্সতা ॥৯১॥
মাসর্তুসংজ্ঞাপরিবর্তকেন সূর্য্যাগ্নিনা রাত্রিদিবেন্ধনেন।
স্বকর্মনিষ্ঠাফলসাক্ষিকেন ভূতানি কালঃ পচতি প্রসহ্য ॥৯২॥
ধনেন কিং যন্ন দদাতিমাশ্নুতে বলেন কিং যন্ন রিপুং ন বাধতে।
শ্রুতেন কিং যেন ন ধর্মমাচরেৎ কিমাত্মনা যেন জিতেন্দ্রিয়ো বশী ॥৯৩॥
ভীষ্ম উবাচ।
ইদং দ্বৈপায়নবচো হি তথুক্তং নিশম্য তু। শুকো গতঃ পরিত্যজ্য পিতরং মোক্ষদৈশিকম্ ॥৯৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ববণি মোক্ষধর্মপর্ববণি ব্যাস শুক-সংবাদোনাম ষোড়শ ধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১৬॥

— —:৵: —–

শাগৈ-নাতৈগী-হৌনবা-লীচৎ অহুম্ মচৎলি। অদুগা — লায়রবা মাগীদি মশা লৈন লৈনা শিত্রিদৈদা— মাগী শাগৈ-নাতৈনা, মচা-মশূশিংমক্তা, মমাংমক্তদা মাবু থাদোকুনা চৎখি ॥৮৮॥

মতু-মচাগী দমক কাওবা থবক কয়া তৌহুনা ফত্তবা মহৈ তানশিল্লি। ফত্তব' মহৈ অহু চাহুনা মশা মথন্তনা কনাম্ব চামিন্নবা লৈত্তনা ইহলোক পরলোক অনীমক্ত অরাবত' খাওলি ॥৮৯॥ তাইবংমী হায়বসিনা মানা মান' তৌবা কর্মচুগী মতুংইন্না জীবজন্তুসিবু অবাধগী মশক্ত ওইনা, পুন্নানয় তোয়না কায়না ওইনা উরি। মহুনা— ইবুঙো! নগাক ঐনা হায়রিবসিগী মতু ইন্না থবক তৌ ॥৯০॥ ইহলোক অসে ধর্মভূমি (থবক তৌফম) নি। অদুম হায়না খন্দুন' কর্মভূমিসিদা অফব কর্ম চ তৌননবা লাংনগ'বনি ॥৯১॥ কালগী মশক ওইবা চাকৃথোংবা পুজারীসিনা নমতুনা অচচত্ত জীব পুম্নমকপু থোংলি। থা ঋতু কৌবশিং মথক্ মথা থোক্ থোক্ ওন্নবা থাবৈ ওইরি। নুমিংক নৈগনা লৈরংগী মশ ওইনা চাক্রি। কর্মগী মহৈশিংহুনা, মমীৎনা উবা সাক্ষী ওইবা অহিং নুংথিন্ন মীং ওইহুনা চাক্রি ॥৯২॥ মশানম্ব শীজিন্নদনা, মীওেন্দস্ব দান তৌথোক্তব' অৎগুম্বা লল্ অহুনা করি কান্নরি? য়েক্নববু থিংব ভমদবা অহুগুম্বা অহুগুম্বা পাঙ্গল লাইহুনা করি কান্ননি॥ ধর্মগী-লম্বীদা নণাবু চিংশিলহন্দবা, মঙোন্দ লৈরিবা শাস্ত্রজ্ঞান অহুনা করি কান্ননি? ইন্দ্রিয়বু থুহুম চম্বা ভমদ্রিব অহুগুম্বা জীবাত্মা অহুনম্ব কল্লি কান্ননি? ॥৯৩॥ ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! ব্যাসনা কান্নববা বাণীসি তাবদা শুকদেব অসি মশা ব্যাসদেববু থাদোক্লমহুনা মোক্ষতত্ত্ব তাক্পিগদবা শুরুগী মকমা চৎখি ॥৯৪॥

মসুম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা ব্যাস শুক সংবাদগী চঙমগা তরাতরুক্শুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১৬॥

——:(৵):——

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( অক-অক্ত থবকুকী মহৈ অত্তৌবনা ফংবা )

## চহুমগা তরাতরেৎশুবা অধ্যায়

——:(॰):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

যস্তস্তি দত্তমিষ্টং বা তপস্তপ্তং তথৈব চ। গুরূণাং বাপি শুশ্রূষা তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

আত্মনানর্থযুক্তেন পাপে নিবিশতে মনঃ। স কর্ম্ম কলুষং কৃত্বা ক্লেশে মহতি ধীয়তে ॥২॥

দুর্ভিক্ষাদেব দুর্ভিক্ষং ক্লেশাৎ ক্লেশং ভয়াৎ ভয়ম্। মৃতেভ্যঃ প্রসৃতা যান্তি দরিদ্রাঃ পাপকর্ম্মিণঃ ॥৩॥

উৎসবাদুৎসবং যান্তি স্বর্গাৎস্বর্গং সুখাৎসুখম্। শ্রদ্দধানাশ্চ দান্তাশ্চ ধনস্থাঃ শুভকারিণঃ ॥৪॥

ব্যালকুঞ্জরদুর্গেষু সর্পচৌরভয়েষু চ। হস্তা বাপেন গচ্ছন্তি নাস্তিকাঃ কিমতঃপরম্ ॥৫॥

প্রিয়দেবাতিথেয়াশ্চ বদান্যাঃ প্রিয়সাধবঃ। ক্ষেম্যমাত্মবতাং মার্গমাস্থিতা হস্তদক্ষিণম্ ॥৬॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ! দান, যজ্ঞ, তপস্যা, গুরুসেবা অসিনচিংবা শুভকর্ম্মশিং অসিগী মীৎনা উবা করিগুম্বা মহৈ লৈরবদি মাহ্ ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ॥ ॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! বুদ্ধি কৌবাসিনা কাম ক্রোধনচিংবগা তিন্নখিদুনা দৈখিবদগী তাইবং মীনা পাপকর্ম্মদা চঙশিন্নকই। মীৎনা উবা লাই হায়ববু অরাবা খুদোংথীবদা তানরিবসে হায়রিবী বুদ্ধি অদুনা ঈহিন্নকপদগীনি ॥২॥

পাপকর্ম্ম তৌবদগী লায়রবা মীশিংনা চাক্ তাঙবদগী হেন্না তাঙবদগী, অরাবদগী হেন্না রাবা অমগী অকিবদগী হেন্না কিবা অমগী লাংদা থুদুনা চেস্থোকফম থঙদনা অশিবগী পাংথক্ ওইদুনা লৈরি ॥৩॥

ভক্তি, শ্রদ্ধা লৈবা, ঈন্দ্রিয় থুজুম চনবা, ধর্মতনা তান্বা লন্না ধনবান্ ওইবা, শুভকর্ম্মতা পুক্নীং চঙবা মীশিংনা উৎসবতগী হেন্না উৎসবপু, স্বর্গদগী হেন্না স্বর্গবু, মুংঙাইবদগী হেন্না মুংঙাইববু ফংতি ॥৪॥

নাস্তিকশিংগী মথুত্তা হাত্তকড়া চন্দুনা মথোয়বু নিংথৌনা লৈপাক্কগী তাদ্রোকখি। শা কৈ, লিম থল্লবাশুক্লবা বনদা মথোয়না লৈবা তাখি। অসিদগী হেন্না কথা দত্তি অমমুক করি লৈগনি? মাসি মীৎনা উব মহৈনি ॥৫॥

দেবপূজা, অতিথিসেবাদা পুক্নীং চঙবা, অহুগুম্বা পুণ্যাত্মা ওইবা মীশিংনা, অশাগী ময়েংথংবা থুংকী

পুলকা ইবধান্যেষু পূত্যাণ্ডা ইব পক্ষিষু। তদ্বিধাস্তে মনুষ্যেষু যেষাং ধর্ম্মো ন কারণম্ ॥৭॥
সুশীঘ্রমপি ধাবন্তং বিধানমনুধাবতি। শেতে সহ শয়ানেন যেন যেন কথা কৃতম্ ॥৮॥
উপতিষ্ঠতি তিষ্ঠন্তং গচ্ছন্তমনুগচ্ছতি। করোতি কুর্ব্বতঃ কর্ম ছায়েবানুবিধীয়তে ॥৯॥
যেন যেন যথা যং যৎ পুরা কর্ম্ম সুনিশ্চিতম্। তৎ তদেকতরো ভুঙ্‌ক্তে নিত্যং বিহিতমাত্মনা ॥১০॥

---

মতৌগুম্না মহামঙ্গলগী মশক ওইবা, পূক্নীংবু মথা পোলহন্‌বা ভস্বা, যোগীশিংতনা ফংগদবা, চংকদবা লম্বী অতুদা চংথি ॥৬॥

মহাক্না তৌথোরকপা পূম্বদা, থবক খুদিংগী উদ্দেশ্যবু ধর্ম্মপালনগীদমক্ ওইহন্দুবা, অতুগুম্বা মী অতুদি— ফৌশিংগী মরক্তা হায়রগা ফৌঙামগুম্বা, উচেক্‌শিংগীদনা পুম্নবা মরূমগুম্বনি হায়না লৌনৈ ॥৭।

অস্থুম্ অস্থুম্ ওইবা মী মহাক অতুদা তৌরু তৌরুরিবা থবক অতুমা মী মীতুগী মতুংদা অস্থুম্ ইং লৈ। থবক তৌরিবা মী মহাক অতুনা অংকী মতীক্ কম্না থুনা চেল্লগা, মাগী থবক অস্তু মাগী ম অস্থকী মতীক্ কম্না তাম্নরকই। মহাক্না তুম্থ-হীপথখিবা মতমদা থবক্কী মচৈ অস্তু— মথা তাদনা তুম্থখি। মহাক্না লেপথৎপা হৌগৎলকপা মতমদা থবক মথাক্ অস্তু অতুম্ লেপথৎলকই। মা থাংতুনা চৎপা হেক্ হৌবদা, মহাকস্তু অতুম্ চৎলকই, ইম্নরকই। অসিতস্তু নত্রি, থবক মথাক্ অতু ইম্নরকশত নত্তুনা তৌথ্রিবা থবক্কী সংস্কার অতুস্তু অতুম্ ইম্নরকই। সংস্কার অতুনা মহাকপু শূক্‌থা থাদে মন্নিগী মতৌগুম্না অতুম ইম্নরকই ॥৮—৯॥

অতুম্ অতুম্‌গুম্বা মী মহাক অতুনা পূর্ব্বজন্মদা তৌথি তৌখিবা কর্ম্মংগী মচৈ অতু মহাক মংতুন লোক অসিদা চায় ॥১০॥ *

---

* ওরাং তৌথিবা থবক অতুগী মথাক্না ঐগী তুংদা ইম্নরক্নিবসি— লৈতৌরিবা থবক মথাক অতু না নত্তে। হান্না তৌথিবা মথাক অতুগী সংস্কার (হৈনখিবা— চুখিবা) অতুস্তু অতুম ইম্নরকই। অতুনা ইম্নংক্নিবসি— লোইথ্রিগা শরুকুগী সংস্কারগা লোইদ্রিবা শরুক অতুগা অনী অসিনি। অতুনা, লৈহৌরিবা মথাক্ অতু তৌররোই হায়না থাদোক্লবস্তু হান্নগী মথাক্কী সংস্কারতুমদি অতুম ইম্নরকই। অতুনা সংস্কারতুনবু ইম্নরক্লবদি হান্নগী কর্ম্মতুনা ঈতৌ তৌথিদবগুম্ ইম্নরকপগা অস্নানি। অতুনা কর্ম হায়বসিনা জীববু শূক্‌থ থাদোক্তে। কম্নাগী মতীক থাদোক্তনা তাম্নরকপগে হায়ববু— হয়েংমুক্কী মপোক্তা জীব (জীবাত্মা) সিনা অভোপ্পা হুকচাংদা চোঙশিন্‌থ্রবা কাওবা সংস্কারতুনা অতুম্ মতাম্নরকই। নিংথৌগী মচা ওইতুনা অরাং অপা লৈতুনা পোকৃত্তরবা কাওবদা লায়রবা মচাগুম্না লোক্তী অতুম মওইক্রুই। পাগী নাস্তিককী পরিবারকা পোক্‌লুরবস্তু ভক্তিমান্ জ্ঞানবান্ ওইনা অতুম্ মপোক্‌লুই। মাসি সংস্কারন তাম্নরকপ থোকহল্বা তাক্তনি। হান্না তৌথ্রিবা কর্মগী মথাক অতু লোইথ্রে তৌথ্রে হায়নীতভায় লেতে। মহাক্না সংস্কারগী মশক লৌতুনা ঈনৌ নৌনা অমুক্

স্বকর্মফলনিক্ষেপং বিধানপরিরক্ষিতম্। ভূতকালমিমং কালঃ সমন্তাদপকর্ষতি ॥১১॥
অচোদ্যমানানি যথা পুষ্পানি চ ফলানি চ। স্বং কালং নাতিবর্ত্তন্তে তথা কর্ম পুরা কৃতম্ ॥১২॥
সম্মানশ্চাবমানশ্চ লাভালাভৌ ক্ষয়োদয়ৌ। প্রবৃত্তা বিনিবর্ত্তন্তে বিধানান্তে পদে পদে ॥১৩॥
আত্মনা বিহিতং দুঃখমাত্মনা বিহিতং সুখম্। গর্ভশয্যামুপাদায় ভূজ্যতে পৌর্ব্বদেহিকম্ ॥১৪॥

---

হায়রিবা কর্মগী ফল হায়বসিদি অংরোমদা হায়রগা অমনা তৌবা হৌরবা, পেবা যম্ অদুগা মপা-মপুগী লৌরী ইংখোলগুম্বনি। মাসিদি শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না অমনা তৌবা য়াম্রবা পোৎশক অমত্তম্ তাক শেন্দুনা থম্লবনি। চপ চপ চাবা মতমদা হেক্ হেক্ লাকপদা কর্মফল হায়বসিনা জীব পান্বা কর্তা—(কর্ম তৌবা) শিং অদুবু হেক্ হেক্ চিংদুনা পুথি ॥১॥

মনা মপাল মহৈন কনা অমত্তগী ঈঙ্খিন্বা য়াওদনা মতম মতমদু ওইরগা ঊপান্বী অদুগী মহন্ মথন্তু চোংথোকচরক্পা অদুগুম্না মমাংদৌদা তৌখিবা কর্মশিং অদুসু মহৈ চানবগী মতম অদুবু লাম্ফোক্তুনা চংখিবা তাখদে ॥২॥

চোপ্পা-লেপ্পা, মাঙবা তোংবা, চাওখংপা-হন্থবা অসিনচিংবা অবস্থাশিং অসি পূর্ব্বজন্মদা তৌখিবা কর্মদুগী মতুংইন্না তাইবংমীগী পুন্শিদ খোঙথাং খুদিংগী অংম্ মরাকই। অদুগা কর্মশিং অদুনা কল্লকৃপা মতমদুগী মতুংইন্না অংম মরোইশিন্থি ॥৩॥

অরাবা হায়বসি মী মহাক অদুনা তৌখিবা পাপকর্মগী মহৈনি। নুংঙাইবা হায়বসিনা পূর্ব্বজন্মদা তৌখিবা পুণ্যকর্ম্মগী মহৈনি জীব হায়বসিনা মমাগী গর্ভস্থদা হেক্ চত্তেক্পদুগী; অদুগী হকচাংদা লৈরিঙৈ মতমদা তৌখিবা কর্ম্মদুগী মহৈ চাবা অংমক মতৌথ্রবনি ॥১৪॥ *

---

মরাক্ই মাসি পুম্নমক অসি কর্ম্মগী মহৈ পাংদুনা তৌখিবা অদুনা থোবহন্বা তাক্তনি। সকাম-কর্ম্মমথৈ—অনন্তন, লোইবা থম্বা নাইবা নত্তে। নিষ্কাম-কর্ম্মদ মপান্গী কর্ম্মদা জীববু তামসিক ওইবা দেহদা পুশিন্থি। ঈপা ঈচানা সাত্ত্বিককর্ম্ম তৌরগা এনা তামসিককর্ম্ম তৌরবদি মথোয়না সাত্ত্বিকদেহদা অদুম্ চঙথিগনি। এনা তামসিক ওইবা মপোক্তা অংম্ পোকউগনি। সংসারদা মপা মচা হায়দুন লৈনরিবসি করিসু মরম লৈনবা নত্তে, মরী থেক্লবা নত্তে। মরী মতা থোক্লবা, মরূপ-মপাং থোক্লবদি জায়রদুনা মুক্ত খঙলুরবদি যেক্লবাঙাক্তনি। মপানা মচাবু রাজসিক তামসিক কর্ম-ত তৌননবা ঈঙ্খিন্নি। মুম অমদা হন্দক্কী মপোক্ মতম থংদং অসিদা কৈমিন্নরিঙৈসিদা জীব অমগী মাঙননবা মপোক্ য়াম্নবা পীরৈ। (কালাচাঁদ)

* জীবনা থা শুরবা মমাগী গর্ভস্থদা লৈদুনসু মহাক্না গর্ভস্থদুদগী থেরক্কে হায়বা হেক্ যাব নত্তে। মমা অদুদা অরা-অনা করিমতা থোক্হন্দনা অফবা শুভলগ্নদ, শুভনক্ষত্রদা, শুভগ্রহনা উচ্চস্থানদা ভুক্তী ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা পোকপা জীব কয়া য়াওরি। অরা অনা কয়া খাওংমা যম্রবা লগ্ন, নক্ষত্র··· দা পোকপদু

বালো যুবা বা বৃদ্ধশ্চ যৎ করোতি শুভাশুভম্। তস্যাং তস্যামবস্থায়াং ভুঙ্‌ক্তে জন্মনি জন্মনি ॥১৫॥
যথা ধেনুসহস্রেষু বৎসো বিন্দতি মাতরম্। তথা পূর্ব্বকৃতং কর্ম্ম কর্ত্তারমনুগচ্ছতি ॥১৬॥
মলিনং তথা বস্ত্রং পশ্চাচ্ছুধতি বারিণা। উপবাসৈ প্রতপ্তানাং দীর্ঘং সুখমনন্তকম্ ॥১৭॥
দীর্ঘকালেন তপসা সেবিতেন মহানতে। ধর্ম্মনির্ধূতপাপানাং সংসিধ্যন্তে মনোরমাঃ ॥ ৮॥
শকুনানামিবাকাশে মৎস্যানামিব চোদকে। পদং যথা ন দৃশ্যেত তথা পুণ্যকৃতাং গতিঃ ॥১৯॥
অলমন্যৈরূপালম্ভৈঃ কীর্তিতৈশ্চ ব্যতিক্রমৈঃ পেশলং চানুরূপং চ কর্ত্তব্যং হিতমাত্মনঃ ॥২০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
ধর্ম্মমূলিকো-নাম সপ্তদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১৭॥

——:(০):——

---

অঙাং থওদে, পাথং থওদে, অহল থওদে মা মানা তৌরিবা, তৌগ্রিবা অফ ফত্ত কর্ম্মগী মহৈ অহু মপোক্ মপোক্ত অহুম্ মকংখি ॥ ৫॥ মপী কায়নরবা শঙ্গাশনা শঙ্গী লিশিং লক্ষাগী মরক্তা চেনশিন্দুনা মমাগী মনাক্তা, মপ্রাগা লৈরকহৃঙ্গা মশানা তৌখিবা কর্ম্মহুগী মহৈসু কর্ম্মকর্ত্তা মযাম পুন্নমক অহু হাইদোক্লহনা অভৌবা মী ( কর্ত্তা ) অহুগী নাক্ত চঙশিল্লি ॥ ৬॥

মোংলবা ফীবু শুদোক্লগা অমুক তরু তরুবহুঙ্গা— উপবাস তপস্যানচিংবনা থস্মোয় তরু তরুরবা মী অহুতনা ওমথৈ লৈতবা সুংঙাইবা ফংতি ॥ ৭॥

রাখল চাউরবা নিংথৌ। মতম চঙনা তৌরকপা তপস্যানা অহুগা ধর্ম্মগী নিয়ম বিধিবু চম্চানা চৎতুনা মশাদগী পাপ পুন্নমক চামপোকপ্রবা মী মগাক অহুদি মাগী কর্ম্ম পুন্নমক্তা মহৈয়ান্‌বা ফংতি, — মহাক্তী কর্ম্ম পুন্নমক সিদ্ধ ওই ॥ ৮॥

নোংমদোম্বক্তা পাইবা উচেকশিংগী অহুগা ঈশিংদা তাউরিবা ( চা-রিব ) ঙাশিংগী খোঙকম্ উদবা অম্নুগুম্না— পুণ্যাত্মা ওইবা মীশিংগী গতি ( খোঙচৎ ) দি কনামতনা থওবা ওমদে ॥১৯॥

কনাগুম্বা অমগী মকমদা চীয়োল তৌশিন্‌বা, অতোপ্পশিংগী মরালবু অস্থম্ ঙাওনবা, মাসিনা কন্নি অমতা কাপ্পবা লৈতে। য়েংবদগী ফজবা, কান্নু কাপ্পবা অমগা, মশামক্তসু হেক্ চৎনবা অহুগুম্বা থবক্ অসু-ত তৌগদবনি ॥২০॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, ধর্ম্মমূলিক কৌবা চহুমগাতরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১৭॥

——:(০):——

---

য়াওরি। পর্ভঙদা ঈ-মতুম্ ওইনা মাওখিবা শিখিবসু য়াওরি। মাসি মাগী পূর্ব্বজন্মদা তৌখিবা কর্ম্মশিং অহুগী মহৈ ওাক্তলি। ( কালাচাঁদ )

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টাদশাধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শ্রীব্যাসনা মচা ফংননবগী তপস্যা তৌবা )

### চহুমগা তরানিপানশুবা অধ্যায়

——:(ঞ):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

কথং ব্যাসস্য ধর্ম্মাত্মা শুকো জজ্ঞে মহাতপাঃ। সিদ্ধিং চ পরমাং প্রাপ্তস্তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥১॥

কস্যাং চোৎপাদয়মাস শুকং ব্যাসস্তপোধনঃ। ন হ্যস্য জননীং বিদ্ম জন্ম চাগ্র্যং মহাত্মনঃ ॥২॥

কথং চ বালস্য সতঃ সূক্ষ্মজ্ঞানে গতা মতিঃ। যথা নান্যস্য লোকেঽস্মিন্ দ্বিতীয়স্যেহ কস্যচিৎ ॥৩॥

এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং বিস্তরেণ মহামতে। ন হি মে তৃপ্তিরস্তীহ শৃণ্বতোঽমৃতমুত্তমম্ ॥৪॥

মাহাত্ম্যমাত্মযোগং চ বিজ্ঞানং চ শুকস্য হ। যথাবদানুপূর্ব্ব্যেণ তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥৫॥

ভীষ্ম উবাচ।

ন হায়নৈর্ন পলিতৈর্ন বিত্তৈর্ন চ বন্ধুভিঃ। ঋষয়শ্চক্রিরে ধর্ম্মং যোঽনূচানঃ স নো মহান্ ॥৬॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ! ব্যাসগী মচা ওইনা মহাতপস্বী ধর্ম্মাত্মা শুকদেবনা করম হায়না পোক্‌-খ্রিবনো? অমুগা মহাত্মা মতৌ করম্না অথেইবা সিদ্ধিবু ফংখিবগে? মাসি ঐখোন্দা অমুক্তা তাকপিয়ু ॥১॥

তপস্যাতনা ময়ল্ ওইরবা ব্যাসদেবনা নুপী কনাগী গর্ভদগী মচা শুকদেববু পোকহন্‌খিবগে? মহাত্মা ওইরবা শুকদেবগী মাতাগী মমিং অসি ঐখোয়না খোইদোকপা তাবা লৈতে। শুকদেবজীনা পোকখিবগী মায়োম্না ঐখোয়না কনাগুম্ব অমগী মচানদগী তাবা লৈখিদ্রে ॥২॥

হেক্ পোকপদগী অঙাং ওইরিঙৈদগী শুকদেবজীনা মহাজ্ঞানী ওইখ্রিবসি কদায়দা করম হায়না ওই-খ্রিবনো? মহাত্মা কুপ্পবা জ্ঞান অসি কদায়দগী ফংঙুরিবনো? সংসার অসিদা শুকদেবগুম্না জ্ঞানী ওই-বিবসি কনা অমত্তা য়াওখিদ্রে ॥৩॥

মহাজ্ঞানী ওইরবা ঈবুধৌ! মাসিগী মতাং অসি ঐ য়ম্না তাজনীংঙি। ঈবুধৌগী চীন্দগী অমৃতগা মান্নবা কথাশিং অসি তাবদা ঐগী অপেনবা হায়বহু লৈখিদ্রে ॥৪॥

ঈবুধৌ! ঈবুধৌনা চাম্বিহুনা শুকদেবজীগী জন্মকথা মাহাত্ম্য আত্মযোগ অমসুং বিজ্ঞান অসিনচিংবসি মিয়ম ফারদনা মথং মথং অমুক্তা হায়খিবিবকউ ॥৫॥ ভীষ্মনা হায়,— চহী য়াম্না য়ামশিল্লকুনা অহল ওইরগা

তপোমূলমিদং সর্ব্বং যন্মাং পৃচ্ছসি পাণ্ডব। তদিন্দ্রিয়াণি সংযম্য তপো ভবতি নান্যথা ॥৭॥

ইন্দ্রিয়াণাং প্রসঙ্গেন দোষমৃচ্ছত্য সংশয়ম্। সংনিয়ম্য তু তান্যেব সিদ্ধিমাপ্নোতি মানবঃ ॥৮॥

অশ্বমেধসহস্রস্য বাজপেয়শতস্য চ। যোগস্য কলয়া তাত ন তুল্যং বিদ্যতে ফলম্ ॥৯॥

অত্র তে বর্ত্তয়িষ্যামি জন্মযোগফলং তথা। শুকস্যাগ্র্যাং গতিঞ্চৈব দুর্বিদামকৃতাত্মভিঃ ॥১০॥

মেরুশৃঙ্গে কিল পুরা কর্ণিকারবনাযুতে। বিজহার মহাদেবো ভীমৈর্ভূতগণৈর্বৃতঃ ॥১১॥

শৈলরাজসুতা চৈব দেবী তত্রাভবৎ পুরা। তত্র দিব্যং তপস্তেপে কৃষ্ণদ্বৈপায়নস্তথা ॥১২॥

যোগেনাত্মানমাবিশ্য যোগধর্মপরায়ণঃ। ধারয়ন্ স তপস্তেপে পুত্রার্থং কুরুসত্তম ॥১৩॥

অগ্নের্ভূমেরপাং বায়োরন্তরিক্ষস্য বা বিভো। ধৈর্য্যেণ সম্মিতঃ পুত্রো মম ভূয়াদিতি স্ম হ ॥১৪॥

---

কোক্কী শম্ পুম্বা পোক্ ওইরক্লবদা, লন্ থুম্না য়াম্না হেন্‌গৎলক্লগা শাগৈ-নাইতে, মরূপ মাংগী মশীং য়াম্না হেন্‌গৎলক্লবদা, কনাগুম্বা অমত্তবু অচৌবনি হায়না থক্ থন্নদে। ঋষিশিংনা অসিগুম্বা নিয়ম অমা লেপ্লম্লনা থমগ্রে, মাত্তদি— বেদশাস্ত্রগী পাণ্ডিতাকপু প্রবচন তৌবা ওম্বা, ব্যাখ্যা তৌবা ওম্বা অদুত্তবু অচৌবনি, খাই-দগী ঐকায়-খুম্নকপ্নি হায়বসি ঋষিশিংনা য়ানপ্রবা রাকম অমনি ॥৬॥

পাণ্ডুনন্দন যুধিষ্ঠির! নংনা হংলিবা রাকম অদুগী মরুদি— তপস্যাগী মহৈগী মানি। ইন্দ্রিয়শিংবু খুৎহুম চল্লবত্তদা তপস্যাগী সিদ্ধি ওইরিবনি, অতৈ অমনা নত্তে ॥৭॥

ইন্দ্রিয়বু খুৎহুম চন্‌বা ঙমদবদগী দোষ মখল মখলবু তাইবংমীন ফংই। ইন্দ্রিয়শিংবু খুৎহুম মখাদা থম্ম ওম্লগত্তদা থবক পুম্বগী সিদ্ধি ওইরিবনি ॥৮॥

ইবুঙো! নিংথৌ! অশ্বমেধযজ্ঞ অদুগা বাজপেয়যজ্ঞ চিশিং অমা থৌরংগী মহৈং অদুনা যোগগী মহৈগী শরুক তরাতরুক থোকপগী শরুক অমা ফাওবা ফংবা ঙম্বা নত্তে ॥৯॥

নিংথৌ! ঐ হৌজিক শুকদেবগী জন্মবৃত্তা, যোগসাধনগী মহৈ, অদুগা ইন্দ্রিয় খুৎহুম চেনবা ঙম্‌দবশিংনদি খল্লুবা য়ানা থোক্লগদবা থাজরবোইদৌবা শুকদেবনা ফংখিবা তথোইবা খুভমগী মরীদু ফৈরগে ॥১০॥

মনাংঙৈদা নোংমা — কর্ণিকার কৌবা লৈপাক্কীশিংতগী বননা লৈতেং ওইরবা মেরুচিংগী চীঙ্গদোন্‌দা, ভগবান্ শঙ্কর মহাদেবনা, অকিনগী মশক ফংলবা ভূত-প্রেতকা লোয়নননা হরাও তয়াম্না শান্নরম্মি ॥১১॥

মখোয়দুগী মরক্তা গিরিরাজ নন্দিনী পার্ব্বতীসু য়াওরম্মী। মতম অদু,— শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনু চীঙ অদুগী মফম অমদা য়াম্না কন্না তপস্যা তৌদুনা লৈ ॥১২॥

কুরুপাংগগী অথোইবা! যোগধর্ম্মদা পুক্নীং চঙলবা ব্যাসনা, যোগগী পাঙ্গৈত্তনা, মশাগী পুক্নীং কৌবা ইন্দ্রিয়বু পরমাত্মা পরমেশ্বরদা মপুংফানা চঙশিন্নদুনা তপস্যা অদু তৌবা হৌখিবনি। মহাক্কী তপস্যা অদুগী উদ্দেশ্যদি – মচা অমত্তং ফংবা অসিত্তনি ॥১৩॥

"মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অন্তরিক্ষগা মান্ননা মহা থাঙবা কল্লবা ঈচা অমত্তং ফংবা ওইরসনু…"

সঙ্কল্পেনাথ যোগেন দুষ্প্রাপমকৃতাদিভিঃ। বরয়ামাস দেবেশমাস্থিত স্তপ উত্তমম্ ॥ ১৫॥
অতিষ্ঠন্মারুতহারঃ শতং কিল সমাঃ প্রভুঃ। আরাধয়ন্ মহাদেবং বহুরূপমুমাপতিম্ ॥ ১৬॥
তত্র ব্রহ্মর্ষয়শ্চৈব সর্ব্বে রাজর্ষয় স্তথা। লোকপালাশ্চ লোকেশং সাধ্যাশ্চ বহুভিঃ সহ ॥ ১৭॥
আদিত্যাশ্চৈব রুদ্রাশ্চ দিবাকরনিশাকরৌ। বসবো মরুতশ্চৈব সাগরাঃ সরিতস্তথা ॥ ১৮॥
অশ্বিনৌ দেবগন্ধর্ব্বাস্তথা নারদপর্ব্বতৌ। বিশ্বাবসুশ্চ গন্ধর্ব্বঃ সিদ্ধাশ্চাপ্সরসস্তথা ॥ ১৯॥
তত্র রুদ্রো মহাদেবঃ কর্ণিকারময়ীং শুভাম্ ধারয়াণঃ স্রজং ভাতি জ্যোৎস্নামিব নিশাকরঃ ॥ ২০॥
তস্মিন্ দিব্যে বনে রম্যে দেবদেবর্ষিসংকুলে। আস্থিতঃ পরমং যোগমৃষিঃ পুত্রার্থমচ্যুতঃ ॥ ২১॥
ন চাস্য হীয়তে প্রাণো ন গ্লানিরুপজায়তে। ত্রয়াণামপি লোকানাং তদদ্ভুতমবাভবৎ ॥ ২২॥
জটা চ তেজসা তস্য বৈশ্বানরশিখোপমাঃ। প্রজ্বলন্ত্য স্ম দৃশ্যন্তে যুক্তস্যামিতৌজসঃ ॥ ২৩॥

---

অহুম হায়না সঙ্কল্প তৌহুনা মহাত্মা ব্যাসনা তপস্যা অসি তৌবা হৌখিবনি ॥ ১৪॥

সঙ্কল্প অসিগা লোয়ননা যোগসাধন-তনা তপস্যাদা পুক্নিং চঙখ্রবা বেদব্যাসনা ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লিবশিং, নদি পাক্ ওম্মবোইদৌবা মহাদেবগী সাক্ষাৎকার্ ফংবা ওমখি। মহাদেবদ বর নিংখি ॥ ১৫॥

তপস্যা অসি তৌবা মতমদা ব্যাসনা চহী চামা চুপ্পা নুংশিৎ-ত চাহুনা বহুরূপী ওইরবা— ভোগাল্ তোঙাম্বা শক্লোন্ কয়া পুঙম্বা উমাপতি মহাদেবগী আরাধনাদা পুক্নীং চঙখিবনি ॥ ১৬॥

মফম অদুদা ব্রহ্মর্ষি পুম্নমক, রাজর্ষিশিং লাইনা লোক পাল ময়াম, মাগী মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়নরবা সাধ্য, আদিত্য, রুদ্র, সূর্য, চন্দ্রমা, বসুদেবতাশিং, মরুৎশিং ( নুংশিৎ নীকুমাপন্ ), সমুদ্র, তুরেলশিং পুম্নমক, অশ্বিনীকুমার অনী লাইয়াম্ থিবিক্, গন্ধর্ব্ব, নারদ, পর্ব্বত, গন্ধর্ব্বনি থৌ বিশ্ববসু, সাধ্য অমদি অপ্সরাশিং ....., মখোয় অসিসু মফম তেঙান্ তোঙানবদা মহাদেবগী ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মি ॥ ১৭—১৯॥

মফম অদুদা রুদ্রদেব মহাদেবসু কর্ণিকার কৌবা লৈগী পরেং থোম্মুনা মকুত্রবা ভৌরুনরবা মশেক্ পুরবা থানা লোংমদোম্বক্তা নীংথিজবগুম্ — বন অদুগী মপুংদা থোইনা নীংথিজখি ॥ ২০॥

অদুগুম্বা নীংথিজরবা বন অদুগী মপুংদা, দেবতা ঋষিশিংনা থল্লা লৈরবা মফম অদুদা মচা অমত্তং ফংগে হায়না সঙ্কল্প তৌদুনা শ্রীব্যাসদেবনা নীংখিবদ্ধদগী করিমত্তা হন্দনা, করিমত্তা লেঙদনা, অকায়বা হৈলতনা অখণ্ড-তপস্যা তৌদুনা লৈরম্মি। ২১॥

ভুমদ-হীপু-চাদমা মতম কুইনা তপস্যা তৌরকইদি হায়ববু— নুংশাশোরদা বিকার লাক্পা, অদুগা হকচাংদা চোকথবা শোম্ববা হায়বা করিমত্ত লৈরমদে। ব্যাসগী তপস্যাহু উবদা মরোল অহুমগী মী লাই পুম্নমক পুমমক ওক্লখি ॥ ২২॥

যোগযুক্ত ওইরবা, হায়নীংঙাই লৈত্রবা তেজনা মাগী ওইরবা, ব্যাসদেবগী জটাশিং অদুনা, মহাক্কী ব্রহ্মতেজগী হাইদোরকপা মৈ অদুসু মৈরীথোক্লা চাক্লবা মৈরীশিংগী মতৌগুম্বা উনরম্মি ॥ ২৩॥

মার্কণ্ডেয়োহি ভগবানেতদাখ্যাতবান্ মম। স দেবচরিতানীহ কথয়ামাস মে সদা ॥২৪॥

এতা অত্যাপি কৃষ্ণস্য তপসা তেন দীপিতাঃ। অগ্নিবর্ণা জটাস্তাত প্রকাশন্তে মহাত্মনঃ ॥২৫॥

এবম্বিধেন তপসা তস্য ভক্ত্যা চ ভারত। মহেশ্বরঃ প্রসন্নাত্মা চকার মনসা মতিম্ ॥২৬॥

উবাচ চৈবং ভগবাং ত্র্যম্বকঃ প্রহসন্নিব। এবম্বিধস্তে তনয়ো দ্বৈপায়ন ভবিষ্যতি॥২৭॥

যথা হ্যগ্নির্যথা বায়ুর্যথা ভূমির্যথা জলম্। যথা চ খং তথা শুদ্ধো ভবিতা তে সুতো মহান্ ॥২৮॥

তদ্ভাবভাবী তদ্বুদ্ধিস্তদাত্মা তদপাশ্রয়ঃ তেজসা বৃত্য লোকাংস্ত্রীন্ যশঃ প্রাপ্স্যতি তে সুতঃ ॥২৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিকাং শান্তিপর্ববণি মোক্ষধর্ম্ম পর্ববণি

ব্যাস-বরপ্রাপ্তির্নাম অষ্টাদশাধিকত্রিশততমোহধ্যায় ॥৩১৮॥

———:(#):———

রাস্রী অসে ভীষ্ম এঙোন্দা মার্কণ্ডেয়ঋষিনা নোংমা তাহন্‌খিবনি। অতুগা মরক্ মরক্তা ঋষি অদুনা দেবতাশিংগী জীবনচরিত অসি হেক্ হেক লীতুনা তাহল্লম্মি ॥২৪॥

ঈবুঙো! মমাংঙৈনা তৌখিবা তপস্যাতুগী মৈ অদুনা হৌজিক ফাওবা ব্যাসগী জটাশিং অসে মৈগীগী মতৌঙমা পুম্নং লংনা লৈরিবসিনি ॥২৫॥

ভরতবংশদা পোকপা! মহাক্কী অসুবা তপস্যা অমদি ভক্তি অসিবু উবদা, মহাদেবনা মঙোন্দা ওয়েন্থোক্লু পেন্‌বিরে। ঈবুঙো মহাক্কা ব্যাসদা মাগী নীংজরিবা বর অদু পীবিরগে হায়না পুক্নীংদা খন্‌বিখ্রে ॥২৬॥

ভগবান্ শিবনা ব্যাসগী মাঙদ লেঙবিরকুনা মোমাংঙৌনা হন্নয়া হায়রবই,— দ্বৈপায়ন! নহাক্কী পাম্নিবা নচাতুমক্ শোয়দনা ফংলগনি, ফংবস্ম ওইসন্ন ॥২৭॥

মৈনা শেংবগুম্ মতম পুম্বদা, নুংশিংনা মতম পুম্বদা শেংবগুম্।

লৈপাক্কা শেংবগুম্ মতম পুম্বদা, ঈশিংনা মতম পুম্বদা শেংবগুম্ ॥

নোংমদোন্থিংবাদনা শেংবগুম্ তত্তনা, নংগী নচাতুম্ম ঈশেংত শেংগনি।

মাংব-শেংব খেল্লবা মঙোন্দা, লৈরাই ঈশেংত শেংগনি ॥২৮॥

শ্রীভগবান্‌গী রাথল্‌গী মচুতনা, মাগী থম্মোয় পুম্বা মচু শঙথ্রগনি। মহাক্কী রাথল্লা ভগবানলোমঙনা মমায় ওন্‌শিনগনি। ভগবান্‌তবু মহাক্কী চঙজফম্মি খন্‌গনি মরোল অদুমদা মাগী জ্ঞানগী মশেক্লা শীন্‌-থুংনা হাইদোকনি ॥ ২৯॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্বদা মোক্ষধর্মপর্বদ শুকদেব উৎপত্তি কৌবা চত্তুমগা ত্ররানিশালুগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১৮॥

———:(#):———

# মণিপুরী মহাভারত

## একোণবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শুকদেবগী জাতকর্ম্মনচিংবা সংস্কার ময়াম )

### চহুমতরামমাপনশুবা অধ্যায়

——:❉:——

ভীষ্ম উবাচ।

স লব্ধা পরমং দেবাৎ বরং সত্যবতীসুতঃ। অরণী সহিতে গৃহ্য মমন্থাগ্নিচিকীর্ষয়া ॥১॥
অথ রূপং পরং রাজন্ বিভ্রতীং স্বেন তেজসা। ঘৃতাচীং নামাপ্সরসমপশ্যৎ ভগবানৃষিঃ ॥২॥
ঋষিরপ্সরসং দৃষ্ট্বা সহসা কামমোহিতঃ। অভবৎ ভগবান্ ব্যাসো বনে তস্মিন্ যুধিষ্ঠির ॥৩॥
সা চ দৃষ্ট্বা তদা ব্যাসং কামসংবিগ্নমানসম্। শুকী ভূত্বা মহারাজ ঘৃতাচী সমুপাগমৎ ॥৪॥
স তামপ্সরসং দৃষ্ট্বা রূপেণান্যেন সংবৃতাম্। শরীরজেনানুগতঃ সর্ব্বগাত্রাতিগেন হ ॥৫॥
স তু ধৈর্য্যেণ মহতা নিগৃহ্নন্ হৃচ্ছয়ং মুনিঃ। ন শশাক নিয়ন্তুং তৎ ব্যাসঃ প্রবিসৃতং মনঃ ॥৬॥
ভাবিত্বাচ্চৈব ভাবস্য ঘৃতাচ্যা বপুষা হৃতঃ। যত্নান্নিযচ্ছতস্তস্য মুনেরগ্নিচিকীর্ষয়া ॥৭॥

---

ভীষ্মনা হায়,— মহাদেবগী মফমদগী ফংঙমদ্রবা বর অসি ফংলবদা, নোংমা সত্যবতীগী মচা ব্যাসনা মৈ পুথোক্নবগী অরণীকাষ্ঠ ( যজ্ঞগী মৈ পুথোক্নবা মৈবা চিংনবা চৈ ) অনী অদু কল্লা তক্লরম্মী ॥ ১ ॥

অদুম ওৌরিঙৈ মতম অদো মফম অদুদা লাকপী ঘৃতাচী হায়না কৌবী অপ্সরা অদু ব্যাসনা হেক্ উই। ঘৃতাচী কৌবী অসি মতম অদুদা পূক্নীং হূননবগী মশক্ ওইরবা শক্লোল অদু পুরম্মি ॥২॥

যুধিষ্ঠির। ঘৃতাচীবু উবদা ভগবান্ ব্যাস অ'স অপাম্‌নুংশিনা পুম্ঙাও ভাওখি। ব্যাসগী পূক্নীংদা ফাওরিবা য়াখল অদু উবদা ঘৃতাচীনা তেনরা অমগী মশক লৌদুনা ব্যাসগী নাক্তা পাইশিল্লকই। ॥৩—৪॥ অপ্সরা অদুনা অতোপ্পা মওং মূর্ত্তি অমা লৌদুনা লাকপচ উবদা ব্যাসগী মশা পুম্বদা কামগী ঈপোম হৌখি ॥৫॥

ব্যাসনা মশাদগী মপাঙ্গোরকদোরিবা কাম অদুবু য়াম্না চোকশিন্না থিংদুনা থনম্মি। অদুবু অসুম্ থিংব ঙম্মকদে ॥৬॥

থোক্লদোবা থৌদোক হায়বসিমক্তব থিংব য়াব পোৎ নত্তে; শোয়দনা থোক্লিবনি। ব্যাসজী অসি ঘৃতাচীগী মশক-মতৌ, শাংৎ-শাদা অদুদা পূমগুম্ শুব্ধাংলে। মৈ পুথোক্কে হায়দুনা ভক্লরিবা অরণী কাষ্ঠ

অরণ্যামেম সহসা তস্য শুক্রমবাপতৎ। সোঽবিশঙ্কেন মনসা তথৈব দ্বিজসত্তমঃ ॥৮॥
অরণী মমন্থ ব্রহ্মর্ষি স্তস্যাং জজ্ঞে শুকো নৃপ। শুক্রে নির্মথ্যমানে স শুকো জজ্ঞে মহাতপাঃ ॥৯॥
পরমর্ষির্মহাযোগী অরণীগর্ভ সম্ভবঃ। যথ অধ্বরে সমিদ্ধোঽগ্নির্ভাতি হব্যমদাবহম্ ॥১০॥
তথারূপঃ শুকো জজ্ঞে প্রজ্বলন্নিব তেজসা। বিভ্রৎ পিতুশ্চ কৌরব্য রূপবর্ণমনুত্তমম্ ॥১১॥
বভৌ তদা ভাবিতাত্মা বিধূম ইব পাবকঃ। তং গঙ্গাং সরিতাং শ্রেষ্ঠ মেরুপৃষ্ঠে জনেশ্বর ॥১২॥
স্বরূপিণী তদাভেত্য স্নপয়ামাস বারিণা। অন্তরিক্ষাচ্চ কৌরব্য দণ্ডঃ কৃষ্ণাজিনং চ হ ॥১৩॥
পপাত ভূমিং রাজেন্দ্র! শুকস্যার্থে মহাত্মনঃ। জেগীয়তে স্ম গন্ধর্ব্ব ননৃতুশ্চাপ্সরোগণাঃ ॥১৪॥
দেবদুন্দুভয়শ্চৈ প্রবাদ্যন্ত মহাস্বনাঃ। বিশ্বাবসুশ্চ গন্ধর্ব্বস্তথা তম্বুরুনারদৌ ॥১৫॥
হাহা হূহূশ্চ গন্ধর্ব্বৌ তুষ্টুবু শুক্রসম্ভবম্। তত্র শক্রপুরগাশ্চ লোকপালাঃ সমাগতাঃ ॥১৬॥
দেবা দেবর্ষয়শ্চৈব তথা ব্রহ্মর্ষয়োঽপি চ। দিব্যানি সর্ব্বপুষ্পাণি প্রববর্ষ চ মারুতঃ ॥১৭॥

---

অনীহুগী মথক্তা ব্যাসগী কাম ( বীর্য্য ) অদু খঙহৌদনা তাখি ॥৭॥ অদুবু কমদা ভাওথিহনা ব্যাসনা অরণী কাষ্ঠ অনী অদু অদুম্ তক্লরি। অরণীকাষ্ঠ অনীগী মরক্তগী হৌরক্লিবা মৈদুদগী শুকদেব অসি পোকখি ॥৮॥

অরণীকাষ্ঠ অনীহুনা ব্যাসগী শুক্র ( বীর্য্য ) অদুবু অদুম্ অদুম্ নৈরকপদুদা মহাতপস্বী, মহাযোগী, পরম ঋষি শুকদেব অসি পোকখিবনি। অদুনা শুকদেব অসি অরণীগর্ভ সম্ভবনি ॥৯॥

যজ্ঞগী হবিষ্যবু পুরিবা অগ্নিদেব হুতাশননা মৈরী যাংনা চাক্লবক দুগুম্না— শুকদেব অসি মৈরক্লুদগী পুম্নং লংনা চোংথোরকখি। মশাগী তেজতনা পুম্নং লম্ ভানখি ॥১০॥

কুরুনন্দন! নপাবুং পাণ্ডুগ মাম্বরবা, থোইদোক্লা নীংজরবা মশেক্ মঙাল্ পুরবা, শুকদেব অসে মৈথু থাংজ্রবা মৈগী মতৌগুম্না পুম্নং লংনা পোক্খদো ॥১১॥

নৈপাক প্রজাগী মপু! মহাক পোকপা মতম আসদা তুরেল পুম্নমক্কী অথোইবী গঙ্গান মশক নাইবী লাইরেম্বী অমা ওইনা মেরুচীঙদগী লাক্লুনা মশামক্কী শেংলবা ঈশিংনা শুকদেববু স্নান-পান নচিংবনা পোলহন্খি ॥১২॥

নিংথৌ অথোইবা! মহত্মা শুকদেবগী দমক্তা, নোংমদোম্বক্তগী দণ্ড ( চৈশু ) অমগা, অম্বুবা-শজীগী মউন্ মকোন্ অমগা পোংশক অনীসি তারকই ॥১৩॥

গন্ধর্ব্বশিংনা নীংথিরবা খোম্বাং স্নরদা ঈশৈ শকখি, অপ্সরাশিংনা জগোই শাখি। দেবতাশিংনা দুন্দুভি পুংজাও হন্না হন্না থীন্খি। বিশ্বাবসু, তুম্বুরু, নারদ অদুগা হাহা-হূহূ গন্ধর্ব্ব মচীম্-মনাও শুকদেবগী মগুণবু শৈশক-শৈরেংনা হন্না হন্না থাগৎখি ॥১৪—১৫॥

ইন্দ্র নচিংবা লোকপাল পুম্নমক্কা অদুগা স্বর্গগী লাইয়াম্না অদুগা দেবতাশিং, দেবর্ষি, ব্রহ্মর্ষি, কয়া কয়ানা··· শুকদেবনা পোকপা মফম অদুনা লাক্খি ॥১৬॥ বায়ুদেবতানা লৈ মথল মণলগী মপৈনা নো

গঙ্গমাজঙ্গমং চৈব প্রহৃষ্টমভবজ্জগৎ। তং মহাত্মা স্বয়ং প্রীত্যা দেব্যা সহ মহাদ্যুতিঃ ॥১৮॥
জাতমাত্রং মুনেঃ পুত্রং বিধিনোপানয়ৎ তদা। তস্য দেবেশ্বরঃ শক্রো দিব্যমদ্ভুতদর্শনম্ ॥ ১৯॥
দদৌ কমণ্ডলুং প্রীত্যা দেববাসাংসি বা বিভো। হংসাশ্চ শতপত্রাশ্চ সারসাশ্চ সহস্রশঃ ॥২০॥
প্রদক্ষিণমবর্ত্তন্ত শুকাশ্চাষাশ্চ জায়তে। আরণেয়স্ততো দিব্যং প্রাপ্য জন্ম মহাদ্যুতিঃ ॥২ ॥
তত্রৈবোবাস মেধাবী ব্রতচারী সমাহিতঃ। উৎপন্নমাত্রং তং বেদাঃ সরহস্যাঃ সসংগ্রহাঃ ॥২২॥
উপতস্থুর্মহারাজ যথাস্য পিতরং তথা। বৃহস্পতিং চ বব্রে স বেদবেদাঙ্গভাষ্যবিৎ ॥২৩॥
উপাধ্যায়ং মহারাজ ধর্মমেবানুচিন্তয়ন্। সোঽধীত্য নিখিলাং বেদান্সরহস্যান্সসংগ্রহান্ ॥২৪॥
ইতিহাসং চ কার্ৎস্ন্যেন রাজশাস্ত্রাণি বা বিভো। গুরবে দক্ষিণাং দত্ত্বা সমাবৃত্তো মহামুনিঃ ॥২৫॥
উগ্রং তপঃ সমারেভে ব্রহ্মচারী সমাহিতঃ।

---

ওইনা চুথহন্থি। অচচ্ছত্ত জীব পুম্বা থোইদোক্পা তুজুং হরাওখি ॥১৭।

তেজ কল্লবা মহাত্মা ওইরবা পুকুচেল চাউরবা, ভগবান্ শঙ্করদেবনা পার্ব্বতীজীগা লোয়ননা লেপ্তুক্লনা ব্যাসগী নৌনা পোকচরিবা মচা অদুগী মথুৎমক্তা উপনয়ন সংস্কার তৌবিখি ॥১৮।

নিংথৌ! লাইশমগী নিংথৌ ইন্দ্রনা লাইরম্মনগী ওইবা মমল্ য়াম্লবা য়িরোম্নচিংবা পোচ্চে কয়া কয়া অদুগা অওবপা ফংলবা কমণ্ডলু অমসু দান তৌখি ॥ ১৯।

ভরতশাগেদা পোকপা নিংথৌ! কাংঙ, রইমু, তেনবা, রাগোং, শতপত্র অসিনচিংবা উচেক লিশিং লিশিং পাইরক্লনা শুকদেববু য়েৎচোয়ননা কোয়রম্লগা চৎখি— পাইনখি ॥২০॥

অদুগী তুংদা অরণিসম্ভূত (অরণিগী পোকপা) শুকদেবসি চিরহুম্না (চইগী মপোক্) অদু মংদুনা ব্রহ্মচর্য্যগী দীক্ষা লৌদুনা মমম অদা লৈখি। মহাক অসি য়াম্না বুদ্ধিলৈবা, ব্রত তম্না কনবা, থম্মোয় পুক্লীংবু ঙীপনা থম্বা নিপা অমনি ॥২১॥

মহারাজ! শুকদেব অসি লেক্ পোকপা হুমিত্তগী অথুপ্পা মরোল্ মরম পুম্ব (রহস্য) গা লোয়ননা ভায় ব্যাকরণনচিংবা অঙ্গ খিবিক্তা লোয়ননা বেদ পুম্বনা মাগী থম্মোয়দা মাগী সেবা তৌগে হায়বগী মতাঙম— লাকৃখি। মাবু পোকপা মপা ব্যাসগী মকমদা, বেদ বেদাঙ্গ পুম্বনা লাকৃখিবদুগা অম্মানি ॥২২॥

মহারাজ! বেদ বেদাঙ্গ পুম্বগী শব্দোক ব্যাখ্যা তৌবা ওম্বা শুকদেবজীনা ধর্ম্মগী বিচার কায়দনা বৃহস্পতিবু মাগী গুরুদেব ওইনা বোরিখি ॥২৩॥

লৈপাক্কী মপু যুধিষ্ঠির! মহামুনি শুকদেবনা বৃহস্পতিগী মকমদগী রহস্য (অথুপ্পা— অকুপ্পা) ওইবা মরোল্ খিবিক্তা লোয়ননা অঙ্গ পুমমক য়াওনা, অদুগা ইতিহাস অমদি রাজশাস্ত্র (রাজনীতি) য়াওনা লোইনা তমদুনা গুরুদক্ষিণা কৎলগা, তুংদা সমাবর্ত্তন সংস্কার তৌরগা মপাগী নাক্তা ময়ুমদা হল্লকই ॥২৪—২৫॥

মহাক্না পুক্লীং অনী লোওদনা ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌদুনা অকিবা কনা তপস্যা তৌখি। মহাতপস্বী

দেবতানামৃষীণাং চ বালোঽপি সমহাতপাঃ। সম্মন্ত্রনীয়ো মান্যশ্চ জ্ঞানেন তপসা তথা ॥২৬॥
ন তস্য রমতে বুদ্ধিরাশ্রমেষু নরাধিপঃ। ত্রিষু গার্হস্থ্যমূলেষু মোক্ষধর্মানুদর্শিনঃ ॥২৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্মপর্ব্বণি
শুকদেবোৎপত্তির্নাম ঊনবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩১৯॥

——:(+):——

শুকদেবজী অসি জ্ঞানশক্তি তপস্যাশক্তি অনীনা মরম ওইহনা অঙাংগী অবস্থাদা লৈন লৈনা দেবতা ঋষি পুন্নমজী ঈকায় থুম্নফম্ ওইবা. অহুগা মথোয় ময়ামগী লুরবা মৃতমদা স্না-তান্নফম— মন্ত্রনা তৌকম মীশঙ্ অমা ওইখি ॥২৬॥

নিংথৌ। শুকদেব অসি মোক্ষধর্ম্মতদা পুক্নীং চঙবা মীশক অমনি। মহাক্কী বুদ্ধি অসি গার্হস্থ্যাশ্রমদা নম্মুনা লৈবা অতৈ আশ্রম অহুমদা মমায় ওক্তিনখিদে, মাহুদা মাগী নুংঙাইবা হৈনিংবা করিমতা লৈতে ॥২৭॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্মপর্ব্বদা, শুকদেব উৎপত্তি কৌবা চহুমগাতরামাপালগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩১৯॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## বিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শুকদেবনা মিথিলাদা চৎপা )

### চহুমগা কুনশুবা অধ্যায়

——:(+:——

ভীষ্ম উবাচ।

স মোক্ষমনুচিন্ত্যৈব শুকঃ পিতরমভ্যগাৎ। প্রাহাভিবাদ্য চ গুরুং শ্রেয়োঽর্থী বিনয়ান্বিতঃ ॥১॥
মোক্ষধর্মেষু কুশলো ভগবান্ প্রব্রবীতু মে। যথা মে মনসঃ শান্তিঃ পরমা সম্ভবেৎ প্রভো ॥২॥

---

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! শুকদেব অসি মোক্ষগী মরমদা থম্ন থম্না মপানু ওইবা গুরুসু ওইবা ব্যাসগী মনাক্তা চৎখি। মাম্না নোংজুক্না চরণ শোক্না খুরুমজহুনা ২জল ওইননবগী থন্মুনা মপা ব্যাসদা অস্মন্না হায়রকই ॥ ॥ পিতৃদেব! ঐদু পোকপিবা নহাক্তি মোক্ষধর্ম্মগী তত্ত্ব লোইনা খঙবিয়ম্বি। মোক্ষধর্মতদা

শ্রুত্বা পুত্রস্য তু বচঃ পরমর্ষিরুবাচ তম্। অধীষ্ব পুত্র মোক্ষং বৈ ধর্ম্মাংশ্চ বিবিধানপি ॥৩॥
পিতুর্নিযোগাজ্জগ্রাহ শুকো ধর্ম্মভৃতাং বরঃ। যোগশাস্ত্রং চ নিখিলং কাপিলং চৈব ভারত ॥৪॥
স তং ব্রাহ্ম্যা শ্রিয়াযুক্তং ব্রহ্মতুল্যপরাক্রমম্। মেনে পুত্রং যদা ব্যাসো মোক্ষধর্ম্মবিশারদম্ ॥৫॥
উবাচ গচ্ছেতি তদা জনকং মিথিলেশ্বরম্। স তে বক্ষ্যতি মোক্ষার্থং নিখিলং মিথিলেশ্বরঃ ॥৬॥
পিতুর্নিযোগমাদায় জগাম মিথিলাং নৃপ। প্রষ্টুং ধর্ম্মস্য নিষ্ঠাং বৈ মোক্ষস্য চ পরায়ণম্ ॥৭॥
উক্তশ্চ মানুষেণ ত্বং পথা গচ্ছেত্যবিস্মিতঃ। ন প্রভাবেণ গন্তব্যমন্তরিক্ষচরেণ বৈ ॥৮॥

---

পুক্লীং চঙবিরিবনি। অহুনা, * ঐগী থম্মোয়দা শান্তি ফংননবা উপদেশ ( পাউভাক ) অদো পীনবিরো ॥২॥

মচা মহাজ্ঞানী শুকদেবগী না অসি তাবদা; মহর্ষি ব্যাসনা অস্তুম্না হায়রকই,— ঈবুঙো। শুক। নহাক মোক্ষধর্ম অহু পান্নবদি,— ধর্ম্মহু-ত নত্তনা ধর্মহুগা মরী লৈনবা অতে অতে ধর্মগ্রন্থসু তমখো— নৈনখো ॥৩॥

ভারত! ভরতবংশদা পোকপা! যুধিষ্ঠির! মপা ব্যাসকী য়াথং মতুং ইন্না ধর্ম্মাত্মা ওইবা জ্ঞানীশিংগী মমুংদা অথোইবা শ্রীশুকদেবজীনা হেক্ লৈরিবা যোগশাস্ত্র পুম্বা, অহুগা সাংখ্যশাস্ত্র পুম্বা লোইনা তমখি ॥৪॥

মচা শুকদেবনা মোক্ষধর্ম্মগী তত্ত্ব লোইনা খঙহুনা ব্রহ্মতেজ তনা মশা পুম্বা পুন্নং লংনা লৈবা, অহুগা শাস্ত্র পুন্নমক্ক লৈরিবা তত্ত্ব পুম্বগী গতি ( খোঙচৎ ) অহু খঙলবা মীশক অমা ওইরকপন্থ উবদা ব্যাসনা অস্তুম্না হায়রকই,— ঈবুঙো! চৎলো নহাক মিথিলাগী নিংথৌ জনককী নাক্ তান্না। মোক্ষশাস্ত্রগী তত্ত্ব পুন্নমক খঙলবা জনক নিংথৌনা মোক্ষগী সিদ্ধান্ত নঙোন্দা হায়রক্নি ॥৫—৬॥

নিংথৌ। মপা ব্যাসগী য়াথং মতুং ইন্না শুকদেবনা মোক্ষধর্ম্মগী মুক্তিমার্গগী সিদ্ধান্ত পুম্বা হংলুগে হায়-বগী দমক মিথিলা কোন্নুং তান্না চংখি ॥৭॥

চৎলমদাই মতমদা ব্যাসনা মচাগী মফমদা করিগুম্বা বিষয় অমগী অঙকপা চিংনবা লৈতনা অস্তুম্না হায়রকই,— ঈবুঙো! নং নশামক জ্ঞানী ওইরবসু, নশান্নদি নশাবু জ্ঞানীনি হায়না খক্ খল্‌গন্থু। লম্বীদা সাধারণ ওইবা মীচম্ অমগুম্না চংকদবনি। নং, যোগশক্তি লৈরে, নশাবু লুক্রাক্‌মুক্ য়াংহন্না নোংদোস্তক্তা

---

* "অহুনা" হায়বগী ভাবতি— "ঐ ( আত্মা ) বু জগৎ ( হকচাং ) অসিদা অমুক পোকহন্‌বিরবনিনা, পোকহন্‌বিবংগী শক্তিহুনা শিব ( মৃত্যু ) বু শিংবদি ও'স্বরোইদবনিনা, অহুগা শিবু শিরবদি, অভোপ্পা কনা-গুম্বা অমনা, অপোকপ্‌। ঈপা শাবা আত্মা অমনা অমুক পোকহন্‌গদৌবা মরৈরবনিনা, ঐ ( আত্মা ) বু পোকহন্‌বা নহারা পোকপ-শিবগী লাংদগী মুক্ত ওইননবা, মুক্তি ফংননবগী উপায়বু খঙবিরমগনি। লিল্ থাজিন্দুনা হু কান্নখিলহন্নবগী সর্পবিদ্যা হৈবা মীনা, হু অহু লৌথোক্ চিংথোকপিননবগী বিদ্যাসু হৈগদবনি। অহু খঙন্নবদি আত্মা ঐবু অশিবা হকচাংসিদা পোকহল্লিবসি মহাহিংসা অমনি। "অহুনা"— পোকপিরে, ফরে। হৌজিক্তি লান্নবা উপায় উপদেশ অহু পীবিরে" হায়বনি। ( কালাচাঁদ )

আর্জবেনৈব গন্তব্যং ন সুখান্বেষেক্ষিণা তথা। নান্বেষ্টব্যা বিশষাস্তু বিশেষা হি প্রসঙ্গিনা ॥৭॥

---

পাইবা ওয়ে হায়দুনসু, আকাশমার্গদা থক্ চৎকনু, * সাধারণনা চৎলিবা মম্বীতুদা অতুম্ চৎখো ॥৮॥

ঈচম্ চম্না, ঈচম্ চম্বা মীশক অমা ওইদুনা চৎখিগদবনি। অসুম চৎখিবদা লম্বীদা হুংঙাইবা মকম

---

* আকাশদা পোকপা লৈবা চৎপা জীব অমা, উশিংদা পোকপা লৈবা চৎপা জীব অমা, কংফালদা—লৈপাক্তা পোকপা লৈবা চৎপা জীব অমা... অদুমনি। কংফালদা হায়বসিদা লৈমুংগীদু য়াওয়ে। মখোয় অসিনা অজম হায়বা জীবদুনি। হায়রিবা অদুম অসিদা পোকপা লৈবা ফাওবদি ওয়্নগা হুন্দ্ৰংন্দা চৎপা ওমদবা অদুনা স্থাবর জীবনি। পাক্চাউবা অর্থদা হায়রগা জীব খুদিংমক মাগী মাগী তম্মকপা পরিকরদা লৈবনা মুম্ন থজিল্লুরবদি স্থাবরগী স্থাবর মক্তনি। ঈশিংগী জীবনা ঈশিংদগী হেন্দোকপা য়াদে। কংফান্দা লৈরম্বা ওয়্নবসু ওহাক্তনি। লৈরম্লিবদুগী কংফান্দা লৈবা জীবগী মতৌ তম্শিন্নবনি। ঈশিংদা লৈগদবা ঙা মহাক্না ঈশিংদগী ওহাক আকাশ ( অহাওব ) দা চোংখৎলম্বদু উচেকী মতৌ ওহাক্তুং তমজরম্বনি। তাইবংমী অসি কংফান্দা পোকপা লৈবা জীবনি। হিহোন্বা, ঙা ফাব ডুমগী মচা ওইনা ঈশিংদা হিথক্তা পোক্লবসু ঈশিংদা পোকপা জীবনি হায়বা থক্ য়ারোই। হি অদু য়োৎনি, লৈপাক্নি। অদুনা, উচেক্কুম্না নোংমদোম্থক্তা কদায় কদায় য়ৌনা বায়ুযান ( এরোপ্লেন ) দা তোংদুনা পাইরবসু আকাশদা পোকপা জীবনি হায়বা থক্ য়ারোই। এরোপ্লেন অদুসু য়োৎনি, লৈপাক্নি। উচেকী মতৌ ওহাক্তুং তম্বনি। উচেক্না পাইখৎপা ওম্বদগী হেন্নসু জ্ঞান বিজ্ঞানগী শক্তিনা পাইখংখিবা য়াই। অদুগা পাইবা হায়বা থবক্তুমদি মতৌ তম্বনি। মতৌ তম্বদি তৌশিন্নবনি। তৌশিন্নবদি মীনম্বনি। শুকদেবদি করিগুম্বা বিমান, বায়ুযান অমতা য়াওদনা মশা ঙাক্তনা নোংমদোম্থক্তা সূর্য্য-চন্দ্রমণ্ডল ফাওবা যোগাসনদা পাইখিবা ওয়্নবনি। অদু ফাওবা উচেক্কী মতৌ তম্বনি। আকাশদা পোকপা, লৈবা, চৎপা জীবগী মতৌ তম্বনি, হায়না ব্যাসনা মচাদা জ্ঞান তাক্পনি। মতৌ তম্বদি মীনম্বনি, মাত্র মিথ্যা মায়ামার্গনি; যোগমার্গ নত্তে। যোগমার্গগী তত্ত্বদি, বায়ুযান অমদা তোংদুনা চৎপদি লায়বু লায়রক্নো আত্মা মহাক্না নহাক্কী বায়ুযান ওইরিবা ইকচাং অসিমকপু থাদোক্লমদুন, করিস্সু করিস্সু ঈযাও য়াওদনা ব্রহ্মমার্গদা চংখিবগী লম্বীদু থিবতনি। অদুনা ব্যাসনা মচা শুকদেবদা হায়রিবসিগী ভাবতি— অদুগুম্বা মোক্ষধর্ম্মগী তত্ত্ব থিবা চংপদা মীনম্বা তৌশিন্নবা লম্বীদা থক্ চৎখিনু হায়বনি। কংফান্দা পোকপা তাইবং জীবনা করিগী উচেক্ শাশিন্নগনি? উচেক্না করি তোংদুনা পাই? পাইগে হায়রগা করিস্সু ঈয়াও য়াওদনা পাইয়ু। অদু ওয়্নবা ফাওবসু মতৌ তম্বনি। হায়রিবা য়াকমসিনা বৈজ্ঞানিকশিংগী বিজ্ঞানবু নিন্দা তৌবা নত্তে। অদুগা বিজ্ঞানশাস্ত্রগী তত্ত্বসু পাইখংকে চোংখংকে হায়নীদমক নত্তে। মীনমদবা অচুম্বা পোৎশক থিবনি। ব্যাসনা শুকদা হায়রিবসি অচুম্বদু থিবদা অয়াম মীনম্বা উপায়না করিগী চৎকনি?... অসিতনি।

( কালাচাঁদ )

অহঙ্কারো ন কর্ত্তব্যো যাজ্যে তস্মিন্ নরাধিপে। স্থাতব্যং চ বশে তস্য স তে ছেৎস্যতি সংশয়ম্ ॥১০॥
স ধর্ম্মকুশলো রাজা মোক্ষশাস্ত্রবিশারদঃ। যাজ্যো মম স যৎ ব্রূয়াৎ তৎ কার্য্যমবিশঙ্কয়া ॥১১॥
এবমুক্তঃ স ধর্ম্মাত্মা জগাম মিথিলাং মুনিঃ। পদ্ভ্যাং শক্তোঽন্তরিক্ষেণ ক্রান্তুং পৃথ্বীং সসাগরম্ ॥১২॥
স গিরিংশ্চাপ্যতিক্রম্য নদীতীর্থ সরাংসি চ। বহুব্যালমৃগাকীর্ণা স্থটবীশ্চ বনানি চ ॥১৩॥
মেরোর্হরেশ্চ দ্বেবর্ষে বর্ষং হৈমবতং ততঃ। ক্রমেণৈবং ব্যতিক্রম্য ভারতং বর্ষমাসদৎ ॥১৪॥
স দেশান্ বিবিধান্ পশ্যংশ্চীনহুন নিষেবিতান্। আর্য্যাবর্ত্তমিমং দেশমাজগাম মহামুনিঃ ॥১৫॥
পিতুর্ব্বচনমাজ্ঞায় তমেবার্থং বিচিন্তয়ন্। অধ্বানং সোঽতিচক্রাম খেচরঃ খে চরন্নিব ॥১৬॥

---

অহুগা খুদোংচাবা চাবা থকপা কংগদবা মকম থক্ থিরোইদৌবনি। লম্ লম্ অহুগী অথোই অথোইবা মমিং মমিং চৎপা মীশক অংগা লৈকম হুনা হুনা থক্ থিরোইদৌবনি। মরমদি মখোয়হুবু অহুম্ থিরবদি মখোয় অহুগদা আসক্তি অহু কা হেন্না চঙথিগনি ॥৯॥

নিংথৌ জনক অদো ঐগীদি যজমাননি। ঐপাগী যজমাননি হায়দুনা নিংথৌদুগী মকমদা নাপল্ থোন্নবনচিংবা থক্ ত্তৌরু লাকুউন্নু। হাঁরম পুন্নদা নিংথৌদুগী য়াথংগী মথাদা লৈগদৌবনি। নহাক্কী চিংনবা পুম্বা মহাক্কা লোইনা কোক্থল্লক্কনি ॥১০॥

ঐগী যজমান নিংথৌ জনক হায়বসি ধর্ম্মগী তত্ত্বু মুন্না খঙবা, মোক্ষশাস্ত্রদা হৈশিংবা নিপা অমনি। নত্তোন্দা নিংথৌনা পীবা য়াথংদো শোয়দনা ঙাক্কদবনি ॥১১॥

মপা ব্যাসকী রা অসি তাবগা শুকদেব অসি মিথিলারোমদা যাত্রা তৌখি। চীঙ-মান্ তুরেল পুম্নমক লাম্থোক্লুনা নোংমদোম্থক্কা পাইহুনা চংখিবা ঙম্মবস্থু মখোঙনা শাংলবা লম্বীহু অহুম্ চংখি ॥১২॥

চীঙ-মান্ তুরেল্ তীর্থ কয়া কয়া লম্বীদা লম্থোক্লুনা চৎপা তাখি। শা কৈ লিল্নাচিংবা মহু পুরবা জীব কয়ানা থল্লবা বন জঙ্গল কয়া কয়া লাম্থোক্লুনা চৎপা তাখি। পুম্নমক অসিবু লাম্থোক্লুনা ইলাবৃত্ত-বর্ষ ( মেরুপ্রদেশ ), হরিবর্ষ, হৈমবতবর্ষ ( কিম্পুরুষ ), বর্ষ অহুম অসি লাম্থোক্লুনা ভারত কৌবা বর্ষ ( ভারত-বর্ষদা থুংখি ॥১৩—১৪॥ *

চীন অমদি হুন জাতিগী মীশিংনা লৈবা দেশ কয়া কয়া কয়া য়েং য়েংহুনা অম্নম লাক্লুনা শুকদেবনা ভারতবর্ষগী আর্য্যাবর্ত্তদেশদা থুংখি ॥১৫॥

মপা ব্যাসগী য়াথং মত্তুংইন্না দেশ পুম্নমক অহু খোঙতনা লাকখিবনি। নোংমদোম্থক্কা পাইবা উচেক্কী মত্তৌঙুন্না মহাক্কা কংকাম্থক্কা চৎখি ॥১৬॥

* ভারতকী অরাংদা কিম্পুরুষবর্ষ, অসিগী অরাংদা হরিবর্ষ, অসিগী অরাংদা ইলাবৃতবর্ষ, অসিগী অরাংদা উত্তরমেরু অসিনি। অদুনা শুকদেবনা লাকপসি উত্তরমেরুদগী রাশিয়া, রাশিয়াদগী চীন, চীনদগী হিমালয় প্রদেশ ( তিব্বত ), অদুদগী ভারতবর্ষ, অম্নম্ লাকপনি ॥　　　　( কালাচাঁদ )

পত্তনানি চ রম্যাণি স্ফীতানি নগরাণি। রত্নানি চ বিচিত্রাণি পশ্যন্নপি ন পশ্যতি ॥১৭॥
উদ্যানানি চ রম্যাণি যথৈবায়তনানি চ। পুণ্যানি চৈব রত্নানি সোঽতিক্রামদথাধ্বগঃ ॥১৮॥
সোঽচিরেণৈব কালেন বিদেহানাসসাদ সঃ। রক্ষিতান্ ধর্ম্মরাজেন জনকেন মহাত্মনা ॥১৯॥
তত্র গ্রামান্ বহূন্ পশ্যন্ বহ্বন্নরসভোজনান্। পল্লীঘোষান্ সমৃদ্ধাংশ্চ বহুগোকুলসংকুলান্ ॥২০॥
স্ফীতাংশ্চ শালিযবসৈর্হংসসারস সেবিতান্। পদ্মিনীভিশ্চ শতশঃ শ্রীমতীভিরলঙ্কৃতান্ ॥২১॥
স বিদেহানতিক্রম্য সমৃদ্ধজনসেবিতান্। মিথিলোপবনং রম্যমাসসাদ সমৃদ্ধিমৎ ॥২২॥
হস্ত্যশ্বরথসঙ্কীর্ণং নরনারী সমাকুলম্। পশ্যন্ন পশ্যন্নিব তৎ সমভিক্রামদচ্যুতঃ ॥২৩॥

---

লম্বীদা দেশ প্রদেশ, চাউখৎলবা নগর কয়া কয়া শুকদেবনা উথি। অঙক্ অঙক্পা পোচ্চে ফুরা দলাল্ কয়া কয়া থেংনরকই। অদুবু থেংনরুবা উরুবদুতনি, থোইদোক্না য়ে শিল্লুবা লৈতে ॥১৭॥

যাত্রিক ওইরিবা শুকদেবনা পূক্নিং হুনবগী মশক ওইরবা হৈকোল লৈকোল, ফজ্জ ফজরবা, য়াং চাউ-রবা য়ুমশিং অদুবু থোওইনা য়েংশিল্লুদে। শেংলবা সনা, মণি মুক্তা রত্ন কয়া মনাক্তা তাদুনা লৈহৌই; অদুবু হন্নমক্ক য়েংলম্‌দে। মখোঙনা কান্ কান্দুনা লাক্ই ॥১৮॥

অমুম্না লাকপসিনা— ধর্ম্মাত্মা ওইরবা নিংথৌ জনকনা ঙাক্লিবা বিদেহদেশগী প্রান্তদেশ ( খুনয়া ) দা য়ৌরক্লে ॥১৯॥

খুল্‌শিং অদুদা চংলু চৎলুবা মফমদা উহৈ রাহৈ ফৌ চেঙনা থল্লবা; অরুবা ঈশিং, মহৈ মরোং মরাং মরাং কায়না লৈরম্মি। শাংল শাংলবা শাবন্— শঞ্জেনবুং কয়া কয়া উথি। মশা মউ ফরবা শল্ শম্বী-মপৈ মপৈ উথি ॥২০॥

বিদেহদেশ চাঁওয়া তময়া মফম পুম্বদা হিয়াঙ্গৈ পোহৈমুগী নাপু মচু মাল্লবা কৌবুক পুম্বদা ফৌচরোংগী মপৈশিং অদুনা লিরি লিরি শীংপা মুংশিংকী ঈপোম্না য়ৈবদা ঈথক হৌবগুম হাই-হুম্না থোইদোক্না নীং-থিরম্মি। মফম অদুদা লৈবা মীশিং অদু ফৌ-চেঙ মহৈ মরোংনা চোম্না পানা লৈরবা, মায়থোং মকারাম্নবা মশা মউ ফরবা ঙাক্ত ওইনা শুকদেবনা উথি। মায়গৈ অকোয়বদা ঙাম্নু কাংওনচিংবা উচেক্‌শিংনা হয়াও ওয়াম্না কোয়পাই পাইদুনা লৈরম্মি। থরো থম্বাল থম্না শাৎলবা পুখ্রীশিংন বিদেহ কৌবা দেশগী ফজববু থোইনা হেনগৎহল্লম্মি ॥২১॥

মতৌ অমুম্না ধনসম্পত্তি ধন ধান্য চাউথৎলবা বিদেহগী দেশ খুল ময়াম অদু লাম্থোকতুনা শ্রীশুক-দেব অসি মিথিলাগী নীংথিজরবা বন উপবনশিংগী মনাক্তা থুংঙরে ॥২২॥

মফম অদুদা শগোল শামু রথনচিংবা ফজ্জ ফজরবা শাদোং কয়া কয়ানা মতম পুম্বদা শেম শাদুন লৈবদু অদুগা মশীং লাক্তমদ্রবা নিপা নুপীশিংনা হুঙ্গৎহন্দা চৎতুনা লৈবদু শুকদেবনা উথি। মশাগী মাং মর্য্যাদা অকায়বা করিমতা লৈহন্দনা অদুক য়াম্বা নীংথিজরবা পোচ্চেশিং অদু উন উনা উঙ উজধকুনা

মনসা তং বহন্ত্বায়ং তমেবার্থং বিচিন্তয়ন্। আশ্রয়ানঃ প্রসন্নাত্মা মিথিলামাসসাদ হ ॥২৪॥
তস্যা দ্বারং সমাসদ্য নিঃশঙ্কঃ প্রবিবেশ হ। তত্রাপি দ্বারপালাস্তমুগ্রবাচা ন্যবেধয়ন্ ॥২৫॥
তথৈব চ শুকস্তত্র নির্মন্যুঃ সমতিষ্ঠত। ন চাতপাধ্ব সংতপ্তঃ ক্ষুৎপিপাসাশ্রমান্বিতঃ ॥২৬॥
প্রতাম্যতি গ্লায়তি বা নাপৈতি চ তথাঽতথাতপাৎ। তেষাং তু দ্বারপালানামেকঃ শোকসমন্বিতঃ ॥২৭॥
মধ্যং গতমিবাদিত্যং দৃষ্ট্বা শুকমবস্থিতম্। পূজয়িত্বা যথ ন্যায়মভিবাদ্য কৃতাঞ্জলিঃ ॥২৮॥
প্রবেশয়ৎ ততঃ কক্ষাং দ্বিতীয়াং রাজবেশ্মনঃ। তত্রাসীনঃ শুকস্তাত মোক্ষমেবানুচিন্তয়া ॥২৯॥
ছায়ায়ামাতপেচৈব সমদর্শী মহাদ্যুতিঃ। তং মুহূর্তদিবাগম্য রাজ্ঞো মন্ত্রী কৃতাঞ্জলিঃ ॥৩০॥

উরিবশিং অহুদা থোইনা থৌগাদনা শুকদেবনা মথং মথং অসুম্ চঙশিন্খি ॥২৩॥ খঙনীং হংনীঙলিবা বিষয়গী তাব অহুবু পুক্নীংনা পুদুনা, হায়বদি— অতৈ অমা খন্দনা মাদুত খন্দুনা, অহুগা খঙগদৌরিবা জ্ঞেয়বস্তু অহুবু ক্বয়ম হায়না ফংগদগে হায়বা অসিত খন্দুনা য়াম্না নুংঙাইনা মিথিলাদা চঙশিন্খি ॥২৪॥

নগরগী থোঙ অহু য়ৌশিল্লক্লে। কিরিমতা চিংনবা অকিবা লৈহুনা হেক চঙশিল্লকে তৌবদা দ্বারপাল ( থোঙ-শঙব ) শিং অহুনা অকন্না অথীবা রাহৈনা শুকদেববু থিংখি— চহুন্দে ॥২৫॥

শুকদেব অসি চপ লেপ্লি। মহাক্কী পুক্নীংদা নুংঙাইতবা অশাউবা খক্ লৈত্তে। লম্বীদা চাদ-থক্তনা লাকপগী অরাম খৌরাংবা, মশা চোকথবা রাবা কিরিমতা লৈরমদে। অরাম খৌরাংবনা, মীগী তাথীবা রা-হৈনা শুকদেবগী থম্মোয়দা পুক্নীংদা অরাবা নুংঙাইতবা অশাউবা পোকহন্বা ভমদে ॥২৬॥

নুংশাদা লাকপগী ওলাং ওন্শাউবা, চোকথবা হায়বহু মশাদা শূকক্কাও ক্কাওরমদে। অহুনা— নুংশাদগী উরুমদা চঙশিন্গে পোথাগেদ্রু হায়দে। শুকদেবগী ব্যবহার শাজং অহু উবদা দ্বারপালশিং অহুগী মরক্তা অমদি মপুক্নীংদা ওস্মোক্না নুংঙাইরক্ত্রে ॥২৭॥

নুমিৎয়ুংবগী নুমিৎকী তেজগুম পুন্নং লংহুনা লৈবা শুকদেববু মুম্ন য়েংলগা মহাক্না শুকদেবদা ঙঙশিন্-লক্তুনা মখুৎ লোম্নহুনা থুক্নম্লি। শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা পূজা তৌহুনা তরাম্ তরাম্না কোন্নুং মমুংদা পুশিন্থিহুনা ক্বা অমদা পোথাহন্থি ॥২৮॥

ঈবুঙো! যুধিষ্ঠির! ক্বা অহুদা ফমহুনা শুকদেবনা কোন্নুংগী মমুংদা নীংথিজরবা ক্বা অহুগী মওং মতৌ ফজবনচিংবহুদা থোইদোক্না য়েংঙু বা তৌদনা, বন অমদা লৈবগী মতৌগুম্না মোক্ষ ( মুক্তি ) গী রাথল অহুত খন্দুনা তুমিন্ন ফমহুনা লৈ। কোন্নুং— উমং, নুংশা— উরুম, অরাবা— নুংঙাইবা… মথোক্না চপ মান্নবা অহুম মথোকই ॥২৯॥

ওহাক্ লৈরগা রাজমন্ত্রী অমা মখুৎ লোম্নহুনা মকম অহুদা লাকই। মহাক্না শুকদেববু দলাল্ অহুগী অহুনবা মরোলদা পুখংখি ॥৩০॥

প্রাবেশয়ৎ ততঃ কক্ষ্যাং তৃতীয়াং রাজবেশ্মনঃ। তত্রান্তঃপুরসম্বদ্ধং মহচ্চৈত্ররথোপমম্ ॥৩১॥
সুবিভক্তজলাক্রীড়ং রম্যং পুষ্পিতপাদপম্। শুকং প্রাবেশয়ন্মন্ত্রী প্রমদাবনমুত্তমম্ ॥৩২॥
স তস্যাসনমাদিশ্য নিশ্চক্রাম ততঃ পুনঃ। তং চারুবেষাঃ সুশ্রোণ্য তরুণ্য প্রিয়দর্শনাঃ ॥৩৩॥
সূক্ষ্মরক্তাম্বরধরাস্তপ্তকাঞ্চন ভূষণাঃ। সংলাপোল্লাপকুশলা নৃত্যগীতবিশারদাঃ ॥৩৪॥
স্মিতপূর্ব্বাভিভাষিণ্যো রূপেণাপ্সরসাং সমাঃ। কামোপচারকুশলা ভাবজ্ঞাঃ সর্ব্বকোবিদাঃ ॥৩৫॥
পরং পঞ্চাশতং নার্য্যো বারমুখ্যাঃ সমাদ্রবন্। পাদ্যাদীনি প্রতিগ্রাহ্য পূজয়া পরয়ার্চ্চয়ন্ ॥৩৬॥
কালোপপন্নেন তদা স্বাদ্বন্নেনাভ্যতর্পয়ন্। তস্যভুক্তবতস্তাস্ত তদন্ত পুর কাননম্ ॥৩৭॥
সুরম্যং দর্শয়ামাসুরেকৈকশ্যেন ভারত। ক্রীড়ন্ত্যশ্চ হসন্ত্যশ্চ গায়ন্ত্যশ্চাপি তাঃ শুভম্ ॥৩৮॥

---

মকম অদুদা অন্তপুরগা তাইনবা পাক্ চাউরবা লৈকোল্ অমা লৈ। মাদু চৈত্ররথ কৌবা বনগা মান্নবা ফজে। মফম অদুদা ঈশিংদা শান্নবগী মতৌক চান্নবা, তোঙান্ তোঙান্বা মওংগী পুক্ষী লৈ। লৈকোল্ ( লৈ + মকোল্ = বগীচা ) অদু মকা কন্না শাৎলবা হৈরাং লৈরাং পাম্বীতনা থোইনা হেন্না নীংথিজে। লৈকোল্ অদুগী মমিং প্রমদাবন হায়না কৌই। মন্ত্রীদুনা শুকদেববু মফমদুদা য়ৌহন্খি ॥৩১—৩২॥

মন্ত্রীদুনা শুকদেববু লৈকোল্দুগী মনুংদা নীংথিজরবা কম্ফম অমদা কম্হল্লগা, অন্তপুরদুদগী থুনা মাঙনা থোককখি। মন্ত্রীদুনা হেক্ চৎখিবগা নীংথিজরবী যুবতী য়াম্না শুকদেবনা লৈরিবা অদোমদা চেঙ্খিল্লকই। মখোয়না শেচ্চারিবা ফীজোল অদু পুক্লৌং হূনবগী মশক্কি। মখোয় অদু অমমম্না য়াম্না নীংথিজরবী নবযুবতী মক্তনি। মখ্যাং চেংলবী, নীংতু তাব ফজরবী মক্তনি। তাওলবা পারবা সাড়ী শেৎপী মক্তনি। ফুদোংলবা সনা মরীক্ মচেংমক্তনা বুট্ থিল্লবা থাম্লবা সাড়ী অমদি ইমফিশিং অদুনা মখোয়গী হকচাং কাচাৎ খুদিংগী ফজবদুবু অমুক হেন্গৎহল্লি। রারী-রাতাই শাবগা রাৈহ-রাতা, প্রমাণ-পাম্থে হৈরবী মক্তনি। পুং-ঈশৈ, জগোইদা চপ্থোক্লথী মক্তনি। অমমম্গী মশক্না অপ্সরাশুম ফজে। মীচ্চি খোই-খোই তাবী, মোমেম্মীনোক্না লোয়ননা রাভাওবীশিং অদু মীৎয়েং-নায়েংতনা— মশা মশাগী থম্মোয়গী ভাবপু অতোপ্পগী মফমদা কোঙ-লোকপা ভম্বী, অদুগা মখোয়গা রারী শানরিবশিংদুগী মনোভাব ( পুক্নী-দা থল্লিবা রাথল ভাব ) অদুবুদু লায়না খঙবী ওাক্তনি। অপাম মুংশিগী বিদ্যাবু যুম্ন হৈরবী ওাক্তনি ॥৩৩—৩৫॥

মখোয়না ভৈহৈ রাহৈ, অথুম অহাও, লৈ শূনচিংবনা শুকদেবগী সেবা পূজা তৌখি। নীংথিজরবা অচা অথক্লা নহাকপু পেলহনখি ॥৩৬॥

ঈবুঙো! ভরতশাগৈগী মুংঙাইনবগী মশক ওইরবা। মখোয়না শুকদেববু পীজ পীথকৃপা লোইরবদা অন্তঃপুরগী নীংথিজরবা লৈকোল ভাম্না পুখি। ফজরবা হৈ শাল লৈপালনচিংবা পোচ্চে খুদিংমক অমমম্-ভ ওইনা য়েংহনখি ॥৩৭॥

মখোয়না শুকদেবগী মাওদা পুক্লৌং হূননবগী মশক ওইরব; শাওং শাথেক্না লোয়ননা জগোই শাই,

উদারসত্ত্বং সত্ত্বজ্ঞাঃ স্ত্রিয়ঃ পর্য্যচরং স্তথা । আরণেয়াস্তু শুদ্ধাত্মা নিঃসন্দেহঃ স্বকর্ম্মকৃৎ ॥৩৯॥
বশ্যেন্দ্রিয়ো জিতক্রোধো ন হৃষ্যতি ন কুপ্যতি । তস্মৈ শয্যাসনং দিব্যং দেবার্হং রত্নভূষিতম্ ॥৪০॥
স্পর্দ্ধ্যাস্তরণসঙ্কীর্ণং দদুস্তাঃ পরমাস্ত্রিয়ঃ । পাদশৌচং তু কৃত্বৈব শুকঃ সন্ধ্যামুপাস্য চ ॥৪১॥
নিষসাদাসনে পুণ্যে তমেবার্থং বিচিন্তয়ন্ । পূর্ব্বরাত্রে তু তত্রাসৌ ভূত্বা ধ্যানপরায়ণঃ ॥৪২॥
মধ্যরাত্রে যথান্যায়ং নিদ্রামাহারয়ৎ প্রভুঃ । ততঃ মুহূর্ত্তাৎ উত্থায় কৃত্বা শৌচমনন্তরম্ ॥৪৩॥
স্ত্রীভিঃ পরিবৃতো ধীমান্ ধ্যানমেবান্বপদ্যতে ॥৪৪॥
অনেন বিধিনা কার্ষ্ণিস্তদহঃ শেষমচ্যুত । তাং চ রাত্রিং নৃপকুলে বর্ত্তয়ামাস ভারত ॥৪৫॥

---

ঊশৈ শকই, চেং কন্দুনা শাৱি । পুক্নিংগী রাথল তাব পুন্নমক্কী মওংবু শাথেক্তুনা শঙব থঙহনবা ওমলবীশিং অহুনা শুকদেবগী হীরম্ পুন্নমক্কা সেবা তৌখি ॥৩৮॥

অহুবু অরণিসম্ভব শুকদেবগী পুক্নী অমদি থম্মোয়দি অমোৎপগী মরীক্ অমতা য়াওদনা পুম্নশেং শেংনা লৈ । মহাক্তি ইন্দ্রিয় পুন্নমকপু অহুগা কাম ক্রোধনচিংবু জয় তৌরবা মীশক অমনি । চৈবা নঙ্গগা থাগৎপদা শাউবা হরাওবা করিমত্তা লৈখিদ্রবনি । সংসারগী অপাম মুংশিনচিংবা অসিবু জয় তৌহুনা লৈরবা মীশক অমনি । চিংনবা অকিবা করিমত্তা লৈতনা মশাগী তৌগদবা মখো, নীংগদবা রাথল অহুগী লীক্লমদগী থুবৈ নাম্মত্তা হেন্দোক্তবা মীশক অমনি ॥৩৯॥

নীংথিজরবীশিং অহুনা স্বর্গগী দেবতামক্তা ওহাক হীগ্ন চেন্না কন্থ । মতীক চারবা আসন অহুগা শয্যা ( কমুং ) শেম শাহুনা থম্মি । সনা লুপা মণি হুক্তানা থান্নবা কমুং অমা শেম শাহুনা থম্মি । মমল য়ামলবা ফি ( মোম্পাক ফিদক্ ) না কুপ্পবা শয্যা অমদি আসন অহু ওহাক পোথানবগীদমক্ত পী ॥৪০॥

অহুবু অহানবদা শুকদেবনা খোঙ খুং শেংনা হামদোক্তুনা সন্ধ্যা উপাসনা তৌই । অহুগী তুংদা শেং-আসন অমদা কথহুনা মোক্ষতত্ত্বগী মরমদা খন্বা হৌরকই । অহিং ( মুমিদাং ) গী অহানবা য়ুথক্ত ধ্যান তৌহুনা তুমিন্ন লৈ । অনীশুবা প্রহর ( য়ুথক ), অহুমশুবা য়ুথক অনীসিগী তুম্মি ॥৪১—৪২॥

নোংঙানুগদবা পুং অনী রোমদা ডায়রবা ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা তুম্বা থাদোক্তুনা হকচাং-শেংদোকপা অমদি স্নান-নচিংবা লোইরবা তুংদা মহাজ্ঞানী শুকদেবনা পরমাত্মাগী ধ্যানদা পুক্নীং চঙখি । মতম অহুনস্থ নীংথিজরবী যুবতী ( মথোল্ কারক্লবী ) শিং অহুনা শুকদেবজীগী অকোয়বদা তুমিন্ন ফমহুনা মাগী মতৌ মওং অহু য়েংহুনা লৈখি ॥৪৩—৪৪॥

ভরতনন্দন ! যুধিষ্ঠির ! মতৌ অসুন্না মশাগী নিয়ম বিধি অমদি মশাগী মর্য্যাদা— নিত্যকর্ম্মদগী থুবৈ নাম্ম-ত হেন্দোক্তনা লৈ— শন্না অমা কাওবা কান্নহন্দে । অরেম্বা মরক্তী মতম অহুনা নিংথৌগী কোন্থুং অহুদা লৈহুনা মতম লেপ্পি ॥৪৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিকাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্ম-পর্ব্বণি শুকদেব মিথিলা প্রবেশ নাম বিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২০॥

—:(✽):—

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিংশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শুকদেব মিথিলা প্রবেশ কৌবা চহুমগা কুন্‌শুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২০॥

—:(✽):—

# মণিপুরী মহাভারত

## একবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( জনকগা শুকগা মোক্ষগী মবমদা হংনবা খুম্নবা )

## চহুম কুম্যাথোইশুবা অধ্যায়

—:(✽):—

ভীষ্ম উবাচ।

ততঃ স রাজা জনকো মন্ত্রিভিঃ সহ ভারত। পুরঃ পুরোহিতং কৃত্বা সর্ব্বাণ্যন্তঃপুরাণি চ ॥১॥
আসনং চ পুরস্কৃত্য রত্নানি বিবিধানি চ। শিরসা চার্ঘমাদায় গুরুপুত্রং সমভ্যগাৎ ॥২॥
স তদাসনমাদায় বহুরত্নবিভূষিতম্। স্পর্দ্ধ্যাস্তরণসংস্তীর্ণং সর্ব্বতোভদ্রমৃদ্ধিমৎ ॥৩॥
পুরোধসা সংগৃহীতং হস্তেনালভ্য পার্থিবঃ। প্রদদৌ গুরুপুত্রায় শুকায় পরমার্চিতম্ ॥৪॥
তত্রোপবিষ্টং চ কার্ষ্ণিং শাস্ত্রতঃ প্রত্যপূজয়ৎ। পাদ্যং নিবেদ্য প্রথমমর্ঘ্যং গাং চ ন্যবেদয়ৎ ॥৫॥

---

ভীষ্মনা হায়— ভারত অথোইবা। অদুদগীদি নিংথৌ জনক অসি মন্ত্রিশিং, কোন্নুং মনুংগী লোয়নবীশিংগা লোয়ননা রাজপুরোহিতনা মাঙ থাদুনা অচা-অথক পূজাগী পোচৈ অসিনচিংবা কোকথোংনদুনা অর্ঘ্যপাত্র অমদি মণি মুক্তা থন্না হাপ্লবা পাত্র পুরকুনা শুকদেবগী নাক্তা থুংঙরে ॥১—২॥

পুরোহিতনা হান্না পুরক্লবা, সর্ব্বতোভদ্র কৌবা, মণি-মুক্তানচিংবা ফী-য়াইনা হংলবা, মথক্ত নীংথিজনবা মোজবা মমল য়াম্লবা ফিনা কুপ্লবা আসন অদু নিংথৌ মশামক্তা থুংনা রাজপুরোহিতকী মথুক্তগী লৌদুনা গুরুপুত্র শুকদেবগী ফমমদা লাপ্তিন্‌খি। মমল শাম্লবা আসন অদুদা লেংঙশিন্‌বিয় হাংবগী মতুংদা থুংলোন্‌নদুনা নোঙ্গুক্না ফমদুনা লৈখি ॥৩—৪॥ ব্যাসগী মচা শুকদেবনা— আসন অদুগী মথক্তা চনীঙ ওয়ানা

স চ তাং মন্ত্রবৎ পূজাং প্রত্যগৃহ্লাৎ যথাবিধি। প্রতিগৃহ্য চ তাং পূজাং জনকাৎ দ্বিজসত্তমঃ ॥৬॥
গাং চৈব সমনুজ্ঞায় রাজানমনুমান্য চ। পর্য্যপৃচ্ছন্মহাতেজা রাজ্ঞঃ কুশলমব্যয়ম্ ॥৭॥
অনাময়ং চ রাজেন্দ্র শুকঃ সানুচরস্য হ। অনুশিষ্টস্তু তেনাসৌ নিষসাদ সহানুগ ॥৮॥
উদারসত্ত্বাভিজনো ভূমৌ রাজা কৃতাঞ্জলিঃ। কুশলং চাব্যয়ং চৈব পৃষ্ট্বা বৈয়াসকিং নৃপঃ ॥
কিমাগমনমিত্যেবং পর্য্যপৃচ্ছত পার্থিবঃ ॥৯॥

শুক উবাচ।

পিত্রাহমুক্তো ভদ্রং তে মোক্ষধর্ম্মার্থকোবিদঃ। বিদেহরাজো যজ্যো মে জনকো নাম বিশ্রুতঃ ॥১০॥
তত্র গচ্ছস্ব বৈ তূর্ণং যদি তে সংশয়ঃ। প্রবৃত্তৌ বা নিবৃত্তৌ বা স তে চ্ছেৎস্যতিসংশয়ঃ ॥১১॥
সোঽহং পিতুর্নিযোগাৎ ত্বামুপপ্রষ্টুমিহাগতঃ। তন্মে ধর্ম্মভৃতাং শ্রেষ্ঠ যথাবৎ বক্তুমর্হসি ॥১২॥

---

অমথপ্রবদা জনক কৌবা নিংথৌনা শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা শুকদেবগী পূজা তৌবা হৌখি। অদুদুদা থোঙ-খূং শেংদোক্লবা, চীন্ খা তেংনবা শেংলবা ঈশিং হাপ্লা পাত্র, অদুদগী অর্ঘ্য ( পূজাগী সামগ্রী হাপ্লা পাত্র ) পাত্র, অদুগী তুংদা শম্বী চামা দান অসিনচিংবসি মথং মনাও কায়দনা কংশিন্থি ॥৫॥

ব্রাহ্মণ অথোইবা শুকদেবনা নিংথৌনা কংশিল্লক্লিব পূজাগী পোচ্চেশিং অদু বিধি কায়দনা ওক্লনা লৌখি। পূজা অদু তরাম্ তরাম্না তৌরবা তুংদা, নিংথৌনা কংলিবা গোদান অদুবু হয়াওনা স্বীকার তৌখি, য়াখি। অদুগী তুংদা তেজ লৈরবা শুকদেবজীনা নিংথৌগী মফমদা মঙ্গল ওইনা লৈরিবগী য়া পাউ হংখি ॥৬ ৭॥

নিংথৌ! যুধিষ্ঠির! মনাই-মপললশিংগা লোয়নননা অনা-অশ্লেক লৈতনা পাল্লিবগী থওনীংবগী য়াম্ব শুকদেবনা নিংথৌদা হংখি। অদুগী তুংদা শুকদেবগী য়াথং ইঙ্গিত ফংলবা মতুংদা নিংথৌ জনকনা মুপী-নহাশিং মন্ত্রীশিংগা লোয়নননা খুৎ খুৎ লোপ্প লাপ্পনা শুকদেবগী মাঙদ লৈমায়থক্ত থম্থখি। নিংথৌ জনকতি ধর্ম্মথওবা পূকচেল চাউরবা নিপা অমনি। মহাক্কী অহল্লমন মবুধৌশিংস্থ য়াম্ব পূকচেল চাউরবা জাক্ত ওইথিবনি। নিংথৌ জনকনা খুৎলোম্নচুনা শুকদেবগী মঙ্গল ওইবা য়া পাউ পুম্বা হংলগা— ভগবন্! ব্রহ্মন্! ওসি করম্বা কৃপা অমা তৌবিগে হায়বগীদমক ননাই ঐগীসিদা লেংবিরকপা? অসুম হায়না শুকদেবদা হংখি ॥৮—৯॥

শুকদেবনা হায়,— নিংথৌ! মঙ্গল ওইসনু। ঐবু পোকপা ঈপা ব্যাসদেবনা মহারাজদি মোক্ষ-ধর্ম্মগী তত্ত্ব লোইনা থওলবনি, হায়রকই। মহারাজদি ঐগী পিতৃদেবগী যজমাননিস্থ হায়রকই। প্রবৃত্তি নিবৃত্তি ধর্ম্মগী মরমদা নহাক্কী করিগুম্ব চিংনবা লৈরবস্থ নিংথৌদুগী মনাক্তা চৎলু। নহাক্কী চিংনবা পুম্বা কোকৃলক্কনি, অসুম হায়না ঐগী পিতৃদেবনা তাক্পিরক্ই ॥১০—১১॥

ধর্ম্মগী তত্ত্বমু মুম্ব থওবশিংগী মরুংদা অথোইবা, নিংথৌ! ঈপাগী য়াথং পাউতাক মতুংইন্না পুম্নমক্ত

কিং কার্যং ব্রাহ্মণেনেহ মোক্ষার্থশ্চ কিমাত্মকঃ। কথং চ মোক্ষঃ প্রাপ্তব্যো জ্ঞানেন তপসাথবা ॥১৩॥

জনক উবাচ।

যং কার্যং ব্রাহ্মণেনেহ জন্মপ্রভৃতিতচ্ছৃণু। কৃতোপনয়নস্তাত ভবেৎ বেদপরায়ণঃ ॥১৪॥

তপসা গুরুবৃত্ত্যা চ ব্রহ্মচর্য্যেণ বা বিভো। দেবতানাং পিতৃণাং চাপ্যনৃণোহ্যনসূয়কঃ ॥১৫॥

বেদানধীত্য নিয়তো দক্ষিণামপবর্জ্য চ। অভ্যনুজ্ঞামথ প্রাপ্য সমাবর্ত্তেত বৈ দ্বিজঃ ॥১৬॥

সমাবৃত্তশ্চ গার্হস্থ্যে স্বদারনিরতো ভবেৎ। অনসূয়ুর্যথা ন্যায়মাহিতাগ্নি স্তথৈব চ ॥১৭॥

উৎপাদ্য পুত্রপৌত্রং তু বর্ণাশ্রমপদে বসেৎ। তানেবাগ্নীন্ যথাশাস্ত্রমর্চয়ন্নতিথিপ্রিয়ঃ ॥১৮॥

স বনেঽগ্নীন্ যথা ন্যায়মাত্মন্যারোপ্য ধর্মবিৎ। নির্দ্বন্দ্বো বীতরাগাত্মা ব্রহ্মাশ্রমপদে বসেৎ ॥১৯॥

---

খঙনীংদুনা ঐ মহারাজগী মফমদা লাকচবনি। অদুনা হংজরিবসিগী পাউখুম মুম্ম অমুক্ত খুম্বিরকউ ॥১২॥

ব্রাহ্মণ হায়বসিগী মথৌনা করিনো? মোক্ষ ( অরাম্বা খুভম ) কৌবা পুরুষার্থ অসিগী স্বরূপ ( মওং ) না করিনো? মোক্ষ ( মুক্তি ) হায়বসিবু জ্ঞানতনা ফংব্রা? তপস্যা-তনা ফংব্রা? করম্বা সাধননা ফংনবগে? ॥১৩॥

জনকনা হায়,— ব্রাহ্মণ! গুরুপুত্র! ব্রাহ্মণ হায়বসিনা মেক পোকপাগী তৌগংবা মথৌশিং অদু ঐ মথং মথ হায়থরক্কে। যজ্ঞোপবীত সংস্কারগী মতুংদা হায়বদি— নোঙুণ থাংলবঃ, লাইমিং কৌরবা মতুংদা, ব্রাহ্মণমচানা বেদ তত্বতদা পুক্নীং চঙগদবনি ॥১৪॥

ব্রাহ্মণ! তপস্যা, গুরুগী সেবা, ব্রহ্মচর্য্য পালন, হায়রিবা অদুম অসিগা লোয়ন লোইননা বেদ হম্-গদবনি। যজ্ঞতনা দেবতাশিংগী, তর্পণতনা পিতৃলাককী লমনবু শিংমনবা হোৎনগদৌবনি। কনাগুম্বা অমতগী দোষ য়েংশিল্লোইদৌবনি। ইন্দ্রিয়বু খুমে নদুনা বেদাধ্যয়ন লোইরবা তুংদা গুরুদা দক্ষিণা কৎ-লমগা, গুরু অদুগী য়াথং লৌদুনা সমাবর্তন সংস্কার লোইরবা তুংদা গুরুকুলদগী মমা মপাগী মযুমদা হল্লকদবনি ॥১৫—১৬॥

মযুমদা হল্লক্লগা বিবাহকর্ম্মনচিংবা তৌদুনা গার্হস্থ্য ধর্ম্মবু ভাকদবনি। মশাগী লোয়নবীতনা পুক্নীং লুপ-কনি। অতোপ অতোপ্পগী দোষ থোইনা য়েংলু খল্লুদনা মী খুদিংমকপু যজনা ভরাম ভরাম তৌগদ্রি। মুম্নিংখুদিংগী মৈদা ভমজবা হোম তৌগদবনি ॥১৭॥

হায়রিবা গৃহস্থাশ্রম অসিদা মচা মপু পোকরবা তুংদা, গার্হস্থ্যধর্ম্মবু মচাগী খুত্তা শিন্নরক্লগা বানপ্রস্থ আশ্রমদা লৈথিগদবনি। আশ্রম অসিদা লৈরবস্থ শাস্ত্রগী বিধি মতুংইন্না গার্হপত্য কৌবা যজ্ঞ অদুম্ব অদুম তৌথিগনি ॥১৮॥

অদুগী তুংদা, বর্ণাশ্রমগী তত্ব খঙবা মচাক অদুনা, শাস্ত্রগী বিধি মতুংইন্না যজ্ঞগী আগ্নদেবতাশিং অদু আত্মাদা পানশিন্দুনা অপাম্বানচিংবা দ্বন্দ্বভাব ( অনী থোকপা বাথল ) দগী থাংথদা লৈদুনা, ব্রহ্মগী মযুমদা

শুক উবাচ ।

উৎপন্নে জ্ঞানবিজ্ঞানে নির্দ্বন্দ্বেহৃদি শাশ্বতে। কিমবশ্যং নিবস্তব্যমাশ্রমেষু ভবেৎ ত্রিষু ॥১০॥

---

থজিন্‌বা রাখল্তগা মরী থম্বা— মরী থোকপা সন্ন্যাসগী আশ্রমদা চঙশিন্‌খিগদবনি ॥১॥ *

শুকদেবনা হায়,— নিংথৌ ! কনাগুম্বা অমগী থম্মোয়দা, ব্রহ্মচর্য্য কৌবা আশ্রম অদুদা জ্ঞানবিজ্ঞান পুথ্বা ঈগাস্ত ওম্মুনা লৈবা য়াওরি। অদুগা, কল্লকপা য়েংথিনবনচিংবা অনী থোকপগী রাখল য়াওব্রবা ব্রহ্মচারী অদুনা মতুংগী আশ্রম অহুম অদুদা চংথরুবগী করি কাম্নগনি ? ॥১০॥

---

* "দ্বন্দ্বভাব" হায়বসি অপোবা অর্থ অনা, অকুপ্পা অর্থ অমা— অনীথোক্লা পুই। অরায়বা অর্থদি— অনী থোক্‌পগী মওং হায়বতনি। তাইবং জীব পুথ্বা হায়রিবা অনী থোকপগী মওং অসিদা লৈবা ঙাক্তনি। ঐগী মাগী হায়বসি হায়দবা মী লৈতে। ঐগী ধর্ম্ম মাগী ধর্ম্ম, অচৌবা অপিকপা. অহাওবা হাওতবা, কায়নবা তিন্নবা, মাওবা তোংবা, অন্নাবা নুংঙাইবা, জয় পরাজয়··· অসিনচিংবা অনী অনী থোকপগী মওংদা লৈনরিবা রাখল অমদি পোৎশকশিং অসি দ্বন্দ্বভাবদা লৈরুবদগী ঙাক্তনি। মসিনা মথানগী অপোবা অর্থ পুবা দ্বন্দ্বভাব ঙাক্তনি। মী অমতদা, পোৎশক মথা অমতগা অনী থোকপগী রাখল অসি হাপ্পবা ঙাক্তনি। মী অমতবু ওসিনা মরূপনি হায়না উই। হয়েংনা মী অদুমকপু য়েক্নবা ওইনা উই। মীশক্ পোৎশক্ অমতদা অনী থোক্লা উরি। অনী ঈথোক থোক্‌ত্রবত্রু অনী থোক্লু, অদুম্ মউবনা অয়াম্বা ঙাক্তনি। ঘটাকাশ ( চক্লু মথুংদা লৈবা আকাশ— অহাংবা ) মহাকাশ হায়রিবসিমক অনী থোকপা রাখলদগীনি। আকাশ মচা. আকাশ অচৌবা হায়রিবসি অনী থোকপা রাখলদগীনি। লৈতৃমগা সনাগা তোঙান্ তোঙান্ উরিবা অসিসু দ্বন্দ্বভাবতা লৈবননি। লৈপাকসু লৈপাক্‌নি, সনাসু লৈপাক্‌নি। দ্বন্দ্বভাব অয়াম্বা অয়াম্বা রাখলগী পোকখিবা ঙাক্তনি। লেন্ মতুমগা ঈশিংগা অনীমু তোঙান্ তোঙানবা পোৎশক ওইনা উরিবসি দ্বন্দ্বভাবতনি। মসি, নামগা রূপকা, হায়বদি— মিংগা মওংগা অনীসিতনা থোকহল্লিবনি। সনা মোহর মথা অমতগা খুজী ওইনা অমুক ওই, খুদোপ ওইনা অমুক ওই, নাইন্ ওইনা অমুক ওইনা অমুক উই। মসি মওং ( রূপ ) গা মমিং ( নাম ) গা অনীসিতনা ওইহল্লিবনি। ওহাক ওহাক ওনবা মওংগা মিং গনি। অদুবা, অনী থোক্লা উরিবা লৌরিবসিসু ওহাক্ ওহাক্লা দমক্তনি। অদুনা দ্বন্দ্বভাব হায়বসি জীবাত্মাসিনা মায়াদা তাদুনা লৈরিক্তৈদনি। অদুনা, আত্মা মহাক মথা মথন্তনা হকচাংসিদা দ্বন্দ্বভাবতা লৈবনা কল্লকপা য়েংখিবা, অন্নাবা নুংঙাইবা, পোকপা শিবা··· অসিনচিংবা অনী অনী থোকপগী মায়াগী লাংদা তারিবসিনি। অনী থোকপগী রাখল অসিদগী লাম্থোকপ্রবা মহাক অদু নির্দ্বন্দ্ব হায়বদু ওইরবনি। শুকদেবনা হংলিবদি, অদুগা চিংনরিবদি নির্দ্বন্দ্ব অসিতা ওইগে হায়বগী বানপ্রস্থ সন্ন্যাসনচিংবা আশ্রম চঙনরিবনি। ব্রহ্মচর্য্যগী আশ্রমদা লৈরিক্তৈদা নির্দ্বন্দ্ব ওইপ্রবদুনা অতৈ আশ্রমদা চংঙ্ঙবগী কাম্নবা দরকার লৈতে অসিনি।

( কালাচাঁদ )

এতং ভবন্তঃ পৃচ্ছামি তৎ ভবান্ বক্তুমর্হতি। যথা বেদার্থতত্ত্বেন ব্রূহি মে ত্বং জনাধিপ ॥২১॥

জনক উবাচ।

ন বিনা জ্ঞানবিজ্ঞানে মোক্ষস্যাধিগমো ভবেৎ। ন বিনা গুরুসংবন্ধং জ্ঞানস্যাধিগমঃ স্মৃতঃ ॥২২॥

গুরুঃ প্লাবয়িতা তস্য জ্ঞানং প্লব ইহোচ্যতে। বিজ্ঞায় কৃতকৃত্যস্তু তীর্ণস্তদুভয়ং ত্যজেৎ ॥২৩॥

অনুচ্ছেদায় লোকানামনুচ্ছেদায় কর্ম্মণাম্। পূর্ব্বৈরাচরিতো ধর্মশ্চাতুরাশ্রম্য সঙ্কটঃ ॥২৪॥

---

ধর্মগী তত্ত্ব খঙবা নিংথৌ! ঐনা হংজরিবশিংসে, মথং মথং অমুক্তা খুম্বিয়্য। বেদগী থাক্লেশেংবা সিদ্ধান্তগী মতুংইন্না, মথং মনাও নাইনা অমুক্তা খুম্বিয়্যু ॥২১॥

জনকনা হায়,— জ্ঞান বিজ্ঞান অনীসি য়াওদনা মোক্ষপদবী ( মুক্তি ) ফংবা য়াদবনুগুম্না সংগুরুগা সম্বন্ধ ( মরী ) থম্দনা জ্ঞান ফংবসু ওইথোক্তবানি ॥২২॥ *

গুরুদি সংসার ঈপাক অসিবু লাম্ভোকহনবিবা মীশক অমনি। গুরুনা পীখিবা জ্ঞান অহুনা লান্থোক্লবা খুংলায় হি পোওগী মশকনি। তাইবংমীনা জ্ঞানগী মশক ওইরবা হিথক্তা তোংহনা তাইবং ঈপাকসি লাম্ভোকখিহনা তাইবং মীওইবা ওইনা লোকপগী মথৌ পাওথোকখিবা হায়বতু ওই। হিথকুতা তোংহনা তুরেলবু লান্থোক্লগা তুংদা, হিবু নৌবুসু থাদোক্লমহনা তোর্ব্বাদা কাথংখিবগুম্না মুক্ত ওইরবা মী অহনা জ্ঞানহবুসু গুরুহবুসু থাদোক্লনহনা মযুবনা চংখিবহগুম্না— আত্মাসিনা মাগী থোরককম ব্রহ্মদা লীন ওইখি— তিনখি। অদু ওইরবদি লাম্ভোক লাক্লিনগী মশক ওইবরা পোক্পশিবগী লমদা আত্মা মহাত্মা অমুক থুরক্রে ॥২৩॥

মমাংদৈগী জ্ঞানীশেবা অহস লমনশিংনা লোকমর্যাদাবু, পরম্পরা চৎনবীবু ওাক্লনবগী দমক্তা আশ্রম মরিগা

---

* মফম অসিদা হায়রিবা "বিজ্ঞান" হ য়বসি হৌজিক্কী আধিভৌতিক বিজ্ঞান অসি নত্তে। অধ্যাত্মিক বিজ্ঞাননি। আধিভৌতিক বৈজ্ঞানিকনা মৈ ঈশিং লুংশিং লৈপাক মনিল-মহাগী য়াম্ভোক য়াক্লিন্ তৌহনা— লংথৎপা থানবা, চাইথোকপা থোমজিনবা, লেওহনবা উক্রক লৈহনবগী লেবোরিটোরিদা পঞ্চকর্ম্ম (থবক মঙা) অসি তৌরিভেদা, শারিবা থুগাইরিবা, চৎহন্ লেঙহম্নবা হোৎনরিবসি হকচাংমুং অসিদা লৈবা কনানা করিনা তৌরিবনো? হোংবা, চাউবা কৌশিল্লিবা হকচাং অসিনরা? হকচাং অসিদি অশিবনি, অশিবা হকচাং অসিনা অশিবা য়োৎ নুংবু চৎহনগদবগী হোৎপরিব্রা? অদুসু অশিবনা অশিববু লেঙবদি ওইথোকতবনি। অদুদি হকচাংমুংসিদা লৈরিবা ঈশ্বর আত্মাসিনরা? অদুসু অশিবা হকচাং অসি য়াওদনা আত্মা মথন্তনা চোংথোরক্লনা কর্ম্ম অমতা তৌবা ঙমদে। অদুনদি পুরুষ প্রকৃতি অনী চঙহনা বিকৃতি ময়ামসি তৌরিবা ওইরমগনি··· অসিনচিংবা থম্ভহনা লৈবা বৈজ্ঞানিক অমত্তা য়াংদে। বিজ্ঞানগী থাক্লেশেংবা উদ্দেশ্যদি অদুনি। বিজ্ঞানদি মিংচৎ তাক্লনবগী সনা-লুপা তাক্লনবগী নত্তে। সনা লুপাদি মগাক্লা শীজিন্নরিবা য়োৎ নুং লৈপাক অহুনা মশক ওইথিবনি। ( কালাচাঁদ )

অনেন কর্ম্মযোগেন বহুজাতিষু কর্ম্মণাম্। হিত্বা শুভাশুভং কর্ম্ম মোক্ষো নামেহ লভ্যতে ॥২৫॥
ভাবিতৈঃ করণৈশ্চায়ং বহুসংসারযোনিষু। আসাদয়তি শুদ্ধাত্মা মোক্ষং বৈ প্রথমাশ্রমে ॥২৬॥
তমাসাদ্য তু মুক্তস্য দৃষ্টার্থস্য বিপশ্চিতঃ। ত্রিষ্বাশ্রমেষু কোন্বর্থো ভবেৎ পরমভীপ্সতঃ ॥২৭॥
রাজসাং স্তামসাংশ্চৈব নিত্যং দোষান্ বিবর্জয়েৎ। সাত্ত্বিকং মার্গমাস্থায় পশ্যেদাত্মানমাত্মনা ॥২৮॥

---

লোয়ন লোয়ননা বর্ণ ধর্ম্ম পুন্নমক্কী নিয়ম ঙাক্লখি ॥২৪॥ মতৌ অসুম্না কর্ম্ম মথল মথল বিধি কায়দনা তৌরম্মগা ওইজবা ওইজদবা কর্ম্ম পুম্বা থাদোক্তুনা মোক্ষপদবীবু ফংনরিবনি। মপোক কয়াদগী মথং মথং কর্ম্ম তৌথরক্তুনা ইন্দ্রিয়শিং অসি শুদ্ধ (অশেংবা) ওইরকই। অসুম্না শুদ্ধ ওইরক্লবদা তাইবংমীগী মপোক্তা কনা কনাগুম্বনা ব্রহ্মচর্য্য কৌবা অহানবা আশ্রম অসিমক্তদা, মথংগী আশ্রম অহুম অহুদা অমুক চঙগদ্রবস্তু থম্মোয় শেংলবা মীশক অমা ওইহনা মোক্ষপদবী (অরানবা থুন্ডম) বু ফংবা ঙম্মি ॥২৫—২৬॥

হায়রিবা অহানবা ব্রহ্মচর্য্য কৌবা আশ্রম অসিদি সাত্ত্বিকভাবতা আত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌবা ঙম্লবদি সাক্ষাৎকার তৌননবগী দমক্তা মথং মথং লৈশিন্নবা আশ্রমশিং অহুদা চঙগবগী করি অবশ্যকতা (দরকার) লৈগনি? হায়বদি— করিমতা লৈত্রে ॥২৭॥ *

বিদ্বান্ জ্ঞানী ওইবা মীনা তৌগদবা হায়বদু— রাজসিক তামসিক ওইবা দোষ পুন্নমকপু থাদোকলগা সাত্ত্বিকমার্গদা চংতুনা আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌবা অসিতনি ॥২৮॥

---

* ব্রহ্মচর্য্য, গার্হস্থ্য, বানপ্রস্থ সন্ন্যাস হায়বনা আশ্রম মরি লৈশিন্নবসি করিগীনো হায়বদা— অহানবা আশ্রমদা থম্মোয় অসি পুমশেং শেংথহনা পরমাত্মাবু থাজশেংনা সাক্ষাৎকার তৌবা ঙমহৌদ্রবস্তু জ্ঞানতানা দানধর্ম্মনচিংবা কর্ম্ম তৌননবগী লৈরিবা মথংগী গৃহস্থাশ্রমদা অহুম হোৎনগদবনি। মাহুদা ঙমহৌদ্রগা— বিষয়কর্ম্ম পুন্নমক লোইনা থাদোক্তুনা ঈশ্বোন্ কোন্বদা সন্ন্যাসাশ্রমদা হোৎনগদবনি। অসিগীদমক্তা আশ্রম মরি অসি লৈশিন্নবনি। ব্রহ্মচর্য্যাশ্রমদগী ফংঙকপা জ্ঞান অদুগী মতুংইন্না গৃহস্থাশ্রমদস্তু দান, অতিথিসেবা, পিতৃ-মাতৃ-তর্পন, ঋষিতর্পন, দেবতর্পননচিংবা, অদুগা দানধর্ম্মনচিংববু ঙম্ব থঙনা তৌরবদি ব্রহ্ম সংক্ষাৎকার তৌবা অহুম ময়াই। আশ্রম মারি অসিগী মঙ্গণ চপ মান্নে। অমদা ঙমহৌদ্রগা অমদা অমুক্ হেংননবনি। হায়রিবা আত্মদর্শন অসিবু মরি অসিগী মনুংদা অমদা পাঙথোকহৌরবদি মথাগী মথং আশ্রমহুদা অমুক চঙগদ্রবস্তু য়ারে। অকোন্বগী সন্ন্যাসাশ্রম হায়রিবসিদস্তু কনানা করিবু করিগী দমক থদোক্লিবনো হায়বদু থঙদনা মপাঙ্খোংতদা সন্ন্যাসাশ্রমদা চঙগ্রবস্তু কান্নবা লৈতে। বিষয় পুন্নমক্কী রাংমদা লৈবা পরমাত্মাবু ফংননবগী দমক বিষয়শিং অহু থাদোক্লস্বতনি। বিষয়শিং অদুবু থাদোক্তুনা মখোয়গী মরক্তা জ্ঞান তানা ঙম্ব থঙনা লৈরবদি থাদোকপগা অন্ধানি, হায়বসিনা গৃহস্থাশ্রমগী অভিপ্রায় অমদি উদ্দেশ্যনি। গৃহস্থাশ্রমদা লৈরবদি ঙম্মরোই থজুনা মচা মশুপিংদা, শাগৈ নাত্তৈদা ধনসম্পত্তি পুন্নমক পাঁথোক্লমহুনা অটীক্পা মমদা চংখিহুনা অমুক য়োংঙবা হোৎনরুবা আশ্রম অহুনা বানপ্রস্থ হায়রিবা অসিনি। (কালাচাঁদ)

সর্ব্বভূতেষু চাত্মানং সর্ব্বভূতানি চাত্মনি। সম্পশ্যন্নোপলিপ্যেত জলেবারিচরো যথা ॥২৯॥
পক্ষিবৎ প্লবনাদূর্দ্ধমমুত্রানন্ত্যমশ্নুতে। বিহায় দেহান্নিযুক্তো নির্দ্বন্দ্বঃ পরমং গতঃ ॥৩০॥
অত্র গাথাঃ পুরা গীতাঃ শৃণু রাজ্ঞা যযাতিনা। ধার্য্যন্তে যা দ্বিজৈস্তাত মোক্ষশাস্ত্রবিশারদৈঃ ॥৩১॥
জ্যোতিরাত্মনি নান্যত্র সর্ব্বজন্তুষু তৎসমম্। স্বয়ং চ শক্যতে দ্রষ্টুং সুসমাহিতচেতসা ॥৩২॥
ন বিভেতি পরো যস্মান্ন বিভেতি পরাচ্চ যঃ। যশ্চ নেচ্ছতি ন দ্বেষ্টি ব্রহ্মসম্পদ্যতে তদা ॥৩৩॥
যদা ভাবং ন কুরুতে সর্ব্বভূতেষু পাপকম্। কর্মণা মনসা বাচা ব্রহ্ম সম্পদ্যতে তদা ॥৩৪॥
সংযোজ্য মনসাত্মানমীর্ষ্যামুৎসৃজ্য মোহনীম্। ত্যক্ত্বা কামং চ মোহং চ তদা ব্রহ্মত্বমুচ্যতে ॥৩৫॥

---

অচচ্চত্ত জীব পুন্নমক্তা মশাগী আত্মাবু উজরবা, আত্মা মাগী মপুংদম্থ অচচ্চত্ত পূগবু উজয়বা মী মহাক অচুদি করিগুম্ব' বিষয়দা কা হেন্না আসক্ত ওইদে। মহাক অচুদি সংসারদা লৈরবস্থ, ঈশিংদা লৈবা ওানা ঈশিংগী ধর্ম্মদা ভিন্নদন লৈবগুম— সংসারগী করিগুম্বা বিষয়দা কা হেন্না পুক্নীং লুপ্লুদে ॥২৯॥

মহাক অচুদি, উচেক্না মচুম থাদোক্লুনা পাইথোকখিবা অচুগুম্না ভাইবং হকচাংসিবু থাদোক্লমচুনা মহাশান্তিগা লোয়ননা পরলোকতা চংখি ॥৩০॥

ব্রাহ্মণ! হায়রিবা বিষয় অসিগী মত্তাংদা নিংথৌ যযাতিনা শকৃখিবা শোন্‌খিবা শৈরেং অচুস্থ মত্তা-বিমু। মাসি মোক্ষশাস্ত্রগী তত্ত্ববু খঙবা জ্ঞানী ব্রাহ্মণসীংনা হেক হেক্ নীংশিংনৈ ॥৩১॥

মশা মথন্তগী হকচাংস্থংদা আত্মজ্যোতি (আত্মাগী মঙাল্) লৈ। অতৈদা নত্তে। হায়রিবা মঙালসিদি থরায় পান্‌বা পুন্নমক্কী দেহ থিবিক্তা ঈকায় কায়দনা অচুম্ মরৈবনি। মশাগী থম্মোয় ইন্দ্রিয়বু মচীন্ লেওহন্দনা তু মম্না লৈহন্দুনা থস্থবা মী মহাক অংতাং মঙাল্ অচুবু উবা খঙবা ঙম্মি ॥৩২॥

মাবু উবদা কনা অমতগী পুক্নীংদা অকিবা লৈতবা, মহাক মশামকপু করিগুম্বা কনাগুম্বা অমগী মফম-দগী অকিবা ফংদবা, মাগী করিগুম্বা অরাংপা অমতা লৈরমদ্রহুনা করিগুম্বা পো শক অমতা পামদ্রবা, মচ্চক মিহোৌবা লৈত্রবা মহাক অচুদি ব্রহ্মাদবীবু ফংঙি ॥৩৩॥

পুক্নীংনা রাহৈনা থবক্তা, কনাগুম্ব'মতগী মফমদা,
পাপকী থবক হিংসানচিংবা, করিগুম্ব'মতা তৌগে থজ্রবা,
কনাগুম্ব'মতগা শীংনবা, কল্লক মিহোৌবা লৈত্রবা,
মতম'হুমক্তদা মাগী থম্মোয়দা, ব্রহ্মগী মঙাল্ লাকপনি ॥৩৪॥

গুম্নাংপগী লাংদা থানগদবগী, লৈরিবা অপাম্বা-কল্লকপা মিহোৌবা
গুম্নাংপা'হুমকপুস্থ থাদোক্লুনা, পুক্নীংবু আত্মাদা চঙহন্‌ব্রবা,
মতম'হুমক্তদা মাগী থম্মোয়দা ব্রহ্মগী মঙাল্ লাকপনি ॥৩৫॥

যদা শ্রাব্যো চ দৃশ্যে চ সর্ব্বভূতেষু চাপ্যয়ম্। সমো ভবতি নির্দ্বন্দ্বো ব্রহ্মসম্পদ্যতে তদা ॥৩৬॥
যথা স্তুতিং চ নিন্দাং চ সমত্বেনৈব পশ্যতি। কাঞ্চনং চায়সং চৈব সুখদুঃখং তথৈব চ ॥৩৭॥
শীতমুষ্ণং তথৈবার্থমনর্থং প্রিয়মপ্রিয়ম্। জীবিতং মরণং চৈব ব্রহ্মসম্পদ্যতে তদা ॥৩৮॥
প্রসার্য্যেহ যথাঙ্গানি কূর্ম্মঃ সংহরতে পুনঃ। তথেন্দ্রিয়াণি মনসা সংযন্তব্যানি ভিক্ষুণা ॥৩৯॥
তমঃ পরিগতং বেশ্ম যথা দীপেন দৃশ্যতে। তথা বুদ্ধি প্রদীপেন শক্য আত্মা নিরীক্ষিতুম্ ॥৪০॥
এতৎ সর্ব্বং চ পশ্যামি ত্বয়িবুদ্ধিমতাং বর। যচ্চান্যদপি বেত্তব্যং তত্ত্বতো বেদ তৎ ভবান্ ॥৪১॥
ব্রহ্মর্ষে বিদিতশ্চাসি বিষয়ান্তমুপাগতঃ। গুরোস্তব প্রসাদেন তব চৈবোপশিক্ষয়া ॥৪২॥
তস্যৈব চ প্রসাদেন প্রাদুর্ভূতং মহামুনে। জ্ঞানং দিব্যং মমাপীদং তেনাসি বিদিতো মম ॥৪৩॥

---

তাব য়েংব উবদা, মতীক্ চারবা পোৎ খুদিংমকপু,
অথোই'হেন্নাইদনা চপ মান্ননা উরবা,
অচচ্চত্ত থরায়পান্‌বা পুন্থদা, চপমান্নন রাখল থন্নবা,
মতম'তুকক্কদা মাগী থস্মোয়দা, ব্রহ্মগী মঙাল্ লাক্‌পনি ॥৩৬॥

থাগৎপ-চৈবগী রাঙাঙ'নীমক্তা, চপমান্ননা'হুম তারবা,
য়োৎ সনা, অরা সুংঙাই, নিংথম্ ওল্লাঙ'নীমক্তা
স্নাঙব-তোংবা যেরুবা মরূপ, ফংব-ফংদব, পোকপ-শিবা,
অনী'নী থোক্ক লৈরিশিংসিদা, খেন্নবা লৈতনা মউরবা,
মতম'তুমক্তা মাগী থস্মোয়দা ব্রহ্মগী মঙাল্ লাকপনি ॥৩৭—৩৮॥

হেক্সুনা মপান্দা হাইদোক্ (তিথোক্) লম্বা মখোড লোইনা লৌশিন্ চিংশিন্‌থিবগুম, জীবন্মুক্ত ওইবা পান্বা সন্ন্যাসী অমনা ইন্দ্রিয়শিংবু বিষয়শিংদগী খুদক্তা লৌশন্ খোম্‌জিনগদবনি ॥৩৯॥

মন্নবা ঈমুংদা থাউমৈ থান্নগা, অমম্বদুদা লৈরম্মিবা অচৌ অপীক্ পোৎ খুদিংমকপু ময়েক লানা উবথুগুম— অকুপ্পা বুদ্ধিগী মশক ওইরবা থাউমৈবু শুক্লবা থস্মোয়সুংদা, আত্মাবু তশেংনা সাক্ষাৎকার তৌবা য়াই ॥৪০॥

বুদ্ধিমান্ জ্ঞানীশিংগী মন্নুংদা অথোইবা! ব্রাহ্মণ! শুবদেবজী! ঐনা হায়জখিবা য়াকমশিংসে ব্রাহ্মণ নহাক্তী থস্মোয়দা হাম্নদগী অতুম মরৈরবনি। হৌজিক হায়জরিবসি নত্তবা অতৈ অরুবা তত্ত্ব কয়াদা নহাক্তী থস্মোয়সুংদা ভাদ্রুনা লৈরিবনি। নহাক্না হংম্না খঙজনা লৈরবা ওাক্তি ॥৪১॥

ব্রহ্মর্ষি! ঐনা যাম্না মুন্না খঙজরে। ব্রাহ্মণ! নহাক, নহাকপু পোকপা পিতৃদেব শ্রীব্যাসজীগী কৃপাদগী অমুগা বেদ শাস্ত্রবু নিয়ম নাইনা তম্বা নৈনবদগী সংসারগী বিষয়দগী রাংমদা লাম্হোক্লৈ। লৌখিংবা মীশক অমনি ॥৪২॥ মহামুনি! ঐসু গুরুদেবমগী কৃপাদগী দিব্যজ্ঞানগী শক্তক অসি থম্ব কংজবনি।

অধিকং তব বিজ্ঞানমধিকা চ গতিস্তব। অধিকং তব চৈশ্বর্যাং তচ্চ ত্বং নাববুধ্যসে ॥৪৪॥
বাল্যাৎ বা সংশয়াৎ বাপি ভয়াৎ বাপ্য বিমোক্ষজাৎ। উৎপন্নে চাপি নাধিগচ্ছতি তাং গতিম্ ॥৪৫॥
ব্যবসায়েন শুদ্ধেন মদ্বিধৈশ্ছিন্নসংশয়ঃ। বিমুচ্য হৃদয়গ্রন্থীনাসাদয়তি তাং গতিম্ ॥৪৬॥
ভবাংশ্চোপন্নবিজ্ঞানঃ স্থিরবুদ্ধিরলোলুপঃ। ব্যবসায়াদৃতে ব্রহ্মন্নাসাদয়তি তৎ পরম্ ॥৪৭॥
নাস্তি তে সুখদুঃখেষু বিশেষো নাসি লোলুপঃ। নোৎসুক্যং নৃত্যগীতেষু ন রাগ উপজায়তে ॥৪৮॥
ন বন্ধুষনুবন্ধস্তে ন ভয়েষ্বস্তি তে ভয়ম্। পশ্যামি ত্বাং মহাভাগ তুল্যলোষ্টাশ্মকাঞ্চনম্ ॥৪৯॥
অহং ত্বামনুপশ্যামি যে চাপ্যন্যে মনীষিণঃ। আস্থিতং পরমং মার্গমক্ষয়ং তমনাময়ম্ ॥৫০॥
যৎ ফলং ব্রাহ্মণস্যেহ মোক্ষার্থশ্চ যদাত্মকঃ। তস্মিন্ বৈ বর্ত্তসে ব্রহ্মন্ কিমন্যৎ পরিপৃচ্ছসি ॥৫১॥

---

ঐ হৌজিক ঐগী ঈশাগী ওইরিবা অবস্থা'স হুন্নগা লোয়নন চপচানা থগৎলুনা লৈজরবনি ॥৪৩॥

নঙোন্দা লৈরিবা বিজ্ঞান, গতি ( খোঙচৎ ) অমসুং নঙোন্দা লৈ'রিবা শক্তি ( পাঙ্গল ) অসু নহাক নশামক্না খঙজদ্রে ॥৪৪॥

অঙাংগী মাথলগী থন্‌বনা, অমসুং মোক্ষ (-অরাম্বা ) পদবী হায়রবসু ফংঙরোইদ্রা হায়রবগী ভাবনা শাব অকিবসুদগী তাইবংমীনা বিজ্ঞানগী শক্তি লৈরবা ফাওবদা মোক্ষপদবীদু ফংবা ঙমদে ॥৪৫॥

পুক্নীংদ করিগুম্বা বিষয় অমগী চিংনবা লৈত্রবা, ঐগুম্বা অমনা থাজবগা লোয়ননা পুক্নীং লেপ্‌পত্রবা অদুতনা পরমগতি ( অখোইবা থুঙম ) বু ফংবা ঙম্মি ॥৪৬॥

ব্রহ্মণ! নহাক্তি মহাজ্ঞানী অমা ওইদুনা জ্ঞান পূর্ণমক ফংদুনা লৈবিরবনি। নহাক্কী মাথলদি চপ চানা লেপ্‌পদুনা লেঙদনা লৈরবনি। সংসারগী বিষয় পূর্ণমক্তা নঙোন্দগী লাপ্না চৎত্রবনি। অদুদা থাজ-শেংনা ঈশেং শেংত্রবা বুদ্ধি অসু নত্তনদি পরমাত্মাবু ফংবা ঙমদে ॥৪৭॥

নঙোন্দা অর'বা মুংঙাইবগী খেন্নবা করিমত্তা লৈতে। পুক্নীংদা অপাম্বা মিহৌবগী মমি মরীক্ অমা ফাওবা তাদ্রি। ঈশৈ নোংমাই তাবা জগোইশাবা অমসুং হেদো হরাও কাবগী মাথল অমুগী মরীক অমা ফাওবা নহাক্কী পুক্নীংদা লৈতে। সংসারগী করিগুম্বা বিষয় অমতদা নহাক্কী রাগ ( পাম্‌জিন্‌বা ) করিমত্তা পোক্ত্রবনি ॥৪৮॥

পুক্‌চেল্ চাম্ভরবা। লাইবক ফরবা। শাগৈ নাইত্তে, মরূপ মপাংদা নহাক্কী অ'সক্তি লৈত্রবনি। অকি-বগী মথক ওইবা করিগুম্বা পোৎশক অমবু উরগা নহাক্কী থম্মোয়দা অকিবা পোক্‌ত্রে। ঐনা অদুম য়েংবদা নহাক্কী মীত্ত', লৈপাক লৈতুম্ অমগা— সনা মতুম অমগা অনীগী খেন্নবসু লৈত্রে হায়না উই ॥৪৯॥

অশিংবনা, অমসুং ঐ ঈশ'নসু নহাকপু হিংনা হিংনা মোক্ষ ( মুক্তি— অরান্ থুঙম ) গী অখোইবা লম্বীদা লৈরবা জীবন্মুক্ত ওইরবা মীশক অমনি হায়না য়াজয়ে ॥৫০॥

ব্রাহ্মণ! তাইবংমীগী মপোক অসিদা ব্রাহ্মণ অমা ওইনা পোক্‌পগী মহৈপা, অমসুং মোক্ষগী চপচাবা

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিকাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকোৎপত্তৌ একবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২১॥

———

মওং ( স্বরূপ ) দা মহাকুকী গতি ( অবস্থা ) দা লৈরবনি। মাসিদা কম্রি অমুক হায়রনিগাই লৈরি? ॥১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শুকদেব উৎপত্তিগী চহুমপা কুন্মাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২১॥

———

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বাবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শুকদেবনা মপাগী নাক্তা হন্নেকপগী মতাং )

### চহুম কুন্নিথোইশুবা অধ্যায়

———

ভীষ্ম উবাচ।

এতচ্ছ্রুত্বা তু বচনং কৃতাত্মা কৃতনিশ্চয়ঃ। আত্মনাত্মানমাস্থায় দৃষ্ট্বা চাত্মানমাত্মনা ॥১॥

কৃতকার্য্যঃ সুখী শান্তস্তূষ্ণীং প্রাগাদুদঙ্মুখঃ। শৈশিরং গিরিমুদ্দিশ্য সধর্ম্মা মাতরিশ্বনঃ ॥২॥

এতস্মিন্নেব কালে তু দেবর্ষি নারদস্তথা। হিমবন্তমিয়াৎ দ্রষ্টুং সিদ্ধচারণসেবিতম্ ॥৩॥

তমপ্সরোগণাকীর্ণং শান্তস্বননিনাদিতম্। কিন্নরাণাং সহস্রৈশ্চ ভৃঙ্গরাজৈস্তথৈব চ ॥৪॥

মদগুভিঃ খঞ্জরীটৈশ্চ বিচিত্রৈর্জীব জীবকৈঃ ॥৫॥

---

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! নিংথৌ জনককী বাসি ভাবদা, থম্মোয় লেংলবা শুকদেব অসি চপচাবা লেংঙ্গবা সিদ্ধান্ত ফংখি, অদুগা বুদ্ধিগী পাদ্বৈতনা মপান্গী হকচাংদগী ভোত্তায়া আত্মা থইন-ত লৈখিদুনা আত্মাগী স্বরূপপু হায়বদি— মশা মথন্তগী অশেংব মশকপু মুন্না থত্তখিদুনা মীংব থুংখি। ভুমখৈ লৈত্তনা লুংত্তাইখিদুনা মপুংফানা শান্তি ফংখি। অদুদগী ভুমিন্ হৌগংদুনা মহাশান্তিগা লোয়ননা, সুংশিংকী মমাত্ত থাবা হিমালয় তম অমাং পাংনা চংখি ॥১—২॥ মতম অসি সিদ্ধ সাধ্য চারণনচিংবনা থম্না লৈরবা হিমালয় চীংথক্তা দেবর্ষি নারদনা মহাক্তা উনগদবগী চংখি ॥৩॥ চীংথক্ অমুদা অপ্সরা কম্না কম্নানা হুজৎ

চিত্রবর্ণৈর্ময়ূরৈশ্চ কেকাশতবিরাজিতৈঃ। রাজহংসসমূহৈশ্চ কৃষ্ণৈঃ পরভৃতৈস্তথা ॥৬॥
পক্ষিরাজো গরুত্মাংশ্চ যং নিত্যমধিতিষ্ঠতি। চত্বারো লোকপালাশ্চ দেবা সর্ষিগণাস্তথা ॥৭॥
তত্র নিত্যং প্রমায়ান্তি লোকস্য হিতকাম্যয়া। বিষ্ণুনা পুত্রার্থে তপস্তপ্তং মহাত্মনা ॥৮॥
তত্রৈব কুমারেণ বাল্যে ক্ষিপ্তা দিবৌকসঃ। শক্তির্ন্যস্তা ক্ষিতিতলে ত্রৈলোক্যমবমন্য বৈ ॥৯॥

তত্রোবাচ জগৎস্কন্দঃ ক্ষিপন্ বাক্যমিদং তদা।
যোঽন্যোঽস্তি মত্তোঽমত্তোঽস্ত্যধিকো বিপ্রাযস্যাধিকং প্রিয়াঃ ॥১০॥
যো ব্রহ্মণ্যো দ্বিতীয়োঽস্তি ত্রিলোকেষু বীর্য্যবান্।
সোঽভ্যুদ্ধরৎ ত্বিমাং শক্তিমথবা কম্পয়ত্বিতি ॥১১॥

তং শ্রুত্বা ব্যথিতা লোকাঃ ক ইমামুদ্ধরেদিতি। অথ দেবগণং সর্ব্বং সম্ভ্রান্তেন্দ্রিয়মানসম ॥১২॥

---

হল্লা চৎলি। জীবজন্তুশিংগী শান্তিগী মপক ওইরবা তোঙান্ তোঙানবা খোঞ্জেলনা চীংমায় অদু পুম্নীল্ নিল্লি। কিন্নর লিশিং লিশিংগী, খোইমু, খাংপ্রোতচাক্, তারাকপী, নোংডিল্ মচু তোঙান্ তোঙ্গনা লৈতেং ওইরবা রাহোং, তান্নু, কাও, মচু মুরবা কোকিল... অসিনচিবা উচেক্ রায়া ময়া কয়াগী লুংশিন্নবা মখোয় চীংমায় অদু পুম্নিল্ শিল্লি ॥৪—৬॥

উচেক নিংথৌ গরুড়না মফম অদুদা লেপ্তনা লৈ। মায়গৈ চাকপা লাইশিংনা, দেবতা খিবিকুনা অদুগা সিদ্ধ ওইরবা ঋষিশিংনা জগৎ পুম্বগী মঙ্গলগী মতঙ্গ মফম অদুদা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবনি ॥৭॥

মফম অদুদা মহাত্মা ওইরবা, পুকচেল চাউরবা শ্রীবিষ্ণু ( শ্রীকৃষ্ণ ) মচা ফংনবা তপস্যা তৌখ্রিবনি। মফম অদুদা কুমার কার্ত্তিকেয় ( স্বামী কার্ত্তিক ) না অঙাং ওইরিঙৈদা দেবতা পুম্নমকপু খোঙওইদনা লীওনখিবনি। লোক অদুম্বু নমহৎতুনা চোংশরুন্দুনা মশাগী তৌবগুহা শক্তি অমা মফম অদুদা য়ুছুনা থনম্মি। হায়রবদি— লানগুম্ তা অমা যুংথমা থনম্মি ॥৮—৯॥

অদুগৈ লাই পুম্নমকপু তমহুনা তা অদুবু য়ুংনা চম্নম্ হায়না লাউথোকখি,— 'মরোল্ অদুম অসিদা কনাগুম্বা ঐতোন্দগী হেন্না কনবা, ব্রাহ্মণগী ভক্ত ওইরবা, অদুগা মরোল্ অদুম অসিদা ঐতোন্দগী হেন্না মতীক্ মগুণ লৈবা য়াওরবদি, ঐনা য়ুংলেন্নিবা তা অসি ফুক্তোকউ, নত্রগা লেংহল্লু ॥ ১০—১১॥

মাগী অসিগুম্বা মকস্ তরিং শীংব য়াংও কসি তবদা এত্তাব জীবজন্তু পুম্নমক মথায় রানখি মিপাই নখি। মহাত্মা য়ুংলিবা তা অসি মাবু হল্লা কনবা কন্দা অদনবা অমনা ফুক্তোকুনা লংখোকপা ঙমগদগে? অসুম হায়না খল্লি। স্বর্গগী দেবতা পুম্নমক্না হকচাং ইন্দ্রিয় পুম্নমক কাশিন্নবা ওইবা য়াঙাঙ তাবদা দেবতা পুম্নমক য়ায়না বানরে হায়বাস, অদুগা স্কন্দ কার্ত্তিকনা দৈত্য দানব— হিংচা য়াইত্তবা পুম্নমকপু নিন্দা তৌদুনা শীংনরে হায়বাস ভগবান্ বিষ্ণুনা উরে। অদুন মহৌজিক করি তৌকম খোক্নই হায়বসি শ্রীবিষ্ণু ভগবানদু খল্লক্কে ॥ ১২—১৩॥

অপশ্যৎ ভগবান্ বিষ্ণুঃ ক্ষিপ্তং সাসুররাক্ষসম্। কিং তত্র সুকৃতং কার্য্যং ভবেদিতি বিচিন্তয়ন্ ॥১৩॥
অনামৃষ্য ততঃ ক্ষেপমবৈক্ষত পাবকিম্। সম্প্রগৃহ্য বিশুদ্ধাত্মা শক্তিং প্রজ্বলিতাং তথা ॥১৪॥
কম্পয়ামাস সব্যেন পাণিনা পুরুষোত্তমঃ। শক্ত্যাং তু কম্প্যমানায়াং বিষ্ণুনা তদা ॥১৫॥
মেদিনী কম্পিতা সর্ব্বা সশৈলবনকাননা। শক্তেনাপি সমুদ্ধর্তুং কম্পিতামাভবৎ তদা ॥১৬॥
রক্ষিতা স্কন্দরাজস্য ধর্ষণা প্রভবিষ্ণুনা। তাং কম্পয়িত্বা ভগবান্ প্রহ্লাদমিদমব্রবীৎ ॥১৭॥
পশ্য বীর্য্যং কুমারস্য নৈতদন্যঃ করিষ্যতি। সোঽমৃষ্যমাণস্তদ্বাক্যং সমুদ্ধরণনিশ্চিতঃ ॥১৮॥
জগ্রাহ তাং তদাশক্তিং চৈনাং স ব্যকম্পয়ৎ। নাদং মহান্তং মুক্ত্বা সমুর্চ্ছিতোগিরিমূর্দ্ধণি ॥১৯॥
বিহ্বলঃ প্রপত্য ভূমৌ হিরণ্যকশিপোঃ সুতঃ। অত্রোত্তরাং দিশাং গত্বা শৈলরাজস্য পার্শ্বতঃ ॥২০॥
তপোঽতপ্যত দুর্ধর্ষং তাত নিত্যং বৃষধ্বজঃ। পাবকেন পরিক্ষিপ্তং দীপ্যতা যস্য চাশ্রমম্ ॥২১॥
আদিত্যপর্ব্বতং নাম দুর্ধর্ষমকৃতাত্মভিঃ। ন তত্র শক্যতে গন্তুং যক্ষরক্ষ সদানবৈঃ ॥২২॥

---

মহাক্লা ময়াস্থু উশিত্তুনা শীংনরিবা, অদুগা তৌরবা নাপল্ অদু উবদা বিষ্ণুনা মডোন্দা মীংয়েংথানা য়েংলকই ॥১৪॥

ভগবান্ বিষ্ণুনা তা অদু থোক্ থোক্ নোম্মুবদা চীংমান্ তুরেলশিংগা লোয়ননা পৃথিবী অসি থক্ থক্ নীকই ॥১৫॥

সর্ব্বশক্তিমান্ ওইরবা বিষ্ণুনা স্কন্দ ( কার্ত্তিক ) গী তা অদু আ থাপ্পা লাকুনা লংথোকখিবা শম্নবস্থ মাগী মান্ অদু ঙাকপিগে হায়বগী দমক, অদুগা অপমানদগী ঙনবিগে হায়বগী দমক, মাদুমক্তি তৌবিখিদে। বিষ্ণুনা স্বামী কার্ত্তিকপু অপমান ( চোপ্প মায়থীবা ) ঙংগদবদগী কনবিখি ॥১৬॥

তা অদুবু থোক্ থেক্ নেম্লগা বিষ্ণু। প্রহ্লাদদা অস্থুম্না হায়খি,—য়েংঙু প্রহ্লাদ। কুমার কার্ত্তিকতা শক্তি কয়া য়াম্না লৈবা। মানা তৌরিবসে কনা অমত্তনা ওম্বা পোৎ নত্তে, কনা অমত্তনা ওম্মোই ॥১৭॥

ভগবান্ বিষ্ণুগী য়াসি তাবদা প্রহ্লাদনা তাম্বুনা লৈবা ওং ত্রদুনা, থাঙবা ঙমত্রহ্না তা অদু ফুক্তোক্তুদা লাকুনা লংথোকখিগে হায়না খল্লে। মহাক্লা চঙশিন্দুনা মুকুনা নোমহনা য়েংবদা করিমত্তা লেঙহনবা কাওবা ঙমখিদ্রে ॥১৮॥

মাদু ঙম্নবা খা ক্রক্ ক্রক্ চীক্রুনা নোমহনগে হোনরুবদা মুংশাঙোর থিংখিদুনা রাম্বহুনা চীংথক্ অদুদা লৈমায়থক্তা তুথখি ॥ ১৯॥

অদুনা, ঔবুঙো। অদুম্ ওইবা গিরিরাজ হিমালয় অদুগী অরাংথংবা চীঙমায় অদুদা ভগবান্ শ্রীশঙ্কর মহাদেবনা অত্তৎ অথম লৈতনা তপস্যা তৌদুনা লৈরিবনি ॥২০॥

ভগবান্ শঙ্করগী আশ্রম অদু মৈরী ফংনা চাক্লবা মৈনা মায়গৈ মরিমক্তা ঈকোয় কোয়শিন্না লৈবনি। অদুওম্বা চীংদোন্ অদু আদিত্যাগিরি কৌবনি। মফম অদুদা ইন্দ্রিয় খুদুম্ চন্দ্রিবশিংনা য়ৌবা ঙমদে।

দশযোজনবিস্তারমগ্নিজ্বালাসমাবৃতম্। ভগবান্ পাবকস্তত্র স্বয়ং তিষ্ঠতি বীর্য্যবান্ ॥২৩॥
সর্ব্বান্ বিঘ্নান্ প্রশময়ন্ মহাদেবস্য ধীমতঃ। দিব্যম্বর্ষসহস্রং হি পদেনৈকেন তিষ্ঠতঃ ॥২৪॥
দেবান্ তস্তাপয়ং স্তত্র মহাদেবো মহাব্রতঃ। ঐন্দ্রীন্তু দিশমাস্থায় শৈলরাজস্য ধীমতঃ ॥২৫॥
বিবিক্তে পর্ব্বততটে পারাশর্য্যো মহাতপাঃ। বেদানধ্যাপয়ামাস ব্যাসঃ শিষ্যান্ মহামতিঃ ॥২৬॥
সুমন্তুং চ মহাভাগং বৈশম্পায়নমেব চ। জৈমিনিং মহাপ্রাজ্ঞং পৈলং চাপি তপস্বিনম্ ॥২৭॥
যত্র শিষ্যৈঃ পরিবৃতো ব্যাস আস্তে মহাতপাঃ। তত্রাশ্রমপদং রম্যং দদর্শ পিতুরুত্তমম্ ॥২৮॥
আরণেয়ো বিশুদ্ধাত্মা নভসীব দিবাকরঃ। অথ ব্যাসঃ পরিক্ষিপ্তং জ্বলন্তমিব পাবকম্ ॥ ২॥
দদৃশে সুতমায়ান্তং দিবাকরসমপ্রভম্। অসজ্জমানং বৃক্ষেষু শৈলেষু বিষমেষু চ ॥
যোগযুক্তং মহাত্মানং যথা বাণং গুণচ্যুতম্ ॥৩০॥
সোঽভিগম্য পিতুঃ পাদাবগৃহ্নাদরণীসুতঃ। যথোপযোগং তৈশ্চাপি সমাগচ্ছত্ততো মুনিঃ ॥৩১॥

---

যক্ষ রক্ষ কিন্নর কাওবনা য়োবা ওস্থা মফম নত্তে ॥২১—২২॥ মফম অদু থমুক তরা শন্দোরা চাকপা মৈনা কোয়শিন্দুনা লৈবনি শক্তি লৈরবা অগ্নিদেব মশামক্ মফম অদুদা লৈবনি ॥২৩॥

থোইদোক্লা শিংবা জ্ঞানী ওইরবা মহাদেবনা লাইগী চহী লিশিং অমা খোঙ নাম্ব-গুদা লেপ্লুই। অবস্থা তপস্যা তৌদুনা লৈবনি। তপস্যাদুসু ডাক্পা শেরবা ওইনা অগ্নিদেবনা মফমদুদা লৈবনি। ব্রত বলবা মহাদেবনা দেবতা পুম্নমকপু ক্রিহন্ ওকহন্দুনা অকন্ব তপস্যাদা পুক্নীং চঙহনা লৈরিবনি ॥২৪॥

গিরিরাজ হিমালয় অদুগী নোংপোকপাংবা মাইকৈগী অশ্রম তৌদুনা, চীংগী মীচীক-মীরাংখোল্ তাম্রবা মফম অমদা মহাতপস্বী ওইরবা পরাশরনন্দন ব্যাসনা জৈমিনি, তপস্বী পৈল, সুমন্তু, বৈশম্পায়ন কৌবা মাগী শিষ্য মরিবু বেদ তম্বিদুনা লৈবনি ॥২৫—২৭॥

শিষ্য ময়াম্না কোয়দুনা তপস্যা বলবা মপা ব্যাসদেবনা লৈরিবা নীংথিজরবা মফম অদু শুকদেবনা উথি ॥২৮॥

মফম অদুদা অরণিসম্ভব শুকদেবনা নোংমদোন্দা থোকপা নুমিৎকা মথৌগুম্না পুম্নাল্ শাঙ লৈ মতম অদুদা ব্যাসনা, পুম্নং লৈনা চাক্লবা মৈগী অদুগা, মতম্না মায়গৈ পুম্দা হাইদোক্লবা নুমিৎকী মথৌগুম্ব—মচা শুকদেবনা লাক্পা দু উরে ॥২৯॥

যোগ সিদ্ধ ওইরবা মহাত্মা শুকদেব অসি লীলৈদগী পাইথোরকা তেল্গী মথৌগুম্না ব্যাসনা লৈরিবা মফম অদু তাম্না চঙশিন্নকই। মহাক্লা চেনশিন্নকপা মতম অসিদা মঙোন্দা করিগুম্বা উপা হৈপোল-তৈপাল অমতনা অপনবা পীবা, থিংবা ওমদে ॥৩০॥

শুকদেবনা পিতা ব্যাসগী নাক্লা চঙশিন্নদুনা চরণ শোক্ত থুরক্লি, অদুগ ভুমিন্না অতৈ অতৈ লৈরিবা

ততো নিবেদয়ামাস পিত্রে সর্ব্বমশেষতঃ। শুকো জনকরাজেন সংবাদং প্রীতমানসঃ ॥৩২॥
এবমধ্যাপয়ঞ্ শিষ্যান্ ব্যাস পুত্রং চ বীর্য্যবান্। উবাস হিমবংপৃষ্ঠে পারাশর্য্যো মহামুনিঃ ॥৩৩॥
ততঃ কদাচিচ্ছিষ্যাস্তং পরিবার্য্যাবতস্থিরে বেদাধ্যয়নসম্পন্নাঃ শান্তাত্মানো জিতেন্দ্রিয়াঃ ॥৩৪॥
বেদেষু নিষ্ঠাং সম্প্রাপ্য সাঙ্গেষ্বপি তপস্বিনঃ। অথোচুস্তে তদা ব্যাসং শিষ্যাঃ প্রাঞ্জলয়ো গুরুম্ ॥৩৫॥

শিষ্যা উচুঃ।

মহতা তেজসা যুক্তা যশসা চাপি বর্ধিতাঃ। একং ত্বিদানীমিচ্ছামো গুরুণানুগ্রহং কৃতম্ ॥৩৬॥
ইতি তেষাং বচঃ শ্রুত্বা ব্রহ্মর্ষিস্তানবাচ হ। উচ্যতামিতি তং বৎসা যৎ বঃ কার্য্যং প্রিয়ং ময়া ॥৩৭॥
এতৎ বাক্যং গুরোঃ শ্রুত্বা শিষ্যাস্তে হৃষ্টমানসাঃ। পুনঃ প্রাঞ্জলয়ো ভূত্বা প্রণম্যশিরসাগুরুম্ ॥৩৮॥
উচুস্তে সহিতা রাজন্নিদং বচনমুত্তমম্। যদি প্রীত উপাধ্যায়ো ধন্যাঃ স্মো মুনিসত্তম ॥৩৯॥
কাঙ্ক্ষামস্তু বয়ং সর্ব্বে বরং দাতুং মহর্ষিণা। যচ্চ: শিষ্যো ন তে খ্যাতিং গচ্ছেদত্র প্রসীদ নঃ ॥৪০॥

---

শিষ্টশিং অহৌ মরক্তা চতশিন্দুনা কমৈখে ॥৩১॥ অহৌ তুংবা শুকদেবনা রাম্না হরাউনা মপা ব্যাসজীগী মকমদা মানা তৌরকপা থবকশিং অহ অমতা রাত্তনা তম্থি ॥৩২॥

মতৌ অমুম্না ব্যাসনা মহাক্কী শিষ্যশিং অহুগা লোয়ননা রাম্না মুঙাইনা হিমালয় চীংজাউ অহৌ মথক্তা লৈখি ॥৩৩॥

অহুগী তুংদা, নোংমা, মবুকচেল শেংলবা, মথৌয় মুংঙাইরবা, ইন্দ্রিয় খুংম চল্লবা, বেদ শাস্ত্র পুম্নমক হৈরবা শিষ্যশিং অহুনা মখোয়গী গুরুদেব ব্যাসগী অকোয়বদা কমহুনা, নোম্নকপা রাহৈনা মখুং লোয়হুনা অমুম্না হায়রকই ॥৩৪—৩৫॥

গুরুদেব ! ননাই ঐখোয় গুরুদেবগী কৃপাদগী ইমান্নবনা লাকচবা য়াদবা, বেদ শাস্ত্র অমদি জ্ঞানগী মত্তাল্ ফংজরবা ওাক্ ওইজরে। গুরুদেবগী কৃপাদগী ঐখোয়গী মিংচৎনা মাঙৈগে মরিমক্তা শীন্ থুংখরে। হৌজিক ঐখোয়না গুরুদেবগী বিশেষ ওইবা কৃপা বর অমতং ফংজনীংঙি। গুরুদেবনা ননাই ঐখোয়বু চান্‌বিয়ু ॥৩৬॥

শিষ্যশিংগী রা তাবদা মহর্ষি ব্যাসনা শিষ্যশিংদা অমুম্না হায়খি,— "ঈচাশা। হায়য়ু, কয়ি তৌ হায়বগে? নখোয়গী অপাম্বা অহু হায়য়ু।" ॥৩৭॥

গুরুগী কৃপা-রাহৈ অসি তাবদা সুমন্ত, পৈল, বৈশম্পায়ন, জৈমিনি অমদি শুক শিষ্য মত্তা অসিনা য়াম্না হরাউরে। অহুদগীদি নিংথৌ। মখোয়না মখুং লোয়হুনা মকোক্কোম্না গুরু ব্যাসদা অমুম্না হায়রকই। গুরুদেব ! গুরুদেবনা ঐখোয়বু য়াম্না নুংশিবিবসিদা, ঐখোয় পোক্পগী মহৈয়ান্থা হায়বহ্ ওইরে। য়াম্না লাইবক ফরে ॥৩৮—৩৯॥

ঐখোয়না গুরুদেবদা হায়জরিবদি— ননাই ঐখোয় লৈরিবা মত্তাশিদগী হেল্লা অতোপ্পা অকক্কত্তবা

চত্বারস্তে বয়ং শিষ্যা গুরুপুত্রাশ্চ পঞ্চমঃ। ইহ বেদাঃ প্রতিষ্ঠেরন্নেষ নঃ কাঙ্ক্ষিতো বরঃ ॥৪০॥

শিষ্যাণাং বচনং শ্রুত্বা ব্যাসো বেদার্থতত্ত্ববিৎ। পরাশরাত্মজো ধীমান্ পরলোকার্থচিন্তকঃ ॥৪২॥

উবাচ শিষ্যান্ ধর্ম্মাত্মা ধর্ম্ম্যং নৈঃশ্রেয়সং বচঃ। ব্রাহ্মণায় সদা দেয়ং ব্রহ্ম শুশ্রূষবে তথা ॥৪৩॥

ব্রহ্মলোকে নিবাসং যো ধ্রুবং সমভিকাঙ্ক্ষতে। ভবন্তো বহুলাঃ সন্তু বেদো বিস্তার্য্যতাময়ম্ ॥৪৪॥

নাশিষ্যে সম্প্রদাতব্যো নাব্রতে নাকৃতাত্মনি। এতে শিষ্যগুণাঃ সর্ব্বে বিজ্ঞাতব্যা যথার্থতঃ ॥৪৫॥

নাপরীক্ষিতচারিত্রে বিদ্যা দেয়া কথঞ্চন। যথা হি কনকং শুদ্ধং তাপচ্ছেদানিকর্ষণৈঃ ॥৪৬॥

পরীক্ষেত তথা শিষ্যানীক্ষেৎ কুলগুণাদিভিঃ। ন নিয়োজ্যাশ্চ বঃ শিষ্যা অনিযোগে মহাভয়ে ॥৪৭॥

যথা মতি যথা পাঠং তথা বিদ্যা ফলিষ্যতি। সর্ব্বস্তরতু দুর্গাণি সর্ব্বো ভদ্রাণি পশ্যতু ॥৪৮॥

শ্রাবয়েচ্চতুরো বর্ণান্ কৃত্বা ব্রাহ্মণমগ্রতঃ। বেদস্যাধ্যয়নং হীদং তচ্চ কার্য্যং মহৎ স্মৃতম্ ॥৪৯॥

---

শিষ্য অম অমুক পোকৃপিরম্ভু। মাসিতদি ঐখোয়দা কৃপা তৌবিয়ু ।৪০॥ ঐখোয় শিষ্য মরিনি। গুরু-পুত্র শুকদেবজী থারগা মঙ নি। মনাই ঐখোয় মঙা অসিতদা গুরুনা বনাতস্বিবা বেদ অসি তুংহনা লৈরসন্নু। মাসিতনি ঐখোয়না নিজনীংবা বর হায়ববু ॥৪ ॥

শিষ্যশিংগী ৱা অসি তাবদা বেদগী তত্ত্ববু লোইনা খঙলব', পরলোককী তত্ত্ববু মুম্ন নৈনরবা, ধর্ম্মাত্মা ওইরবা মহাজ্ঞানী পরাশরনন্দন শ্রীব্যাসনা ধর্ম্ম কায়দনা ৱা অসি শিষ্যশিংদা হায়রকই ॥৪২॥

শিষ্যশা। ব্রহ্মলোকতা লেঙদনা লৈনিংবা, ভগবান্ পরমাত্মাগী অস্তিত্ববু খাজবা, বেদবু থাজৈশেংনা তম্নীং খঙনীংহনা লাকপা ব্রাহ্মণশিংবু বেদ তম্বিগদবনি ॥৪৩॥

নখোয় নশা নশাবু মশীং য়ামহল্লু। বেদ প্রচার তৌ। ব্রহ্মজ্ঞান শন্দোকৃত্তু। মপুক্নীং লাকৃশিনবা তমৃব্রিবা, ব্রহ্মচর্য্য পালন তৌদবা, শিষ্য ওইজনীংবগী ভাবতা লাজবা অতুগুম্বা মীশিংদা বেদ তম্বিগনু ॥৪৫॥

হায়রিবা পুম্নমক অসি শিষ্যগী গুণমকনি। কনাগুম্বা অমবু শিষ্য ওইহল্লিবৈগী মমাংদা মহাকৃকী মমা-পাকৃতৈগী লোইনমবপা মহুং মচাকগী থেংবু মুম্ন পরীক্ষা তৌহিগদবনি। মহাক্কী সদাচার আচার বিচারগী মরমদা মুম্ন খঙজিনৈনা মঙোন্দা বিদ্যাদান হেক্ তৌরোইদৌবনি ॥৪৫॥

সনাবু হাম্না মৈ ঈরুগা, খিত্তং করুগা, নুংথোদা তক্লগা শেংডি শেংদে খঙনবা পরীক্ষা তৌবহুগুম্না মাগী শাগৈ-জাং, মপুক্চেল্ লোইনা তেংনা খঙদোকথিগদবনি ॥৪৬।

নখোয়গী শিষ্যশিংবু করিগুম্বা হৌনদবা, অতুগা অকি-অথং নংগদবা থবক্তা পাখোল্ থক্ শীরোইদনি। মখোয় অমমম্দা তম্বিবা মতমদা মাগী মাগী বুদ্ধিগী সীমা অতু য়োকলগা, হেৎনরগা ভৈরাইরগা ওমৃগদবা শরুক্ অতক্-ত পারা পীগদবনি। খঙদবা, অৱাবা খুদোংথীবদগী লাম্বোকৃচখিনবা অদুগা নত্তল ওইখিনরসে য়াম্না কন্না হোৎনবিগদবনি ॥৪৭—৩৮॥

ব্রাহ্মণশিংবু মাঙ থানা ফমহল্লগা বর্ণ মরিগী শিষ্যশিংদা পাউতাক্ পীৰ, মখোয়বু তম্বিবা য়াই। বেদ

স্তুত্যর্থমিহ দেবানাং বেদাঃ সৃষ্টাঃ স্বয়ম্ভুবা। যো নির্ব্বদেত সম্মোহাৎ ব্রাহ্মণং বেদপারগম্ ॥৫০॥
সোঽভিধ্যানাৎ ব্রাহ্মণস্য পরাভূয়াদসংশয়ম্ যশ্চাধর্ম্মেণ বিব্রূয়াৎ যশ্চাধর্ম্মেণ পৃচ্ছতি ॥৫১॥
এতদ্ বঃ সর্ব্বমাখ্যাতং স্বধ্যায়স্য বিধিং প্রতি। উ কুর্য্যাচ্চ শিষ্যাণামেতচ্চ হৃদি বো ভবেৎ ॥৫২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকদেবপুনরাগমনে দ্বাবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২০॥

—— :(৭): ——

---

ভম্বিবা হ্ মরবসে ওস্মোক্লা চাউপ্রবা অমদি মদৈ চাউপ্রবা কর্ম্ম অমনি। অদুগা. মাসি শোয়দনা ভৌক্কয় থোকপা থবকনি ॥৪৯॥

স্বয়ম্ভু ( মশা মথন্তনা পোকচরকপা ) ব্রহ্মানা দেবতাশিংগী তোঙান্‌নু নৈশি নৈখোয়নবগী ( স্তুতি ভৌন-নবগী ) বেদগী সংহিতা মন্ত্রশিংগী সৃষ্টি তৌই। জ্ঞান তাখিদবদগী, নাপালদগী নত্রগা শুদ্ধংখিবদগী বেদগী ভম্ব পণ্ডবা ব্রাহ্মণগী নিন্দা তৌবা, অদুগা মাঙনদবা খন্‌বা মী অদুদ মানা ভৌরিবা মস্তবা থবক অদুডনা মগম শুইদনা মশানা মাযথাবা অদুম মখংজে ॥৫০॥

ধর্ম্মগী বিধি কায়না, ধর্ম্মগী য়াংমদা প্রশ্ন ভৌরিবা— হংলিবা মী অদুগা ধর্ম্ম কায়না পাউখুম পীরিবা মী, অনী অসিগী মন্থুদা অমগী মৃত্যুদি শোয়দবনি, নত্রগা হংলিবা খুম্বিবা অনীমক্ অমনা অমগী য়েক্লবা ওইবা, নুংঙাইনদবা হায়বত্নদি শোয়দ্রবনি ॥৫১॥

স্বাধ্যায় ( তম্বা তম্বিব ) গী বিধি অসি লোইনা হায়রবনি। মাসি নখোয়গী পুক্নীংদা অমদি ওম্মোহৃদা লেপ্তনা থমগদবনি, থক্ কাউরোইদোবনি। মরমদি উপদেশ অসে শিষ্যশিংগী পুন্‌শিদা য়াম্ম কান্নবা য়ানি ॥৫২

মখম অসিনা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা। মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, শুকদেব পুনরাগমন কৌবা চহুমগাকুম্বিথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২০॥

—— :(৭): ——

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়োবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শিষ্যশিংনা চৎঞবা থুংদা নারদনা ব্যাসগী মনাক্তা লাক্পা )

চহুমগা কুনূহুমদোইশুবা অধ্যায়

—:(+):—

ভীষ্ম উবাচ।

এতৎ শ্রুত্বা গুরোর্ব্বাক্যং ব্যাসশিষ্যা মহৌজসঃ। অন্যোঽন্যং হৃষ্টমনসঃ পরিষ্বজিরে তদা ॥১॥
উক্তাঃ স্মো যৎ ভগবতা তদাত্বায়তিসংহিতম্। তন্নো মনসি সংরূঢ়ং করিষ্যামস্তথা চ তৎ ॥২॥
অন্যোঽন্যং সংবিভাষ্যৈবং সুপ্রীতমনসঃ পুনঃ। বিজ্ঞাপয়ন্তি স্ম গুরুং পুনর্ব্বাক্যবিশারদাঃ ॥৩॥
শৈলাদস্মান্মহীং গন্তুং কাঙ্ক্ষিতং নো মহামুনে। বেদাননেকধা কর্ত্তুং যদি তে রুচিতং প্রভো ॥৪॥
শিষ্যাণাং বচনং শ্রুত্বা পরাশরসুতঃ প্রভুঃ। প্রত্যুবাচ ততো বাক্যং ধর্ম্মার্থসংহিতং হিতম্ ॥৫॥
ক্ষিতিম্বা দেবলোকম্বা গম্যতাং যদি রোচতে। অপ্রমাদশ্চ বঃ কার্য্যো ব্রহ্ম হি প্রচুরচ্ছলম্ ॥৬॥

---

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! গুরুগী ৱাহৈ তাবদা তেজ লৈরবা ব্যাসগী শিষ্যশিং অহু মাগী মাগী পুক্নীং অহূদা ওস্থাক্তা পেল্লম্রে। মখোয় মশেল্ ৱান্না হরাউ মুংঙাইনা লেঞ্জৈ ॥ ॥

মখোয়না ব্যাসদা হায়রকই,— গুরুদেব! ভগবন্! ঐখোয়গী তুংগী কাল্লনবগী মমক্তা য়ান্নানা নীংথিজনা তাকপীরে। তাকপীরিবদো ঐখোয়গী থম্মোয়দা চুপ্রে, তাকপীরিবদো ঐখোয়না পাঙথে ক্চগনি ॥২॥

অসুম্ হায়না ওহাক ৱারী শানরগা গুরুগা শিষ্যশিংগা য়ান্না নুংঙইনরে। অহুগী তুংদা ৱা ভাঙবা হৈরবা শিষ্যশিং অহুনা মখোয়গী গুরু ব্যাসদা অসুম্না হায়রকই,— হৌজিক্তি ননাই ঐখোয় চীংথকসিদগী তম্‌দা কুম্লীংলে। গুরুদেবনা তম্বিবা বেদশিংবু তোঙান্ তোঙানা শক্কক্ ( শাখা ) কয়া কয়া থায়দোক্লগা মকম পুম্নমক্তা বেদবু শন্দোকচরগে। ঐখোয়না চচ্চখিগদৌরিবসিগী উদ্দেশ্যদি অসিনি। ঐখোয়না তৌগে থজরিবসি হাবিরবদি বিদায় পীবিরো ॥৩—৪

শিষ্যশিংগী ৱাসি তাবদা পরাশরনন্দন ব্যাসনা ধর্ম্ম অর্থগী চাওখৎনবগী মশক ওইরবা ৱাসি মাগী শিষ্যশিং অহুদা অসুম্ হায়রকই,— ॥ ॥

নুংশিরবা শিষ্যশা। মাহুদা নখোয়না নপুক্নী লেপ্লবদি, নখোয়না চৎনীং চৎনীংবা, দেবলোক থঙদে, মর্ত্যলোক থঙদে —নখোয়না চৎনীং চৎনীংবা মফম অহূদা চৎখিবা য়াগনি, ওমসু ওমগনি। নখোয় কৰিগুৰা

তেঽনুজ্ঞাতাস্ততঃ সর্ব্বে গুরুণা সত্যবাদিনা। জগ্মুঃ প্রদক্ষিণং কৃত্বা ব্যাসং মূর্দ্ধ্নাভিবাদ্য চ ॥৭॥
অবতীর্য্য মহীং তেঽথ চাতুর্হোত্রমকল্পয়ন্। সংযাজয়ন্তো বিপ্রাংশ্চ রাজন্যাংশ্চ বিশস্তথা ॥৮॥
পূজ্যমানা দ্বিজৈর্নিত্যং মোদমানা গৃহে রতাঃ। যাজনাধ্যাপনরতা শ্রীমন্তো লোকবিশ্রুতাঃ ॥৯॥
অবতীর্ণেষু শিষ্যেষু ব্যাসঃ পুত্রসহায়বান্। তূষ্ণীং ধ্যানপরঃ শ্রীমানেকান্তে সমুপাবিশৎ ॥১০॥
তং দদর্শাশ্রমপদে নারদঃ সুমহাতপাঃ। অথৈনমব্রবীৎ কালে মধুরাক্ষরয়া গিরা ॥১১॥
ভো ভো ব্রহ্মর্ষিবাসিষ্ঠ ব্রহ্মঘোষো ন বর্ত্ততে। একো ধ্যানপরস্তূষ্ণীং কিমাস্সে চিন্তয়ন্নিব ॥১২॥
ব্রহ্মঘোষৈর্বিরহিতঃ পর্ব্বতোঽয়ং ন শোভতে। রজসা তমসা চৈব সোমঃ সোপপ্লবো যথা ॥১৩॥
ন ভ্রাজতে যথা পূর্ব্বং নিষাদানামিবালয়ঃ। দেবর্ষিগণজুষ্টোঽপি বেদধ্বনি নিরাকৃতঃ ॥১৪॥

---

মতমদা শুক্লংথিগনু। মরমদি বেদদা য়াম্না মুংঙাইবা য়াম্নী শীংখুল্ য়াম্না য়াওবনি। পূক্লীং শুক্লাংদ্রবগী মশক ওইবা শ্রুতি কয়া কয়া য়াওরিবনি। শেল থুমচিংবা মহে ফংননবগী মিহৌবা পোক্হন্‌বা ধর্ম্মগী রান্থু মফম মফমদা য়াওরিবনি। বেদগী মনুংদা কয়ি কয়িগুম্বা শ্রুতিনা কর্মগী মহৈমু পাম্হন্‌বা উৎত্তুনা ধর্ম্মগী তত্ত্বসু উৎপনি ॥৬॥

সত্যবাদী ( অচুম্বতা ঙাঙবা ) গুরুগী য়াথং অসি ফংহুনা শিষ্যশিং অহুনা গুরুগী চরণ শোক্লা খুরুমথি। ব্যাসজীবু য়েংলোইননা কোয়রম্লগা মফম অহুদগী চংথি ॥৭॥

টীংখক্তগী কুমথরকুনা চাতুর্হোত্র কর্ম্মবু, হায়বদি— অগ্নিহোত্রদগী হৌনা সোমযাগ ফাওবগী মতাংবু তোঙাম্ তোঙাম্না প্রচার তৌথি। গৃহস্থ'শ্রমদা চঙনখিহুনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অহুমসিবু যজ্ঞ তৌহন্‌হুনা ( যজ্ঞ তৌননবগী অধিকার পীহুনা ) অহুনা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অসিনচিংবা··· দ্বিজাতিগী পূজা তৌননীঙায় ওইহুনা নুংঙাইনা লৈনখি। ব্যাসগী শিষ্যশিং অসি যজমানশিংবু যজ্ঞ তৌহনবা অহুগা বেদ-শাস্ত্রবু প্রচার তৌবা তম্বিবগী থবক্তদা পূক্লীং চঙহুনা লৈনখি। মখোয়গী মশিল্'সিমতনা মখোয় খুদিংমক্ শ্রীসম্পত্তি ফংহুনা লোকবিখ্যাত ওইখি, মফম পূম্বদা ফাওখি ॥৮—৯॥

শিষ্যশিং অহুনা চৎনরবা তুংদা ব্যাস অসি মহাক্কী মচা শুক অহুতগা লৈহৌই, অতৈ কনা অমত্তা লৈহৌদ্রে। মহাজ্ঞানী ওইরবা ব্যাস অসি মতম পূম্বদ ধ্যান তৌহুনত লৈথি ॥১০॥

মতম অসিদা দেবর্ষি নারদ অসি ব্যাসগী আশ্রম অহুদা ব্যাসগা উনবা লাকই। থুম্নবা মেঙলবা খোম্হোক্লা থম্লবা ময়েক্তনা শাবা নীঙথিজরবা মাহৈনা অসুম্না হায়রকই.— ॥১১॥

হে ব্রহ্মর্ষিবাসিষ্ঠ। ওসিদি নহাক্কী আশ্রম অসিদা বেদপাঠকী খোঞ্জেল করিগী তাদে? নথন্ত তূমিন্ন ধ্যান তৌহুনা কদ্বিরিবসিনা করিগী? অসুম য়েংবদা মহর্ষি নহাক অসি কারিগুম্বা পোংশক হীরম অমগী-মমক য়াম্না নুংঙাইতনা চিন্তা তৌহুনা লৈবগুম্ উই ॥১২॥

বেদধ্বনি ( বেদপাঠকী খোঞ্জেল ) না য়াওদ্রবদা হায়রগুম্না আশ্রম অসি ফজবা ওইদ্রে। রজগা তমগা

ঋষয়শ্চ হি দেবাশ্চ গন্ধর্ব্বাশ্চ মহৌজসঃ। বিমুক্তা ব্রহ্মঘোষেণ ন ভ্রাজন্তে যথা পুরা ॥১৫॥

নারদস্য বচঃ শ্রুত্বা কৃষ্ণদ্বৈপায়নোঽব্রবীৎ। মহর্ষে যৎ ত্বয়া প্রোক্তং বেদবাদবিচক্ষণ ॥১৬॥

এতন্মনোঽনুকূলং মে ভবানর্হতি ভাষিতুম্। সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্বদর্শী চ সর্ব্বত্র চ কুতূহলী ॥১৭॥

ত্রিষু লোকেষু যৎ ভূতং সর্ব্বং ভবমতেস্থিতম্। তদা জ্ঞাপয় বিপ্রর্ষে ব্রূহি কিং করবাণি তে ॥১৮॥

যন্ময়া সমনুষ্ঠেয়ং ব্রহ্মর্ষে তদুদাহর। কিমুক্তস্তেহ শিষ্যৈর্মে নাতিহৃষ্টমিদং মনঃ ॥১৯॥

নারদ উবাচ।

অনাম্নায়মলা বেদা ব্রাহ্মণস্যাব্রতংমলম্। মলং পৃথিব্যা বাহীকা স্ত্রীণাং কৌতূহলংমলম্ ॥২০॥

অধীয়তাং ভবান্ বেদান্ সার্ধং পুত্রেণ ধীমতা। বিধুন্বন্ ব্রহ্মঘোষেণ রক্ষোভয়কৃতং তমঃ ॥২১॥

---

অনীনা কূপপ্রব', রাহুনা উমপ্রবা চন্দ্রমাগা অন্না ওইরে। দেবর্ষিশিংতনা থম্না লৈপ্রবা চীংলমদম অসি বেদধ্বনিনা য়াওদ্রবসিদা হায়গুম করিমতা ফজবা ওইদ্রে ॥১৩—১৪॥

মফম অসিগী ঋষি দেবতা, কন্নবা গন্ধর্ব্বশিং অসিসু বেদধ্বনিনা য়াওথিদ্রবা— মতাথিদ্রবা অসিদা মথোয়গী ফজবা করিমতা লৈথিদ্রে ॥১৫॥

দেবর্ষি নারদগী য়াসি ভাবদা মহর্ষি ব্যাসনা অসুম্না হায়,—বেদবিদ্যাবু লোইনা খঙবি হৈবিয়বা দেবর্ষি। তাকপী-হংবিম্লিবদো হ'ম্ন' চুমপ্রবা ঐগী পুক্নীংগী মথুংইম্না হায়দোকপিয়রুপা ওাক্তা ওই। দেবর্ষিগুম্নতনা হায়বদা হংবদা মতীক চায়বা ওাক্তনি। দেবর্ষিদি লোইনা খঙলবা, লোইনা উয়বা অদুগা মফম মতম পুম্নমক্তা লৈবা জীব জন্ত পুম্নমক্কী য়াবু খঙনীংবন্থুতদা হৈনয়বা, মাদুদা মুংঙাইজয়বা মুনি অমনি ॥১৬—১৭॥

মরোল অদুমদা হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক পুম্বা, অদুগা মমাংঙৈদা থোকখ্রিবশিং অদুবুসু লোইনা তেংনা খঙদোক্লবা উয়বা দেবর্ষি নহাক্নি। দেবর্ষি! করিগী লেঙবিয়রুপনো? করি করম্ব সেবা তৌজো হায়বগে ॥১৮॥

ব্রহ্মর্ষি নারদ! মতম অসিদা ঐ করি তৌফম থোক্কপগে, অদুসু তাকপিয়ু, ঐগী শিষ্যশিংনা ঐবু থাদোক্তুনা চৎথিনসিদা ঐগী পুক্নীংদা নুংঙাইবা কোবা লৈথিদ্রে ॥১৯॥

নারদনা হায়,— ব্যাসজী!

বেদবু তম্নগা তম্লিবদুবু, নৈনদবদু তম্লিবদুগী দোষনি।
আচার-বিচার-ব্রতবু ওাক্তবা, ব্রাহ্মণগী চাউরবা দোষনি॥
তৌহৈবা-তৌহৈদবা থায়দবা, দেশদো পৃথ্বীগী দোষনি।
কূম্মৈ-ফিয়োং-ঙীয়াংবু পাম্বা, নুপীগী চাউরবা দোষনি ॥২০॥

মরম্ অদুনা ঋষি! বেদ উচ্চারণগী ধ্বনিনা, হিংচা য়াইতম্বশিংনা পোকহনবা অমম্বদুসু— কোক্লদু কোক্‌হন্না শিংজ-হৈয়বা নচা শুকদেবসিগা হায়গুম্না বেদপাঠ তৌদুনা লৈবিয়ু ॥২১॥

ভীষ্ম উবাচ।

নারদস্য বচঃ শ্রুত্বা, ব্যাসঃ পরমধর্ম্মবিৎ। তথেত্যুবাচ সংহৃষ্টো বেদাভ্যাসদৃঢ়ব্রতঃ ॥২১॥
শুকেন সহ পুত্রেণ বেদাভ্যাসমথাকরোৎ। স্বরেণোচ্চৈঃ স শৈক্ষ্যেণ লোকানাপূরয়ন্নিব ॥২৩॥
তয়োরভ্যাসতোরেব নানাধর্ম্মপ্রবাদিনো। বাতোঽতিমাত্রঃ প্রবাবৌ সমুদ্রানিলবেজিতঃ ॥২৪॥
ততোঽনধ্যায় ইতি তং ব্যাসঃ পুত্রমবারয়ৎ। শুকো বারিতমাত্রস্তু কৌতূহল সমন্বিতঃ ॥২৫॥
অপৃচ্ছৎ পিতরং ব্রহ্মন্ কুতো বায়ুরভূদয়ম্। আখ্যাতুমর্হতি ভবান্ বায়োঃ সর্ব্বম্বিচেষ্টিতম্ ॥২৬॥
শুকস্যৈতৎ বচঃ শ্রুত্বা ব্যাসঃ পরমবিস্মিতঃ। অনধ্যায়নিমিত্তেঽস্মিন্নিদম্বচনমব্রবীৎ ॥২৭॥
দিব্যং তে চক্ষুরুৎপন্নং স্বস্থং তে নির্ম্মলং মনঃ। তমসা রজসা চাপি ত্যক্তঃ সত্ত্বে ব্যবস্থিতঃ ॥২৮॥
আদর্শে স্বামিবচ্ছায়াং পশ্যস্যাত্মনমাত্মা। ন্যস্যাত্মনি স্বয়ং বেদান্ বুদ্ধ্যা সমনুচিন্তয় ॥২৯॥

---

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! নারদগী বা অসি তাবদা মহাজ্ঞানী ওইরবা, ধর্ম্মগী তত্ত্ব পুন্না খঙলবা ব্যাসনা "য়াম্না ফয়ে" অসুম হায়দুনা নারদগী য়াথং অদু য়াবে। অদুগী তুংদা হয়াও মুংঙাইবগা লোয়ননা বেদাভ্যাসগী মশক ওইরবা ব্রতবু ধারণ তৌদুনা লৈথি ॥২২॥

মহাক্না মচা শুকপা লোয়ননা খোঞ্জেল হোৌনা, মাদুগী খোঞ্জেল মনীল্না মায়পৈ পুন্না পুম্নমক্না বেদপাঠ তৌবা হৌরক্লে ॥২৩॥

ধর্ম্মগী বত্তবু মুম্না খঙলবা ব্যাস শুক মপা মচা অনীনা খোঞ্জেল হোৌনা বেদপাঠ তৌরকপা মতমসিদা সমুদ্ররোমদগী নুংশিৎনা ফুজিল্লকপদা অাঁথী ( অকন্বা নোং নুংশিৎ ) লাকপা হৌই ॥২৪॥

পাঠ তৌবা য়াদবা অনধ্যায়গী মতম লাক্লে হায়দুনা ব্যাসনা মচা শুকবু বেদপাঠ তৌবা য়াম্জে হায়দুনা থিংখি। মথানা অদুম থিংবদুদা শুকদেবনা মাদুগী মরমদু খঙনীঙবগা লোয়ননা মপুক্লীং য়াম্না লাঙ-থক্না লৈথি ॥২৫॥

মহাক্না মপা ব্যাসদা অসুম্না হায়খি,— ব্রহ্মন্! পিতৃদেব! নুংশিৎ অসি কদায়দগী কয়না হৌরক্-লিবনে? নুংশিৎসিনা তৌরিবা থবক পুন্না লোইনা অমুক্তা হায়বিয়ু ॥২৬॥

শুকদেবগী য়াহু তাবদা ব্যাস অসি পুম্নক্ ঙকখি। অনধ্যায় ( পাবা য়াদবা মতম ) গী মরম তাক্না তাক্না অসুম্না হায়খি ॥২৭॥

মিযুতো! নং নশানা দিব্যদৃষ্টি ফংলবনি। অদুগী মথক্ত নংগী থম্মোয়সু ওন্থোক্না মকুত্রবনি। মহাক রজোগুণ তমোগুণ অনীমক্তগী থাংম লাম্থোকখিদুনা সত্ত্বগুণদা তোংদুনা লৈরবা মীশক অমনি ॥২৮॥

মীনা মিংসেল্দা মশক য়েংবগুম মহাক্ত আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌরবা মীশক অমা ওইরবনি। মরমদুনা নং মশামক্ বেদজ্ঞানশিং অসিবু নং নশা নথক্তনা হুকচাংদুদা পুশিন্দুনা বুদ্ধিগী পাম্বৈতনা, অনধ্যায়গী কারণ ( মরম ) অসি খুদ্ন বিচার তৌ ॥২৯॥

দেবযানচরো বিষ্ণোঃ পিতৃযানশ্চ তামসঃ। দ্বাবেতৌ প্রেত্য পন্থানৌ দিবং চাধশ্চগচ্ছতঃ ॥৩০॥
পৃথিব্যামন্তরিক্ষে চ যত্র সংবান্তি বায়বঃ। সপ্তৈতে বায়ুমার্গা বৈ তান্নিবোধানুপূর্ব্বশঃ ॥৩১॥
তত্র দেবগণাঃ সাধ্যা মহাভূতাঃ মহাবলাঃ। তেষামপ্যভব পুত্রঃ সমানো নাম দুর্জ্জয়ঃ ॥৩২॥
উদানস্তস্য পুত্রোঽভূৎ ব্যাণস্তস্যাভবৎ সুতঃ। অপানশ্চ ততো জ্ঞেয়ঃ প্রাণশ্চাপি ততোঽপরঃ ॥৩৩॥
অনপত্যোঽভবৎ প্রাণ দুর্ধর্ষঃ শত্রুতাপনঃ। পৃথক্ কর্ম্মাণি তেষাং তে প্রবক্ষ্যামি যথাতথম্ ॥৩৪॥
প্রাণিনাং সর্ব্বতো বায়ুশ্চেষ্টাং বর্ত্তয়তে পৃথক্। প্রাণনাচ্চৈব ভূতানাং প্রাণ ইত্যভিধীয়তে ॥৩৫॥
প্রেরয়ত্যভ্রসংঘাতান্ ধূমজাংশ্চোষ্মজাংশ্চ যঃ। প্রথমঃ প্রথমে মার্গে প্রবহোনাম যোঽনিলঃ ॥৩৬॥
অম্বরে স্নেহমভ্যেত্য বিদ্যুদ্ভ্যশ্চ মহাদ্যুতিঃ। আবহোনাম সংবাতি দ্বিতীয়ঃ শ্বসনোনদন্ ॥৩৭॥
উদয়ং জ্যোতিষাং শশ্বৎ সোমাদীনাং করোতি যঃ। অন্তর্দেহেষু চোদানং যং বদন্তিমনীষিণঃ ॥৩৮॥

---

শিরবা তুংদা মথক্লোমদা চৎথিবগী লম্বী অমা, মখায়োমদা চৎথিবগী লম্বী অমা, লম্বী ( মার্গ ) অনীনি। অমনা দেবযান কৌবা বিষ্ণুলোককী লম্বীনি। অদুনা লম্বী শুদ্ধ সাত্বিকমার্গনি। অমনা পিতৃযাননি। তামসিক মার্গনি ॥৩০॥

লৈথক্ লৈখা অনীমক্তা। শীংলিবা ংশিং অসিগী শীংননবগী ( চৎননবগী ) লম্বী তরেৎনি। মখোয় অদুগী মবমদা মথংশীংনা তরো ॥৩১॥

আকাশদা অদুগা পৃথ্বীদা মপাঙ্গল কল্লবা পঞ্চমহাভূতকী মশক্ ওইরবা সাধ্য কৌবা দেবতাশিংনা মশক উহন্দনা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা লৈরি। মখোয়গী অমনা থিংব, কাবা ঙমক্তরবা মচা অমা লৈ। মাগী মমিং সমান কৌই ॥৩২॥

সমানগী মচানা উদান, উদানগী মচানা ব্যান, ব্যানগী মচানা অপান কৌই হায়রসি থগুগদবনি। অপান কৌরহুদগী প্রাণ পোকই ॥৩৩॥

প্রাণগীদি মচা অমত্তা পোকত্রে। মহাক্কি ওস্থোক্কা কন্‌থবা, য়েক্লবশিংদা মায়থীবা পীতম্বা, অমনা ওক্কত্রনা দুংশিংনি। মখোয়গী তোঙান্ তোঙান্‌বা মথৌ ঐ চপচানা হায়গে তাও ॥৩৪-

বায়ুদেবতা অচচ্চন্ত জীব পান্‌বা পুম্নমক্কী তোঙান তোঙান্‌বা মথৌবু পাঙথোক্‌পি। অচচ্চন্ত জীব-পান্‌ব থিবিকপু হিংতন্‌লি। অদুনা বায়ুদেব মশামক্ প্রাণ কৌই ॥৩৫॥

মৈখু অমদি অশাবা মনিল্‌দগী পোক্কপা লৈচিন্ ( নোং ) উন্‌বু অমদগী অমদা কোয়পু পুম্নিবা, ঈস্থান্ হান্‌বা মার্গ ( লম্বী ) দা চৎলিবা, শীংলিবা বায়ু অদুবুনা "প্রবহ" কৌই ॥৩৬॥

আকাশদা মশগী মাত্রাশিংবু পোক্‌হন্‌গদবগী অদুগা নোংথাংবু পোক্‌হন্‌গদগী শীংলিবা কল্লবা অনীগুবা দুংশিং অদু "আবহ বায়ু" হায়না থওনৈ। মহাক্কি থোঙ্গেল মায়া হৌনা শীংলি ॥৩৭॥

দুমিং থাবু অদুগা গ্রহশিংবু থোকহল্লিবা উহল্লিবা অদুগা মহাকপু বৈজ্ঞানিকশিংনা উদান কৌরিবা

যশ্চতুর্ভ্যঃ সমুদ্রেভ্যো বায়ুর্ধার্য্যতে জলম্। উদ্ধৃত্যাদদতে চাপো জীমূতেভ্যোঽম্বরেঽনিলঃ ॥৩৯॥
যোঽদ্ভিঃ সংযোজ্যজীমূতান্ পর্জ্জন্যায় প্রযচ্ছতি। উদ্বহো নাম বংহিষ্ঠস্তৃতীয়ঃ স সদাগতিঃ ॥৪০॥
সমূহ্যমানা বহুধা যেন নীতাঃ পৃথগ্ জনাঃ। বর্ষমোক্ষকৃতারম্ভাস্তে ভবন্তি ঘনাঘনাঃ ॥৪১॥
সংহতা যেন চাবিদ্ধা ভবন্তি নদতাং নদাঃ। রক্ষণার্থায় সম্ভূতা মেঘত্বমুপয়ান্তি চ ॥৪২॥
যোঽসৌ বহতি ভূতানা বিমানানি বিহায়সা। চতুর্থঃ সংবহো নাম বায়ুঃ স গিরিমর্দ্দনঃ ॥৪৩॥
যেন বেগবতা রুগ্না রুক্ষেণ রুজতা নগান্। বায়ুনাসহিতা মেঘাস্তে ভবন্তি বলাহকাঃ ॥৪৪॥
দারুণোৎপাতসঞ্চারো নভসঃ স্তনয়িত্নুমান্। পঞ্চমঃ সমহাবেগো বিবহোনাম মারুতঃ ॥৪৫॥
যস্মিন্ পরিপ্লবা দিব্যা বহন্ত্যাপো বিহায়সা। পুণ্যং চাকাশগঙ্গায়া স্তোয়ং বিষ্টভ্য তিষ্ঠতি ॥৪৬॥
দূরাৎ প্রতিহতো যস্মিন্নেকরশ্মির্দিবাকরঃ। যোঽনরংশুসহস্রস্তু যেন ভাতি বসুন্ধরা ॥৪৭॥

---

বায়ুনা সমুদ্র মরিগী ঈশিংবু মথক্রোমদা হিংহৎপ্রগা জীমূত কৌবা নোংশিংদা হাপ্পুদ্রিবা, অদুগা জীমূত কৌবা নোংদা ঈশিংদুবু কংহল্লুবিবা, অদুগী তুংদা পর্জন্য কৌবা নোং তান্ন থিল্লম্লিবা অদুগুম্বা অচৌবা বায়ু অদুবু উদ্বহ হায়না কৌই। মাগী মার্গ ( লম্বী ) না অদুম শুবনি ॥৩৮—৪০॥

নোংবু মকম অমদগী অমদা কোয়চাং চাংহুনা পুরিবা, মকম অমদা পুল্লপ পুন্শিন্নহল্লগা, য়াম্না কুণ্ড-শিনহল্লগা ঈশিং ওইনা মরী মরী চুথহল্লক্লিবা, মহাক্না ঈথিল্ খোজিল্লকপদা কুণ্ডলবা নোংশিং অদুবু অমুক্ মচেৎ মচেৎ থোক্না থুগাইহনা চাইথাইরিবা মুংশিং অসি মরক্ মরক্ত বেণুগী খোঞ্জেলগুম ওংই। অদুনা মহাকপু নদ হায়না কৌনৈ। অদুদগী জীবগাঘশিংবু ডাক্নবগী দমক্ত ঈশিং মরীক্ ময়াম্ মায়গৈ পুম্বদগী খোমজিল্লে হায়রগা মশামকন্দু ঘনীভূত ( কুণ্ডশিল্ কমজিল্লকপা ) অসিগুম্বা মুংশিং মহাকসিদা দেবতাশিংগী বিমানবু আকাশমার্গদা মশামক্না চিংহনা পুই। য়াং-চাউরবা চীঙ মান্ কম্না লাম্থোক্না চংখি। অসিগুম্বা মপাঙ্গল কল্লবা মুংশিং অসিবু "সংবহ" হায়না কৌই ॥৪১— ৪৩॥

অদুগা য়াম্না শাথিনা শাউদুনা, খোঞ্জেল ,হৌনা ওংহনা লাউহনা চাউর চাউরবা হৈপাঙ লৈপংল— উজাউবু ফুক্তোক্না প্রলয় ভৌরগে হায়বগী মতাগুম শিল্লক্লিব্য মুংশিং অদুনা থোমজিল্লক্লিবা নোংমত্তুমশিং অদু "বলাহক" হায়না কৌনৈ। অসিগুম্বা মুংশিংকী গতি অসি মহা অকিবগী মশকনি। মহাক্না অতিয়া (অহাংব) দা তাউহনা চৎলিবা চাউর চাউরবা নোং-মপাক্-মতুমশিংবু পুহনা চৎলি। অসিগুম্বা য়াম্না মপাঙ্গল শাফু কল্লবা, মতাগুবা মুংশিং অদুবু "বিবহ" হায়না মিংথোন্থি ॥৪৪—৪৫॥

অদুগুম্বা মুংশিং অদুনা আধার ওইহনা ঈশিং মরী মরীনা নোমদোম্হক্তা তুরেলগুম চেংলিবা, মঙ্গা-কিরী আকাশগঙ্গাগী ঈশিংবু পুহনা চৎলিবা, অদুগা মুংশিং অদুগী পাম্বেনা অম্নাম্নদগী থিংহনা থম্খিবনা মতাল্ পুন্নমক্তী পোল্লকম ওইরবা পৃথিবীসবু মশক উহল্লিবা সূর্য্যদেব ( নুমিৎ কৌবা লাই ) অসিবু মতাল্ মকোয় অমথক্ত পুহনা লৈবগুম উহল্লিবা, অমৃতগী মশক ওইরবা চন্দ্রমা ( থাজ ) অসিমুন্দু ভয়ণ পোষণ

যস্মাদাপ্যায়তে সোমো নিধির্দিব্যোঽমৃতস্য চ। ষষ্ঠঃ পরিবহো নাম স বায়ুর্জয়তাং বরঃ ॥৪৮॥
সর্ব্বপ্রাণভৃতাং প্রাণান্ যোঽন্তকালে নিরস্যতি। যস্য বর্ত্মানুবর্ত্তেতে মৃত্যুবৈবস্বতাবুভৌ ॥৪৯॥
সম্যগন্বীক্ষতাং বুদ্ধ্যা শান্তয়াধ্যাত্মনিত্যয়া। ধ্যানাভ্যাসাভিরামানাং যোঽমৃতত্বায় কল্পতে ॥৫০॥
যং সমাসাদ্য বেগেন দিশামন্তং প্রপেদিরে। দক্ষস্য দশপুত্রাণাং সহস্রাণি প্রজাপতেঃ ॥৫১॥
যেন সৃষ্টঃ পরাভূতো যাত্যেব ন নিবর্ত্ততে। পরাবহো নাম পরো বায়ুঃ স দুরতিক্রমঃ ॥৫২॥
এবমেতে দিতেঃ পুত্রা মারুতাঃ পরমাদ্ভুতাঃ। অনারতং তে সংবান্তি সর্ব্বগাঃ সর্ব্বধারিণঃ ॥৫৩॥
এতত্তু মহদাশ্চর্য্যং যদয়ং পর্ব্বতোত্তমঃ। কম্পিতঃ সহসা তেন বায়ুনাভিপ্রবায়তা ॥৫৪॥
বিষ্ণোর্নিঃশ্বাসবাতোঽয়ং যদা বেগসমীরিতঃ। সহসোদীর্য্যতে তাত জগৎ প্রব্যথতে তদা ॥৫৫॥
তস্মাৎ ব্রহ্মবিদো বেদান্ নাধীয়ন্তেঽতিবায়তি। বায়োর্বায়ুভয়ং হ্যুক্তং ব্রহ্ম তৎপীড়িতং ভবেৎ ॥৫৬॥

তৌরিবা ( মচাক্ হন্দুনা য়োকৃপি-থাকপিরিবা ) জয় ওইহনা হিংহনা লৈরিবশিংগী মহুংদা অথোইবা ওই-রিবা, ভরক্কভবা বায়ু অসি পরিবহ হায়না মমিং চংলি ॥৪৬—৪৮॥

অহুগা অসিগুম্বা মুংশিং অমন্থ লৈরি,— মহাক্লা অন্তকালদা অচচত্ত জীব পূরমক্কী থবায় মুংশিংপু হুকচাং ( মশা ) দগী মপান্দা থোয়কহল্লি প্রাণবায়ুমু মপান্দা পুথোরক্লিবা মহাক্কী লম্বীদা মৃত্যু কৌবা লাইনা অহুগা বৈবস্বত যমনা মাগী মতুং ইল্লহনা চংলি। মগাক অহুতনা অধ্যাত্মচিন্তাদা লুপহনা শান্তিগী মশক ওইরবী বুদ্ধিগী পাম্বেনা আত্মতত্ত্ব থিরিবা, অভ্যাসযোগীশিংদা মুংঙাইবা পী ॥৪৯—৫০॥

মহাক্কী মথক্তা তোংহনা দক্ষপ্রজাপতিগী মচা লিশিং-তরানা মায়গৈ পুম্বগী ওমথৈ য়ৌবা হুকৎ হন্দা চৎখিবা, অহুগা মুংশিং মহাক্কী মমুংদা চঙখিবা অমদি য়োৎরবা জীবপান্বা কমা অমতনা অমুক হন্নকন্নবা, অহুগুম্বা ভরেৎগুবা মুংশিং অহুগী মমিং "পরাবহ" কৌই। মহাক্কী শক্তিবু লাম্বোক্নুনা চৎখিবা হায়বসি ওইথোক্তবা অরুবা থবক অমনি ॥৫১—৫২॥

অসিগুম্বা বায়ু ( মুংশিং ) তরেৎ অসি দিতিগী মচা ওাক্কনি। মথোয়গী গতিদি মকম পুরমক্কনি। হায়বদি— মথোয়না য়োনবা লম লৈতে। অত্তৎ অথম্ লৈত্তনা চৎতুনা ( লীংতুনা ) লৈ। অহুগা মথোয়না পোৎ পুরমকপু পুহনা ( থাংহনা ) লৈরি ॥৫৩॥

মাসিমু য়াম্না অঙকপা থৌদোক অমনি, মাহুদি - অসিগুম্বা মুংশিং অসিনা য়ৈবদা শোকপদা হিমালয় চীংজাউ কাওবা নীকই ॥৫৪॥

চীবুত্তো। অসিগুম্বা মহাবায়ু অসি ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী মুংশাশোয়নি। ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনা পুরপ অমুক্তং হোল্লোয়কপদা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড লৈকম থঙত্রিবনি ॥৫৫॥

মরম অহুনা ব্রহ্মতত্ত্ব খঙবা বিদ্বান্শিংনা মুংশিং কন্না লীংলকপা মতমদা বেদপাঠ তৌরদে,— বেদ তমদে, অনধ্যায় ওই। বেদমু ভগবানগী মুংশাশোয়নি। মপান্দা লীংলিবা মহাবায়ু অসিমু ভগবান্ মহাক্কী

এতাবদুক্ত্বা বচনং পরাশরসুতঃ প্রভুঃ। উক্ত্বা পুত্রমধীষ্বেতি ব্যোমগঙ্গামগাত্তদা ॥৫৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি অনধ্যায়-নিমিত্ত-কথনংনাম ত্রয়োবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২৩॥

——:(※):——

মুংশাশোয়নি। অছুনা, মুংশিংনা কল্লা শীংলকপা মত্তমদা বায়ু অমগা বায়ু অমগা থেজাইনদুনা য়াম্না খুদোং থানীওডাই ওই। মত্তম অদুদা বেদদা য়াম্না শাথিবা চৈনা অমা পী ॥৫৬॥

অনধ্যায়গী মরমদা য়াহৈ অম'নীসি হায়রগা পরাশরনন্দন ভগবান্ ব্যাসনা মচা শুকদেবদা 'অছুমা, হৌজিক্তি বেদপাঠ তৌরো" অগুম্না হায়রম্লগা আকাশগঙ্গাগী মপাত্তাম্না চৎখি ॥৫৭॥

মখম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা অনধ্যায় নিমিত্ত কথনগী চহুমপা কুন্থুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২৩॥

——:(※):——

# মণিপুরী মহাভারত

## চতুর্বিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শুকদেবদা নারদনা বৈরাগ্যগী জ্ঞান তাকপা )

চহুমপা কুম্মরিগুবা অধ্যায়

——:(※):——

ভীষ্ম উবাচ।

এতস্মিন্নন্তরে শূন্যে নারদঃ সমুপাগমৎ। শুকং স্বাধ্যায় নিরতং বেদার্থান্ বক্তুমীপ্সিতান্ ॥১॥

দেবর্ষিং তু শুকো দৃষ্ট্বা নারদং সমুপস্থিতম্। অর্ঘ্যপূর্ব্বেণ বিধিনা বেদোক্তেনাভ্যপূজয়ৎ ॥২॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির। ব্যাসনা চৎপ্রবা মতুংদা ঈচীক্ চীল্লবা আশ্রম অদুদা শুকদেবনা মথনুজা বেদবিধিগী মতুংইন্না পূজাগী থোচ্চংনা ভগবান্গী আরাধনা অমদি পূজা তৌদুনা লৈ। নিয়ম কায়দনা বেদ পাঠ তৌই। অদুম্না লৈরিঙৈদা নোংমা নারদনা বেদগী-অর্থতত্ত্ব হায়গে হায়বগীদমক মফমদুদা লাকখি ॥১॥

শুকদেবনা পূজাগী হৌনবী বিধি কায়দনা নারদদা অর্ঘ্যদান তৌই। থুং লোত্তুনা নোংমুকপদা লোম্নদনা ফমদুনা লৈ ॥২॥

নারদোঽথাব্রবীৎ প্রীতো ধর্ম্মাহি শর্মভৃত্তাম্বর। কেন ত্বাং শ্রেয়সা বৎস যোজয়ামীতি হৃষ্টবৎ ॥৩॥
নারদস্ত বচঃ শ্রুত্বা শুকঃ প্রোবাচ ভারত। অস্মিঁল্লোকেহিতং যৎ স্যাৎ তেন মাং যোক্তুমর্হসি ॥৪॥

নারদ উবাচ।

তত্ত্বং জিজ্ঞাসতাং পূর্ব্বমৃষীণাং ভাবিতাত্মনাম্। সনৎকুমারো ভগবানিদং বচনমব্রবীৎ ॥৫॥
নাস্তি বিদ্যাসমং চক্ষুর্নাস্তি সত্যসমংতপঃ। নাস্তি রাগসমংদুঃখং নাস্তি ত্যাগসমংসুখম্ ॥৬॥
নিবৃত্তি কর্ম্মণঃ পাপাৎ সততং পুণ্যশীলতা। সদ্বৃত্তিঃ সমুদাচার শ্রেয় এতদনুত্তমম্ ॥৭॥
মানুষ্যমসুখম্প্রাপ্য যঃ সজ্জতি সমুহ্যতি। নালং স দুঃখমোক্ষায় সংযোগো দুঃখলক্ষণম্ ॥৮॥
সক্তস্য বুদ্ধিশ্চলতি মোহজালবিবর্দ্ধনী। মোহজালাবৃতো দুঃখমিহ চামুত্র সোঽশ্নুতে ॥৯॥
সর্ব্বোপায়াত্তু কামস্য ক্রোধস্য চ বিনিগ্রহঃ। কার্য্যঃ শ্রেয়োঽর্থিনা তৌ হি শ্রেয়োঘাতার্থমুদ্যতৌ ॥১০॥

---

থোইদোক্লা পেল্লবা নারদনা অসুম্না হায়রকই,— "ঈবুঙো। নহাক্তি ধর্ম্মথওবশিংগী মমুংদা খ্বাইদগী অথোইবনি। হায়ু নংনা পাম্বা খ্বাইদগী অথোইবা পোৎশক অমা। মাহু পীগে কল্লিনো হায়ু।" নারদনা মাহৈ অসি য়াম্না নুংশিনা হায়বনি ॥৩॥

ভরতনন্দন। যুধিষ্ঠির। নারদগী রা অসি তাবদা শুকদেবনা অসুম্না হায়খি,— হন্দকী লোক অসিদা খ্বাইদগী মঙ্গল ওইবা জগৎকী কাম্নবা পাউতাক অহু পীবিয়ু ॥৪॥

নারদনা হায়,— ঈবুঙো। মমাংঙৈদা পুকচেল শেংলবা ঋষিশিংনা তত্ত্বজ্ঞান ফংনবগীদমক্তা রাহং খন্না হংখি। মাহুগী পাউখুম ওইনা সনৎকুমারনা মখোয়দা পাউতাক্ পীখি ॥৫॥

বিদ্যাগা মান্নবা মীৎ অমা লৈত্রবনি।
অচুম্বা ওাঙবগা মান্নবা তপস্যা'ম লৈত্রবনি॥
অশাউবগা মান্নবা অন্নাবা অমা লৈত্রবনি।
থাদোকপগা মান্নবা নুংঙাইবা'ম লৈত্রবনি ॥৬॥

পাপকর্ম্মদগী লাপথোক্লা লৈবা, পুণ্যকর্ম্ম-ত তৌহনা লৈবা, ধর্ম্মচেন্‌ব সজ্জনশিংগতা সঙ্গ তৌবা, আচার বিচার থায়না চৎপা. মখোয়সিতনা অথোইবা মঙ্গলগী সাধননি, খুৎলায়নি ॥৭॥

নুংঙাইবা হায়বদগী লেশমাত্র য়াওত্রবা. তাইবং হকচাংসিবু ফংলগা, মাসিদা নুংঙাইথোক্‌খিদনা সংসারগী বিষয়দা লুপঞ্জবা মী মহাক অদুদি ওাওয়বনি, শুদ্ধংলবনি। বিষয়শিংগা তিন্নবা হায়বসিমক অশাবগী মশক্তি, অদুনা সংসারগী করিগুম্বা অমতনা জীববু অশাবদগী লাপ্থোকহনবা ঙমদে ॥৮॥

বিষয়শিংদা আসক্তি থমত্রবা মীহুগী বুদ্ধিদি ওহাক্ তুমিন্ লৈতমনি, পুম্মেঙ লেঙবনি। মশা মথন্তা কাম্নিন্ অমম্না লাং শাক্লনবগী অম দ শান্নবগী খুৎলায়দ্রম ওইবনি। শুদ্ধংলগী লাংদা থুম্নবা মী মহাক অহু ইহলোক পরলোক অনীমক্তা অশাবতনা মাগী শয়াক্ ওইহনা লৈবনি ॥৯॥ পুন্‌শিদা মঙ্গল ওইবতবু ফংজনীংবা মী অহুদি

নিত্যং ক্রোধাৎ তপোরক্ষেচ্ছ্রিয়ং রক্ষেচ্চ মৎসরাৎ। বিদ্যাং মানাবমানাভ্যামাত্মানং তু প্রমাদতঃ ॥১১॥
আনৃশংস্যং পরো ধর্ম্মঃ ক্ষমা চ পরমং বলম্। আত্মজ্ঞানং পরং জ্ঞানং ন সত্যাৎ বিদ্যতে পরম্ ॥ ২॥
সত্যস্য বচনং শ্রেয়ঃ সত্যাদপি হিতং বদেৎ। যদ্ভূতহিতমত্যন্তমেতৎ সত্যং মতং মম ॥১২॥

---

করিগুম্বা উপায় অমনা কাম ক্রোধবু নমথতুনা থম্লনবা হোৎনগদবনি। মরমদি মথোর অসিনা তাইব মীগী মঙ্গল ওইগদবা লম্বীবু মুখংলি ॥১০॥

তপস্যাবু অশাউবদগী, লক্ষ্মীবু মিহৌবা— মীগী মরল্ উরগা চাকপদগী, বিদ্যাবু অচোপ-অরেম্‌দগী, মশা মথন্তবু ভাওবা গুম্মাৎপদগী ভাক্কনবনি, কন্‌গদবনি ॥১১॥ *

তম্‌থিবা শাজংপু থাদোকপা হায়বসিনা খ্বাইদগী অথোইবা ধর্ম্মনি। ভাকপিহৈবা হায়বসিনা খ্বাইদগী অথোইবা পাঙ্গলনি। আত্মাগী জ্ঞানতনা খ্বাইদগী অথোইবা জ্ঞাননি। সত্যদগী হেন্‌বা সংসারদা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈত্রে ॥১২॥ অচুম্বা ভাওবনা খ্বাইদগী অথোইবনি। অচুম্বা ভাওবদগীসু কান্নবা ভাওবনা

---

* করিগুম্বা অকবা পোৎশক অমতং ফংননবগী দমক্তা তাইবংমীনা তপস্যা তৌনরিবনি; চরা হেন্‌তুনা অন্নাবা থাংতুনা লৈনরিবনি। অদুগুম্বা তপস্যা ব্রত অদুগী মশাদা ন্নাবদগী "অশাউবা" হায়বসি লাক্কনবগী-ত হোৎনৈ। লাক্লবদি তপস্যাদু করিমত্তা ওইদ্রে। মরম অদুনা, তপসাবু অশাউবা হায়বদুদগী কন্‌গদবনি। বিদ্যাবু অপমানদগী কন্‌গদবনি। মরমদি অয়াম্বনা বিদ্যা হায়বসি লেমথোক্লনবগী, ফম্ ফংননবগী, মিংচৎকী দমক্তা তাৈন্নে। শেল্ থুম্ ফংননবা অদুগা মুবা দলাল শাননবগী উদ্দেশ্যদা বিদ্যা তাম্নবা ওইনা তৌনম্লি। সমাজদা মান-মর্য্যাদা ফংননবগী দমকসু অয়াম্বনা বিদ্যা তাৈন্নে। অদুগুম্বা, মান-সম্মান মিংচৎ পাম্বা হায়বদুনা হেক্ চওতকপদা বিদ্যা অদু করিমত্তা ওইদ্রে। বিদ্যা হায়বা কাও য়াদ্রে। অদুনা, বিদ্যাবু মান অপমানগী ন্নাথলদগী কন্‌গদবনি, ভাকথোক্ক দীবনি। গুম্মাৎপগী লাংদবু তারবদি ঐ ঐ হায়ন্নিবসি করিমত্তা লৈত্রে। মরম অদুনা গুম্মাৎপা ভাওবা জ্ঞান তাদবদগী ঈশা ঈশাবু কন্‌গদবনি। ধর্ম্মকর্ম্ম লখা অমা তৌদুনসু— তম্‌থিন্নবদি চৎলিবা ধর্ম্ম অদু ধর্ম্ম নত্রে, তৌরিবা কর্ম্ম অদু কর্ম্ম নত্রে। মরম অদুনা তম্‌থিবা লিংজেল্ থাববু থাদোক্‌পা হায়বসিনা খ্বাইদগী অথোইবা ধর্ম্মনি। মীগী মরাল ত থিন্নগা ফুবা চৈবা, মানা ভুম্বা তবু থিন্নগা হাৎপা-তুম্মা, মাদা থাজৎপা ওম্বজৰ থাজংপা হায়বদুনা পাঙ্গল ওইবা নত্তে। মীগী মরালবু ভাকপিদুনা, মী লিলিং লিশিংবু জ্ঞান ভাকপিদুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎহন্‌বা ওম্বা মী মহাক অদুবু অকন্‌বা, মপাঙ্গল কন্‌বা মী কৌই। মৈ ঈশিংনচিংবগী গুন্বু খঙব, অদুতনা অথোইবা জ্ঞান নত্তে। উঠিম্বা মৈ, ঈশিংনচিংবা পোৎশকশিং অসিগী গুণকর্ম্ম খঙবা অদুতবু জ্ঞান কৌবা যাবা নত্তে। উনন্দ্রিবা আত্মাগী তত্ত্বযু খঙবা (জ্ঞান) অদুতনা অথোইবা জ্ঞান কৌই। আত্মানা খ্বাইদগী অথোইবনিনা আত্মাগী তত্ত্বজ্ঞান তনা খ্বাইদগী অথোইবা জ্ঞাননি ॥

(কালাচাঁদ)

সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী নিরাশীর্নিষ্পরিগ্রহঃ। যেন সর্ব্বং পরিত্যক্তং স বিদ্বান্ স চ পণ্ডিতঃ ॥১৪॥
ইন্দ্রিয়ৈরিন্দ্রিয়ার্থান্ যশ্চরত্যাত্মবশৈরিহ। অসজ্জমানঃ শান্তাত্মা নির্বিকারঃ সমাহিতঃ ॥১৫॥
আত্মভূতৈরতদ্ভূতঃ সহ চৈব বিনৈব চ। স বিমুক্তঃ পরং শ্রেয়ো ন চিরেণাধিতিষ্ঠতি ॥ ১৬॥
অদর্শনং সংস্পর্শস্তথা সম্ভাষণং সদা। যস্য ভূতৈঃ সহ মুনে স শ্রেয়ো বিন্দতে পরম্ ॥১৭।
ন হিংস্যাৎ সর্ব্বভূতানি মৈত্রায়ণগতশ্চরেৎ। নেদং জন্ম সমাসাদ্য বৈরং কুর্ব্বীত কেনচিৎ ॥১৮॥
আকিঞ্চন্যং সুসন্তোষো নিরাশীস্ত্বমচাপলম্। এতদাহুঃ পরং শ্রেয় চ আত্মজ্ঞস্য জিতাত্মনঃ ॥১৯॥
পরিগ্রহং পরিত্যজ্য ভব তাত জিতেন্দ্রিয়ঃ। অশোকং স্থানমাতিষ্ঠ ইহ চামুত্র চাভয়ম্ ॥২০॥

অমুক হেন্না! জীব ান্বা পুন্নমকী কান্নবা ভাওব অচুতনা অচুম্বনি হায়না ঐনা শল্লি ।।১৩।।

তৌরগদবা থবক পুম্বদা সঙ্কল্প থাদোক্লবা মহাক্কী থম্মোংগদা করিগুম্বা মিহৌবা অমতা লৈত্রবা, করিগুম্বা অনৌবা পোৎ অমতগী তাঙ্খিন্নবগী রাখল লৈত্রবা, অদুগা থাদোকপা নত্তনা লৌশিন্নবগী রাখল থোইদোক্লা তৌরবা, হায়বদি — লোইনা থাদোকবা অদুগুম্ব মী অচুতনা বিদ্বান্নি, মহাক্ অচুতনা— পণ্ডিতনি ॥১৪॥

মশাগী মথা পোলহনরবা ইন্দ্রিয়শিং অচুবা খুৎলায় ওইরনা, বিষয় পুম্বদা করিগুম্বা আসক্তি অমতা থমদনা অনুভব তৌরিবা হায়বদি— শীজিন্নরিবা লৌশিবা ময়াক্কী থম্মোয়না ক্ষমিৎচুপ্পা মহাশান্তিদা লৈরিবা মশক্ হোংদবা, মচীন্ অনী লোংত্রবা, অদুগা হকচাং ইন্দ্রিয়শিংসিবু মশামক্তি ( আত্মাশক্তি ) হায়না মপান্দা লৌরবসু মমুং মগুংদা হকচাং ইন্দ্রিয়শিং সিদগী তোঙান্না অচুম মবৈবা, মহাক খরুনি মুক্ত ওইরবা অরবা খুঙ্গম ফংগবা হায়রবদু। মহাক অদু য়াম্না থুনা য়াওনা পুন্নশিগী মঙ্গল ওইবা ফংলগনি ॥১৫—১৬॥

অতোপ্পা কনাগুম্বা করিগুম্বা অমগী মফমদা য়ার্থগী নীংথেংদা থোইনা হেন্দ্রবা, কনাগুম্বা করিগুম্বা অমগী মশাদা য়ার্থগী দমক্তা শোকউত্রবা রারী শাকত্রবা মহাক অদু য়াম্না থুনা য়াওনা পুন্নশিগী মঙ্গল ওইবা কান্নবা ফংলগনি ॥১৭॥

জীবশান্বা অমতগী মফমদা হিংসা তৌকত্রবা খাইমক্কা মিত্রতাগী ভাবতা ( স্বরূপ ওইবগী য়াওলদা ) লোয়নগদবনি। ভাইবং হকচাং অসিবু ফংলগা কনাগুম্বা করিগুম্বা অমতগা বৈরভাব ( য়েক্লবগী য়াখল ) তৌরোইদৌবনি ॥ ১৮॥

আত্মাগী তত্ত্ব খঙলবা ( মশাগী মশকপু মুন্না খঙলবা ), মপুক্কীং অমদি ইন্দ্রিয়বু মথা পোলহল্লবা, অচুগুম্বা মী অচুগীদমক মঙ্গল ওইননবগী ভাকপা লম্বী হায়বদু, করিগুম্বা অনৌবা অতোপ্পা অময়ুক ভান্ শিন্নত্রবা, লৈজরিবদুদা অচুম্মক পেন্নবা, অদুগা কামনা অমতা থমদনা পুক্কীং অসিবু কোয়রেং লেঙহন্দবা অসিগনি ॥১৯॥

তৈয়ুতো শুকদেব! নহাক অতৈ করিগুম্বা অমবু পৈশিন্ খোমজিন্নবগী য়াখল থাদোক্নুনা ইন্দ্রিয়

নিরামিষা ন শোচন্তি তজেদামিষমাত্মনঃ। পরিত্যজ্যামিষং সৌম্য দুঃখতাপাৎ বিমোক্ষ্যসে ॥২১॥
তপোনিত্যেন দান্তেন মুনিনা সংযতাত্মনা। অজিতং জেতুকামেন ভাব্যং সঙ্গেষ্বসঙ্গিনা ॥২২॥
গুণসঙ্গেষ্বনাসক্ত একচর্য্যারতঃ সদা। ব্রাহ্মণো ন চিরাদেব সুখমায়াত্যনুত্তমম্ ॥ ২৩॥
দ্বন্দ্বারামেষু ভূতেষু য একোরমতে মুনিঃ। বিদ্ধি প্রজ্ঞানতৃপ্তং তং জ্ঞানতৃপ্তো ন শোচতি ॥২৪॥

---

খুদুমচন্‌বা হায়বদু ওইয়ু। ইহলোক পরলোক অনীমক্তা চিংনবা অকিব অরাবা লৈবোইদবা পদবী ( থাম মকম ) অদু ফংঙু ॥২০॥

বিষয়ভোগ পুম্নমক পু থাদোক্লবা মী মহাক অদুনা অরাবদা পুথবা থক্‌তোদে। মরম অদুনা মী পুম্নমক বিষয়ভোগতা ক্যা হেন্না আসক্তি থম্মোহন্দোবনি। ঈবুঙো! বিষয়ভোগ পুম্বা থদোক্লুনা নীঙথায়দনা লৈরবতদা অরবা অমুক্তা পনচিংবদগী লাম্হোক্পনি ॥২১॥

লাকৃঙম্ ফাওমদবা পবমাত্মা মহাকপু ফাগে হায়না হোৎনজবা নীঙজবা মথোয় অদুদি, তপস্যা তৌদুনা তপস্বী ওইবা তাই, ইন্দ্রিয় খুদুম চন্‌বা, পম্মোংবু অংগা পুক্লীংবু কাজিন্দুনা, সংসারগী বিষয়দা ক্যা হেন্না আসাক্ত থমদবা মীশকম্নু ওইবা তাই ॥২২॥

সত্ত্ব রজ তম গুণ অদুমসিতনা মশক ওন্ন ওন্ন ঊহল্লিবা বিষয়শিংসিদা আসক্তি থম্মুদনা পরমাত্মাগী ধ্যান তৌদুনা অচীকপদা লৈরিবা মী অদুদি থুনা য়াওনা ফুংঙাইবা পুম্বগী তুংনকম মুক্তিধাম ( অরানবা খুত্তমগী মকম ) অদুবু ফংঙি ॥২৩॥

মুপী নহাশিংগা শন্নখোৎনদুনা লৈবতনা সু ঙাইর্বনি হায়না থম্লুনা লৈরিবা মীশিংদুগী মরক্ত লৈদুনসু পরমাত্মাবু থনবা জ্ঞানী মুনি অদুদ মথক্ত অচীকপদা লৈবগী মুংঙাইবদু ফংবা ওম্মি। মহাক অদুদি— জ্ঞানদগী-ত নত্তনা বিজ্ঞানগী মায়গেদগীসু ঊপেত্ত পেন্দুনা লৈরবা মীশক অমনি হায়না থঙগদবনি ॥২৪॥ *

---

* কনাগুম্বনা মাগী লৈজারিবা জ্ঞান অদুতনা পেন্দুনা মুংঙাইহনু। অরাং অপা লৈতনা লৈ। কনাগুম্বা অমনবু লৈজারিবা জ্ঞান অদুতনা পেন্নক্তদুনা বিজ্ঞানগী মতেং লৌদ্রমা অওকপা মুংঙাইবা পীনহৈবা পোৎশক কয়া পুথেক্তুনা মাল্লতনা মুংঙাইবা পেন্নবা ফংলে। মাদুনা পীবা মুংঙাইবদি অনিত্যনি, ঙহাক্তগীমি হায়বা থঙদুনা মদোমদা ঙওঙদনা বিজ্ঞানগী মাগৈগেদগী হাপ্নদোরক্তুনা অচীকপদা ধ্যান তৌদুনা লৈরি। ঊরিবা লৈরিবা মৈ ঊশিংশিংতনা অরাম খৌরাংবা কোক্তহন্‌বা। তুমদদুনা,— মপান্‌গী প্রাকৃতিক মৈদগী, ঊশিংদগী তোঙান্‌বা মৈ ঊশিং অমমুক্ পুথোক্লুনা মাগী অরাম্ খৌরাংবা অপ্‌ম্বদু, অশাউবদু কোক্লনবা হোৎনজি। অহোয়নদুম বৈজ্ঞানিক ওইবা পোৎশকশিংনা মতেংদা অমুক হেন্না পেন্দবা, অশাউবা, থোয়বা, নাপসুন্‌চিংবগী মাত্রা ( মচাং ) হেনগৎহল্লি। মদু থঙলহুনা মহাজ্ঞানীশিংনা লৈরিবা পোৎশকমক্তদা থপত্তুনা লৈরিবা পোৎশিং অদুনা পীরিবা মুংঙাইবদু-ত ফংদুনা ঊপেত্ত পেন্দুনা লৈরি। ঊংলবা ঊশিংগী মচুংদা

শুভৈর্লভতি দেবত্বং ব্যামিশ্রৈর্জন্ম মানুষম্। অশুভৈশ্চাপ্যধোজন্ম কর্মভির্লভতেঽবশঃ ॥২৫॥
তত্র মৃত্যুজরাদুঃখৈঃ সততং সমভিদ্রুতঃ। সংসারে পচ্যতে জন্তুস্তৎ কথং নাববুধ্যসে ॥২৬॥
অহিতে হিতসংজ্ঞস্ত্বমধ্রুবে ধ্রুবসংজ্ঞকঃ অনর্থে চার্থসংজ্ঞস্ত্বং কিমর্থং নাববুধ্যসে ॥২৭॥
সংবেষ্ট্যমানং বহুভি মোহাৎ তন্তুভির আত্মজৈঃ। কোষকার ইবাত্মানং বেষ্টয়ন্ নাববুধ্যসে ॥২৮॥
অলং পরিগ্রহেণেহ দোষবান্ হি পরিগ্রহঃ। কৃমিহি কোষকারস্তু বধ্যতে স পরিগ্রহাৎ ॥২৯॥
পুত্রদারকুটুম্বেষু সক্তাঃসীদন্তি জন্তবঃ। সরঃ পঙ্কার্ণবেমগ্না জীর্ণা বনগজা ইব ॥৩০॥

---

জীব হায়বসি মতম পুম্বদা কর্ম্মগী মথা পোন্দুনক্তা লৈ। অফবা কর্ম্ম ত তৌরগনা জাহগী মপোক অহুম্ পোক্খি। অফবা অমত্তবা কর্ম অনী য়াম্নগা— তাইবংমীগী হকচাংদা চঙহুনা পোকই। অফবগী শরুক শূক্য়াও যাওদবা কর্ম্ম তৌরগা শা উচেক্কী মপোক্তা নত্তগা লৌখৎপা য়াদনা হন্থপ্রবা— অত্তোম্বা মপোক্তা পোক্লিবিবাসনি ॥২৫॥

পোকউ পোক্উরিবা পোক্তুদা অয়াবা মথল মথল থেনরুবগী মৈচাক অহু খাঙহনা লৈবা মতা- মবনি। অহুনা, অম খঙদ, অম খঙদে,— সংসারদা শেক্ পোক্লবিবা জীবমখৈ অরাবা নীঙতমদবগী মৈ মথক্তা থাঙৎতুনা মুশ্হাল্লবনি মাসোমদা নংনা ঈথন্ থম্রিবসি করিগীনো ? ॥২৬॥

কান্নদবা ওাক্তবু নহাক্না কান্নবনি খল্লি। মাঙপ্রগদবা তুম্প্রগদবা ওাক্তবু মাডেম্বাই মৃৎলোইদৌবগুম্ খল্লি। নংবু শাথিনা মাঙহনগদবা মথোয়সিবু নং নশানা শোগৎতুনা থম্লি— য়োক্লি। মাস নহাক্না কৈদৌনা খঙদে— খঙদে ? ॥২৭॥

কঙ্গং তীম্না মশানা মথং মথং শাগচ্চরক্লিনা য়ুমহুদা লেঙবা ওৎপ য়াদমখৈ ফাঙিন্দুনা লৈথিবগুম্না নহাকসু শুঙ্গাংখিনুনা নশা থম্বা থাক্চনা লাদা নশাবু ফাজিঞ্জহুনা লৈবি। অহুবু নং মাসি শূক্খঙ খঙক্রি ॥২৮॥

মফম অসিদ ( সংসারসিদা ) অতৈ অমমুক্ থোমজিল্ পৈশিল্লুবগী কান্নবা ( দরকার ) কারিমতা লৈতে, মরমদি— দোষ ( পাপ ) হায়বসে পোম্জিল পৈশিল্লিবা পোৎশিং অহুগী মতুংদা অহুম্ য়াওরবান। কঙ্গং তীম্না য়ুমিৎ খুদিংগী শিক্লি শিক্লি পৈশিল্লিবহুদা য়াওবশা দেথন মশাবু ফাঙিনথিবসিনি ॥ ২৯॥

মতু মচা পরিবারদা কা হেন্না আসক্ত ওইরুবদগী অরাবা ফংলিবসিদি জঙ্গলদা লৈবা হমুরবা শামুনা পুখ্রীদা চঙগুহুনা হংকংপা ওমদবমখৈ লৈখোমদা পুম্বহুনা লৈবহুগুম্বনি ॥৩০॥

---

লৈরিবা মৈহু তীক্তুনা ঈমুং মুংওাইনা ঈশিং লুপ্তনা ধ্যান তৌরি, যোগ সাধন তৌরি। হৈজ্জাদিফশিংনা ঈশিংদগী মৈবু মপান্দা পুথোরক্তুনা শী জন্মর ফাওবদা তোঙান্ তোঙানা নাম-রূপকী পোৎশক পুথোক্তুনা শেম্লনবা হোৎনরি। পুথোক্লিবশিংহুনা শী পুম্মক্তা শাঙওরুবা মিহোবনচিংবা শীরি। অনী অসি ফনানা হেল্লি ?

( কালাচাঁদ )

মহাজালসমাকৃষ্টান্ স্থলে মৎস্যানিবোদ্ধিতান্। স্নেহজালসমাকৃষ্টান্ পশ্য জন্তূন্ সুদুঃখিতান্ ॥৩১॥
কুটুম্বং পুত্রদারাংশ্চ শরীরং সংচয়াশ্চ যে। পারক্যমধ্রুবং সর্ব্বং কিং স্বং সুকৃতদুষ্কৃতম্ ॥৩২॥
যদা সর্ব্বং পরিত্যজ্য গন্তব্যমবশ্যেন তে। অনর্থে কিং প্রসক্তস্ত্বং স্বমর্থং নানুতিষ্ঠসি ॥৩৩॥
অবিশ্রান্তমনালম্বমপাথেয়মদৈশিকম্। তমঃ কান্তারমধ্বানং কথমেকো গমিষ্যসি ॥৩৪॥
ন হি ত্বাং প্রস্থিতং কশ্চিৎ প্রেষ্ঠতোঽনুগমিষ্যসি। সুকৃতং দুষ্কৃতঞ্চ ত্বাং যান্তমনুযাস্যতি ॥৩৫॥
বিদ্যাং কর্ম্ম চ শৌচং চ জ্ঞানং চ বহুবিস্তরম্। অর্থার্থমনুসার্য্যন্তে সিদ্ধার্থশ্চ বিমুচ্যতে ॥৩৬॥
নিবন্ধনী রজ্জুরেষা যা গ্রামে বসতো রতিঃ। ছিত্ত্বৈতাং সুকৃতো যান্তি নৈনাং ছিন্দন্তি দুষ্কৃতঃ ॥৩৭॥

---

মতৌ অসুম্না পাক চাউরবা লাংদা থুম্বনা, ঈশিংদগী কংকান্দা লৈরাইদা চিংখৎলকপা ঙাগী মতৌগুম্ক ফ্ৃং ফ্ৃং চোংদুনা লৈরিবা, সংসারগী বিষয়-লাংদগী চিংথোরক্লবা তাইবং জীবশিংগী দশা অসে— মহাক অমুক্তা য়েংঙু ॥৩১॥

সংসারদা লৈরিবা শাগৈ নাতৈ, মুপী অঙাং, মচা মশূ, হকচাং অসিমক তাম্থিল্লুরিবা পৈখৎলুরিবা পোৎ পুম্নমক অসি অতোপ্পা অমগী মপোৎ ঙাক্তনি। অদুবু "ঐগীনি নংগী মর্ত্তে" অদুম মহায়নরি। অতুদি লায়রদুনা অতোপ্প অমগী ওইরিবসিসু ঙহাক ঙায়রে মাঙথিগদবা। মাসিদা নহাক্কী হায়ববু তাম্থিল্লুবদুদা কংহৌবা পাপ পুণ্য অনীদুত মঙায়হৌরে। তাম্থিল্লুরিবশিংদুদি মথং মথং অদুম মমাংঙগ্রগনি ॥৩২॥

মাঙত্রিঙৈদসু মাঙলবা তুংদসু নংসু অদুম মচাংগ্রনি সংসারসিদগী। কান্নগদবা মরীক্ অমত্তা য়াওদ্রবা বিষয়শিং অসিদা করিগী অদুপ পুক্নীং চঙঙুরি? মখোয়শিংসিদগী লাম্থোক্লনবা লাকপা মপোক্সিদা লান্-থোক্লনবগী দমক্তা করিগী হোৎনদে? ॥৩৩॥

সংসারসিদা মীকূপ অমতা পম্থনবগী মফম করিমতা লৈতে, লৈথাখিনবগী মরমসু কান্নবসু করি অমত্তা লৈত্তে। পম্থরিঙৈসিদা ফংবা অরাবদুগী কোকহন্নবা, অদুগা হোৎনবদুদা মতেং পীবিনবদু করিগুম্ব কনাগুম্বা অমত্তা নহাক্কী লৈত্তে। চৎলিবা সংসারগী লম্বীসিদা ইন্‌বিনবা, মতেং পীবিনবা থোঙলোয় থোঙবুসু কনা অমত্তা লৈত্তে। চৎলিবা লম্বীসি লাল্লবসু লম্মুক্নবসু অচুম্বা লম্বী তাক্পিনবা কনাসু লৈত্তে। তাকৃপি-গনি হায়রিবা মহাকসু অদুম লম্মুক্লি। চৎপদা খুদোংথীনীংঙাই-ত ওইরবা, অমম্বনা থল্লবা লম্বী অসিদা নং নথন্তা করম্না চৎকনি? ॥৩৪॥

পরলোক তাম্ন চৎলিবা লম্বীসিদা নংগী নতুং কনাসু ইল্লিরক্লোই। নংবু নমায় ওলহনগদবা নহাকপু থোংনা পুগদৌরিবখি তৌগ্রবা তৌরিবা পাপ পুণ্য অনী অদুতনি ॥৩৫॥

আত্মা নংনা ফংগদবগী লাক্লিবা পরমাত্মাদুগী লম্বীদা নংগী মতেং পীগদৌরিবদি বিদ্যা, কর্ম্ম অদুগা শেংলবা জ্ঞান অদুম অসিত্তননি। হায়রিবা অদুমসিগী মতেংনা নহাক পরমাত্মাবু ফংগদৌরিবনি। মাবু ফংলপা পোকপা শিবগী লাংদগী লাম্থোক্কদৌরিবনি। মুক্তি (মোক্ষ) হায়ববু অদুতনি ॥৩৬ শাগৈশাতৈদি

কৃং কূলাং মনঃ স্রোতং স্পর্শদ্বীপাং রসাবহাম্ গন্ধপঙ্কাং শব্দজলাং স্বর্গমার্গদুরাবহাম্ ॥৩৮॥
ক্ষমাবিত্রাং সত্যময়ীং ধর্মস্থৈর্য্যবটারকাম। ত্যাগবাতাধ্বগাং শীঘ্রাং নৌতার্য্যাং তাং নদীং তরেৎ ॥৩৯॥
ত্যজ ধর্মমধর্মঞ্চ তথা সত্যানৃতে ত্যজ। উভে সত্যানৃতে ত্যক্ত্বা যেন ত্যজসি তং ত্যজ ॥৪০॥
ত্যজ ধর্মমসঙ্কল্পাদধর্ম্মং চাপ্যলিপ্সয়া। উভে সত্যানৃতে বুদ্ধ্যা বুদ্ধিং পরম নিশ্চয়াৎ ॥৪১॥

---

হায়রিবা, মক্প মপাংনি হায়রিবশিংনা থন্না লৈরবা গ্রাম ( খুন ) অসিদা লৈরিবা অমদি ফংলিবা বিষয়-ভোগশিংসিনা নগাক্‌প পুন্‌শিন্দুনা পুখিনবগী থৌরাম। অসিগুম্বা থৌরা অসিবু অশিংবা পুণ্যচেন্নবা ফনাগুম্বনা ককথংলম্লগা পরমাত্মাগী লম্বীরোমদা থোঙশানখি। পাপী ওইবা মীশিংশুনা মাহুবু ককথংপা ঙমদহুনা ফাজিন্দুনা লৈহৌরি ॥৩৭॥

সংসার অসে তুরেল অমগুম্বনি। মাসিগী হৌরককম চেন্থরককমদি সত্যনি। উরিবা মশক মওংশিং অসিনা সংসার-নদীসিগী তোর্বান্ চাংজৌনি, পুক্লীং কৌবনা ঈচেল ওইবি। স্পর্শ ( শোকপা থেংব ) না তুরেল অসিদা লৈরিবা ঈথং ( দ্বীপ ) নি রসনা ঈচোন্ন। গন্ধ ( মনম্ ) না তুরেল অসিগী লৈথাদা লৈবা লৈথোম্‌নি। শব্দনা তুরেল অসিগী ঈশিং ওইরি। যৌবা চওবা ঙমদ্রবা ঘাট ( ইদেস্তাকম ) না স্বর্গনা ওইরি। হকচাংশিনা হি ওইহনা তুরেল অস লগ্নে রুদৌরবনি। থাওহৈবা হায়বদুনা হি অসবু চোন্‌গ-দৌরিবা নৌ অদুনি। ধর্মনা হি অহুগী হিনাউদ, তুংপা মথুল অহুদা লেংশিন্দুনা চিংগদৌরিবা থৌরী অহুনি। ত্যাগকী মশক ওইরবা তুংইম্নবা নুংশিৎ অহুগী পাম্বেনা ঈচেলকল্লবা তুরেল অসি লাম্থোকপা ঙমগনি। অহুনা, তুরেল অসি হায়রিবা মচাকশিংসিনা লাম্থো রুবা হোৎনগদবনি ॥৩৮ – ৩৯॥

ধর্মনি হায়রিবা, অধর্মনি হায়লিবা অনীহুম্ম থাদোকউ। অসিনা অচুম্বনি হায়রিবা, অসিনা অরাম্বনি হায়রিবা অনীহুবুম্ম থাদোকউ। অহুবু থাদোক্লবা তু দা থ দে ক্লবা পাম্বে ওইরম্বহুবুম্ম থাদোকউ ॥৪০॥ *

সঙ্কল্পগী থাদোকপনা ধর্মবু, ফংনিংবগী থাদোক না অধর্মবু থাদোকউ। বুদ্ধিগী পাম্বেনা সত্যবু, অসত্যবু থাদোক্লুনা পরমতত্ত্ববু লেপ্পবগী পাম্বেনা বুদ্ধিবুম্ম থাদোকউ ॥৪১॥ †

---

* হায়রিবসিগী অর্থ দ শম্না হায়রবদা— লানৃব থওদে, চুম্নব থওদে, পাপ পুণ্য থওদে,— অনীথোকৃপগী রাথলসিনক্তবু ঈকং কওবনি। অনীথোকপগী রাথলসিবু থাদোক্লনবা উপায় ওইরম্বা— জ্ঞান থওদে, কর্ম থওদে, মাহুবুম্ম থাদোকউ— অসিত্তন। মাহুবু সংপূর্ণত্যাগ কৌই। ( কালাচাঁদ )

† দান যজ্ঞনি ধর্মনি হায়দুনম্ম সঙ্কল্প রাওগদবা লৈরবদি ধর্ম ন হায়রিবহু থাদোকপা তাই। মরমদি সঙ্কল্পনা পাম্বে ওইহুনা ফংবা পোৎমথৈ অনিত্যনি। অনিত্য ফংনবগীদমক্তা তৌবা ধর্মহু ধর্ম নত্তে,— থাদোকউ। অধর্ম ওইরবম্ম মাসি তৌরবদি পোংশক অসি ফংগনি হায়রবদি অধর্মহু থাদোকউ। মাদি মুদি মশানা থাদোকপা অহুম্ মতাম্নে। সত্যনি হায়দুনম্ম বুদ্ধিগী পাম্বেনা লেপত্রিবা সত্য অহু থাদোক্লবনি।

অস্থিস্থূণং স্নায়ুযুতং মাংসশোণিতলেপনম্। চর্মাবনদ্ধং দুর্গন্ধি পূর্ণংমূত্রপুরীষয়োঃ ॥৪২॥
জরাশোকসমাবিষ্টং রোগায়তনমাতুরম্। রজস্বলমনিত্যং চ ভূতাবাসমিমং ত্যজ ॥৪৩॥
ইদং বিশ্বং জগৎ সর্ব্বমজগচ্চাপি যৎ ভবেৎ। মহাভূতাত্মকং সর্ব্বং মহৎ যৎ পরমাণ্বাৎ ॥৪৪॥
ইন্দ্রিয়াণি চ পঞ্চৈব তমঃ সত্ত্বং রজস্তথা। ইত্যেষ সপ্তদশকো রাশিরব্যক্ত সংজ্ঞকঃ ॥৪৫॥
সর্ব্বৈরিন্দ্রিয়ার্থৈশ্চ ব্যক্তাব্যক্তৈর্হি সংহিতঃ। চতুর্বিংশক ইত্যেষ ব্যক্তাব্যক্তময়োগণঃ ॥৪৬॥

---

হকচাং অসে মৈ ঈশিংনচিংবা পঞ্চভূতকী য়ুমনি, পঞ্চভূতনা শাবা য়ুমনি। শরাতনা য়ুম্বী ওইবনি। শিংলি নাউরিনা পৈয়া ওইনা ফারি। ঈ-নাইতন কল্লাং য়াই ওইনা তৈরি। মথক্তা উন্‌শানা কুপ্পি। য়ুম অসিগী মচুংদা থী-য়ুংতমা থন্না লৈ। মাত্থদগী নম্‌থীরবা মনম্ কয়া ফাওরকলি। অহল ওইরকপা, খুইজিল চণশিল্লকপা অতুগা অরা অনা কয়া কয়াগী পোক্লকম ওইরি। লংনা জাৎ জাৎ কয়ামা মচুম শারি। রজোগুণগী মশক ওইরবা উকুল-য়াইকুলনা পীক্ থল্লি। গুসি থংদে, হয়েং থগদে য়ুম অসি তেক্ক-খিগদবগী ওইদি। মাসিদা কা হেন্না আসক্তি থম্‌গনু— হাক্কা পুক্কী লূপকনু ॥৪২—৪৫॥

হেক উরিবা অচঞ্চন্ত জগৎ পুম্নমক অসে হায়রিবা পঞ্চভূত অসিদগী থোরকপা ওইরকপা ওয়াক্কনি। অদুনা হকচাং অসে মহাভূত-প্রেতকী মশক মওং অমনি হায়না খঙ্গু। উরিবা হকচাং অসিদগী তোঙান্না লৈরিবা মহত্তত্ত্বশিং অসি, হায়বদি— বুদ্ধি ইন্দ্রিয় মঙা, শিক্লবা ভূত মঙা, হায়বদি— তন্মাত্র মঙা (পঞ্চ-তন্মাত্র), প্রাণ অপানলচিংবা প্রাণবায়ু মঙা, সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুম হায়রিবা তত্ত্ব তরাতরেৎসিগী পুম্নপপু অব্যক্ত কৌই ॥৪৪—৪৫॥

মখোয়সিগা লোয়ননা ইন্দ্রিয় মঙাগী বিষয়শিং, হায়বদি— শোক্পা, শব্দ মশক (রূপ), রস (মহাউ) অমদা মনম্, পূক্লীং, অহঙ্কার (ঐ হায়বগী রাখল). হায়রিবা ব্যক্তসু ওইবা অব্যক্তসু ওইবা মখোয়সি অমুক হাপচিল্লবদি তত্ত্ব কুম্মরি গুরে। মাসিন ব্যক্তাব্যক্ত অমুক ফোংদোকপা অমুক ফোংদোক্তব) মপৈ কৌই ॥৪৬॥

---

অহুম্পা সত্যসু থাদোক্লবা তুংদা পরমতত্ত্ব অমা লৈরি হায়বহ বুদ্ধিগী পাখৈনা লেপ্পরগা, লেপ্পরবা মচুং অমুদা বুদ্ধিতুবুসু থাদোক্তদবনি। মরমদি বুদ্ধি অদুনা লৈরিবমখৈ পরমতত্ত্ব (পরমাত্মা) অদু নত্তনা অজোপ্পা অমুদা বুদ্ধিতুবুসু থাদোক্তদবনি। অরোইবা অথোইবা তত্ত্বংবু ফংলবদি বুদ্ধি অদু থম্ব-অলিজ্য ওইবা তত্ত্ব অমগীসু নিশ্চয় তৌনিংঙক্কনি। তুরেল য়াংমা য়োরবা তুংদা হি অদু থাপোক্কনা অহুম হিল্লুংদা কমদুনা লৈবগী কাম্নবা শীনু কায়বা লৈতে। তুরেল অদু লাম্ভোয়কৃত্যবসু আ-অসোম্‌থংবা হায়গী তোর্ব্বাম্ লৈতে। অসুম্ কমদুনা লৈগদবা ওইরবদি তুরেল অদু লাম্ভোয়কৃত্যবসু আ-অসোম্‌থংবা হায়গী তোর্ব্বাম্ অদুদা হি অদু থম্নগা হিল্লুংহুদ কমদুনা লৈরবসু অম্মানি। অদুনা, কাম্নবা পোংশক হি অদু কাওবা থা-জোক্লমদুনা লৈরায়দা কাখৎখিগদবনি। অতুগুম্— পরমতত্ত্বংবু ফংনবগা হিদি হকচাংসিনি। পরমতত্ত্বসু ফংলব তুংদা হকচাংসি থাদোক্লমগদবনি।

( কালাচাঁদ )

এতৈঃ সর্ব্বৈঃ সমাযুক্তঃ পুনাস্থিত্যাভিধীয়তে। ত্রিবর্গং তু সুখং দুঃখং জীবিতং মরণং তথা ॥৪৭॥
য ইদং বেদ তত্ত্বেন স বেদ প্রভবাপ্যয়ৌ। পারম্পর্য্যেণ বোদ্ধব্যং জ্ঞানানাং যচ্চ কিঞ্চন ॥৪৮॥
ইন্দ্রিয়ৈর্গৃহ্যতে যৎ যৎ তৎ তৎ ব্যক্তমিতি স্থিতিঃ। অব্যক্তমিতি বিজ্ঞেয়ং লিঙ্গগ্রাহ্যমতীন্দ্রিয়ম্ ॥৪৯॥
ইন্দ্রিয়ৈর্নিয়তৈর্দ্দেহী ধারাভিরিব তর্প্যতে। লোকে বিততমাত্মানং লোকাংশ্চাত্মনি পশ্যতি ॥৫০॥
পরাবরদৃশঃ শক্তির্জ্ঞানমূলা ন নশ্যতি। পশ্যতঃ সর্ব্বভূতানি সর্ব্বাবস্থাসু সর্ব্বদা ॥৫১॥

---

হায়রিবা তত্ত্ব খিবিক অসিগা পুন্নপা তিন্নদুনা লৈরিবা মশক উদবা মহাক অসি পুরুষ কৌই। ধর্ম, অর্থ, কাম, অমাবা সুংতাইবা অদুগা পোকপা শিবা হিংদুনা লৈরিবসিগী মরম্ভু মুন্না খঙলবা পুরুষ অদুত্তনা জগৎ অসিগী উৎপত্তি প্রলয় ( পোকখিবা লোইশিন্খিবা ) অনীগী মরম অমদি মশকপু মুন্না খঙই ॥৪৭॥

জ্ঞান অসিগী মরম্দা লৈরিবা হায়নরিবা মা পুন্নমক পরম্পরাদগী মথং মবং অদুম্ খঙননবা হোৎনপনবনি। ইন্দ্রিয়শিং অসিনা লৌবা য়াবিবা বিষয়মখে ব্যক্ত কৌই। অদুগা মীৎ নাকৈাংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসিনা প্রত্যক্ষ ওইনা লৌবা ঙমদবা অনুমানতনা ফংবা বিষয়শিং অদুনা অব্যক্ত কৌই। অদুনা, হকচাং অসি ব্যক্ত অব্যক্ত অনীগী ভূনফম্নি ॥৪৮—৪৯॥

হায়রিবা ইন্দ্রিয়শিং অসিবু মাপী খুদুম মখাদা থম্নবা জীব ( জীবাত্মা ) অদুনা পেঙ্গবদি— নোংগী ঈশিংগী মরী মরীনা ঈখৌলাংদা মীনা পেন্বদুগা চপ মান্নে। জ্ঞানী ওইবা পুরুষনা অচচ্চত্ত জীব পুন্নমকপু মহাক মশামক্কী মনুংদা অদুগা মহাক মশা কদু জীব পুন্নমক মসিদা শীন্থুংনা লৈবা ওইনা উই ॥৫০॥

অমম্ ওইবা ভুং মাং লোৈনা উবা জ্ঞানী পুরুষ অদুগী জ্ঞানতনা মক ওইবা শক্তি অদুদি কয়িগুম্বনসু মাঙদে, তম্বয়ক্তে। অচচ্চত্ত জীবপানবা পুন্নমকপু অদম্বা খুদংমক্তা মতম পুম্বদ অতং অখম লৈত্তনা উবিবা অদুগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মী মহাক অদুদি জাবপান্বা পুন্নমক্কী মরক্তা লৈরুবসু কয়িগুম্বা ফত্তবা থবক অমত্তনা মত্তোন্দা চঙ্ওকপা তিন্নরবা ঙমদে। হায়বদি— ফত্তবা অশুভ ওইবা কর্ম্ম অমতা তৌদে হায়না লৌগদবনি ॥৫১॥ *

---

* অচচ্চত্ত জীবপান্বা পুন্নক্কা মহাক মশামক্কী মমুংদা লৈরে হায়না উববা, হায়বদি— মহাক্কা উরুপিয়া শাশল্, হৈপাল লৈপাঙ খুদিংমক মত্তোত্ত-া লৈবা অদু খঙলক উরক্লবা, অদুগা মহাক মশামক্তু জীবপান্বা পান্দবা পোৎ পুন্নমক্তা ব্যাপ্ত ওইনা শীন্থুংনা লৈরে হায়না উরবা অদুগুম্বা জ্ঞানী মী মহাক অদুদি কারিগুম্বা ফত্তবা তমথিবা অমাংবা কর্ম্ম অমতা তৌদে হায়না লৌগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা মহাক্কা কয়িগুম্বা ময়াম্না সমাজনা ফত্তে হায়না, অমঙলনি হায়না লৌনবা জীব অমবু য়েংলুরবসু উরুরবসু মহাক্কা উরুরিবা জীবদুদা মহাক মশামকতু পীগ্রবা শরুক অমতা য়াত্তনা অদুম ময়েরই। মহাক মশামক্কি হায়না অদুম মউই। জীবদুগী মপানগী হকচাং অদুগা মশাগী হকচাং অদুগা কয়িগুম্বা খেন্নবা অমত্তা

সর্ব্বভূতস্য সংযোগো নাপ্তস্তে লোপ্যতে। জ্ঞানেন বিবিধান্ ক্লেশানতিবৃত্তস্য মোহজান্ ॥৫২॥
লোকে বুদ্ধি প্রকাশেন লোকমার্গো ন রিষ্যতে। অনাদি নিধনং জন্তুমাত্মানি স্থিতমব্যয়ম্ ॥৫৩॥

জ্ঞানগী পাম্বৈনা মোহ ( শুক্সংপ ) দগী পোক্পা অরাবা অরাৎপা মখল মখলবু লাস্তোকৃলকৃলবা জ্ঞানী মহাক অহুবুদি জগৎতা চৎনবা লোকবাবহারগী লম্বীদা কারগুম্বা অমতনা খিংবা পলহন্‌বা ওমদে ॥৫২॥
মোক্ষগী উপায়বু খওবা ভগবান্ নারায়ণনা তাক্‌পিরি, মাহুদি— অতৌবা অরোইবা লৈতবা, মাওবা

লৈতনা অহুম মউই। উরিবা জীবহুগী মপানগী হকচাংহুসু লৈপাক ঈশিং লুংশিং আকাশ লৈপাক্‌কী মপৈনি, মহাক মশাগী হকচা সু হায়রিবশিং অসিগী মপৈনি, মশা অমতনি ; মওংগা মমিংগা অনী আস-তনি খেন্নহল্লিবসি। খেন্নবা তারিবহুসু ওহাক্কীতনি। অহুদগী তোঙানবা আত্মা ( জীবাত্মা ) অম লৈরিবহু মশা অমত্তনি। অউবা মাগী আত্মা অহুমক্তি— উকরিবহুগী আত্মা অহু, অনী নত্তে মশা অমত্তনি। অহু ওইরবদি মহাক্না উরুরিবা শাশলনচিংবা জীবহুগী হকচাংদসু মহাক মশামক অহুম ময়াওরে। অহুম চানবা জ্ঞানী অহুনা উরবদি, মহাক্না করিগুম্বা অমাংবা অমঙ্গল ওইবা জীব ও্মগী মশাদা শোক্পুরসু, মশানা মশাদা খৃৎনা নান্‌বা ওইনা অহুম মথোক্লুই। অহুগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মাগী মকমদা পাপ পুণ্যগী অশেং অমাংবগী করিগুম্বা খেন্নবা অমতভা চঙবা ওম্‌দে। পাপ পুণ্যগী প্রায়শ্চিত্ত প্রতীকারগী বিধি নিয়মশিং লৈরিবশিং অসিদি, উরিবা জগৎ অসিদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক অমনা অমদগী খেন্নৈ হায়না উরিবা মথোয়শিং অহুগী দমক্তনি। ফত্তবা অমাংবা পোৎ শোক্লু চাক্লরবদি মহাকসু মাংলে হায়না লৌনরিবসি, অসিনা অমাংবনি, অসিনা অশেংবনি হায়না খেন্নবা উরিবশিং অহুগী দমক্তনি। মুন্না খন্নরবদি খেন্নবগী শক্লক করিমতা য়াওদে। মিংগা মওংগা অনীতনি, অনী অহুতনা খেন্নবা উহনবনি। করিগুম্বা সমাজদা চৎনবী মভুংইম্না শম্বী শোক্লবদি মাংদে, হুই শোক্লবদি মাংডি। মাসি হুইগা শম্বীগা খেন্নবা উৎহুদগীনি। মওং শোক্লুবগী মাংব্র ? মমিং হুই হায়বহু শোক্লুবগী মাংব্রা ? মিংদি শোক্লনবা পোৎ নত্তে, শোক্পসু য়াদে। মওংসু শোক্লনবা পোৎ নত্তে, শোকপা য়াদে। অহুনাদি হুইদা শোক্পুরিবহুদি শোক্পুরোই নীংব-তনি, থাক্তেশেংবদি করিমতা শোক্তে। অহুন মাংডি, শেংডি হায়ননীংঙায় লৈতে। অসুম্না খল্লিবা অহুগা খল্লিবসিগী মভু ইন্না থবক্ তৌথোক্লকপা মী অহুদি মাগী পুনশিদা করিগুম্বা ফত্তবা অমতা তৌদ্রি হায়না লৌগদবনি। মাসিদা য়েৎননীঙভায় হায়ববু মীগী মুপীদা আসিগুম্বা জ্ঞানী অমম্না মাগী মুপীগা মশা অমতনি হায়না চঙভূবদা দোষ পাপ লৈতবরা অসিনি। মাসিদা খনগদবা হায়রবু জ্ঞানী অহুদা মাগী মম্যাগা মীগী মভু মুপী অহুগা মশা অমতনি হায়না খনগদবনি। নত্রগা মশামক্ মীগী মুপীহুগা অমতনি হায়না খল্লি। মীগী মুপী অসি অসিদা লৈরিবা ঐ অসিনি হায়না লৌই। অহুগা মঙোন্দা চঙভূবগী করিমতা দরকার লৈত্তে হায়মা থঞ্জে। মীগী মুপীদা চঙভূবগী মুংঙাইবা অহু মখা মশাদা মুংঙাইজবা অহুম্ মফংজি।—
"আত্মন্যেবা আত্মনা রমতে।" ( কালাচাঁদ )

অকর্ত্তারমমূর্ত্তং চ ভগবানাহ তীর্থবিৎ। যো জন্তুঃ স্বকৃতৈস্তৈস্তৈঃ কর্ম্মভির্নিত্য দুঃখিত ॥৫৪॥
স দুঃখপ্রতিঘাতার্থং হন্তি জন্তুননেকধা। ততঃ কর্ম্ম সমাদত্তে পুনরন্যন্নবং বপুঃ ॥৫৫॥
তপ্যতেহথ পুনস্তেন ভুক্ত্বা পথ্যমিবাতুরঃ। অজস্রমেব মোহান্ধো দুঃখেষু সুখসংজ্ঞিতঃ ॥৫৬॥
বধ্যতে মথ্যতে চৈব কর্ম্মভির্মন্থবৎ স। ততো নিবদ্ধঃ স্বাং যোনিং কর্মনামুদয়াদিহ ॥৫৭॥
পরিভ্রমতি সংসারং চক্রবৎ বহুবেদনঃ। স ত্বং নিবৃত্তবন্ধস্তু নিবৃত্তশ্চাপি কর্ম্মতঃ ॥৫৮॥
সংযমেন নবং বন্ধং নিবর্ত্ত্য তপসো বলাৎ। সম্প্রাপ্তা বহবঃ সিদ্ধিমপ্যবাধাং সুখোদয়াম্ ॥৫৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
নারদবৈরাগ্যজ্ঞানোপদেশনাম চতুর্বিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২৪॥

——:(ঃ : ——

তুম্বা লৈতবা, করিগুম্বা কর্ম্ম অমদা য়াওদবা, নিরাকার ( মশক মওং লৈতবা ) ওইবা জীবাত্মা হায়বা অমা হুকচাংলুং অসিদা লৈ ॥৫৩॥

জীবসিনা মমাংঙৈদা তৌখি তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মহৈ ওইনা, মতম অয়াম্বদা য়াহৈনা ভাক্তা ওইনা লৈ। অমাবহু কোকনবা জীব কয়া কয়াদা হিংসাগী থবক তৌরি ॥৫৪॥

মমাংঙৈগী কর্ম্মশিং অদুগী মহৈমকসু চাবা লোইদ্রিঙৈদা অনৌ অনৌবা কর্ম্মসু তৌশিল্লি। অপঙবা মীনা মশাদা য়োগ লৈরবমক্তদা তুম্মোইদোবা পোৎমক্তা হন্না চাশিন্বহুঙম্না মায়া মোহদা ভাত্তরবা জীব অসিনা মশাগী অরাবা খুদোংথীবা থোকদবা কর্ম কয়া কয়া তৌশিল্লি ॥৫৫॥

তুম্নাংশগী লাংদা থুত্না অরাব। পীগদবা বিষয়ভোগ মখল মখলবু হু ওাইবা পীননবগী লম্বীনি খন্দুনা থৌরীনা য়েচ্ছিল্লবা শজোম মঠ্ঠা চিংননবা চৈনা উরুরুরু লৈবগুম— গুম্মংলবা জীবসিনা চশা মথঙগী কর্ম্মগী থৌরীনা য়েচ্ছিঙ্কহুনা দেহ অমদগী দেহ অমদা কোয়রৈ লৈহুনা পোথাফম খওদনা লৈরি ॥৫৬॥

নহ মুক্কী কর্মা মহৈশিংহুনা মখোয়না চওশিল্লবগী মতম তঙা অহু হেক্ ওইরক ওইরকপদা জীব অসিবু কোয়রৈ লৈতনা পুরি। মতমহুদা জীবসিনা চক্রগী মতৌগুম্না কোয়রৈ লৈরি ॥৫৭॥

মরম অহুনা মসিগুম্বা কর্মচক্রসিদগী হন্দোরক্তুনা, নশানা নশাবু ক্ষা জগুবহু তোক্তম্না সংসারচক্রসিবু জয় তৌহুনা মাসিদগী রাংমা লাম চৎথিনবা— চোংথোক্খিনবা তৌ ॥৫৮॥

জ্ঞানী ওইবা অয়াম্বনা ইন্দ্রিয় সংযম অদুগা তপস্যাগী পাৎরনা, অনৌবা লাকদৌরিবা অহুগা লাক্লিবা কাজিমক্লিবা থৌরীশিং অহুবু ককৃথৎহুনা অপন্‌বা লৈত্রবা অবাধসিদ্ধিবু ফংননবা তৌ ॥৫৯॥

মসম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা নারদবৈরাগ্যজ্ঞানোপদেশগী চহুমগা কুন্‌মরিহুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২৪॥

——:(৭):——

# মণিপুরী মহাভারত

## পঞ্চবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( শুকদেবদা নারদনা আধ্যাত্মিকজ্ঞান তাকৃপা )

### চহুমগা কুন্‌মঙাশুবা অধ্যায়

— —:(০):- —

নারদ উবাচ।

অশোকং শোকনাশার্থং শাস্ত্রং শান্তিকরং শিবম্ : নিশম্য লভতে বুদ্ধিং তাং লব্ধ্বা সুখমেধতে ॥১॥
শোকস্থানসহস্রাণি ভয়স্থান শতানি চ। দিবসে দিবসে মূঢ়মাবিশন্তি ন পণ্ডিতম্ ॥২॥
তস্মাদনিষ্টনাশার্থমিতিহাসং নিবোধ মে। তিষ্ঠতে চেৎ বশেবুদ্ধির্লভতে শোকনাশনম্ ॥৩॥

---

নারদনা হায়,— শুকদেব ! শাস্ত্র হায়বসে অয়াববু লাম্থোক্‌হনৃবা, শান্তি পীনহৈবা, অছুপা মঙ্গল ওইবা ফংনববা খুংলায়নি, মশাগী অয়াবা কোক্লনবগী দমক্তা শাস্ত্রবু তারিবা মী মহাক অদো নীংথিবা বুদ্ধি ( জ্ঞান ) বু ফংহনা নুংঙাইবা ফংঙি ॥১॥

অয়াবা খুদোংথীবা ফংনিংঙাই লিশিং লিশিংমা অকিবা মিপাইবা ফংননবগী মফম মতম চাম চামনা বিষয়ভোগপূ পাম্বা অপণ্ডবশিংগী নাক্ত অতং অথম লৈতনা লাকৃই। অশিংবা জ্ঞানীশিংগী মফমদদি লিশিংদি লায়রহনা অয়াবা খুদোংথীবা অমা ফাওবা লাক্তে ॥২॥

মরম অদুনা মশাগী অয়াবা খুদোংথীবা পুম্বা কোক্লনবগী দমক্তা ঐনা হায়রিবা পাউতাক অসি লৌ। নহাকীদি লমাইং লৈজরিবা বুদ্ধি অদুমক্তা নশাগী খুদুম মথাদা লৈরবা মতমদুমক্তদা নহাকী অয়াবা পুম্বা কোকনি, অয়াবা অমতা লাক্লরোই ॥৩॥ *

* হায়রিবসিগী ভাবডি— অকবা অচুম্ববু ওইরবসু, লনাইগী লৈজরিবী বুদ্ধি অসি ঈশা ঈশাগী খুদুম মথাদা থম্‌গদবনি হায়বনি। মীগী ফজনবা তৌননবগী ফজবী বুদ্ধি ( রাথল—জ্ঞান ) অদুসু নমথহনা খুদুম চন্‌গদবনি। অকবা কর্ম্ম তৌননবগী লাকপা বুদ্ধি অদুসু অমুক নাম্থোকথিদনবা কাক্তিন্দুনা থম্‌গদবনি। অদুম্না কাজিন্দুনা থম্লিবা মী মহাক অদুগী মফমদা অয়াবা খুদোংথীবা থোইনা লাক্লরোই। হৌজিক হায়রিবা বুদ্ধি অসিদি কনানা লোইবা বুদ্ধি নত্তে; ঐগী লনাইগী বুদ্ধিনি। ঐগী লনাইগী বুদ্ধিমক্তা, ঐগী লনাইগী লৈজবা পোৎমক্ত ঈশানা কাজিঙবা ঙমত্রবদি করি কায়নি? অতোপ্পা মী অমনা পীরকপা বুদ্ধি

অনিষ্টসম্প্রয়োগাচ্চ বিপ্রয়োগাৎ প্রিয়স্য চ। মনুষ্যা মানসৈর্দুঃখৈর্যুজ্যন্তে স্বল্পবুদ্ধয়ঃ ॥৪॥
দ্রব্যেষু সমতীতেষু যে গুণাস্তান্ন চিন্তয়েৎ। ন তানাদ্রিয়মানস্য স্নেহবন্ধঃ প্রমুচ্যতে ॥ ॥
দোষদর্শী ভবেৎ তত্র যত্র রাগঃ প্রবর্ত্ততে। অনিষ্টবর্দ্ধিতং পশ্যেৎ তথা ক্ষিপ্রং বিরজ্যতে ॥৬॥
নার্থো ন ধর্ম্মো ন যশো যোঽতীতমনুশোচতি। অপ্যভাবেন যুজ্যেত তচ্চাস্য ন নিবর্ত্ততে ॥৭॥
গুণৈর্ভূতানি যুজ্যন্তে বিযুজ্যন্তে তথৈব চ। সর্ব্বাণি নৈতদেবস্য শোকস্থানং হি বিদ্যতে ॥৮॥

রাখল থেন্বা মবুদ্ধি লৈতবা মীতনা মহাক্না পামজদবা পোৎশক লাক্লগা ফংলগা, অদুগা পামজনা থন্বা পোৎশক কায়নরগা অন্নাবা নিধাদ ফংজবনি। অমবু পাম্মুন্নিবা, অমবু পাম্মুদ্রিবা অসিমা কা.গীনো হায়বসি থোইনা খন্নরুদে ॥৪॥

ভূতকাল ( হৌখ্রবা মতম হায়বদুগী গর্ভমুংদা চঙখ্রবা, অমুক লক্লরোইদৌবা, পোৎশিং অদুগী মগুণ অদু নীংশিংঙুদুনা কান্নদে। করি মরম্ন হায়বদা অদোমদা অদুম খন্নদুনা লৈখ্রবদি আসক্তি হায়বা অদু পোক্লকনি। অদুগা অনুতাপ ( নীঙঙমহৌদবা ) হায়বদুগী মৈশা অমস্যু লাকৃখিগনি। গৌজিক লৈরিবা পোত্তা থম্মুবা আসক্তিদগী, হৌখ্রবা পোৎশক্তা থম্মুরিবা আসক্তিনা মহী ময়াই কন্বা হেল্লি ॥৫॥

অসিগুম্বী আসক্তি অসিনা থম্মোয়দা মাত্রা হেন্না চঙশিল্লকংদি, মাদুবু য়েক্লবনি হায়না খন্দুনা দোষ দৃষ্টিনা য়েংগদবনি। হায়বদি দোষ লৈবা উদবা পোৎশক অমনি হায়না লৌগদবনি। মদুগী অমাঙ কয়াগী মথোয় কাহন্নবা ফজ্রবা পোৎশক অমনি হায়বসি খঙগদৌবনি। অসুম্না খন্নরবদি বৈরাগ্যভাব হায়বদু মশানা অদুম্মক লাকচরে ॥৬॥

হৌখ্রবা লাক্লরোইদৌবা থৌদোক নত্রগা পোচ্ছক্কনু কা হেন্না আসক্তি থমলুবা হায়বসিনা ধর্ম্মসু পীরোই অর্থসু পীরোই, কামসু পীরোই, মোক্ষবুসু পীরোই, মিংচৎপুসু পীরোই। মহাক্না পীগদবা হায়ববু—অন্নাবা মৈচাক্তনি। অদুগা, মাদুগী অহাংবদু মেন্শিন্নবা শিঙ্গৎনব পোৎশক অমত্তা লৈত্তে। লিংগৎলিবা পোৎশক অদুবু হান্নগী অহমক্তি লাক্লিবসি হায়ব খক্ থন্বা য়ারোই ॥৭॥

সংসারদা লৈরিবা অচৎচত্ত জীব খুদিংমক অফবা পোৎপু ফংখিবা কায়নখিবা, মাদুগী রাখা মুংঙাইবা ফংনথিথা ফংনরিবা ফংনগদৌরিব্য ভাক্তনি। মাসি মী অমতগী থৌদাং নত্তে ॥৮॥

অদুসু লৌশিন্বা মতমদা ঐগী লনাইগী বুদ্ধি অমুক খন্নরগা লৌগদৌরিবনি। লনাইগী ঐগী হায়বা অমা লৈতবা য়াদে। মতম অসিদা ঐগী মাগী হায়বা রাখল অদুসু ঈকৎ ফত্তে, হায়বা য়াদ্রি। আখ্যা হা.বসু লনাইগী ঈশাগী হায়বতনি। অভাং ওইরিঙৈদা ভাব তাদ্রিঙৈদা ওঝানা গুরুনা পীবিখিবা রাখল অদুম্না ঐগী লনাইগী রাখল ( জ্ঞান ) ওইজখিগদৌরিবনি। মাসিবু মুন্না খন্নরুরবদি ওঝাগী গুরুগী মহিম দি ফনা-নসু হায়বা ঙম্মোই। অসিগুম্বা রাখল অসিবু থম্লিবা মী অদুগীদি অন্নাবা খুদোংথীবা থৌদোক্ পঙনা থোক্লরোই। ( কালাচাঁদ )

মৃতং বা যদি বা নষ্টং যোঽতীতমনুশোচতি। দুঃখেন লভতে দুঃখং দ্বাবনর্থৌ প্রপদ্যতে ॥৯॥
নাশ্রু কুর্ব্বন্তি যে বুদ্ধ্যা দৃষ্ট্বা লোকেষু সন্ততিম্। সম্যক্ প্রপশ্যতঃ সর্ব্বং নাশ্রু কর্ম্মোপপদ্যতে ॥১০॥
দুঃখোপঘাতে শারীরে মানসে চাপ্যুপস্থিতে। যস্মিন্ন শক্যতে কর্ত্তুং যত্নস্তান্নানুচিন্তয়েৎ ॥১১॥
ভৈষজমেতদ্ দুঃখস্য যদেতন্নানুচিন্তয়েৎ। চিন্ত্যমানং হি ন ব্যেতি ভূয়শ্চাপি প্রবর্দ্ধতে ॥১২॥
প্রজ্ঞয়া মানসং দুঃখং হন্যাচ্ছারীরমৌষধৈঃ। এতদ্ বিজ্ঞানসামর্থ্যং ন বালৈঃ সমতামিয়াৎ ॥১৩॥
অনিত্যং যৌবনং রূপং জীবিতং দ্রব্য সঞ্চয়ঃ। আরোগ্যং প্রিয়সম্বাসো গৃধ্যেৎ তত্র ন পণ্ডিতঃ ॥১৪॥
ন জানপাদিকং দুঃখমেকঃ শোচিতুমর্হতি। অশোচন্ প্রতিকুর্ব্বীত যদি পশ্যেদুপক্রমম্ ॥১৫॥
সুখাৎ বহুতরং দুঃখং জীবিতে নাত্রসংশয়ঃ। স্নিগ্ধত্বং চেন্দ্রিয়ার্থেষু মোহান্মরণমপ্রিয়ম্ ॥১৬॥

মমাংঙৈদা লৈরম্বা হৌজিক্তি লৈত্রবা (শিত্রবা) মী নত্রগা পোচ্ছক অমগী দমক থোইনা য়ারুবা হায়বসি লৈখোম্ তৈশিন্নুনা হায়গী কংশিন্বা লৈখোমদুবু চাম্খোক্কে হাংনা হোৎনবদুগা অশ্নানি অমত্তনি। অনৌবা অরাবা অমা লৌশিল্লগা হায়গী অরাবদু কোক্লনবা হোৎননতনি। অরাবা অনীগী পোৎলুম পুবা ভাবনি ॥৯॥

মচ'না শিবা উবদা, অশিবা হকচাংদুবু মুম্ন য়েংলগা মমী ঙ্গী মপী শিস্থহল্লকত্রিবা মী অদু য়ায়া ধীর ওইরবা তম্থীরবা মীশক অমনি। করিগুম্বা পোৎশক অমবু মুম্ন হুম্ন হুম্ন য়েংলগা মপি শিস্থহল্লিবদু চুম্মি যুক্তিযুক্তনি হায়নীঙদে ॥১০॥

লাক্লিবা হকচাংগী অদুগা পূর্ক্লীং অরাবদুগী কোক্লনবা উপায় অমা উত্রবদি অদুগা মাদুগী দমক হোৎনক্লবদা ক্লায়রয়োইদৌবা লৈরবদি নত্রগা হোৎনরুরগম্ব মাদুনা থোইদোকপা তোংজবা অমা লৈরয়ে'ইদৌবা ওইরবদি মাদুগী দমক থোইনা চিন্তা তৌফম থোকত্রে ॥১১॥

অরাবদুবু কোকহন্নবা উপায়'দি মাদুগী দমক অমুক হুম্ন হুম্ন থন্বিরুত্রবা অংতনা ওই। থজুবগা অরাবদু হুম্থরক্কে, অহোয়নদুম হেন্গৎলকই ॥১২॥

মরম অদুনা পূর্ক্লীংগী অরাববু বুদ্ধিগী পাম্বৈনা হকচাংদা পান্বা অরাবদু হিদাক্কী পাম্বৈনা মাঙহন্গদবনি। হায়রিবসি শাস্ত্রগী জ্ঞানগী পাম্বৈনা ওইবা য়াই। অরাবা খুদোংথীবদা ভায়গা অঙাংগী মত্তৌ-ঙমনা থক্ লাউ-থোংঙোইদৌবনি ॥১৩॥

শক্, মথোক্কায়কৃপা, পুন্শি, লল্ পৈথৎপা থোমজিন্বা, নাদ-য়েক্কনা লৈবা, চান্নবা শুংশিন্নবশিংগা লৈমিন্নবা হায়বসি অনিত্যমক্কনি। বিদ্বান্ জ্ঞানী ওইবশিংনা হায়রিবশিং অসিদা কা চেন্না পূর্ক্লীং চংবা থিং-জিন্বা ভৌরোইদৌবনি ॥১৪॥

লেপ্প মপূম্ অদুদা খাইগী ওইনা অরা খুদোংথীবা লাকপদা মশা মথন্তগী দশা ওইনা চিন্তা ভাবনা থক্ ভৌরোইদৌবনি ॥১৫॥ ত ইবংমীগী পুন্শিগী মসুংদা দুংগাইবগী শরুক্তগী মগীংদগী অরাবগী শরুকী

পরিত্যজতি যো দুঃখং সুখংবাপ্যুভয়ং নরঃ। অভ্যেতি ব্রহ্ম সোঽত্যন্তং ন তং শোচন্তি পণ্ডিতাঃ ॥১৭॥
ত্যজ্যন্তে দুঃখমর্থাহি পালনেন চ তে দুঃখাঃ। দুঃখেন চাধিগম্যন্তে নাশমেষাং ন চিন্তয়েৎ ॥১৮॥
অন্যামন্যাং ধনাবস্থাং প্রাপ্য বৈশেষিকীং নরাঃ। অতৃপ্তা যান্তি বিধ্বংসং সন্তোষং যান্তি পণ্ডিতাঃ ॥১৯॥
সর্ব্বে ক্ষয়ান্তা নিচয়াঃ পতনান্তাঃ সমুচ্ছ্রয়াঃ। সংযোগা বিপ্রয়োগান্তাঃ মরণান্তং হি জীবিতম্ ॥২০॥
অন্তো নাস্তি পিপাসায়াস্তুষ্টিস্তু পরমং সুখম্। তস্মাৎ সন্তোষমেবেহ ধনং পশ্যন্তি পণ্ডিতাঃ ॥২১॥
নিমেষমাত্রমপিহি বয়ো গচ্ছন্ন তিষ্ঠতি। স্বশরীরেষ নিত্যেষু নিত্যং কিমনুচিন্তয়েৎ ॥২২॥
ভূতেষু ভাবং সঞ্চিন্ত্য যে বুদ্ধ্বা মনসঃ পরম্। ন শোচন্তি গতাধ্বানঃ পশ্যন্তঃ পরমাঙ্গতিম্ ॥২৩॥
গঞ্চিন্বানকমেবৈনং কামানামবিতৃপ্তকম্। ব্যাঘ্রং পশুমিবাসাদ্য মৃত্যুরাদায় গচ্ছতি ॥২৪॥

মশীংনা হেন্নহন্নিবা বিষয়ভোগ অদোমদা অয়াম্বনা আসক্ত ওই। অদুগা অরাবদুনা পীরকপা মৃত্যুবুস্থ কনা অমত্তনা পামদে ॥১৬॥

অদুনা অরাবগী অদুগা সুংঙাইবগী চিন্তাবু ঈতৌ তৌত্রবা মী মহাক অদুত্তনা অমাঙ অতা লৈত্রবা ব্রহ্মবু অদুগা ব্রহ্মদুবু ফংবগী সুংঙাইবা ( ব্রহ্মানন্দ ) বু ফংভি। বিদ্বান্ ওইবা মীনা মাদুগী থবক হায়বদি অমা সুংঙাই অদুগীদমক থোইনা চিন্তা তৌরুদে ॥১৭॥

শেলবু চৎহন্‌বা ( খরচ তৌবা ) মতমদা য়াম্না রায়, সুংঙাইতে। মাদুবু ঙাক্‌শেন্‌বদসু সুংঙাইত্তে ; অরাবা ফংভি। ফংননবা হোৎনবদসু অরাবা য়াম্না থাঙবা তাই। অদুনা অবস্থা খুদিংমক্তা অরাবা পীবা হায়বসি ধন ( শল্ ) তনা ওই। মাদুবু থঙজদুনা অশিংবনা ধন মাগীদমক চিন্তা থক্ তৌদে ॥১৮॥

তাইবংমীনা মাগী হান্না লৈজরম্লিবা অদুদগী আ-হেন্না লৈরবসু অপেন্‌বা— ওক্‌পা লৈতে। হেন্নদুম ফংথিনি হায়বগী আশা তৌনা তৌনা অশিবগী থয়ান্তা অদুম মতাখি। অখওবা মীনা অদুগুম্বা ধনগী চিন্তা থক্ তৌরুদে ॥ ১৯॥

খোম্‌জিন্ পৈখৎপগী পোলোইনা খোম্‌জিল্লিবদুগী মৃৎখিবনা ওই ; রাংনা কাথৎখিবগী পোলোইনা লৈথা তারকপবা ওই। তিন্নবগী পোলোইনা কায়নবনা ওই। পুন্‌শিগী পোলোইনা শিবা ( মৃত্যু ) না ওই ॥২০॥

অরাম্-থৌরাংবগী অরোইবা ( পোলোই ) লৈতে। পেঞ্জবতনা সুংঙাইবা ওই। মরম অদুনা পণ্ডিত-শিংনা পেঞ্জবতনা অশেংবা শন্নি হায়নৈ ॥২১॥

পুন্‌শিদি মীকূপ খুদিংগী হৌরি ; পুন্‌শিগী খোঙপাংদি মীকূপ অমতা লেপ্পা লৈতে। হক্কচাংসিমক্ লুমিৎ খুদিং মীকূপ খুদিং অরোইবরোমদা চঙশিল্লক্লি। সংসারসিদা করম্বা পোৎশকপু নিত্যানি হায়সিগে ? ॥২২॥

জীবপান্‌বা পুন্নমককী মপুংদা পরমাত্মাগী অস্তিত্ব ( লৈব ) বু খন্দুনা লৈরিবা মখোয় অদুদি সংসারসি-দগী রাংমদা চৎপ্রবসু অথোইবা খুত্তসু ফংদুনা অরাবা পুন্নমক্কগী লাম্থোকথি ॥২৩॥ চাবগী পেথ লৈতদুনা,

তথাপ্যুপায়ং সম্পশ্যেৎ দুঃখস্য পরিমোক্ষণম্। অশোচন্ নারভেচ্চৈব মুক্তশ্চাব্যসনী ভবেৎ ॥২৫॥
শব্দে স্পর্শে চ রূপে চ গন্ধেষু চ রসেষু চ। নোপভোগাৎ পরা কিঞ্চিৎ ধনিনো বা ধনস্য চ ॥২৬॥
প্রাক্‌সম্প্রযোগাৎ ভূতানাং নাস্তি দুঃখং পরায়ণম্। বিপ্রযোগাত্তু সর্ব্বস্য ন শোচেৎ প্রকৃতিস্থিতঃ ॥২৭॥
ধৃত্যা শিশ্নোদরং রক্ষেৎ পাণিপাদং চ চক্ষুষা। চক্ষু শ্রোত্রে চ মনসা মনো বাচং চ বিদ্যয়া ॥২৮॥
প্রণয়ং প্রতিসংহৃত্য সংস্তুতেষ্বিতরেষু চ। বিচরেদসমুন্নদ্ধঃ স সুখী স চ পণ্ডিতঃ ॥২৯॥
অধ্যাত্মরতিরাসীনো নিরপেক্ষো নিরামিষঃ। আত্মনৈব সহায়েন যশ্চরেৎ সুসুখী ভবেৎ ॥৩০॥

---

শোকলবা উমংদা অনৌ অনৌবা নাপী থি-থিদুনা চা-চাদুনা হঙ্গৎ-হুন্দা চৎলিবা শা অদুবু নারোন্দগী কৈনা হোচিল্লকুনা য়োংখিবদুগুম্না— অনৌ অনৌবা বিষয়ভোগপু থিনা থিনা চৎলিঙৈ মতমদা মৃত্যু কৌবদুনা পেল্লিবা মাবু পুদুনা চিংদুনা চৎখি ॥২৪॥

অদুমৃদি ওইরবদা মী খুদিংমক অরাবদগী লান্থোক্লনবগী উপায়দি হোৎনফম থোকই। অরাবা অদু নাকোয়ননা থম্লগা কোক্লনবগী উপায় থিরিবা অদুগা অদুম্না থিবা মতমদা করিগুম্বা বিষয়ভোগ অমদা শা হেন্না পুক্লীং চঙবা— আসক্তি থমদবা মহাক অদুতনা অরাবাদুদগী লান্থোকপা ঙম্মি ॥২৫॥

ঈনাকখুনবা মী খঙদে, লায়রবা মী খঙদে, শব্দ স্পর্শ রূপ রস গন্ধবু উপভোগ তৌবা ( চাব ফংবা) মফম মতম অদুদা নুংঙাইবা খরা মশাদা ফাওই। চাবদু ফংবদু লৌরবা তুংদা হাম্নগী নুংঙাইবা অদু অমুক ফংদ্রে ॥২৬॥

ফনাগুম্বা করিগুম্বা অমবু ফংদ্রিঙৈ তিন্নদ্রিঙৈ মতমদা অরাবা হায়বা অসি করিমতা লৈরমদে। তিন্নরুরবদি কায়নবা তারবনি কায়নবা মতমদুদা অরাবদু ফংও। মরম অদুনা মশাগী মওংদা চপচানা লেপ্তুদনা লৈরবা মী অদুনা কায়নবা ফংলবা মতমদা করিমতা রাবিদে। অদুগা রাম্ন রারোইদৌবনি ॥২৭॥

তাইবংমীনা তৌগদবা হায়ববু ভপথবা ঙণনা লিঙ্গশরীরবু অদুগা পূক্‌পু, মীৎকী পাম্বৈনা খোঙ খুৎপু পুক্লীংগী পাম্বৈনা মীৎপু, অদুগা নাকোংবু, অদুগা অচুম্বা অকবা বিদ্যাগী পাম্বৈনা পুক্লীংবু অদুগা রাঙাগম্ব নিয়ম নাইনা ফাজিন্দুনা থম্বা— অসিতনি ॥২৮॥

পূজা তৌনরীঙআয় ওইবশিংগী অদুগা অতোপ্পশিংগী মফমদসু আসক্তিবু থাদোকুনা নোল্লুক্লনা আচরণ তৌরিবা চৎলিবা, পুন্সি লেল্লিবা মী অদুতনা নুংঙাইবা ফংজি। মী অদুতনা বিদ্বান্ ( জ্ঞানী ) হায়বা অদু ওই ॥২৯॥

অধ্যাত্মবিদ্যাদা পুক্লীং চঙলিবা, অপাম্বা মিগৌবা ( লোভ লোলুপ ) লৈতবা, বিষয়ভোগতা আসক্তি ( শা হেন্না পুক্লীং থিংজিন্‌বা, পামশিন্‌বা ) থমদনা, মথন্তা তুম্নিনা পুন্‌শি লেল্লিবা মহাক অদু— নুংঙাইবা হায়বদু ফংলবনি ॥৩০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকাভিপতনে পঞ্চবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২৫॥

——:(+):——

মসম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, নারদবৈরাগ্যজ্ঞানোপদেশগী চহুমগাকুম্নঙণুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২৫॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ষড়বিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শুকদেবনা সূর্য্যলোক তান্না চৎথিগদবগী বিচার )

চহুমগা কুম্তরুকুশুবা অধ্যায়

——:(+):——

নারদ উবাচ ।

সুখদুঃখবিপর্য্যাসো যদা সমনুপদ্যতে । নৈনং প্রজ্ঞা সুনীতং বা ত্রায়তে নাপি পৌরুষম্ ॥ ॥

স্বভাবাৎ যত্নমাতিষ্ঠেৎ যত্নবান্নাবসীদতি । জরামরণরোগেভ্যঃ প্রিয়মাত্মানমুদ্ধরেৎ ॥ ॥

রুজন্তি হি শরীরাণি রোগাঃ শারীরমানসাঃ । সায়কা ইব তীক্ষ্ণাগ্রাঃ প্রযুক্তা দৃঢ়ধন্বিভিঃ ॥৩॥

ব্যথিতস্য বিধিৎসাভিস্তাম্যতো জীবিতৈষণঃ । অবশস্য বিনাশায় শরীরমুপকৃষ্যতে ॥৪॥

---

নারদনা হায়,— শুকদেব ! তাইবংমীনা নুংঙাইববু অরাবনি হায়না, অদুগা অরাববু নুংঙাইবনি হায়না খঙবা মতম অদুদা মাগী ফরবা অথোইবা বুদ্ধিনসু, নীতি নিয়মনসু, অদুগা মপাঙ্গা লৈরিবা পুরুষার্থনসু মহাকপু কনদে, কনবসু ঙমদে ॥১॥

অদুনা অহানবদা তাইবংমীনা অশেংবা জ্ঞান ( বুদ্ধি ) ফংননবা হোৎনগদবনি । মরমদি— ফংজরবসু হোৎনবা তোক্ত্রিবা মী অদো অরাবদা থোইনা তারদে । খাইদগী চান্নবসে মাংখানি । মরম অদুনা চান্নবা আত্মা অদুবু জরা মৃত্যু অমদি রোগশিংদগী কনগদবনি ॥২॥

হকচাংগী অমদি পুক্নীংগী রোগদি কল্লবা লীরুংবু থুগুমচেংনা পায়রবা মীনা কল্লা কাপথোরকপা থোরবা তেনগী মতৌগুম্না হকচাংদা চৈনা পী ॥৩॥ অরাম্ খৌরাংবা অমদি মিহৌবনা চোকথরবা, রায়দি রায়বসু

স্রবন্তি ন নিবর্ত্তন্তে স্রোতাংসি সরিতামিব। আয়ুরাদায় মর্ত্ত্যানাং রাত্র্যহানি পুনঃ পুনঃ ॥৫॥
ব্যত্যয়ো হ্যয়মত্যন্তং পক্ষয়োঃ শুক্লকৃষ্ণয়োঃ। জাতান্ মর্ত্ত্যাঞ্জরয়তি নিমেষান্ নাবতিষ্ঠতে ॥৬॥
সুখদুঃখানি ভূতানামজরো জরয়ত্যসৌ। আদিত্যো হ্যস্তমভ্যেতি পুনঃ পুনরুদেতি চ ॥৭॥
অদৃষ্টপূর্ব্বানাদায় ভাবানপরিশঙ্কিতান্। ইষ্টানিষ্টান্ মনুষ্যাণামস্তং গচ্ছন্তি রাত্রয়ঃ ॥৮॥
যোঽয়মিচ্ছেৎ যথাকামং কামানাং তদবাপ্নুয়াৎ। যদি স্যান্ন পরাধীনং পুরুষস্য ক্রিয়াফলম্ ॥৯॥

---

ভৌনিংঙাই লৈতবনা অসুম্ হিংহনদি মরৈনিংলিবা অদুগুম্বা মীগী হকচাং অদুদি নোংম নোংমগী মীৎকুপ খুদিংগী বিনাশগী মায়গৈদা, হায়বদি— মৃৎখিবগী মাহ্গৈদা চত্তশিল্লিবনি ॥৪॥

তুরেলগী ঈচেন্না মাঙলোমভদা চেন্‌শিন্‌বা, অমূকহন্না তুংদ য়েংদবদুগুম্না তাইবং জীবগী পুন্‌শিগী ঈচেনসু অসুম চেন্থত্রিবনি। অদি লুংখিল অনীনা পুন্‌শিগী ঈচেলবু নমহনা চিংহনা অদুম্ পুথত্রিবনি ॥৫॥

শুক্ল কৃষ্ণ পক্ষ অনীগী পরিবর্ত্তন অসি অয়েৎপদা তৌবা নত্তে। পরিবর্ত্তন অনীসিনা হায়বদি— ওয়ুনা লাকপসিনা তাইবং জীবগী মপাল্‌গী হকচাংবু নোংম নোংমগী চপশিন্দ খুইজিলহল্লিবনি। অসিগুম্বা মখোয়গী মথৌ অসি মীকুপ অমককা লেপ্পা নত্তে, পোথাবা লৈতনা মখোয়গী মথৌ অসি ভৌস্লিবনি ॥৬॥

নোংমদোম্হক্ক থোক্লিবা হুমিং অসে হুমিংথুদিংগী থোয়ক্লি তারি। মহাক মশামক অজয় অমম্ন ওই-রবসু জীবপান্‌বা পূম্নমক্কী অম্না হুংঙাইববু কংশিলহল্লি। হায়বদি— হুংঙাইবগী শরুকপুদু অম্নাযগী শরুক-পুসু অরোইবদা পুশিল্লক্লি ॥৭॥

অহিংশিং অসিনা তাইবংমীগী ( তাইবং জীব পৃথ্বীগী ) দমক অমুক্ত থোকখিদবা ওইথোকপা, পাকজবা পামজদবা ঘটনা কয়া কয়াবু পুরক্লি, পুরক্লম্মি, থনম্ থনম্লগা চৎখি ॥৮॥

জীব অমমম্না ভৌরিবা কর্ম্মগী মহৈ অসিনা কনাগুম্বা অমগী মথা পোল্লমত্রবদি, কংনিংজিবা মচৈদুগী দমক ভৌরি ভৌরিবা কর্ম্ম অদুগী মহৈ অদু চপ্ চপ্ চানা ওহুম্ মফংলম্‌গদবনি ॥৯॥ *

* কর্ম্মদি মীগী মথ পোল্লি। হায়বদি— কর্ম্মদি ভৌগদৌরিবা মী অদুনা ভৌনিংলগা ভৌই, ভৌ-নিংদ্রগা ভোকই। অদুগা ভৌরবদি ভৌত্রিবা কর্ম্মদুগী মহৈ অদুদি মশক উদবা ( অদৃষ্ট ) অমগী মথা পোল্লি। কর্ম্মবু ভৌনিংলগা ভৌ, ভৌনিংদ্রগা ভোক্, অদুম্না মহৈ ( কর্ম্মফল ) দদি য়াদে। অফবা কর্ম্মগী ফল ফজনা ফংবা য়াওরি। মহৈ ঈচা চাদনা ভোকপসু য়াওরি। য়ায়েমথৈ ভৌরগা মহৈ ঈফং ফংদবা য়াওরি। ভৌগুম্ ভৌদগুম্ ভৌবা কর্ম্মগী মহৈসু ফজনা ফংবা য়াওরি। অদুনা কর্ম্মগী মহৈদি স্বাধীন নত্তে পরাধীননি। কর্ত্তাগী মথা পোন্দে, কনাগুম্বা মহৈ পীগদবা অমগী য়াথলগী মথা পোল্লি। অদুগী দমক্তা ভগবান্‌না গীতাদা হায়রে— "কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে" হায়বদি— তাইবংমীগী অধিকারদি কর্ম্মভদনি, মহৈদা নত্তে। ভৌনিংলগা ভৌবা, ভৌনিংদ্রগা ভোকপা অদুবুনি অধিকার হায়বদি। অদুগুম্বা অধিকার অদু— কর্ম্মভজনি, কর্ম্মগী ফলাদুদদি নত্তে লৈতে। অদুনা, থবক অসি ভৌরগা মহৈ অসি ফংগনি, অসিগুম্বা

সংযতাশ্চ হি দক্ষাশ্চ মতিমন্তশ্চ মানবাঃ। দৃশ্যন্তে নিষ্ফলাঃ সন্তঃ প্রহীণাঃ সর্ব্বকর্ম্মভিঃ ॥১০॥
অপরে বালিশাঃ সন্তো নিগুর্ণাঃ পুরুষাধমাঃ। আশীর্ভিরপ্যসংযুক্তা দৃশ্যন্তে সর্ব্বকামিনঃ ॥১১॥
ভূতানামপরঃ কশ্চিদ্ধিংসায়াং সততোত্থিতঃ। বঞ্চনায়াঞ্চ লোকস্য স সুখেষেব জীর্য্যতে ॥১২॥
অচেষ্টমানমাসীনঃ শ্রীঃ কঞ্চিদুপতিষ্ঠতে। কশ্চিৎ কর্ম্মাণুসৃত্যাপ্তো ন প্রাপ্যমধিগচ্ছতি ॥১৩॥
অপরাধং সমাচক্ষ্ব পুরুষস্য স্বভাবতঃ। শুক্রমন্যত্র সম্ভূতং পুনরন্যত্র গচ্ছতি ॥১৪॥
তস্য যোনৌ প্রযুক্তস্য গর্ভো ভবতি বা ন বা। আম্রপুষ্পোপমা যস্য নিবৃত্তিরুপলভ্যতে ॥১৫॥
কেষাঞ্চিৎ পুত্রকামানামনুসন্তানমিচ্ছতাম্। সিদ্ধৌ প্রযতমানানাং ন চাণ্ডমুপজায়তে ॥১৬॥

---

ইন্দ্রিয় থুহুম চল্লবা, মহাজ্ঞানী ওইরবা, হৈছিংলবা মীশিংশু তৌবা কর্ম্মগী ফাওবা মহৈ কংবা য়াওরি ॥১০॥

অহুগা কনাগুম্বা য়াম্না পঙপ্রবা, মগুণ করিন্তা লৌখিদ্রবা মবুকচেল য়াম্না তোনগ্রনা মীশু কনাগুম্বা মহাত্মা ওইরবা মহাপুরুষনচিংবগী আশীর্ব্বাদ অমত্ত ঐফং কন্দনা মানা নীওবা পূম্বা কংহুনা সুংওাইনা পুন্সি লেল্লি ॥১১॥

সুমিৎচুপ্পা মীওোন্দা হিংসা তৌবতনা মশিঙ্গাং ওইবা, মীওোন্দা নমথাক্ লৌনম তৌবতদা হৈনগ্রবা, কনা কনাগুম্বা মীশু ঐমুং সুংওাইনা, মচাক্ মরল হোঙনা পান্বা উরি ॥১২॥

করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদনা তুমিন্ন তন্দুনা কমহুনা লৈবা কনাগুম্বগী য়ুমদসু লক্ষ্মীনা মখোওথোংনা লাকুনা লৈবা য়াওরি অহুগা ধর্ম্ম কান্দনা কর্ম্ম নোমজবা অমনসু চন্না হেন্দুনা অরাবা থাওহুনা নীংবা ঐথুং থুংদনা লৈরি ॥১৩॥

মাসি ভাইবংমীগী প্রারব্ধকর্ম্মগী মহৈননি হায়না খঙ্ঙু। বীর্য্যনা পোকপনা অমদা পোক্লগা, মচা পোকহন্নবগী দমক্তা অমদা চৎখি। হায়বদি— নিপাগী দেহসুংদা পোকপা বীর্য্যনা নিপা অতুগী মচা পোকহন্নবগী দমক্তা মকম অমদা, হায়বদি— সুপী ( অমোম ) গী দেহসুংদা চঙখি ॥১৪॥

সুপীগী হকচাংসুংদা চঙগ্রবা ঐ ( বীর্য্য ) অসি করিগুম্বা মতমদনা গর্ভ পুহনবগী শক্তি পী, করিগুম্বা মতমদনা পীদে, হায়বদি — বীর্য্য অসি চঙখিবা ওাক্লা মচা পোকপা নত্তে অহুগা করিগুম্বা মতমদনা— বীর্য্য অসি হৈনৌ মপান্ কেন্থিবদৌনা কান্দনা হকচাং সুংদগী কেন্থিবা থোক্থিবা য়াওরি ॥১৫॥

কনাগুম্বনা মচা য়াম্না পোকনীংঙি, অতুগা মচাহুগী মচাবুসু অমুক উনীংঙি। হায়ারবা আদা অসি থুংননবা যাগযজ্ঞ থৌরাংনচিংবা য়াম্না তৌই। অহুবু মচাসি লায়রক্নুনা ঐ মতুম অমা কাওবা মমীজ্ঞ উনবা য়াওরি ॥১৬॥

---

থবক্লিগী মহৈদি অসিগুম্বা মহৈসি কংনম পোক্ই হায়বা থক্ য়াদে, এথোক্লনা খুদী তৌবা য়াদে। অহুনা মহৈগী য়াখল ঐওৌ তৌরুদনা কর্ম্মদি অহুন মতোগান। অস্তুন্না তৌবা কর্ম্মহুবু নিষ্কামকর্ম্ম কৌই। তৌরিবা মী অদুদুবা "নিষ্কামকর্ম্মযোগী" কৌই। ( কালাচাঁদ )

গর্ভাচ্চোদ্বিজমানানাং ক্রুদ্ধাদাশীবিষাদিব। আয়ুষ্মাঞ্জায়তে পুত্রঃ কথং প্রেত ইবাভবৎ ॥১৭॥
দেবানিষ্ট্বা তপস্তপ্ত্বা কৃপণৈঃ পুত্রগৃদ্ধিভিঃ। দশমাসান্ পরিধৃতা জায়তে কুলপাংসনাঃ ॥১৮॥
অপরে ধনধান্যানি ভোগাংশ্চ পিতৃসঞ্চিতান্। বিপুলানাভিজায়ন্তে লব্ধাস্তৈরেব মঙ্গলৈঃ ॥১৯॥
অন্যোন্যং সমভিপ্রেত্য মৈথুনস্য সমাগমে। উপদ্রব ইবাবিষ্টো যোনিং গর্ভঃ প্রপদ্যতে ॥২০॥
শীঘ্রং পরশরীরাণি চ্ছিন্নবীজং শরীরিণম্। প্রাণিনাং প্রাণসংরোধে মাংসশ্লেষ্মবিচেষ্টিতম্ ॥২১॥
নির্দ্দগ্ধং পরদেহেঽপি পরদেহং চলাচলম্। বিনশ্যন্তং বিনাশান্তে নাবিনাবমিবাহিতম্ ॥২২॥
সংগত্যা জঠরে ন্যস্তং রেতোবিন্দুমচেতনম্। কেন যত্নেন জীবন্তং গর্ভং ত্বমিহ পশ্যসি ॥২৩॥

অদুগা কনাগুম্বনা মচা পোকপা হায়বসিবু অদুগা মচা হায়াসম্ভবু মহু পুংবা লিল্ অমনা ঈমুংদা চণ্ডুকপগুম কিবা য়াওরি। অদুবু অহুম্না মচা পুক্নাক্ পোকপ্নীংদ্রবা মহাক্কী পুন্শিরবা মচাকয়া পোকপল্লু য়াওরি। পুন্শি শাংলবম্ভু লায়না মখল মখলনা পুন্শিচুপ্পা অরাবা থাওবা য়াওরি ॥১৭॥

কনাগুম্বা মপা মমানা ধর্ম্ম-কর্ম্ম যাগ-যজ্ঞ, পূজা পাঠ তৌদুনা মচাবু ফংজবা য়াওরি। অদুগুম্বা আওনা ফংলবা মচাদুনা মমাগী গর্ভদা থা তরা চুপ্পা মমাবু অরাবা থাওহল্লগা পোকলকপা মতমদদি মমা-মপা চেন্থবা শাগেগী মৈত্তাল অশিবা ওইবা মচা য়াওরি ॥১৮॥

মচা ফংনিংবগী দমক্তা নিপা নুপী মতৈ-মনাও অনীনা অমগমগা নুংশিননা তিন্ন-খোৎনৈ। অদুবু মতমদদা বীর্য্যদুনা ওন্থোকপা উপদ্রব অমগা লোয়নননা নুপীগী যোনিদা চণ্ডখিবা য়াওরি ॥১৯—২০॥

কফ (লোক — লৈপাক), অদুগা মাংস (শদুম্ লু তাং) তগী মশক ওইরবা স্থূলশরীর (অউবা— অচৌবা হকচাং) আসনা পূমকোয় কোয়শিন্দুনা, এসিগুম্ব হকচাং পুরিবা প্রাণী (দেহী— আত্মা) অদুনা, হায়রিবা হকচাংসিবু হেক থাদোকখিবগী মতুংদা (মৃত্যুগী মতুংদা) অতোপ্পা স্থূলশরীর অমদা চোংশিন্খি— চণ্ডখি ॥২১॥

হি (জাহাজ) না ঈশিংদা হেক্ লুপথরকপদা, মাদুদা তোংওম্বা মী (যাত্রিকশিং) অদুবু কম্লনবা হোজিল্লক্লিবা অতোপ্পা হি অমগী ছিন্নুং অদুদা হেক চোংশিন্খিনবা থৌরাং তৌদুনা থম্বা অং গুম্বা হিগী মশক ওইরবা হকচাংসিনা তাইনং-ঈপাক্সিদা হেক্ লুপথখিবগা জীবসিবু যান-নবা ওক্লনবা অতোপ্পা হি (হকচাং) অমা হেক্ থৌজিল্লকই (হোজিল্লকই) ॥২২॥

শুকদেব। পুরুষ (নিপা) না নুপীগা শম্নদুনা নুপীদুগী পুক্নুংদা তাহনখিবা বীর্য্যগী বিন্দু (মরীক্) অদুনা গর্ভগী মশক লৌখ। নিপাগী হকচাংদগী থোকখিবা বীর্য্য (শুক্র) অদু নুপীগী হকচাংদা পুক্নুংদা চণ্ডখিবা মতমদা গর্ভ কৌথ্রে। করম্ব যতনা, করম্ব কর্ম্মনা, গর্ভ কৌথ্রবা বীর্য্য অদুদা হিংদুনা লৈরি? হায়বদি— অশিবা ঈ লৈপাক্ মরীক্ অদুনা করম্না কনানা অহিংবা পোৎশক ওইহল্লক্লিবগে। হায়রবা অসিদি মহাক নোংমত্তা থম্ব্রক্লবা? ॥২৩॥

অন্নপানানি জীর্যন্তে যত্র ভক্ষাশ্চ ভক্ষিতাঃ। তস্মিন্নেবোদরে গর্ভঃ কিং নান্নমিব জীর্যতে ॥২ ॥
গর্ভে মূত্রপুরীষাণাং স্বভাবনিয়তাগতিঃ। ধারণে বা বিসর্গে বা ন কর্তা বিদ্যতে বশঃ ॥২৫॥
স্রবন্তি হ্যুদরাৎ গর্ভাৎ জায়মানাস্তথাপরে। আগমেন তথান্যেষাং বিনাশ উপপদ্যতে ॥২৬॥
এতস্মাৎ যোনিসম্বন্ধাৎ যো জীবন্‌পরিমুচ্যতে। প্রজাঞ্চ লভতে কাঞ্চিৎ পুনর্দ্বন্দ্বেষু সজ্জতি ॥২৭॥
স তস্য সহজাতস্য সপ্তমীং নবমীং দশাম্। প্রাপ্নুবন্তি ততঃ পঞ্চ ন ভবন্তি গতায়ুষঃ ॥২৮॥
নাভ্যুত্থানে মনুষ্যাণাং যোগাঃ স্যুর্নাত্র সংশয়ঃ। ব্যাধিভিশ্চ বিমথ্যন্তে ব্যাধৈঃ ক্ষুদ্রমৃগা ইব ॥২৯॥

অহিং মুংথিন্দা চাখ্রি থক্‌খ্রি পুম্বা খুদক্কা তুমহন্‌খ্রবা অচুগুম্বা মৈ মহাক্কা হকচাংমুংদা থা ভরা চুপ্পা লৈয়কৃলিবা বীর্য্য ( গর্ভ কৌবা লোৎল লৌরবা পোৎশক্ অমবু চাক্-য়েঙ্গাংনা তুমখিবগুম্— জঠরাগ্নিনা তুমহন্‌খিদ্রিবসি কয়িননো ? ॥২৪॥

গর্ভনুংদা লৈবা থী য়ুংবু থাজিনবা লোথোকপগী থবক অসিদা মহোৌশাগী প্রকৃতিগী স্বভাব অমা লৈ। লোথোক লোশিনগী থবক অসিদা স্বাধীন কর্তা অমতা লৈতে। হায়বদি— ঐনা লোথোক্কে লৈহনগে হায়রগা হেক্ য়াব নত্তে। মাহু ওবা কর্ত অমতা লৈতে। করিগুম্বা গর্ভনা মমাগী ( মুপীগী অমোমগী ) পুক্নুংদা তুম্‌খিবা মাঙখিবা য়াওরি। খরনা মপান্দা থোরকপা পোক্লকপা য়াওরি। অদুগা খরনা— হেক্ পোকপগা শিবা মাঙখিবা য়াওরি। ঐনা নংনা খুৎ থিংজিনবা য়াদবা গতি নিয়ম অমা লৈরি ॥২৫—২৬॥

যোনি ( জীবগী থোরককম লিঙ্গ ) অসিগী সম্বন্ধদগী করি করিগুম্বা গর্ভনা তেক্ত কায়ননা থোরকপা পোক্লকপা য়াওরি। মতম অদুদা নিপা মুপীনা মচা হায়বদু ফংভি। মচা অদুনা নিপা মুপী অনীদুগী সং-বন্ধ অদু অমুক নকশিলহল্লি। অনীবু কয়া ফাজিয়ে ॥২৭॥

আ— অনাদিকালদগী মাগা পোক্‌মিন্ থোক্‌মিন্নরকপা হকচাংসিগা লোয়ননা জীবাত্মানা, হকচাংসি-দগী থোকখিদ্রিকাওবা, হকচাংগা লৈনবা মরী অদু খক্ তৎনহন্দে। হবচাং অসি গর্ভবাস, জন্ম ( পোকপ), বাল্য ( অঙাং ওইবা ), কৌমার ( কুমারগী অবস্থা ), পৌগণ্ড ( পাখং মচা ), যৌবন ( মথোন্ কারকপা ), বৃদ্ধত্ব ( অহল ওইরকপা ), জরা ( অহল ওইরকপগী হকচাং খুইজিম্বনচিংবা লংখ্রবা ), মুংশাশোর কুনবা, শাংনো হোনবা য়ারক্তবা, অদুগা শিবা অবস্থা তরা অসি লৈ। অসিগী মনুংদা তরেৎশুবগা মাপনশুবগা অনীসিদি মপান্‌গী পঞ্চভূত অসিতদা ওই ; আত্মাগা করিমতা মরী লৈনদে। পুনশিনা লোইরকপদা হকচাংগী মাপন্ শুবা দশানা লাক্লবদা হায়রিবা পঞ্চভূত অসি লৈরোই। হায়বদি— তরাশুবা দশমী দশাদা চঙখি ( মৈ, ঈশিংনচিংবা ভূত মঙা অসি দশমী দশাদা চঙখি ) ॥২৮॥

শানাম্বনা শজীমচা মচাদা অরাবা মিপাইবা পীয়কশুগুম্না— লাংনা মৎল্ মখলনা তাইবংমীদা অন্নাবা পীয়কই, চৎপা কম্বা কাওবা ওয়ক্তে। মাসিদা চিংনক্কম করিমতা লৈত্রবনি। মুমিৎখুদিংগী মীৎনা শংশংনো ঊনর্রিবসিনি ॥২৯॥

ব্যাধিভির্মথ্যমানানাং ত্যজতাং বিপুলং ধনম্। বেদনাং নাপকর্ষন্তি যতমানাশ্চিকিৎসকাঃ ॥৩০॥
তে চাতিনিপুণা বৈদ্যাঃ কুশলাঃ সম্ভৃতৌষধাঃ। ব্যাধিভিঃ পরিকৃষ্যন্তে মৃগা ব্যাধৈরিবার্দিতাঃ ॥৩১॥
তে পিবন্তি কষায়াংশ্চ সর্পীংষি বিবিধানি চ। দৃশ্যন্তে জরয়া ভগ্না নগা নাগৈরিবোত্তমৈঃ ॥৩২॥
কে বা ভুবি চিকিৎসন্তে রোগার্ত্তান্ মৃগপক্ষিণঃ। শ্বাপদানি দরিদ্রাংশ্চ প্রায়ো নার্ত্তা ভবন্তি তে ॥৩৩॥
ঘোরানপি দুরাধর্ষান্ নৃপতীনুগ্রতেজসঃ। আক্রম্যাদদতে রোগাঃ পশূন্ পশুগণা ইব ॥৩৪॥
ইতি লোকমনাক্রন্দন্ মোহশোক পরিপ্লুতম্। স্রোতসা সহসাক্ষিপ্তং হ্রিয়মানং বলীয়সা ॥৩৫॥
ন ধনেন ন রাজ্যেন নোগ্রেণ তপসা তথা। স্বভাবমতিবর্ত্তন্তে যে নিযুক্তাঃ শরীরিণঃ ॥৩৬॥

---

লায়নাশিং অহুনা আক্রমন তৌশিল্লক্রদা তাইবংমীনা মাইব মাইবীদা শেল য়াম্না ৎিংদুনা লায়েংহল্লি, লায়নাশিং অদুবু তাম্থোক্নবা য়াম্না হোৎনৈ। অদুবু রোগীশিং অদুগী অন্না অনাগী চৈনা অদুবুদি কোক্‌হন্না ওমদে ॥৩০॥

রোগ ( লায়না ) মথল মথলগী হীদাক্ লাংতক থিদুনা শেমদুনা লায়না কয়া কয়াবু কো'কৃহন্‌লমবা, অদুগা কোক্লনবা হোৎনরম্বা বৈদ্য কবিরাজ ( মাইবা ) শিং অদুসু মখোয়না কোক্‌হনগে তাম্থোক্লে হোৎনরম্বা লায়নাশিং অদুগী মমুংদা লায়না অমগী শিকার ( শারাক্‌কম্ ) ওইখি। হায়বদি — মখোয় অদুবুসু লায়নামনা মৃত্যুগী নাক্ত পুদুনা চৎখি ॥৩১॥

মশা মন্ত ফরবা, চাউর চাউববা শ'মুগা উজাউগা থেঙ্গাইনবম্বা, মমিং চৎলবা মল্ ওইরবা মখোয় অদুবুসু বৃদ্ধাবস্থা ( জরা ) না মখাং কোলহল্লকই। মখুৎমশামক্তা হাইগৎপা ওমহল্লক্তে ॥৩২॥

পৃথিবী অসিদা হেক্ লৈরিব শা উচেক্ তীল ক ও পুন্ন'ক্তী অদুগা তাইবংগী খুদিংমক্তী মশাদা ওম্থোক্ ওম্থে কপা লায়না লাকপা মতমদা মাইবা কনানা মখোয় পুম্নমক্তী লায়না অদু কোক্লনবা লায়েংবা (মাইবা) কনা লাকপগে ? ॥৩৩॥

কৈ নোংশাগুম্বা অচৌ অচৌবা শানা, শা ( জন্তু ) মচা মচাবু লাক্‌থুবহুগুম্না— কম্থোরবা, অক্কিবগী মশক ওইরহা নিংথৌ কয়া কয়াগী মথক্তা শাথিবদা লায়নানা আক্রমন তৌশিল্লক্নুনা মখোয়বু মৃত্যুগী নাক্ত পুদুনা চংখি ॥৩৪॥

অস্নম তৌদুনা সংসার ঈপাক অসিগী ঈরৈ কল্লবা ঈচেন্দা থওহৌদনা চেম্থরবা অকল অথৌ কয়া কয়ানা লাউ-খোংদুনা অরাবা চৈনামক্তা ফাওবা ফংবা নংহৌদনা লুপ্লক্তি ॥৩৫॥

নোঙ্ক-হোৎনবমথৈগী মহৈয়ানৃব হায়বদু লৈরম্নগদি শিনিং-নানিংবা কৈত্রবা মীওইবা খুদিংমক্তা হোৎ-নরিবা থবক্ অসিদা মহৈ য়ান্দুনা কনা অমতা শিরম্লাংগনবোইদৌবনি। বিধাতাগী য়াথংনা অমদি নিয়ম বিধিনা কর্ম্মগী মহৈ চাননবা থাজিল্লক্লিবা তাইবংমীনা কনা য়াম্না হোৎনজদুনসু শেলথুমগী পাম্বৈনা, ধ্যান তপস্যাগী শক্তিনা প্রকৃতিগী নিয়ম য়াথংদগী য়াংমা লাম্না চৎপা ওম্ব নত্তে ॥৩৬॥

ন ম্রিয়েরন্ ন জীর্য্যেরন্ সর্ব্বে স্যুঃ সর্ব্বকামিনঃ। নাপ্রিয়ং প্রতিপশ্যেয়ুরুত্থানস্য ফলে সতি ॥৩৭॥
উপর্য্যুপরি লোকস্য সর্ব্বো গন্তুং সমীহতে। যততে যথাশক্তি ন চ তদ্ বর্ত্ততে তথা ॥৩৮॥
ঐশ্বর্য্যমদমত্তাংশ্চ মত্তান্ মদ্যমদেন চ। অপ্রমত্তাঃ শঠাংস্তীব্রা বিক্রান্তাঃ পর্য্যুপাসতে ॥৩৯॥
ক্লেশাঃ পরিনিবর্ত্তন্তে কেষাঞ্চিদসমীক্ষিতঃ। স্বং স্বঞ্চ পুনরন্যেষাং ন কিঞ্চিদধিগম্যতে ॥৪০॥
মহচ্চ ফলবৈষম্যং দৃশ্যতে কর্ম্মসন্ধিষু। বহন্তি শিবিকামন্যে যান্ত্যন্যে শিবিকাগতাঃ ॥৪১॥
সর্ব্বেষামৃদ্ধিকামানামন্যেরথ পুরঃসরাঃ। মনুষ্যাশ্চ গতস্ত্রীকাঃ শতশো বিবিধস্ত্রিয়ঃ ॥৪২॥
দ্বন্দ্বারামেষু ভূতেষু গচ্ছন্ত্যেকৈকশো নরাঃ। ইদমন্যৎ পদং পশ্য মাত্র মোহং করিষ্যসি ॥৪৩॥

---

অদু নত্রবদি কনা অমতম্ শিরম্ নায়রম্মোই। কনাসু অহল ওইরকপা শোন্থরকপা,হায়বসু ফংঙম্মরোই। নীঙবগুংগে হোৎনরম্বা জীব খুদিংগী হোৎনবদুনা মহৈ য়ান্দুনা মা মানা ফংনিংদবা, পামজদবা পোৎশক্ অমতমু ফংঙম্মরোই ॥৩৭॥

তাইবংমী খুদিংমক মীথোই মীহেন্নীংনা মথক্থোংবা পাম্বা ঙাক্কনি। মাদু ঙম্মনা হায়দুনা কনা য়াম্না মহোৎনজবনি। অদুবু মী খুদিংমক মাদু তৌবা ঙমদে ॥৩৮॥

জ্ঞান তারবা, চনীঙ তারবা কন্থোরবা মীসু তৌবা ঙম্বা অদুগা ঐশ্বর্য্যগী ময়াইনা মত্ত ওইথিদুনা, জুপী নহা অমদি য়ুনচিংবা ময়াই কারব চীঙ্গাক্ অমদি লমচৎকী মথা পোন্থিদুনা তোল্লবা মরৈ-মরা চাউরবা মীগী মথা পোন্দুনা, সেবা তৌনা মপুন্শি লেন্থি ॥৩৯॥

অদুগা, অমরোমদা— থোইদোক্লা থৌ ওইনা হোৎনক্লরবসু, অরাবা খুদোংথীবা ঘটনা কয়া কয়াদগী ঈশ্বর লায়না লাম্হোক্নুনা চৎথিবা মী কয়াসু উনরি। অরাবা তারদা মী কয়া কয়ানসু মখোয়না তাঙ্গরম্বা পৈশিঙ্গরম্বা সল্ অদুগী মচেৎ অমতংবু অরা খুদোংথীবা মতম অদুদা হায়বদি— কান্নরমদাই মন্তমদা লাম্ব কদনা লক্ লক্ লাউনা শিবা য়াওথ্রি ॥৪০॥

কর্ম্মগী মহৈতনা অমবু অমদগী য়াম্না খেন্নমা থম্মি। অমগী পুন্শিনা অমগী পুন্শি মরেন্দগী য়াম্না খেন্নরিবসে কর্ম্মগী মহৈতন থোকহল্লিবনি। মী থরনা হুমাং কাংবমথৈ দোলাই পুরী। অমনা ঈলুং জুংঙাইনা মথক্তা তোংদুনা চৎলি ॥৪১॥

মী খুদিংমক মু ঙাই য়াইফবা চাউখৎপা পাম্বা মক্কনি। অদুবু মী লিশিং লিশিংমা মখোঙনা লৈমায় থক্তা য়ানা চংলি। অমনা, মখোয়গী মরক্তা য়াং চাউরবা রথ মথক্ত ময়াম্না থোগল তৌদুনা চৎলি। মহাক্লা তৌরিবসুম্না অতৈদুসু পাম্লিবনি। অদুবু কর্ম্মগী মহৈদুনা থক্ য়াবা নত্তে। কনা কনানা মাগী মপুন্শিদা মাগী লোয়নবী (সুপী) অমতা য়াওবনা মপুন্শি লেল্লি। কনাগুম্বসু মাগী লোয়নবী চাম চায়না সেবা তৌরি ॥৪২॥

জীবপোন্বা পুম্নমক অরা সুংঙাইগী ঈথক্তা ভাউরি। থরনা সুংঙাইবগী ঈথক, থম্বনা অয়াবগী ঈথক্

ত্যজ ধর্ম্মমধর্ম্মঞ্চ উভে সত্যানৃতে ত্যজ। উভে সত্যানৃতে ত্যক্ত্বা যেন ত্যজসি তং ত্যজ ॥৪৪॥
এতত্তে পরমং গুহ্যমাখ্যাতমৃষিসত্তম। যেন দেবা পরিত্যজ্য মর্ত্তলোকং দিবং গতাঃ ॥৪৫॥
নারদস্য বচঃ শ্রুত্বা শুকঃ পরমবুদ্ধিমান্। সংচিন্ত্য মনসা ধীরো নিশ্চয়ং নাধ্যগচ্ছতঃ ॥৪৬॥
পুত্রদারৈর্মহান্ ক্লেশো বিদ্যাম্নায়ে মহাঞ্ছ্রমঃ। কিং নু স্যাচ্ছাশ্বতং স্থানমল্পক্লেশং মহোদয়ম্ ॥৪৭॥

---

তাউরি। সংসার অসিদা মী পুম্নমক অমতা ওইনা পুন্নপ পুন্নপ অরাবদা অমুক, হুংতাইবদা অমুক তামিন্ নবা নাত্ত; অদুনা তামিন্নগ হায়বস্তু য়াদে। পুম্নমক অসিগী মথক্তা অরাবা হুংতাইবা অনীদগী তোঙ্‌খা লৈবা ব্রহ্ম হাযবা পোৎশক অমা লৈরি। মাতুগী মরম্না নহাক্না থোইনা চিন্তা তৌশম থোক্কে ॥৪৩॥

অসি তৌরগা ধর্ম্মনি, অসি তৌরগা অধর্ম্মনি হায়বত্তসু থাদোকউ। অসি তৌরগা অচুম্বনি, অসি তৌরগ চুমদবনি হায়বত্তসু থাদোকউ। হায়রিবা থাদোকদবা পোৎশকশিংসিবু থাদোকপা মতমদা থুংলায় ওইরিবা জ্ঞান খণ্ডদে, কর্ম্ম খণ্ডদে, অদুসু থাদোকউ। ঐন থাদোক্লিবনি হায়বা অহঙ্কার হায়বত্তসু, হায়বদি— 'ঐ' হায়বা রাখলসু থাদোকউ ॥৪৪॥ *

মুনি অথোইবা! য়াম্না থুপ্‌ত্রবা রা অসে ঐনা নঙোন্দা তাহল্লবনি। রাখল অসিনা, হায়বদি— মন্ত্র অসিনা মরম ওইদুনা দেবতাশিংনা মর্ত্তলোক অসি থাদোক্তুনা স্বর্গলোকতা চৎখি ॥৪৫॥

নারদগী রা অসি তাবদা থোইদোক্না শিংলবা ঊপথরবা শুকদেবনা য়াম্না মুম্নদি খন্থখি, অদুবু করিগুম্বা সিদ্ধান্ত অমদা থুংজবদদি মঙমদ্রে। হায়বদি— করিগুম্বা অমতা লেপপ্লবা ঙমখিদ্রে ॥৪৬॥

নিপা মুপীগী লৈনরিবা মনী অমদি মচীং নাকওমদ্রবা ঘটনাশিংসিনা নাক্লবদি ওমথৈ লৈত্তুনা রাবা হায়বত্তু মওইরগদবনি হায়বসি শুকদেবনা খন্‌খি। বিদ্যা অভ্যাস তৌবসু পরিশ্রম য়াম্না চত্তি। অদুনদি— সনাতন ওইবা নিত্য ওইবা মাবু ফংনদা করম্ উপায় অমা লৈব্রি হায়বসি শুকদেবনা খন্‌খি। হোৎনবা

---

* হায়রিবসি— সংপূর্ণত্যাগ (অখণ্ড ত্যাগ) কী রানি। হায়রিবা অসুম্না থাদোক্লবদি থাদোক্তবা পোৎশক অমতা লৈরোদ্রে। অসুম্না থাদোক্লবা মী মহাক অদু করিগুম্বা অমতগা মরী লৈনদবা ব্রহ্মমক্তী মশক ওইখি। ঐ ব্রহ্মমক্ ওইরে, ব্রহ্ম ফংলে হায়বত্তসু থাদোকদবনি। অদু নত্রবদি 'ঐ' হায়বা রাখল অদু অদুম মরৈয়বদি— অহঙ্কারগী রাংমদা লৈবা ব্রহ্মত্তবু ফংলে হায়বসি মীনম্বা চুমদরা অদুম্ মওইগনি। মরম অদুনা ঐ দান পীরে, ঐ তীর্থ চংলে হায়বসিসু অরান্ব অদুম্ মওইগনি। কনানা কদায়দা চংলিবনো? কনানা কারিব তৌরিবনো? কনানা করিবু থাদোক্লিবনো? থাদোক্লে হায়রিবা রাখল (জ্ঞান) অসিগী তুংনকম ওইবিবা আত্মা অতদি হকচাং অদুবু থাদোক্ত্রি। থাদোক্তবতনসু থাদোক্লে হায়বা হায়রিবনি। আত্মা অসিনা হকচাংসিবু থাদোক্তপ্রবদা থাদোক্লে, থাদোক্তে হায়বিনীউজাইসু লৌত্রে। মরম অদুনা থাদোকলে, থাদোক্ত্রি ঈশ্বর হায়দনা লোইনা থাদোক্তুনা লৈরিবা আত্মাদুন, লৈরিবা হকচাং অসিমক্ সাকার-ব্রহ্ম মা মকুকী মশকনি। লোইনা পুমখা থাম্নবনি। ( কালাচাঁদ )

ততো মুহূর্ত্তং সঞ্চিন্ত্য নিশ্চিত্যাং গতিমাত্মনঃ। পরাবরজ্ঞো ধর্মস্য পরাং নৈঃশ্রেয়সীং গতিম্ ॥৪৮॥
কথং ত্বহমসংক্লিষ্টো গচ্ছেয়ং গতিমুত্তমাম্। নাবর্ত্তেয়ং যথা ভূয়ো যোনিসঙ্করসাগরে ॥৪৯॥
পরং ভাবং হি কাঙ্ক্ষামি যত্র নাবর্ত্ততে পুনঃ। সর্ব্বসঙ্গান্ পরিত্যজ্য নিশ্চিতো মনসা গতিম্ ॥৫০॥
তত্র যাস্যামি যত্রাত্মা শমং মেঽধিগমিষ্যতি। অক্ষয়শ্চাব্যয়শ্চৈব যত্র স্থাস্যামি শাশ্বতঃ ॥৫১॥
ন তু যোগমৃতে শক্যা প্রাপ্তুং সা পরমা গতিঃ। অবন্ধো হি বুদ্ধস্য কর্ম্মভির্নোপপদ্যতে ॥৫২॥
তস্মাৎ যোগং সমাস্থায় ত্যক্ত্বা গৃহকলেবরম্। বায়ুভূতঃ প্রবেক্ষ্যামি তেজোরাশিং দিবাকরম্ ॥৫৩॥
ন হ্যেষ ক্ষয়তাং যাতি সোমঃ সুরগণৈর্যথা। কম্পিতঃ পততে ভূমিং পুনশ্চৈবাধিরোহতি ॥৫৪॥
ক্ষীয়তে হি সদা সোমঃ পুনশ্চৈবাভিপূর্য্যতে। নেচ্ছাম্যেবং বিদিত্বৈতে হ্রাসবৃদ্ধী পুনঃ পুনঃ ॥৫৫॥

(পরিশ্রম)গী শরুক অত্তগা অরাবগী শরুক্তি ঈযাম্ য়ামদনা, মাহুগী মহৈদি য়াম্না হেন্না মঙ্গল ওইবসি করিদা লৈবগে হায়বসি শুকদেবনা খন্নি ॥৪৭॥

পুং অনীরোম চঙনা শুকদেবনা বিচার তৌথি। অহুদগীদি ভূত ভবিষ্যৎ অনীমক্তা মঙ্গলগী মশক ওইগদবা গতি (উপায়) অত্ত শুকদেবনা মাগী পূক্নীদা লেপখি ॥৪৮॥

মপাম্না তৈবা নাম রূপনচিংবা উপাধিশিং অসিদগী মুক্ত ওইখিহনা (লাম্হোকখিহনা), পোকপা-শিবগী লাংগী মশক ওইরবা সংসার-ঈপাকসিদগী অমুক শুপ্লদনবা উপায় অসি করি লৈবগে হায়বসি শুকদেবনা খন্নি ॥৪৯॥

মফম অহু য়োকরগা অমুক হল্লকত্রবা, মফমহু ঐনা ফংনিংঙি। আসক্তি পুম্নমক থাদোক্লুনা পূক্নীংগী পাম্বৈতনা অথোইবা গতি (ধাম, মফম) ফংগে হায়না কেপ্লরে ॥৫০॥

হৌজিক্তি ঐ ঐগী অাত্মানা শান্তি ফংগদবা মফম অহু তাম্না চৎকনি। অমাও অত্তা লৈররোইদোবা মতম পুম্বদা মশক হোংডরোইদোবা লেঙদনা লৈরগদবা, মশক মণ্ডং অহুদা লৈরগে ॥ ১॥

অদুবু যোগগী পাম্বৈ নত্তনদি হায়রিবসি ওইথোক্তবনি। অত্তোনবা কর্ম্মগী লাংদা ঈশাবু কাজিনহন্দুনা লৈবা চুমদে ॥৫২॥

দেবতাশিংনা চন্দ্রমাদগী অমৃত থক্তোক্লুন মাবু পীকশলক্লি। অদুগুম্না সূর্য্যগী মাওথরক্পা মৃৎথরক্পা লৈতে। ধূমমার্গদা চৎথৎথিহনা চন্দ্রমণ্ডল য়ৌপ্রবা মীনা মফম অহুদা মাগী কর্মগী মহৈ অত্ত চাবা হেক্ লোইবগা. থক্ থক্ নীক্লুনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা অমুক কুম্থরকই। মতৌ অদুম্না অনৌবা অতোপ্পা কর্ম্ম অমগী মহৈ চারুননবগীদমক্তা চন্দ্রলোক তাম্না অমুক চৎখি ॥৫৩—৫৪॥ *

অসিগী মথক্তা, চন্দ্রমাদি চাওখৎলকপা হন্থখিবা লাই। চাওখৎলবা মতুংদা হন্থরক্পা, হন্থরবা মতুংদা

* হায়রিবসিগী ভাবতি— মৈথুগী লম্বীদা চন্দ্রলোক য়ৌপ্রবা মী মহাক অদুদি অবাগমন তৌহনা অদুম মহৈ। হায়বদি— অমুক-লোক, অমুক-শি লাংদগী লাম্হোকপা ঙমদে— হায়রনি। (কালাচাঁদ)

রবিস্তু সন্তাপয়তে লোকান্ রশ্মিভিরুল্বণৈঃ। সর্ব্বতঃ তেজমাদত্তে নিত্যাক্ষয়মণ্ডলঃ ॥৫৬॥
অতো রোচতে গন্তুমাদিত্যং দীপ্ততেজসম্। অত্র বৎস্যামি দুর্দ্ধর্ষো নিঃশঙ্কেনান্তরাত্মনা ॥৫৭॥
সূর্য্যস্য সদনে চাহং নিক্ষিপ্যেদং কলেবরম্। ঋষিভিঃ সহ যাস্যামি সৌরংতেজোঽতিদুঃসহম্ ॥৫৮॥
আপৃচ্ছামি নগান্ নাগান্ গিরিমুর্ব্বীং দিশোদিবম্। দেবদানবগন্ধর্ব্বান্ পিশাচোরগরাক্ষসান্ ॥৫৯॥
লোকেষু সর্ব্বভূতানি প্রবেক্ষ্যামি ন সংশয়ঃ। পশ্যন্তু যোগবীর্য্যং মে সর্ব্বে দেবা মহর্ষিভিঃ ॥৬০॥
অথানুজ্ঞাপ্য তমৃষিং নারদং লোকবিশ্রুতম্। তস্মাদনুজ্ঞাং সম্প্রাপ্য জগাম পিতরং প্রতি ॥৬১॥
সোঽভিবাদ্য মহাত্মানং কৃষ্ণদ্বৈপায়নং মুনিম্। শুকঃ প্রদক্ষিণং কৃত্বা কৃষ্ণমাপৃষ্টবান্মুনিম্ ॥৬২॥
শ্রুত্বা চর্ষিস্তদ্বচনং শুকস্য প্রীতো মহাত্মা পুনরাহচৈনম্।
ভো ভো পুত্র স্থীয়তাং তাবদদ্য যাবচ্চক্ষু প্রীণয়ামি ত্বদর্থে ॥৬৩॥

মত্তুংদা চাওখৎলকপা হায়বা মাগী নিয়ম অসি থক্ কায়দে। অসি পুম্নমক অসি থম্নুবদা ঐ চাওখৎপা হন্নবগী চক্র অসিদা ডানিংদে ॥৫৫॥

সূর্য্যনা মাগী কল্লবা মওাম্না জগৎ পুম্নমকপু ঙাল্লি। মহাক মশাংক্না মফম পুম্বদগী তেজ ( মওাল্ ) মু লৌশিল খোমজিল্লি। অদুনা মাগী মণ্ডলদি মতম পুম্বদা হন্নবা তুংশিন্‌খিবা নাইদনা অদুম্ লেঙদনা লৈ ॥৫৬॥

অদুনা চাল্লবা শারবা তেজ পুরিবা আদিত্যমণ্ডলদা চৎখিবনা ঐঙোন্দা অফবা ওইগনি। অদুনা ঐ মফম অদুদা নীঙডায়বা অকিবা লৈতনা লৈরগনি। অদুম তৌরবদি কনানসু ঐবু মায়থীব পীবা ঙম্লোই ॥৫৭॥

হৃক্‌চাং অসিবু সূর্য্যলোকতা থাদোক্লম্লগা ঋষিশিংগা লোয়ননা সূর্য্যদেবতামক্কী কল্লবা তেজদ চঙশিন্‌খিগে ॥৫৮॥ থবক অসিগী মক্ত ঐ চীঙমান্, তুরেল, মায়গৈ শিংলাই পুম্নমক, লাইরৈবাক্কী লাই, হিংচাবা লিন্, হিংচা য়াইতম্বা পুম্নমক অসিগী বিদায় লৌখিগে ॥৫৯॥

ওসি ঐ চিংনবা নীঙঙায়বা কল্লিমতা য়াওদনা অচচক্ক জীব পুম্নমক্কী মশাদা চঙগে। দেবতাশিং অদুগা ঋষি পুম্নমক্না ঐগী যোগশক্তি অসিসু উজহৌরসনু ॥৬০॥

অমুম্ হায়না মপুক্লীংদা কেপ্পবা শুকদেবনা জগৎতা কাওরবা দেবর্ষি নারদগী য়াথং লৌরগা মহাকপু পোকপা পিতা শ্রীব্যাসগী মফম তাম্না চৎখি ॥৬১॥

আশ্রম তাম্না চৎখিদুনা মহাত্মা ওইরবা পিতা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন মুনিদা খুকম্লগা য়েংওইননা পরিক্রমা তৌরগা অদুগী তুংদা চৎননবগী বিদায় য়াথং ( অনুমতি ) লৌই ॥৬২॥

শুকদেবনা চৎলগে হায়না য়াথং লৌরকপা অসি তাবদা, হয়াও মুংঙাইবগা লোয়নন ব্যাসনা অনুম্না মচা শুকদেবদা হায়রকই,— "ঈবুঙো! ঈপাগী ঈবুঙো শুক! ওসিদদি নহাক অসিদা লৈখো। ঈমীৎ থীৎনা নহাক্কী নপক অসে ঈপা অমুক্তা য়েংহৌথিগে, ঈমীৎ অনী অসে অমুক্তা পেনৃহলহৌথিগে ॥৬৩॥

নিরপেক্ষঃ শুকো ভূত্বা নিঃস্নেহো মুক্তসংশয়ঃ। মোক্ষমেবানুসংচিন্ত্য গমনায় মনো দধে ॥৬৪॥
পিতরং সম্পরিত্যজ্য জগাম মুনিসত্তমঃ। কৈলাসপৃষ্ঠং বিপুলং সিদ্ধসঙ্ঘনিষেবিতম্ ॥৬৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি শুকাভিগনে ষড়বিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২৬॥

——:(*):——

অতৌবু শুকদেবনা মপা মচাগী মুংশিনবগী, সংসারগী বিষয়দগী লাম্ভোকৃথি। সংসারগী মায়াগী থৌরাঙ্গা শুকদেববু পুম্নমা থম্না শুমখিদে। তঙগী মরমদা করিগুম্বা চিংনবা অমতা মাগী পুক্কীংদা চিংনবা লৈখিদ্রে, মোক্ষ (মুক্তি) হাথল-ত থম্নমা মহাক মকম অতুদগী চৎপ্রগে থনুপ্রে ॥৬৪॥
মপাবু থাদোক্লমম্মা মুনি অথোইবা শুকদেব অসি সিদ্ধ সাধ্য খিবিক্লা থম্না লৈরবা য়াং চাউরবা কৈলাস চীংজাওদা কাখৎখি ॥৬৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা শুকদেব-প্রস্থানগী চহুমগা কুন্তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২৬॥

——:(*):——

# মণিপুরী মহাভারত

## সপ্তবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( শুকদেবনা ঊর্দ্ধগতি ওইখিবা )

## চহুমগা কুন্তরেৎশুবা অধ্যায়

——:(*):——

ভীষ্ম উবাচ।

গিরিশৃঙ্গং সমারুহ্য সুতো ব্যাসস্য ভারত। সমদেশে বিবিক্তে স নিঃশলাক উপাবিশৎ ॥১॥
ধারয়ামাস চাত্মানং যথাশাস্ত্রং যথাবিধি। পাদপ্রভৃতিগাত্রেষু ক্রমেণ ক্রমযোগবিৎ ॥২॥

ভীষ্মন হায়,— ভরতনন্দন যুধিষ্ঠির! কৈলাসগী মতেন্দা কাখৎখিদুনা ব্যাসগী মচা শুকদেবনা— লৈতেম্ মাম্নবা, নাপী হৌবা, মীচীক্ মীরাওখোল্ তাখিজবা মফম অমদা ফমখি। যোগশাস্ত্রগী বিধিগী মতুংইন্না খোঙদগী কোক্ ফাওবগী শক্ত পুম্নমক্তা মথং মথং আত্মাগী ধ্যান তৌখি। মতৌ অনুন্না ক্রমং যোগমু মপুংফানা সাধন তৌখি ॥১—২॥

ততঃ স প্রাঙ্মুখো বিদ্বানাদিত্যে ন চিরোদিতে। পাণিপাদং সমাদায় বিনীতবৎ উপাবিশৎ ॥৩॥

ন তত্র পক্ষিসংঘাতো ন শব্দো নাভিদর্শনম্। যত্র বৈয়াসকির্ধীমান্ যোক্তুং সমুপচক্রমে ॥৪॥

স দদর্শ তদাত্মানং সর্ব্বসঙ্গবিনিঃসৃতম্। প্রজহাস ততোহাসং শুকঃ সম্প্রেক্ষ্যতৎপরম্ ॥৫॥

স পুনর্যোগমাস্থায় মোক্ষমার্গোপলব্ধয়ে। মহাযোগেশ্বরো ভূত্বা সোহত্যক্রামৎ বিহায়সম্ ॥৬॥

ততঃ প্রদক্ষিণং কৃত্বা দেবর্ষিং নারদং ততঃ। নিবেদয়ামাস চ তং স্বং যোগং পরমর্ষয়ে ॥৭॥

শুক উবাচ।

দৃষ্টো মার্গঃ প্রবৃত্তোঽস্মি স্বস্তিতেঽস্তু তপোধন। ত্বৎ প্রসাদাৎ গমিষ্যামি গতিমিষ্টাম্মহাদ্যুতে ॥৮॥

নারদেনাভ্যনুজ্ঞাতঃ শুকো দ্বৈপায়নাত্মজঃ। অভিবাদ্য পুনর্যোগমাস্থায়াকাশমাবিশৎ ॥৯॥

কৈলাসপৃষ্ঠাদুৎপত্য স পপাত দিবং তদা। অন্তরীক্ষচরঃ শ্রীমান্ বায়ুভূতঃ সুনিশ্চিতঃ ॥১০॥

তমুদ্যন্তং দ্বিজশ্রেষ্ঠং বৈনতেয়সমদ্যুতিম্। দদৃশুঃ সর্ব্বভূতানি মনোমারুতরংহসম্ ॥১১॥

---

গুহাক নৈরগা সুমিৎ থোরক্‌ই। জ্ঞানী শুকদেবনা মতম অছুদা মখোঙ মখুং লোইনা তাশিল্ খোম্‌জিন্দুনা, নোংপোক্লমদা মমায় ওন্দুনা যোগাসনদা ফমর্থখি ॥৩॥

মতৌ অছুম্বা মহাজ্ঞানী ব্যাসগী মচা শুকদেবন ফমথখিবা মফমছুদা, করিগুম্বা শা উচেক্‌ম্বায়া অমতগী মখোল তাদে। মহাকী দৃষ্টি ( মীৎয়েং ) বু চিংশিন্‌থিনবা মপান্‌গী জগৎতা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈরমদে ॥৪॥

মতম মফম অছুদা মহাক্লা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিদা কনাগুম্বা করিগুম্বা পোৎ অমতগা ময়ম লৈনদবা আত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌহুনা হোনা নোকৃথি ॥৫॥

অছুদগী অমুক মহাক্লা যোগ মোক্ষমার্গগী হায়বদি—অয়ান্‌বা খুত্তমগী লম্বী ফংননবগী দমক্তা যোগশক্তিনা ময়ম ওইহুনা আকাশমার্গয়োমদা চংশ্রগে হায়না থন্‌থ্রে ॥৬॥

অছুগী তুংদা দেবর্ষি নারদগী মনাক্ত চংথিদুনা গুরুদক্ষিণা ফংলুই। মতম্ অছুদা পরমর্ষি নারদগী মফমদা যোগগী ময়মদা মহাক্লা অমুম্বা হায়থি ॥৭॥

শুকদেবনা হায়,— তেজ লৈরবা তপস্বী। মঙ্গল ওইবিয়ু। ঐ মোক্ষমার্গগী দর্শন ফংজরে। ঐ মোক্ষমার্গদা চচ্চগ্রগে। ঐ, ঐগী গুরু ওইরবা ঋষিগী কৃপাদগী নীংজবা পুম্বা থুংজগ্রগে ॥৮॥

নারদদগী য়াথং ফংলহুনা ব্যাসকুমার শুকদেবনা নারদদা খুরুমদুনা, যোগাসনদা ফমহুনা আকাশমার্গ ( আকাশগী লম্বী ) দা চংখি ॥৯॥

কৈলাসদগী চোংথংখিহুনা জ্ঞানতগী মশক ওইখিহুনা অশেংবা জ্ঞানবু ফংখিহুনা বায়ুগী মশক ওইনা, যোংঅদোম্বক্তা কোয়চং চংখি ॥১০॥

মতম অছুদা জীবপান্‌বা পুম্নমক্লা মোংঅদোম্বক্তা কোয়চং চংহুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণ অখোইবা ব্যাসনন্দন

ব্যবসায়েন লোকাংস্ত্রীন্ সর্ব্বান্ সোঽথবিচিন্তয়ন্। আপৃচ্ছ্যো দীর্ঘমধ্বানং পাবকার্কসমপ্রভঃ ॥১২॥

তমেকমনসং যান্তমব্যগ্রমকুতোভয়ম্। দদৃশুঃ সর্ব্বভূতানি জঙ্গমানি চরাণি চ ॥১৩॥

যথাশক্তি যথান্যায়ং পূজাং বৈ চক্রিরে তদা। পুষ্পবর্ষৈশ্চ দিব্যৈস্তমবচক্রুর্দিবৌকসঃ ॥১৪॥

তং দৃষ্ট্বা বিস্মিতাঃ সর্ব্বে গন্ধর্ব্বাপ্সরসাং গণাঃ। ঋষয়শ্চৈব সংসিদ্ধাঃ পরং বিস্ময়মাগতাঃ ॥১৫॥

অন্তরিক্ষগতঃ কোঽয়ং তপসা সিদ্ধিমাগতঃ। অধঃ কায়োর্দ্ধবক্ত্রশ্চ নেত্রৈঃ সমভিবাহ্যতে ॥ ১৬॥

ততঃ পরমধর্ম্মাত্মা ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুতঃ ভাস্করং সমুদীক্ষন্ স প্রাঙ্মুখো বাগ্যতোঽগমৎ ॥১৭॥

শব্দেনাকাশমখিলং পূরয়ন্নিব সর্ব্বশঃ। তথাপতন্তং সহসা দৃষ্ট্বা সর্ব্বাপ্সরোগণাঃ ॥১৮॥

সম্ভ্রান্তমনসো রাজন্নাসন্ পরমবিস্মিতাঃ। পঞ্চচূড়াপ্রভৃতয় ভৃশমুৎফুল্ললোচনা। ১৯॥

শুকদেববু বিনতানন্দন গরুড়গী মতৌগুম্না মশেক্ তাংল পূরবা অচুংবা পূক অমদি হুমশিংকা মানম্না য়াঙলবা দেবতা অমগুম্না উখি ॥ ১ ॥

লেপ্পবা মকম লেৎত্রবা বুদ্ধী পাইদুনা মবোল অনম্বু আত্মভাবত উন উনা শুকদেব অসি শাংনা লাপ্পা চংখি মমম অকুদা নগী ..ঙ অসি মুমি বুম নৈগী মতৌগুম্না পুমভাল তাল্লি ॥১২॥

শুকদেবনা অকি নথং কবিমতা লৈতবা মহাশান্তিগা লোয়ননা পূর্ব্বীং অনী লোঙদনা মথক্লোমদা চৎ-খংখিবা মতমদা জীবাশান্যা পুম্নমক্কা মহাকপু উখি। মহাকপু মতীকচাবা পূজা তৌদুনা লৈশিংলৈথোনখি। মহাক্কী মথক্কা দেবতাশিংন লৈগী নোং চুথনখি ॥ ৩—১৪॥

মহাক্ক অম্বুন্ন চৎতুনা লৈবাস উবদা সিদ্ধ সাধ্য, গন্ধর্ব্ব, অপ্সরা, ঋষি, মুনি পুম্নমক্কা অঙকপা, অকিবা কনখি, শুকদেবদা মীৎ কুপ্পুনা য়েংদনা লৈনখ্রে ॥১৫॥

মথোয় নশেল অম্বুন্না হায়নাখ ঙঙনবি — তপস্যাতনা সিদ্ধি ফংদুনা আকাশমার্গদা কোয়চৎ চৎলি-বসি কন ওইরিগবা? মমায় (মকোক) না নাংমদেস্থক্কা পন্থংতুনা হকচাংগী শরক্কা মথায়োমদা তন্থত্থনা চৎলি। ঐখোয়গী দৃষ্টিশিংদি মহাক মথক্তনা চংশিল্লি। হায়বদি— ঐখোয় পুম্নমক্কী মীৎকম অসি— মঙোন্দতা তারি। মাস কনা ওইরিগবা? ॥১৬॥

মরোল অক্তমদা ফাওরবা ধর্ম্মাত্মা ওহরবা মহাজ্ঞানী শুকদেব অসি মমায় নোংপোক ওন্দুনা সূর্য্য-দেববু য়েংন য়েংনা তুমিন্ন নীঙতয়বা লৈতনা আকাশমার্গদা চৎলি ॥১৭॥

মহাক্ক মখোঙনা আকাশ পুম্বা শীন্থুংনা চংখিবগুম তৌরি। মহাকপু হেক্ উবদা অপ্সরা পুম্নমক অকিবগা লোয়ননা পুম্নক্ ঙক্খ ॥ ১৮॥

শুকদেববু উবনা পর্ব্বচূড়া চিংল অপ্সরাশিং অদু পুম্নক্ ঙক্খি। তপস্যাগী শক্তিনা তাইবং মী কানা দেবতাগুম মাং হৌবা গাং অসিদা চৎলবনো? কন্দ্রগা দেবতা কনানা তাইবংমীগী মশক লৌদুনা কোয়রিবনো? অম্বুম হায়না অপ্সরাশিং অদু মথোয় মশেল চিবোল্ চিবোল্ তাঙনখি। মহাক্কা নীঙখিবা

অব্রবীৎ তাস্তদা বাক্যং শুকঃ পরমধর্ম্মবিৎ। পিতা যত্নগচ্ছেন্মাং ক্রোশমানঃ শুকেতি বৈ ॥২৮॥
ততঃ প্রতিবচো দেয়ং সর্ব্বৈরেব সমাহিতৈঃ। এতন্মে স্নেহতঃ সর্ব্বে বচনং কর্ত্তুমর্হথ ॥২৯॥
শুকস্য বচনং শ্রুত্বা দিশঃ সর্ব্বাঃ সকাননাঃ। সমুদ্রাঃ সরিতঃ শৈলাঃ প্রত্যুচুস্তং সমন্ততঃ ॥৩০॥
যথা জ্ঞাপয়সে বিপ্র বাঢ়মেবং ভবিষ্যতি। ঋষেব্যাজরতো বাক্যং প্রতিবক্ষ্যামহে বয়ম্ ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকদেবোর্দ্ধগমনে সপ্তবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২৭॥

——:(+):——

ধর্ম্মগী তত্ত্ব লোইনা খঙলবা শুকদেবনা মখোয়দা অহুম্না হায়রকই,— লাইরেম্বী পুন্নমক। করিগুম্ব ঐবু পোক্‌পা ঈপা কৃষ্ণদ্বৈপায়ননা ঐবু কৌ কৌহুনা মতম অমদা লাক্লবদি, নখোয় ময়াম্না ঐগী ঈহুৎ শিন্দুনা ঈপাহুদা মতীক্‌চাবা পাউখুম পীবিয়ুকো। দেবী নখোয় ময়াম অসিনা ঐবু য়াম্না নুংশিবিবা মওংদা য়েংবিরি। অহুনা ঐবু নুংশিবিবগী নুংশিরিবা থবকসিমতংদি তৌবিবু ॥২৮—২৯॥

শুকদেবগী রা অসি তাবদা, হৈপাল্ লৈপাল্, ঊমং রাম্‌গা লোয়ননা মায়গৈ পুম্ব, পুক্রী ভুরেল, সমুদ্র, চীঙ-মান্ পুম্নমক্কী মশাদা লৈরি লৈরিবা অধিষ্ঠাত্রী দেবীশিংনা মায়গৈ মরিমক্কগী শুকদেবদা অহুম্না পাউখুম পীরকই ॥৩০॥

হে ব্রহ্মন্। হে মহাজ্ঞানী। তাক্‌পিরিবহুগী মতুংইন্না ঐখোয় লোইনা তৌজগনি। মহর্ষি ব্যাসনা নহাকপু খিরক্‌পা কৌরক্‌পা মতমদা ঐখোয়না পাউখুম পীগনি ॥৩১॥

মতম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা, শান্তিপর্ব্বদা,
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা, শুকদেবোর্দ্ধগমনগী চহুমগাকুপ্তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২৭॥

——:(+):——

# মণিপুরী মহাভারত

## অষ্টাবিংশত্যধিকশিততমোহধ্যায়ঃ

( ব্যাসনা মচা কায়নবগী য়াবা )

### চহুমগা কুম্নিপালগুবা অধ্যায়

— —:(০:—

ভীষ্ম উবাচ।

ইত্যেবমুক্ত্বা বচনং ব্রহ্মর্ষিঃ সুমহাতপাঃ। প্রাতিষ্ঠত শুকঃ সিদ্ধিং হিত্বাদোষাংশ্চতুর্বিধান্ ॥১॥
তমো হ্যষ্টবিধং শ্রুত্বা জহৌ পঞ্চবিধং রজঃ। ততঃ সত্ত্বং জহৌ ধীমাং স্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥২॥
ততস্তস্মিন্ পদে নিত্যে নির্গুণে লিঙ্গবর্জিতে। ব্রহ্মণি প্রত্যতিষ্ঠত স বিধূমোহগ্নিরিব জ্বলন্ ॥৩॥
উল্কাপাতা দিশাং দাহো ভূমিকম্পস্তথৈব চ। প্রাদুর্ভূতঃ ক্ষণে তস্মিং স্তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪॥

---

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির। য়া অসি তাবদা ফুংঙাইরদুনা শুকদেব অসি সিদ্ধি ফংননবগী দমক্তা মথং মথং অসুম চৎখৎখি। মহাজ্ঞানী শুকদেবনা দোষ মখল মরি, তমোগুণ মখল নিপান্ অদুগা রজোগুণ মখল মঙাবু থাদোক্লুনা সত্ত্বগুণ ত্যাগ তৌখি। মাসিসু মতা অঙকপা অমনি ॥১—২॥ *

অদুগী তুংদা নিত্য নির্গুণ ওইরবা, মনুং মপাল অনীমক্তা, হায়বদি— মপান্ হকচাংগী নিপা চপী ওইবগী লিঙ্গ ( খুদম্ ), অদুগা মনুং হকচাং ( লিঙ্গশরীর ) গী লিঙ্গ ( খুদম ) অদু ফাওবা য়াওদ্রবা শুকদেব মুনিনা ব্রহ্মপদবীবু ফংখি। মতম অদুদা মহাক্কী ব্রহ্মতেজনচু পূমং লংনা মীয়াম পুম্বদা হাইদোকখি ॥৩॥

মতম অদুদা শঙাইশেল পাইখি। মায়গৈ পুম্বসি ঈগী বতোগুম্না পূমঙাক্ত ঙাওখি। পৃথিবী অসি থক্ থক্ মীক্‌খি। জগৎ পুম্বসি অকিবা ফংনা অকিবগী বশক অমা পুখি, ওন্থোকপা থোদোক অমা ওইনা থোক্লম্রে ॥৪॥

---

* সত্ত্বগুণ ফাওববু থাদোকপা হায়বসিগী ভাবার্থ— সত্ত্বগুণস্থ আনন্দ ( নুংঙাইবা ) অদুগা জ্ঞান হায়বা পোৎশক অনীগা জন্যজনকভাব সম্বন্ধ লৈবদগী, হায়বদি— আনন্দ অমদি জ্ঞানবু পোক্‌হনবদগী অনীসিপা মরী লৈনরে। ফরিগুম্বা পোৎশক অমগা সম্বন্ধবু থম্লবদি মাদুসু বন্ধন অমনি। মরম অদুনা শুকদেবনা সত্ত্বগুণ ফাওবা থাদোকখিবনি। জ্ঞান য়াওদ্রবনা অজ্ঞানীগুম লৈখিবনা অঙাওবগুম উথিবনি। ( কালাচাঁদ )

ক্রমাঃ শাখাশ্চ মুমুচুঃ শিখরাণি চ পর্ব্বতাঃ। নির্ঘাতশব্দৈশ্চ গিরিৰ্হিমান্ দীর্য্যতীব হ ॥৫॥
ন বভাসে সহস্রাংশুর্ন জজ্বাল চ পাবকঃ। হ্রদাশ্চ সরিতশ্চৈব চুক্ষুভুঃ সাগরস্তথা ॥৬॥
ববর্ষ বাসবস্তোয়ং রসবচ্চ সুগন্ধি চ। ববৌ সমীরণশ্চাপি দিব্যগন্ধবহঃ শুচিঃ ॥৭॥
স শৃঙ্গে প্রথমে দিব্যে হিমবন্মেরুসম্ভবে। সংশ্লিষ্টে শ্বেতপীতে দ্বে রুক্মরূপ্যময়ে শুভে ॥৮॥
শতযোজনবিস্তারে তির্য্যগূর্দ্ধঞ্চ ভারত। উদীচীং দিশমাশ্রায় রুচিরে সন্দদর্শ হ ॥৯॥
সোঽবিশঙ্কেন মনসা তথৈবাভ্যপতচ্ছুকঃ। ততঃ পর্ব্বতশৃঙ্গে দ্বে সহসৈব দ্বিধাকৃতে ॥১০॥
অদৃশ্যেতাং মহাবাহো তদদ্ভুতমিবাভবৎ। ততঃ পর্ব্বতশৃঙ্গাভ্যাং সহসৈব বিনিঃসৃতঃ ॥১১॥

---

উজাও উপাম্বীশিংনা মশা-মরেং, মনা মপাল মথুংমক্তা থেক্তোক্তুনা থাদরকই। মাং চাউরবা চীঙজাও-শিংনা মাগী মাগী চীঙদোনশিংবু যক্কায় যক যত্তুনা মথাদা থাদরকই। বজ্র তাবগী শউম্ শাকুমক্তনা হিমা-লয় অসি চেক্‌থায়গং-বগুম লৈক্রেক্ চৎখি ॥৫॥

লৈচীম কুপ্‌খিবগুম্বা সুমিংকী মঙাল অ'স ঈএক্ নক্‌শিনখি। পুখ্রী-লাম্মোং তু থোং পুম্নমকী ঈশিং পুম্নমক থোক্ থোক্ নোমহুদা ঈপক্ হৌখি ॥৬॥

ইন্দ্রনা নোংমদোস্থক্তগী মনম কুংশিরবা, নীংথিরবা মহাও বসনা তিন্নবা ঈশিং নোংগী মরীমক্তা গুক-দেবগী মথক্তা চুথবন্‌থি। কুংশিরবা 'হনম লৈনমগ লোয়ননা মায়গৈ পূম্বদগী নামিরবা সুংশিৎ হু-জিন্নকই শীজিন্নকই ॥৭॥

ভরতনন্দন। যুধিষ্ঠির। অস্তুম্ সুম্ চৎখিজনা শুকদেবনা চী গী ফজরবা চীংদোল অনী থাম্রাংননা লৈবা উই। চীংদোন্ অনী অহুদি অমনা হিমালয়গী ন, অমনা মেরু পর্ব্বতকী নি। হিমালয়গী চীংদোলনা জুপাতগী মশকনি। মেরুগীনা নপু-চু মাল্লি। চীংদোল অনী অহু রা চউবদা যুথক চাম চামগী প্রায়নি। চীংদোল অনী অসিবু অরাংপানা চৎপা মতমদা শুকদেবনা উখিরনি ॥৮-৯॥

মাহু উবদা শুকদেব অসি হান্নগী মতৌগুম্না চীং অহুগী মথক্তা প্রপ্রপ্ কাখৎখি। হেক্ কাখৎখিবদা চীং অহু অনী থোক্না খাইদোক্‌খি। অহুগা ময় য়দা চপচানা থিন্‌গাইখিবা চেক্‌থায়খিবা ওইনা উই। নিংথৌ। মাহুস্ত য়াম্না অঙকপা থৌদোক অমা ওইনা উনখি ॥১০॥

চীংদোল অহু উবদা শুকদেব অসি মাগী পুক্নীংদা অকিবা চিংনবা নীঙতায়বা তৌদনা চীংদোলশিংদুগী মমক্তা প্রপ্রপ কাখৎখি। শুকদেবনা কখৎপা অহুগা থোক হেক্ থাব মতমদুদা চীংদোল অহু পুমনমক্না নমথাখ। অদুগা চীংদোল চী লক অহুগী মবক্তা চাংলুরবা লৈক্রেক্ শন চৎখিবহুনা চীং অহু অনীথোক্না খাইদোক্লহুনা চেক্‌খাইহুনা তোক্তম্না তাবগুম্ উরে। নিংথৌ। মাহুস্ত মসা অঙকপা থৌদোক অমত্তুনা থোক্‌খি। ওহাক্ লৈরগ চীংদোলশিং অহুদা মৈ তৌরকই। চাক্‌খৎলক্লিবা মৈরীশিং অহুবু চীং অদুনা থিনবা কাজিন্‌বা ওন্‌খিজে ॥১১॥

ন চ প্রতিঘ্নমানাস্তস্যগতিং পর্ব্বতোত্তমঃ। ততো মহানভূচ্ছব্দো দিবি সর্ব্বদিবৌকসাম্ ॥ ১২॥
গন্ধর্ব্বাণামৃষীণাঞ্চ যে চ শৈলনিবাসিনঃ দৃষ্ট্বা শুকমতিক্রান্তং পর্ব্বতং চ দ্বিধাকৃতম্ ॥ ১৩॥
সাধু সাধ্বিতি তত্রাসীন্নাদঃ সর্ব্বত্র ভারত। স পূজ্যমানো দেবৈশ্চ গন্ধর্ব্বৈশ্চ বিভিস্তথা ॥ ১৪॥
যক্ষরাক্ষসংঘৈশ্চ বিদ্যাধরগণৈস্তথা। দিব্যৈঃ পুষ্পৈঃ সমাকীর্ণমন্তরিক্ষং সমন্ততঃ ॥ ১৫॥
আসীৎ কিল মহারাজ শুকাভিপতনে তদা। ততো মন্দাকিনীং রম্যামুপরিষ্টাদভিব্রজন্ ॥ ১৬॥
শুকো দদর্শ ধর্ম্মাত্মা পুষ্পিতদ্রুমকাননাম্। তস্যাং ক্রীড়ন্ত্যভিরতাস্তে চৈবাপ্সরসাং গণাঃ ॥ ১৭॥
শূন্যাকারং নিরাকারাঃ শুকং দৃষ্ট্বা বিবাসসঃ। তং প্রকামন্তমাজ্ঞায় পিতা স্নেহসমন্বিতঃ ॥ ১৮॥
উত্তমাং গতিমাস্থায় পৃষ্ঠতোঽনুসসার হ। শুকস্তু মারুতাদূর্দ্ধগতিং কৃত্বান্তরিক্ষগাম্ ॥ ১৯॥

---

মাছু উবদা দেবতা পুন্নমক, গন্ধর্ব্ব ময়াম, ঋষি মুনি মপৈ অদুগা চীং অদুদা লৈরম্বিবা জীবজন্তু ময়াম অহনা য়ান্না হুন্নাওনা লাওনখি। মখোয় ময়ামগী খোল্লাও অদুনা থক্ খা মায়গৈ পুন্নমকপু পুন্নিল নিলহনখি ॥১২॥

ভরতবংশদা পোকপা নিংথৌ। শুকদেবনা য়াংজবা চীংবু ইন্নায় লায়না লাম্থোক্নুনা চংখিবা, অদুগা চীংদোলবু অনী থোক্না চেক্‌খায়হল্লগসি উবদা মায়গৈ পুম্বদগী 'থগ্গনি থগ্গনি' হায়না লাওনয়কপগী খোল্‌জেল অদু মকম পুম্বদা ভাবা কংনখি ॥১৩॥

নিংথৌ। দেবতাশিংনা অদুগা গন্ধর্ব্ব ঋষি, যক্ষরক্ষ গন্ধর্ব্ব, কিন্নর অদুগা হিংচাবশিং বিদ্যাধরশিং কাওবনা শুকদেবগী পূজা তৌনখি। নোংমদোম্বক্তী মায়গৈ পুম্বদগী ভায়কপা অদুগা শুকদেবগী কোকথক্তা চাইথরকপা লৈগী মপৈ মপাংনা অতিয়াদুম পুং কুপ কুপপ্রে ॥১৪—১৫॥

নিংথৌ। ধর্ম্মাত্মা ওইরবা শুকদেবনা মথক্লোমদ চৎখৎখিবনা মনা মপাল্লা থল্লবা, মকা কন্ন শাংলবা লৈ (মপাল্) না থল্লবা হৈপাল লৈপাক্ন মপান্দা (তোর্ব্বান্দা) থোইনা নীংথিজরবী স্বর্গগঙ্গা মন্দাকিনীগী নীংথিজরবা দৃশ্যশিংবু শ্রীশুকদেবনা দর্শন তৌখি ॥১৬॥

মন্দাকিনীদা ঈরোয়দুনা ঈরুজদুনা শায়রগী মফি মরোল য়াওদ্রবী অপ্সরাশিংনা শুকদেববু উবদা মফি মরোল লেংজিল থোমজিনবগী থোইনা হোৎনজদে, থোমজিনদে হায়না কাওবা থল্লদে। মরমদি— মিপা চুপ্পীগী হকচাংবু থেন্নবা লৈতনা অমত্তা ওইনা উবা তত্ত শুকদেবনি হায়বসি মখোয়না খাল্লদবী থগ্রল্লি। অদুনা মখোয়না শুকদেববু উবদা করিমত্তা ঙাকায় হঙ্গোইবা তৌখিদে ॥১৭॥

মচানা অন্তম্ অন্তম্ মথং মথং সিদ্ধিগী লমত্তা চংখৎখিবসি উবদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন ব্যাসনা অথোইবা থোঙ্গ শক্তিগী আশ্রয় লৌদুনা মচাগী মতুংদা তুম্মিন্ তুমিন্না ইরাখি ॥১৮॥

অদুগা শুকদেবনা আকাশগী মথক্ত চংশিবী ঊর্দ্ধগতি কৌবী মার্গদা চংথংখিদুনা শুকদেবগী আত্মানা [illegible] ওইখি, হায়বদি— ব্রহ্মমদা অমত্ত ওইখি ॥১৯॥

দর্শয়িত্বা প্রভাবং স্বং ব্রহ্মভূতোঽভবৎ তদা। মহাযোগগতিং শ্রুত্বা ব্যাসোঽথ চ মহাতপাঃ ॥২০॥
নিমেষান্তরমাত্রেণ শুকাভিপতনং যযৌ। স দদর্শ দ্বিধাকৃত্বা পর্ব্বতাগ্রং শুকং গতম্ ॥২১॥
শশংসুর্ঋষয়স্তত্র কর্ম্ম পুত্রস্য তৎ তদা। ততঃ শুকেতি দীর্ঘেণ শব্দেন ক্রন্দিতস্তদা ॥২২॥
স্বয়ং পিত্রা স্বরেণোচ্চৈস্ত্রীঁল্লোকাননুনাদ্য বৈ। শুকঃ সর্ব্বগতো ভূত্বা সর্ব্বাত্মা সর্ব্বতোমুখঃ ॥২৩॥
প্রত্যভাষত ধর্ম্মাত্মা ভোঃশব্দেনানুনাদয়ন্। ততঃ একাক্ষরং নাদং ভো ইত্যেব সমীরয়ন্ ॥২৪॥
প্রত্যাহরজ্জগৎ সর্ব্বমুচ্চৈঃ স্থাবরজঙ্গমম্। ততঃ প্রভৃতি চাদ্যাপি শব্দানুচ্চারিতান্ পৃথক্ ॥২৫॥
গিরিগহ্বরপৃষ্ঠেষু ব্যাহরন্তি শুকং প্রতি। অন্তর্হিতঃ প্রভাবং তু দর্শয়িত্বা শুকস্তদা ॥২৬॥
গুণান্ সন্ত্যজ্য শব্দাদীন্ পদমভ্যাগমৎ পরম্। মহিমানং তু তং দৃষ্ট্বা পুত্রস্যামিততেজসঃ ॥২৭॥
নিষসাদ গিরিপ্রস্থে পুত্রমেবানুচিন্তয়ন্। ততো মন্দাকিনীতীরে ক্রীড়ন্তোঽপ্সরসাংগণাঃ ॥২৮॥

---

মহাতপস্বী ওইরবা ব্যাসনা মহাযোগগী মরী লৈনবা অতোপ্পা গতি অমগী পাউনা মথক্লোম্দা কাখৎলকই। অস্থুম অস্থুম কাখৎলকপসিনা চীংদোংদ্ অহুবু অনি থোক্লা নীংথৌরহন্দুনা শুকদেবনা চৎখিবা মফম (লম্বী) অদুদা ব্যাসস্থ য়েংখি। মফম অদু, হৌজিক কাওবা শুকাভিপতন হায়না মমিং চংলি। অদুগুম্বা মফম অদুবু ব্যাসনা উখি ॥২০—২১॥

মফম অদুদা লৈরম্বা ঋষিশিং অদুনা মচা শুকদেবনা তৌরম্বা অঙকপা থবক থৌদোক অদু জীদুনা ব্যাসদা তাইনখি। মফম অদুদা ব্যাসনা মচা শুকবু নীংশিংলদুনা খোঞ্জেল থোক্লা হৌনা কপখি ॥২২॥

মতম অদুদা শুকবু পোকপা মপা ব্যাসনা মায়পৈ পুম্নমক নিংলহন্না কপলকই। মাদু তাবদা মফম পুম্বদা শীন্থুংনা লৈরবা অদুগা সর্ব্বাত্মা সর্ব্বতোমুখ ওইদুনা, হায়রবদি— মাংগৈ পুম্বদা মমায় ওন্দুনা ধর্ম্মাত্মা ওইরবা শুকদেবনা ভো হায়বা শব্দ অসিনা মায়গৈ পুম্বদা খোঞ্জাং য়েংহন্না খুম্মকই ॥২৩॥

খোঞ্জাং অদুগা অমত্তা ওইনা লোয়ন লোয়ননা হৈপাল লৈপাল অচঞ্চল জীব পুম্বনম্থ ভো হায়বা অমত্তা ওইবা খোঞ্জোক অসিতনা মতম অমতম। মখোয়স্থ শুকদেবগী মতেং পাংবা ওইনা খুম্না য়াওখি ॥২৪॥

মুমিং অদুদগী হৌনা হৌজিক কাওবা কনাগুম্বা অমনা চীংলমদা চীংথুংদা লাওরবদি, চীং অকোয়বদুদ মখক উতন্দনা লৈবা অচঞ্চল জীব পুম্বনা অদুম্ পাউখুম পীবা ওইনা খুম্মকই। মাদুবু প্রতিধ্বনি হায়না হৌজিক ফাওবা খঙনরি ॥২৫॥

মতো অসুম্না বিশ্বজগৎ অসিদা মশাগী প্রভাব (তৌবা ওম্ব) বু উৎংলহন্না শুকদেব অসি অদুম্— অন্তর্ধান কংখি। শব্দনচিংবা গুণ পুম্নমকপু থাদোক্লমদুনা পরম পদবু কংখি ॥২৬॥

মচাগী চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা গুণকর্ম্মবু উবদা ব্যাসনা মচাদু ত থন্দুনা চীংথক অদুদা চিন্তা তৌদুনা লৈখি ॥২৭॥

মতম অদুদা মন্দাকিনী স্বর্গগঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা শাদুনা লৈরিবী অপ্সরা পুম্নমক্না ব্যাসবু উবদা অদুম্

আসাদ্য তমৃষিং সর্ব্বাঃ সম্ভ্রান্তাগতচেতসঃ। জলে নিলিল্যিরে কাশ্চিৎ কাশ্চিৎ গুল্মান্ প্রপেদিরে ॥২৯॥
বসনান্যাদদুঃ কাশ্চিৎ তং দৃষ্ট্বা মুনিসত্তমম্। তামুক্ততাং বিজ্ঞায় মুনিঃ পুত্রস্য বৈ তদা ॥৩০॥
সক্ততামাত্মনশ্চৈব প্রীতোঽভূদ্ ব্রীড়িতশ্চ হ ॥৩১॥
তং দেবগন্ধর্ব্ববৃতো মহর্ষিগণ পূজিতঃ। পিনাকহস্তো ভগবানভ্যাগচ্ছত শঙ্করঃ ॥৩২॥
তমুবাচ মহাদেবঃ সান্ত্বপূর্ব্বমিদং বচঃ। পুত্রশোকাভিসন্তপ্তং কৃষ্ণদ্বৈপায়নং তদা ॥৩৩॥
অগ্নের্ভূমেরপাংবায়োরন্তরিক্ষস্য চৈব হ। বীর্য্যেণ সদৃশঃ পুত্রঃ পুরামত্তস্ত্বয়া বৃতঃ ॥৩৪
স তথা লক্ষণোজাতস্তপসা তব সম্ভূতঃ। মম চৈব প্রসাদেন ব্রহ্মতেজোময়ঃ শুচিঃ ॥৩৫॥
স গতিং পরমাং প্রাপ্তো দুষ্প্রাপ্যমজিতেন্দ্রিয়ৈঃ। দৈবতৈরপি বিপ্রর্ষে তং ত্বং কিমনুশোচসি ॥৩৬॥
যাবৎ স্থাস্যন্তি গিরয়ো যাবৎ স্থাস্যন্তি সাগরাঃ। তাবৎ তবাক্ষয়া কীর্ত্তিঃ সপুত্রস্য ভবিষ্যতি ॥৩৭॥

---

মরাং থওখিদে, ঈকায়রবনা লৈকম চাকম থওখিত্রে। মথোর অমতা জান তানখিদে। থরনা ঈশিংদ থরন উগ্রী-রায়ী মরুম্‌গ থূপতুনা লোৎনখি ॥২৮—২৯॥

অপনরা থরন ব্যাসমুনিবু উবদা মফি-মরোল প্রপ্রপ শমজিন্‌খি— মফি মরোল লোংতি। মথোয়গী তৌরিবা কিত্তমচু উবদা মচাগী মুক্তি ওইখিবা মওই অচু থওতুনা ব্যাস অসি অংদ্বাক্লা দুংঙাইজখি। দুগী মচাশিং অসিনা ঐবু উরগা ঈকায়তুনা মফি মরোল লেমজিন্‌খিবসি ঐ অসিবু সংসারগী বিষয় মায়াদা আসক্ত ওইরিবা মীশকুনি হায়রবসি থওপ্রবোয়ে হায়রবসি খল্লুবদা ব্যাস অসি ওস্থোক্লা ঈকায়খি ॥৩০—৩১॥

মতম অসিদা দেবতাশিং অমদি গন্ধর্ব্বশিংনা অমুগা মহর্ষিশিংনা ঈকোর কোরশিল্লব পিনাকধারী মহাদেব অসি ব্যাসনা চিন্তা তৌতুনা লৈরিবা মফম অদুদা লেক্তকই। মায়বা লাংতক্লরবা ব্যাসদা য়েংতুনা ভগবান্ রুদ্রদেবনা অশুম্না হায়রকই ॥৩২—৩৩॥

ব্রাহ্মণ। নহাক্কা মমাংতৌদা ঐভোন্দা মৈ ঈশিং দুংশিং আকাশ লৈশাক পুম্নমক অসিগী শক্তি পুক্না পুত্ত্না নচা অমতং ফংলে হায়না বর নিখি। অদুগুম্বা নচাদো মহাক্কা নহাক্কী তপস্যাগী শক্তিনা অমুগা ঐগী কৃপানা ফংপ্রেদো। নচা অদো ব্রহ্মতেজনা তিন্নবা ওস্থোক্না শেংপ্রবা মীশক ( মহাসাধু ) অমা ওইপ্রবনি ॥৩৪—৩৫॥

ব্রহ্মর্ষি। মহাক হৌজিক অথোইবা গতি ( পরমধাম ) বু ফংপ্রবনি। নচানা ফংখ্রিবা গতি ( পদবী ) অসিদি ইন্দ্রিয় পুম্নম চক্লিবা কনাগুম্বা দেবতা অমা কাওবনসু ফংবা ওস্ত্রোই। অমুমতুদা— নংম্বা চিন্তা তৌরিবা হায়রিবসি কনাগীদমতনো ? ॥৩৬॥

চীঙ-মান্ চুরেল হৈপাল লৈপাল্ পুম্নমক অসিনা, অমুগা সমুদ্র ঈরম্ তবেংনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসিদা লৈরিবা অমুপকীমথে ( বিশ্বব্রহ্মাণ্ডনা মুত্তিরথে ) মহাক্কী অমুগা মহাক্কী মচানিপা শুকদেব অমুগী মিংচৎনা শীদমুবা লৈহৌরগদবনি ॥৩৭॥

ছায়াং স্বপুত্রসদৃশীং সর্ব্বতোঽনপগাং সদা। দ্রক্ষ্যসে ত্বং চ লোকেঽস্মিংস্মৎপ্রসাদান্মহামুনে ॥৩৮॥
সোঽনুনীতো ভগবতা স্বয়ং রুদ্রেণ ভারত। ছায়াং পশ্যন্ সমাবৃত্তঃ স মুনিঃ পরয়া মুদা ॥৩৯॥
ইতি জন্মগতিশ্চৈব শুকস্য ভরতর্ষভ। বিস্তরেণ সমাখ্যাতা যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি ॥৪০॥
এতদাচষ্ট মে রাজন্ দেবর্ষির্নারদঃ পুরা। ব্যাসশ্চৈব মহাযোগী সংজল্পেষু পদে পদে ॥৪১॥
ইতিহাসমিমং পুণ্যং মোক্ষধর্ম্মোপসংহিতম্। ধারয়েৎ যঃ শমপরঃ স গচ্ছেৎ পরমাং গতিম্ ॥৪২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
শুকোৎপত্তি সমাপ্তির্নাম অষ্টাবিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২৮॥

———:(*):———

---

মহামুনি! মদাক ঐগী কৃপাদগী জগৎ অসিদা নচাক্নুপা মওং মতৌ চপমান্নবা ছায়া (মি) অমা অদুম্ তত্তনা উবা ফংগনি। মাদো নহাক্কী দৃষ্টি (মীৎয়েং) দগী মপান্দা থক্ মাঙখিরোই ॥৩৮॥

ভরতনন্দন! নিংথৌ! ভগবান্ সঙ্করনা সাক্ষাৎ ওইনা অসুম তাকপিরবা তুংদা, মকম পুমুনমক্তা য়েংঙু য়েংদুনবা থুদিংমক্তা মচা শুকগী মওং মতৌ চপ মান্নবা ছায়াদুদু উবদ য়াম্না হরাওনা ব্যাস অসি আশ্রমদা চৎখি ॥৩৯॥

ভরতশাগৈগী অখোইবা যুধিষ্ঠির। নহাক্না ঐঙোন্দা হংখিবা মতুংইন্না শুকদেবগী পোকখিবগী য়ারী, অদুগা মহাক্না মতৌ করম্না পরমধামবু ফংখিবা হায়বগী য়ারীদু ঐনা লীরবসি'ন ॥৪০॥

নিংথৌ। ঐহান্ হান্নদা নারদঋষিনা য়ারী অসি ঐঙোন্দা লীহুনা তাহনখি। মহাযোগী ব্যাসনা মখামরুম মরক্ মরক্ত প্রসঙ্গগী মতুংইন্না হন্না হন্না লীহুনা তাহনখি ॥৪১॥

মোক্ষধর্ম্মগী ভত্তনা তিল্লবা য়ারী (ইতিহাস) অসিবু চনীংতানা তাহনা থম্মোয়দা নীংশিংহুনা থম্বদি অতাবা মী মহাক অদুদু পরমপদবু অদুম ফংগনি ॥৪২॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা শুকদেব উৎপত্তিগী চহমগা কুন্নিপান্তুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩২৮॥

———:(*):———

# মণিপুরী মহাভারত

## ঊনত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( নারদ-ঋষিনা হংবদা পরমাত্মাতনা থাইদগী পূজা তৌনলীওায়নি হায়না
নরনারায়ণ ঋষিনা ওাওবা )

## চহুম কুম্মাপন্তুবা অধ্যায়

——:(✽):——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

গৃহস্থো ব্রহ্মচারী বা বানপ্রস্থোঽথ ভিক্ষুকঃ। য ইচ্ছেৎ সিদ্ধিমাস্থাতুং দেবতা কাং যজেত সঃ ॥১॥
কুতোঽস্য ধ্রুবঃ স্বর্গঃ কুতো নৈঃশ্রেয়সং পরম্। বিধিনা কেন জুহুয়াৎ দৈব্যং পিত্র্যং তথৈব চ ॥২॥
মুক্তশ্চ কাং গতিং গচ্ছেৎ মোক্ষশ্চৈব কিমাত্মকঃ। স্বর্গতশ্চৈব কিং কুর্য্যাৎ যেন ন চ্যবতে দিবঃ ॥৩॥
দেবতানাং চ কো দেবঃ পিতৃণাঞ্চ পিতা তথা। তস্মাৎ পরতরং যচ্চ তন্মে ব্রূহি পিতামহ ॥৪॥

ভীষ্ম উবাচ।

গূঢ়ং মাং প্রশ্নবিৎ প্রশ্নং পৃচ্ছসে ত্বমিহানঘ। ন হ্যেতৎ তর্কয়া শক্যং বক্তুং বর্ষশতৈরপি ॥৫॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ। গৃহস্থ, ব্রহ্মচারী, বানপ্রস্থ নত্রগা সন্ন্যাসী মথোয় অসিগী মনুংদা অমনা সিদ্ধি ফংনিংলবদি কয়দা দেবতাগী পূজা তৌগদবগে ॥১॥

অমাঙ অতা লৈবরোইদবা স্বর্গবু তাইবংমীনা কয়ম হায়না ফংগদগে? অচুম্বা মহামঙ্গলগী প্রধান ওইরবা ধাম অদুবু কয়দা সাধনানা ফংগদগে? কয়দা বিধি বিধাননা দেবলোক পিতৃলোক অনীগী পেন্নবা হোম জপ তৌগদগে ॥২॥

মুক্তি ফংলবা মীশিংদুনা কয়দা গতিবু ফংখিবগে? মুক্তি হায়ববসিমকী মওংবু কয়ম তৌগগে? স্বর্গ কাখ্রবশিং অদুনা তৌরগদবনা করিনো? কয়ম্ তৌরগা স্বর্গদগী অমুক নাম্থরক্লোইদগে? ॥৩॥

দেবতাশিংগী দেবতানা কনানো? মথেংসিমক্তগীসু হেন্‌বা তত্ত্বদুনা করিনো? ঈবুধো। পুনমক অসে মথ খীংনা অমুক্তা হায়থ ( লীথ ) বিরুক্ট ॥৮॥

ভীষ্মনা হায়,— পাপকী শত্রুক য়াওদ্রবা নিংথৌ। নংদি হংবদা, প্রশ্ন তৌবদা ওথোকনা হৈথরে। ওথোকনা মুকবা মা অমা ঐথোক্না লেপ্লি। নিংথৌ। ভগবানগী কৃপা নত্রগা শাস্ত্রগী জ্ঞান য়াওদনা, তর্ক-

ঋতে দেবপ্রসাদাৎ বা রাজন্ জ্ঞানাগমেন বা। গহনং হ্যেতদাখ্যানং ব্যাখ্যাতব্যং তবারিহন্ ॥৬॥
অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমিতিহাসং পুরাতনম্। নারদস্য চ সংবাদমৃষের্নারায়ণস্য চ ॥৭॥
নারায়ণো হি বিশ্বাত্মা চতুর্মূর্ত্তিঃ সনাতনঃ। ধর্ম্মাত্মজঃ সম্বভূব পিতৈবং মেঽভ্যভাষত ॥৮॥
কৃতেযুগে মহারাজ পুরা স্বায়ম্ভুবেঽন্তরে। নরো নারায়ণশ্চৈব হরিঃ কৃষ্ণঃ স্বয়ম্ভুবঃ ॥৯॥
তেষাং নারায়ণনরৌ তপস্তেপতুরব্যয়ৌ। বদর্য্যাশ্রমমাসাদ্য শকটে কনকাময়ে ॥১০॥
অষ্টচক্রং হি তৎ যানং ভূতযুক্তং মনোরমম্। তত্রাদ্যৌ লোকনাথৌ তৌ কৃশৌ ধমনিসন্ততৌ ॥১১॥
তপসা তেজসা চৈব দুর্নিরীক্ষ্যৌ সুরৈরপি। যস্য প্রসাদং কুর্ব্বাতে স দেবৌ দ্রষ্টুমর্হতি ॥১২॥
নূনং তয়োরনুমতে হৃদি হৃচ্ছয়চোদিতঃ। মহামেরোর্গিরেঃ শৃঙ্গাৎ প্রচ্যুতো গন্ধমাদনম্ ॥১৩॥
নারদঃ সুমহদ্ভূতং সর্ব্বলোকানচীচরৎ। তং দেশমগমৎ রাজন্ বদর্য্যাশ্রমমাশুগঃ ॥১৪॥

---

বিতর্ক হৈরবা অমনস্থ নহাক্না হংলিবা মাহৎ অসিগী পাউথুম পীবদা রাগনি। পাউথুম পাক্ পীবা ওম-লোই। দেবগী থৌজাল নত্ত্রগা বিবর অসে রায়া লুবনি। অদুমকপু ঐস্থ ঐনা ওন্নমথৈ মাহুগী পাউথুম পীগে। ॥৫—৬॥ নহাক্না হংলিবা অসিগুম্বা বিবরসিগী মতাং হেক্ হেক্ লাকপদা মমাংতৌদা দেবর্ষি নারদগা নর-নারায়ণগা অনীগী সংবাদ অদু হেক্ হেক্ লীনৈ ॥৭॥

ঐবু পোকপা ইপানা অস্থুমা হায়খি, মাহুদি— শ্রীভগবান্ নারায়ণতনা জগৎব্রহ্মাণ্ড অসিগী আত্মানি, চতুর্মূর্ত্তিনি, অমুগা সনাতননি, হায়বদি — লেপত্রবা মপুনি। মতম অমদা নারায়ণনা ধর্ম্মগী মচা ওইহুনা পোকখি ॥৮॥

মহারাজ! স্বায়ম্ভুব মন্বন্তরগী সত্যযুগতা স্বয়ম্ভু ভগবান্ বাসুদেবনা নর, নারায়ণ, হরি, কৃষ্ণ কৌবা অবতার মরি লৌখি ॥৯॥

মরি অসিগী মরুংদা নরগা নারায়ণগা ঋষি অনীদি বদরিকাশ্রমদা চংখিহুনা সনাতন শাবা রথগী মথক্ত কমহুনা অকন্নবা তপস্যা তৌখি ॥১০॥

মহাক্কী পুক্কীং হুনমবগী মশক ওইরবা রথ অদু চাক্কা নিপান্ পাল্লি। মাহুদা জীবপানুবা জাৎ কয়া কয়া থাওন্নি, থবক্তা চত্তহল্লি। আদিপুরুষ অনী অসি তপস্যা তৌবনা অস্থুম্ অস্থুম্ কংথিল্লকদি। মসুংদা শিংলিশিং অদু মপান্দা কাপকৎলক্লি, নোংম নোংমগী শোত্তিল্লকই। অদুবু তপস্যাগী তেজ অদুদি নোংম নোংমগী হেত্তিল্লক্লি। দেবতাশিংনক্লা অনী অসিদা হকৎনা য়েংবা ঙম্মক্রে। মখোয় অনীগী কৃপা কংবা দেবতাশিং অমত্তনা ময়েক্পেংনা ময়েক্লানা দর্শন কংবা ঙম্মি ॥১১—১২॥

অনীসিগী ইচ্ছাগী মতুংইন্না মশাগী থম্মোয়দুংদা লৈরিবা অন্তর্য্যামী ভগবাননা ইহিল্লকপদগী— দেবর্ষি নারদ অসি মহামেরুচীংগী চীংদোম্দগী গন্ধমাদন চীংলোমদা অদুদ্ কুমথল্লকই ॥১৩॥

নিংথৌ! নারদ অসে লোক পুম্বা ইপ্রৌ চৌরম্বনি। অদুনা থোঙ্গং পুরবা দুখি অদি বদরিকাশ্রমগী

তয়োরাহ্নিকবেলায়াং তস্য কৌতূহলং ত্বভূৎ। ইদং তদাস্পদং কৃৎস্নং যস্মিঁল্লোকাঃ প্রতিষ্ঠিতাঃ ॥১৫॥
সদেবাসুরগন্ধর্ব্বাঃ সকিন্নরমহোরগাঃ। একা মূর্ত্তিরিয়ং পূর্ব্বং জাতা ভূয়শ্চতুর্ব্বিধাঃ ॥১৬॥
ধর্ম্মস্য কুলসংতানে ধর্ম্মাদেভির্বিবর্দ্ধিতঃ। অহো হ্যনুগৃহীতোঽদ্য ধর্ম্ম এভিঃ পরৈরিহ ॥১৭॥
নরনারায়ণাভ্যাঞ্চ কৃষ্ণেন হরিণাত্র যথা। অত্র কৃষ্ণো হরিশ্চৈব কস্মিংশ্চিৎ কারণান্তরে ॥১৮॥
স্থিতৌ ধর্ম্মোত্তরৌ হ্যেতৌ তথা তপসি ধিষ্ঠিতৌ। এতৌ হি পরমং ধাম কানয়োরাহ্নিকক্রিয়া ॥১৯॥
পিতরৌ সর্ব্বভূতানাং দৈবতং চ যশস্বিনৌ। কাং দেবতাং তু যজতঃ পিতৄন্ বা কা মহামতী ॥২০॥
ইতি সঞ্চিন্ত্য মনসা ভক্ত্যা নারায়ণস্য। সহসা প্রাদুরভবৎ সমীপেদেবয়োস্তথা ॥২১॥
কৃতে দৈবে চ পিত্র্যে চ ততস্তাভ্যাং নিরীক্ষিতঃ। পূজিতশ্চৈ বিধিন যথা প্রোক্তেন শাস্ত্রতঃ ॥২২॥

---

পাঙ্খ চাউরবা, জীব পান্‌বা কয়া কয়ানা জাৎ কয়া কয়ানা হল্লবা চম্লম অদুদা থুংখি ॥ ৪॥

নরনারায়ণ অনীগী নিত্যকর্ম্মগী মতমতুমক্তদা নারদমুনি অসি য়ৌখিরুনা ভগবান্ ঋষিগী দর্শন তৌগে হায়না চপলুংনা থন্‌খি। মুনিনা অসুম্ হায়না পুক্নীংদা খন্‌খি,— হৈস। ওহোক্কা নীংথিজরবা; ভগবান্ নর নারায়ণ অনীগী আশ্রমনি! মফম অসিদা দেবতা, অসুর, যক্ষ, রক্ষ, গন্ধর্ব্ব, কিন্নর অসুগা চাউর চাউরবা লিস্ কয়া কয়া লৈরি ॥১৫॥

অনী অসি অহানবদা মশা মওং অমতা লৈরম্মি। মতুংদা বংশগী পরম্পরা ওইনা বিস্তার তৌগে হায়বগী দমক অনীসিনা বিগ্রহ (মূর্ত্তি শায়োন) মরি থোক্না পুথোক্খি। মরি অসিনা মশা মশাগী ধর্ম্মনা ধর্ম্ম কৌবা বেদ অদুগী বংশবু তোঙান্ তোঙান্‌না শন্নোকখি। ওহোকপনি। বিগ্রহ মরি অসিনা নর নারায়ণ, কৃষ্ণ, হরি অসুম্ হায়না ওইহিল্লুনা ধর্ম্মদেবগী মফমদা হাম্না চান্‌বিখি ॥ ৬—১৭॥

মরি অসিগী মনুংদা হরিগা কৃষ্ণগা অনীসিদি মাগী মাগী কহিগুম্বা থবক বিবর অমদা অসুম্ চঙ্‌লম্না থবক অমু তৌহুনা লৈ। নরনারায়ণ অনীসিদি থবক্লোমদা পুক্নীং চঙদে। ধর্ম্মগী মায়গেয়োমতদা পুক্নীং চঙ্‌লম্না লৈ ॥ ৮॥

অনী অসিদি পরমধামগী মশক্নি। অনী অসিগী নিত্যকর্ম্মদি কমদৌই? অদুগা নরনারায়ণ হায়বা অনী অসিদি দেবতাশিংগী অংগা অচচ্চত্তা জীব লৈবা পুম্নমক্কী পিতানি অদুগা দেবতানি লীঙনকম্নি। অদুম্ অনী অসিদা সেবন ভজন পূজন তৌরিবসিনা কনাগীনো? অদুগা কনাবুনো? মথোয় অসিনা তৌরিবা পূজা পাঠনচিংবগী পিতৃলোকনা কনা কনানা ওইরি ॥ ৯—২০॥

পুক্নীংদা অসুম্ খল্লুনা না দ মুনি অসি ভগবান্ নারায়ণনা ঈংহল্লকুনা ভক্তিভাবনা থম্মোয় থল্লা দেবতা অনীসিগী নাক্তা য়ৌখি ॥২১॥

ভগবান্ নরনারায়ণ অখি অনীনা পিতৃলোককী পূজা পাঠ লোইরবা তুংদা নারদনা মুনি নারদবু উখি, মুনিবু উবনা অনী অসি য়াম্না পেল্লখি ॥২২—২৩॥

স হৃৎস্থাত্মা ভূতানাং ক্ষেত্রজ্ঞশ্চেতি কথ্যতে। ত্রিগুণব্যতিরিক্তো বৈ পুরুষশ্চেতি কল্পিতঃ ॥৩০॥
তস্মাদব্যক্তমুৎপন্নং ত্রিগুণং দ্বিজসত্তম। অব্যক্তা ব্যক্তভাবস্থায়া সা প্রকৃতিরব্যয়া ॥৩১॥
তাং যোনিমাবয়োর্বিদ্ধি যোঽসৌ সদসদাত্মকঃ। অব্যক্তাং পূজ্যতেঽসৌ হি দৈবে পিত্র্যে চ কল্পতে ॥৩২
নাস্তি তস্মাৎ পরোঽন্যো হি পিতা দেবোঽথবা দ্বিজ। আত্মহিনঃ স বিজ্ঞেয়স্ততস্তং পূজয়াবহে ॥৩৩॥
তেনৈষা প্রথিতা ব্রহ্মন্ মর্য্যাদা লোকভাবিনী। দেবং পিত্র্যঞ্চ কর্ত্তব্যমিতি তস্যানুশাসনম্ ॥৩৪॥

---

মশক ওইবা অব্যক্তগী উৎপত্তি ওই। ব্রাহ্মণ অথোইবা! মহাকপু ব্যক্তভাবতা লৈবা (কোতুদোকপ মশক্ত লৈবা) অমাও অভা লৈতবা অব্যক্ত প্রকৃতি হায়নস্নু কৌই ॥ ৯– ৩১॥

লৈবা লৈতবা অনীমক্কা মহাক্কী স্বরূপ (মশাগী মওং) ওইবা, পরমাত্মা অছুম্বনা ঐখোয় অনীগী অপোকপনি। মাসি চিংনবা লৈতনা থওজু। ঐখোয় অনীনা পূজা তৌরিবসি মহাক্কীনি। মহাক্কনা— ঐখোয় অনীগী পিতৃলোকনি ॥৩২॥

ব্রাহ্মণ! মহাক্ নত্তনা ঐখোয়গী অতোপ্পা দেবতা অমদি পিতৃলোক অমতা লৈত্রে। মহাক্কনা ঐখোয়গী আত্মানি। অসুম হায়না নহাক্কা খওজু। ঐখোয় অনীনা মহাক্কী পূজা তৌরি ॥৩৩॥

ব্রাহ্মণ! মহাক্ অছুম্বনা তাইবংমীবু চাওখৎপা নীংথিবা থাক্ত পুথৎপিননবগী মমক্তা ধর্ম্মগী লম্বী অছুম্বা হৌনবী মর্য্যাদাবু সংসার অসিদা লিংখৎলম্মি। দেবতা অমদি পিতৃলোকী সেবা পূজা তৌগদবনি হায়বসি মহাক্কী য়াথংনি ॥৩৪॥ *

---

* সৃষ্টিকর্ত্তা (ঈশ্বর) অমনা শেমশনিবু হায়রবসু, ঈশ্বর লৈতে— মশা মথন্তা প্রকৃতিদগী ওইজরকপনিবু হায়রবসু, অমনা অমবু হায়রবসু— তাইবংমী ঐখোয় পুন্নমক লৈরি, থর শিত্রে, থর অমুক্ পোক্লক্-থিগনি, হায়বা অসিমদি চেন্‌কম লৈত্রে। কনানা পোকহল্লিবনো, শিত্রিবশিং অহুনা কদায়দা কনানা পুন্নি-বনো… অসিনচিংবগী য়াহংশিং অসিবু বিষয় অমগুম্না তোপ্তোপ্পা থমগ্রবা, অসিনা অচুম্বনি, অসিনা অয়ান্-বনি, অসুম তৌগদবনি, অহুম থক্ তৌরোইদৌবনি হায়বা নিয়ম সিমদি তাইবংমীগী জাতি সমাজ খুদিং-মক্কী ঊরৈ লৈ। মাসিমসু চেনকম লৈত্রে। অন্নুম্বা অয়ান্‌বা, তৌহে তৌহেন্‌বা হায়বা অমা থক্ লৈতে, ঐনা ঐনা নীংবত্তা তৌগনি হায়বা জাতি সমাজ থর লৈ। মাহুমকসু মখোয়গী ধর্ম্ম জাৎ অমনি। অহুনা অসিগুম্বা নিয়ম ধর্ম্ম অমদি জাতি খুদিংগী, সমাজ খুদিংগী, মীপুম খুদিংগী লৈরে। মাসিমগা চেন্‌কম লৈত্রব য়াকম অমনি। মাসিসু অউবা ঊদবা পৌৎ পুন্নমকসিদগী ঊতোন্ তোক্তান্‌বা য়াখল (ভাবনা) কৌবা পোৎশক অমনি। মাসিমগা লৈত্রে হায়বা য়াত্রে। ঈশ্বর লৈ হায়বহুসু য়াখল অমনি, লৈতে হায়বহুসু য়াখল অমনি। নিরাকার ওইনা লৈ, সাকার ওইনা লৈ, অমনি, অনীনি, হ'মনয়িবা বাদ (য়াপু) অমমম অসি লৈত্রে হায়বদি য়াত্রে। লৈবহুনা হায়বা য়ারিবনি। লৈরিবহু ভাব কৌই। 'ভাব' হায়বসি লৈবা হায়বনি। ঈশ্বর লৈতে হায়বশিংগী লৈরিবা ভাব অসি কনানা পোক্‌হল্লক্‌পনো হায়বহুমদি অয়াম্বনা থক্নদে।

ব্রহ্মাস্থাণুর্মনুর্দক্ষো ভৃগুর্ধর্মস্তপো যমঃ। মরীচিরঙ্গিরাঽত্রিশ্চ পুলস্ত্যঃ পুলহঃ ক্রতুঃ ॥৩৫॥
বসিষ্ঠঃ পরমেষ্ঠী চ বিবস্বান্ সোম এব চ। কর্দমশ্চাপি যঃ প্রোক্তঃ ক্রোধোবিক্রীত এবঃ ॥৩৬॥
একবিংশতিরুৎপন্নাস্তে প্রজাপতয়ঃ স্মৃতাঃ। তস্য দেবস্য মর্য্যাদাং পূজয়ন্ত সনাতনীম্ ॥৩৭॥
দৈব্যং পিত্র্যঞ্চ সততং তস্য বিজ্ঞায় তত্ত্বতঃ। আত্মপ্রাপ্তানি চ ততঃ প্রপুর্বন্তি দ্বিজোত্তমাঃ ॥৩৮॥

---

হৌজিক হায়রিবা পরমাত্মাসিদগী ব্রহ্মা, রুদ্র, মনু, দক্ষ ভৃগু ধর্ম, তপ, যম, মরীচি অঙ্গিরা, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, বসিষ্ঠ, পরমেষ্ঠী সূর্য্য, চন্দ্রমা কর্দম, ক্রোধ অমগা বিক্রীত কৌবা প্রজাপতি কুন্ মাথোই অসি পোকখি হায়নৈ। মখোয় অসিনা মখোয়গী পোক্লকখম পরমাত্মাগী সনাতনধর্ম্মগী মানমর্য্যাদা ঙাক্লা সেবা পূজা তৌই। মখোয়গী হাক্কগী সেবা পূজা হায়বা ধর্ম্মগী কর্ম অসি মথং মথং পরম্পরা ওইনা চথরক্লি ॥৩৫—৩৭॥

মখোয়না ভৌনরকপগুম্বা জ্ঞানী ওইবা অখোইবা ব্রাহ্মণশিংনা পরমাত্মাগী উদ্দেশ্যদা তৌরিবা যাগ যজ্ঞ

---

মাসিনা মহৌশানা ওইজরকপনি, প্রকৃতিনি হায়রবস্থু মহৌশা হায়রবস্থুমদি মরৈবা ভাবে। থৃইংক্ক য়াম্নগাদবা চেন্‌থম লৈত্রবা 'লৈ' হায়বা পোৎশক্লা য়াংহৈরা হায়বা অসিমদি মরৈরগদবনি। মাসিন্থু সৎ অসৎ অনীগী, লৈবা লৈতবা অনীগী, অচুম্ব চুমদবা অনীদগী মশাদগী অচুম্ পোকচরকপনি। পোক্লবদি পোকখম লৈবা ভাই, লৈরবদি লৈখম লৈবা তাই। মতম মতম্ লৈত্রবদা পোৎ অমত্তা লৈবা য়ারোই। মখম মতম অনীমুক্তু ফজাইদা লৈ হায়বা অমুক্ক হংথখিবা— নৈনথখিবা য়াই। অদুনা লৈ হায়বসিংগীদি চেনখম ঈরৈ লৈত্রে। অদুনা নাস্তিকবাদস্থু আস্তিকবাদস্থু বাদ অমগী মখুংদা লৈ। অসিগুম্বা আস্তিকবাদ অসিগী মখুংদা ঈশ্বর লৈ লৈতে হায়বা বাদ অদুদি— য়াম্না অচৌবা বাদ অসিগী য়াম্না পীকপ্রবা শরুক অদুনি। অদুগুম্বা অচৌবা বাদ অদুবু'ন ঈশ্বর হায়বসি। লৈবা লৈতবা, পীকপা চাউবনচিংবা শক্তি পুম্নমক পুনা মহাক্কপু পোৎ অদুবু শক্তিমান হায়বনি ঈশ্বর কৌই। অসিগুম্বা ঈশ্বর অসি মাগী মাগী লেন্দা অমমম্ লৌরনগনি। অদুনদি লৈ হায়রিবা মহাক্কা লৈতে হায়না অমুক্ক হায়রবদি মাত্তু অলেপ্পা লৈতবা বাদ অমং অদুনি। নিত্য ওইরবস্থু অনিত্যবু ওইরবস্থু বাদ তবু ওইরবদি মাত্তু ঈশ্বর ঐনি হায়না ভগবদগীতাদা অদুম্বা অঙাংবা মহাক্কা হায়রি, "বাদ প্রবদতামহম্"। উপবাদ খুদিং কী পোক্লকখম ওইবা মরুবাদ ( মট্ট ) অদু ঐনি। অদুগুম্বা অমত্তা ওইবা মরু বাদ ধর্ম্মমরু অদুদগী ঈশান্ হায়বদা নরনারায়ণ অনী পোকখি। লৈরম্বা হায়রবস্থু লৈতেবু হায়রবস্থু অমা হায়বা য়ারিবসি অত্মা ( জীব ) অসিনা লৈমিংশিনবনি। আত্মা হাওজ্রবা অলিবা হকচাং মথক্তনা লৈ লৈতে হায়না ক্ষমতা ওমত্রে। জীব ( অলিবা ) অদুবু নর কৌই। নর খুদিংমক্কী ভুংনখম ওইরিবদুনা নারায়ণ কৌই। লোন খেন্নবস্থু মী খুদিংমক্কী থম্মোয়দা নরনারায়ণ অনী লৈ—

( আনাউবা )

স্বর্গস্থা অপি যে কেচিৎ তাং নমস্যন্তি দেহিনঃ। তে তৎ প্রসাদাৎ গচ্ছন্তি তেনাদিষ্টফলাং গতিম্ ॥৩৯
যে হীনাঃ সপ্তদশভির্গুণৈঃ কর্ম্মভিরেব চ। কলাঃ পঞ্চদশ ত্যক্ত্বা তে মুক্তা ইতি নিশ্চয়ঃ ॥৪০॥
মুক্তানাং তু গতির্ব্রহ্মন্ ক্ষেত্রজ্ঞ ইতি কল্পিতা। স হি সর্ব্বগুণশ্চৈব নির্গুণশ্চৈব কথ্যতে ॥৪১॥
দৃশ্যতে জ্ঞানযোগেন আবাং চ প্রসৃতৌ ততঃ। এবং জ্ঞাত্বা তমাত্মানং পূজয়াবঃ সনাতনম্ ॥৪২॥
তং বেদাশ্চাশ্রমাশ্চৈব নানামত সমাশ্রিতাঃ। ভক্ত্যা সংপূজয়ন্ত্যাশুগতিং চৈষাং দদাতি সঃ ॥৪৩॥
যে তু তদ্ভাবিতা লোকে হ্যেকান্তিত্বং সমাস্থিতাঃ। এতদভ্যধিকং তেষাং যত্তে তং প্রবিশন্ত্যুত ॥৪৪॥
ইতি গুহ্যসমুদ্দেশস্তব নারদ কীর্ত্তিতঃ। ভক্ত্যা প্রেম্না চ বিপ্রর্ষে তস্মৎ ভক্ত্যা চ তে শ্রুতঃ ॥৪৫॥

---

অমু পিতৃলোক দেবলোক অনীমক্তা সম্বন্ধ লৈবা যজ্ঞ পূজানচিংবগী তম্বব্ মুম্না খওহনা নীওজবা পুম্বা থুংবা ফংবা ওয়রি ॥৩৮॥

স্বর্গদা লৈরিবা দেবতাশিং অমুগী মমুংদমু হায়রিবা পরমাত্মাসিগী আরাধনা তৌবা, চঙবা মথোয়শিং অমতনা পরমাত্মাগী কৃপাদগী নীংজবা পুম্বা ফংহনা অতৈ অতৈ দেবতাশিংদগী হেন্না চাওখৎপগী থাকৃতা কাবা ওশ্ম ॥৩৯॥

জ্ঞান-ইন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্ম ইন্দ্রিয় মঙা প্রাণবায়ু মঙা, পূর্ক্নীং বুদ্ধি হায়রিবা তরাতরেৎ অসিদগী, অমুগা কর্ম বিকর্ম্ম চিবা পুম্নমক্তগী শাস্ত্রে কুশা লৈরবা, অমুগা কলা তরামঙাবু থাদে ক্লবশিং অমুদি মুক্ত ওইরবনি। মাসি শাস্ত্র পুম্নমক্কী সিদ্ধান্তনি ॥৪০॥

ব্রাহ্মণ! মুক্ত ওইরবা, অরানবা খুভম ফংলবশিংগী অরোইবা গতি— লমথুংফমদি পরমাত্মাতনা ওই হায়নসি লেপ্পবনি। মহাক অসি গুণ থিবিক্ত তিনবা, অমুগা অমুকস্থ গুণ পুম্নমক্তগী রাংমা লান্না লৈবনি হায়রি ॥৪১॥

মহাক্কী সাক্ষাৎকার (শংশংনা উবা— থেংনবা) দি জ্ঞানযোগতনা ওই। ঐখোয় অনীগী আবির্ভাব অসি মঙোন্দগীনি। অসি খওজহনা নরনারায়ণ কৌবা ঐখোয় অনীনা পরমাত্মা কৌবা মহাক্কী সেবা পূজা তৌজরি ॥৪২॥

বেদ বরিমক্কা, আশ্রম মরিমক্কা, অমুগা মথল মথলগী আশ্রমদা লৈবা মীশিংনা ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়নবা পরমাত্মা মহাক্কী সেবা তৌই। পরমাত্মানম্ভ মখোয়দা অথোইবা মথা তানীগুঙ ই লৈত্রবা গতি— (ধাম— পদবী) বু পীবি ॥৪৩॥

অমিং লুংথিলদা মহাকপু তত্তনা নীংশিংলিবা অমুগা অতোপ্পা অমা খন্দনা মহাক্কী আশ্রয়তদা চঙলিরেশিং অমুগীদি মখোয়গী মপোক্কা পুনশিদা ওন্থোক্না মঙল ওইবা তোংজবা (লাভ) ফংগি। অমুক করি হায়রিবা— মী মহাক অমু পরমাত্মা মামক্কী মশক ওইখি। মঙোন্দা প্রবেশ তৌখি— চঙশিনখি ॥৪৪॥

হে ব্রহ্মর্ষি! নারদ! নঙোন্দমু ভগবান্ পরমাত্মাতুগী মমন্দা প্রেমভক্তি অমু লৈ। অমুনা নঙোন্দা

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি নরনারায়ণসংবাদে ঊনত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩২৯॥

——:(৬):——

য়াম্না থুপ্পবা য়া ( শুদ্ধ ওইবা অদি হায়দোক্লবনি। য়াদি তাননবগী শুক্তলগ ( কয়বা পুংকম থেনকন্ম ) অমত্ম্ বংলবনি ॥৫৫॥

মসমম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা নরনারায়ণসংবাদগী চহুমগা কুম্যাপনশুবা অধ্যায় লোইয়ে ॥৩২৯॥

——:(৬):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( নিং:থৌ উপারচরগী চরিত্র

চহুমগা কুম্যরশুবা অধ্যায়

——:(৬):——

ভীষ্ম উবাচ।

স এবমুক্তো দ্বিপদাং বরিষ্ঠো নারায়ণেনোত্তমপুরুষেণ।

জগাদ বাক্যং দ্বিপদাং বরিষ্ঠং নারায়ণং লোকহিতাধিবাসম্ ॥১॥

নারদ উবাচ।

যদর্থমাত্মপ্রভবেন জন্ম কৃতং ত্বয়া ধর্ম্মগৃহে চতুর্ধা।

তৎ সাধ্যতাং লোকহিতার্থমদ্য গচ্ছামি দ্রষ্টুং প্রকৃতিং তবাদ্যাম্ ॥২॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! পুরুষোত্তম ভগবান্ নারায়ণনা নিপা অথোইবা নারায়ণদা অম্মুক্না হায়-রকদা লোক পুম্নমক্কী কান্নবগী তৃ নক্কম ওইরবা, পুরুষ পুংগী দুতিংবা ভগবান্ নারায়ণদা অমুক্ন হায়রকই। প্রভু! নহাক্কি অচচ্চত পুম্বগী হৌরকফম্ খাদিক রণনি। ইবুঙো নহাক্না ধর্ম্মগী যুমক ওইরবা মুমদা মরি খোক্না অবতার লৌবিরিদ্দগী মতু ইন্না লোকসিগী কান্নন পীদমক্কা থবক তৌবিয়ু। ঐ হৌজিক শ্বেতদ্বীপতা লৈরিবা নহাক্কী অহানবা মূর্ত্তি অদুগী দর্শন তৌবা চচ্চয়গে ॥১—২॥

পূজ্যাং গুরূণাং সততং করোমি পরস্য গুহ্যং ন তু ভিন্নপূর্ব্বম্ ।
বেদাঃ স্বধীতা মম লোকনাথ তপ্তং তপোনানৃতমুক্তপূর্ব্বম্ ॥৩॥
গুপ্তানি চত্বারি যথাগমং মে শত্রৌ চ মিত্রে চ সমোঽস্মি নিত্যম্ ।
তং চাদিদেবং সততং প্রপন্ন একান্তভাবেন বৃণোম্যজস্রম্ ॥৪॥
এভির্বিশেষৈঃ পরিশুদ্ধঃ সত্ত্বঃ কস্মান্নপশ্যেয়মনন্তমীশম্ ।
তৎ পারমেষ্ঠ্যস্য বচো নিশম্য নারায়ণঃ শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা ॥৫॥
গচ্ছেতি তং নারদমুক্তবান্ স সম্পূজয়িত্বাঽত্মবিধিক্রিয়াভিঃ ।
ততো বিসৃষ্টঃ পরমেষ্ঠিপুত্রঃ সোঽভ্যর্চ্চয়িত্বা তমৃষিং পুরাণম্ ॥৬॥
খমুৎ পপাতোত্তমযোগযুক্তস্ততোঽধিমেরৌ সহসা নিলিল্যে ।
তত্রাবতস্থে চ মুনির্মুহূর্ত্তমেকান্তমাসাদ্য গিরেঃ স শৃঙ্গে ॥৭॥
আলোকয়ন্নুত্তরপশ্চিমেন দদর্শ চাপ্যদ্ভুতমুক্তরূপম্ ।
ক্ষীরোদধের্যোত্তরতো হি দ্বীপঃ শ্বেতং চ নাম্না প্রথিতো বিশালঃ ॥৮॥

লোক পূম্নমক্কী মবুঙ্ত'। ননাইদি গুরুজন পুম্নমকপু লুনা তৌজ। ঐনা অথুম্না হয়ে'নবা মায়ু কনাগী মকমদা ওম্'থক্ হায়দোকচখিদে। ঐনা বেদবু কম্না ওমজখি নৈনজ'থ। তপস্যাসু তৌজখি, অসত্য ওইবা চুমদবা য়া মীনম্বা য়া অমত্ত ঙাঙজখিদ্রি ॥৩॥

শাস্ত্রগী নিয়ম মতু'ইন্না খোঙ্ত খুৎ পুক লিঙ্গশরীর, মরি অসিবু কম্ন শেম্নজে। যেক্লব মন্নাপ অনীবু চপ মান্ননা উই। আদিদেব ওইবা পরমাত্মা শ্রীনারায়ণবু মতম পুম্বদা কাউজদনা মাগী আশ্রয়দা চঙজ-চুনা তন্নন-ত তৌজে। ঐনা থরদং তৌজবসিগী পাম্বেনা ঐগী থম্মোয়দা অমকৃপা অমতা লৈহন্নজদে। অসিগুম্না লৈজয়বা ঐনা করিগীদমক পরমেশ্বরত্তুগী দর্শন কংজরোইদৌরিবনো ? ॥৪॥

ব্রহ্মাগী মচা নারদগী য়া অসি তাবদা সনাতনধর্ম্মগী রক্ষা তৌবিরিবা ভগবান্ নারায়ণনা, মাগনম্না হায়জরিবত্তুবু ভরাম্ ভরাম্না য়াবিত্তুনা, চৎলো হায়না বিদায় পীবিখি ॥৫॥

ব্রহ্মকুমার নারদনা বিদায় লৌত্তুনা পুর'তন ওইরবা কৃইরবা ঋষি নারায়ণগী পুজা তৌরম্লগা মীংথিবা বিক্রাগী পাম্বেনা নোংমদে স্থক্কা পাইখৎখিত্তুনা থুনা য়ঙনা মেরু চীংজাও মথক্ত অত্তুম্ মশক উথিজ্রে ॥৬॥

মেরুগী চী দোল্দ মীচিক-মীবাংওখোল তাদবা মফমদা নারদ মুনি অসি পূ অনীরোমদং লোথাখি। অমুগী তুংদা কৌক্ক পাংনা হায়রবদি — অবাং নো'চুপ পাংনা মমায় ওন্দুনা য়েংবদা নারদনা অঙকপা দৃশ্য অমা উখি ॥৭॥

ক্ষীরসমুদ্রগী অরাংলোমদা শ্বেত কৌবা দ্বীপ অম' লৈবত্তু মাগী মাঙদা মমী'মত্তদা উবঙ্গম্ তৌই। তোপোলজিক বিভাগ্‌পিংনা শ্বেতদ্বীপ হায়রবসি মেরু চীংদগী যুবক লিশিং কুছ্যানীথোই বাংতি হায়নৈ। মাসিদা

যে চ মুক্তা ভবন্তীহ নরা ভরতসত্তম। তেষাং লক্ষণমেতদ্ধি ভক্তেভ্যাসিনাম্ ॥১৪॥

তস্মান্মে সংশয়ং ছিন্ধি পরং কৌতূহলং হি মে। ত্বং হি সর্বকথারামস্ত্বাং চৈবোপাশ্রিতা বয়ম্ ॥১৫॥

ভীষ্ম উবাচ ॥

বিস্তীর্ণৈষা কথা রাজন্ শ্রুতা মে পিতৃসন্নিধৌ। যৈষা তব বক্তব্যা কথাসারো হি সম্মতা ॥১৬॥

রাজ্ঞা পৃষ্টঃ পুরা প্রাহ তমাহ শ্রুতবান্ পুরা। রাজোপরিচয়নাম বভূবাধিপতির্ভুবঃ ॥

আখণ্ডলসখঃ খ্যাতো ভক্তো নারায়ণং হরিম্ ॥ ১৭॥

ধার্মিকো নিত্যভক্তশ্চ পিতুর্নিত্যমতন্দ্রিতঃ। সাম্রাজ্যং তেন সম্প্রাপ্তং নারায়ণবরাৎ পুরা ॥১৮॥

সাত্বতং বিধিমাস্থায় প্রাক্‌সূর্যমুখনিঃসৃতম্। পূজয়ামাস দেবেশং তচ্ছেষেণ পিতামহান্ ॥১৯॥

পিতৃশেষেণ বিপ্রাংশ্চ সংবিভজ্যাশ্রিতাংশ্চ সঃ। শেষান্নভুক্ সত্যপরঃ সর্বভূতেষ্বহিংসকঃ ॥২০॥

---

কয়ম পোকখিবগে? মখোয়ন শিরগা করম্বা করম্বা অথোইবা গতি ( থাম— মফম ) দ ভুংখিবগে, খুঙ্গ-বাঙ্গি— চংখি যৌখিবগে? ॥ ৩॥

ভরতশাংগেগী অথোইব! ঈবুধৌ! শাস্ত্রদা হায়রিবা, মুক্ত ওইরব, অয়ান্‌বা খুত্তম কলেজা খীশিং অতুগী লক্ষণশিং অহু খেতব্বী ভা লৈবা মখোয়গীসু অতুম্মক মরৈসু হায়রি। অহুনা ভাবদা রাজা চিংনরে, চিংনরিবসে ঈবুধৌনা অমুক্তা কোক্‌হনবিয়ু ॥১ ॥

মখোয়গী মরমসি য়াম্না মুম্ন খঙনী দে। ঈবুধৌদি জ্ঞানগী মশাক ওইরবা, জ্ঞান পোক্কম ওইরবা, ঋায়ীশিংগী মপুংগী রসবু লোইনা চুপ্পরিবনি। ঐ ঈবুধৌদা চঙজরি ॥ ৫॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ। ঋায়ী অসিদি য়াম্না পাক্ চ উঙ্গবনি। মাসি ঈগী ঈপাগী অকয়দগী তাগ্র-বনি। মাতু ভসি নংগী মফদগা লীবা তারি। মাসে, অতৈ ঋায়ী পুম্নমক্কী মচংনি হায়না ঋানঙবনি ॥১৬॥

মমা তৈদা নোংমা ঐবু পোকপা ঈপা নিংথৌ শান্তনুনা হুংবদা নারদ মুনিনা লীখিবনি। পৃথিবীসিদা উপরিচর হায়না কৌবা নিংথৌ অমা পাম্লম্মি। মহাক অসি লাইরৈবাক্কী নিংথৌগী মরূপনি, অমুগা পাপ পুম্নমক্ কোক্‌হনবা ভঙ্গা ভগবান্ নারায়ণগী মহাভক্ত অমা ওইরম্মি ॥১৭॥

মহাক অসি ধর্মচেম্নবা অমুগা মপাগী মহাভক্ত অমনি। মথাদা করিগুম্বদা অথেম্বা তৌতোদবা অমত্ত তৌজে। মথাইতৈ ভগবান্ শ্রীনারায়ণগী কৃপাদগী পৃথিবী পুম্বগী অমতা ওইবা নিংথৌ ( সম্রাট ) ওইখি ॥১৮॥

ঈহান্ হংন্‌বগা ভগবান্ সূর্য্যদেবগী চীন্দগী থোকশিবা বৈষ্ণবশাস্ত্রগী বিধিগী মতুংইন্না দেবতা পুম্নমক্কী অবুঙো দেবেশ্বর ভগবান শ্রীনারায়ণগী সেবা পূজা তৌখি। নারায়ণদ কখিবত্তগী লেমহৌবা শঙ্গাক্‌না— পিতৃলোকগী, পিতৃলোকক্কী তৌবা সেবা পূজাগী লেমহৌবা শক্তুনা ব্রাহ্মণশিংগী মাতুদগী লেমহৌবা শঙ্গাক্‌না অচিথিনচিংবা চঙজরম্বশিংগী, অসুম তৌতুনা শঙ্গাক্ পুম্নমক তম্মনা লোইরবা তুংদা, থাইনগী লেমহৌবা [illegible] অমুগা মহাক মথাগী ওইনা চাথৈ। তুমিৎচুম্না সত্যগী মথক্তা থবক পুম্নমক [illegible] [illegible]

সর্ব্বভাবেন ভক্তঃ স দেবদেবং জনার্দ্দনম্। অনাদিমধ্যনিধনং লোককর্ত্তারমব্যয়ম্ ॥২১॥
তস্য নারায়ণে ভক্তং বহতোঽমিত্রকর্ষিণঃ। একশয্যাসনং দেবো দত্তবান্ দেবরাট্ স্বয়ম্ ॥২২॥
আত্মরাজ্যং ধনং চৈব কলত্রং বাহনং তথা। তত্তদ্ভাগবতং সর্ব্বমিতি তৎ প্রোক্ষিতং সদা ॥২৩॥
কাম্যনৈমিত্তিকা রাজন্ যজ্ঞিয়াঃ পরমক্রিয়াঃ। সর্ব্বাঃ সাত্বতমাস্থায় বিধিং চক্রে সমাহিতঃ ॥২৪॥
পাঞ্চরাত্রবিদো মুখ্যাস্তস্য গেহে মহাত্মনঃ। প্রয়ানং ভগবৎপ্রোক্তং ভুঞ্জতে বাগ্রভোজনম্ ॥২৫॥
তস্য প্রশাসতো রাজ্যং ধর্ম্মেণামিত্রঘাতিনঃ। নানৃতা বাক্ সমভবন্মনো দুষ্টং ন চাভবৎ ॥২৬॥
ন চ কায়েন কৃতবান্ স পাপং পরমম্বপি। যে হি তে ঋষয়ঃ খ্যাতাঃ সপ্তচিত্রশিখণ্ডিণঃ ॥২৭॥
তৈরেকমতিভির্ভূত্বা যৎ প্রোক্তং শাস্ত্রমুত্তমম্। বেদৈশ্চতুর্ভিঃসমিতং কৃতং মেরৌ মহাগিরৌ ॥২৮॥
মরীচিরত্র্যঙ্গিরসৌ পুলস্ত্যঃ পুলহঃ ক্রতুঃ। বসিষ্ঠশ্চ মহাতেজাস্তে হি চিত্রশিখণ্ডিনঃ ॥২৯॥

---

অমতগী মকমদা হি পাপী থবক অমত্তা তৌদে ॥ ৯—২০॥ অহোবা মরক অয়োইবা লৈতবা, লোক পুম্বগী অপেম্বা মপু, দেবদেব জনার্দনগী ভজন পূজন সেবাদা উপরিচর কৌবা নিংথৌ অসি থম্মোয় হুকচাং পূর্ণ্ণাং পুম্বমক শুপঙ্খুনা লৈখি ॥২ ॥

ভগবান্ নারায়ণগী মকমদা লেঙত্রবা ভক্তি থম্বা, য়েক্লবা নমথবা ওম্বা নিংথৌ অসিদা ওম্মোক্পা পেন্ থিত্নুনা দেবরাজ ইন্দ্রনা নিংথৌ উপরিচরগা আসন অমত্তদা, শয্যাথক্ অমত্তদা ফম্মিরে ॥২২॥

রাজা উপরিচরনা মহাক্কী রাজ্য সম্পত্তি পুপী অত্তাং, শাদোং, লন্গৈ পুগৈ পুম্বা ভগবান্ শ্রীনারায়ণগী মপোৎ ওাক্কনি থম্নুনা ভগবান্গী চরণদা লোইনা অর্পণ তৌথোকই ॥২৩॥

নিংথৌ। নিংথৌ উপরিচর য়ায়া চোকশিন্না, নৈমিত্তিককাম্য কর্ম্ম থিবিকপু বৈষ্ণবশাস্ত্রগী বিধি-বিধান মনুংইন্না পাঙথোকই ॥২৪॥

মহাত্মা ওইরবা নিংথৌ অসিগী মযুমদা পঞ্চরাত্রশাস্ত্রগী জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা অহিং থুংথিলদা লেত্তনা লৈ। ভগবান্দা কৎথিবগী প্রসাদী অদু ঈশান্ হানবহা জ্ঞানী পণ্ডিতশিং অসিনা ফংত্নুনা লৈ ॥২৫॥

ধর্ম্ম কায়দনা লৈপাক্কী শাসন তৌত্নুনা লৈরিবা, যেক্লববুম্ নৈত্নৎত্নুনা লৈরিবা নিংথৌসিনা করিগুম্বদা অসত্তাজাবগ তৌথিদ্রি মীনম্বা মরীক্ অমা ফাওবা ওাঙথিদ্রি। করিগুম্বদা থূজীন্-থূনাম্নে ফগী ওইরবম্ মাপী পূর্ণ্ণাংবু কত্তবা য়াথলনা থক্তিক্তসু মোৎহনথিদ্রি। মহাক্কী মশানা মথোত মপুংবা খ্বাইদগী পীকপবা পাপকী থবক অমা ফাওবা তৌথিদ্রি ॥২৬॥

আগম নিগম তন্ত্র স্মৃতিনচিংবগী উৎপত্তি অসি কনায়নগী করম্না কনা কনাদগী থোক্লকখিবা হায়বা অদু হায়গে তাও— মরীচি, অত্রি, অংগিরা, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, তেজ কল্লবা বসিষ্ঠ মথেম তরেৎ অসি চিত্র-শিখণ্ডী হায়না থঙৈ। চিত্রশিখণ্ডী হায়না কৌবা মথোয় তরেৎ অসি মমিং চৎলবা ওাক্কনি। মথোয় তরেৎ অসিনা য়াথল (মত) অমত্তা ওইনা মহাগিরি মেরুগী চীংদোম্দা লেংগ্নিবা পেমখ্রিবা শাস্ত্র অদু লেখ

সপ্তপ্রকৃতয়ো হ্যেতাস্তথা স্বায়ম্ভুবোঽষ্টমঃ। এতাভির্ধার্য্যতে লোকস্তাভ্যঃ শাস্ত্রং বিনিঃসৃতম্ ॥৩০॥
একাগ্রমনসো দান্তা মুনয়ো সংযমে রতাঃ। ভূতভব্যভবিষ্যজ্ঞাঃ সত্যধর্ম্মপরায়ণাঃ ॥৩১॥
ইদং শ্রেয়ঃ ইদং ব্রহ্ম ইদং হিতমনুত্তমম্। লোকান্ সঞ্চিন্ত্য মনসা ততঃ শাস্ত্রং প্রচক্রিরে ॥৩২॥
তত্র ধর্ম্মার্থকামা হি মোক্ষঃ পশ্চাচ্চ কীর্ত্তিতঃ। মর্য্যাদা বিবিধাশ্চৈ দিবিভূর্মৌ চ সংস্থিতাঃ ॥৩৩॥
আরাধ্য তপসা দেবং হরিং নারায়ণং প্রভুম্। দিব্যং বর্ষসহস্রং বৈ সর্ব্বে তে ঋষিভিঃ সম ॥৩৪॥
নারায়ণানুশাস্তা হি তদা দেবী সরস্বতী। বিবেশ তানৃষীন্ সর্ব্বলোকানাং হিতকাম্যয়া ॥৩৫॥
ততঃ প্রবর্ত্তিতা সম্যক্ তপোবিদ্ভির্দ্বিজাতিভিঃ। শব্দে চার্থে চ হেতৌশ্চ এষা প্রথমসর্গজা ॥৩৬॥
আদাবেব হি তচ্ছাস্ত্রমোঙ্কারস্বরপূজিতম্। ঋষিভিঃ শ্রাবিতং যত্র কারুণিকো হ্যসৌ ॥৩৭॥

---

মক্কিনী মতৌগুম্বা য়াম্বা ঊকায় থুম্বনা লুনা তৌনন ঙাম্বনি। চীন্ তরেত্তগী থোকখিবা শাস্ত্র অমুসা লোক-ধর্ম্মগী ব্যাখ্যা য়াম্বা নীংথিনা তৌরি ॥২৭—২৯॥

হায়রিবা ঋষি তরেৎ অসি প্রকৃতিগী শায়োন মূর্ত্তি তরেৎকুম্বনি। মখোয় তরেৎ অসি প্রজা (মচা-মশু) গী বিস্তার তৌকম মক্কনি। মখোয়সিগী মথক্তা নিপানশুবা প্রজাপতি ব্রহ্মা লৈরি। মখোয়সিনা সংপূর্ণ জগৎ অসিবু ধারণ তৌদুনা লৈরি। শাস্ত্রবু পুথোকখিবসো মখোয় তরেৎ অসিনি ॥৩০॥

ঋষি তরেৎ অসি পুম্বপা পুক্কীং অনী লোঙদনা, ইন্দ্রিয় থুম্বম চনবা, ভূত, ভবিষ্য, বর্ত্তমানবু খঙবা, উবা, অমুগা সত্যধর্ম্মদা পরায়ণ ওইবা মীশক মক্কনি ॥৩১॥

অমুম তৌরবদি জগৎকী মঙ্গল ওইগনি, অসুম তৌরবদি পরমাত্মাবু উবা ফংবা ওমগনি, অসিগুম্বা উপায়শিনা সংসারগী কাম্বব্যু পাঙথোকপা য়াগনি হায়না অমত ওইনা খন্থমিন্নদুনা শাস্ত্রলেংব হৌখিবনি ॥৩২

মখোয়না মত অমত ওইনা লেংপ্রিবা শাস্ত্র অমুদা ঊহান হানবদা ধর্ম্ম অর্থ কামগী অমুদগী মোক্ষগী খবর তৌরি। স্বর্গ অমুগা মর্ত্ত্যলোকতা চৎনরিবা লোকব্যবহার, লোকমর্য্যাদাগী মওং মতৌসু স্তৌংলি ॥৩৩॥

ঋষি তরেৎ অসিনা অতোপ্পা ঋষিশিংগা লোয়ননা চহী লিশিং অম চুপ্প তপস্যা তৌদুনা ভগবান্ নারায়ণগী আরাধনা তৌখি। মখোয়না তৌরিবহুদা পেল্লদুনা ভগবান্ নারায়ণনা সরস্বতী দেবীবু মখোয়গী মনাক্তা থারকই। নারায়ণগী য়াথংগী মতুংইন্না লোক পুম্বমক্কী মঙ্গলগী দমক্তা সরস্বতী দেবীনা মখোয়গী থম্মোয়দুদনা চঙখি ॥৩৪—৩৫॥

মতম অদুদা তপস্বী ব্রাহ্মণশিং অমুনা শব্দ অর্থ, হেতুনা তিনমথা বাণী (বাঙ্মাও— বাচ্য) অম প্রয়োগ তৌখি। মাদুনা ঊহান হানবা মখোয়গী রচনা ওইখি ॥৩৬॥

শাস্ত্র অমুগী ঊহান হানবা হৌগৎলক্পদা ওঁ হায়বা উচ্চারণ অসি শীজিন্নখি। ঋষিশিংসিনা ঊহান্ হৌজা মখোয়গী শাস্ত্রশিং অমুবু তাহনখিবা মফম মতম অদুদা ভগবান্ শ্রীনারায়ণ প্রণামক লৈরম্মি— থাব য়াওরম্মি ॥৩৭॥

ততঃ প্রসন্নো ভগবাননির্দিষ্টশরীরগঃ। অব্রবীদুবাচ তাপবর্ণানদৃষ্টঃ পুরুষোত্তমঃ ॥৩৮॥

অদুগী তুংদা হায়নীওয়া নৈতনা নীংথিরবা হকচাং অমদা চংদুনা ভগবান্ পুরুষোত্তম নারায়ণনা—মথোয়না উহন্দনা অসুম্না হায়রকই— ॥৩৮॥ *

* 'হকচাং অমগী মদুংদা লৈদুনা উহন্দন হায়রকই— " হায়বসিগী ভাবতি— কনাগুম্বা অমনা নত্রগা করিগুম্বা শা ওানা লাওরক্লিবা ওাঙলক্লিদসি করিগুম্বা পোৎশক অমনা তাইবংমী শা ওা, উচেক রায়া, ভীল কান্ত হায়না কৌশিনবা হকচাং অমগী মদুংদা, মরুমদা থুপতুনা মশামক্ উহন্দনা ওাওবা, লাউরকপা, কপ্পকপা, নোক্লকপা মকুনি। মাবুদি উত্ররবনিনা মাবু উহন্দনা কুপশিন্দুনা থম্লবা হকচাং (শরীর মপৈ) অসিনা ওাঙলিবনি হায়না লৌবা তাথিবনি। উরিবা হকচাং অসিগী মদুংদা হকচাং অমনা কুপ্তুনা লৈবা, নত্রগা হকচাং ঈরাও ওাওদবা— নির্দেহ নিরাকার নত্রগা সাকার ওইবা করিগুম্বা অমনা ওাঙওকপনি হায়বসি— মশানা ভারে। রা ওাওদনা তুমিন্ন লৈরি হায়না উরিবা হকচাংসিদনা, মদুংদা লৈরিবা পোৎশক মহাক্কচু তুনিন্না লৈবা তাই। অদুনা মপানগী কুয়োমসিবু ঐনি হায়না থজদবা পোৎশক ( আত্মা ) অদুনা ভডুম্না থজদবগী থাক্ মৌরক্লবদা হোওবা চাউবা হায়না কৌরিবা হকচাংদুংদা লৈরিবা মহাক্কা মা মথন্ত অদুম্—লৈজবনিনা ক্রক্ ক্রক্ ঈমপ্রবা মী শা উচেক লিশিং লিশিংগী মদুংদা মথন্তা তুমিন্ন লৈদুনা ধ্যান তৌবা ওন্নি। "করিগুম্বা কনাগুম্বা অমনা ওাঙলিত্রা, থম্লত্রা হকচাংসিগী মদুংদা লৈঃনা ?"— অসুম থম্নকপা, ঈহান্ হাম্বা থাক্ সিড্ডি অসি ফাওবা কাথংলমদনা সংসার অসিদগী চংনথিবনা অয়াম্বনি। মশক হকচাং) উহন্দনা মরুমদা থুপতুনা লেংতুনা কনাগুম্বা অমনা লাউরকপদা,— কনানো কনানো ? হায়না কোঃথি থিরি। মহাক্কা থদুনা কাকরিবহৌদি হকচাংদুদুনি। অদুদগীদি লাউরম্বা অদুম্ন তুমিন্ন লৈদ্রে। "নহাক্কা ওাওলম্বদো ? হায়না হংবদা কিদুনা "নষ্টে" হায়না খুম্বা ভাবদা লাউরম্বদু থিবা অমুক চংনরি। ঐনা পমদুনা কোম্মুনা চুম্লিবসি কনাবুনো ? মপানগী মাংসপিণ্ড অসিবুরা ? নত্রগা— হকচাং কুয়োম অসিগী মদুংদা মুংশিবা অথোৎপা মাইহেনা ওাওলম্বা— করিগুম্বা অমা লৈরিবসিবুরা ?.. হায়না থম্বসি মী লিশিংগী মদুংদা অমতংককা য়াওরকই। গীতাদসু য়াওরি,— "মনুষ্যাণাং সহস্রেষু কশ্চিৎ ।" হকচাং মাংলপিণ্ড অসিভবু তুংনি মুংশিনা থজদুনা চংপ্রবা ( শিপ্রবা ) মপানগী হকচাংবু থাদোকপা ভমদনা চংশিনবশিং অদুগী মমক মথোয়না পামজরম্না পিণ্ডদু মচা মশূনা অসিদা অমুক দান তৌনহৌরি। অয়েম্বা রাথল মামাসিদগী রাংমা লান্‌থিদুনা সর্বত্যাগী ( পুন্নমক থাদোক্লবা ) ওইদুনা, সন্ন্যাসী ওইদুনা চংপ্রবশিং অদুগীদি— পিণ্ডদান তৌনদ্রিবসিনি। শ্রাদ্ধ মুমিন্তা "হকচাং শাবা" হায়দুনা— শোরাংকী থারিবা শেম্লিবা কমুংদা মী-মতুমনা লকোয়না হকচাং শারগা, মাদুদা পুরোহিতনা জীবন্যাস তৌরগা— আত্মা অদু কৌথরি। ওমু'ঙ্গি মায়না কত্রবা পোৎনি। শ্রীভগবান্ নারায়ণনা হকচাংদুংদা লৈদুনা উহন্দনা ঋষিশিং অমিরা জ্ঞান তাকুথিরনি।

( ক্রমশঃ )

কৃতং শতসহস্রং হি শ্লোকানামিদমুত্তমম্। লোকতন্ত্রস্য কৃৎস্নস্য যস্মাৎ ধর্ম্মঃ প্রবর্ত্ততে ॥৩৯॥
প্রবৃত্তৌ চ নিবৃত্তৌ চ যস্মাদেতৎ ভবিষ্যতি। যজুর্ঋক্‌সামভিঃর্জুষ্টমথর্ব্বাঙ্গিরসৈস্তদা ॥৪০॥
যথা প্রমাণং হি ময়া কৃতো ব্রহ্মাপ্রসাদতঃ। রুদ্রশ্চ ক্রোধজো বিপ্রা যূয়ং প্রকৃতয়ো তথা ॥৪১॥
সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ বায়ুর্ভূমিরাপোঽগ্নিরেব চ। সর্ব্বে চ নক্ষত্রগণা যচ্চ ভূতাভিশব্দিতম্ ॥৪২॥
অধিকারেষু বর্ত্তন্তে যথা স্বং ব্রহ্মবাদিনঃ। সর্ব্বে প্রমাণং হি যথা তথা তচ্ছাস্ত্রমুত্তমম্ ॥৪৩॥

---

মুনি অখোইবা পুম্নমক। নখোয়না লেংওক্লিবসে শ্লোক লক্ষা অমা কায়ে। শ্লোক লক্ষা অমনা মীং-থিজয়বা শাস্ত্র অমা লেংলে। মাসিদা হায়রিবা নিয়ম বিধিগী মতুংইন্না লোকতন্ত্র লোকধর্ম্ম পুম্নমক মথং মথং চৎনগনি ॥৩৯॥

প্রবৃত্তি নিবৃত্তিগী বিষয়দা ইরিবশিং অসি ঋক্ যজুঃ সাম অথর্ব্ব বেদ মরিনা অনুমোদন তৌরবা—হায়বা সিদ্ধান্ত অমমম্‌গুম্না লৈহৌরগদবা ওাক্তনি ॥৪০॥

ব্রাহ্মণ পুম্নমক। ঐহোন্দগী থোকখিবা ব্রহ্মানা, ব্রহ্মানা শাউবদগী পোকখবা রুদ্রনা, নখোয় লৈরিয় প্রজাপতি পুম্নমক্কা, সূর্য্য চন্দ্রমা বায়ু ভূমি মৈ ঈশিং নক্ষত্রশিংনা. অতৈ অতৈ পোৎ পুম্নমক্কা অহুগা ব্রহ্মবাদী ঋষিশিংনা মাগী মাগী অধিকার অমদি শক্তিগী মতুংইন্না মাগী মাগী মথৌ তৌহনা লৈরিবা অসিনা অচুম্বনি হায়না লৌনরিবসিগুম্না নখোয়না লেংলিবা শাস্ত্র অসিসু অচুম্বনি প্রমাণ চপ চারবনি হায়না জগৎ অসিনা লৌনপ্রসন্ন— মাসি ঐগী হাথংনি ॥৪১—৪৩॥ *

---

* "শাস্ত্র" হায়বদি— শাসন তৌনবগী থুংলায় হায়বনি। হারেপ-হাভেম্নবগী থুংলায়নি। অচুম্বনা চুমদবা ওইদনবা, চুমদবনা অচুম্বা ওইথিনবা, হারকৃপা, হারেপ্পা, হভেম্বা অহুম অসিনা শাস্ত্রগী মরু ওইবা মথৌনি। চুমদবা কদায়বু কৌই? অচুম্বনি হায়বা করি প্রমাণ লৈ? অসিনচিংবা ভাকপসু শাস্ত্রগী মথৌনি। অচুম্ অয়ান্, পাপ-পুণ্য কদায়বু কৌই? হায়বগী সংজ্ঞা পরিভাষা পীবসু শাস্ত্রগী মথৌনি। হায়রবা অচুম্ অয়ানগী মতুংইন্না চত্নগা চত্রিবশিংবু দণ্ড পীবগী নিয়ম ভাকপসু শাস্ত্রগী মথৌনি। অচুম্বশিং অহু মাগী মাগী অধিকারদা ভেঙোন্ তোওান্না লৈনগদবনি হায়বহুসু শাস্ত্রগী হাথংনি। অসিগুম্বা শাস্ত্রসি কনানা ঈহান্ হান্না লেংখি? লেংখ্রিবা মাগী হাখল অহুতনা শাস্ত্রনি হায়বসি করম্না য়াফম থোকপগে? অমুম্ব হায়না চিংননবা, য়েংননবা মরুম হান্না লৈগনি। মতাং অসিদা বিষ্ণু ভগবান্না হাংরিবদি—'হুম্মিৎ' অসি অচুম্বা অমনি। অচুম্বা মাগী অচুম্বা মঙান্না অচুম্বা ঈশিংবু অচুম্বা নোংমদে ন্দা চিংখৎলি। মথোয়সিগী মরক্তা অয়ান্‌বা অমতং হাওরম্ববদি নোং ভাহনা লৈপাক লৈহাও চেল্লিবা, মহৈ-মরোং চুম্না পাল্লিবসি অমতা হায়রোইদবনি। অচুম্বশিংসিগী ভম্ববু মুম খঙলগা লেংখ্রিবা শাস্ত্র শিংহনা অমুক হেন্না চুমপ্রে। হুম্মিৎ থোক-খ্রিঙনা অহুম তৌগদবনি তৌরোইদবনি হায়না ভাক্লিবসি অচুম্বা হুম্মিৎ মশামক্কা ভাকপা ওমদে। অমুনা, হুম্মিৎ-খানচিংবদগীসু মথোয়গী ভম্ব ভাকপা শাস্ত্রনা চাউগদবনি। অসিগুম্বা শাস্ত্রদি হুম্মিৎ-খা-খরাম্মিচাক্রক্তিংখলা

ভবিষ্যতি প্রমাণং বৈ এতন্মদনুশাসনম্। অস্মাৎ প্রবক্ষ্যতে ধর্ম্মান্ মনুঃ স্বায়ম্ভুবঃ স্বয়ম্ ॥৪৩॥
উশনা বৃহস্পতিশ্চৈব যদোৎপন্নৌ ভবিষ্যতঃ। তদা প্রবক্ষ্যতঃ শাস্ত্রং যুষ্মন্মতিভিরুদ্ধৃতম্ ॥৪৪॥
স্বায়ম্ভুবেষু ধর্ম্মেষু শাস্ত্রে চৌশনসে কৃতে। বৃহস্পতিমতে চৈব লোকেষু প্রতিচারিতে ॥৪৫॥
যুষ্মৎ কৃতমিদং শাস্ত্রং প্রজাপালো বসুস্ততঃ। বৃহস্পতিসকাশাৎ বৈ প্রাপ্স্যতে দ্বিজসত্তমাঃ ॥৪৬॥
স হি মদ্ভাবিতো রাজা মদ্ভক্তশ্চ ভবিষ্যতি। তেন শাস্ত্রেণ লোকেষু ক্রিয়াঃ সর্ব্বাঃ করিষ্যতি ॥৪৭॥
এতদ্ধি যুষ্মচ্ছাস্ত্রাণাং শাস্ত্রমুত্তমসংজ্ঞিতম্। এতদর্থ্যং চ ধর্ম্ম্যং চ রহস্যং চৈতদুত্তমম্ ॥৪৯॥
অস্য প্রবর্ত্তনাচ্চৈব প্রজাবন্তো ভবিষ্যথ। স চ রাজশ্রিয়াযুক্তো ভবিষ্যতি মহান্ বসুঃ ॥৫০॥

---

নখোয়না লেংখ্রিবা শাস্ত্রসিগী মতুংইন্না স্বায়ম্ভুব মনুনা ধর্ম্মগী উপদেশ পীগনি। শুক্রাচার্য্যনা বৃহস্পতিনা অনীনা প্রকট ওইরক্লপা ( পোক্লক্লপা ) নখোয়গী বুদ্ধিদগী থোকখ্রিবা শাস্ত্র অসিগী মতুংগী তাক ময়াম অসি মখোয় অনীনা প্রবচন ( ভাষণ ) তৌরক্খিগনি ॥৪৪—৪ ॥

ব্রাহ্মণ পূন্নমক। স্বায়ম্ভুব মনুগী ধর্ম্মশাস্ত্র, শুক্রাচার্য্য অমগা বৃহস্পতিগী মত না লোক পুন্নমক্তা শন্দোরকপা মতম অদুদা প্রজাবু য়োক্পা বসু ( নিংথৌ উপরিচর ) না বৃহস্পতিগী মমন্দগী নখোয়গী শাস্ত্র অসে তমগনি ॥৪৬—৪৭॥

সৎপুরুষশিংনা সম্মান তৌরগদবা রাজা উপরিচর হায়রবসি ঐগী মহাভক্ত অমা ওইরক্কনি। অদুগা মহাত্মা নখোয়গী শাস্ত্র অসিদা হায়রি হায়রিবতুগী মতুংইন্না শাসননচিংবা থবক পুন্নমক তৌরক্কনি ॥৪৮॥

নখোয়গী শাস্ত্র অসিনা অতৈ অতৈ শাস্ত্রশিংদগী থোইদোক্ হেন্দোক্লা লৈরগনি। শাস্ত্র অসে ধর্ম্ম-শাস্ত্র, অর্থশাস্ত্র অদুগা য়াম্না থুপপ্রবা শাস্ত্র অমা ওইদুনা লৈহৌরগদবনি ॥৪৯॥

শাস্ত্র অসিগী প্রচারদগী নখোয় পুন্নমক্ সন্তানবান্ ( মচা-মশু লৈবা ) হায়বদু ওইহৌরগনি। নখোয়গী প্রজাগী বৃদ্ধি হায়নচু ওইগনি। অদুগা রাজা উপরিচর হায়বতুস্থ রাজলক্ষ্মীনা তিল্লবা মহাত্মা রাজর্ষি অমা ওইরক্কনি ॥৫০॥

---

থম্না লৈরিবা বিশ্বজগৎ অসিবু মাগী মনুংদা হাজিন্দুনা থম্বা ঈশ্বর মহাক্ অদুতনা পুরোত্তমনি। অদুগুম্বা ঈশ্বর অদু বিষ্ণু ওইবা মাতনা ওমগদবনি। মথম্তনা মতম অয়মম্‌দা, মকম অমম্‌দা, পোৎ [illegible] মক্তা বিষ্ণু ওইদুনা লৈগদবনি। অদুগুম্বা বিষ্ণুগী থোকথিবা— বৈষ্ণব, ভক্ত, আচার্য্য মুনি, [illegible] [illegible] অচুম্বমক্কনি। জগৎ অসিদা লৈরিবা উরিবা পোৎ অয়াম্বা— অনিত্য ( লেপ্পনা— [illegible] লৈবা নত্তবা ) মক্কনি। অদুবু, অনিত্য অদুগী মনুংনা লৈরিবা—অনিত্যবমচিংগী তত্ত্ব খিব্রিবা [illegible] শাস্ত্র অদুদি নিজানি, অরেপ্পনি, অচুম্বনি। মাসিগী ময়ম অসিদা উপদেশ পীবিরিবনি— [illegible] [illegible] শ্রীনারায়ণদা মহাক্নে।

( [illegible] )

সংক্ষিপ্তে তু যুগে তস্মিঞ্ শাস্ত্রমেতৎ সনাতনম্। অন্তর্ধাস্যতি তৎ সর্ব্বমেতৎ বঃ কথিতং ময়া ॥৫১॥
এতাবদুক্ত্বা বচনমদৃশ্যঃ পুরুষোত্তমঃ। বিসৃজ্য তানৃষীন্ সর্ব্বান্ কামপি প্রস্থিতো দিশম্ ॥৫২॥
ততস্তে লোকপিতরঃ সর্ব্বলোকার্থচিন্তকাঃ। প্রাবর্ত্তয়ন্ত তচ্ছাস্ত্রং ধর্ম্মযোনিং সনাতনম্ ॥৫৩॥
উৎপন্নেঽঙ্গিরসে চৈব যুগে প্রথমকল্পিতে। সাঙ্গোপনিষদং শাস্ত্রং স্থাপয়িত্বা বৃহস্পতৌ ॥৫৪॥
জগ্মুর্যথেপ্সিতং দেশং তপসে কৃতনিশ্চয়াঃ। ধারণাঃ সর্ব্বলোকানাং সর্ব্বধর্ম্মপ্রবর্ত্তকাঃ ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
নারায়ণ-নারদ-সংবাদ-নাম ত্রিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩৪০॥

——:(#):——

---

নিংথৌ অহুনা নোঙ্গাপ্রবা তুংদা অসিগুম্বা সনাতন ওইবা শাস্ত্র অসে সাধারণ ওইবা মীশিংগী মমীত্তদি পুম্মুৎ মুৎপ্রগনি। শাস্ত্রসিগী মরমদা হায়গদবা খু পুম্বা ঐনা হায়রবনি ॥৫১॥

মসু উহন্দনা অদুমা হায়রবা মতুংদা ভগবান্ পুরুষোত্তম অসি ঋষিশিং অদুবু মফম অদুদা বিদায় তৌরম্মগা থংখ্রাং মাংখি ॥৫২॥

মতুংগী তুংদা লোক পুম্নমক্কী ফারনবতা খল্লবা প্রজাপতি ঋষিশিং অসি ধর্ম্ম পুম্বগী মরু ওইবা সনাতন ওইরগদবা শাস্ত্র অসি জগত্তা শন্দোকখি ॥৫৩॥

অহানবা কল্পগী অহানবা যুগতা, বৃহস্পতিগী আবির্ভাব ওইরবদা মতোম্দা ঋষি প্রজাপতিশিংনা অঙ্গ অমদি উপনিষংকা লোয়ননা শাস্ত্র অসি তম্বিখি। অতুগী তুংদা, ধর্ম্ম পুম্নমকপু শন্দোকপা. লোয়ন পুম্নমকপু ধর্ম্মগী মর্য্যাদা মতুংদা পুশিনবিরম্বা ঋষিশিং অসি তপস্যা তৌনবগে হায়না থম্মুনা— মাম্না মাম্না পাম্লুববা মফমদা চৎনখি ॥৫৪—৫৫॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা
মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা নারায়ণ-নারদ-সংবাদ চহুমগা কুন্থরাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩৪০॥

——:(#):——

# মণিপুরী মহাভারত

## একত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( নিংথৌ উপরিচরগী ঋ)জ্ঞ )

### চহুম কুন্থ্রাথোইগুবা অধ্যায়

——:(ক):——

ভীষ্ম উবাচ ।

ততোঽতীতে মহাকল্পে উৎপন্নেঽঙ্গিরসঃ পুত্রে । বভূবুর্নির্বৃতা দেবা জাতে দেবপুরোহিতে ॥ ॥
বৃহদ্‌ব্রহ্ম মহচ্চেতি শব্দাঃ পর্য্যায় বাচকাঃ । এভিঃ সমন্বিতো রাজন্ গুণৈ বিদ্বান্ বৃহস্পতিঃ ॥২॥
তস্য শিষ্যো বভূবাগ্র্যো রাজোপরিচরো বসুঃ । অধীতবাংস্তদা শাস্ত্রং সম্যক্ চিত্রশিখণ্ডিজম্ ॥৩॥
স রাজা ভাবিতং পূর্ব্বং দৈবেন বিধিনা বসুঃ । পালয়ামাস পৃথিবীং দিবমাখণ্ডলো যথা ॥৪॥
তস্য যজ্ঞো মহানাসীদশ্বমেধো মহাত্মনঃ । বৃহস্পতিরুপাধ্যায়স্তত্র হোতা বভূব হ ॥৫॥

---

ভীষ্মনা হায়;— যুধিষ্ঠির । অহুগী তুংদা মৌজিক লৌশ্রবা পাক্ চাউশ্রবা কল্পহুগী অহানবা হৌগং-লকপদা, অঙ্গিরাগী মচা বৃহস্পতি পোকখি, অহুগা মহাক্কা স্বর্গগী দেবতা পুম্নমক্না পুরোহিত ওইখি। বৃহস্পতিনা মখোয়গী পুরোহিত ওইবসিদা লাইয়াম পুম্নমক ওল্লোক্লা হরাওখি ॥১॥

নিংথৌ ! বৃহৎ, ব্রহ্ম অহুগা মহৎ হায়রিবা শব্দ অহুম অংস অর্থ অমতা পুই । শব্দ অহুমগী অর্থগী গুণশিংহু লাইয়ামগী পুরোহিত ( দেব পুরোহিত ) মাগী মশাদা য়াওরম্মি । মরম অহুনা বিদ্বান্ ওইবা দেব-গুরুতম্ বৃহস্পতি ( বৃহৎ + পতি ) কৌই ॥২॥ *

দেব পুরোহিত বৃহস্পতিগী অখোইবা শিষ্য অহুগা যজমানদি নিংথৌ উপরিচর বসু হায়বা অসিনি । মহাক্কা অহানবদা চিত্রশিখণ্ডিশিংনা তন্ত্রশাস্ত্র অহু বিধি কায়দনা বৃহস্পতিদগী তমখি ॥৩॥

নিংথৌ উপরিচর বসু অসি অয়ানবদা দেবতাশিংগী বিধি বিধান মতুংইন্না পৃথিবী মপুম্নসিদু— ইন্দ্রনা লাইরৈবাক্ তাক্পহুগুন্না তাক্লম্মি ॥৪॥

মতম অমদা রাজা উপরিচর বসুনা চাউরবা অশ্বমেধ-যজ্ঞ অমা লিংখৎলম্মি । যজ্ঞ অদুদা হোতা ( হোমজ্ঞে পাম্নবদি ) উপাধ্যায় বৃহস্পতিনা অহুম ওইরে ॥৫॥

---

* শব্দ অসি যোগরূঢ়নি । অঙ্গিরাগী মচা ঋষি অহুতগী অর্থদা পুরগা রূঢ়নি । দেবতাশিংগী পুরোহিতসি অধসা অমনা শইরবস্থ বৃহস্পতি কৌবা রাই । রাজ্যদনা শব্দ অসি যৌগিকনি । ( কালাচাঁদ )

প্রজাপতিসুতাস্তত্র সদস্যাস্তত্রাভবংস্ত্রয়ঃ। একতশ্চ দ্বিতশ্চৈব ত্রিতশ্চৈব মহর্ষয়ঃ ॥৬॥
ধনুষাখ্যোঽথ রৈভ্যশ্চ অর্বাবসু পরাবসু। ঋষির্মেধাতিথিশ্চৈব তাণ্ড্যশ্চৈব মহানৃষিঃ ॥৭॥
ঋষিঃ শান্তির্মহাভাগস্তথা বেদশিরাশ্চ যঃ। ঋষিশ্রেষ্ঠশ্চ কপিলঃ শালিহোত্রপিতা স্মৃত ॥৮॥
আদ্যঃ কঠস্তৈত্তিরিশ্চ বৈশম্পায়ন পূর্ব্বজঃ। কণ্বোঽথ দেবহৃতশ্চ এতে ষোড়শ কীর্ত্তিতাঃ ॥৯॥
সম্ভৃতঃ সর্ব্বসম্ভারস্তস্মিন্ রাজন্ মহাক্রতৌ। ন তত্র পশুঘাতোঽভূৎ স রাজৈবং স্থিতোঽভবৎ ॥১০॥
অহিংস্রো শুচিরক্ষুদ্রো নিরাশীঃ কর্ম্মসংস্তুতঃ। আরণ্যকপদোদ্ভূতা ভাগাস্তত্রোপকল্পিতাঃ ॥১১॥
প্রীতস্ততোঽস্য ভগবান্ দেবদেব পুরাতন। সাক্ষাৎ তং দর্শয়ামাসসোঽদৃশ্যোঽন্যেন কেনচিৎ ॥১২॥
স্বয়ং ভাগমুপাঘ্রায় পুরোডাসং গৃহীতবান্ অদৃশ্যেন হৃতো ভাগো দেবেন হরিমেধসা ॥১৩॥
বৃহস্পতিস্ততঃ ক্রুদ্ধঃ স্রুচমুদ্যম্য বেগিতঃ আকাশং ঘ্নন্ স্রুচঃ পাতৈ রোষাদশ্রূণ্যবর্ত্তয়ৎ ॥১৪॥

---

প্রজাপতিগী একত, দ্বিত, ত্রিত, কৌবা মচা অহুমনা যজ্ঞতুগী সদস্য ওইখি ॥৬॥ মখোয় অহু নত্তনা ধনুষ, রৈভ্য, অর্ধাবসু, পরাবসু, মুনি অথোইবা মেধাতিথি, মহর্ষি তাণ্ড্য, পূকচেল চাউরবা শান্তি কৌবা মুনি, বেদশিরা, শালিহোত্রগী মপা মুনি কপিল আদ্যকঠ, বৈশম্পায়নগী ময়াম্বা তৈত্তিরি, কণ্ব অহুগা দেবহোত্র মখোয় তরাহুমদোই অসিসু উপরিচর নিংথৌগী যজ্ঞগী সদস্য ওইরম্মি ॥৭—৯॥

নিংথৌ! চাউরবা মহাযজ্ঞ অদুগীদমক মতীক চারবা পূজাগী সামগ্রী ( পূজাগী পোচ্চে ) পুন্নমক পীল্লাংহুনা থমগ্রে। অদুগা অশ্বমেধ যজ্ঞনিদি হায়রগা যজ্ঞগী বলিদানগী দমক করিগুম্বা জীব অমত্তা হাৎখিদ্রে। অদুগা নিংথৌ উপরিচর বসুমসু মাগী যজ্ঞ অদুদা করিগুম্বা শা। অমত্তা হাৎলোই হায়না হায়নগী অসুম থজ্জহুনা লৈখিবনি ॥১০॥

হিংসাগী রাখল য়াওদ্রবা থম্মোয় হকচাং পূম্শেং শেংব্রবা, পূকচেল চাউরবা করিগুম্বা কামনা অমত্তা য়াওদ্রবা অদুগুম্বা নিংথৌনি। অদুনা মহাক্না হিংসাগী শরুক ঈয়াও য়াওদ্রবা যজ্ঞকর্ম্ম অদু ভৌগে থম্লুনা কর্ম্ম অদুনা পূক্লীং চঙখিবনি। বনদা হৌবা উহৈ-বাহৈতনা যজ্ঞ অদু তৌরগা, দেবতাশিংগী শরুক্ ভমগে হায়না মপূক্লীংনা লেপখিবনি ॥১১॥

মতম অদুদা পুরাণপুরুষ ওইরবা দেবদেব শইরবা নারায়ণনা পেন্থিহুনা নিংথৌদা সাক্ষাৎ ওইনা দর্শন পীখিবনি। নারায়ণগী দর্শন অদু মহাক্তনা ফংখিবনি। মহাক নত্তনা যম্ম অদুদা য়াওরিবা কনা অমত্তনা নারায়ণবু উবা— মশক উবা ফংখিদে ॥১২॥

ভগবান্ হয়গ্রীবনা মশামক্ত উহন্দনা মহাক্না ফংলিবা, শরুক্ ভম্লিবা পুরোডাস ( যজ্ঞগী ভল্ ) অদু লৌখি। পুরোডাশ অদুগী মনন্ লৌহুনা, পুরোডাশ অদু মহাক্না মথা পোলহন্দুনা, হায়বদি— কনা অমত্তনা লোবা ভম্দনবা থম্খিবনি ॥১৩॥

মাদু উবদা হোমজৈ পায়রিবা বৃহস্পতি অসি ওহোক্না শাউগ্রে। মহাক্না মতম অদুদা হোমজৈ-

উবাচ চোপরিচরং ময়াভাগোঽয়মুদ্যতঃ। গ্রাহ্যঃ স্বয়ং হি দেবেন মৎপ্রত্যক্ষং ন সংশয়ঃ ॥১৫॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

উদ্যতা যজ্ঞভাগা হি সাক্ষাৎ প্রাপ্তাঃ সুরৈরিহ। কিমর্থমিহ ন প্রাপ্তো দর্শনং চ হরির্বিভুঃ ॥ ১৬॥

ভীষ্ম উবাচ।

ততঃ স তং সমুদ্ধূতং ভূমিপালো মহান্ বসুঃ। প্রসাদয়ামাস মুনিং সদস্যাস্তে চ সর্ব্বশঃ ॥১৭॥

ঊচুশ্চৈনমসংভ্রান্তা ন রোষং কর্ত্তুমর্হসি। নৈষ ধর্ম্মঃ কৃতযুগে যত্ত্বং রোষমচীকৃথাঃ ॥১৮॥

অরোষণো হ্যসৌ দেবো যস্য ভাগোঽয়মুদ্যতঃ। ন শক্যঃ স ত্বয়া দ্রষ্টুমস্মাভির্বা বৃহস্পতে ॥১৯॥

যস্য প্রসাদং কুরুতে স বৈ তং দ্রষ্টুমর্হতি। একতদ্বিতত্রিতাশ্চোচুস্ততশ্চিত্রশিখণ্ডিনঃ ॥২০॥

বয়ং হি ব্রাহ্মণঃ পুত্রা মানসাঃ পরিকীর্ত্তিতাঃ। গতা নিঃশ্রেয়সার্থং হি কদাচিদ্দিশমুত্তরাম্ ॥২১॥

---

অদু থাজংতুনা আকাশদা কপ্পা থাখি। অশাউবগী শি মরীক্ মরীক্ শিন্থখি ॥১৪॥ অদুনগী অমুক্ নিংথৌ উপরিচর বসুদা হায়খি,— ঐনা শেমখিবা শাখিবা, নারায়ণগী দমম তমখিবা শরুক্ পুরোডাশ অদু ভগবান্ মশামক্তা মশক উৎনুনা সাক্ষাৎ ওইনা লৌথিকম থোকপনি। নাসি অচুম্বনি অদুগা করি অমত্তা চাংনকম লৈত্রবনি ॥১৫॥

যুধিষ্ঠিরনা হংই,— ঐবুথৌ। নিংথৌ উপরিচরগী যজ্ঞ অদুদা দেবতা পুম্নমক্না মশামক্তা লাক্ লাক্না প্রত্যক্ষ ওইনা দর্শন পীদুনা যজ্ঞগী শরুক্ লৌরে। অদুগা করিগীদমক ভগবান্ নারায়ণনা উহনদনা— প্রত্যক্ষ ওইনা দর্শন পীদনা লোম্না মশক উহন্দনা লাকবিবগে ॥ ১৬॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির। মাসিগী মরম হায়রগে মুম্না তাও। বৃহস্পতিনা য়াম্না শাউবিবা মতমদুদা নিংথৌ উপরিচর বসুন অদুগা লৈরিবা সদস্য মরাম অদুনা য়াম্না হায়জ নোঞনা বৃহস্পতিবু নেম্থহনখি— থৌজনখি ॥১৭॥

মখোয়না অতপ্পা য়াইহৈনা বৃহস্পতিদা অসুম্না হায়খি,— মহামুনি! ঐখোয়বু শাউবিগনু। অশাউবা অসি সত্যযুগকী ধর্ম্ম নত্তে ॥ ১৮॥

বৃহস্পতি! যজ্ঞগী শরুক্ থরগং কাচখিবদুনা ভগবান্ নারায়ণ মহাক্তি থক্ শাউবিখিদে, ঐখোয়সু অদুগা মুনিদেব নহাক্মক্কুসু ভগবান্ নারায়ণ মহাকী সাক্ষাৎ প্রত্যক্ষ ওইনা দর্শন ফংবা ঙম্ নত্তে। মহাক্না থৌজান্বিরগে হায়রবা খন্বিরকপা অদুগুম্বা মীশক্ অদুদা দর্শন পী। অদুগা ভগবান্না কৃপাদগী দর্শন ফংজারিবনি ॥১৯॥

অদুগী তুংদা— একত, দ্বিত, ত্রিতনা অদুগা— চিত্রশিখণ্ডী কৌবা থাবিদিং অদুনা অসুম্না হায়খি,— বৃহস্পতি! ঐখোয় অসি ব্রহ্মাজীগী মানসপুত্র ( পুক্নীংদগী পোক্পা মচা ) [illegible] হায়রে। ঐখোয় লোমা [illegible] ( [illegible] ) গী থক্ অরাং-পাংবা [illegible] ॥২০ ২১॥

তত্র বর্ষসহস্রাণি চরিত্বা তপ উত্তমম্‌। একপাদা স্থিতাঃ সম্যক্‌ কাষ্ঠভূতাঃ সমাহিতাঃ ॥২২॥
মেরোরুত্তরভাগে তু ক্ষীরোদস্যানুকূলতঃ। স দেশো যত্র নস্তপ্তং তপঃ পরমদারুণম্‌ ॥২৩॥
কথং পশ্যেম হি বয়ং দেবং নারায়ণাত্মকম্‌। বরেণ্যং বরদং তং বৈ দেবদেবং সনাতনম্‌ ॥২৪॥
কথং পশ্যেম হি বয়ং দেবং নারায়ণং স্থিতি। অথ ব্রতস্যাবভৃথে বাগুবাচাশরীরিণী ॥২৫॥
স্নিগ্ধ গম্ভীরয়া বাচা প্রহর্ষণকরী বিভো। সুতপ্তং বস্তপো বিপ্রাঃ প্রসন্নেনান্তরাত্মনা ॥২৬॥
যূয়ং জিজ্ঞাসবো ভক্তাঃ কথং দ্রক্ষ্যথ তং বিভুম্‌। ক্ষীরোদধেরুত্তরতঃ শ্বেতদ্বীপো মহাপ্রভঃ ॥২৭॥
তত্র নারায়ণপরা মানবাশ্চন্দ্রবর্চসঃ। একান্তভাবোপগতাস্তে ভক্তাঃ পুরুষোত্তমম্‌ ॥২৮॥
তে সহস্রার্চিষং দেবং প্রবিশন্তি জনার্দনম্‌। অনিন্দ্রিয়া নিরাহারা অনিষ্পন্দাঃ সুগন্ধিনঃ ॥২৯॥

---

মকম অদুদা মেরুগী অরাংবা, ক্ষীরসাগরগী মপান্দা লেংলবা মকম অমা লৈ। মকমদুদা ঐখোয়না চহী লিশিং অমা চুপ্পা পুক্নীং অনী লোওদনা উককৃকী মতৌওয়া, খোঙ মাম্মতদা লেপচুনা অকন্বা তপস্যা তৌখি। ঐখোয়না তৌখিবা তপস্যাগী মরমদি— করিগুম্বা পাদ্বৈ অমনা, বর পীবদৈবা সনাতন ওইবা, দেবাধিদেব ভগবান্‌ শ্রীনারায়ণগী দর্শন ফংবা অসিনি ॥২২—২৪॥

ঐখোয়না য়াম্না আশা তৌনা হুয়া হুয়া খন্দুনা লৈবা হায়বদু করম তৌরে হায়রগা শ্রীভগবান্‌ নারায়ণগী দর্শন ফংগদগে •• অসিভনি। অদুদগীদি ব্রত অদু লোইরবা তুংদা হয়াত্ত সুংঙাইবা পোকহনবা, কন্নানা লাউরক্‌ হায়রক্লিবনো হায়বা খঙদবা, সুংশিবিবগী খোস্হোক্না থল্লবা অসিগুম্বা মা থয়া— লোয়মদোনুখৎকী ভাহুন্থি ॥২৫॥

ব্রাহ্মণ পুন্নমক! নখোয়মা য়াম্না হয়াও সুংঙাইনা ব্রত তপস্যা মপুংফানা তৌরে। নখোয় পুম্না— ভগবান্‌গী ভক্তান। ভগবান্‌ নারায়ণ মাগী দর্শন্‌বু করম্‌ ফংগদগে হায়না নখোয়না খল্লি ॥২৬॥

মাদুগী উপায় তাকে তাও। ক্ষীরসমুদ্রগী অরাংথংবা শরক্তা মায়গৈ পুম্বদা পুম্ন লংনা লৈবা শ্বেত-দ্বীপ হায়না দ্বীপ (ঈবং) অমা লৈবা উগনি। মকম অদুদা ভগবান্‌ শ্রীনারায়ণগী ভজন সুথন তৌবা মীওয়াক্ত লৈবনি মখোয় অমময়া চন্দ্রমা অময়মগী মতৌওয়া মশেক্‌ পুবনি ॥২৭॥

মখোয়দুগী মশা (হকচাং) অদু সুক্ষশরীর ওইদবনি। হায়বদি— মপাম্বোংগী মীংনা উনরিবা পাক-থুক্রা শাবা অচৌবা হকচাং অসিগুম্বা নত্তবনি। মপাম্বেংদা ইন্দ্রিয়নি হায়না উনরিবা হায়নরিবা হকচাং অ'সদগী থিন্দে কুক্লবা মীৎ নাকোং নাতোন অসিগুম্বা ইন্দ্রিয়শিং অদু মখোয়গীদি য়াওদবনি। খোঙ চুং চাইদোক্‌ চখোক্না (লেঙ শংপা নাইদনা) লেংদনা লৈগুন তৌবনি। মখেয়ে পুক্লিংগী হকচাংদগী সুংশি-ন্দবা মনম হাইদোরক্পনি। মখোয় পুক্লিংমক ভগবান্‌ শ্রীনারায়ণগী মহাভক্ত (মীংজবা অথোইবা) মক্তনি। মখোয় পুম্নমক মতাম্‌ পিশিং পুরবা— সনাতন ভগবান্‌ পরম পুরুষোত্তমগী হকচাংদা চেন্দ্ চেন্দ্ চরবিবনি ॥২৮—২৯॥

একান্তিনস্তে পুরুষাঃ শ্বেতদ্বীপনিবাসিনঃ। গচ্ছধ্বং তত্র মুনয়স্তত্রাত্মা মে প্রকাশিতঃ ॥৩০॥

অথ শ্রুত্বা বয়ং সর্ব্বে বাচং তামশরীরিণীম্। যথাখ্যাতেন মার্গেণ তং দেশং প্রতিপেদিরে ॥৩১॥

প্রাপ্য শ্বেতং মহাদ্বীপং তচ্চিত্তাস্তদ্দিদৃক্ষবঃ। ততোঽস্মদ্দৃষ্টিবিষয়স্তদা প্রতিহতোঽভবৎ ॥৩২॥

ন চ পশ্যাম পুরুষং তত্তেজোহৃতদর্শনাঃ। ততো নঃ প্রাদুরভবৎ বিজ্ঞানং দেবযোগজম্ ॥৩৩॥

ন কিলাতপ্ততপসা শক্যতে দ্রষ্টুমঞ্জসা। ততঃ পুনর্ব্বর্ষশতং তপ্ত্বা তাৎকালিকং মহৎ ॥৩৪॥

ব্রতাবসানে চ শুভান্ নরান্ দদৃশিরে বয়ম্। শ্বেতাংশ্চন্দ্রপ্রতীকাশান্ সর্ব্বলক্ষণলক্ষিতান্ ॥৩৫॥

নিত্যাঞ্জলিকৃতান্ ব্রহ্ম জপতঃ প্রাগুদঙ্মুখান্। মানসো নাম স জপো জপ্যতে তৈর্মহাত্মভিঃ ॥৩৬॥

তেনৈকাগ্রমনস্ত্বেন প্রীতো ভবতি বৈ হরিঃ। যা ভবেন্মুনিশার্দূল ভাঃ সূর্য্যস্য যুগক্ষয়ে ॥৩৭॥

---

মুনি পুম্নমক্! মাফুদা লৈরিবশিং অদুগী অমমম্ত ঐগী একান্তভক্ত ওয়াক্নি। নখোয় মফম অদু ভাম্না চৎলো। মফম অদুদা ঐগী থাজেশেংবা মূর্ত্তিগী দর্শন ফংগনি ॥৩০॥

আকাশগী খোনিং অদু তাবদা ঐখোয় হায়রিবা মফম অমদি লম্বী অদুগী মতুং ইন্না মফম অদু ভাম্না চৎখি ॥৩১॥

শ্বেত কৌবা মহাদ্বীপ অদুদা থুংখিদুনা ঐখোয়গী থম্মোয় হকচাং পুম্ব শ্রীভগবান্ নারায়ণদা লুপখি। শ্রীভগবান্ নারায়ণগী দর্শনগীদমক ঐখোয় য়াম্না লাওতক্লনা কুপা অদু ওয়াইদুনা লৈরম্মি। অদুবু মফমদুদা য়োৎবদা ঐখোয়গী দৃষ্টিশক্তি ( উবগী শক্তি ) অসি কগাগুম্বা অমনা থিংখিবগুম্বা অমা তৌই ॥৩২॥

মফম অদুদা লৈরম্বা মীশিং অদুগী মশা মশাদগী হাইদোরকপা তেজ ( মশেক্ মঙাল্ ) অদুনা হাট্টজিল্ হুজিল্লকপদ ঐখোয় মীৎ মায় পাওনা য়াদে। অদুনা মফম অদুদা লৈরম্বশিং অদুবু উবা মীৎসি ঊৎনক্ থকখিদুনা করিগুম্বা অমতা তশেংনা উবা ফংখিদে। লাইগী নোংদমদগী ঐখোয়গী থম্মোয়দা 'জ্ঞান' অমা ফাওখি, মাদুদি— অকন্বা তপস্যা নত্তনা ভগবান্ শ্রীনারায়ণগী দর্শন ফংবা হায়বসি অয়াম্বা নত্তে, হায়বসি ঐখোয় পুম্মকপী থম্মোয়দা চপ মান্না ফাওত্রে ॥৩৩॥

অদুদগীদি ঐখোয় ময়াম অসি মফম অদুদা চহী অমা চুপ্পা অকন্বা তপস্যা তৌখি। তপস্যাগী মতম ওইরবা ব্রত অদুনা লোইরবদা ঐখোয়না মফম অদুদা হেক্ লৈরিবা অধিবাসীশিং অদু উই। মখোয় খুদিংগী মশা অদু থাগী মচু অমদি তেজগী মতৌগুম ঙীবং লংঙি। অমমম্গী মশাদা ফজবা লক্ষণশিংনা তিল্লি ॥৩৪—৩৫॥

মখোয় অসি খুদিংগী মমায় চাংথেং ওন্দুনা ব্রহ্মাগী মানস জপ উপাসনা তৌরম্মি ॥৩৬॥

মখোয়না তৌরিবা তপস্যা অদুদা ভগবান্ শ্রীহরিনা ওন্থোক্না পেনবিরে। মুনি অথোইবা! প্রলয়গী অতমদা সূর্য্যগী তেজগী মতৌগুম্বা মশেক্ মঙাল্ পুবা মীশক্ ওয়াক্ত এইনা খোই— মফম অদুগী অধিবাসী খুদিংমক্ ॥৩৭॥

একৈকস্য প্রভা তাদৃক্ সা ভবন্মানবস্য হ। তেজোনিবাসঃ স দ্বীপ ইতি বৈ মেনিরে মহম্ ॥৩৮॥
ন তত্রাভ্যধিকঃ কশ্চিৎ সর্ব্বে তে স্বতেজসঃ। অথ সূর্য্যসহস্রস্য প্রভাং যুগপদুত্থিতম্ ॥৩৯॥
সহসা দৃষ্টবন্তঃ স্ম পুনরেব বৃহস্পতে। সহিতাস্তাভ্যধাবন্ত ততস্তে মানবা দ্রুতম্ ॥৪০॥
কৃতাঞ্জলিপুটা হৃষ্টা নম ইত্যেব বাদিনঃ। ততো হি বদতাং তেষামশ্রৌষ্ম বিপুলং ধ্বনিম্ ॥৪১॥
বলিঃ কিলোপহ্রিয়তে তস্য দেবস্য তৈর্নরৈঃ। বয়ং তু তেজসা তস্য সহসা হৃতচেতসঃ ॥৪২॥
ন কিঞ্চিদপি পশ্যামো হতচক্ষুবলেন্দ্রিয়াঃ। একস্তু শব্দো বিস্রুতোঽস্মাভিরুদীরিতঃ ॥৪৩॥
জিতং তে পুণ্ডরীকাক্ষ নমস্তে বিশ্বভাবন। নমস্তেঽস্তু হৃষীকেশ মহাপুরুষপূর্ব্বজ ॥৪৪॥
ইতি শব্দঃ শ্রুতোঽস্মাভিঃ শিক্ষাক্ষরসমন্বিতঃ। এতস্মিন্নন্তরে বায়ুঃ সর্ব্বগন্ধবহঃ শুচিঃ ॥৪৫॥
দিব্যান্যুবাহ পুষ্পাণি কর্ম্মণ্যাশ্চৌষধী স্তথা। তৈরিষ্টঃ পঞ্চকালজ্ঞৈর্হরিরেকান্তিভির্নরৈঃ ॥৪৬॥

---

ঐখোয়না অঙানবদা উবদা শ্বেতদ্বীপ হায়বা দ্বীপ অমা মশেক মঙালগী মপৈতনা শেম্ শাবোইরে হায়না খল্লম্মি। মখোয় খুদিংমক অমদগী অমনা মশেক্ মঙান্দা চেন্নবা লৈত্তে, মখোয় খুদিংমক চপমারে ॥৩৮॥

অন্তুদগী বৃহস্পতি! ঐখোয়গী মাঙ মক্তদা সুমিৎ লিশিং অমগী তেজ মপৈগী মতৌগুম্বা প্রভা—মশেক্ মঙাল মপৈ অমা উথি। ঐখোইগী দৃষ্টি ( মীৎকম ) অসি মঙোম্বদা চিংশিনখিবগুম্ তৌই ॥৩৯॥

অন্তুদগী কৱি উবগে হায়ববু— ওসাইগী মঙাল অন্তুদা অন্তুক য়াম্বা অধিবাসীশিং অন্তু নমো নমঃ হায় হায়দুনা চেনশিন্নকখি ॥৪০॥

অন্দগী মখোয় ময়াম্বা লংলবা তেজগী মপৈগী মশক্ ওইরবা মূর্ত্তি অন্তুগী ম্মত তৌবা হৌরকই। মখোয় ময়াম অন্তুগী স্তুতিগানগী খোঞ্জেল অন্তুনা নাকোংদুদা চঙশিনখি। মখোয়দুনা তেজপুঞ্জগী মশক্ ওইরবা [illegible]গী পূজা তৌই, অন্তুগা পূজাগী সামগ্রী পুম্নমক্ কংশিনখি ॥৪১॥

ভগবানগী হাৱনীতায় লৈত্রবা তেজ অন্তুনা ঐখোয়গী থম্মোয়বুসু চিংশিনখিবগুম্ তৌই। অন্তুবু— ঐখোয়গী মীৎ পাঙল ইন্দ্রিয় পুম্নমক পুমথিংখিংখিবগুম্ তৌরে। ময়ম অন্তুনা মুর্ত্তি অন্তুবু ঐখোয়না মশেক্ শেংনা উবা ঙম্ খিদে ॥৪২॥

অন্তুমদি ওইরবদা হৌনা কন্না লাউরকপা শব্দ অমা মায়পৈ মরি শীনথুংনা শন্দোকখি। মী পুম্নমক তপথানা অন্তুম্মা হায়রিম্মি,— "পুণ্ডরীকাক্ষ! নহাক্কী জয় ওইসনু। হে বিশ্বভাবন! হন্না হন্না খুরুমজরি, মহাপুরুষ খিবিক্কী পোকত্রিভেদগী হায় পোকপ্রবা! হে হৃষীকেশ! হন্ন হন্ন খুরুমজরি ॥৪৩॥

মরেক্কী খেত্তোক চুম্না হায়দোরকপা স্তুতি অন্তুবু ঐখোয়না মরেকশেংনা তাখি। মতমন্তুমদুদা শেংলবা মনম্ মুংশরবা মুংশিংনা লাইরৈবাক্কী লৈগী মপৈ, অন্তুগা মমল য়াম্নবা কায়রবা ঔষধি ( উরী ময়ী ) মথল মথাল পুরকই। পুরক্লিবা সামগ্রী ( মচাক ) শিং অন্তুনা কাল পুংকম মঙাব্ মুম থম্বা ভক্তশিং অন্তুনা— ভক্তি শ্রদ্ধাগা লোয়ননা শ্রীহরি নারায়ণগী সেবা পূজা তৌখি ॥৪৫—৪৬॥

শক্রো দ্রষ্টুং স ভগবান্ প্রাপ্তানন্তযজুর্গণাঃ। মহত্ত্ব কার্য্যকে বর্ত্তমানং মুক্তাভির্বিষ্ণুতত্ত্বমাঃ ॥৫৫॥
ইতঃ কৃতযুগেঽতীতে বিপর্য্যাসং গতেঽশেষিঃ। বৈবস্বতেঽন্তরে বিপ্রাঃ প্রাপ্তে ত্রেতাযুগে পুনঃ ॥৫৬॥
সুরাণাং কার্য্যসিদ্ধ্যর্থং সহায়া বৈ ভবিষ্যথ। ততস্তদদ্ভুতং বাক্যং নিশম্যৈবামৃতোপমম্ ॥৫৭॥
তস্য প্রসাদাৎ প্রাপ্তাঃ স্মো দেশমীপ্সিতমঞ্জসা। এবং সুতপসা চৈব হব্যকব্যৈ স্তথৈব চ ॥৫৮॥
দেবোঽস্মাভির্ন দৃষ্টঃ স কথং ত্বং দ্রষ্টুমর্হসি। নারায়ণো মহদ্ভূতং বিশ্বসৃগ্ হব্যকব্যভুক্ ॥৫৯॥
অনাদিনিধনোঽব্যক্তো দেবদানবপূজিতঃ। এবমেকতবাক্যেন দ্বিতত্রিত মতেন চ ॥৬০॥
অনুনীতঃ সদস্যৈশ্চ বৃহস্পতিরুদারধীঃ। সমাপয়ৎ ততো যজ্ঞং দৈবতং সমপূজয়ৎ ॥৬১॥
সমাপ্তযজ্ঞো রাজাপি প্রজাং পালিতবান্ বসুঃ। ব্রহ্মশাপাৎ দিবো ভ্রষ্টঃ প্রবিবেশ মহীং ততঃ ॥৬২॥
স রাজা রাজশার্দূল সত্যধর্ম্ম পরায়ণঃ। অন্তর্ভূমিগতশ্চৈব সততং ধর্ম্মবৎসলঃ ॥৬৩॥

---

ভগবান্ শ্রীনারায়ণ মহাক্কী দর্শন ফংবা ওমনৈ ॥৫৮॥ ব্রাহ্মণ অথোইবশা। ভগবান্গী দর্শন ফংগে হায়রবদি অহানবদা অকনবা থবক রায়া তৌথিবা তাখিবনি। সত্যযুগ অসিনা হৌরবা তুংদা ধর্ম্মদা থজিত্তং ওন্নবা মওং অমা সকখিগনি বৈবস্বত মন্বন্তরগী ত্রেতাযুগ লাকপা হৌরকনি। মতম অদুদা নখোয়না নীংলিবসি থুনবগী থবক্তা দেবতাশিংনা নখোয়গী সহায় তৌগনি ॥৫৫–৫৬॥

অমৃতগা মন্নরবা অঙকপা ৱাহৈশিং অসি তারবা তুংদা ভগবান্গী কৃপাদগী ঐখোয় হান্নগী মফমসিদা অমুক থুংলরবসনি ॥৫৭॥

বৃহস্পতি। ঐখোয়সে য়ায়া য়ানা তপস্যা তৌরম্বনি। হোম জপ তৌদুনা হব্যকব্য মত্তোন্দা কংফম্ থোকপা কয়া কয়া কংলুরবনি। অদুবু ভগবান্ নারায়ণ মহাক্কী দর্শন ফংবা ওম্মক্তে। অদুনদি নহাক্না কয়ম হায়না নারায়ণগী দর্শন ফংগদৌরিবনো? ॥৫৮॥

ভগবান্ নারায়ণদি দেবতা পুম্নমক্কী খ্বাইদগী অথোইবনি, সংসার পুম্নমক্কী সৃষ্টিকর্ত্তানি। হোম জপকী ফংলকপা শরুক অদুগ হান্দুনা লৈরিবনি। মহাক্কী আদি অন্ত লৈতে। অতৈ দেবতাশিং অমদি দানবশিংনা মাগী পূজা তৌনরিবনি ॥৫৯॥

অদুম হায়না একত মা হায়রবদা দ্বিত অদুগা ত্রিতগী হায়বা লৌদুনা অতৈ অতোপ্পা সদস্যশিং অদুনা হায়রবদগী পূক্চেল চাওরবা বৃহস্পতিনা যজ্ঞ অদুবু লোইশিনদুনা ভগবান্গী পূজা তৌখি ॥৬০—৬১॥

রাজা উপরিচর বসুনা যজ্ঞ অদু লোইরবা তুংদ প্রজাবু নীংথিনা পালন তৌবা হৌখি। নোংমা—ব্রাহ্মণশাপ ফংবদগী স্বর্গদগী লৈথা তাখি। মতম অদুদা মহাক পৃথিবী অসিদগী আ— মথাদা রসাতলদা চত্তখি ॥৬২॥

জিংখো অথোইবা! মতম পুম্বদা ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙবা, সত্যধর্ম্মদা পরায়ণ ওইবা, নিংথৌ উপরিচর হায়রবদি লৈথাদা— পৃথিবীদিগী মখাং চত্তখিদুনা নারায়ণগী মন্ত্র জপ তৌদুনা মহাক্কী আরাধনাদা পুক্নীং

নারায়ণপরো ভূত্বা নারায়ণজপং জপন্। তেনাসৌ প্রসাদেন পুনরেবোত্থিতস্তু সঃ ॥৬৪॥
মহীতলাৎ গতস্থানং ব্রহ্মণঃ সমনন্তরম্। পরাজতিময়প্রাপ্তে ইতি নৈষ্ঠিকমঞ্জসা ॥৬৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি
উপরিচরবস্বুবর্ণনে একত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩৩১॥

——:(*):——

চত্তহনা লৈখি। অহুদগী ভুংদা তপস্যাগী শক্তিদগী অহুগা শ্রীভগবান্ নারায়ণগী কৃপ দগী আ—লৈথাহুদগী অমুক্ কাওগংলহুনা ব্রহ্মলোক চৌথিহনা অথোইবা থাঙবু কংখি। মহাক্ম মতৌ অসুম্না তপস্যানা থুনা মাঙনা ভক্তিদা নিঙ্তা লৈবশিং অহনা কংগদবা পদবী ( থাম ) অহুবু মহাক্না কংবা ওমখি ॥৬৩—৬৫॥

সকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা উপরিচরগীবস্বুবর্ণনদা চহুমগা হুরামাথোইকুত্তবা অধ্যায় লোইরে ॥৩৩১॥

——:(*):——

# মণিপুরী মহাভারত

## দ্বাত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

( নিংথৌ উপরিচর বসুনা লৈথাতারকপা )

চহুমগা কুন্থরানিথোইশুবা অধ্যায়

——:(*).——

যুধিষ্ঠির উবাচ।

যদা ভাগবতোঽত্যর্থমাসীৎ রাজা মহাবসুঃ। কিমর্থং স পরিভ্রষ্টো বিবেশবিবরং ভুবঃ ॥১॥

ভীষ্ম উবাচ।

অত্রাপ্যুদাহরন্তীমমীতিহাসং পুরাতনম্। ঋষীনাঞ্চৈব সংবাদং ত্রিদশানাং চ ভারত ॥২॥

যুধিষ্ঠিরনা হায়,— ঈবুধৌ! নিংথৌ উপরিচর বসু হায়বসি ভগবানগী অথোইবা ভক্ত অহুগা মহা-পুরুষ অমনি হায়রি। অহুগা কররিগীনো মহাক্ম স্বর্গদগী নাম্থরক্লগা রসাতল—পাতালদা চঙখিবা ? ॥ ১ ॥

ভীষ্মনা হায়,— ভরতশাগৈগী মুংগাইননবগী মশক্ ওইরবা! বিষয় অসিদা ঋষিশিংগা দেবতাশিংগা খোঙনাখিবা ফুইরবা ইতিহাসগী মতাং অদু হেক্ হেক্ লৌনৈ ॥২॥

অজেন যষ্টব্যমিতি প্রাহুর্দেবা দ্বিজোত্তমান্। স চ ছাগোঽপ্যজো জ্ঞেয়ো নান্যঃ পশুরিতি স্থিতিঃ ॥৩॥

ঋষয় ঊচুঃ।

বীজৈর্যজ্ঞেষু যষ্টব্যমিতি বৈ বৈদিকী শ্রুতিঃ। অজসংজ্ঞানি বীজানি ছাগং নো হন্তুমর্হথ ॥৪॥

নৈষ ধর্ম্মঃ সতাং দেবা যত্র বধ্যেত বৈ পশুঃ। ইদং কৃতযুগং শ্রেষ্ঠং কথং বধ্যেত বৈ পশুঃ ॥৫॥

ভীষ্ম উবাচ।

তেষাং সংবদতামেবমৃষীণাং বিবুধৈঃ সহ। মার্গাগতো নৃপশ্রেষ্ঠস্তং দেশং প্রাপ্তবান্ বসুঃ ॥৬॥

অন্তরিক্ষচরঃ শ্রীমান্ সমগ্রবলবাহনঃ। তং দৃষ্ট্বা সহসায়ান্তং বসুং তে ত্বন্তরিক্ষগম্ ॥৭॥

ঊচুর্দ্বিজাতয়ো দেবানেষ চ্ছেৎস্যতি সংশয়ম্। যজ্বা দানপতিঃ শ্রেষ্ঠঃ সর্ব্বভূতহিতপ্রিয়ঃ ॥৮॥

কথংস্বিদন্যথা ব্রূয়াদেষ বাক্যং মহান্ বসুঃ। এবং তে সংবিদং কৃত্বা বিবুধা ঋষয়স্তথা ॥৯॥

---

দেবতাশিংনা হায়রি,— "অজ ( হামেং ) না অজামেধ তৌগদবনি" হায়রিবা যজ্ঞবিধান অসিদা অজ হায়বা শব্দ অ'সনা পুন্নিবা অর্থসি অজ ( হামেং ) কৌবা পশু অদুবু-ত খঙনগনি। অতৈ শা অমত্তনা যজ্ঞ তৌরোইদৌবনি, অদুম্না দেবতাশিংনা য়েংখি ॥৩॥

মাগী তারবদা ঋষিশিংনা হায়রি,— দেবতা পুরুমক! যজ্ঞ পুরুমক্তা উহৈ মাইহৈ, মরু-মরাতনা হোম তৌগদবনি। মাসে বেদগী শ্রুতি প্রমাণনি। অজ হায়বদু হায়রিবা বীজশিং অসিতনি। বীজশিং অসিগী মমিংবু অজ কৌই ( শা— হামেং হায়বা নত্তে )। মরম অদনা হামেংনা যজ্ঞ তৌগদবা— হোম তৌগদবা নত্তে।৪॥ দেবতা পুরুমক! যজ্ঞদা শা পশু না হাম তৌগদবা নত্তে মাদুদি সৎপুরুষগী ধর্ম্ম নত্তে। হৌজিক হৌজিক চংলিবা যুগ অসে সত্যযুগনি অসিগুম্ব যুগ অসিদা করম হায়না পশুযাগ তৌগদৌরিব্বনো ? ॥৫॥

ভীষ্মনা হায়,— নিংথৌ! দেবতাশিংগা ঋষিশিংগা য়েংনদিঙৈ মতমসিদা নিংথৌ উপরিচর অসি— অতোমদা হেক্ লাকই, য়েংনরিবা মকম মতমদুমক্তদা হেক্ থুংলৈ ॥৬॥

শ্রীমান্ নিংথৌ উপরিচর বসু হায়বসি নোংমাদা চত্তা বিমান মথক্তা লাকৃখিবনি। নোংমাদা চত্তা উপরিচর বসুনা লাকপদু উবদা ব্রহ্মর্ষিশিংনা দেবতাশিংদা অদুম্না হায়খি,— য়েংউ, নিংথৌ অসিনা মথক্তু ওইদুনা ঐখোয়না য়েংনরিবসে কোক্‌হনবা য়াবেপ অমা তাহল্লমগনি। মরমদি উপরিচর হায়বা নিংথৌ অসে যজ্ঞ য়াম্না তৌগ্রবা, দান য়াম্না তৌগ্রবা অমদি জীবপা পুরুমক্কী কন্নবগী দমক মঙ্গল ওইনবত্তু থবা মীশক্ অমনি। পুকচেল চাউরবা নিংথৌসিনা শাস্ত্রগী ওয়া তৈনবা থক্ তাওশিনবা হায়রবা হৌনদে। মখাক অসে পুরুমক্কী কন্নবা থনিবা মীশক অমনি ॥৭—৮॥

মহাত্মা ওইরবা বসু অসিনা শাস্ত্রগী ওয়া-তৈনবা য়া থক্ হায়রবা হৌনদে, অদুম হায়না দেবতাশিং অমশুং মহর্ষিশিংগা লেপপুনা নিংথৌ উপরিচরগী মনাক্তা চঙশিল্লকুনা অদুম্না হংখি— ॥৯॥

অনুমান্ পারিকাভ্যোত্য মনুং [illegible]। তো রাজন্ কেন [illegible] ॥১০॥
এতাং সংশয়ং ছিন্ধি প্রমাণং নো ভবান্ মতঃ। স তান্ কৃতাঞ্জলির্ভূত্বা পরিপ্রপচ্ছ বৈ বসুঃ ॥১১॥
কস্ত বৈ কো মতঃ কামো ব্রূত সত্যং দ্বিজোত্তমাঃ।
ঋষয় ঊচুঃ।
ধান্যৈর্যষ্টব্যমিত্যেব পক্ষোঽস্মাকং নরাধিপ ॥১২॥

---

নিংথৌ। করি মচাক্ (উপকরণ) না হোম তৌগদগে ? অজ (হামেং) না তৌগদ্রা ? নত্রগা— মহৈ-মরোং অন্ন না তৌগদ্রা ? ঐ-খোয়গী চিংনরিবসে নিংথৌ নহাক্না অনুক্তা কোক্‌হল্ল। ঐখে য় পুন্নমক্তী মত-তা নহাকপু রায়রছনা ঐখোয়গী বিচায়পত্তি ওইহন্‌বা হায়না লেপ্তরছনা হায়জরিবনি ॥১০॥ *

মাছু তাবদা রাজা উপরিচর বসুনা ঋষিশিং অহুনা থুংলোয়না নোঙ্ক্লা হায়রকই,— ব্রাহ্মণ অখোইবশা। ব্রাহ্মণ নখোয়দি করম্বা পক্কদা লৈবিরি ? অজ হায়বা শব্দসিগী অর্থ করম্বা পক্কনা হায়েংনি হায়বগে ? অহুগা করম্বা পক্কনা অন্ন (চেঙ-চাক্ মনা মশীং) নি হায়রবগে ? ॥১১॥

ব্রাহ্মণ ঋষিশিং অহুনা হায়রকই,— ব্রাহ্মণ ঐখোয়গী পক্কনা হায়রিবদি— "অজ" হায়বা শব্দসিগী

---

* সত্যযুগতা নিংথৌগী মথোদ— রাজনীতিতগী মযুম খোক্‌পা লৈপাক শাসন তৌবা, অয়ান্-অহূইগী বিচার তৌবা, দণ্ড পীব অসিত নত্তে। ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংগী ধর্মশাস্ত্রগা মরী লৈনবা তর্ক বিতর্ক তৌনবা মতমদগী নিংথৌনা মধ্যস্থ (মযায় লেপ্প) ওইহুনা র'য়েপ অহু তায়শি। ব্রাহ্মণ ক্ষত্রয়শিংগী মথৌনা— তোঙাল্ তোঙাল্লা খায়দোক্‌ত্রিতৈদা শাস্ত্রজ্ঞান লৈবা জ্ঞানী পণ্ডিত ওইবা নিংথৌ অমতনা চীরম পুন্নমক্তা বিচার তৌহুন র'য়েপ তাবা তশ্মশি। অহুগুম্বা ধর্মনীতি রাজনীতি অনীমক্তা জ্ঞানী ওইবা নিংথৌমশিং অমুমমুম্ রাখ্যক'গা লোয়নবা লৈপাক প্রজাশিংগী শান্তিমু নোংম নোংমগী, যুগ যুগকী অন্নম্ অন্নম্— রাখ্যরকই। সত্যযুগত অহুম (সত্য) অংতবুনি পায়রম্বসি। চুম্বু চুমবদি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শুদ্র, হায়বা লৈতে। জ্ঞানী শূদ্র অমনা ব্রাহ্মণ অমদা জ্ঞান তাকপীবা তশ্বিবা য়াই। মযুম অনুমক্তমসু সত্য-যুগ কৌবনি। জ্ঞানী পণ্ডিত ঋষি মুনিশিংনা লেপ্পবা তমত্রবা রাকমসু নিংথৌ অমনা ব্যবস্থাকারী ওইনা ব্যবস্থা পীবসু তশ্মশি। বিষ্ণুনা হীরম পুম্নঃ তাকপেন্‌বা অহুগুম্বা বিষ্ণুগী শক্তি পুম্নমক পুবা থম্ব নি থৌনা লৈপাক্তা ব্যবস্থা পীরশি ? 'ব্যবসায়ঃ ব্যবস্থানং অবস্থানঃ স্থানদো ধ্রুবঃ।' হায়রিবা বিষ্ণুগী মিং মক্তানি। বিষ্ণুসহস্রনামদা মথং মথং লাওরবা মিংনি। মাশি তশ্মত্তবদগী থবক থম্ব রাক্তমনবা হোংলম্লা [illegible] দনবা হায়রছনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্রগী বর্ণ ধর্ম তাওবে তোঙাম্বা খায়দোকখিবনি। 'ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য শূদ্র হায়বসি বিষ্ণু ভগবান্‌গী হকচাং কায়াং মক্তনি। ব্রাহ্মণনা বিষ্ণু ভগবান্‌গী চীরি, শায়বোন্‌বা ক্ষত্রিয়না থই, কৈপন্দগী বৈশ্য পাকখি, শূদ্রনা বিষ্ণুগী চয়ণনি। ব্রাহ্মণনা শ্রীবিষ্ণুগী [illegible]। জ্ঞানী পণ্ডিত ব্রাহ্মণ অমসু শূদ্রগী [illegible] অমগী শ্রী[illegible] তৌই। ([illegible])

চিত্তরামস্বয়ম্যগ্রাঃ সুকৃতং হি নৃপস্য তৎ। অনেনাস্মৎকৃতে রাজা শাপঃ প্রাপ্তো মহাত্মনা ॥২০॥
ঊচুঃ সম্প্রহৃষ্টমনসো রাজোপরিচরং তদা। ব্রহ্মণ্যদেবভক্তস্ত্বং সুরাসুরগুরুর্হরিঃ ॥২১॥
কামং স তব তুষ্টাত্মা কুর্য্যাচ্ছাপবিমোক্ষণম্। মাননা তু দ্বিজাতীনাং কর্ত্তব্যা বৈ মহাত্মনাম্ ॥২২॥
অবশ্যং তপসা তেষাং ফলিতব্যং নৃপোত্তম। যাবত্ত্বং শাপদোষেণ কালমাসিষ্যসেঽনঘ ॥২৩॥
ভূমের্বিবরগো ভূত্বা তাবত্ত্বং কালমাপ্স্যসি। যজ্ঞেষু সুহুতাং বিপ্রৈর্বসোর্ধারাং সমাহিতৈঃ ॥২৪॥
প্রাপ্স্যসেঽস্মদনুধ্যানাচ্চ মাং গ্লানিরস্পৃশৎ। ন ক্ষুৎপিপাসে রাজেন্দ্র ভূমেশ্ছিদ্রে ভবিষ্যতঃ ॥২৬॥
বসোর্ধারাভিপীতত্বাৎ তেজসাপ্যায়িতেন চ। স দেবোঽস্মদ্বরাৎ প্রীতো ব্রহ্মলোকং হি নেষ্যতে ॥২৭॥
এবং দত্ত্বা বরং রাজ্ঞে সর্ব্বে তে চ দিবৌকসঃ। গতাঃ স্বভবনং দেবা ঋষয়শ্চ তপোধনাঃ ॥২৮॥
চক্রে বসুস্ততঃ পূজাং বিষ্বক্সেনায় ভারত। জপ্যং জগৌ চ সততং নারায়ণমুখোদগতম্ ॥২৯॥

---

ভাগুনখি,— নিংথৌ উপরিচর বসু হায়রবসিদি রাম্না পুণ্যচেন্নবা মীশক অমনি। মহাক্লা ঐখোয়গী দময়কৃতা, ঐখোয়গী হাক্তক্তগী ব্রহ্মশাপসি ফংপ্রবনি ॥১৮—১৯॥ অহুনা লাইরামশা। ঐখোয় পূমমক্লা অমমথৈ— নিংথৌ অসিগী ফগদবা মঙ্গল ওইগদবা লম্বীদো রেংকম থোকই। অসুম্না দেবতাশিংনা মুম্না চনীংতানা থম্নরগা নিংথৌ উপরিচরগী নাক্ত লাকুনা মায়থোং মকা রাম্না অসুম্না হায়রকই,— ॥২০॥

নিংথৌ! নহাক অসে ভগবান্ ব্রহ্মণ্যদেব শ্রীবিষ্ণুগী অথোইবা ভক্তনি। শ্রীহরি মহাক্তি অসুর দেবতা ( লাই হিংচাবা ) পুম্নমক্কী অমতা ওইরবা গুরুনি। নহাক্লা তৌরিবা থবক্তা হরি মহাক্লা ঊপেন্-ত পেন্নবি। অহুনা নহাক্লা নীংজবা মতুংইন্না ঊযুক্তো মহাক্লা নহাকপু শাপতগী মরাইনা কোক্হনবিগনি ॥২২॥

নহাক্লা মহাক্কী ওইরবা ব্রাহ্মণশিংহুবু ঊন্নায় থুম্নগদবনি। মথোয়দা থক্ শাউরম্নু, নিন্দা তৌরম্নু। আকাশদা উপরিচর ওইহুনা চৎলম্বা পায়রম্বা নহাক্লা পাতালদা চঙলিবা তাহনবা ভম্বা শাপকী শক্তিসময়ক্ মথোয়গী তপস্যাগী শক্তিননি ॥২২—২৩॥ পাপ য়াওদ্রবা। নিংথৌ পুম্নমক্কী কোক্থক্কী মণি। ঐখোয় নিংথৌ নগাক্কীদমক্তা চান্ ববা-স্নুংশিবগী-পোক্তক্ অমা ওইনা পীরমগে। নিংথৌ। নহাক্লা লৈপ্পুং অসিদা হেক্ লৈরিবাহুপকীমথৈ ইন্দ্রিয় থুম্নমচন্নবা ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞ তৌবদা বসুধারাগীদমক্ত পীরকপা আহুতিমথৈ নহাক্লা ফংব ওইগ্ন ॥২৪—২৫॥ নহাক্লা দেবতা ঐখোয়বু হেক্ নীংশিংতক্পদা বসুধারাদো নত্তোন্দ্র শোয়দনা লাক্কনি। পাতালসিদা নগাক্লা লৈরিবা অহুপকী মথৈ অয়াবা চোক্থবা, অয়াম্ থৌরাংবা· অমতা নত্তোন্দা লাক্পা ওন্দ্রোই। মরমদি— বসুধারাবু পান তৌরবদি মহাক্কী আয়ু, তেজ, বুদ্ধি·· লোইনা মনম্ মনম্ লাক্কনি। নশাগী তেজ নোংম নোংমগী হেনগৎলক্কনি। ঐখোয়না নিংথৌ নত্তোন্দা পীরিবা বর অসিগী পাম্বৈনা ভগবান্ শ্রীহরিনা নিংথৌ নহাকপু পাতালসিদগী ব্রহ্মলোকতা চৌহম্বিগনি ॥২৬-২৭॥

অসুম্না দেবতাশিং অহুনা নিংথৌ উপরিচরদা বরদান তৌরগা মাশী মাশী মফমদা চৎলমখি, ঋষিশিং অমদা থুগাক্ ঊথিব্রে ॥২৮॥ ভরতবংশদা পোক্পা নিংথৌ যুধিষ্ঠির। অদুগী তুংদা নিংথৌ উপরিচর ব্রহ্মগ

তত্রাপি পক্ষভির্বিপ্রৈঃ পক্ষকালামরিন্দম । অযজদ্ধরিং সুরপতিং ভূমের্বিবরগোঽপিসন্ ॥৩০॥
ততোঽস্য তুষ্টো ভগবান্ ভক্ত্যানারায়ণোহরিঃ । অনন্যভক্তস্য সতস্তৎপরস্য জিতাত্মনঃ ॥৩১॥
বরদো ভগবান্ বিষ্ণুঃ সমীপস্থং দ্বিজোত্তমম্ । গরুত্মন্তং মহাবেগমবভাবেঙ্গিতং তদা ॥৩২॥
দ্বিজোত্তম মহাভাগ পশ্যতাং বচনান্মম । সম্রাট্ রাজা বসুর্নাম ধর্ম্মাত্মা সংশিতব্রতঃ ॥৩৩॥
ব্রাহ্মণানাং প্রকোপেন প্রবিষ্টো বসুধাতলম্ । মানিনাস্তে তু বিসেন্দ্রাস্তং তু গচ্ছ দ্বিজোত্তম ॥৩৪॥
ভূমের্বিবরসংগুপ্তং গরুড়েহমমাজ্ঞয়া । অধশ্চরং নৃপশ্রেষ্ঠং খেচরং কুরু মা চিরম্ ॥৩৫॥
গরুত্মানথ বিক্ষিপ্য পক্ষৌ মারুত বেগবান্ । বিবেশ বিবরং ভূমের্যত্রাস্তে পার্থিবো বসুঃ ॥৩৬॥
তত এনং সমুৎক্ষিপ্য সহসা বিনতাসুতঃ । উৎপপাত নভস্তূর্ণং তত্র চৈনমমুঞ্চত ॥৩৭॥
অস্মিন্ মুহূর্ত্তে সংজজ্ঞে রাজোপরিচরঃ পুনঃ । সশরীরো গতশ্চৈব ব্রহ্মলোকং নৃপোত্তম ॥৩৮॥

---

ভগবান্ শ্রীহরি বিষ্ণুগী পূজা তৌবা হৌখি। ভগবান্ নারায়ণমক্কী চীন্দগী থোকখিবা হায়রোক্লখিবা—"ওঁ নমো নারায়ণায়" হায়রবা মন্ত্র অসিবু ভক্তনা শোন্দুনা লৈখি ॥২৯॥

য়েঙ্গুবা তত্র, যুধিষ্ঠির! নিংথৌ উপরিচর বসুনা আ-পাতালদা লৈরকাওবদা মতম মত্তাদা যজ্ঞ মথল মত্ত মা পঞ্চমহাযজ্ঞ তৌদুনা ) ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুগী পেন্নবা হোৎনখি ॥৩০॥

মহাক্না পূর্ণ্ণীবু লাক্শিন্দুনা থম্মি। শ্রীভগবান্গী ভজনদা পূর্ণ্ণীং সুপ্তুনা লৈখি। অতোপ্পা বিষয় অমদা পূর্ণ্ণীং চত্তনা শ্রীনারায়ণগী ধ্যানদা সু'তুনা লৈবা অদু উবদা শ্রীভগবান নারায়ণনা ওম্ভোক্ল পেনগ্রে। শ্রীবিষ্ণু নারায়ণনা শাক্ত কন্নবা য়াওলবা পক্ষিরাজ গরুড়বু নাক্তা কোপিন্নগা অসুম্না হায়রকই ॥৩১—৩২॥

লাইবক কয়বা! পুক্চেল চাউরবা গরুড়! কন্ন তপস্যা তৌদুনা লৈরিবা, রাশক চেৎলবা, ব্রত কন্নবা, সম্রাট্ বসু আসে, অসিগী নাক্ত চৎলগা মহাক্কী তপস্যা অসে মুন্ন য়েংলু ॥৩৩॥

পক্ষিরাজ! ব্রাহ্মণশিংনা শাউথিবদগী, ব্রাহ্মণশিংগী শাপতগী নিংথৌ আসে— আ-পাতালদা চত্তখিদুনা লৈরে। অদুবু মহাক্না ব্রাহ্মণশিংগী সম্মান ব্যবহারদি কারদনা অদুম মচৎলি। চৎলু নহাক হৌজিক মাগী মনাক্তা ॥৩৪॥

ঐগী য়াথংগী মতু'ইন্না পাতালদা চত্তদুনা পাতালচারী ওইদুনা লৈরবা নিংথৌ অসিবু নহাক্না আকাশ-চারী ওইহল্লু ॥৩৫॥

শ্রীবিষ্ণুগী য়াথং মতুংইন্না মুংশিংকী মতৌগুম্না য়াওলবা গরুড় অসি, পাক্-চাউরবা মশা অমী অদু অক্লোক্লুনা নিংথৌ বসুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা মফম অদু তায় পাইথখি ॥৩৬॥

বিনতাগী মচা গরুড়না মফম অদুগী লাক্লুনা থুনা য়াওনা নিংথৌ অদুবু পুদুনা মথক্তা পাইথংখি। অদুগী অমুক নিংথৌ অসি অমুক্হন্না উপরিচর ওইখি। গরুড়না নিংথৌ উপরিচর বসুবু আকাশতা থাদোক্লখি ॥৩৭॥ পাতালচারী ওইরবা নিংথৌ অসে অমুক্হন্না উপরিচর ওইখি। অদুগী তুংদা শীৎরূপ

এবং তেষামপি কৌন্তেয় খণ্ডোবাহ দৈবতাজনা। প্রাপ্তা পাতিয়বত্যাং [illegible] ॥৩৯॥

কেবলং পুরুষস্তেন সেবিতো হরিরীশ্বরঃ। ততঃ [illegible] [illegible] [illegible] ॥

ভীষ্ম উবাচ।

এতত্তে সর্ব্বমাখ্যাতং দততা [illegible] যথা। নারদোহপি যথা [illegible] ভগবান্ হরিঃ ॥

---

অমগী মগুংদা ব্রহ্মলোক য়োথি ॥৩৮॥ * কুন্তীনন্দন! যুধিষ্ঠির! মতৌ অহ্রমনা মহাজ্ঞানী ওইরবা, নিংথৌ উপরিচর বসু হায়বস্থ দেবতাশিংনা মনুংদা হায়জবদগী, দেবতাশিংগী মীচঙ চঙহনা বাক্য অপরাধ তৌরুবদগী ব্রাহ্মণশিংগী শাপতগী পাতালচরী ওইখি ॥৩৯॥

অদুদগী অমুক্ ভগবান্ শ্রীহরিগী সেবা পূজাগী পাংনা অমুক্হন্না উপরিচর ড ওইবা মঁতুনা ব্রহ্ম-লোকে য়োথ, বৈকুণ্ঠচরী ওইখিদো ॥৪০॥

ভীষ্মনা হায়,— যুধিষ্ঠির! শ্বেতদ্বীপতা লৈবাশিংগী অবস্থা অসি অত্তোম্না নীম্বখি। অহুনা মতৌ

---

* নহাল্মুক্কী মপোক্কগী তৌরকপা কর্ম্মচুগী মতুংইন্না থোন্বা মিং অমা, হন্দক্কী মপোক্কা তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী মতুংইন্না থোন্বা মিং অমা— মিংথোল্ অনীনি। কর্ম্মদি ঙৈতো তৌদনা, মমা-মপানা মুংশিজবদগী থোন্বা মিং অহুনা লৌকিকনাম হায়বস্থনি। কৌব-খোংপদা মুংঙাইনবা থবক্তা শীজিন্নবা য়াননবা ব্যবহার নাম হায়বস্থনি। নহাল্মুক্কী পোক্থিবা মপোক্কা তৌথিবা কর্ম কর্মচুগী নতুংইন্না জীব অসিনা পোক্নবগী লগ্ন মুহূর্ত্ত (মীৎকুপ-ক্ষেণকম্) অদু ঙাইহনা য়েংহনা লৈ। জন্মরাশি অদুগী মতুংইন্না জ্যোতিষী পণ্ডিত-শিংনা পোক্লিবা অঙাং অদুগী মিং অদু স্বর ব্যঞ্জনগী পুংকম য়েংনা জন্মপত্রিকাদা ই, থোলাশি থাইসিগী মথক্তা অথোইবা অদুগা চপচাবা মশাগা চান্নবা মিংদি— হন্দক্কী মপোক্কা তৌরিবা কর্ম্মবিংচুগী মতুংইন্না মশা মথক্তা নম্হনা লাক্চবা মিং অহুনা খাজেশেংবা যুক্তি চায়বা মি নি। মশাজদ শোল্লবা, পাণ্ডবা, ভদ্রবা অঙাং অমদা ইন্দ্র হায়না থোন্জিল্লি। মাসি কৌ-লাকপদা মুংঙাইনবা হায়হন্না পঙথোক্ থোক্লিনবনি। মপান্থোংগী চীঙ তুরেল্গী মিংশিংসু কর্ম কর্মচুগী মতুংইন্না থোন্থিবা মিং ওক্কনি। খুদম্ ওইনা হায়রবদা— হিমালয়না হিম গী আলয় ওইরমত্রবদি, হায়বদি— উন্বু লৌশিল্ থোক্জিনদগী থবক তৌরমত্রবদি হিমালয় কৌবা অসি শ্রাব্যমোইদৌবনি, যুক্তি চায়মোইদৌবনি। মুংশিংগী অচন্বা চীঙ অমদা হিমালয় হায়না থোনজিনবসু য়াই। হৌজিক্কী সমাজদা মাগী মাগী লোন্দা থোক্লিবা মিংশিং অশি, অজি-ভুম্বা জাৎ ওাক্কনি। হায়বদি— য়াইহনা মুংশিবগী, পাম্জবগী পঙথোন থোনবনি। অশিগুম্বা মিংশিং অসিদি উপাধিনি— মথক্তা তৈবনি। নিংথৌ বসুনা মথক্তোমদা পাইরক্ষমা উপরিচর কোথি। অহুনা, পাতালদা তায়রুগা পাতালচারী কৌখিবনি। মহাক হৌজিক্ অমুক ব্রহ্মলোকতা য়োথিবমা— ব্রহ্মসভা ব্রহ্মলোকনিবাসী কৌরে। অথবা থবক্না মশানা লাকচবা মিং অদুগুম্বা আখ্যাশিনা [illegible] [illegible] [illegible]-তৌরিবনি। [illegible] মিংচৎ হায়রিবসি। ([illegible])

তং তে সর্ব্বং প্রবক্ষ্যামি শৃণুষ্বৈকমনা নৃপ ॥৪১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি নারায়ণীয়ে দ্বাত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ ॥৩৩২॥

——:(*):——

---

কময়া নারদ মুনিনা শ্বেতদ্বীপতা চৎথিবগে হায়বদুগী প্রসঙ্গ অদু অমুক্ নঙোন্দা লীয়গে। পূক্নীং চঙনা তায়ো ॥৪১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসদেবনা লেখা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মদা "নারায়ণীয়দা" চহুমগা কুন্থরানিথাইনুপুবা অধ্যায় লোইরে ॥৩৩২॥

——:(*):——

# মণিপুরী মহাভারত

## ত্রয়স্ত্রিংশদধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ

### ( নাম চনীনা নারদ মুনিনা ভগবানগী স্তুতি তৌবা )

### চহুমগা কুন্থরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

——:(*):——

ভীষ্ম উবাচ।

প্রাপ্য শ্বেতং মহাদ্বীপং নারদো ভগবানৃষিঃ। দদর্শ তানেব নরাঞ্ছ্বেতাংশ্চন্দ্রপ্রভাঞ্ছুভান্ ॥১॥

পূজয়ামাস শিরসা মনসা তৈশ্চ পূজিতঃ দিদৃক্ষুর্জ্জপ্যপরমঃ সর্ব্বকৃচ্ছ্রগতঃ স্থিতঃ ॥২॥

ভূত্বৈকাগ্রমনা বিপ্রঊর্দ্ধবাহুর্মহামুনিঃ। স্তোত্রং জগৌ স বিশ্বায় নির্গুণায় গুণাত্মনে ॥৩॥

---

ভীষ্মনা হায়— যুধিষ্ঠির। ভগবান্ দেবর্ষি নারদনা শ্বেতদ্বীপতা খুংথিদুনা মফম অদুদা লৈরিবা অমমবা থোংগী মতৌশুবা লংলবা পুরুষশিং অদুবু উরি। মতম অদুদা নারদনা মথোই অদুদা মকোক্নু নোম্নুনা খুরুম্নি মপূক্নীংদা মথোয় অদুবু পূজা তৌর অদুগী তুংদা শ্বেতদ্বীপ নিবাসীশিং অদুনা নারদ মুনিবু ভরম্ থৌরম্না থাগত তৌই। অদুগী তুংদা ভগবান্ নারায়ণগী দর্শনগী অমক্ অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈখি ॥১—৩॥

নারদনা পাম্বোম [illegible]

নারদ উবাচ ;

নমস্তে দেবদেবেশ নিষ্ক্রিয় নির্গুণ লোকসাক্ষিন্,
ক্ষেত্রজ্ঞ পুরুষোত্তম অনন্ত পুরুষ মহাপুরুষ,
পুরুষোত্তম ত্রিগুণ প্রধান অমৃত অমৃতাখ্য,
অনন্তাখ্য ব্যোম সনাতন সদসৎ ব্যক্তাব্যক্ত,
ঋতধামন্ আদিদেব বসুপ্রদ প্রজাপতে,
সুপ্রজাপতে বনস্পতে মহাপ্রজাপতে ঊর্জস্পতে,
মরুৎপতে সলিলপতে পৃথিবীপতে দিক্পতে,
পূর্ব্বনিবাস গুহ্য ব্রহ্মপুরোহিত ব্রহ্মকায়িক,
মহারাজিক চাতুর্মহারাজিক ভাস্বর মহাভাস্বর,
সপ্তমহাভাগ যাম্য মহাযাম্য সংজ্ঞা সংজ্ঞতুষিত,
মহাতুষিত প্রমর্দ্দন পরিনির্ম্মিত অপরিনির্ম্মিত,
অপরিমিত বশবর্ত্তিন্ অবশবর্ত্তিন্ যজ্ঞ,
মহাযজ্ঞ যজ্ঞসম্ভব যজ্ঞযোনে যজ্ঞগর্ভ
যজ্ঞহৃদয় যজ্ঞস্তুত যজ্ঞভাগহর পঞ্চযজ্ঞ,
পঞ্চকালকর্তৃপতে পাঞ্চরাত্রিক বৈকুণ্ঠ,
অপরাজিত মানসিক নামনামিক পরস্বামিন্
সুস্নাত হংস পরমহংস মহাহংস পরমযাজ্ঞিক।

---

ভগবান্ শ্রীনারায়ণের স্তব করিব। শ্রীনারায়ণের নাম সকল যথাযথ বলিব। মাহাত্ম্যশিক্ষাদি অসিদ্ধি—

নমস্তে দেবদেবেশ নিষ্ক্রিয় নির্গুণ লোকসাক্ষী ক্ষেত্রজ্ঞ পুরুষোত্তম অনন্ত পুরুষ মহাপুরুষ পুরুষোত্তম ত্রিগুণ প্রধান অমৃত অমৃতাখ্য অনন্তাখ্য ব্যোম সনাতন, সৎ অসৎ ব্যক্ত অব্যক্ত। ঋতধামন্ আদিদেব বসুপ্রদ প্রজাপতে সুপ্রজাপতে বনস্পতে মহাপ্রজাপতে ঊর্জস্পতে মরুৎপতে সলিলপতে পৃথিবীপতে দিক্পতে পূর্ব্বনিবাস গুহ্য ব্রহ্মপুরোহিত ব্রহ্মকায়িক মহারাজিক চাতুর্মহারাজিক ভাস্বর মহাভাস্বর সপ্তমহাভাগ, যাম্য মহাযাম্য সংজ্ঞা সংজ্ঞ তুষিত মহাতুষিত প্রমর্দ্দন পরিনির্ম্মিত অপরিনির্ম্মিত অপরিমিত বশবর্ত্তিন্ অবশবর্ত্তিন্ যজ্ঞ মহাযজ্ঞ যজ্ঞসম্ভব যজ্ঞযোনে যজ্ঞগর্ভ যজ্ঞহৃদয়, যজ্ঞস্তুত যজ্ঞভাগহর পঞ্চযজ্ঞ পঞ্চকালকর্তৃপতে পাঞ্চরাত্রিক বৈকুণ্ঠ অপরাজিত মানসিক নামনামিক পরস্বামিন্ সুস্নাত হংস পরমহংস মহাহংস পরমযাজ্ঞিক।

সাংখ্যযোগ সাংখ্যমূর্ত্তে অমৃতেশয় হিরণ্যেশয়,
দেবেশয় কুশেশয় ব্রহ্মেশয় পদ্মেশয় বিশ্বেশ্বর,
বিশ্বক্সেন ত্বং জগদ্ধর ত্বং জগৎপ্রকৃতি,
তবাগ্নিরাস্যম্‌ বড়বা মুখোঽগ্নি: ত্বমাহুতিঃ,
সারথিঃ ত্বং বষট্‌কার ত্বমোঙ্কারঃ ত্বং তপঃ,
ত্বং মনঃ ত্বং চন্দ্রমাঃ ত্বং চক্ষুরাদিত্যং,
ত্বং সূর্য্যঃ ত্বং দিশাং গজঃ ত্বং দিক্‌ভানো,
বিদিগ্‌ভানো হয়শিরঃ প্রথমত্রি সৌপর্ণঃ বর্ণধরঃ,
পঞ্চাগ্নে ত্রিণাচিকেত ষড়ঙ্গনিধান প্রাগ্‌জ্যোতিষ,
জ্যেষ্ঠসামগ সামিকব্রতধর অথর্ব্বশিরাঃ
পঞ্চমহাকল্প ফেনপাচার্য্য বালখিল্য
বৈখানস অভগ্নযোগ অভগ্নপরিসংখ্যান,
যুগাদে যুগমধ্য যুগনিধন আখণ্ডল প্রাচীনগর্ভ
কৌশিক পুরুষ্টুত পুরুহুত বিশ্বকৃৎ বিশ্বরূপ
অনন্তগতে অনন্তভোগ অনন্ত অনাদে অমধ্য,
অব্যক্তমধ্য অব্যক্তনিধন ব্রতাবাস সমুদ্রাধিবাস ।
যশস্যাবাস বিদ্যাবাস কীর্ত্ত্যাবাস শ্রীবাস সর্ব্বাবাস,
বাসুদেব সর্ব্বচ্ছন্দক হরিহয় হরিমেধ মহাযজ্ঞভাগহর ।

---

সাংখ্যযোগ সাংখ্যমূর্ত্তে অমৃতেশয় হিরণ্যেশয় দেবেশয় কুশেশয় ব্রহ্মেশয় পদ্মেশয় বিশ্বেশ্বর বিশ্বক্সেন জগদ্ধর জগৎপ্রকৃতি তবাগ্নিরাসি বড়বা মুখোঽগ্নি আহুতি, সারথি বষট্‌কার ওঙ্কার তপঃ মনঃ চন্দ্রমা চক্ষুরাদিত্য সূর্য্য দিশঃ গজঃ দিক্‌ভানো বিদিগ্‌ভানু হয়শিরঃ প্রথমত্রি সৌপর্ণ বর্ণধরঃ ।

পঞ্চাগ্নি ত্রিণাচিকেত ষড়ঙ্গনিধান প্রাগ্‌জ্যোতিষ জ্যেষ্ঠসামগ সামিকব্রতধর, অথর্ব্বশির পঞ্চমহাকল্প ফেনপাচার্য্য বালখিল্য বৈখানস অভগ্নযোগ অভগ্নপরিসংখ্যান, যুগাদি যুগমধ্য যুগনিধন আখণ্ডল প্রাচীনগর্ভ কৌশিক পুরুষ্টুত পুরুহুত বিশ্বকৃৎ বিশ্বরূপ অনন্তগতি অনন্তভোগ অনন্ত অনাদি অমধ্য অব্যক্তমধ্য অব্যক্তনিধন ব্রতবাস সমুদ্রাধিবাস, যশস্যাবাস বিদ্যাবাস কীর্ত্ত্যাবাস শ্রীবাস সর্ব্বাবাস বাসুদেব সর্ব্বচ্ছন্দক হরিহয় হরিমেধ মহাযজ্ঞভাগহর ।

বরপ্রদ সুখপ্রদ ধনপ্রদ হরিমেধ যমনিয়ম মহানিয়ম

কৃচ্ছ্র অতিকৃচ্ছ্র সর্ব্বকৃচ্ছ্র নিয়মধর নিবৃত্ত ভ্রমপ্রবচনগত,

পৃশ্নিগর্ভপ্রবৃত্ত প্রবৃত্তবেদক্রিয় অজ সর্ব্বগতে

সর্ব্বদর্শিন্ অগ্রাহ্য অচল মহাবিভূতে মাহাত্ম্যশরীর,

পবিত্র মহাপবিত্র হিরণ্ময় বৃহৎ অপ্রতর্ক্য অবিজ্ঞেয়

ব্রহ্মাগ্র্য প্রজাসর্গকর প্রজানিধনকর মহামায়াধর

চিত্রশিখণ্ডিন বরপ্রদ পুরোডাসভাগহর গতাধ্বর

ছিন্নতৃষ্ণ ছিন্নসংশয় সর্ব্বতোবৃত্ত নিবৃত্তিরূপ

ব্রাহ্মণরূপ ব্রাহ্মণপ্রিয় বিশ্বমূর্ত্তে মহামূর্ত্তে।

বান্ধব ভক্তবৎসল ব্রহ্মণ্যদেব ভক্তোঽহং ত্বাং

দিদৃক্ষুরেকান্ত দর্শনায় নমো নমঃ॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শান্তিপর্ব্বণি মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বণি নারায়ণীয়ে ত্রয়স্ত্রিংশত্যধিকত্রিশততমোঽধ্যায়ঃ॥৩৩৩॥

———:(॰):———

---

বরপ্রদ সুখপ্রদ ধনপ্রদ হরিমেধ যমনিয়ম মহানিয়ম কৃচ্ছ্র অতিকৃচ্ছ্র সর্ব্ব-কৃচ্ছ্র নিয়মধর নিবৃত্ত ভ্রমপ্রবচনগত পৃশ্নিগর্ভপ্রচত্ত প্রবৃত্তবেদক্রিয় অজ সর্ব্বগতে সর্ব্ব-দর্শিন্ অগ্রাহ্য অচল মহাবিভূতে মাহাত্ম্যশরীব পবিত্র মহাপবিত্র হিরণ্ময় বৃহৎ অপ্র-তর্ক্য অবিজ্ঞেয় ব্রহ্মাগ্র্য প্রজাসর্গকর প্রজানিধনকর মহামায়াধর চিত্রশিখণ্ডিন্ বরপ্রদ, পুরোডাশভাগহর গতাধ্বর ছিন্নতৃষ্ণ ছিন্নসংশয় সর্ব্বতোবত্ত নিবৃত্তিরূপ ব্রাহ্মণরূপ ব্রাহ্মণ-প্রিয় বিশ্বমূর্ত্তে মহামূর্ত্তে বান্ধব ভক্তবৎসল ব্রহ্মণ্যদেব — ননাইনা উজগে চায়না খুরুমজৈ।

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা নারায়ণীদা চহমগা কুন্থরাহুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে॥৩৩৩॥

———:(॰):———

সমাপ্তশ্চেদং দ্বাবিংশতিতমখণ্ডম্॥